"অদুদী" হ্রাখন ঙহাক পরৈনৈ "ফরে মতম চাবদু ওইসনু। মতম চারে। শাদো° তোঙখো। মদুস্তু-এৗমক্কী শাদোঙ চানবী'বু শাদোংতমখো।"

"কৈদা চৎচৌ তাকপীবা।"

"মীনাঈনুবীদুগী খাঙ্গোকতুদা।" মখাতারকই "খাঙগোক্নী হায়বদাইনে লাঈববীদুগী নৈত হৈদ মযুমদুবু?" মনাঈ খুমঙমজ্রিদৈঙ ময়াখঙ তমলকই "চৎলু খাঙগোক্নদা চৎলু!"

"কৈরোয়-লৈকায় পনা শীন্না তুন্না হীপখ্রবসিদা মজাঈবুংঙো?" মনাইনা, ঙকলপ চাজ্জৈ মতৌ পুবা শক্তমদমু, খোঞ্জেন্দমু হঙজরকই

"মজাঈবুং পনা শীনখবে খোজাক্ত। ঙয়মক হীপখ্রবসিদা।"

"পনাসু শীনসনু মজাঈবুংঙোনা।" অয়োকপা ঈশাংদু চীনদম মাওয়কুবগা মখা তারকই "পনাসু শীনসনু, লৈবাক নিঙথৌসু মংদময়সনু, মতমসিদনী চৎলু হায়রিবা" থমোঈদা খল্লি ঈনাই অসি খংদে ঐগী থমোঈগী য়রা' অদুনা মখা তারকই "পনা শীনখ্রবা, লৈবাক-নীঙথৌ থাক্ত হৈন তুয় হাপ্নখ্রবা অসিগুম্বা, ঐহাক্না মীৎকী কল্লা উইঙমদনা লেনবসিদা, মহাক তুম্বা য়েঙলু। তুমলম্বা খোক্লবা হোদোকলু।" খোঞ্জেন্দু নিংঙমদবা মৈচাক মৈচাক মৈরায়নরকই মুপা খোক্ত তনীরুরকই "হোদোকপা তাই, অদুগা তুমলমদবা খোক্লবা ঙহাক ফমদুনা লৈরকউ" অয়োকপা ঈশীং খৌগঙনরকঙৈ মরক থৎন চীন্দমনরুরগা "ফমদুনা ঙহাক লৈরকউ 'য়াম্ব মমায়খোংদু পাখোং তুন-শীম শমখোং-শমজ্ঞ' শীম-পানা মীৎয়েং মুয় য়েঙকউ। করিনো নংনা খোকপা রারী রাতাই থরতঙ শামীম্নরকউ মচীন শীক্তকপীদুগা।"

হায়গদবা হায়বা লোইরে, তমগদবা তম্ব লোইরে মতৌ মহাক মীৎয়েংনা অমম-তরং চানা তুমীন মরৈখরে।

থাবুং থাগোয় শাবা মৈমায়না লৈতেঙবা খুদোং ঙাম্বক তোপচৈ খুদোং চফুদা মনাইনা। মহ লোই মজাঙ্গৈবুংঙোনা। অদুগুম্বা অহৌংন তাঙলৌ থেংবদুদা।

"চংপদী মচংচরগনী" মনাঙ্গৈনা ঙঙৈজ্ঞ "মফমদুদা চংচরগা নয়াম্ব ঐহাক্ন পাংজকুগদবা ঈথৌদাঙ মদুদী থংজদ্রি। পাওদম তোয়জ-রুগদবা পাওদমসু তাকপীদ্রি।"

"পাওদম !!" খুদোং চিঙবা লেপই মজাঙ্গৈবুংঙোহু। মদোম চৌনশোয়বগুম 'চরমসি কঙলে।' থোদারকই "চরম অসি কঙলে, হায়না ঈশীংদু লাল্লকউ য়াম্বা।" অমুবনা অয়োকপা ঈশীং তন্দ সানশঞ্জে। চৌন্দমলুরগা "পাওদম হায়বা? করি পাওজেল লৈপনি ঐগীবু। মদুবু ঈফমদা হঙৈ থনবরা 'য়াম্বা নং?'" রারৌজে মদোম 'ঐদী থল্লী, ঐনা মরাথন্তদা ঈতৌ অসি চেন্ন লেল্লবসিদা অহৌংন ফনমক ঈচীক ইহুন তম থেংসনু মহাক কৈদগী তগুপ-তরাই তুমঙম হীপঙমলমগনী অথেংবা অহৌং খুদীং মহাকসু ঐগুম থক তুমঙমল-ম্নোই। মদুবু নহাক্ন য়েঙলু। চংলু থাঙপোক্কুদা।"

অসিতনী। মতুংনবা মমীৎকী মীংকূপ কোংগায় মজাঙ্গৈবুংঙোদু থক পাওদম রাঙাংনরকখিদ্রে। ময়াম্ব মনাই অচানবদা থঙখিবা ময়া যাথঙ'সিগীদমক্ত মহাক মশা মতোমতনসু য়াম্ন মুন্ন থন্থবা হোরকই। 'মায়-কৈ শল্লাই চুম্নিব্রা ঈয়াথঙসিবু?' ঙসাগী ময়াথঙ অসিদা মনাই ওইবা ময়াম্ব অসি য়াম্ন ঙকচ ঙকথুপ্নবা মতৌ চেন্ন উরে। অহবু ঙরুঙাইদী ওইদে, রাঙাংদনা তুমীন থোংলেপ্নরিবা মনাইবু য়েঙলুরগা তুমীন থল্লী মদোম, কৈদগী ঙরুঙাই ওইগনী? মহাকী মেংলবী থোঞ্জেন্দু তারক্কবা কুইরে কয়া? মীৎয়েং মীৎয়েং খুদীংদু মীৎপেংনর রুবসু অসুক কুইরবা? অহনা করিনো চাঙমাগৈ চাঙদম্নগদবা অমুক মীৎয়েং হন্নীংদবা মীওইবদুগী মশা শাবন্দু ঐগী মীৎয়েংদগী মাংথি-থৈথিবা থংদবরা য়াম্ব নং? ঙম্নমক

শত্তম শত্তম ঙম্নমকসি নোঙদম্ন থীরকডৈ ঈমীৎ অসিনা অদুঙৈগুম ঙকং-য়েঙঙম্নমক ফঙত্ৰবস্থ ঙসীগী অহীং অসিদা ঐগী ঈহুৎ শিন, নহাক্ন তাক্ন য়েঙলু। মদু,তম্ন হল্লক্নুনা ঐঙোন্দ হম্ন হন্ন তমলো। মদুগীদমক চৎলু তাকপনী, মদুমক্তনবু ঈথাংনেং শাথৌ থৌজৌ ঙম্বীবনী, খংদবরা য়াম্ব নং? ঙকপদু নেমথৌ! চংলু থাপোক্কুদা।”

নোঙখোঙনা অসুম অসুম থৌনা য়াঙনা তোঙ্গবকডৈ নোঙজু লাক-পনা হাল্লগনা পাখংকুম

“চৎলু “য়াম্ব নোঙখোঙ অসি শোইরে।”

মথুৎত চাওরবা মৈনম। নাক্ত য়েংত থক্ত খাদা অকনবা শাফু কল্লবা নোঙলীক চেনবা অহৗংগী নুঙশীৎলক মৈনমদু চেৎন পায়রহুনা, মজাঈবুংঙোগী শাদোংহু থৌরহুনা মনাই অচানবদু পল্লিহুদা শাথৌ কম্ন শাথৌবকই।

চাঙচৎ হায়ব'ম ঈনাই-নাইদ্রবা, নোঙলীক নোঙজেন্নরবা নুঙশীৎকী শাহুম'হুদা মথুৎকী মৈনমদু মৈমুৎ-মৈমম্নগে হোৎনরকই। মতম মতম-শিঙহুদা মহাক্ন মথুৎকী মৈনমদু তুঙওইননা হকচাংগী মকমদা থমলম্মী। অসুম কনথৎলক অসুম কনথৎলক, নুঙশীৎকী শাফুদা পল্লি অহুগী নাক্ত-য়েক্ত হৌরীবা হাপুং-মোঙশোংঙহু খাদ-রাঙদা নী দ-মাংদ পুম্ন পুম্ন হাইন-হুম্নবকই। কুপলক-কুপলকডৈ নোঙহৌগী ফাকলক-ফাকলকডৈ মীৎফাক থুদীং, শাথৌবিবা অমুবনা তাম্নবা লম্বীহু ঙমথৈ য়েঙহৌগে থন অমম্ব মরক্তুদা ঈ কারবা মমীৎ য়েৎ-ওই কোরী থোকনা য়েঙলহুনা থাঙহৌই। য়েঙহৌই অহুবু মহুদী ওইখিদে। ঙমথৈ অদু উবা ফঙদে। উরে। থঞ্জরকডৈ মুংথীবনা মহানখি।

নোঙলীক অহুনা নোঙজু পাওদম হানবগুম নাঈতোম্নমনা অমুবগী লাইবক্ত, লাইবকী উনশা মথক্ত তপ তারকই। অমদগী অনী অনীদগী অহুম তপ-তপ তারকই। মতুং অসুম অসুম কনথৎলক পল্লি নাক-য়েৎকী মোশোংগী নাপীশীংবী লক্ত, লেপ ফঙগুম্ন রাঙলবা মক্ন-মকা চাও-

ময়বা হোঙত্ন পাম্বীশিংগী মনাশিংদা অকনবা নোংঙলীকী শাফুনা ফুবগী অকনবা নোংডম্বেগী খোঙেন্দ্ থোরক্লে।

ঐহাক্কী নোংদম্বনা অমুম্ন তমলকই ঐগী লাইবকপু, শাদোং থৌন-থৌন হক্লোম হক্লোম অমুবগা তকপী-খদাং চৌক সুপা থোকপা মতৌ অদু শুক্ল ময়বা নোংজুপী অহৌংগী অমম্ব শক্তমলক্লুদা পুথোক্লুনা থমোঈদা মদোম খঙ্গরকই, অদুগা ডসী শকউদবা নোংদম্ব মহাক্ল অমুম নাওয়োক থৌদাঙ কোংগায় কন্নাসি থৌদাঙ য়াও পাংউ য়াথওহনা থমলি ঐবু। কৈ, ওয়মক মায়ওক্লরম্ব তাই, অদুদগীদী অমুবহু কোরী মৈঈক্লডে মস্তৌ লাডনা ঈকাঈঙাং তাবরা মমীং অনীমক্ত পি, অমম্ব মরক শীম্বরকই। মদু তৈথোক্কে, মচীন্ন কৈদনো করেম-শক্তমদা খোঙেন য়াওদনা কম্বক পেন্ন, থকুম চেম্ন মীনোক্লরকই।

ঈমাগী পিরাং অদু কৈদগী শীম্বখিবনো? ঐহাক মতম অদুদা স্বপ্নগী চহি তাবংতমক মতায়রকখিড়ে ঈপুন্সাগী চেংজেম্নরকপা মতমনী। মান্নী। অদুগা শমফ'-শমজোয়রবী ঈমানা ঐহাক্কী অপীকপা ঈথুংকী খুজেং থুংপায় চেজেংনবীহনা মীয়ামলক্লগী থাপ্ন, ওস্তোক্ল তম্না তুবক তু-কাই লেপখি। অদুগা অমুক শীম্বগী লেপ্প কৌবা নাইদ্রবা ঈমা অপো-কপীগী পীশুম শুক্লবী মায়থোংগী শক্তমহু, মীয়াম্ন ওকলীবা মানা, থৌগল-লাঙগল কোংগায়গা লোঈমনা, অচৌবা শামু-খক্ত ঙাম্ভোইখিবহু। ঈমানা কোক্কী মশম শমলাং অকাবী খুদীং অমনবা মতংনবী চরৈ ফিদুপ মচীনা তনখুম খুম্নহনা ওম্বোক্ল থাপ্নবা মকমহুদা খুক্লখুদক কুন চিন্নাই লৈতাজনা খুক্তমজখি, ঐবুস্ন তাকপীবগুম খুজেং পাযহনা মাগী মতৌ তম খুক্তমহনখি।

ঐহাক্কী-ঈমানা কনা-কৈদবু অদুগুম্ব হশক শক্তমহু শকউংপনো? খংদে,

"ঈমা করিনো ঐখোয়না তৌরিবা?"

"ঈমাগী রমানন্দ" ঈমানা মীংকী পি হান্নদগী-খরক লীলীং

চাওহেন তম লেপ্তুনা চেন্থরকখি. অদুগা অপোকপীনা মাগী মশক তাকখী "ঐথোয়না খুউ লৈতা পুনেমলিবসি চীংণ্ড নমথাং শক মৈতৈ নিঙথৌ ওইরিবা মজাঙ্গৈবুংঙোনি। মৈতৈনিঙথৌনী" অসিতনী।

অমুবা অসিদগী হেনবা করি কৈদা থাংজখিদে। অদুবু হায়না-হায়না, লাইনিঙথৌবু শক্তক-শক্তাক্ল চহী কুন্থ্রাগা তরেংতমক কুমশারক-লিডৈ মমাগী মীৎলু অনীগী লেপ্তুবা, অমুক পন্থীং পনঙরঙমদ্রবা পিরাঙ-ঙ্কুদী শাথৌরিবা অমুবনা শাথৌ-শাথৌ তরঙ-তরঙলি ঙসীগী কুইরবা কুমজানা হৌখ্র. মীকুপশিঙসিদা।

অহীংদুদা অপীকপা চহী তরেৎকী মপারিদুবু ফৈবাক ফৈবমরতুনা মৌওইজরকডৈ, মপুরোইবা শেৎনবনা হাম্লক্লবী অমুবগী মমানা খনখী নোঙমদোনগী, মপুং ফাতুনমু তমংমদবা, কালেন থাওনলকডৈ য়াম্নব লৈচীল-নোঙফাইনা খনজন-খনজন নীংথীবা শক্তম লাঙলিবী থাজবু য়েঙদুনা, নোঙগা-য়াকুন শকথেংনহৌদ্রবা. থবায়না পনশোনখিডৈ থমোঙ্গৈগী য়রা কায়া পাওদমঙমত্র'হৌদ্রবা মপুরোইববু মীৎয়েং-মীৎচনঙম্ব শুপ্নগী থৌনা ফাওবা য়াওহন্দনা মংগুম-ঙাগুম লোইলম শীন্ন চেলক-খিবদু। শংশং উই ঙসী কোরৌ তিয়াগী থাজগী. তাম্নকডৈ মেঙলবী মঙাল পঙত্নপ্নবী-লকসিদা।

লাইনিঙথৌনা তাকপীখি 'চন্নু, ঙসি কৌবা নোঙ মিঙথোল-মিওনবী ববনি পারবতি।" ঙসীস্ন চীংনুং তারী ঈপান থাগী লোককী টচেনগুম ঐগী নাপাসিদা।

লৈমা নিঙথৌকোনগী য়াইফব পুন্সি নীংশীংলকই। মতম অমদা খুৎশা অমগী থাঙনবা খুংশাগুম, অদুক, তৎত হৈদে লোন্দীন তোরো থোন্দামিন্নখিব কাঙলামুঙগী য়োইবু য়োইহৈন খুদীং তমঙমদবা তাইবং তাইবং মংলানদা নোঙদমথোন ঙসিনা তিয়া মালেম শক্ল শোকপা লাম্বা কঙদনা তৈন-থোক্ল তাম্নয়বা॥ মীৎয়েংদ, থমোঙ্গৈগী মীৎয়েংদা তাইবং

লমচংপা মহাক্কী মীৎয়েংদ, মীৎয়েং মীৎয়েং খুদীংদ কঙলাম্নুঙগী হেদোঙ্গ মথে লাঙবা পুন্সী পুন্সীশিঙচুগী মতৌশিঙচু উরি।

লুহোঙলবদদী লৈম-নিঙথৌ মচা মনাঙ্গ, য়োইবু-য়োইহেন খুদীংলো ঙরাংতগী লোই-চনু ঐবু ঈকায় ফীথললনা, কিন-কোইনা লমচংনথি "থৌরানি"। ঐদি হৌন থোগন থংজবা নংতে অতুনবু চহী কুনগ-নীপান-তগী নুপীমচা ঐনা পাওথুম পাওদম থংজদা কয়াদ কোইজ্ঞ-মতৌ লাঙজখিবা।

মনাও ঈবেম্মনা, ঈমীৎসিদা ঙম্থোইররি থাং চেঙতপ্পী মরেপ মঙান মতৌ হেনবী মনাওঈবেম্মচু, ঐবু মচাদা মচাগুম তরু-তন্নান তৌবী। নোঙমা মনাইম্নুবী থাচুনা শংগাই যম্নুং তমজরকউ তাকপীরৈ

"থৌরানী লেংশল্লকউ"

"তাকপীসি মনাওঈবেম্মা"

"থাকুবদা হায়নজগে হায়ঙ শগানশেনসিদী ননাইশিঙগা, অতোপ্প কনা য়াওদে, ননাই ঐগা লাইনিংথৌগদনী, অঃ লমকা কোঞ্জীন্দ লময়েং শাল্লুসি, কোম্বীরৈনা লৈশাং তম্ব কয়া নীংথীবা মীংযে তাকসি।"

অমুবগী মমা থংহৌদনা হকচাং তুখাং তুখোং শীম্ন মশক-মশা লাইদবা তুজুঙ মরাখন কৈদগীনোনা পুম্নথি। অরা-অনা খুদীং মংগুম হাগুম কৈদনো নাথৈ-শকমাংনথি। কঙলা' মুঙদা লৈবা মনাও ঈবেম্ম-শিঙগা ঈকোয কোয়না ফম্মীম্নরৈ। মংনবু তাইব' শেমঙম্বরা? তাইবংনবু মংলান শকহৈবরা? অপুম্ব মংলা'ন'ন। তম্পাক্ক নাওশুম নাওশুম রাথন লোঈরবা মখুংনা তপ্ন-তপ্ন, তাঙগা নাইনা নাওশুম চৈথা পারিবা মচা চহী তরেৎতা থাবল চাঙজানবী মঙালদা পিরাং খুজোক শুম মীৎয়েংন হম্ন মীংচানৈ "চৎচঙমখিদে। লাইবক চাওব', ঈমা চৎথিদে মতমচু ঈমা ঐগী পীবুকমুঙ নংন তাইবং মিন্নগে তেমশীং ঈতুম শক থাবুম মপুং মরৈ ফারকথি। ঈমানা কৈদবু লৈম-নিঙথৌ থোগন ফঙলু-ওইকরগদগে।"

অভিরাঁগী থাজনা লৈটাল মরুম লৈশনথী। হুজীক্তি অভিয়া অমুক স্নুরেক্লেদো।

"মজাঈবুং মৈতৈ নিঙথৌনী " অসিতনী। শাথৌ শাথৌ অমুবদু ভাইবং মংফাওনরকই শাথক্ত মশা পুম্ব নোঙহৌনা য়োমলে। পুম্ম চোৎলে। উজনীংবা, পিবা'না চীংথক ঙংবী ঈশীং চাইবী মতৌ চেন লেপ্তু থমদা চেন্থ চোৎলবী মমাগী মায়থোং তলম্ব, নোংহৌ অহীংগী অচীক-পদা শাথুপ হৈবী হেলোঈ জগোঈগুম মাংথী রাথন হেক তায়কঙৈ অমুবা মৈনম পায়না পায়না শাথৌ লেপ, শাদোং থক্তগী তনকুম্ন পল্লিগী নাক্ত হৌরীবা হোঙুরা মকা অমা থংতুনা কোক্তোন মচী পায়না থুপই। মন্থুনা হাই-হুম্লবা মৈনমদু কোক্তোন তম্নে।

অপীকপা, লৌতাংশংদগীস্থ শকক কৈদনো হেন্ন পীক্লবা, পিদোন মাতৌনরবা থাঙপোকশংদু হেক য়োবদা, অমুবা, শাথৌঅদু লেপলম্মী। নাক্কী অয়েবা উচুক্ত শাদোংদু শাবুম্নরম্লগা অমুক চংশল্লকই। নোঙনা লেপ্তুনা চুরি। নোঙখোঙনা লেপ্তুনা ঙঙলি। মরক থৎনা নোঙমীৎ ফাকলী। পোংশক পোংশক খুদীং শুরু মম্ব অশুকপা। তিল্লী হৌ-জীক। হকচাং পুম্ব ঈমায়দা চোঙথকবদগীস্থ হেন্ন ঈচুম শানা চোৎলে। অমুবা, মফী ফিদোনশিঙদু ঈচুম-ঈচুম্ননা খাঙপোকশং অদুগী থোংজীন তম্ন চংশল্লকই।

খাঙপোংশং'দু অয়েবা রানমগী ফোপথোং পাল্লি। মথুল মথুল খুদীংদগী ঈমুংগী অপীকপা মৈঙান্দু ফাওদোয়কলি। অমুবনা, মমীংকী অচুৎপা মীংয়েংন চেপথ-নোম্থবদুনা ফোপথোংগী অহোবা মথুল মথুল শীম ঈমুং মম্নুঙগী ওইব' শক্তম শক্তম খুদীং মতম কুইনা য়েঙদুনা লৈর-শ্নী। ঈমোইনু অহোংবী চাদ-নওদা পীনহৈবো, লাইরেমা মাগী ঈতুংকম কুঙপা লাইরুদা লৈত-লায়রা শক্তাক-শেঙ শীংতেক শীংনাংনা হৌরিবা চাকলীবা মৈগী 'মৈঙান পিদোনবা, উই অমুবনা। কনানা কৈদা, কল্পিনা

কদোমদা, করিস্থু উবা ফংদে। করি করিগুম্ব অঙংবা নোঙথোঙনা থঙলেপ্পরকৈঙে অমুবনা, শররুবা মতম মীৎকুপ শরপশিঙদুদা, ঈমুং মমুংগ রারী-রাতায়নবগী খোঞ্জেল খোঞ্জেলশিংদু মরোল শেঙদনা. শেঙ-ফাংডনা তারকই। অরংনথিঙৈ নোঙথোঙগী ভাঙফম তাঙফম কয়ারক্ত তাদুনস্থু রারী-রাথোং'দুদা থক থংবা ডমলমদে। কাইনথঙ অমুবদু রারী রাথোংদু অমুক থংগে উগে তাল্লুত্রে। মসিমতং মহাক্ল লেপ্প থংই মচুদী-অসুম অহীংন তাঙলো ঈচীক ঈহুমবা অথেং-অচীক শক্তাক অসি লৌরু-রফাওবসিদা-মথোয় য়াহীপ য়াতায়, তুয় হীপত্রি।

অমুবনা রানম ফোপথোংদুদা চীনবান পরু চংশল্লদুনা কৌরকই

"ঈবেম্ম। ঈবেম্ম থানিল।"

নোঙহৌনা অদুম্বক ফুঈরী।

অমুবা কৌব লেপলে। তুমীন ঙহাক লৈ। মখোয় মশ্নুন হঙনৈ।

"কনানো অথেংব অহীং অসিদা?"

"কনা ওইরিগবা" মুপীগী থাঞ্জেন অমনা মদোম শোঞ্জবগুম, মুপাদুগী পাওখুম পীবগুম শোনথী "খোঞ্জেন অদুবু থংবীদবরা?"

"থংদে। অমুক কৌরকপস্থু লৈতে।"

"অরা পোংহুবা কাংবু লাকলবরা লৈবাক অসিদা" খোঞ্জেন্দু থক-চানজৈ "মখোয়গী তেংবাংবরা?"

"কৈদগী। থাংপোক অসিদা মখোয়না ফঙগনী থল্লমগদবদু করি করম্বা পোৎশক-চৈশক্লো।" অসুম থাজদবা পাওখুম পীরুরগা মুপাদুনা, অথেংবা অহীং, সুরুবা, অদুগা নোঙজু-নোঙলীক লক্তুদা মুপা থোক্ল হঙলকই "কনা-কনা ওইরবনো ঈরৈবাক মচাথোয় অথেংবা তাঙলো লৈরবা অহীংসিদা?"

"ঐহাক ওইজরে।" অমুবনা পাওখুম পীহৌবনা থুদোঙচারগনী থল্লক, মুপাদুদা লৈবাক মচা তানা ঈংন শক্তাকলকই "ঐহাক ওইজরে

থাকুরমনাই লৌপুগী য়ুমকোইবা মনাইনী” অহুগা কৌরকই “ঈবেম্ম, ঈবেম্ম থানিল খোম্বগী নত্তবরা য়ুমসিবু ?”

“মান্নী অহোই”

“অমুক্ত তাকপীগনি মবু' মনাই অচানবা অমুবা লাকলী অম্বম্ম।”

অমুক মপুরোইবগী য়ব্রা ঙাইকুদ্রবসু থানিল মপুরোইবগী থোগন তৌজরম্বদগী হোগৎচবকই, মপুরোইবা খূদা নাক, ফিদৎ-কোকখুম্নজা লেপচৈ ময়াথঙ অমতং তুক ঙাইজবগুম।

“অমুবা ।।” মপুরোইবনা মুৎলিবা মৈঙান্দ মাইহীং কাবী, নোঙহৌ হেনহল্লীবী থাজগুম অহেন শক্তম চেনবী থানিলগী মায়থোংদা য়েঙলহনা ঙকলপ হঙলকই “কনানো অমুবা ?”

“ঐথোয়গা, লৌপুগী য়ুমদা লৈমীন্নবম্বনী। মজাঈবুংঙোংদুগী অচানবা য়েংখুং-শকপা মনাই অচানবনী।”

‘করিগীনো অথেংবা অহীংসিদা।

“খংজদে” হায়বম্নগা খেং থাদবা হৌই। চংশল্লী হাঙদ্রিদৈঙ থোংনাক লেপ্প কৌই ‘তাদা ? অচানবা।”

‘ঈবেম্ম।” মতু শোল্লী অমুবগী খোঙ্গেন্দু, লমদম থাপ্প লমজেন লমকোয়রুবা মাল্লি তাবদা “ঈবেম্ম ঈবুংনী ”

“থেংলবা, তাঙলো অস্থক লৈব অহীংসিদা কদোমদগী” থোং হাঙই অমুববু কৌশল্লী ‘ করি থবক্কী কৈদ লেংলুবা ? লেংশল্লকউ লেংশল্লকউ।” হায়থবে। হায়থরে, থানিল অমুববু কৌশন কৌশন লুরাক্কনা থম্মোঈ-ম্বঙদা মদোম মতু পোংঙ্গরকৈঙ তুকক তুকাইজবী পোস্বী মতৌ লাঙ থৈম্নে, হায়থরে। মসি হায়কদ্রবসু মহাক শোয়দনা চংলক্লগদবনী। করি থবকী ? মসি হঙলুদ্রবসু অহুগা “অসিনী” হায়বা পাওখুম মহুম্ন অমুক নৌহোননা তাকদ্রবসু য়াবনী। করিগী, কৈদবু হঙলুবনো ঐনা ?

রাহং অসি হঙলুদ্রবসু অহুগা পাওখুম অহু তাকদ্রবসু য়ারবনী।

অচানবা মনাইহ্ অকনবা নোঙজুরক চংঙয়োই হায়বগী মতৌ উৎ, থানিল, মপুরোইবা মপুমনাই অনীগী থাঙ্গপাকমুও ফনা কুইনা নীংফমখি, ময়ৌ চেনবা অহীংহ্। মতম কুইনা, খোঙদারক্লবা অমুক লাকথোক্তনা লাকপা অমনা খোংদোঈরক, লাক্ল-চংলবা হায়বসিমক থৌরম-থৌদা খোংলম নাইদা-লৈতবা য়াহৈদবনা মনাই অচানবা অমুবনা পীদোঞ্জবী থানিল অহগা থনুং-থঙ্গী ওইবা মরম কয়া কয়া কোংগায়-ডুদা কুমনাইদনা অরাখংহ্রবা মপুবোইবা লংহৈদবহুগী মফমদা লংঙ শাজংতমতুনা শেমঙ্কন শাজন খোংশম নাইরকডে মরমডু, মীৎয়েং কেকুপনরহুনা, পীর পীরডুনা নোঙজু তোঙ্গীরকডৈ অহীংডুদা রারীনা তাইরকই।

"ঐখোয়গী যুম্বনবগী ঈখাইমক্তগী চন্ম-চীক থনবা" থানিলনা মীৎয়েং চাবকই "কাওগা কুমৈনজবা লাইবাব কাও সনা কৈথেল শারদবা কুইরে কৈদ চংখ্রবনা থংখিদবে।" হঙলকই "ঈবেম্মদী থংনারিগনী?"

'থংজে তাদা।"

"মহাক মাংখরে। লৈবাক শীনখরে। মোহরাও তমলকপরা হায়না পাওথারুববু তমলক্তে অমুক তমরে মডুদা য়ুম্বুরেনবা থাকুর মনাই লৌপু চাদ-থক্তা লেল্লে। ঐখোয় মীনাই তরানা মায়কৈ শীন খোংগুল লীনবি ঐহাক্ল লাকচরিবাস নোঙপোক চীংখোংদগীনী। খুন-খুন শীন্ন চংহুনা থিরুবে। মায়কৈ অংশোমদদি ফঙবা উবা লৈতবে। তাঙফম তাঙখুরকসিদা নোংহৌ ফুইবকপনে ঙহাক পনগে চংজরকপনী, থংদে, কদোম মায়কৈদা ফঙগবনো?"

"মায়কৈ তমথ্রিবশিঙহুগী মবক্ত থেঙনবা য়াওরম্বস্তু মম্লাই তাদা।"

"ঐসু,—নবুংসু অহম থঞ্জানরক হল্লক্রবনী।" অমুবনা খুমই 'লমথাংদ নোঙহৌ ফুঈরকপগা, ঈচন উদবনা কুইরকপগা মতাং চারে চংলক্লবনী।"

"কাওনা থোকপা কাওখোং থারম্লনিদো" তুমীন তারম্বদগী থানিলগী মপুরোইবা অচৌনা-রারী-রাম্নুং চম্নহৈদবা মীশক্লী খোঞ্জেল পুনা শোনগুম-ডাংলকই 'কাওখোং থারম্নগনী কৈদনো ঈয়াম্ব।"

থানিল ঈচৌক্লজে। থমোঈম্ম, চীনবানম্ন। তুমীন লৈজে। য়াম তুমীন রাথন থন্দূনা লৈরম্মী। মপু-মনাই অনাগী লমচং, মখোয়গী হৈ-শিঙবা মবমচৎ থানিল মুন্ন থংজৈ। তাঙলৌনা থেঙগে-তানগে তেমশীংলকঙৈ, নোঙজুনবা অহোং অসিদা লাইর' মথাঙ-খাঙপোক তম্নরক্তুনা ডাং-শক্লরিবসিদা, থানিল খুক্তেং শোকপ্রবীনা শম্মাতঙম্ন, অচুম অওক্লবনী, থাজবা ঙমজদে। কৈদগী কাও লাইবারনবু সনা কৈথেল থাদোক্কবনো—মজাঈবুংডোনা থারক হুল্লকপা নত্তনা করিম্ন ওইরোই। ওইরোই থংজৈ। চুম্নে লেপচৈ। অদুবু থংই লেপই কদৌ-হৈদে। মতাং তাঙফম্ন তাঙফম চাখিগদ'থোক পুক্নেমজবী থানিল য়াম্ন-কাওঙমহন্দবা শক্তম কোংগায়, কোংগায় মীয়েংদা উ ন-উ, মতম চুপ্পগী ফিবান চীনখুম্নজ' ঈচীক ঈহুন তম, মতম মতম খূদোংগী ওইবা অহৌংহু তুমীম্নতা লৈজরম্মী।

অহৌংদু, মনাই অচানবদু, মপুরোইবগা রারী রাতাইনরদুনা থাঙ-পোক হপীশক মচাদুদা পুংয়ৈ অহুমলোম ফমলম্মী। যুঈগে-হুমগে থনখ্রবা মতৌ নোঙ মুঙশীৎ অদু লেপ্লই হম্নাইখিদে। 'য়াম্ব-অহৌং অসি লৈত ঈরানয়াইদী ওইনা থোক্লে, মুঙশীৎ চেনবা নোঙ অসি হম্নাই-দরে। অহৌং অসিমদী লেনখ্রসি ঈচীন নাও পুম্ন।"

অসুম্ন হায়থি মপুরোইবনা।

অদুবু থংই থানিলদী. থক য়ারেকখিবা ওইদে, তৌবমকম্ন মনাই অচানবহু লেক্ত-পন্দ, য়াদ-য়াদা-অহৌংহু অদুম চৎখী।

চৎলমদাইদা মহাক্ল হায়রম্মী

"কনানা খংব—অমুকস্নু তুমহন-হীপহন্দনা কৈ-কৈদনো চৎল্লু থিক্ল ময়াথঙলকপা। য়োকদবা ঈগ্না য়াদবনী ঈনাওখোয়। মতুং অমুক লাকপা হায়বত্নুনী চংচবগে ঈচীন-নাও।"

নোঙ মুংশীং অহু পুক্রুপ-পুক্রেম থক ফবা লেপ্প মরৈতে। হেয় হেয়, অহোঙ্গবনা কনশল্লকপদা মথংলক নোঙগী নোঙথোঙ থাক্ল লাওনা অতিয়াদা অমম্ব অস্নকপগা লোইননা শন্দোক্লুনতা লৈ। শন্দোকই কদোগনী, পম্থৈবা নত্তে, পাওদম পাওদম তাগদবগী মীৎকী কল্লা উই-ঙমদ' ঙাইরহুনা লৈরমগনী, অতুনা মনাই অচানবা অমুবহু অকাক অতোঙ্গবা নোঙলক 'মৈনম মৈহাই-মৈগাইনা, শাথৌ কম্ব শাথৌনরহুনা হল্লকলম্মী।

অচানবা মনাই অমুবগা শাদোঙত শাশংবা মনাই শাবায়বদা পী-।

"চৎল্ল শাদোঙ মতু মামন নান্থোকলু" অদুগা পন্থদবা মথোং খোং লৈনা, থুনা মজাঙ্গবুংঙোগী কাতুপ্প চংশল্লকই।

মমাংদ, তূমীন নিংশো থবেৎনরহুনা খোংলেপ্পবরিবা, মশা হকচাং তুথোংশীনবা, ফুঙ্গবা নোঙলীক্ল চোৎলবা, ঈচুম তাববা য়াম্ব মনাইবু উবক্লগা মজাঙ্গবুংঙোনা অথেংবদা, চীক্লবদুদা অদুগা মপু মনাইদা তাহোরবা ঈথৌ লাঙসকঙৈ তুঙহন্নবা অহীংহুদা হঙলকই—

'কবি কদোরবা 'য়াম্ব? অচোংপ' নফি নরোল শিঙহু হন্ননা হোঙদোকল্লু।"

অকংবা মফি ফিজেংলশিঙ হোঙদোকচরদুনা মনাইনা মমাংদ হয় লেপচরৈ।

"কমদোরকই" খোঙ্খেল অহু তপ্প মরৌ লৈ, থংনীংবনা লাহৎলকই অদুবু হঙদ হৈদৈ মতৌ চেনবা শক্কম শেনবুনবগুম, তপ্প, পন্থবদী তৌদনা হঙলকই "করম তৌরকই? ঐঙোন্দ তমলো?"

"মজাঙ্গৈবুংডো" অমুবন পাওদম্নী শকুম হায়রকই "মথোং অনী-মক শোইনাই-শে ইবাম্রববনী, কান্নকম হায়ফম লৈত্রবা। মহাক্তী কম-থক্কুদা কমদুনা অতুম্মক থাংপোক মন্নু দ লৈহৌবে। ননাইম্নুবীনা ননাই 'য়াম্বু মৈনম পায়দুনা পোংজীন র'ঙম' খোংগনেথোক থিনদোক-লকই। অদুগা ননাইনুবীদু ঈনাক্তে লেপখী।"

"করিগুম্ব রাহৈ খরতং হায়গে শনবগুম?" হঙলকই ঙাইঙমদা "মতৌদু উরকপরা?"

"মহাক রাহৈ অমত্ত কংথোঙমদবা, ওন্থোক্ক কুইবা মকম ননাই-মুবীদু ঐগী ঈনাক্ত তুমীন লপখী। যনা কুইন শেপমীন-লৈমীম্নজরকই ননাই'য়াম্বসু।"

"করিগুম্ব রাহৈ খনং হায়গে খনবগুম।" খংনীংন "মতৌ অদু উরকপরা?"

"মহাক খোঙ্গজংব মতম কয়া রাহৈদু কাংথোকডদনা ঐগী নাক্ত ফিনা চীক্ল-চীক্ল লেপখীবদু নন'ই য়াম্বনা উজবকই।"

"করিগুম্ব খবতঙব যাম্ন লোঞ্জানবী মতৌ অদুদা হ'যরক্কদৌবিব্রা? নংগী রাবী অদুবু?"

'অহোই—"

"করি?" হন্নাও মুঙংনাংফনা হঙদোকখী 'করি 'য়াম্ব?"

"হায়জবনই ননাইন্নুবী। "

"মপুরোইবা ভাঙন্দ মংাক্ল?"

"অহোঙ্গৈ ননাই য়াম্নদা তুমীন্ন।'

"ঙাইখে ' মজাঙ্গৈবুংডোন ওবাও-মুঙবেন্ন'গুম মরক থংলকই "লেপখো ব্রংহোশংদু য়াম্ন চকশীন্ন তাগে ঐ ঐগী চান্দম হাম্নমা পীখো।"

মনাই অচানবা অমুবনা মাম্তক হাওবা চীংশাং ওংবা য়ু, হৈ কো-ম্নেংদুদা, মদু চান্দৈম্ন থাকুরদাস লোপুগী মজাঈবুংডোনা।

"মহাক কমদৌবা ?" কুইনা য়াঙাং লেপ্লু তুমীন লৈরুরগা হঙ-
"লকই অত্থুগা য়াম্ম লোঞ্জা লোনচংনবী মতৌ পুরক্তুনা থোংজীন য়াঙমা থোংগায়, মপু:ৱাই তাহনহৈদে মতৌ—, চেল্লকপা, করি, মৱাইহে্হ তাগে 'য়াম্ব।"

মতৌত্থুদা তুমীন য়েঙলত্থুনা, মনাই অচানবনা, করম্ব য়াংহৈনা খর-খিৎ মথৌনা মপাঙগন লৈগদগে খন্দুনা লৈ।

"মত্থু তারগা ঐহাক তুমথখিগে" মখা তাবকই "তুমখিগে।" মখা তারকই। "তুমখিগে। তুমবু তুমখ্রবদী, মীওইবগী মীওইবগী, নীং তম্ব মতমনী। ঐহাক কবিস্থু অকিবা লৈবৱোই। কিবা লৈতে। মংনীংব-মংহু মংজ্জবকসম্নু। মংজ্জরকসম্নু" মনাই অচানবদা ওনশল্লকই "ঐহাক্ল য়াহৌরকপা ঙাইরম্মু মংহু তাজৌ ঐ লীবীগে। কদায় মৱাইহেহ্ন তাবগে। তমলো। মহাক্ল করি হায়ৱকপা অত্থুক লোম্ন ?"

"য়াম্ন লোন্ন—।"

"য়াম্ন লোম্ন!"

"অহোঙ্গ" মনাইনা খুমজ্জৈ "নোঙখোঙত্থুনা ফনমক হৌত্থুনস্থু লাঞ্জানবী মৱাহৈ ওইবনা মহাক ননাই য়াম্বদা নাপ পক্ল হঙজ্জরকই—"

"লোন্ন হঙলকই !! করি হাযনা ? করম্ব য়াহং ?"

"মজ্জাঙ্গবুংঙোবু কমদৌরিবগে ?' হাযনা।"

"ঐবু !!" ন ংলঙখরে। চীনবাম্ন মোমোন্নখবে "ঐহাকপু !!" নেমথৈ। ংঙলকই "মত্থুদা · ·· মত্থুদা, কবি খুমলম্মী 'যাম্ব নংদী ?"

"ঐস্তু ঈবুংঙোগী থৌগন ফঙদবা কুইরে" মনাইনা হায় "করি থাইদোকপা খংজদবে। হন্দক মবকসিদী সানা কোন্নুঙ তোঈনা কাংগুম তীরি' অসি হায়না খংদ শানা খুমজরলে।"

মজ্জাঙ্গবুংঙোত্থু তুমীন লৈ। মতম কয়ামরুমগী ওইনা তুমীন লবম্মী।

ঐহাকপু কমদৌরিবগে? ঈশা ঈতে'ন্তনস্থ অমুক্ত হঙজখিদ্রি। ঙসী ফাওবা অমুক্ত হংজখিদ্রি। অমুক্তস্থ, মজাঈবুঙোনা থল্লকই, হঙজখিদ্রি। অদুবু মায়থী-মায়থুহল্লমগা তাম্ন চংখরে থল্লবী 'সিনা খৌনাইদবী মতৌ ৱাহঙসি হঙলক্লে। করিনো—ঐনা তাম্ব মফমসিদগী ঈওং ঈতৌ-তাক্তুনা পাওখুমগদবসি? মহাক তুমীন লৈ। মহাক মতম চুপ্পগী ঈচীক ঈহুম্মনা তুমীম্মতা লৈরম্মী।

কবিগুম্বা, মশানা খংহৌদবা মীংকুপকী মীংকুপ অমদা থ'হৌদনা মমীংকী পি য়াম্ন তপ্প, তপ্প তপ্প শীম্বরকই। লমচং নাইদবা পি অসিনা, মহাক্লা থল্লী, পি অসিনা কনা মহাকথং অম্বুক ৱাকোংন ঙাই মশক পুনা তারকলিবা? ঈকায়বা নাইদে। অস্তুম থল্ল চই অদুগা মমাং খোংলেপ-পাওদম্লম্লিবা মনাই অচানবা অমুববু উহন্দনা লেংহুম্মরিবা মফি ফিদোম মীংলু নাম্হে'কই,মদোম।

কাইনথঙদা', অহনবা কৌব লৈত্রবা নোঙজু-মুঙশীংকী অহীংহুদা মুঙশি মৈচাক চুবনা মদোম লাকশন-খোমজনবা ঙমদ্রবা ৱাথন্দুনা য়াম্ন লমদম তামগ্রবী মনাইমুবীদু থমোঈমুঙ, পেন্ন, খোম্নাইদা কৌরম্নগা মহাক লাম্ন থারবা ফমথক্তুদা ৱাথন য়াওদনা মোঙফম থক্কী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংগুম, থৱায় পক্করবা পোলাঙহুগুম তাদুনা লৈর'মী।

য়াম্ন কুইথরে।

মনাক্ত মনাইদু তুমীন, মজাঈবুঙোদা খোঈজং মীংচাননা শঙত্রীক য়েঙল-দুনা তুমঙমদ-হীপ ঙমদা, অহীংদু' লৈরম্মী। য়েঙলু-য়েঙলুঙৈ মীনাই অচানবদু মীথিন-মীতাং খোংদকুঙৈ মীশক্কী অশাওবা শকলোন্দু মায়থোং কুপ্না শল্লক-চেল্লকই। থদাং থাচৌক্লরকই, মীং নাক-য়েং তুনা ঈকান-রকই হকচাং হকনীক্লবকই। অসি ঙন্নমক থংনহৈদে-উনহৈদে মতৌ চেংন ফাজন্দুনা মহাক তুমীন লৈবে। ঙহাক অকিবা শক্তম চেনবা মীংযেংদুনা ফমথক ৱাথন চেন্দবগুম তারিবা মজাঈবুঙোদা য়েংলম

মনাই অচানবনা মজাঙ্গৈবুঙোগী লেংদা-হাইদা হকচাং থক থাম্ববা মুগা ঙবোঙচ্ছু হাকথংনজরম্মী।

তুমীন অমুক খুঙ্ত লৈতা ফমই।

অমুক, কাইনথঙ থাঙভম পুঙমদনা মমীৎ মীল্লু-দগী অরেপ্প লৈতনা পি শীন্থরকই।

থোঙ্গেন থোক্কনা থমোঙ্গৈনুঙ, থমোঙ্গৈ পাওদম পাওদম্ম, চিম্নাই লৈবক্ক খুম্মজ্জে।

"ঙৈমা নচাদা নীংহন্দবা পীনবীয়ু"

# অহুম

মহৌশনা মৈশা শাওলবা, কওলবা লৈকওলাদা অমুক মৈগী চীং লাশীংন চকশীং কোংগায়, কোংগায় কোংগায় থাওড়মদবা মৈশা পুদুনা লৈরক্লগা অমুক মৈকুপ-মৈওম্নওমলক্তুনা পোকথায়- চংথায়বকতৈগী কাং-বেক্লবা রারী অহুনা। মপুন্সাগী বারী মতা'' মতং, থানিল, অহীং সুওথিল থায়দ-নাইদা, লেপ্ত থমদা নীংশীংবা হোবকলে কবম্ব, থোং-দারকতৈ হুজাকফাওবগী ওইবা মপুন্সাগী মীৎকুপ্ত মহাক্কী পুন্সীনা য়াই-ফ-সুওঙাইবা হায়বা শক্লোন্দু পুখ-য়াওখ্রবগে ?

মতম অমদা · ·· ।

মহাক চমজরম্মী। খেন্নবা অয়াকপা পুন্স'গী মচুশিওদু থংজরমদে। অদুগা লৌনমশিও অদুম্ব। মরন অসিমক্তুনা, মহাক্ক চাদ-থক্তুরবস্থ পোকসকতৈ মপুন্স পিদোঞ্জবীদুগী নামৎমক্তা মাংদে খঞ্জরম্বনী।

হুজাক্তী লমচং পুম্ব মাংখবক্লবা !! থঞ্জরুতৈ, মহাক মতম চুপ্প সুও-বওননা, য়াম্ন নুওগুক-নুওঞাননা, থমোঙ্গনা লেঞ্জ থাংজরক্লে।

য়ুম অহুদা লৈনহৌরীবা সুপা-সুপী মীনাই ময়ামদু, ময়ামদু— মথোয় ওম্নমক নাংশীংলী। মথোয় মথোয়গী মমীং, ওম্নমক কাওদরি। মশম লোইশনবা ওমজদবী শমফাবী মীনাইসুবীদু—,ময়া থক-খা পুম্ব অমুবা য়াহীদাক্ক হামুক শংলবী মীনাই হনুবীদু, অদুগা মরেপ য়াওবীদু, মথোয় ওম্নমক য়াওনা নাংশী লী। থরনা মমা-মপানা সুওশি-থোনবী-য়ম্ব লেংহৈ-হাইহৈদবা মমীংশিওদু অদুম্মক মকোনরে, অদুগা ময়াইবক ফরিত্রা থীরিত্রা মথোয় থরমথৈদী য়ুমহুদা মীনাই ওইরতৈ মমা মপানা থোনবীরম্ব মমীংশিওদু নাথৈনদুনা অতোপ অতোপ্প মমীং ময়াম'ম

থোনজন্নবীরে ; নাপী চাবী, শঙত্রে, অদুগা মশা মউ নোঙ্গবী কোপচাও-
নবী মৌ নহাক্তুবুনা কাহেন্নবী থা-শরুক্তু য়েঙনরছুনা মীনাইনুবীমখেনা
"মঙা-চাবী হায়না থোঞ্জন্নবীবত্তু। অহানবদী লক্ল-শাওবা যিঙগৌ ওই-
রম্বদগী মতমদুদদী, মনুংগী হঙগোই থাগোই ব্রাবোলহ্ মাংখিদুনা মুপা
মুপী নাই খুদীংনা মহাকপু 'মঙা চাবী' হায়না অদুম্মক কৌন থংনবয়ে।
পুন্নমকসিনী—।

কবিগুম্বদা,—মথৌ মথৌ শঙনরকপদা কাংবু কাংবু ব্রাবীনবছ অদুগা
নোকমিন্নবত্তু। মনাই অচানবছ, শাশং পানবা য়ুমগী, খুবোম চাওবা,
কতন কৌবা অহন ওইরবা মীনাইদু। কয়ুম্ব পুন্সীদবু লৈরম-লেল্লম্বনো
থংদ্রবা ঙাওদববা ঙাওবা, ঙাওবরা ঙাওদবা থাকুবদাস লোপুগী অঙাওবনী
হায়বা মজ্ঞাঙ্গবুংঙোত্তু। লৈকোনশিঙছ অদুগা মায়কৈ মবিগী ঈশীংঙ্গ
নীকপা পুত্রীশিঙত্তু। থানিল অসি খুদীংমক নীংশীংলকই। হকচাং
নীকলকই। মশাগী থমোঙ্গছ মতোমতনা থেমজঞ্জরম্মী।

তোক্লো। নথৌছ থীৎ তোক্লো, লেপ্লো কদোবগে হুজীক্তী ওক্লে।

মরমসিনা মৌওইনরবী মমীৎ অনীছ কোয়ো শক্লোৎনখিৎঙ ঈমায়,-
নবী থম্বালগুম চেৎন, য়াম্ন চেংন, চেক্কেৎ উমশন-উইশন থাংজবকলম্মী।
থমোঙ্গগী তনীক তনীকপছ হৌরকই। থন্নকুরগমু কদোবগে—, থেম-
জন-থেমজন নীংশীং থৌনাগী পাঙগন্ন অহোঙ্গননা কনবা হেনগৎলকই।
মমীৎ উইশল্লগা হেন্নী নীংশীং শক্তমশিঙছগী ময়েক হেন্ন হেন্ন লারকপা।
থানিল, তোল্লবী মপোক, লেনফম থংজদ্রবী পুন্সীগী তমথীনবী মমীৎ
মীৎকুপ মপৈ—, 'মুক পোৎহাপ্নরক্লে ।
থমোঙ্গনা তনীক্লজরকই।

মদোম থক্কো, ওক্তবী মতৌনী। ব্রায় লমচৎ নাইদ্রবী, শারয়বী
মরমচৎলি। ব্রায়ক-ব্রাতেম ঙমদ্রবা, মপুরোইবনা লৈবাক ব্রাঙম-লান
ললোন থোংচৎনখিৎঙ, মশাবু ব্রায়ক ঙমজদবী হৌমশা ওক্তমবী

য়ুমলেপহৌবী মৌগুম লমচৎ নাইদবা মতৌদা ঙম্মে মতৌ, মখুৎতুনা শমজী লৈথেংথিডে, খুজং খুংচল্লডে, মচান্দুনা তিনশীৎনহৌদবা, অথী রাহৈ মীচৈহৌদবা, করি থোনা পাঙহৌদববু মপুরোইবা মীরাইবা মতৌনী হায়না নীংশাং রাখন্ন ওৎলকডে, থানিলনা মশা মতোম্তদা মশানা চৈজ-থাঙজরকই।

ঙমহৌদরে, মতমদু, য়ারবা, ফুম্নঙন ও রাখন থা কবিন্থ চৈ থাঙবা ঙমহৌদরে। থৌনা থোকঙমহৌদনা লমচৎ নাইদ্রবা মতমদু হৌখী। হৌজীক চৈগে থাঙগে খল্লকনি থমোঙ্গন'। থমে ঙ্গনা তশাঙ তশোই-হনা লৈরে।

মহাকী মায়থোংদুদা শাওঙমদ্রী মহাকী মায়থোংগী হায়ঙম তৌঙমজদ্রবা অদুগা ঙ্গন নুংশিখবা মতেংদু হুজীকপু থমোঙ্গীসদা উহনা লৈরি। মুংঙরী।

থানিজ মীংকুপ খুদাং মদ হবী মশাগী মথমদা মশানা হন্ন হন্ন মায়থী-মায়খুনফমতা ওইহনা লৈবরে।

তমথীরে খংল'মক্তদ লমচৎনাঙ্গদবা মহাকপু কাবগী মবাল উৎন শাওঙম-থাঙমদবগে। শাওঙমদরে' তেংক্লো, 'ঙমথৌবা মাবু করি থোকই কাওঙমদবগে?' কাওবো কাওরগে। কয়াবক তেমশীংই কাও-ঙমদবগী শকক শকক ওইরকই। হাংনকব' পূম্ব অরেম্নরে মপুরোইবা য়ুমবান-শক্লাইরবী থমোঙ্গী শেঙজবী কনানো, করম্ব হৌখীডে চকতনো লমলাম্নবা মরাখন্দ অসুক মথৌ কাইনা রাখম্নখিবা? লমচৎ নাইদবী-শিঙতনী, রারমচৎ ফিশাঙ থাবীশিঙডুতনী, মপুরোইববু মীরাইবী অহুগা ফিজী ফিনাৎ শাওহুম চাওখবাশিঙহুতনী। অহুদী মথোয়গা লমচৎ লেঙমাম্ন শাজৎ শামান্ন মহাকসু মরুম্নবী মপুরোইবা নীংদবী ওইরে। ওইরে, অস্নম খঞ্জবকডে মরালগী কোকথোংদু পুঙমদবনা করি-কুম্ব মীৎকী-মীৎকুপ 'মচু নঙ্গে' হায়না থমোঙ্গনা মৈচাক মৈচেম্নজরকই।

মীংসূগী পিশিডহ্ তা'রকই। মহাক নীংশী'ঙ্গব থোক্ক। মপুন্সীগী মশীং লাকঙমদ্রবা মীংকুপশিঙসিগী মন্নুংদা ওক্ক-থমদ মীংকুপ অমা য়াও-খিদ্রুনা মপুরোইবব্ব শমজং মীরায় ব্রাথন্নখিবা য়াওথ্রবগে তায়বা? 'মালেম-থক শীম্ন, লুতুঙ শমলাং শমথাক্কনা পুন্সীনবিবী মুপীজালক মামুক মপু-রোইবা নীংবী কনাব্ যাওখবগে ?' অসুম মহাক্ক খল্লরম্মী। মহাক্ক মীংকুপ থূদী' থমোঙ্গনুড থ'গান, মপুরোইবব্ চেং'ন থাগোন থাগোন থম্নুড-নাপন্নজরম্মী, কদোনী লমচৎ নাইদ্রে খংলবা মীশকসিদা মুপ্নগী শম্নাতঙসু শাওঙমলক্কবসিদা নাপলসু ডিং ওনখরবোই, ব্রাশক চেংতবী শী'দ চল্লবোই হায়না মশাগী থমাঙ্গব্ মশানা চিঙনজবক্লে। খল্লুরৈ, থানিলমীংকীপিশীঙ্গ শীঙ্গ থ'তনবা কপ্লত্রুনা চীনবাম্ন পেংৌনরহ্নবা অদুগা থারেপ অমতঙসু থমোঙ্গনা থারেপ নাতানঙমদনা, করিগুম্বদা, কঁথক্ক শমলীবা মীওইবগী থোঅবা তায়ব'ম পকবগুম্বা মপুরোইবগী ঈ চেত্রবা শচিঙবা মথোং থোংযাব্ চেংন কেঙ্গবুনা, ব্রারম মকা ফোঙজহৈদনা, কর কপ্ন মৈগাংনজরম্মী।

নুংজাও অমন' মকম্নবা হৌনশা চা'মায়দগী নুংওল্লকপা উকবদদা মরম লৈবোই মনা'নবা মীওইবনী। থানিলগী মতৌসিদা মপুরোইবা অচৌদ্রু অঙকপা অদুগ থ'না হৈনীংব পোকলকলম্মী। মরমদুমক থানিল মপুন্সীগী নাঙ্গতোম খলশকন' যাম্ন চেজেৎ থাগোন্নজবিবা মপুরোইবা মকাদা তনথোকচগে হায়না খঞ্জে। মসিমক্ক থাজব' মাংহন্নবা মরালনবী লমচংতু ওইরবা, মরালদ্র ভাকপীযু, ব্রাবক-চৈন্নাক্কবীযু অদুগা পুন্সাগী-লম্বী চুম্বীযু হাধনা, থানিলনা চংজবকই।

'ঐহাক্কী মংদনী-মংহৃদনী" থানিলনা অহীক্কনা মপুরোইবা মকা পাওদমজে "মংলান চাদুদনী, মংলান অদুনা তোল্লবী ঐবু অসুম কপহল্লে"

"মং!!" মপুরোইবা অচৌনা হঙই "মং!!"

"মংলান অহুদা" থানিলনা য়ারী—সীয়কই "সুপা অমগা থেঙনরম্মী। মহাক কনানো মশক-শক্লাইদে। মশক থংদে। মহাক্ল য়াম্ল শুকপা উমঙচুদা ঐগী ঈখুং খুদাংসি চেৎন পায়শল্লম্মী, মহাক্ল কৈদনো উমঙচুদা ঐবু হকচাং লাক্ল চিঙন-চিঙনা পুহনা চংলম্মী। মফমদু থংদে থুঙনাই-রমদে। ঐনা হায় 'ঐহাক ঈপুরোইবা নৈংবীনী ঈখুং খুদাং পায়বীগনু' মহাক্কী ওক্ত-থমদা হায়জবা য়াহৈ থক তাবীরমদে। য়াম্ল নীং তম্না নোকখিরম্মী।"

য়ারীহ্ তায়। অচৌ অশাংব নিঙশা হোন্দোক্কুনা।

"মহাক্কী মফমদা ঐহাক করিম্ল চৈঙম-থাঙঙমখিদে মহাক্ল লক্কে ঐবু। ঐনা লাওজে ঐহাক ঈপুরোইবা নীংবীনী হংয়না অহুবু উমঙচুদা কনানস্ল তাবীখিদে। মহাক অমুক উদরে। ঐমা থমোঙ্গ শোকহৌই। মংহুদী হৌথবে।"

"মহাক অমুক উদরে?"

"উদরে। ঈমম মমথী।"

থানিল তানীংবদু তাবা ফঙলমদে। লমচৎ নাইদরে থংলবা মাবু কাওঙম-শাওঙমদবদু করম থনথীবগে হায়বদুতঙ তাজনীংলুবনী অহুবু মপুরোইবনা নোকমিরহুনা মথাদা চেজ্রেৎনবীরহুনা হায়বীরকই

"নংগীসিদী মংগ্রেম হাগ্রেম্নবনী।"

মসি নত্তে তাজনীংবহ্।

পেঙ্গবা ঙমদে।

"ঐগী মং তাও। লমওক অমনা তাম্নরম্মী ঐবু। ঐবু মহাক্ল লাক্লরম্মী। ঐহাক হকচাং পুম্ব পীথ্রাই ওনথরে। নিঙশা হোনবা ঙমদহুনা ঐহাক্ল কয়াদা য়াবমখ্রবা। নহাক্ল হোদোকলমম্রবা সুমীংত্তু মংলাক্লরমগনী।"

"য়াম্ন কম্ন মাহেন্নকপন্থ ?"

"মহুনী ।"

থানিল তুমীন লৈ ।

থমোঈদা থল্লী

'ঐঙীদী মং নত্তে। হোদোকপীনবস্থ চংত্রমাল্লে।'

মমোন ওইরম্ব লৈনাশিংহনা মকানরক্লবদী কেনথিবী লৈনাশিঙ-ড্রস্থ লৈমায়থক কেম্নথি অত্তুগা পংন পুম্নথি। হোৎরবা মতমগীদমক কনা অমত্তনস্থ মুঙনাঙনদরে মরমদী লৈবাক শলাই তরেং লাকপা নিঙথৌরেল-মকস্থ হোৎরবা মতমবু হম্ন থুংলাম্নবা ওম্নখিদে। মুঙবঙ মুঙবঙ, মুঙশা মুঙশা, মতমশিংন্থু হৌনথি। হৌজীক্তী অরাবা মরাখলশিংন্থু থরতঙ শাফরক্লে। থমোঈবু তোঈনা অওং-অনৈনরম্বদ্বু চাঙহন্নরক্লে। অনকপা পাংত লোঙখোনবদা, শীংতেক-শীংনাং থুনবদা পিদোম্নবী মকা অহুক হাকপা মরমচং নাইদবা তৌরদরে।

থানিল, পিদোঞ্জবী পুন্সী অত্তুগা পুন্সীহুগী মথৌ য়াম্ন মামলকই। অঙনবা অয়ুক খুদীং শোয়কদে মতৌ অরৈবা চে' খুম্নামুক্লংন চাকথুম মৈমুংনহৈদে মতৌ লাঙনা চাকথোংজৈ মপুরোইবা অশোনবগী। কবিগুম্ব, লেমলম্বহু মহাক্কী শরুক্রী। অত্তুদগী অমনবা ফনেক ফিমন্দু শেংচঞ্জ তুং-গোল নাক্লীং রৈন মানশন্দুনা লোং শেগা য়েপ্ন অনকপা অথাপ্ন লৌরী-লোথো', পাংতম্ব-থোংদাই খুদীংদ ভাকুপ ভাতায় থরতঙ হুমজ-থিজা চং-চরম্মী। ফারকই। অত্তুগা ফারকপশিংন্থু পোংশেং-পোংম্নেহোক থরনা খুজা কনাদা হেক চংজরুই, চেং খুম্না থরতংগ ডাওন-চেংওম্নজরুই। মসিনা শাফে।

মপুরোইবতঙনা পেম্ননবা অহুগা অরাংনদে থন মপুরোইবনা মো-মোম্নবত্তুতঙ য়েঙজ-উজনবা, থানিল মুপীপোক ওইদুনস্থ পাংগনগী চোক-থবা লৈতনা মহৌশা লাইরেম্বী মশাই-শাইগোনথা চাক্লী ফিনি, রাদ-হৈদ শা লেঙরকই।

অনৌবা পুন্সীগী লৈওন নত্তে। মহৌশাগী মহৌশা থানিল মপুন্সীনা থাগোন চেৎন লেপ্পরক্লবা পুন্সীগী মনাংনী অসিদী। করি রাকম ওইদে। মালং নত্তে। কৈদগীনো ওক্ত-তৈদ নোঙদমখোন য়াম্নবা অমনা লাকখি-বত্তুতনী। শাফগদ্রা থল্লুই। মপুরোইবগী মীং থরভঙ মীংপেম্নহনজ-নীংল্লবদগী—। মীং থরু লড়লবা, মাল্লী, মীং থরুহনবনী, অরংব পুন্সীগী যুমফম্নী, লৈবাক নিঙ্ঘৌ-খুংশম্নবা লনগৈ পুকৈ পাবা যাইফবা মফমত্তদা পুন্সীন শাইদাঙজগে চংল-িম্নবনী। পুন্সীনা করি কদৌমুড থোদোক থোদোকশিঙড়গী মথা লৈ াম্ন অম্সু চৈরাক ফঙলনী থল্লুবদী মংলানগুমখি, থল্লদ। তিন্নকইঙে পিদোঞ্জরা মপুন্সী কল্লনী লড়লনা থঞ্জকই অড়মক্তনা ঈমংচুদা খোংদা-খংলামল্লুবনী। থলম্মী কাংলনী, শন্নংঙ হবাওরুঙৈ মরাথন্দুনা পুন্সী মাংনবা শক্লোনবগবদা?

খংলুদঙৈ খংলুদঙৈনী কবিওন্বা থ লম্নবদী ঈখী লাঙনক থনুঙ কঙলবী তপচবী শঙ্গী অমোমড়না লৈকংলা ম্নায়গী অথক-অরং লৈ-ঙোইগী শেক্তা মশেক্তা ঈশীংনী থন চেনশন চোংঙশন শা রাহঞ্জবম গদ্রা? ওইদে।

পুন্সিগী হাক্কন্দ দাওনা মিহৌ তোঙ্গনবা কাইবংনী গা তাঈবং-ফুগী থরায় লোংঙন মীংঈংনো। কবিকু চেনশল্লেই। থদৌম্নং চোঙশল্লমোই। ফুব যবমচং মক লোংঙলকঙৈ ঙম্লে মতৌ চেন মী-থক মীংলং পুন্সীনী মশাং শাইজান ঈচুম তাকম খুংতিঙঙৈল ঙম্লনী রাথন মাংওই থা মোঙইনজবী শমজ্ঞীবু ঈকায় খুম্নখিদবা শমজ্ঞী লৈথেংখ্রব লমচং নাইদবা মনাক নপচ তাঙজা পুন্সীনা য়াইফকগদৌ শকক মপু রোইবগী খুম্নাখা চাদ-থক্ত পুন্সী চুপ্প শুম ওল্লা থাইন থাংজগে থল্লবীনী।

তাইবং পানাসদগী মাওইবা কাংবু—, থানিললনা মদোম থমুক্ত য়েন-চেংন রাশরুঙৈ, তুম্ন মাংখিসনু, উ, রা, উবী, রারী হিঙবা নাইবা ঙম্নমক হুচেম্নহুনা, হুচেন্নবী ঙাক ওইনসনু, ঙম্নমক মাংন তাক্লখিসনু। লৈকংলা—

যায়দা করম্বা, হেঞ্জ-নৌজবী তথোৎনবী লৈবাণ্ডবু লৈশাংনণ্ডম্বগে ? অহু-
গুম্বী তমথীবকচৈ তাইবং মালেম তুবহুদা পুন্সীনা চাদ-থক্ত হিণ্ডবা তাব-
বস্ত ঈপুরোইবতবু ফঙঙ্গরবদি, থানিলনা রারেপ রাত নঙ্গৈ মদোম, ফণ্ডঙ্গ-
ববদি মখোংগী খোংয়াম্বা চেৎন থাগোঞ্জবক্তঙবু ফণ্ডঙ্গববদি— করি-কদৌ-
নুঙ পুন্সীনা, থমোঈনা অহুগা ঈরাথম শম্নাতওম্লু অর-নাহেনজরম্লোই ঐ।

থাওন-থাজংনরক, ফৌকশিঙনা ফোবাম্বী ওইনরক। শাবেপ শা-
দোম লেপ্পবক্লে। লৌফম লৌফম খুদীং অশংবা ফৌনাগী মপৈনা
ঈপোম হোনরে। কোবৌ মশেক লীকশল্লক তাবমদাইগী তঙাঙলবা
নুমীৎকী মশেকলক অহুগা শাহুম পীকপা নুঙশীংকী নাহেজবা শাহুমলক
ফৌনাশিঙদুগী নীংথীজবা মতৌ লাওবা মরমচৎশিঙহনা করম্ব হেদোঈ-
ঙেগা নুঙঙাই থোইবা রাখনবু পীঙমল্লিবগে ? মহাক্কী, মীওই থৌনা
পক্তবা মশাগী কায়াং শিঙহনা ফাজন-পুনশিন থম্লবা মথমোঈহুদা, হেদোঈ-
হেগা তবাই থোক, শক্তম নীংথীজবশিঙসিনা থমোঈগী মৈচাক মৈরাম্ব
তোঈবা চারুফমতা ওইবক্লে।
থমোঈনা মৈচাক চেল্লি।

তীনফা কাকফৈলক অদুগা ফুড্রীৎখ্রবা নোঙগী নোঙলক-নোঙলক
মীরৌ-ফম লৌতাঙজা লৌরিঙজকবা,— মতমদু হৌখরে। কাওথোক-
লুই। হৌঙ্গীক্তী লৌরোক পান্থা মমায় চুমলক্লে ঙসী হয়েঙতা মঙাইরে—
রাজবাসিনা থাঙশেং লাক কোকশেং শেং, লৌয়ৈ লৌরোক অমুক চৎলু
য়াওরুখ্রগদবা। নুপা ওইবা মহাক্ল, থরুতঙ মীওই মতৌমরম থৌনা-থৌ-
জেম্মরম্লবা, তোঞ্জবী নহাক অস্নুম করি কদৌম্নুঙ হরু লেল্লম্লোই। নুপী ওই-
বা মথৌদাঙ মথৈদুতঙনী—, মপুরোইবা অচৌনা ফৌনাশিঙদু য়েঙন-
য়েঙ থমোঈ হাক্ল অরা-থৈন থন্দুনা লৈ, নুপগী নথৌদাঙ মচেৎনজবা থর-
মথৈদঙ অদুতনী, অদুগা মপুরোইবা ওইবা ঐহাক্ল নুপা ওইবশিঙগী ঈচং-
ঈথৌ মনাৎনবা থৌদাঙশিঙ'হু—,। ঐহাক্ল য়াম্ন পাঙগন থেক্ল নুগনী।

য়াম্ন তম্নথীনা ঈংলবা পোইমুগী অদুগা ব্রাকচীংগী উনথাকলক্নু, লাঙবনগী মৈহৌ লাঙপোক্লবা, শাৱবা মৈশা লক্কু. অদুগা ঈঙা ঈঙেনগী য়েমশাক ফাওব্রবা নোঙগী চৈফুশিঙহু, -মথোয় কনাবু কৈদ ঐনা কাঁরম্ন থুকচান-রম্লোই। ঐহাক ৱাগনী, অশাংব নিঙশা তোন্দোক্কুনা, কারকৈঙে হুমাঙনা চাম্নবা মুপা ওইবা ঈশা ঈহকচাংগী কয়াৎ কয়াৎ থুদীং মৌওইজবী মকম ফম্বাক থক মথোয় খুদীংগা লান্থেঙনরুকৈঙে অৱা-চৈনা—, ঐনা নীংন-তম্ন পোৎথারগনী।

মদুদী করম্ন মপোক্তনো ?

ঐহাক খংবা ঙমদে। মীওইবনা মাগী থুঙব্রাইহৌত্রবা অপাম্বশিঙহু পুদুনা মথংগী মপোক্ত চৎনবা ঙমখ্রবরা ? মহু ঙম্নবরা !! ঐহাক অমুক ৱানঙাই করি লৈ ?

মহাক্তী লেঙথা-পুমথানবী মরুং থাবী-নুপী নত্তে। ওইন-নাওকেনজা থোৎচ-মেঙজবদফাওবদা ঈচং থোব ঙমক্তব্রিবীনী। ঐ ঙম্নমক খীবীক খংই। খংই কদোনী থোৎচবীসিনা নুপী-নুপা অনীগী পাঙগন মুপ্ন চেম্ন-পুনা লৈরে। লৈহীগা হুগা য়ান্ন তিম্ন থক্লবা অসিগী মাম্নথোংগী মতৌ ক নানা কৈদা য়েঙঙমগনী। মায়থোং, মাগী-মতৌ, কমদোরমগনী ?

মতোমতা হঙজরম্মী। অদুগা ৱাঙাং থোক্ত, ব্রাহঙশিঙসিনা তোঈনা তোঈনা হঙলকৈঙে থানিলবু মথা থাবক চেজেৎন, কোম্ন কোম্ন করিগুম্ন মতম অচৌনা ঙৈনীকচরম্মী—

‘হুগা লৈহীগা। করি নোঙদমখোম্নো ?’

থমোঈনা তনীক তনীকচরকই।

মরাথম্ন অম্নম থল্লকৈঙে, থানিলনা নোকপা—, নোকপনী থাজ-ঙম-লক্তরে। থানিলগী হরাওজরকৈঙে চীংলেম্মজবী মাম্নথোংগী শক্তম, লৌনম্বীনা থল্লক্লে। লৈরাঙনা ফুগাঈরকৈঙে নীংথীবী শক্তম, লৈমন চমথমা লোৎলী থন য়েঙঙমলক্তরে। তাইবংগী নীংথীবা শক্তম হাম্নবা

কাংবুমথৈ ওইদ-লগুথাক্লগুস্ব ঙাক্লী থল্লক্লে। মহাক্ল রাদবা !!, অচৌনা মদোম থল্লী—,ঐবু থংদববা ? হু থকপা হুনাইদবরা ? রাহঙ অসি হঙহনা করি থোকই তৈনবা পাওখুম অসিবু তানীংঙাই লৈবা ? পাওখুম্ন রাহঙদা পুনখ্রবদা। পাওখুম অমুক ঙাইবা শাই। তোক্লো থমোঙ্গ নহাকপু, অচৌনা মনাক হৈতাঙ-লৈতাঙজরিবী থানিলবু মুম্ন য়েঙন-য়েঙ থল্লকই, কবি থোকই ওইদবা থৌরাঙ কোংগায়সি লাংগে হৈগে থৌরাঙবা ?

মহাক য়েঙঙমদবত্তনা লুরাক্লরম্মী।

লৌপুকশিঙ—য়াম্না নক্ল লৈরে।

খুনগী মুপা মুপী খুঙ্গা রাৎত পাদা লৌফম লৌফমদা পৈন-তিম্ন-ররে। খোঙেলশিঙহু থানিল-তারম্মী য়ুমদা ঙহাক পন্দুনা লৈঙমজুদে লৌযৈ-লৌথাওদা পুমবুমনবী পাম্বোমসি চোকথরে, তনৌজবীশকশিঙ নোঙজু-মুঙশা কুমথাংলবী উরীলৈমায় খোংনেনংবীগুম হীকথরে, কুইরবগী তুঙ নোঙমা ফমথক্ত ফম্নফম্ন লৌবুক চৎকদবগী শেমজ-শাজরিবী থৌজিজবী মতৌ চেনবী থানিলবু য়েঙলহনা থল্লকই, মসিদী ঈরালগী ঈরাল, ঈরাল্লশী মশক্লী। মরমসিনা খনগদবা কয়া মীৎকুপ কোংগায় থল্লুবগা অচৌনা হায়।

"নহাক অমুক চৎলগনু।"

থংহৌদনা, থাজদন', কৈদগীনো খংদবা মপুবোইবগী, খোঙেন লোইম্নবা রাহৈশিঙসি থালিনা তারকই। থানিলগী মফমদা,-তাইবংসিদা পুম্নৌনৌবা পাও অমা থুঙলবগুম থোকখী। তাইবংদা অনৌবা পাও অমা থুঙলখী। লদুবু অঙকপা কোকথোং, ঙক্লী রারকৈ রাদ-হৈদশা চেংকোক কোকথোংনবী শক, থমোঙ্গদা ফাজঙ্গ-নোকমিজথী—

"চাত্তরবদী—" থানিলনা খোঙ্গরুম্নৈ "অসুম ফম্ন লেল্লসিরা ?"

ঐনবু চত্ত-থুঙদা খোল্লাবা নংঐ, হায়য়ু কনানা চীঙ্গাক চীহন থাকঙ্গীগবী,—। অসি নত্তরা মুহাক্লা হায়রিবসী ? অচৌনা মদোম

থন্দুনা লৈ, অসি নত্তবা? অত্তদগীদি ব্রাহ্মস্ত-পওহঙস্নু তাইবংসিদগী তোংজ-হৈজকম থংদনা মাংখী। মতুমক্তনা অমম্বহু, থোনা মাংলকপ্তে কমথক ওংনলেনবা মীওইসিদা শীন্নখিদুনা -- অচৌকপদা ওইখি।

—অদুগা পুন্সীগী, পুন্সী অসি চুপ্পগী ঈমীং অসি উমশন-উইশন্দুনা ময়ম পুম্ব অমম্বদা ময় অহুম্মক তিনশনহঞ্জবনা কবিনো ঐগী মহাম্নগদবা। লৈত্তে, মীংকুপ কয়া কয়াহু অসুম্না মদোম পাওহঙ তোইজখি মহুদগীদি মহাক থমোঙ্গনা খংজগে উগে তেমশীংলকপা ময়ম পুম্ব উমশন উইশনবা মীংকী অমম্বদুদা তিনহলখি অমুক শুক্লবা অহীংহুদা, খুদীংমক কম্ম কম্ম অহুমক নমথহুনা লৈঙুং চনহল্লখি।

অচৌ, মশাবু অচৌকপদা থুংশীন্নজরম্মী।

অঙনবা অযুক্ত, য়েন্দনবদা, নোঙপোক চীংদোল সনা হেনবা মকমদগী কোয়োহনবনা চাঙহেন থোঙ্গনা ঈংব, মীং থক্লহন্দবা মুঙশিবা অদুগা তনৌ ভাঙ্‌ানবা মডাল পুদুনা নোঙপোক থঙবা 'তিয়াদা থোংদোই তপ্প তপ্প পাইথংলকপহু উই। থরত' লৈখংলকপদা মহাক তমথীবা মতৌ-লাঙওন লৌরকলমমী। তহুগা মশেক-মঙালহুদা মীংথরবা মতোহু চেল্লকপনা মীওইবা কনা অমত্তনস্থু থোনা ফনা য়েঙডম্নবক্তরে। য়াম্ন তেনবা, অয়ুকী থবক অসুম্ন পুই। অদুবু ইস্বম থাজীন য়াংশল্লকপনা পোঙ্গনু থাগী ওইবা তোঙানবা ঈতোপ-তোপ্প মুঙশিবা শক্তম অমস্থু পুহুনা লাক্লে।

অহীংগী অঙ্গংবা লীক্লানা অশংব রাশা-উশা লৈনাশিঙদা অদুগা থোংনেৎ কমগী তুমজবী নাপী মতোনশিঙদা পক্লবহুনী—অদুগা ডাঙ্‌্রানরকঙৈ মুমীংকী মশেক্লা য়েহুনা মথোয়বু মুক্তা শক্লোহল্লবহুনী। লোখোংশিঙদগী রাওথাঙনবা অঙ্গংবা, কুণ্ডলবা ঈশীংগী টনিলশিঙনা তপ্প তপ্প অতিয়াদা পাইথংনবকপদুনী অদুগা অশাংপী লৈশিঙনা অঙ্গংবা লীক্লাগী তেংবাংহুদা অহুম্মক তেকচ-নৌজদুনতা লৈজবহুনী। অঙ্গংবা মুংশীংনা শাহুম থরতঙ কনথংন হুমলকপ্তে উনা রানাশিঙদা পক্লমম্ব লীক্লমথৈনা

কাগন-শেংন শক্তমপু কেঙ্গনরকপহনী, মহনা রানাক-উবাক নক্ল চৎপা অচৎ-অওকশিঙদা তারকপদা নোঙথীকলকপোই নীংহনবা অচুগা অভি-য়াদা য়েঙনকবদা ভাঙ্গ্রানবা মুমীংকী মঙালনা ফ্রদোংলম্ব. নোঙমঙ-শক-থংদবা পাল্লবা, কুচু শেঙজবা অতিয়া ওইরম্মচুনী।

মহৌশা লাইরেন্বী নহাক্কী ঙন্নমক অসিবু করিম্ম থৌনা চেন্দ্রবরা ? থমোঙ্গদা করিম্ম ফাওরদরে। পুন্সীগী মৈচাকসি ঙন্নমকসিনা করি কৈদা শন্নাগী মফৈ কোকহনবা ঙমদনা অম্মম্মক ওমচান্নুনা লৈহল্লে ঐবু।

শক্তম খুদীং য়েঙই। অম্মম্ম লকাম্মুঙ রাকৎলী।কুমগী মুঙওনবা থা-জংতা থাজিলনা, অমুক, কাওকবা রারী নীংশীংককপগুমলকই– লৌখাও-লৌপাঙবনী চৎলীবসি। য়োগদবা রাংলী খোংলোই কনা য়াওদে। তাম্নদী উরে. লৌফম ময়ায় লেপ্লীবা লাইওইরবা হঙ্গবা খোঙনাঙ। মহাক মশা-মরোং পুঙলী।

খোঙেনশিঙ ভাবক্লে তাম্ন-তাম্ন। য়োরে থল্লকচৈ থানিল শমলং শেমলে চংন-চংন খাংজেংক কেন্ন চেৎশল্লে।

মুঙশিবা লৌরী মচা চেল্লী। থমোঙ্গ তাবা তহাজৈ-কৈদগীবু থেক-লকপা। খোংথাং তোঙ্গবা শংগোম্ন কৈদগীনো থেকলকই। খংহোদনা লৌপুক ময়ায় শমজল্লক্তুনা শংগোন তোঙবা মুপা অমা নোম্ন-নোম্ন লৌরী রাঙমদা, তুশেঙ্গবী মনাকমক্তদা লেপ্লরে।

"ঙ্গবেম্ম—?" মুপাহুনা কৌরকই থানিলবু।

"তাদা—" থানিলনা লকল্লুনা, শকথং শকথং শকথংনীংদবা মতৌ পুনা খুমলকই "কৈদা লেংবীবা ? করি থবক লৈবীবা ? করি লমদম পাঙবীবা ?"

"ঈবুং—" মুপাহুনা শাদোং থক্ত নোমহৌরদুনা মথা তারকই "ঈবুং চীংনাক্ত চৎচরুবনী। লৌপুক শম্বসিনা থর-খীৎ থুরগনী থন



শরসকইবনী" খুম্ববু মঙহন্নে হঙলকই "কমদোবীরিবা ঈবেম ?"

খুম্ব তারেদনা, খুমলকই

"তৌজরিবসিনী তাদা-ঈচে ঈচন লক্ত ম্নাওজরি।"

"আঃ—" শগোম নোম্বদা মহাকসু য়াওই "মীয়াম তিল্লিবা হঞ্জবা খোঙনাঙ লৌফমসি ?"

অহুক কুপথবা। থংলে করি থৌরাঙনো হায়বত্ন। নপু ননাই চুঙশম করি তোঙতৈজ শারিবা। মীর্রা-মীনৈহনবনী নপু-ননাই থৌরাঙত্ন।

থানিল ঙম্নমকই থংই। থমোঈদা কাওই অত্নবু খুমগী—

"অহোঈ—হঞ্জ-খোঙনাঙ লৌফমসিদনী তাদা।"

"হঞ্জবগী লৌফমদী পঙর'ৎ রাৎম্ন:বে'ই"

"অহোই। ঙসী হয়েঙ—, নীনীহুম্নীদী রাংলখিগনী।"

সুমীৎ অত্নমা শগোন তোঙবা ম্নপাত্নমা মচীনথোক মখাথোক ওই-দবা পঙথৈ লৈত-লোমদা ঙাংলম্নগা চৎথরে।

অহীং অত্ন থানিল ফোংদোকক্কম লৈত, মকাফোঙদোকহৈদা তুম-ঙমজদে। পুন্সীগী অমুকঙ্কাওবা শকথেঙনররোই থল্লবা মহাক, শোয-রোই, থানিলনা থংজৈ, শোম্নরবোই ঙসী হয়েঙসিদা ওইদবা থৌরাঙ কোংগাম লাংলরগনী। থৌরাং থৌরাং কোংগায়হনা হৌজীক করিবু পুহনা লাক্কদবা ? তুশোংজবী পুক্লীং মরাং মরাংই।

অহীং তৈনবত্নুনা ওস্তোক্ক চীকই।

# মরি

হন্দক মবক্তী সনা কোম্নুং মন্নুংদা চম্বেৎ-চরাংনবা থোক, মহৈ মহৈ লৈতানদে হায়।

অসিনী য়ুমগোয়-য়ুমশেম্নবা ঈমুংগী মীনাই মীশনশিঙনা তানবা হায়ববু লাইনিংথৌ অনীদী চীংঙু নমথঙনী, পূকচেল-খোঙ্গজেন্দ লঙলা অমত্তগী লঙহীনী, থম্বায় মিবেন অমত্তনা হকচাং পোলাঙ অনী লোঙন-পান্ন তাঈ-বঙনবকপনী —অস্নুম্ন তানৈ। অহুবু সনা কোম্নুং লম্নুংদা হন্দক চম্বেৎ চরা ঙনবা অমা থোকই হায়না তাম্নিবসিদা ঈমুংগী মীনাই মীশন হুপই ঙক্লবদা—। অহুবু শোয়দী শোম্নরম্ন্রোই—য়ুম্বুবেনবা থাকুরমনাই লৌপুনা মচা অঙাওবসী হুন্দোক, য়ুম অসীগী থোংগান রাঙমা লান অস্নক তোঙ্গনা সনা কোম্নুঙ খোলেং তোঙ্গবদী অমুক্কস্নু য়াওখিদ্রি।

সনা কোম্নুঙ মাহী লাংই লৈবাক রাওইনবা শেঙদা শেঙলগত্রা চিঙনবগী মরম হায়ববু য়ুম্বুরেনবীনা থাঙ্গনতৌ নত্তবা, হোন্দোক থোইদোক্ল লাইশংনাক্ক তোঙ্গনা লৈথংলকপা, হৈ লৈ, কৎলল-কংলহুনা সনা কোম্নুং শল্ল ওল্লহুনা হৈকক কংলকইবসিনী।

তশেঙনমক মৈতৈ সনা কঙলাম্নুঙ লৈমা শীজা খুদীং অঙম অথৌ খিবীক লাইনীং পরৈ ঈচেৎ চেংনবকই মতমহু। ঈকুই কুইদম্নি মনাও ঈবুংঙো লাইনিঙথৌ চীংখোম্বনা লাইনিঙ পরৈ চেংপা গুকথিবীক লুনা তৌবনা সনা পুক্লীং শোক্ল, শিম্ন-লোম্না পানবা কঙলা ফম্বান কুফমথহুনা লমলেন হিজিগাং ( লাঙথবান ) দা সনা হকচাং লেনখিবস্নু। বামন মচা অমতঙ হাংল্লু, সনা পুক্লীং কায়খ্রহুনা কঙলা ফম্বাল লুববু থাদোকখিবনী - হায়বা, লৈবাক পাওনিম্নখিবহু। অহুবু মৈতৈ লৈ-বাকতি কৈদৌখিদে, মম্নাংম্নু অহেনবা লৈবাকথনবা মীয়াম চানবা অচুম লৌচংপা গুরু খিবিক লাইগুম থনবনা, মনাও মহুৎশিন অত্তুম্মক

মহৌশা মৈতৈ নিঙথৌ ওই হকচাং অমত্তনা লৈমাবা ওইগুম মৈতৈ লৈবাক্কপান্, ফম্বাল কাখিবা-কুমজা ফাবদী তরাইথোক—থাবুম তরুক তরেৎতবু মঙায়রি সনা কোম্বুং মসুংসি ঈরৈ লৈত্তানরক্করে।

নোঙদদী লাইবানবা থাকুর বামীচ্ থাকুর মনাই লৌপু য়ুম্বুরেনবগী তুঙইনলোই ওইগুম চেকশপ্পবা লাইমুড ওংবা কৈরুক লৈরুক—পোলাঙ থম্ম হাপ্পহনা লোপুগা সনা কোম্বুং কাবা যাওখি । মনাই অচানবা—অমুবনা—অনীগী সনা কোম্বুং পাঙখিবা মতৌচ্ মখৌ লাঙগন ঙহাক খুৎথা, তাম্বদগী য়েঙহনা লৈহৌই মুমীৎতু।

সনা কোম্বুংগী রাথোক লাম্বোক করি থংদে মজাঈবুংঙোদী নোঙ তম্ম হৌদোরক্কে। মসিনস্ন কৈ, অচানবনা থস্থরকই, মসিনা য়াম্ম শাকৈ অদুনা ওইদবা পাওনা শরুক-পোৎপুনম্ব পাও হৈন-শিঙনা তমই ।

মনাই অচানবনা খুমলকই।
"বাহৈ অমা 'নীদা নংখিদরে ঈবুংঙো।"
"অম 'নীদা নত্তে!!—" মজাঈবুংঙোনা চৌনচুপ্পরুক্তৈ হাংলবা কোন্দু খুৎপায়নরি থংদগুম পায়ন-পায়না মরক থৎনা মনাই মম্বাম্বদা ওনশল্লহনা থমোঈ পেনগুম হঙলকই "অম 'নীদা নত্তে? হায়য় করিনো 'য়াম্ম নহাক মফমদা ঙাংলু-শকলুবা—কয়াম কুইবা মতম মতু পো-গু বীচুগা বাবী-রাতাইনকরপা?" থমোঈদা শাগৎচরকই। হৈরাঙ-লৈরাঙনা থল্লবা লাইবক হেনবা শক্তম মপৈ—, লৌবুক!! লেং হাইবা ফোনানা থনবা—, অহাংবা অতিয়া, উচেক্ক নীং তম্ম পাইবা, অহীংগী লীক্লাস্ন মকংদবা নাপী—ঙহুগা — মহাক অসিদী এগী লাইবক্ক কৈদগী তম্মগনী। অচুব মীনাই অসিদী ফঙলে নরাইবক হেল্লী য়াম্ম অচানবা, মথ তারকই—"হায়য় মহাক্ক মতমচুদা করি করম তৌবা?"
"মতম কুইনা শকথেংনবা ফঙলক্করবী ওইবনা ননাইচ্ মজাঈবুংঙো শক্তমবু খুদোঙ চাবা অমদা অমুকঙ য়েঙজ-উত্তনীংবা অদুগা ঈথে

লাওজবহু ননাই য়াম্বনা য়েঙবদা সুপীজা ওইবী মমায় মায়থোংদা মতৌ লাওনা উই—"

ওইদবা !!" য়াজদে অহুবু হরাওকমদী ওই। হরাওরুই। হয়াওরুবা মীৎকুপ য়ামবা অহুগীদমক মতোমতা অপং-অতা শীজ, ঈকায়জরকই। শকফম থওহন-হঞ্জল্লহুনা ওনথোক্লুনা থাংলকই "ওইদবা। ওইদবহু ডাংগনু য়াম্বা। মহাক্ল মপোকতৈ ওইররোইদবা মতৌ অহু পুতুনা ঈহাক-থক্নীনী হায়না লৈরম্ব। ওইথোক্তে। হায়য়ু নহাক মহু থংলকই করম ?"

"তাবীয়ু—" অমুবনা অকন-অরাক্লবা ব্লাহঙ-পাওহঙগী থোন্দু কিজবগুম "তাবীয়ু। য়াম্ব হায়ওমজদবী মতৌ হওলকই—।"

লোইত্রিডৈ থংনীং-লাহং লুপ্ন-মরক থৎলকই

"করি ? করি !!"

"মজা ঈবুংঙোবু কমদৌরি ? মতমহুদা ননাইগুবীহু মমায় জুকথ-নোম্ব থাংজথিবনী।"

তায়। চঙক্লনা মহাক মায়থোং জুকথরম্মী।

য়াম্মা কুইনা চীকশল্লুরগা

"য়াম্ব সুওঙাইরি। য়াইফরি" শোনগুম ডাংলম্রগা মনাঈদা হঙলকই "নহাক করি খুমলম্মী মফমদা ?"

মনাইদু কৈদনো তুমীন লৈথরে।

"পাওখুম অহুদী য়াম্ব লুই" মনাইনা খুমদরিডৈ মজাঈবুংঙোনা মথা তারকই "তগুপ-তয়াই খুমহৈবা নত্তে। হায়য়ু য়াম্বা, করিনো মতমহুদা নহাক্ল পাওখুম ওইনা খুমলম্বহু ?" তুমীন লৈ।

"থরতঙ হৈজরক্কে—।"

"হৈরকউ—।"

মনাইনা অহাংবা চীন্দম কোন্দ হৈজে।

থুদক্ত য়ুমাইনা শিঙলি পকনা শীনখি। মহাক্তী মশা পুম্ব হেদোই-হেগাবা হয়াওবা ব্লাথম্ব থনখি। সুমীৎতু মাগী ব্লাথম্ব, থমোঈনা

পুন্নহনা অমত্ত ওইনা করিনো হয়াওবা ঈশৈ শকথি। করিঙ্গুম্বদা মথোয় পুন্নহনা হীক্ল কপথিবহুনী।

মনাঈ অচানব অমুবগী মফমদগী থানিলগী লৌখাওফম থংলে। মতম থংলে। অদুগা মনাই অচানবনা মতোমতা ফম্নহনা থোক্লগদৌরিবা শক্তম কয়াহু শং শং য়েঙলহুনা তুনীন লৈ। করিনো ? অমুবনা, মথৌ কমশম্নরকইবা মীনাই মপৈদু য়েঙলহনা থন্তরকই, কবিনো? থংলে। তাম্ন উরে লৌপ্লগা থাকুর বামীগা সনা কোন্নুও কুমলক্লে।

মুমিদাও য়াচংবদগী লৈথবহুদা থাকুর বামীহু চাক থোঙহুনা, মৈনাক্ত করিনো রাথন অমদা তুমীন থল্লহুনা, মুৎলিবা মৈঙানহুদা ফমলম্মী। মথুংতা ফিঙাংন য়োম্ব লাইরিক অমা পায়, মরেংদা ঈরু খুদৈ য়াল্লী। য়েঙবদা লম কোয়রকপা মীশক্ল তামথৌববা ময়ুম নীংশীংলকদৈ ফমহুনা তুমীন লৈবহু মাল্লী।

থাঙপোক থোংজান্দুদা মরেপ্ন থর থীৎ হেম্ন রাঙ মনাই অচানবনা নোম্বরপ লেপ্লহনা থাকুর বামীবু কৌবকই

"থাকুরা লুক হৌরিবরা ?

"কনানো ?"

"ঐনী—"

"ঐ হায়বদী— ?"

"মজা ঈবুংঙোগী মনাই অচানবা"

"লেপখো, ঙহাক্ত লেপখো" ঈপা পাথৎকুম ঈফিঙ ফিঙই "মনাই অচানবা। ফর্মসি-ফর্মাস। মীৎকুপ অমতা ঙাইখো।"

থাকুর বামীনা ফিঙাংন য়োম্ব লাইরিক্তু চন্দোল উপুদরা কৈদনো থমলুরগা লাইমুঙ চল্লুববা ঈশীং অশেঙব হাপ্ন কোরী কোন মচাহু পায় থৎলুরগা থোবকই

"অমুক্ত চাইথোক-শেঙদোকহৌখিগে" অঙ্গংবা ঈশীং মরীক মরীক চোঙহল্লী অমুবগী কোক্ত, হকচাংদ "ওম শান্তি শান্তি" থমলুই।

থোরকই। হৌজীক্তী থোদাঙ কোক্লে মত্তৌ চেন "শক্তম্ম ঈয়াঙ-য়াঙলদুনা "অচানবা ঐগী আশ্রমদা, মহুংদা চংলকউ— করি হায়গদবা—? শ্রীআনুপ প্রভুগী প্রসাদী লৈ—চারুলাও।"

মীৎকুপ স্বপ্নগী অমতঙনী হুজীক হৌথিবা অদুগা চহী কন্না অমাডবা ওইদুনা লৈকুরবা ঐহাক শেঙলে, অমুবনা সেনি-মাহনি পাওখুম অমত্ত পাদনা তুমীন থন্দুনা চপ লেপলী, ঐ শেঙলে—। মীৎকুপ কন্না কুইনা শেঙগনী? নোক্নীংব রানী-। থাকুবা বামীগা রারী শাবা হেক লোইবগা ঐ যুম মচা অসি থাদোক্তুনা চংকনী, অদুদগী য়ুমজাও অসি য়োগনী - অদুদগীদি—ঐ মহাকী অচানবা অমত্ত ডাইবা মনাই অচানবদু ওইরুগনী, অদুদগীদী অশেঙবা ঐ অমুক ম'ঙখ্রগনী। হৌঈ—অমুক হেক শেঙবদা ওনশনবা য়াই, হায়জদুনা -'থাকুর বামী —চানবী হৈবা লাইবু শেনবা মনাই অচানবা ঐবু নংগী ঈশীংদু মবীক থরত্তঙ কোক্না থীকপীয়ুব'—' মহাক্না ঐবু লুনা তৌই শোয়দনা থীকপিগনী—। অদুদগী ঐ অদুম্মক শেঙলে—।

করিনো? মনাই অচানবগী হোঈনী-মাইনী চংদবা চপ লেপ্ন মত্তৌদু থাকুর বামীনা অঙক-অচাননা য়েঙই। মহাক্তী অমুম্ম হেক্‌হেক মহৌশা শক্তম পুগল্লী, থাকুর বামীনা য়েঙলদুনা থল্লী, অদুবু ঙসীগী অসিদী ঐগী রাবু থৌওইদবা অমম্ম য়াওরে—অঙাওবসিনা নমচৈ থাবীবক্তুত্র?

"কৈদৌরে! অচানবা! কৈদৌবে চংলকউ। তাদববা? শ্রীআনুপ প্রভুগী প্রসাদী চারুলাও। করি মুঙঙাইতবা— রারী শাসি লাও—।"

ঐ শেঙলে —।

রাথন থঙতা তারকই।

"থাকুরা—করিনো ঐহাকম্মু লাই নীংবা হৌখ্রবনী—। মহাক্না মাই নীংলীদৈ রা ঙাংদবদাই? কনাগীম্মু পাওখুম পীথীদবদাই—?"

থাকুর বামীনা পেল্লহুনা, নোক্লহুনা, মখুৎ—খুবাক য়েৎ অহু মঙাল চেনবগুম থাঙগৎ-থোজানবী—

"সাধু-সাধু। অচানবা ঐ পেল্লে—। লাও—প্রসাদী ফঙলোলাও।

"থাকুরা ?"

"করি।"

"হন্দক মরক অসি মমা যুম্নুরেনবীনা য়াম্ন তোঙ্গনা তোঙ্গনা লাই-শং কোম্ন, লাইদা মৈ কৎলী অতুগা খুরম্ন তোঙ্গ।"

"চুমলে। মহু অশেঙবনী।"

"করিগীনো ?"

"করিগীনো অচানবদী ?"

অচৌবা সুংজাও মপৈ সুংওন্থরকই, অতুগা তুংশাঞ্জবা কুমতাক্কে চোঙলকপা শম্নী-পম্মী মচাশিঙগী য়েন্নীং-উম্নোন্দা ফুনরকখি—রাহঙ অসি ঐগুম্বগী ঈফমদা লাইবানবা থাকুরা বামী হায়রবসিনা অস্তুক তগুপ তরাই হুঙফম থোকপবা, মদোম খল্লী, থমোঙ্গদা তাশোন্নৈ, মদোম ফাথৈ, হুঙলে—। অতুগা খুমলকই।

"করী লৈতে। থাকুবা। মপোক তোল্লুড়ৈ মীনাই ওইনা পোক-লকপনী—, অতুবু হন্নুবী অসীদী ঐবু মচাদ-মচাগুম, নাওকোন থাপ্প—নক্ল নাওকোনবীরক্লবীনী--মহাক রাবা মাল্লি য়েঙবদা—। অতুনা করিনো রায় ঐসু। থংনীংহুনা অতুক হুঙজবনী। থাকুবাদি থংলম-গনী থল্লুই—" নোকলকই—"থঙলমগনী। থাকুরাদি—লৌপুগী অচানবনী হৌজিক্তসু সনা কোন্নুংদগী তুঙথমাংথ লেংথমীম্নরকপা উজ-হৌই ঐনা—"

"সাধু সাধু—। ঐ চৎলুই। সনা কোম্নুঙ চৎলুই। মহারাজগী মনাক চৎলুই—" হায়রম্মী অতুদগীদী চিথা থাকপা, মরেঙদা ঈরু খুদ্র রানশানবা থাকুরা বামীহু থংহোদনা ময়ুম মচেৎ তানা য়ুমগায়নরক

মতৌ চেন ওহাক মুগুশুরৈ। মুগুশুরৈ অতুগা হায়রকই—"করিগী রায়োই মনাই অচানবা—ঈমুং অসি সনা কোমুঙ মমুঙ শকপনী—মহারাজ অনীগী খোংদাফম্নী। অতুনা হন্দক্তী য়ুম্বুরেনবী অসি নিঙ-থৌগীদমক রারে।"

"করি॥" অমুবহু পাখংপা মতৌচেনহত্তই—

—"করি থাকুরা—"

"য়ুম্বুরেবীস্ন রারে—।"

"করিগী?"

"মযামবুং ঈবুংঙো সনা হকচাং ঈরে—" হায়দোকলুরে—মমীং মনা কৈগুম লঙখৎলকই থাকুরা বামীদু—অতুগা মরেও ফিয়ান্নরিবা ঈরুখুদৈ-অশেঙবহুনা হায়দোকলুরবা মচীন্দু মেন্ন মেন্ন মথা তারকই—"অগানবা নংগী ঈশ্বরদা ভক্তী লৈবহু উবদা পেনগ্রদুনা লৈবাকনিঙথৌ রাকমসি হায়করে—, সে প্রসাদি অসি চাও, অতুগা ঐঙোন্দ মুম্না য়েঙউ—" শ্রীআ-মুপপ্রভুগী প্রসাদী অসি লৌ। ফওজো-অতুগা ঐবু মুন্ন য়েঙহুনা হায়য়ু ঐনা হায়খিবহু নং কনাদস্নু হায়দোক্লোই হায়না? অচানবা অসী চাও।"

"করিবু হায়খ্রবনো?"

"মযাম্বু: সনা হকচাং ঈরে হায়খিবদায় ঐবু নঙোন্দা।"

"হায়খ্রে—"

"অতুনী—"

"অদুবু করি ন্নুবা রাকম্নো—থাকুরা?"

থাকুর বামীনা মচা মনাওদা তাকপী-তীকপীবগুম মনাই অচানবা অমুবদা মী কনা তাহন্নীংদবগুম হায়—

"অচানবা নংদী থংলোই। রাকম অসি লৈবাক নিঙথৌ রানী। নাকোং অনী স্নুদফবনী। মযাংস্নু ঈবুংঙো লাইনিঙথৌ অনা কম্বাল ভোঙলিববু অরা-তুশোমৈ হায়বসি মকা কোঙবা রাদে থংউ। সনাজ্ঞ য়ামই শাগৈ চাওই থুদোং চাবা লৌখিনী, লোইলম রাম্বনী লালহৌ

তোঙ্গৈবা হাওনিঙথৌশিংগী লান্দাবক্কী অসী মা লৈবনা সনা কোম্মুঙ মচেৎনবা মকা ফোঙহৈদে। লৈবাক নিঙথৌ তুশোম্নবা হায়দোক-হৈদে—। ঐদী কবিন্দ থংদবা ঈতৌ অমদা নংগী নফমদা অস্থুক লুবা য়াবী শাদোকলুরে—। অচানবা নং ঈথোং অসী অমুক্ত পায়যু কনাদস্থ হায়দোক্লোই তমথোক্লোই হায়না।”

“ঐ কনাদস্থ হায়দোকলোই থাকুরা—?”

“হায়দোক্লোই—নং—” নেমথ’গুম তৌই।

“হায়দোক্লোই থাকুরা ?”

“হুম—” য়ানীংদ’গুম তৌই— “অচানবা ঐ থাজগে ঈথোংসি শোক্না অমুক্ত য়াশকউ।”

“শোক্লে—” মনাই অচানবা অমুবনা হায় “শোক্লে কনাদস্থ হাযদোক্লোই—।”

“সাধু-সাধ—” বামীনা নিঙশা হোম্হুনা হায় “ঐহাক হিঙ্গ-দবা মাল্লে—। অচানবা হৌগৎলু শ্রীঅনুপচন্দ্র প্রভুনা চানবীসম্থ নংবুস্থ ঐবুস্থ—।”

“কয়াম কম্না ঙমদ্রবা লাইনিঙথৌবু থাকুরা—?”

“মাহুস্থ থংথিবা তারী নং- ? লৈবাক নিঙথৌ য়ানী থংহৈ-উহৈদে হায়রেদনা—”

“হুজৌক্ত থাকুরাগী থো· পায়খিবহু ঐনীনে থাকুরা—?”

“চুম্মে—। নং ঐথা·শোক্ন য়াশকখ্রে” থাকুব বামীনা য়ানীংনা মথা তারকই “লাইনিঙথৌ ময়া·মবু· ঈবুংঙো—, ঙসী হয়েঙ, অম্মুম্না থংনৈ। থাম্বা য়ারোইদৌরি। অহুনা যুম্বুবেনবীস্থ যুম্বুরেনবস্থ ঈবা বানরে—।”

লাইনিঙথৌ অসিনা থূপাখ লৈখিদবা থোক্লো, অহুদী থাকুবা, মনাওঈবুংঙোনা অমুক ফম্বাল কাবা তারেদো।”

“ও—। অহুনী। মশানা থোক্লগদবনী।”

থাঙ্গনৈঙ ওইরবদী অঙাওবা মঙ্গাঈবুংঙো অসি সনা কোম্মুঙ

য়োক্লকম থোক্লবনী অহুবু হন্দক্লী তাঙকম অসিদদী সনা কোম্নুঙ কান্নি থোঔইদবগুম—, কন্নি থংদনা লৈ।

কন্নিদ্রী মরু ওই মাগী মফমদা? তপ্ন তপ্ন হুমলিবা অঙৈংব মুঙশীং. শাফু অসিনা মশাদা য়েরবা, অহীং অত্থু মীংকী কক্লা অমত্ত উঈঙম-তুম-ঙমদনা লেপ্লী।

কন্নিনো থৌনা অস্নুক পান্দবা, মহাক্লা থন্দুনা লৈ, কন্নি মতৌন্না? মরমসিদগী মহাক লৌবুক চংকনী হায়না অকক্লবা ন্নুমীং লেপ্লে অতুগা য়াম্না ব্রাশক চেংলম্মী।

থৌনা পান্দে। ব্রাশক অমুক কায়গদ্রা হায়না মতোমত মীপাইবা পোকচরমথী।

অহীং অহ কন্নিগুম্ব অবেপ্প ব্রাথন অমা লেপঙম-তাঙমদনা হৌ-গনী হায়না মতোমত মিপাইবা পোকচরম্মী। মতোমতম্নু মহাক্ল চীন্দম কোনগী কোন্নীং পকপা কালৈত্থ য়ুরাঙশল্লী অদুদগীদী মহাক থৌনা লাকই—অস্নুক ঈথৌনা পান্দবা? অদুদগী মহাক য়াম্না তামনা খোঙলকপী অথেংবা অহীংগী উচেক্লী অখোঙবা খোঞ্জেনশিঙদু ঙাইহাক্তঙ তারদুনা তুমঙমদবা অহীংদু পোংথারম্মী।

অঙনবা অযুক অদুগী পাংয়া তারুবা লীক্লা চেনবা ন্নুঙশীং অদুনা অমুক পাংয়'য়দা, মনম পোল্লবী, থাগী ঈ লাকঙৈ মশানা 'ঐসে পুমবুন্ন-বানী' থংজরক, মংগী হকচাং কায়াং হকচেঞ্জবদা নম্বোল্লবী ন্নুপীমচা'শিঙ-গুম, নোমহৌনবী ঈপোমশিঙদু হোইহল্লরগা, অব্রাঙবা চীংমায় অমস্নুং চীংদোলগী পামেলশিঙবু, ঈনোংনরকঙৈ, শানৌশিঙবু, মিতা'ক্লঙৈ কল্লক হীরীবক্লুনা শোবীংনরবা পাথং ঈনথংচবকপশিঙগুম মতু মমান চুঙহল্লুরগা, মথৌনা পূম্বা য়াওরক্লুবদা অঙৈংব ন্নুংশীংতু কাইনথঙদা, য়াম্ন তুংশোম্না, শোন্দম-মান্দম্ননা, তপ্ন তপ্ন, য়াম্ন নাশোন্ননা অপাকপা লৌবুক অত্থুগী মচী মরুম শীম্ন হুম্লরে। মানা হুম্নবদুনা ন্নুঙশীংতুনা লৌথাওবী

মুপীশিঙগী অবঙবা মশেক পুরবী নাগী নাইনশিঙদা থৈররে, অদুগা খুবাম লৈরবা মথোয়গী কনেক ফিবানশিঙদা।

মুংশীংকী শাওছম্ন-ছমলক ছমলক খুদীংদা কনেক ফিবাম্ন লমহেন-মকা তমলক-তমলকতৈ ফাজব-ফাজব মীয়ামলক্কুদগ য়োহৌ-তিলহৌনবা খোংথাঙ থুনা চংলকলম্মী। করিগুম্বদা চরুখোক শিঙদা খোংনেৎ-খোংদাবনা চৈনা ফাওরক খোংথাঙনা থরতগ তপথরকই। অদুগা করিগুম্বদনা লৌরীশিঙডু কানবদা ঙহাক ঙহাক লেপতক্লরকই।

শংগোনগী অহেকপা খোঙ্গেন্দ্রু হেক তারকপদা মহাক মখোং খোংথাঙডু খংহৌদনা চপ লেপখের। লোৎচকম লৈত্রবী ওইরে—লৌপুরু য়েরুশক মাৱওক মা হাংনা লৈখরে—মীৎকুপশিঙডু মহাক করি খৌনা লৈজদ্রবী ওইখি। কবিনো হকচাংদ অফুঈবা নিঙশা ফাওরকই। হকনীক্লরকই। থানিল অহাংবা লৌবুক 'ম্বায়ডুদা লেপতুনা তুমীন লৈখরে।

মশক শক্রুমডু উগনী থল্লুতৈ থানিল হকচাং নীকলকই। মুঙশিবা। অদুগা মুঙশিদবা। রাখন পুম্ব মাংখিডুনা, থাংগম তৌঙমজদ্রবী শক্লম চেনবা, রাখন শকথংদবা অডুতগ থমোইমুঙদা লৈহৌরে। শংগোনগী চরুখোকথক তপ্ন তপ্ন থাঙবা খোঙ্গেন্দ্রুনা অসুম অসুম নকশল্লকই। মমাংমক্কদা খৌনা লৈন শাদোঙডু নোমহৌনবা মহৌশা 'শাদোঙ থাম্ন-দুনা লেপ্লে।

কুমজা হৌথ্রবা শাঙলবা মতম অদুগা মশক তাকঙমদনা হৌথ্রবা পাথৎ-পাথৎ খুদীংগী ওইবা মরৌ চাওথ্রবা মীকুপশিঙডুদা ফোংদোক্কে থম্না ফুমগ্রবা মীৎকুপশিঙডুদা ফোংদোক্কে থন্দুনা ফুমখিবা, নাপন্নরম্ব ফিজী-ফিনাং নকং-ফঙলকতৈ শিঙগুপ তাগ্রে, কীম্বুখিতৈ ঈপান থাগী লৈরায়গুম অমক্তডু মশক লাকঙমলক্করে। শাদোং থক, লুরাক্লবী মতৌবু খোয়শাও-মুঙশি লঙদাই মীংয়েঙনরডুনা লৌপুগী মজাঈবুংঙোডু মতম চুপ তুমীন মরৈরম্মী।

করিনো ভোগদবা ? থঞ্জানারি অহুগা অয়ুক্কী অঙৈংব মুঙশীৎতু শীংলম্মী।

মীৎকুপশিঙহু ওমচাক্লখিরম্মী।

মীৎকুপশিঙ—, চীক্লবদা খঙনরে।

য়াম্ন কুইনা অস্নুম ঈচীক্লমা লৈনরম্বদগী শাদোঙথক নোমহৌ নোমহৌ, ৱাহৈ অম 'নীদঙ মজাঙ্গৈবুংঙোনা ৱাহৌরকই।

"করম পাল্লি ঈবেম্মা ?"

থানিল থুমঙমদে। হেম্না চীকশনখরে।

মতোৎহু য়েঙই। মথা তারকই।

"ঐহাক লাক্লে" মজাঙ্গৈবুংঙোনা লকক্লনা মথা তারকই "ঐহাক নংগ অমুক্তঙদী উনগে হায়না লাকলিবনী—।"

থানীল, অহুম্মক চীকশঙ্গরম্মী।

মজাঙ্গৈবুঙোহু পেলদমাল্লে—

"অঙবু থমোঈ শোক্ল ৱারৌথিবা—। অহুগা পুন্সীগী ওইনা যুমহুদা চংলরোই য়োনা ৱারৌ তেমশীংথিবা ঙম্নমক অসিগী মরম— ঐহাক থংবা ঙমদে।"

থানিল ফিবান ফিজিঙনজা তুমীন লৈ।

"হায়য়ু" থৌনা লৈন তকশল্লকঈ "হায়য়ু করম্ব অরানবা ঈরমচৎ চৎথিবা লৈখরে নফমদা ?"

অঙৈংবা মুঙশীংকী শাহুম্ন চেকশঙ্গবী ফিজি-ফিনাৎ চোইথোক-হল্লরে—।

"ঐহাকপু ঙাকপীয়ু" মজাঙ্গৈবুংঙোনা থমোঈ শোক্ল অহুগা অরোইবা মরাহৈ মতৌ পুনা মথা তারকই "নংগী থমোঈনা ঐহাকপু ঙাকপীয়ু অহুগা—"।

ৱাহৈ মথাশিঙহুগীদমক্ত থানিল তুকন্দুনা তারমই।

"—অহুগা" ঙাইরিতৈ-মজাঙ্গৈবুংঙো নীংঙমদনা অহুগা ঈকায়

চৈনানা ঙৌফুন্নরক ৱাঙাং খোক্তবনা ফোংদোক্কে থনবা মৱাহৈ পুম্ব নাথৈরম স্নপ্নগী মথা তারকই "ঙাকপীগনী হায়বস্নু, থাজবা, ঙমলক্তরে।"

লৌপুক, অমুক পুমচৌক চৌকথরে।

থানিল, মতম চুপ্ন তূমীন্নতা থাংজরমই।

ফোংদোক্তদবা মৱাহৈ লোইরমাল্লে চৎলগে চৎলোই করিগুম্ব কাযনা ৱাহৈ অমতঙস্নু ৱাহৈনরমদনা চকথোক মথক মথক, চাওন-চাওনা, তপ্ন তপ্ন অদুগা নাশোন নশোন্নবা থাঙলহুনা, শাদে'দু থৌবদুনা হনখিরম্মী।

চৎখ্রবা ॥

থানিল, চৎখ্রে তংদাবা খংলকহৈঙে অশাঙবা মনিঙগী নিঙশা, কুইরবগী তুঙ হোন্দোবকলম্মী। মাযথোং লুরাব্রম্বদগী মাযৱোঙংরক্লে। মায়-কৈদ্থ মাযওন্নরহুনা, মীংয়েঙনা, মদোম শাদোঙথক নম্বোননা তোঙলদুনা তুমীন হন্দুনা চংখ্রিবা মজাঙ্গৈবুংঙোবু য়াম্ন তাম্ন য়েঙদুনা লৈরকই।

কুমজা কারক্লে হায়রম্মী। কয়াদা শাঙলক্লবা মতমনো! য়াম্ন শাঙথরে। মপান শাংহৌদবা হৈপান্ন হৈপাল শারম্নগনী—। লৈ য়োন নাইহৌদবা লৈগী পাম্বৌনা লৈয়োন নাইরম্লগনী—। অদুগা মীওইবা অমগী হকচাং পোলাঙনা শকথংদবমথৈ শকওল্লম্নবা মতমনি। ঙসী ঙরাংতদী নংখিদরে। মাযথোংদু স্নপ্নগী মীংকুগুম্ব উহৌ-য়েঙহৌবা ঙমহৌত্রবস্নু শাদোংথক তোঙলহুনা কনখ্রিবা তুঙয়ান শাবানশিঙদুতঙ তম্না উরকহৈঙে—নোঙ্গৈ পেল্লবা চাওদম শাঙদম্নবা থাকুর মনাই লৌপুগী মজাঙ্গৈবুংঙোদু লেঙজুম শুপ্ন অদুগা ফীবাক চপ্ন, লাম্বনা পক্লবা মীগুম য়েঙ-হৈদনা য়াংগঙলম্লে—মাহুক ওংব হাওবস্নু য়ুরাঙলমখিগনী পেম্লাইদনা হুজীকস্নু।

মাযথোংদু য়েঙত্রবস্নু, থানিলনা ঙহাক থোঙথাঙ লেপ্ন থক্লকই, মথোঙ্গেন্না হেন্নী মরো চেনবা।

থানিল মওল মওল্লী থমোঙ্গৈন্নুঙ,।
করিনু পুখিবনো ঈফমদগী মানা।

## মণ্ডা

মিহৌববু থক লাপ্প-থাপ্প ওয়্নদে। মীওইবনা চাকনিবা কোংগায়, ফিনীবা কোংগায় কোংগায়-কোংগায়না চাকনি ফিনিদবা কোংগায়বু মিহৌনৈ, মথোয়গী হেদোঙ্গী-হেগাবা পুন্সীবু মিহৌনৈ। লৈবাক লৈমাবা ওইনা মনীংতম মথা তম নিংথৌশিংগনস্থু থগনবা অচৌবা লৈবাকপু অহেনবা লল্লথুমবু, অদুগা অস্থুপ্প নিংথৌরেল্ল কৌবা মিঙলেনবু, ওয়্নমকপু অমুক মিহৌনৈ। অহুমক্তনা লীচীং ওই অকন-অহৌ লালশৌক্লে। থমোঙ্গী নত্তরগা রাথয় মীওই মপোক তমলকচৈ হকচাং পোলাগমুঙ তুংলী চেল্লীমথৈদি অপাম্ব অমস্থুং মিহৌবগী পল্লেপফম সিনা মরোইবে তাক অমুক লাক্ল-থুগলবা লৈত্তে।

হৌথীচৈ মপুন্সীগী মতমশিংগতুদদী হয়-হয়. তাদুনস্থ শুথাং গাংন-তানরক্তুনস্থ রাফম অসি থানিলগী মফমদ অরান অহুই রাফম ওইনা থেংকথী। গসীদগী খোংকাপ অমতগ খোংহন্নবা হৌথীবা মপুন্সীমুগ, থানিল, শেংপদা চাবদা, যুমলৈদা কৈরৈদা অদুগা ললদা থুমদা কনাবুস্থু মিহৌবা লৈজখিদে। করিবুস্থ অদুগা মীওইবা কনা অমত্তবুস্থ থমোঙ্গী-না কল্লক মিহৌবা লৈজখিদে। মপুরোইবগী খোংলবা থমোঙ্গীদগী হৌরকপা, মক্তরবা মুগশিবগী মগালদু নোঙমগী লীক্লাই মরীক অমতগদা ওইরবস্থু ফগজবা, মদুত্তগদা, পিদোঙ্গবী থানিল-থমোঙ্গীগী হবাও অপেন শকচরমই, মদুতগ কগজবা পুন্সীগী পেয়্নজফমনী, চীঞ্জাক লৈত্রবা পুন্সীগী শুপ্লবা অমতগ ওইজবা, পুন্সীগী চীঞ্জাক্লী।

অস্থুস্থ থঞ্জখিবনী।

পুন্সীনা লৈওল্লকচৈ—থানিল থমোঙ্গনা মুগনাগনজরম্মী।

নোঙমা অমা। কুইথ্রবা। হৌথীচৈ নোঙমা অমগী শক্তমম্মী—থানিলনা মীংত শং-শং উরকই, মপুরোইবনা লমকেৎ লমহাইরকচৈ

শানৌ মচাশিঙগী ভাওজবী মরাহৈ মপৈগুম মকা লাম্ন মুঙশিবী, শম-
লাংগী শমথোং-শমথোং থুদাং শীম চুরবী চেংহৌ ময়ানগী মনমবু শমলাং
মাচা থায়না নম্ন-নম্ন, চেৎন ফমথক্ত, কনা উদবদা, খোঞ্জেল য়াওদবা
মুঙশিবা পাওদম মপৈ মপৈগা লোইননা থাগোন চেৎপীখিবদু
মুমিদাঙবাইরমদু নম্নখিবা লৈনমদু—, উচেক্কী তামতক্পী খোঞ্জেলশিংদু
অদুগা মপুরোইবনা মুঙশি খুৎনাল তপ্ন তপ্ন নানবীবদুনা হায়খিবদু—

“করিনো ঈহাং হাংই ঐদী”
‘করিনো তাকপীরিবদুবু ?’

“শোল্লিবনী ঈদোম। ঈহাং-হাংবা থরায় মুনা পানবীরক্কবগুম
নোঙদম্বনা। ঐভোন্দ মিহৌবা হায়বদু ঈয়াও য়াওদবগুম মহৌশাগী
মহৌশা অদুমক লৈরি ভসী অসিফাওবা” অচৌগী খোঞ্জেল্দু তপই
মেংই অদুগা খোইমুনা পাইরকপদা মশা লুম্বী পুমবুম্বী থম্বালনা তপ্ন তপ্ন
লৈন খাংবদুগুম মরোল চাম্ম চাম্ম লোন্ন মরৌ চেল্লী—“কবিগীনো
ঐনা মিহৌববু মশক খংদনা লৈরিবা ? খংদে ঐ।”

রাহৈশিঙসিগী মরোল চাম্ম চাম্মনা লারোল কুপথুবা নীংঙমদবা
মরাহৈশিংদু খংজ-উজবা নৎখিদে থানিলদী। অদুবু নুমীৎ অদু ভসীদা
থোকপা মতৌ চেন থানিল শম্নাতঙমু রাৎত-পাদা নীংশীংলকই, মপু-
রোইবা লেঙজুম থক ডকলনকথজখি। মরলনী মতৌ মায়থোং লৈতা-
জখি। মুঙশিবা, করিনো খংদনা থমোঈগী ঈথক ঈহৌরকউে মপুরোই-
ববু তীং থোকচা থাগোনজরদুন হায়বদী হায়খী

“ঐহাকসু মীহৌজদে কনা কবিবুসু।”

রারীদু ভসীদী মংগুমথরে। মীওইবগী চৌন্দগী চৌন্দ পুনহোব
থাজফম লৈত্রবা ফুগা রারীগুমখ্রে। অদুগুম্ব, থমোঈনা চমলমউে কনা
করিগী মমি লাঙথিদবা অপানবা থমোঈ কিথলদা তাখিবা পুজীগী

ৱারীদু নীংশীংলুদুনা কৈদনো কান্নগদবা ? চাক্লফমতনী। তৈনবা মত্তো ঙসীদী, পুন্সীগী, মশক শকথংজরমদবা মিকৌবনা থমোঙ্গৈবু খুদুম লাক্ল বদা ? মতম ! থংঙমহৌদে—মীৎকী পি তাৱকই। মশাগী শক্তমদা থানিল, মদোম ঙকচবতা থঙলে। মিহৌবা ! তশেঙ তশেঙ শকথংলক্লে। মহাক পুন্সীগী কুপলক-কুপলকপা মীৎকুপ খুদীং লেপ্পাইদবা অৱাবা মৈচাক্তু পুরক্লে।

থমোঙ্গৈনা মিহৌই।

য়াম্না চমজবী থমোঙ্গৈদুনা, হৌখিঙৈ মপুন্সীগী পুন্সীনা লোঙ্গনখিবা মতমশিংদুতঙ, থানিলনা মিহৌজৱকই ঙসী। য়ুমদুদা পুন্সীনা শাই-দাঙলুঙৈ, অঙাওবা মজাইবুংঙোদু শকথেঙনকঙৈ—ঙসী পুন্সীনা অস্নুম থোক্লরে।

মহাক্কী অৱোনবা ৱাথন থংথরবনী, অদুগুম্ব নুমীৎ অদুদগী থং-থববনী। থানিলনা, তশেঙ তশেঙ থ'গ্রবনী। অসিগুম্বা তমথীবা ৱাখন চেনবা মশক অমা নুপীজা ওইবী মপুন্সীগী মনুঙ, থেঙন-উনৱ-ক্কনী হায়বদী—থানিল, মৱাথম্ন থল্লুদবা থোদোক থোকখবে—, থানিল মীৎকুপতঙস্থ থঙ্গনী'জরুদে। নীংজরুদবা ৱাখন। থল্লুদবা থোদোক। থোকখবে। নত্তে, নত্তে, নত্তে। থেঙন-উনবদা নত্তুনা মো-ওইনবী মশম শমজী ফিহাইনদোক্তুনা শমজীগায় লমলান্নবা মথুংমক্ল শমজী লৈথেংনখরে।

লৈথেংনখরে।

মতমদুদা— ! করিগী অশাওৱাথম্ন, করিগুম্ব ফত্তবা ৱাহৈ অমত্তস্ন (নত্তৱগা থৱতঙস্থ) মচীন্ন চীনগাং ৱাকা হৈজ থোক ভাংদুনা ওক্ত-ৱাখন ৱাবক-ৱাতেম ৱামেন্নঙমজদবা, মাগী মফমদা চেহৌ-থাঙহৌদবা।। মতম অদুদা—, অদুগা শেৱান লমচংনখিঙৈ পুংফমদুদা কবি চৈহৌ থাঙ-হৌদবা ? মহুস্নু তোক্লো। ৱাথম্ন কঙাওমজখিঙৈ কৱি চৈহৌ থাঙহৌ-দৱে। হুজীকস্নু কাওদৱি। অকিবনা থমোঙ্গৈদা লেপতনা তুজুঙহন্দুনা

লৈরি। অকিবতা মঙায়রে। নীংশীং-নীংশী'লক, মরাথম্ন করিগীনো ঙৈনবা মতৌ ওক্ত-থমদা মহাকপু শাওঙমদবা? শাওঙমদরি। মপুরোইবা শক্লাইববী, শক্লাইনরবী। মসিদা, নত্তে—, মপুরোইববু থাগোন চেক্ষেৎনজা, মদোম্নবী থমোঈনা মপুরোইবা নীংবীনী থন্না, লাইগুম ঈরাৎচরমবী মহক্না লমচং নাইদবা লমলাম্নবা মকাদা শাওঙমদা, চৈঙম থাঙঙমদ্রীবসিমক লমচং-কায়বক্লবীনী হায়না থানিল, মীৎকুপ মীৎকুপ খুদীং, মশাবু মশানা মীচৈ-মীথাঙনজদ্দুনা. মীথাঙনজদ্দুতা, অস্তম লেঞ্জরক-লম্মী। মহুগী মাংজবা। মহুম্ন লৈতে।

মাংজব ।। মহুম্ন লৈতে।

‘পুমহাক, শাওঙমদনা লেনবা—মসিমক লমচং নাইদবী ঈহৌশানি। লমচংকায়রবীনী।’ অহুদগী থানিল, মদোম থমোঈম্নুঙ অহীক্লজে। লোম্ন লোম্না রাকংফম কনা মশক নাইদ্রবা পি, লেপ্পুনা শীন্থজরকই—‘ঐহাক মহু নত্তে। ঐদী মহু নত্তে।’

কৈরোয়-লৈকায়, খংন-চান্নবা কনা অমতনস্ন মহাকপু লমচং কায়বীনি হায়না মীৎথা-মীৎযেংনবীদে—, মতোমতনা চিঙনজে, মতোম তনা মশাবু মীৎথা-মীৎয়েংনজে।

তশেঙবমক্তী—থানিল, হৌখিবা মতমগী হৌখিডৈ মবমচং শম্না-তঙম্ন কায়জদ্রীবীনী। মপুবোইববু নীংজবদা, সুডশি মরাখন্দ, লমচংত, অদুগা ফিজি-ফিনাৎ —পুম্নমক্তা। অদুবু ‘লমচং নাইদ্রবা মহাকপু ঙসীদী শাওঙমদ্রে’ হায়বা মরাথনসিতনা থানিল মশাবু চিঙনবতা থঙহুনা; পুন্সীগী লৈতাবা মশক উঙমজরক্করে। অরা মৈচাক্লবী মায়থোংহুদী ঙম্নমক্না উনৈ। খুঞ্জা মস্নুং মমাম্নবীশিঙনা থন্নে—লৌরোক থা হৌখরে --শুনীং-নোম্নীংঙাই করি লৈতরে, পাৎত লোঙ থর-থবতঙ খোনবসিনা চয়া ভমঙমদ্রহুনা অরা শক্তম্নবনী, থন্নে। কনাগুম্বনা অদুগা কনাগুম্বনা, মনা-মনা খোকপা থন্নে। ফোংদোকঙমদনা ওমচাক্লজবী মৈচাক—, মপুরোইবনস্ন থঙবীদে। অস্তম্ন অরা রাথন ওইবা মরাথন লৈরোল-

লৈরোল লীশীং-লীশীংগী লৈথা চনখিবনা, থানিল মপুন্সীগী মঙাল পুন্নমক
মাংন লেঞ্জরকই।

কপলুবা নত্তরগা ৱারুবা, মখোয়গী অকাওবা মতম থরতঙ
মীওইবশিঙগী মফমদা লাকই, মথু মীওইবশিঙগী থমোঙ্গী ললনী।
অকাওবগী তেনথরবা মতমসিঙসিদা মীওইবনা নোকচহৌই, থমোঙ্গনা
নোঙ্গজহৌই, হেদোঙ্গী-হেগানজহৌই। ফনমক পিদোম্নবী ওইদুনসু,
থানিলগী মফমদা মীৎকুপশিঙসি লাক্লবম্মী। মত্তমশিঙহৃদা থানিল
নোকচৈ, থমোঙ্গনা হেদোঙ্গী-হেগানজরম্মী। মীকুপশিঙদুদী য়াম্ন পুন্সী
তেন্নরম্মী, নোঙথাংগুম্নরম্মী অদুগা থেবশিঙগী উম্নুং তম্ব অশুপ্প লেঙ-
শুপকী, লেঙশুপকী খোংথা গুম্নে। য়াম্না থুনা হৌনখি। অদুগা
অত্তুম্মক থানিলনা অৱা নাহেনজহৌই।

করিগুম্বা মতমদা, অৱাবা মতমশিঙদা থানিলনা লোম্ন-লোম্ন কপচবম্মী।
অহ্ৎগুম্ব শীন্থখিঙৈ মমীৎ মীৎলুগী পিবাং লোৎঙমহৌদনা ফমথক্ত তুমীন
ৱাখম্না ফমলীবা মপুরোইবনা উথি-লাকখি কোংগায় য়াওথী—ম্নাওথী,
অদুবু উদ লঙদা শামায় লৈথোক্লা, করি-কদোরে হায়না স্নুপ্নগী ওইবা
ৱাহঙ অমত্তসু ৱাহঙ-পাওহঙরনক্তনা, য়াম্ন তুমীন লৈবম্মী। লৈবম্মী—
অদুবু অচৌ, মপুরোইবা ওইবা থমোঙ্গম্নুঙ থম্লি, হঙলুবা !! নত্তে।
হঙলুবা ঐতনা ঈৱান কোকথোংননবনী। ঈহাকথক্কী হোৎনবদা মপুন্সী
কেম্নবীসিদা 'পুন্সীদুবু কেম্নত্রা?' হায়না অমুক ৱাহং-পাওহঙলুরগা
করিনো মঙোন্দগী ঐনা তাগদবদু ....। ঈদোম মৈচাক্লজবা নত্তনা
করিনো ঐনা মহাক্কী মফমদগী তাগদবা? মরমসিদগী থানিলগী অৱা-
অনাগী মরমদা অচৌ,—করি অমত্তসু ৱাহঙ-পাওহঙলুবোই থনখ্রবনী।
চীনবান কাংনা করিসু ৱাহঙ-পাওহঙত্রে। হকচাং কায়াৎশিঙগা অ-
ৱোনবা থমোঙ্গগা চেৎশন-চানশন্নে অতুগা মরমচৎ মান্নে হায়বদী মী-
ওইবা কনানা থৌনা লৈন হায়ঙমখ্রবগে? থমোঙ্গনা নীংব চীম্ন কোং-
দোক্তনা মীওইবা কয়া'ম চকশীংশীঙসিদা পুন্সী ঈথম্নপ্রবনী। চীম্ন

ভাইবং মীরোম্নভুনা মযুম লেপলীবী মুপীনা অরা অনানরকউে শুপ্নগী ব্রাহগু-পাওহগু অমতগু হগুবা নৈত্রবমু, অচৌ' থমোঈদদী কোংদোকপদগী শরুক লীশীং-ন্নীশীং চগুহেম্নবা খাংগুমদবা মৈচ'ক পুরভুনা মীংকুপ কাগুদনা ব্রাহগু-পাওহগুশি।

মৈচাক্নুনা ওমচাক্লরকউে, কয়াদা কুইরক্লবা মহাক্ল নোগুম-নোগুমগী চীনবান্ন য়াকা লান্ন কো'গুমদ্রবা থমোঈ মেচাক মৈপুরবা মরাহৈশিগুভু অশেগুবা থমোঈগী লকা চনবা ঈগী মবীক-মরীক্ল মচু শংলভুনা শক্তম কোংগায় কোংগায় য়কলভুনা লৈরকলিবা।

পুন্সীগী শক্তম য়েকই ঈগী মচুনা। হৌখ্রব পুন্সীগী শক্তম য়েকই হন্না হন্না। হৌখিবা পুন্সী!! থপ্পকউে, অচৌনা নী বা কায়না নোকচৈ—থমোঈশুগুগী মশক শক্তমদা, হৌখিবা পুন্সী! য়েকলিবসিগী তোগুজবদী কৈদা! য়েক্তবনা ফৈ। ফৈ। ওন্তোক্ল শাফৈ।

'অপীকপা তেরা পান্থী অসি মীংয়েংদ লৈররে।' মপানলনা য়োম্লবা অপীকপা তেবা পান্থী অভু তরগু তরগু হৌবৈ অগুৌগী নীশীং মীংয়েগুদা।

শীং কোকথোং. করিস্ন পোংলুম ওইখিদে। ঈনথংলকপা চকী তরাগা মাপলগী মবৈনবা হকচাং কাযাং-কায়াংশিগুভুদা করিস্নু অরা-পোংলুম ওইখিবা নত্তে অভুবু শক্তমশক্তমশিগুভুনা খোংথাং গুমহন্দবা পোংলুম কৈদনো অমা খংকৌদনা পীররভুনা ঈনথংলকপা পাখং কুচু পানবদু পাংয়াভুদা কোকথোংনরকপা শীংজল্লুউে শীংপোংভু নাপীথক্ত থাই। লোইনরকপা মপোং মচৈ খুদীং-খুদীং কৈদনো চংখ্রসনু মতোচেন করি থৌওই নাওইদনা থম্লগা ঈনৌনা লৈত্তেগু ওইরকউে খুবোম মফৈ থুমদবা পাংয়াদা লোগু খোল্লীবী খুঞ্জা মুপীশিগুভুদা য়েগুই। অকোয়ব শক্তমদা য়েগুই, অশংব নাপীগী লগুবরিবা মতৌশিগুভু য়েগুই। অগুাংবা মপান্ন হেদোই ফিজেংপীরবী পীক্তকপী পাংয়াগী তেরা পান্থীদা য়েগুই। তেবা পান্থী মখোংদ মশাই হোংনজবফাও

ঙমজদবী মানবী মতু ঈপোন পোজবী খুঞ্জা নুপীমচা পুণ্ডককপী অমা লোঙথোন শাদোনরক পোৎথাদুনা লৈরে।

কোরৌহনবনা 'তিয়াদা অদুগা মহাক্কী মিয়েননা থুবোম থুম্না য়ৈদবা পাৎম্নাগী ঈমায়দা অদুগা লৈচৌলশিঙনা অতিয়াদা মথোয়গী শক্তমস্থ ঈমায়হুদা। ঈশীং চোৎপ অনোব নাপী-শীংবী হুপ্নৌশিঙগী মনম্ন শায়াশনবা থমোঙ্গী হুনা সুঙওনবা মফমদুদা ফম্নহুনা তেরা পান্বী মথোংদ পোৎথারিবী কৈদগীনো থংদবী মতুশোনবী পুণ্ডককপী নুপীমচাদু-দা, মীৎয়েংন হক্লা য়েঙথরে। য়েঙথরে অদুডৈ।

"মহাক্কী লমল অমুক শিঙবা ঙম্ব পুন্সী অসিদা ওইররোই। ওইবরোই।" কৈদগীনো অচীক অচীকপা তাইবংগী ওইবা শক্তম কোংগায়দু তান্থোক ঈস্থোক্লহনা অচৌনা মতোমতা শোজবগুম তৌহুনীসু খোঞ্জেন থোক্লহায়রকই, মদু, নাকল ফমশেঞ্জরিবী কোকফাবীথানিলনা তায়। হৌরক-চাওরকফম থঙদবা মপুরোইবগী রাহৈশিঙহুদা থানিল করিবু ওইরবনো থঞ্জে—

"কনাগী লমল॥ হায়বীরিবদু কনাগী লমল ওইরবনো?"

"ঈবেনবোক হনুবীগী । হনুবীহুগী লমল—।"

চুন্মী। করিসু থোক্লদবী হনুবী অদুনা মোইবাং মচা মপুরোইবা অসিবু হঙগোই-লাঙগোই রাঙমা লাল কয়াদা লুন-চান্ন পোক্ত-পোকপা মচাগুম লাঙগোজথিবহু। নীংশীংলুডৈ থানিল মায়থোং শুকথৈ, মহাক্ল হায়রম্মী মপুন্সী লোইরমদাইদা

"লাও মুপীমচা—" থানিলবু তুমীন কৌশিন্দুনা "নপুক অনী লোংগম্নু মশা শোনবা নপুরোইবসি থক মীয়ায়গন্থু। মীরাইহৈদে পেন্ম।'

অতেনবা রাহৈ পরেঙ থরতঙসিদা হনুবীহুনা লোয়মলিবা মরোল-শিঙহু করি করিনো। তু চুঙলকই—। মীৎতগী পি তারকই ফমশে-মরিবী থানিলহু—। করিগী অদুম তাকপীরমলি অবোক, থমোঙ্গদা

থানিলনা লাইরৈবাক ভানখুবী হন্নুবীবু কৌজে—, নশুবু অদুম খনবীগ্র-বোই, লানজদবী মায়খোংদা শক্তমতুগী মমি উখিবরনে অবোক— । লৈ-চীল ফিখল হাইদোক, মিতারকপীয়ু, নশু নয়াথঙ, য়াথঙ ঙাকচরিকো—।

রাঙাংদবা-লোলথোক্তবা থাঙপোক মচা অপীশক্ত শক্তম অনী পুন্নরে—। থমোঈশোক্ল মীৎকী পি শীস্থনা কপ্পী, অমনা রাঙাংদবা চীনবায় কল্লক তেমশীং মতৌ চেন্ন নোকলী অমনা। অচৌনা রা ঙাংদনা নোকই।

"নহাকপু ঙাইবদা শুমীৎ অহু কোরৌনা নোঙচুপ লৈথরো ঐহাক্না নহাকপু মশক খঙদনা ঙাইদুনা লৈখি । অদুদগীদী মমথরেদো—?"

থানিলন' রাহঙ-পাওহঙ নঙজ্ঞিরৈ

"তেবা পাস্থী মচাদুগী মখোংদ

লোঙখোনবদা শদোনরবী নংন কয়াদা কুইনা ফমদুনা লৈখুব' অদুগা, অদুগা ন'গী, অশেংব করি মতৌ পুবনোস্থ খংদব', নশক্তস্থ খংদনা নহাকপু ঙাইদুনা ফমগ্রে, হেক মস্থফাওবা—।"

থংহৌদনা নুংলক্তা লৈশাৎ ভমলকই।

থানিলগী থমোঈদা—,

ফুঈরবা নোঙজু নোঙখাক্ল কুপ্পবা থাশিগী অহীং অতিয়াদা তৌঙস্থী শাথেক লৌ থাজনা থানিল তমদুনা থোরকই, উমঙদ উরীনা মপাল শা-রকই, হৈনৌ মপান্দ উচেকশিঙনা কোম্বনা-পাইন-শাম্নরকই 'করিনো ম-পাও পাওদম অসিদে?' পোৎলুম খুদী' হরাও ঈচাও-ঈথক্ত ভীম্ন তাওথ-খী। মংলান ওইখরবোই নীংলু-কাওরুববা হৌখীবা রাবীনা অরানাহেজবী থমোঈদা কাইহৌবকই—'ওইরিবা তাইবংগী রাঙমদা চৎসি। রাঙমদুদা লৈ—, অশাংপা লৈ, ভঙলরিবা খোইমু, লৈনয় থল্লবা লৈরাঙগী লৈহী।'

"ঈবেম্মা—ররৌ পুকলৌবীবোই, রাকম অমত্ত হঙজহৌগে—"

খুমদে! খুমথিদে। খুমদে। কৈদগী পাওখুম লায়না পীরুগনী

( 'হা—হা হা—' লোম্ন, থমোঈনা মুঙশি-মতৌ লাউনা, ঙৈনীকচনা নোকচৈ ) শকথংদবা পাখংহুদা। শীং কোকথোং অমা থারহুনা মনাক্ত কনাবু, মপাং কনাবু ঙাইবনো, লৈপুং তোঙতক্লবদা ৱাখল তৌনা কম-লম্মী অদুগা ঈচে ঈচন মতুং ইন লোঙথোন খুংলংজরুবা ঐবু, মমাং হেক য়োরকপদা থামখি 'ৱা অমত্ত হঙজহোগে ?' কমদোনা কৈদবু পাওখুম পীরুগনী। খুমদে। থোংথাংদী লেপ্লে। করিতৌই লেপখিবনো— ঈশানসু থংখিবা নত্তে। 'করিনো হায়গদবা হায়রো তাগে' ঈতৌ পাওথাবগুম ঐন, ঐগী মীৎয়েংন মীৎচৌননা, য়েঙলুই। মহাক্ত হৌগৎ-লক্লহুনা —

"ৱায়ৌগত্র—?"

"তাকপীয়ু—।" ঈকায়বা লাইমা থংদবী ওইথি খুমদোকলুই ঐনা—"হঙবীয়ু—" অদুগা ঈমায়না লৈঙাং শকচেমজখিবদু।

ঈংলবী পুঙককপী মায়থোংদু য়েঙলহুনা, মমলিবা অতিয়াগী মঙাল-হুদা লেপ্রহুনা, লিরিবা মুঙশীংকী শাক্লমলক্ত-করিনো থমোঈ হুবা খোংজেন্দুদা পাখং ঈনথংলক্লহুনা ওন্দোক্ত হায়ঙম-তৌঙমজদবা মতৌ চেম্ন হঙখি—

"ঙাইজবনী, কুইখরে। করি লমদমদা লৈবীনো ঈচনগী কৈরোয়-লৈকায় থংজনীংহুনা ঙাইজবনী। পলেম মিঙবু তাকপীয়ু পম্ভৌ মিঙবু থংহনবীয়ু।"

"পলেম-পম্ভৌদী লৈজদরে—"চৎপ্ হৌই। মায়থোংন ঈকায় মুঙশি য়ানখি পুঙককপীদু। "অহল লমল শুনা নাওকোন্দবীনী, হায়বা, মুপীমচা ওইবী শিঙগীদী থাইদগী থমোঈ নাহেনকমনী, খুমৌংখিদে। অদুবু করি করম মরীবু মশক উদনা ঙৈবনো মশক মশামু থংদবা মফমদা লংনদনা অরেম্ন পাওখুম পীখী "ঈপাগীদী মচন ঈনেগীদা শাইদাঙজৈ। চৎচরগে ?"

"ঙাইবীঙো অমুক্ত।"

লেপ্পুচৈ। হেক চৎঙম-থাঙঙমদনা।

করিবু থনবনো পুংজাহুদা ?

থমোঙ্গৈনা থমোঙ্গৈদা তিনথরমাল্লে—অমুক, থমোঙ্গৈদা থমোঙ্গৈনা তিনথরমাল্লে—। নীংশীংলুঙৈ, হৌথিবা য়েন্নীং হুয়থিঙৈ পুন্সী মতাংগী থৌদোক থৌদোকী শক্তম—অবা নাহেজরুরবী থানিল, থমোঙ্গৈমুঙ লমকেং লমহাইবী য়ুমগী মৌ ওইররে থমোঙ্গৈদা—।

অচৌনা মথা তারকই

"সুগ্রীৱন মমবদা হনুবী অহুনা লৈকায় ঈমান্নবশিঙদা কায়ন-চৎবা হঙলমই-উনবরা-থেঙনবরা, শান-কৈনবু লমথৎনগ্রবরা—মহাক্ক কয়াদ হরাওমিপাইজখিবা—ঐনা মমাংদা ঈশক উৎন লেপ্লখিবমহুদা—। অহুবু মরাইবক থীবী মহাকম্ভু ঐবু হয় য়েঙলমদনা চৎখরে—।"

অরাবা মতৌ চেনবসি অমুক তারক্লে। কৈদ চৎখরে, হরওবা রারী-রারীগী তাঙকম কোংগায়হুদী ? শীংজল্লুঙৈ য়ুমহল্লকপা খুদীং-খুদীং, তেরা প্যাম্বী মথোংদ ফমহুনা ঐনা ঙাইবহুদী ? মানা ঙাইবহুদী ? ঈমিঙ ঈথা মকা তমজখিবহুদী, মমিঙ মথা ঈকা তম্বীথিবহুদী ? নীনী চংব নাচোম মকা খুদোনজখিবহুদি ? মনম্ন লৈকায় পললালবা, চেংহী ময়ান,পাথং ওইবা মহাক্ক কৈদগীনো থিরহুনা ঐঙোন্দ পীবীরখিবহুদী—? হয়ও-মুঙশিবা মীৎকুপ-মীৎকুপশিঙহুদী—? অহুগা ঙম্নমক অহুদী ?

লেংদবদী লেংদবনী, মতমশীঙহুনা পুন্সীদা মৈরানবীগুম চোঙশিন-হুনা কেয়ত্রবমু নীংশীং-মীৎয়েংদদী. মথোয় শক্তম খুদীংমক্ক লেংদবা খুদম পুমবহুনা লাকলি—।

ঈতা চাম্বীদা ঐনা ঈকায়-ঈকী কোংগায় লাপ্ন ঈস্তোকচা রা-নোমজৈ

"ঈতা ঙসীদী পাৎ কুমলোয়ভ্রা নংবু ?"

"কুমদবদী ?"

"কুমমীয়সি"

করিদো, নোম হাজগে, থনবদি চীনবান লায় হায়ঙমজখিদে— । ঘুমদহুম হন্নবিসবা থনথী অবুদ্ধ খুংলাঞ্জনীংবনদী থমোঙ্গৈদা লেপথরে মুমীংহু ।

"ঙৈতা—, হোয়েল—,।"

"হোরেল—। কদোবা ঙৈতা ?"

"হোরেল—। তেরা মথোংদা ফমসি ।"

"কদোসি হায়বা কল্লগা ?"

"পোংথাসি—। য়াম্ন ঙৈংই মফমহু ঐদী ।"

"ঙৈতা" চাম্বীদু ঙৈঙক ঙকথীবা মতৌ চেনথী ঙহাক্কঙহুদা, "ঙৈমেনা করিবু হায়রবগে, নংবু—, হায়য়ু মতৌ অমা তৌরে—থহন-চৈন থোকপরা ? রাথন ওস্থোক্ল থম্ন উই—।"

"করি তৌদে ঙৈতা ।" থমোঙ্গৈদা শেম-শাই ঙহাক্কুদা 'ঙয়মক হায়দোকলসিরানে মতৌসিবু ?' অহুবু ঙমজখিদে—"থংদে—তেরা পাম্বী মথোংহুদা অরা পোংথাদুনা লোঙথোনমীম্নবী নথোয় মমামবু ঙাইবা য়াম্ন মুঙঙাই নংসু হোরেল য়েঙঙ্নে—"

"য়ারোই, য়ায়োই মহুনা—য়েঙবদনা লশীং মফোল মোল্লহুনা মমুংদ মরু চংগমু হায়য়ু" চাম্বীনা মশাই নাম্ববীরহুনা হায় "হায়য়ু ঐহাক নতা নত্তরা ? অরা-মুঙঙাই নপাও শেঙউ ঙৈফমদা ।"

"ঙৈতা—অহন-লমন, লৈকায়গী ঙৈচে-ঙৈচন কনা পাওনিঙথোন ফঙহনগুমসিকো ।" থংখী-তাথী মনম্নখিনী কীজবনা তনীক্লজথী থোঞ্জেন, ফোংদোক্লীংবনম্ব শিদোথী—"হোরেল থংগনী ?"

"হোয়েন নত্তে। থংগদবা করিনো হায়য়ু হৌজীক ?"

"মহাক লাকনী—"

"কনা !!"

"থংদে অহুদী ঐসু ।"

"ভৌব ঙমলয়েদা" খংদে, ঈতা চান্বীহ্নু এবু ওখোক্ল ঙকচাননা য়েঙখি—মাগী মীংয়েং অহুদা মুঙশিবম্নু, চান্নবম্নু য়াওখরে।

কোরৌ শামখরে লাকপা লৈতে।

তায় লাকপা উরগা ঐন হায় 'য়েঙলো লাক্লে তায়।' অদুগা, অমুম নকশল্লক অমুম নকশল্লক ঐখোয় মীকোক অনী মুরম্ব উরগা, মুপা নৎত-গুমখি, ঈকায়-মায়পুনঙমজদনা মহাক্ল খোংথাং লেপখী—। য়েঙলুইঙে শক্তমহু, লম কনখী থমোঙ্ঈদা প্যাক্ল চাওনা মীচাবোকপু মুঙশিবনা। মংলান কয়া মংখী শক্তমহুবু য়েঙহুনা হৈত হৈত শেমজবা নীনী চংব নাচোম পাখং নার্পদা লৈতেঙ ওইনৌ পীখী।

খুলান লৌরহুনা হায়খি

"খো'কাপ মফৈ কাম্মোকচদে লৈত ঈমুংদ চাওজবনা। পীবীমুদা নাচোমসে।"

হেন্ন পকচৈ মরাহৈহুনা। হেন্ন মুঙশি চাঙথোয়ে। মরাহৈহুনা মুঙশিবা মংলান মংলান, মংলান কয়া মংকনখি—, মশাইগোন্দ ওংজগে, মথুয়াদা তুজগে। অসি নত্তরা মংলানশিঙহু? মংলান!! নত্তে। ফঙজ হুনা ঙসীম্নু শক্তম চেনবা কৎচপ্রবা মনাক্ত, মথোং থোংয়া খাদা ফমজবা ফঙলী।

অহুদগী থানিল লৈখিপ্রবা মবেন কমুবীহুদা অশেংব থমোঙ্ঈগী বাশক, বাশক চেৎন শবীনজে—"অবোক নশু লাইবক চাওবীনা নয়াথঙ ঙাকচবী—"

মৈচাক্তুনা ওমচাক্লবকই। মৈচাক্তুনা ওমচাক্লবকঙৈ কয়াদা কুই-রবা মহাক্ল হৌখিবা নোঙমা-নোঙমাগী, চীনবাম্ন য়াকা ভোঙ্ঈঙমপ্রবা মৈচাক-মৈপুরবা মরাহৈশিঙহু অশেংব থমোঙ্ঈগী ঈ মরীক মরীক্তুনা মচু শংলহুনা অশংব মঙমশিঙহুদা অক্লব ঈশীংদা অমোনবা ললীং লুপ্ল-পুপ্লহুনা ফমথক্ত, লৈকায় কনা শকথেং-মায় থেংনদা, কয় পুলী লেপ্পীবা মপুরোইবগী খোংদ খুৎত হকচাং কয়াৎ কয়াৎ শীনবদা, মচুম তানা

লাইথুংলিবা মকমশিঙদুদা, তপ্ন, তপ্ন তপ্ন নপথোক-চামথোকচদুনা শক্তম কোংগায় য়েকলক্লীবা।

মঙলান থূদীং কায়থবকপগুম-, চৌংগী নম্বোঙ্গবী নাপোম্ন কীহ্নকপা শক্তমগুম, অচৌনা য়েঙলকই বাহৈ লীশীং লীশীংগ লোঈনবা মমীংকী মীৎয়েংন—

ঈমীং অসি তাংহনবীরবা, ঈনা নাক য়েৎ-নীসি পংহনবীরবা, অচৌনা খজয়কই, মতুদস্থ ঐহাক পেনগনী থাজদে। ঈশানা খংজবা ঙমহৌব্রবা তেনথ্রবা মীংকুপ অমদা হকচাং উৎ ওন্দুনা মাঙহনথ্রবা, হক চাঙ নীক্ল থম্থরকই, উৎ ওন্ন মাংহনথ্রবা—মহুদদী পেনবা পেন্দবা ঙম্নমক ঐগী ঈশাদা পক্লরোই। মহনবু শাফত্রিবরা ?

'অব্বাশিঙদু করি কদৌ লৈব, কবিগী লৈবাক অসিদা চংন লান্দা-রক্তরদী।' অচৌনা পামশকই—অব্বানা তুমীন হুরান লান্দা তোঈর-কপহ্ন—। লৈবাক কাঙ-খোঙ চাইহল্লবদু। অশোন অনা তুম্ন হাংপদু। মদুদা, পোকচমন মহৈ য়াম্রবা, করি-কৈদ চম্নফম লৈত্রবা মহাকপু থাংয়ান তোঈনা মীহাং তম্নবদু। মদুনা, অচৌনা হকচাং তনীক তনীক্ল থানিলবু য়েঙলহনা বা ঙাংদনা থম্থরকই, মদুনা মতীক চায় ঐগীদি। অহুবু মায়থোং তপচবী অসিমতঙদী থাংয়ান-থাংয়ান কোংগায়দুনা শোক্ত-থেঙদা, থমলম্মুতেক্ত-কাযদা নথোয়না।

অহুবু অব্বা কনা লান্দাবক্তে।

পাইবিবা কুম পুবা লৈচৌন থবক্তঙসিনদী বাশক অসি ঙাকঙম্নবদী ওইদরে। মথোয়না ঙমজবা হায়বমক্রবু মরাল লৈজ্জদবী অতিয়দা থরতং মকহন-বাওহম্নররীবা অসিতনী।

মথোয়না অতিয়াবু মকহল্লী।

## তম্লক

নোঙথোনবা হায়রিবা ঈমুংগী মীনাই অনৌবসি চহী নীকুমঙামুক হায়রে। শেংপ-চাবা ঈচু তাই, মতৌ লৈ। চাওদম শাঙদম মীওই-মীত্তৌ ফজবা মুপা অমনী। লৈরমলিবা ঈমুং থনবা খনবী খুদীংন নোঙথোনববু হঙগোইরপ-হঙগোইরপ চৎলৈ।

নোঙথোনবা লমচৎত শাজৎত থোৗগল্লোল খুল্লোলদা লাইনিঙথৌ শম্নরকপা, লৈম শীজ থোৗগায় নঙলকপা মীশক অমা ওইরকপনা লৈবাক মচা তারমমী। শকতা-চুদা লেম্মী, খোঞ্জেন লেম্মী। ৱাথন তৌন-ত্তৌন ৱা ঙাংই, মায়ৈত্তে ফি খোংজাম ফি মচা তাই। শম শাঙই। মওংন মত্তৌনা মহাক মীনাইরেন ওইত্তুম লৈ। লাইবানবা থাকুর বামী কাও-বনা মীনাই অনৌবসিবু লুন-চাম হঙগোইনা চৎলী। য়ুম্বুরেনবনা ঈমুংগী ৱাথোক-লাম্থোক অরু-অহেন তাঙফম খুদীংগী ৱাত্তানফম মাগী মফমদা ওই। অমতঙ লৈ—ঙসীফাওবা, নোঙথোনবা, মনাই অচানবা অমুবগা চেংশীন খোমজীন ৱারী ৱাতাইনদে, অঙাওবনী হায়রিবা য়ুরাঙ-য়ুরাঙ তোঙ্গবা মজাইবুংঙোগা নোঙমত্তম্ শেগ-মাইগা ৱাত্তানদে। মসিতনী।

অমুবনা কৌই 'ঈচীন-নাও।' নোঙথোনবস্থু মথুমই 'অচানবা।' মজাঈবুংঙোগী অথোঙ্গবা মৱা-নপাও হাকমনবনা নোঙথোনবা শকথং হানত্তৈ, ওই-ওইননা শাওনীং-চৈনীং পোকলম্মী। অদুবু অঙাও অফৈন-রবনী হায়নরকপা অনৌবা পাওসি তারকত্তৈ মহাক থমোঙ্গী অশাওবা তোৎন লোঙ্গননীংদবা ৱাথন্দু মাংথরে।

মোঙমা, মুমিদাঙৱাই, কোরৌহনবনা লৈথরক, মমি শামিবা মঙালনা শন্দোকপা অঙৌংব মতম অমদা নোঙথোনবনা মোঙবহন উমঙ মায়কৈ ওল্লহুনা থমোঙ্গী মীংয়েংন উমঙহুঙদা য়েঙলহুনা, মথা থঙবা

হিঙগোল মনুংদ মতোমতা ঈচীক ঈহুন তাম্বশা কমদুনা তুমীন লৈ। হৌ-রিবা হিঙগোল মনুংগী উদা বাদা মহাক্কী মীৎয়েংন থোঙ্গীদানা য়েঙবগী, মায়থোংদ মতৌ চেল্লী। মখুৎত লাগী শারৈ অদুগা অকোনবা শারৈদা লৈতান ঙাম্থক ওংদাদবী মচা অমা তোপ্লদুনা পাম্মরী। করিগুম্বদা চিঙগনী কাওই। অরেম্বদা, মকোয় তেঙনা চাক্লবা মৈচাক্ন অরেম্বদা মৈথুশিঙ লৈন লৈন কাহল্লী।

তাম পাইরিবা উচেকশিঙ, মহাক্কী মীৎয়েংন য়েঙদুনা লৈ। মখোয়না লেপলমদনা পাইখি। পাইখি। কৈদনো থংদবদা, লমশক থংদবদা, লমশক থংদবদা তাম-তাম পাইখি। মখোয়গী শাথপ শাথপ ঐন মিতারি হায়বা মখোয়না থংদে, অস্তুম মপাইখীবা, লেপলমদনা অস্তুম শাথপ মতোঙ্গখীবা মুমিদাঙৱাইরমগী উচেক রাথংদবীশিঙদু য়েঙলু-য়েঙ্-লুউ নোঙথোনবনা থন্দুনা লৈ, থংব নত্তে। করিকদৌমুঙ থংলক্ক থোক্লরবদবু মতৌশিঙসি পুন-চেন্নরমগদ্রা? মখোয়দা নোঙদম্বনা অউম্নবীরকপসি মুঙশিবা থোঞ্জেন অদুগা মুঙওনবা শাথপকী মতৌ, মসিতা মঙাম্নরক্লবগুম তৌনথরে। নত্তরবদী অমুক্তুঙস্তু শাথপ তোঙ্গ-থরকপা য়াই ঈরেংবান্দ। মদুস্তু তোক্লো, লৈমায়সিদা।' অদুম থোক্ল-বদী মখোয়না, ফোংদোক কাংথোকফম মশক থংদনা লৈরিবা পুন্সীগী রাশী অসি তাবা ফঙলমগনী। ফঙলমগনি। অদুদগী থংহৌদনা মৈচাক চেম্নগনী মখোয়গী অপীকপা হকচাং কম্নাৎকী থমোঙ্গ মচা মচা-শিঙদু। মৈচাক চেম্নক্লবদী মুঙশিবা থোঞ্জেনশিঙসিগী মহুৎ শীংজা য়েব তাহৈদবা থোঞ্জেম, হৌন-হৌন য়াক্ল-য়াক্ল থোঙনরকনী। মদু তানীংলে।

ঐহাক্ক ফমলীবা হিঙগোল মহুংসিদা মহাকস্ত মনাই মশন কনা য়াওদনা হেক হেক ফম্ব, ফমদুনা লৈবা ঐহাক্ক কয়ারক উথরে। অদুবু বাক্ত-পাদবা মহাক্কী মতম খুদীং য়ুরাঙ-য়ুথক ঈকা-ঈহৌদুনতা মরৈবা থমোঙ্গ অহুনা করি কদৌমুঙ থোকখীবা চৎখীব। মপূল্লীনা মুনখীবা ঐগুম বাম্নী নীংশীংলমগদবা? অহুপা মহু নীংশীংলক মৈচাক অহু চেন্দুনা হিঙ-গোল মহুঙসিদা ঐগুম নাঈতোম তাবাশা তুমীন ঈচীক-ঈহুন তম তম

কমলীবা ? মহৃদী কৈদগী থংগনী ঐহাক্ন। থংদবতা নত্তে—লৈরমগনী নীংদে।

অহুদগীদি নোঙথোনবা হুমীং চাঙ্গৈথরক্লবদা হিঙগোল মমুংহ্ থা-দোক্নুনা শ্রীঅনুপপ্রভুগী লাইশং তম্ম, খোংথাং নাহে-নহে মত্তৌ চেন, রাথল তৌন তপ্প-তপ্প থাঙলহুনা চৎখরে।

মহাক্কী থমুঙ তম্ব রারী, রাহৈ কা'ন লীরমদে হিঙগোল মুঙদা। কৈদবু লীগনী কনাবু লৈদুনা—? চংলকই। লোপুগী কাতুপ মমুঙ মৈ-থানগৎলী--। রাঙাংদ শাজংত ঈচীক চীকশমৈ মপু মনাই—। চহী হুমফুগী লোপুনা থনগদবা কোংগায় রাথমুদুনা লৈ তুমীন। হকশেম্নবা মনাইনা তৌগদবা পাংগদবা মুমিদাঙ রাইগী মথৌ পাংদুনা লৈ। খুদোং ঙাম্বক অমতং হায়-শেয় লানশনবদী কৈ থম্লকঙৈ নোঙথোনবনা হাম্লি—লানশঙ্গে—

"খুদোং লৈজরে—।"

লানশনবদবু মঙায়রী—যুম্বুরেনবী অশোনবীদুনা তুশোন-তুশোন চংলকই, মপুরোইবগী কাতুপতুদা মকোক মরু ফিথম্নুনা লেপ্পে—

"অতো—" যুম্বু'রনবীনা নোঙথোনবদা য়াথঙননা হায় "নপু থৌগল লোইরবরা—?"

"হোৎনজরী"

"মমা" য়েঙথৎলকই লোপুনা "করি-কনা পাওথারকই—ঙসীগী"

"লোইশং মচা লাকলম্মী" য়ুবুরেনবীনা মপুরোইবদা পাওখুম মত্তেক পীরুবগা নোঙথোনবদা "চৎলু অতো, মপান ঙহাক থোকলু। হকচীক লাঙলুখো, নপুগা রাতানগে—।"

নোঙথোনবা "ফগনী" পাওখুমলম্নগা মপান কৈদনো থোকখী—। থংবদী থংই, লোইশং মচানা পুরক্কদবা পাওদী সনা কোম্নুঙ পাওনী।

সনা কোম্নুঙ মমুংননা লৈব হায়ব সিমক্তবু লোঙ্গা-লোম্ব্ প্নবা রারী থবদী মথোক্লে। মপু মনাই খুৎশম্নবা হায়বসিমক্তবু মশক লোৎন শা-জৎনগরী—, রারী অহু কনাসু থংদনা অহুম লৈহৌরে। মতমহৃদী নোঙথোনবা ঈনথৎলকপা মশা কয়াংকী শক্তমশিঙহু মীৎথক-

ম্নাংপেনরম্মী। লৈমকোন ওংবী, হেক লৈরিবী সনা নাক নকপীশিঙনা মরম্নাই থোদারমদাই—মহাকপুদা থিনরম্মী। অদুগা নোঙথোবমুক থোদা মশক থংব, হায়বা ইনবা নগানাই কনা লৈাখদবনী।

লোইশং মচা কনানো কোমুও পাওবু লাকল্লম্মা হায়বদু তারকঙ্গে শুমাংনাকচী তুমীন ফম্ন কম্ন হৌখ্রবা ওম্নমক নাংশীংনচই। অদুবু, ঙসীদি সনা কোমুংদগী তম্না লৈরে। অমুক , ঈমুং অসিদা থোগম্নাই ওই-রবি, পুম্সী অসিদা মীনাইগী মীনাই হায়বদুমদা কোকহৈদবা মতৌদা। সনা কোমুও মমুংদ অরোন অথুপ লৈ। লৈম শীজ ভাই-শেন ঈচৈ চনৈনৈ, খঙদবশিঙদা অদুক মচা মচা নাইবগুম উবনী। অমুক, য়ুম অসিদম্মু, পুন্সী লোইনরগদবা মীওইবা অনী অসিগী মফমদম্মু অরোন-অথুপ্ন লেংদ-হাইদা মরৈবম্মী। তাইবং—!! থক থাঙফম লৈতে। কম্নিম্মু মৈ-তব লৈকা-লৈকাদনম্মু লৈহৌক চেন্ন-লাৎনরবাসদা তাইবং অশুক চাও্ন বসিদী কৈদগী অরোন অথুপ নাইদনাংঙাই লৈ—?

নোঙথোঙদগীম্নু চংঙ হেনবা শকক লাশাং লাশাং পুরদুনা 'কনবা মৈরা-মৈহোনবা খোঞ্জেল অমনা, য়ুমঙাও কাতুপ মমুংদগী খোম্নাং চেম্ন হৌন লাওখি খোঙখি। খোঞ্জেলদুন', মমথরকঙৈ, কোরৌগী মঙাল পক্তরবা অতিয়া মকোয়দা য়েংদুনা, হাঁদাক ঙাম্নক অমতং থক্লদুনা হোও খীবা পুন্সীগী ররী খুদাং খুদাং মচেৎ মচেৎ ওইনা নীংশীংদুনা ফমলীবা নোঙথোনবদা অয়েৎপ মচেৎ পীখিবগুম থোকখী। ঙকচা-ঙকথুপ্নবদী ওইখীদে, 'অঙাওবা নহা অসি য়ুম্নাই-য়ুবান্নবম্নগনী—' থল্লীঙৈ, খো-ঞ্জেল অদুদা, মৈ চুবা চংলুরিবা মীংই মচাও উচী চাজেনবীগুম, 'থরাম্নদদী কনবীয়ু' মতৌ কাতুপ মমুংদগী তফিঙ-তফিঙ চেম্নোরকই, নোঙথোন-বনা ওক্লদুনা মীনাই পাখংচবদুদা হঙই

"কৈদোরুরে হৈ ঈবো?"

"মৈচু-মৈথাঞ্জগে চংজরুবনী—" মীনাই নহাদু তথক-তকথচৈ, খুমজরকই "করি থোগম্নোল কায়জরুদে।"

"অহুক কিগনবা নংদী" নোঙথোনবনা মীনাই-নহাবু মচাগুম-মগুগুম খনবীবগুম হায় "অহুক কীগনবা নঙদা শাবং কৈ'সিগী খোগল করি থোকই চংলুরি? নশাদু নীক্কনু" থক-থক নীক্কী "নীক্কনু। মৈচু-মৈথান্নগনু হায়রিবরা?"

"অহোঈ"

নোঙথোনবনা হীদাক্তু মতাং থোক, চায়ক' চপ্প মৈখু ভোফুম্ননা চিঙলুরগা, অমুক মৈখু কামথোক কামথোক কায়রকই

"অহুদী, মৈচুকরনু—। কয়াম কুইবা অমম্বদা লৈঙম্বগে য়েঙগে।"

ঈমুংগী লৈরিবা মীনাই মীশন অমম্ননমু অশেংব মরম অদু থ'নবম-দে। মনাই অচানবম্ন 'শকখং মায়খংনগে ঙমদে মবম অদু' হায়না মতম চুপ্প তুমীন মবৈ। করি-কৈদ কোবা মরম থ'দ খংদনা মজাঈবুং-ভোগী কাতুপ অসিনা মৈময়না লৈরকালবসি অতাং অমা অনীদা নং-লক্করে। অমম্ব মতমদা কাতুপ অদু শুক স্থনা মমলমমী অমুক খাবল-নরকপা মতমদা হাঙদোকলিবা থোংনাওদা ফাওজনল্লকপা অহুক-হাক্কবা থবলগী, ঈপোম নাইবা মঙাল অদুতং।

পুন্নীগী বাম্নী মতাং অসিনা নোঙমদা পুরকই, মথোংলোঈ ওইনা পামথৎলকপা থাজগী—মুশ মুশিবা থাজগী মঙাল।

মুশি মুশিরবা নোঙমদোল থাজগী নঙাল'দুনা মহক্কী কাতুপকী মৈঙাল শকলকন্মী।

অমম্ব মরক্কুদা মপু ননাই ঈচীক-ঈহুন তম, তুমীন তুমীন লৈন-রকই।

"ঈম্নাম্ব 'মুবা" কুইরবগী তুড মজাঈবুংভোনা অমম্ব মরক মম্নাম্ব মনাই অচানববু কৌরকই—"তারিব্রা? 'ম্নাম্বা।"

"মজাঈবুংঙো—"

খুনবৈ, অদুবু কৌরম্বতনী মহাক কোংদোক্লীংব মরাহৈ পুম্ব অমত্ত কোংদোকওমদনা অকনবা লোকথু খুরদুনা লৈথী।

শাওলবা মতম, অকনবা লোকথুদুনা মতম কুইনা মৈচাক, থাংহললম্লগা হায়নীংবা মরহৈ অমত্ত কোংদোকপা ওমদদুনা মজাঈবুংঙোদু ফমথক্ত, য়াম্ন চোকথবগুম হীপুথখরে।

অস্থুম, মৈথায়দা মৈঙায়দা মজাঈবুংঙোগী কাতুপ 'সিনা লৈরকপা মতম কুইরক্লে। অমম্বনা শুপ্নতগী মওাল ওইরবা অমম্ব কাতুপতুদা মনাই অচানবা অমুবা ওবোঙ অমা ইল্লদুনা, ফমথক্ত লেংদ-হাইদা তুমীন তারীবা লোপুগী মচাঈবুংঙোবু থোগম্নদুনা লৈ।

য়েঙলদুনা লৈ।

কৌঞ্জীক্লী খুদোঙ চাবা তাঙফম অদু শাক্লবা নত্তবরা? লাক্লবনী, মনাই শচানবা অমুবনা রাখল য়াওদনা ফমথক্ত হীপলীবা মজাঈবুংঙোবু শওত্রিক মীংচা মীংচানন থলকই, তাঙফম অদু চারবনী। অদুদগী মজাঈবুংঙোবু খোঞ্জেন তপ্ন তপ্ন হৌদোকচৈ। করিগুম্ব থল্লিবা রাথন অসি মৈথায় থুগায় পীক্লরবা মহাক্ল চীন্দম কোন পায়দুনা অদুম্মক য়ুরাওনখ্রগদবনী।

"মজাঈবুং তাবীয়িব্রা"

কয়ারক কৌখ্রে। পাওথুমগী মশক খংব লৈতে। ওয়মক শেমশারে, য়ুরাঙনবা শেম শারে।

"মজা ঈবুংঙো"

মজা ঈবুংঙোদু রাথন খুদীং-খুদীং কায়খিগুম পাওথুম 'সিনী' হায়ব'ম নাইদা, হীপলম্বদগী হোগংতুনা ফমথক্ত ফমলকই। হঙলকই

"করি হায়নীংই হুজীক য়াম্ব নবাক?"

"হকচাং চোকথনা উঙ্গে ননাই 'য়াম্বনা।"

"হকচাং ॥" রাথন তারকপগুম "উং য়াম্ব ঐহকচাং চোকথৈ—। হিঙাংগোলহুঙগী পুশোংনবী কবোক্লে অমনা অকনবা সুঙশীৎকী শা-ছমদা ঙাইহাক যাংঙবা নেংতেংবা যমংদনা হায়না-চুম্ন নোঙমা থাংথীবদু মীংশীংলকই --, ঙসীদী ঐগী থমোঙ্গী অনৌ তনৌই, অমুক, চোকথবনা লৈতবা ঙমদে। হৌজীক নক্লাক্ল ঐবু পোংথাকপ্ -।"

মনাইনা চীন্দম কোন্দ হৈথৈক্লে
মদু মঙ্গাঈবুংঙোনা চিঙশল্লী।
অহাংব কোন্দ মন ইনা হৈক্লে হন্নকন।
মদু খুদোং মঙ্গাইবুংঙোনা চীন্দদনৈ।

থগোরক্লে ॥, গীংকুপ ঙাইহাক মঙাইরে মহৌশাগী মকোশা পাংথোক হন্দোক্লরক্কদবা। শৌকেংব নোঙ অমুবনী খুদেঙ চাবা ওইনা থোকলু তম্নবনী—। অস্তুম থল্লী মনাই অচানবা অমুবনা।

নোঙমা কবুই হন্নবা কারোনান হঙথি

"মনাই অচানবা, করিগীনা যুমলৈমা হৌদোং মাগী থরয় লৌক্ষৌ তাকপীবা অদুগা মশাদগী থোরকপা ঈ মথৈ তুন্বা মমুং ঈহান্নৌ হাম্বসিন্থ তাকপীবা।"

মহৃদা মনাই অচানবা অমুবনা খুমথি—"লৌপুগী মঙ্গাইবুংঙো মুমাইচুরে। চীন্দমথিবন—চীন্দমাথবনা, অযুক, তুঙথিল, মুমিদাঙ,—মদু মক্কনা, মঙ্গাইবুংঙোগী হকচাং ঈকংলে য়াংগংলে। ঈ অসি থোঙগানী," ঈপা পাথৎ পোকনপগুম, তায়দোকহৈবা নত্তে মতৌ চেম্ন অমুবনা হন্নবী করোননাদা শেংদ্রদা শেঙলে রামেন্নজগুম মথা তাথি "হাওবী ঈমা রাফম অসি খুঙ্গা কনা তাংহনদে তুম্বানুঙ চেক্কেৎ হাল্লু ঈ অদু। মদু থেংঙগনী অদুগা লাপুগী মঙ্গাইবুংঙোনা চাকলেন চরা তম খুদীং, কাঙগল-কাঙগল চাংঙন্ননা হাগনী—মদুনা তীনগং-য়াংগং শাফগনি—। অস্তুম তাকই অমাইবনা। কদাম্ন থুরো। লৈবাক্ষ-খুঙ্গা কনা তাহনহৈবা নত্তে।"

অহুগুম ভুম্‌'হু অমুবনা লোইদাম লোইদাম কয়া অচেৎ-অরোৎ থমহুনা লাকলি। ঙসী থৌদাঙ ওইববা তারে। মতম। ঙসী থোক্লে। মনাই অচানবনা শেয় শানা লৈ।

থাবলগী মুশিবা মঙাস্তমক মঙায়বা কাতুপ মমু'দুদা য়ুয়াই চুববা মজাইবুংঙোনা হয় হয় রাথন য়াওদনা থগোক তোঈরম্বদগী মশা থংদনা অও-তয়রক্লে। কাদোরকইঙে, কাতুপ মমু' য়ুনয় হাথ'রে—লৈমায় পারে। ঙম্মমক মনাই অচানবা অমুবনা ঙৈথোক চামথোক তৌত্রিঙৈ মজা-ঈবুংঙোবু অমুক লৈতানা চীপখিনবা হায়না শীল্লী-লা'ই।

'হৌজিক্তী ঈমা শকপী ভুম্বা—, নহাক মীউ-নাউদবা মকম কৈদনো লৈরুরো' অসুম খল্লগা মনাই অচানবা অমুবনা হাল্লনা অহাংব ভুম্বা অহু কৈদনো অমম্ব মরক মায়কৈ-শলাই থ'দ থুংলারুনা লঙথোকথী, অহুদগী মনাক য়ুম্বুরেনবা য়ুম্বুরেনবী অনীগী মনাক পাওদম্ব শক্ল তথক পাথংননা চংলকই।

অহানবদা মনাই অচানবগী তথক তথকপা থোক্তেল্লু য়ুম্বুরেনবনা তারমদে। কাইনথঙ মংফাওনবগুম, লাওগুম-লাওদগুম মীৎ থঙপাং-ননা হঙলকই

"কনানো—হা ?"

"ননাই 'মুবনী" খুমজৈ।

মসিদী অমুক্ত থোক্তবা মতোনী। ঙাল্লী লঙলিঙৈদফাওবা মনাক নকপদী তরাইথোক, মমি শক্তমফাওবা নকইদবা মনাই 'মুবনা তাঙলো থেংবসিদা কাতুপ তম য়াহীপ-য়াতা থুগায়রবা॥

" 'মুবা॥ কদায়, মপান থোংদ কনা লৈতবরা ?"

"ঙম্মমক লৈনৈ, ঙসী ননাই ঙাশেপ্পনা মপাল থোং শেয়-জমাল্লে।"

"মথোয়না হায়দবরা ঐহাক ভুমগ্রে ?"

"থংজয়ে—; থোং অসি অমুক্ত হাঙদোকপীথো হায়রা" মনাই মুবনা পাথংচৈ "ননাইবু পম্থহল্লবীগনু—"

"করি হ্রানো 'মুবা !!"

"হাকম অসি যুমগোই যুমশেন্নবা নমাই কনা তাহঙনীংদবনা কাত্তুপ তমজরক্কে কারজবনী"

হ্রাফম অসি যুম্বুরেমবী তাঙমলক্তরে। থংনীংবনা লাংতক্লরে—হৌগংলক্কনা পোং হাঙই—

"চংলকউ 'মুবা। ঈমাদা হায়য় করি পাওদম্নগে থনবা অহুক চেকশন ?"

অমুবা তুমীন লেপচৈ।

"লোইশং মচা কনা লাকই। সনা কোম্নুও পাওরা ? লাই-নিঙথৌ ঈবুংঙো ময়াম্ব্—। তংয়য়" যুম্বুরেনবী রা লোংথরে অহুবু হঙলকই "হায়য় সনা কোম্নুও পাওরা ?"

"নংচ'দ— "

"অহুদি করি কদৌ অহুক তথকপা নং ?"

"নজ'ঈবুংঙো হকচাং শোক্লে—।"

"কমদৌনা— ?"

"থবাক ঈথেং তারে—অকনবা লোকথুনা হন্নাইদনা থুরে। অমাইবা অমতং কৌবিগদ্র ?"

যুম্বুরেনবা যুম্বুরেনবী অনীমক মংগুমখ্রে হাগুমখ্রে। তন্ন, মজা-ঈবুংঙোগী য়াহীপকম কাত্তুপ তন্ন চেনশন্নরক্লে—।

মনাই অচানবনা তন্ন মৈ থানগংলী। য়ুম্নাই চুরবা মচান্নুপা, হ্রাথন য়াওদনা ফমথক্ত নাগুম-শিগুম লেংদ-হাইদ তাত্তুনা লৈরি। লৈমায়দা হন্দোক-ওথরকপা অনংব ঈথেং, লৈমায় শীন্ন চাইহুনা লৈরি—যুম্বুরেনবা হকচাং তনীক তনীকই — হৌথিবা পুক্সীগী

লংজথিবা মরমচৎ মপৈ শংশং ঙেপ্লরৈ মাংদ। মচাগী শক্তম, কাতুপ-নুঙগী শক্তম, মংগুম হাগুন্স অসী কোংগায় ওইবা হিঙচা য়াইঙম্ব শক্তমশিঙসি উৎকৈঙে শোঞ্জক্ৰবী য়ুম্বুরেনবী কপ্ন লাওনা চেনশনথি-দুনা ফমদা·য়াহীপ্নরিবা থবাক ঈথেং ওরবা পুন্সী লোম্লগদবা, অমত্ত ওইবা মচাবু থাগোন চেজেৎননা তেঙথা-নাওই কপলম্বদগী, রাঙাং থোক্ত,রাখন য়াওদা কোকপী কোকডাওননা কময়া মিহুন কাংথরে, রাখন শেৎনথরে পুক্লীং থাইনথরে।

করি নোঙদম্লো? পোৎলুম চারে অসিরা ঙসী চীংঙু ওইবা মরমচৎ— ? ঈচা অমত্ত পোকচবা থবাক ঈথেং ঈও-তম পুন্সী লোমখিগদোরে, অমুক, মমা অশোনবী, মচাম্বুপাগী পুন্সী পোলোই খোংদা হৌরকৈঙে শক্তম তমথীবসিদা, রাখন শেৎন-খাইন-রাম্বথরে, পাকুরগী মনাই লোপুনা হকনীক্লনা মীৎন তরঙ মীৎচাননা মদোম চরম তিনগঙননা থঞ্জরকই, ফরে থুঞ্জীন হৈবা নোঙদম্ব চীংঙ মাগী নোঙ-দমথোন্দু ওইসম্নু—

"তাবরা" থোঞ্জেন অহু ঈহাম হামই, মরুম য়াওদে পুক্লীংগ হকচাংগ শম্নদে—" 'মুবা।"

"তাকপীসি।"

"চৎলু থোকলীবা অসী থুদীংমক তমলু চৎলু শাবল মাইবদা। হুজীকমক থোংদারক্তবা য়াদে পাও পীরু।"

"ফগনি—"

মনাই অচানবা অমুবনা থুমজৈ। থীন্দে, ফিনৌ ফিহোঙ নাইনা মনাই অচানবহু তাঙলোনা চীকপদা শাদোং থোহুনা পল্লী তমলকই। মম্লবা, অমুক ঈচীক-ঈহুমরবা অহীংগী অতিয়াদা অমুবনা মীৎচানৈ। মঙাল অমা উরে। মঙালদুনা মাবু লম্বী তাকলী।

হৌখ্রবা রারী তমথীবহুনা ভাইবং অসি পুমহোঙ হোঙহনথিবনী। মহাকী লৈওনদা, লৈওনগী থোংলৈদা চীং কম্না পাৎওম্নথিবনী, মাম্নী,

পাৎ কয়া চীংওয়খিবনী-- । মহাক্কী লৈওন্দ শানা মী ওইখিবনী অদুগা মীওইবশিঙনা শাগুম ঙাগুম লৈকুং লৈরাঙ্গ ও:ন-হিঙনা পায়খিবনী। লৈন লৈ ওইখিদবদুনী খোইমুনা খোইমু ওইখিদবদুনী— য়েন্নীং থাঙ্গৎতা উরা উনা কণ্ডন-পংনখিবদুনী, নাকেন থাজংত তৈনশেংনবা মতৌ লাও য়েন্নীং ঈঙন তমলকখিবদুনী। মহাক্কী অওনবা মখোংলৈ থাদা মীৎলুগী পিনা ঈ ওঈন শীগ্গখিবদুনী, অওবা ঈখেংন মীৎলুগী পি শকখিবদুনী।

শাথৌ শাথৌননা রাখন পরৈনরকঈঙে অমুবা, মুপামচা থোকপা মথুৎ য়েংন-ওইনা কয় কয় থুৎপায় চেংশন্নরকই। রাখন কোংগায়দুনা মশোং কাংলকঙৈ ঈ কারবা মীং অনীদ' লেপত্রবা পিগী ঈচেল লেপ্ত থমদা চেন্থরক্লে। ওইথোক্তবা খোজেন, অহীংগী অতিয়া মকোয়দগী তারক্লে—খোজেন্দুনা হায়

"হৌজীক অদুম্ন থমোঈনা শোন্থগদবা তাঙফম নত্তরে। থংদবরা করিগীনো মীৎত পি ঈচেন্নহনবা ঙমী। করম্ব চক-তা, মায়পাক্লবা থরায়না অহীক্লখিবা য়াওবা ? ঙমীদ নোকউ। খেক্ল, ননীং তয় নোকউ"

ওইথোক্তবা খোজেন্দু তারকঙৈ মনাই অচানবা শাথৌবা অমুবনা চীনগাংনদা, থমোঈমুঙ রামেঙ্গৈ—, ঐগী থমোঈ কন্দ-হৈদ শোজ্জবা নৎচদে। অহানবদা ঐনা থমোঈ পেঙ্গনা কয়ারক মীনোক তমজখ্রে, অমুক, শকথেংনহৌদবা নহাকথং পেন্ন, থমোঈনা পেঙ্গনা শীস্থজবনী মীৎকী পি।

"চুম্মী! নোঙমদোল লাইরৈপাকসিদা ওকলি ঐনা নহাক্কী পাশক-থোংলৌবা পিরাঙদু।"

অসি নত্তরা তাখিবা খোজেন্দু। মসিদী হেয় থৌনা-থৌশংবনী—। হেয় পাঙগল হাপলকপনী-। কৌজিক—, খোজেন, অমুক লাকখি-তাখীদয়ে।

শবাল অসিগী অরাঙদা ঙ'ন ব্রা'ন পুংলিবা অচৌব হিঙগোল অসিদা, পুন্সীগী য়ুম্বান্নবা, চহী হুমফুগা ভক্কক মুরবা, লৈবাক নিঙথৌ শকথংলবা, খুবাক্ত ভিঙথোকপদা উনীংব মী উহনঙম, মাইবা শম-শাংব, হিঙগোল কোইবা লাইগুম গুপ্নগী মতোন্তমক লৈরমগনী।

মনাই অচানবা অমুবনা মায়খোং চোংপ মমীং মীংল্লুগী পি তৈথোক তৈথোক্ল থোংগান্দুদা শাদোং অত্তু থামই।

থংই, হুজৗকপ্তু মহাক য়ুয়াই চুমমথিগনী—। মদুদী করিস্থ লৈতবনী, মনাই অচানবা অমুবনা মজাইবুংঙোবু মীংশীং মীংশীং থমোঙ্গিনুঙ করেম-মী'নাক্লরকই, করিস্থ লৈতবনী। শাবল মাইবা কৌদ্রবস্থ য়াবনী।

মীওইবনা করি তৌরি পাংলি? শরক্লবা মীংকুপলক মনাই অচানবনা থোংথা' থোংথাং থল্লকই, হুজৗক মীওইবনা করি পাংলি? করিস্থ প্াংদে থোঁদে। ঙসি মীওইবগী পাঙগল থয়ে। ঙসী মীওই-বগী থৌনা থেঙলে-থয়ে। মহু নত্তরবদবু থোকথীবা থৌদোক থৌদোক কোংগায়দু থোকলম-পাংলমগদ্রা? মদুম থোকথী। অনৌব য়েম্নীংগী থাজংত চোঙথংলকপ্না নুঙশিফম থোকপা উয়োন-নায়োন কয়া কয়া থংলী, চায় মীওইবনা। মদুনা, পী মীওইবদা অপেনবা।

মসিমঙায় মীওইবনা পাংজীবা॥

# তরেৎ

কুংন মঙলম নোঙ কুইরগা পাখরকই। থবোজিবু কাইহনবা ওয়াখৈ অওং-অনৈ চৈরাক পীরম থমোজিন্নুংগী অরা-বাথন নোঙম-নোঙমগী মপাঙগল শোম্বরকই। থানিলগী পিদোজবী থমোজিবু, হকচাংবু, অসি ওন্নমকপু লৈফম লেনকম শকথং-মায়থংহন্দ, মনীংতম মথাঙদা উমী-উহাই শাময়ম্ব তমথী-য়াম্ন শকচেনবা বাথন কোংগায়, কোংগায় কোংগায়, মথোয় খুদীংমু খোংথাং নাম্ম-নাম্ম থাঙদোক্লখি। ওসীলী, অন্নুম খোক্লবে, থানিল; য়াম্নবা বাথন তমথীবা খুদীংচুপগী, মংলাক্লক,-মংফাওনরক কঙজবগুম নাম্নোকচরক্লে। নেন-তেমা নপুরোইবা খোগল কঙজরে। অমঙবা নোঙ কবে। তম্ন প্যাইথরে অবা তম্ন হমথরে। হুকীক্তি অতিয়া, তরঙ তরঙলে।

মপুরোইবা অচৌগী হকচাংদ পংথ-পুমথয়িবা শরুকশিঙহুবা অক-মুঙডাই ওইরকপগী মহুৎ নোঙম-নোঙমা কৌবগী শোকচল-চাশল্ল-কপতা মথংলকই। পুন্সিগী নামৎ, পুজীল মমায় থাকলবদা মুনগে তেমগে তেমশীংলক খুমাং চাওশল্লকই। অস্থুম-অস্থুম, অহোংগী অমম্ব মমি থিঙডমদবগুম থুবী খুনাও চাশনথরে। শক্তম হোঙলে। পুন্সী থৈরে। মীওবইবা নত্তবগুম্লে।

হয়িং-খোইয়া অচৌগী হকচাংদ শঙগু নাইনা তোঙলরে। য়েঙলু-উরুৈ থানিল, থমোজিম্নুঙ থুক্ল-মুঙশি থম্নুঙ-হীকচবা তোজিবক্লে। থমোজিবু অরা-বাহে তোজিহনহৈবা অরা-মৈচাক অমা কোকচখিবতা মঙায়রি-তৈ—, থানিল লৈবাক জিচাওনা খংহোদতৈ য়াতোল-উতোল লেপ্ল-থুম্ন চাওখংলাক্ল। জিয়াক-জিথুম্নবে। নোঙদমখোম অসি খোক্লে— মপুখোইবা অচৌগী শক্তম কীম্ন-নীংখায় শকমাংনয়কতৈ চৌংজাও

শোম মাঙখ্রে। চীংজাও মাপোগ পোক্তুকপা, মাগী তাম্না য়েংদনে মনীংখিবা, শক্তম, শক্তম মাংথরে।

নৈরবা, ফুমদী-হাওদীনা ঈমায় কুপ্প থম্বা ঈপাক ঈরোনম্বুরক্তুরে মমুক, শকরেং মিওশেল শক তরক তরক নুংমরা ঈপাক ঈরোনফুম্নরক্ত্রু নৈমোৎ-নৈনাং মামা মরৈ। মাগী, ওক্লাই ওইবা লৈহাও নৈচেৎপৈ। লৈহাওঙ্গুলনী মীওইবদু তমহৎপ থরোনা, থম্বালনা, লৈকা লৈকা মরম কুপাইবা হেরোই-হেগা নৈপাংনরকই। লৈপাংনরকই। মচু মা-ঙিননা পুক্নীনরক মনাংশক কয়া কয়া উথরে। নৈমোৎ নৈনাং শক্লবনী, শক্লবনী মীচোপ মীপুম থুদীংদ, অমু থোকই কদোগনো, পিদোঙ্গনী থাদিনগী মকমদা মপুরোইবনী মকাদা তাঙ্জরগা কওবৈ ওক্ক ওকপা চানবী হৈব লৈহাও নোঙদমচু।

চীংচু ওইবা মখুৎশেম ঐংথায় মীওইমনী। থেম মায়মোৎ-শরুচেন তম্নবকপনী মীওইবা তাইবও !! থেৎয়ে। থেৎয়ে। অমপা অমপা। কনা ওইবা মায়থোংন নোঙ্গনীংওায় শক্তম্মে-কনা ওইবা মায়থোংন হওগোই ভুগোই শক্তম্মে। কৈরোই লৈকায় খুঙা খুঙা খুদোম মপুরোইবা অচৌ, মাগী শক্তম, মীওই মতৌ চেঙৈ হওগোই-ভুগোই খুঙ্গংগাই ওইনা খোকলম্নগনি—থংজরে। থংজরে কদোনী, থোক্চনী থমোইদুগুও হেন্নে মীংব খোওমদোল শক্তম ওইদুনত্তা মরৈবা! থাদিলগী অকমনী তাইবংগী ঈথাইমতগী নীংথীবগী নীংথীবা শক্তম অচু, লোৎদ-হাইদ ওইদুনতা লৈ।

পোমলবা চীংগী মাপোমশিওদা, নওরপা, থোংথাং 'হৈনা' শরু তপ্পরবা, মুওশিবা থমোই, থমোই থমোই খুৎশীম্নথদা ওচ্ছোক্তু পকচবা অচৌকপা চীংজাওগী, চীংজাও ওংব ওকক্তপা অচুঙ্গবা উমওশিওদা মউ লীচ মশা কন মপুং মরৈমবা উপাল উপাল লেপ্প-হৌজিৎ।

মথোয়গী মশা মশাশিঙদা মপাল কয়া পোমলী, মথোয়গী মশা মশা কোংশায়দা মপাল লৗংথৗবীশিঙ শাংলী—মচুশিঙ থমোঙ্গৈবু সুমহৎনঙঙ কুচু ডাক চেয়রী  লৗংথীবা শকুম শকুম লাঙলি। থুবয়গনী থোংলৈ ভমগী শীংজনবশিঙনা পাময়ান মৈথা ভাইনরছবা, চীংজাও লাক্মৈ মৈথারকতৈ—শীংয়ান শীংজন লাক্লয়গনী। থংলে থংন সুঙতক সুঙজা মতম ভাইনা কয়ি য়াওই-নাওইদা চীংজাও তাবা উজাওশিঙ মৈচাক থাংলি চীকপক চীকপক। তুমীন তুমীন। থৌনা লৈ। অচৌ, মশা মরোম-দোম থংকৈ—পুন্সীগী তাককম ভমঙমদবা য়ান্নবা মীৎকুপ পাজোনবা অমমা থংহৌদনা থোংদোঙ্গৈয়ক শোয়কদনা থুনা লোমখ্রগনি মপুন্সী। থংন থংন, মীৎচোৎপাজোৎ শক্লবা মমীৎকী মীৎ নহা ওংবদা য়ান্ন তরঙ তরঙ তারিবী, পুন্সিগী অমত্ত শক্ল লোঙ্গৈন লেম্নজল্লিবী থানিলবু 'ভাইমং 'সিন্নী' লমচৎ নাইদবসিদা করম থাদোকলমগদবা—' থন্নুতৈ থুকচ সুঙশৗমচুনবু শকুমসিবু উরিমথৈ অচৌন মপুংয়াইবা সুপামচা মপোক্কী হায়বশা, অশিবগা, অরৈব লিঙজেন পুথোক, লেপ্ত-থমদা শীংন-চায়না লেপ্লী।

হৌজীক্তি ঙৈক' থাজং য়াংতেক্লে। ময়াম চম্লক্লে। পাৎ খুদী' ঙৈকং শকুম লাঙমরক্লে। মহৌশা লাইরেম্বীনা য়োকপীবন্ম হুজীক্তী, মশাই-শাইগোন্দ কয়ি তাঙজকম পীয়ক-শারক্তয়ে। থানিল, অয়া কোকথোং পুন-পু সেজরকই—করম থোকপা পুন্সীনা?

মতৌ য়েঙবদা খুঙ্গ' মরুপ মপীজাশিঙ থমোঙ্গৈ শোক্ল য়াবীবা মভাই, খুৎলান চীনলাপ থাকপীরকপদী কনা কৈদ লৈতে। খুৎশা তয়া খুৎথেক লেমই। থুৎথেক লেমলকই।

মহাকথং রাজবনা থানিলনা ফুম্বং-মুঙশা লেম্নকতৈ থানিলগী পুন্সী শকুম উরকতৈ, অচৌ, হেম্ন থোইনা পীবুকমুঙ মুঙশি-তেমবায়বতা থঙনা লেপ্লক্লে। মহাকপু নোঙমগী চয়া, চয়া চায়া ভমলিবী থানিল—,

করি থৌরা লৈরদনা ? রাহং তোঙ্গৈয়াক্নে থমোঙ্গৈসুত্তদা লেপ্তু থমদা মরাখনগী পোৎলুমদা, ফুঙ্গৈন-ফুঙ্গৈনা, মনিঙগী নিঙশা ফুঙ্গৈন-ফুঙ্গৈন' হোল্লদুনা, মতম, কোংগায়নবা কয়া কয়া শেম-শারদুনা থোঙেম সুপা থৌদাঙ থৌদাঙ পুত্তমদনা, নুপা থোক্তবা মতৌ উৎ শেঙর্লম-শেঙকাঙ্তনা শম্ফা-শাজোইবী নাক্ত থৌগায়জরিবী থানিলবু কৌরকই

"থাবিল।"

"তাকপীয়ু। করি তৌসিগে তাকপীয়ু।"

অসুম হঙলকপৈ, মীৎকী মীৎকুপ অচুমক্তদা থোংলৈ থুবা রাখন থা, অমুক, হঙলুবগী তোঙজহৈদে থল্লক্লদুনা, রাহঙ পাঙহঙগে শেম-শারগ, মপুরোইবা অচৌ ঈচীক-ঈচ্ছনতম তুমীন লৈথরে।

হৌথীবা, য়েন্দনবা অয়ুক শকপা, পুম্নীগী মতম, থমোঙ্জদা, থমোঙ্গৈগী লকাগী লকাসুঙদা অকাও-ফিজং তপ্ন-তপ্ন হাঙদোক নীংশীং পরৈ চেৎলকই। পুম্নী হৌখিবগী সুঙশিবা মতম, সুত্তওমথিবা থমোঙ্গৈনা অতুগা থমোঙ্গৈনা থোঙ্গৈদা মিতানজমিয়থিবা সুঙশি শারী শকপা রারী, রারী রারী থূদীং থমোঙ্গৈগী মীৎয়েংদ নীংশীং পরৈ কৌবনা শক্তম তরঙ লাঙহল্লরে।

অহৈঙে—, রাহঙ পাওকঙ তোঙ্গৈঙা জখিদবী, মায়থোংদ মরাল মচেৎ পকথীদবী চমজখিবী সুজাহু—, ঙসী করম লেল্লরিবা ! করম লেল্ল-রিবা ! থম্বরুপৈঙে, অচৌ, রাহৈন শেৎল-থাকৈনবিরবা হকচাং পোলাঙ তোঙজদবগুম, রাঙাং থোক্ত মদোম, তুমীন হৌখ্রবশিঙ নীংশীংলোই ঙমদা, ঙমদ-ঙমদা নীংশীং মৈপুনবা লেল্লকই।

কোরৌহনবনা চীংজাও লানথৎলকই, অমুক অতিয়াদা মঙাম শন্দোকলকখিবনী। মশেক-মঙ'লত্তুদা থম্বালনা লৈক-লৈকা কন্দোকচা, কোরৌহনববু খূংলাম তোঙ্গৈন ওকচবনী।

ঐন ওন্নোও কি অমুক্তং মনইনাশমদুনা অহুওব হন্দোকখিনা ফোয়ৌব্দনবহুনা চাইথবকতৈ মমলিবকপা। ভাওকম-ভাওক্ম থুনীং মার-থোং-মেংরুনী মহাক্তবু ঞাইখিবনী।

কৌগী চরোঙ চীনমীম শরী ক্সেমশীংমিয়থিবনী।
"মুপা ওইবা থমোঙ্গৈ, হায়নৈ, খোংলেপ চুম খোংলেপ্পগন্দে।"
অহুপা মমলিবহুদা মেংজবীহু জুরাক্লথী।

"অহুমন্থ থনবীম্ব" মথোঞ্জেম ওমহংখ্রবমী ঐদী "অহুমন্থ থনবীম্বু। অহুনু মীওইবা মপোক কুয়োম্নবনী, মসিভনী ঐগী ঈরাল।"

করিনো অন্নক প্রাইমা রায়োব। পাখং থমোঙ্গৈ সুওজুরপ্রবোই— পাখংচব'গুম মিংয়েংন থানিলগী মতালগুম থমোঙ্গৈ হুবা শক্তমদা ঐবু রায়োই-রাক্তেমহন্দ চীনবান মেনগুম থামথী—

"পাখং ওইবা, করি ঈরাল লৈবীহুনা?"
"ঈরাল অমভং— ।"
"ভাকপীযু ওসিদী।"

"থমোঙ্গৈ মাগী লকাম্নুঙ ওাম শম লৈরিবা, ঐগী, মাংচরিবা লুরা ওইবী শক্তম, থমোঙ্গৈ লকা ফাওনা হাঙ উংচনীংববু উবশাবা কুয়োম-খিবনা ওসি উংচবা ওমজদবা অসিনী। অসিভং উংচবা ওমলমবা ঈরাল কৈদ লৈরম্লোই।"

"থাজদবা নংচদে—" 'হায়দোকজুবনো করিমুঙ—' অহুন থক-রকতৈ মতমহুগী থানিল, তনৌজবী থমোঙ্গৈদা মুওশিবনা মাহংলক, মনবৌগমুরুো' রাহৈ মাওদনা পাওমেঙ্গৈ—"অমুম হায়নৈ কিন্নকই—, কৌগী চরোঙ চীনবীম কৌগী চরোঙ চীঙগে পিদোক্রবী ঐহাকলুপুন্নী হায়বা মথৈদা থাদোকপীরোই—, হায়নীরম্নু অসিভং— ।"

অদুক কাওজদবা শকমদা, মাংখবী লিরম্বিবা কাইদ-ওইবা শাওম শমলাংবু চোইম চাইহনবা, মুখিদাওবাইগী মথজিবলা মীংখোং মীংখোং মাংদগী উজনীংব অমগী অমগী শকমবু ওম্ব মথদা ডিলহল্লগে তেমশীংলক পাম্মুজবা ভাংওকম্ম অচৌকপচুদা—

"খুজেং পীবৌ, খুজেং পাম্মনা রাশকচরমগে"

খুজেং পায়থী। মথা ভায়কই

"কৎথ্রবা পুন্সীনা হোঙথে লেংগে থল্লক্লবা ঈচম ওইবী নহাকপু হাৎপশক, পুন্সী ঈরাল ফঙহোগে। পীনসন্ন নোঙজম্বনা—"

"হাকমল্লী" মীঙমজদবী মায়থোংম বানা থাংজৈ। অন্নুক কনবা হক্ক মুম রাশক। পাখৎচবা শকমলক অমুক হয়াও মমি চেম্লকই— "হকমল্লী অদুক মুম রাশক, ঐদি তাবা ঙমজদে। ওকচরে। রাশক রারেপ মথা অমুক তাবীরগনু— ।"

খুজেংন ভনীকচরকই। রাহৈ কৌদ কাংদ ঈচৌক ঈহন তম, তুমীন তুমীন কয়াদা মুঙশিখোইনা খোংলেপমিম্থ্রবা।!

"অমম্বনা কুপথরে।"

"চংবীরগে অসিরা?"

"খুজা কনা উখ্রগা পাওখোকপনা হানখিনী— ।"

"রাশক মশক তাকপীরম্মু।"

"কৌগী চরোঙ চিঙরে—থাজবীত্রী 'সিদন্থ?"

"মুম্বু মোরোই কৌগী চরোঙ, মহাক, লথা লম্মথাং হুন্দোকপীরম্নী।"

"অদুক থাজবীদবা?" নোকচবগী থঙথরে।

"রাহৈ পম, রাশক প্রীবীরম্মু।"

"কয়ি হায়না— ?" নোকনিনথি হেজবীহু।

"করিবু হায়রসিগে—"হায়রকম খংথীদে। খুংপায় চেংখী, চেং-শঙখি মীংকুপতু। হচাংব অদুগা হকচাংব তনীকনখী।

"কংখ্রবা পুন্সীবা। মুপীঙা' পিদোনজবী মপোক ওইদুনমু, মাংদ লেপ্লীবা চাংজাও মাগুম, মানা শারী ওই, লেপচরবনী পুন্সীসে" লৈথাংনজ' খুজেংব "পেনবীরব্রা ?" খুজেংব লৈথাংনজ' মোমোয়-জখি মদোম মেঙজবীদু।

করিনো ? করি-কৈদনো ?

করিনো, থোঙ্গীদাখিবা অদুংগী লকা ফুকপা মরা-মপাও পুবা রাহওদুদা ঐন পীথীবা পাওখুন ? অচৌব মদোম থন্দুনা লৈ, অদুগা তাইওরবা পুন্সীগী মশকসি কুম্মুন উরকই, উরকউ, থম্বরুরগা মুপা ওইবগী পাওগস খৈন-তুম্ব লকুরবা মশাগী হকচাংগী কয়াং শক্লরিবা নমীং মীংলু অনীদা পিগী ঈচন্না চারানরক্কই। চৌন কাংব ফোং-দোক্লে। থোক্লেনগী মতে লোদে। ওন্নমকসিভং মঙায়রে অচৌগী থমুঙ হীকপা অচৌকপা মর মপাওদা মায়থোং শন্ন মকা কোংদোরক্লে।

থানিল, মপুবোইবগী মরোল লাশীং লোনবা মায়থোংগী মতৌ উরকউ মুঙলেমঙমখরক্লে।

হওদৈ

"করি হায়বীগদবনো— ?"

"খংদে — ।" অশাংব নিঙশা হোন, পেংহৌকরদৈ থমোঙ্গীমুঙগী পি, পিথিঙ-পিথিঙ, অচৌব খুমলকই "হায়গে খনবনা কয়াদ রামখ্রবা! হায়দোকখম লৈচৌল-নোঙকাইনখিদৈ করিমু মশক খংদবা! থম্মী-বনী— ।"

"খুজো কনানা করি হায়নবা তাবীবা ?"

"করি কদোনা ?" অঙাওবী পংজবী নংবু নবৈ, হায়বী'গুম "নং

ঐবু করি-কৈদ মতীক নৈ তাথী-তাওই ঙাংনফম থোকই। থুঞ্জা থূদোং ঐথোয়বু মুঙ্শিবা ঙাক্লী। ঈবান করি নৈখি ঐথোয়গী?"

"অদুদী?" পেঞ্জদে। থমোঙ্ঈনা পেঞ্জদে মপুরোইবগী পাওখুম, শেঙলে থঞ্জবা ঙমজদে চিঙনজ্জ।

"হোৎবদী হোৎথরে— মথোয় চংথরে।" অচৌন বাথৈরকই "লাকপা অমুক নাইররোই। মথোয় লাক্লরোই! নং ঐগীবু হোৎথীবা পুন্সীদা কাওঙমদবা থোদোক শন্নাগী মকৈ থোকথীদবরা? অহানবা শকথেংনথিবা—চংনখিবা অহুৈঙগী শক্তম কাওঙমদবা মপৈগী লমচৎ! করি করিনো চংখিবা লমচংশিঙদু। লমচংশিঙদু?" মত্তোমত্তা রাহঙ পাওহুঙজরল্লগা 'মথোয়দী নৈরা অহাংব মালং পূবা লৌপুক-লমহাং, মমলিবা মুমিদাঙবাই, ফোনানা থন্নখিবা লোপুক লৌপুক। হোঙলিবদী, হোঙলিবাসিদী নং ঐতনী। নং ঐত ওইহৌরমাল্লে শক্তম কান্ননা কায়না তোইনা-তোইনা হোঙলিবা"

থানিজ—, মকুম মথা মত্তনা, থংহৌ-তমহৌ ঙমহৌদনা য়েন্নীংব অনৌব ময়োন চোঙলকই। থমোঙ্ঈদা অনৌব য়েন্নীং চোঙলকই। মৈশা লাঙপোক্লরবা কালেন থাজৎ কুমলক্ক রাখন ওইবা, লাকান্নুঙ. অঙৈংব নোঙথীক মৈরকই। থমোঙ্ঈনা—, মপু পান্দ থোঙগ্রা খুনাম তাদ্রবা য়েঙশনবীত্রবা অমোৎ অনাইনা কুপ্পবা ঈমোৎনরা ঈকোন ওংবা চাঙজোদা কৈদগীনো য়েঙবীনীংঙাই কনা নৈত-রাঙদা থম্বালনা নৈকা ফল্লম'গুম, থমোঙ্ঈনা অরা অনা মৈচাক মৈচাকলক, নীংশীংলুছৈ, থমোঙ্ঈনা হেদোঙ্ঈনজরকই মতমহ।

অহৌং কয়া মশক ওইবা শক্তমদনা নৌজখিবী থমোঙ্ঈ পাখি চোনখি। থমোঙ্ঈমুঙ-লকাগী লকান্নুঙ, কিজং চাম্ম-চাম্ম কিবাওননা মুঙশি মঙায় শনখি। মুঙখিল ওইবা কোংগায় মমায়থোংদনা চাঙজৌ

পাখি। মুগুশি মকা মাইথুঙগদ্রা খঙবতনা শানৌ ঈনথংচবী তাঙকম পুন্সী অহূগী, অয়ুক্কী মুমিদাঙগী ; অমম-অঙান অনীগী মাহৈদবী মথৌ থৌদাঙ ওইজখী।

অশাংপ লৈবু উরগা মহৌশাগুম খুংলাম তোঙ্গন হেক, লৈখোক্তগী মুগুশি হৈত মতৌপু তণ্ডুপ-তরাই পং-থংম লৈহেক তোঙ্গঙমলক্তরে। লৈহেক তোঙ্গঙজখিদে মতমদু। অতিয়া মকোয় কোয়না পাইবা লৈচৌলবু উরগা মুগুশি মপাও তোঙ্গন-তোঙ্গনা পাও পুরকপোই চিঙ-নজখি পুন্সীগী তাঙকম ওইবা মতম কাওঙমদবছু।

চুম্মী—নোঙম-ম' হায়খিবদু 'ঈতা' ঐগী থমোঙ্গদা নখোয়বু উখিদৈ শাগৈনা কৈদ ঙাইনা কৈদ খংবস্থ লৈতন, থমোঙ্গদা কাওখি নখোয়সে—"

কয়াদা ঙাইঙমখিদ্রবা ঐন
"করিনো কাওরিববু ঈতা।"
"কায়নয়রোই কায়নয়রোই।" চাম্বীনা ঐবু নোক্র-মুগুশি করেম্নবী-শুম ঈন চিঙন-চিঙনা, শোম-শোম হায়খি "কায়নয়রোই নখোয়সি। মীৎয়েং নায়েং য়োনথরে।"

"অদু ওইরে তৌঙদ্রী" ঈকায়জখি। হয়াওজখি। থংদে মতমদু থমোঙ্গনা মংগান্দ শিয়খি।

"অচুম্বনী—"
'লৈবাক অমাইবীনীবে? শেৎমীৎ থংবীনিবে?"
"থংবীনী থংবীনী।"

থংদে। থমোঙ্গনা ঈনৌত নৌখিবা। তানীংহনতা লৈখিবা। ওইনজখিবতা থঙখিবা।

চয়োম পায়দুনা ঈকায় খংদশক শীংজলচংথীবা নবীদা য়ুমহল্লকপা ঙাইদুনা লৈ ঐখোয়না।

"ঈতা মশুং মমাম্নবা কনা অমা লোঈনষকপা খোক্লবা চয়োম খোকপা ঙম্মোই ঐদী"

"চেকশমদুম পায়যু চয়োম সীনী" ঈতা চাম্বীনা য়ুমহল্লকপরা ভায় য়েঙন-য়েঙনা মথা ভারকই "চয়োম করি মথেম্নীনা।"

"করি ওইনি লোঙথোন ঙানী।"

ঙাইখিকো। শীংন কোকথোং কানা পুরদুনা ভুরেল রাঙমা হেক য়োরকপগা খুংন চয়োম পায় কাওখি। উরোক থোঙ লাম্লকই। রাঙমা লাম্লক খোংবান হেক য়োরকপগা ঈতা চাম্বীনা

"কোম্বথোং থাবীয়োদনা—পাঙগন কৈ মতীক হেক থোঙহনা লৈ। অপূবনা রাজ্রবনু অয়েংব ঐখোয় রাৈজ।"

নোকচনীংথী প'মাঈদা। করিনো মুঙশিবদা থঙথী।

মহাক্ল লৈঙোই থক্ত শীং কোকথোং থাই। চপ লেপই—। অশাংবা নিঙশা শাংতপ্ল হোন্দোকই। রাদবা শাই-ঐবা মহুৎ শিনখি রাজবন। ঈতা চাম্বীদা ঙাইন-চয়োম পী—,

"চয়োম খোকও ঈতা।"

"ঙাইথোদা, চাবীনী চাবীয়োইস্নু থংদরি"

থমোঈ ভমীক ভমীকথী। লক্ল য়াহৈ ওইদুনম্ন—রাহৈদুনা, ঈতাগী রাহৈদুনা নৌজরিবী থমোঈগী তুশোঙবী লকাম্নুঙ কাওনা চৈথেং পীথী।

"অদু ওইরবস্নু-ঈত' নংগী মগীম্না লৌসে।"

কম্নি'না রাখুম পাওথুম্বদী ভরাইথোক মমীংন, মমীংকী মীং-য়েংন অমুক্তকাও লৈন-ওংন য়েঙখিদবা। মতোইদুদা, ঈতা চাবীনা মথুং

থুবাং পাম্মহুনা খোংবানগী লৈঙোই অকংবদা সুপা খেৎকচদবহু হেক চিঙথৈ।

"থম্লোসে তাচৌ—" কমথিন্নখি "হাওতে মুঙদে শাওমু, চয়োম চাসি ওসৌদী।"

হি হি,' তৌকম থংদ নোকচৈ পংজবদে'। মতৌবু য়েঙলহুনা চপ লেপখি ঐন। কহিবো পংজবা মতৌবু য়েঙলগ' মুঙশি ঈবোৎ-মকমত ওইখি ঐঙ্গেংলদী। অতিয়াদ' লৈচীল পশোৎনবনা তপ্ন-তপ্ন পাইহি। ঐনা উই-তুবেলগী ঈচেলদা।

কোয়মা কম্মীম চয়োম চামীমখি।

"ঈকায়খিবনা" নাকেন্থাদ কল্লকপা থাজদবা য়েম্নোংলক শমফাজবী থানিললা কৈদগী'না নোঙলীক থীকলকুম হায়রকই "মডাও থীদকো ঈতা চাম্বী হায়বীদো।"

"চাম্বীনা তুরেল খোংবান্দ" অচৌন নীংশী'জুমগা মুঙশি মতৌ লাওনা হায় "চাম্বীন' তুংরল খোংবান্দ খোংবানগী লৈঙোইদা চয়োম থোন্নহুনা কমাদা হৈন শিডনা শীল লাংথ্রবা"

"চামীমখিবজুদি —"

"চামীমখি"

"ঐনা ঈকায়খিবনা"

থুঙ্গা অমা থঙলাক-থঙজীন লাক্কুনা য়ুমদোনপোক তাবা ঈমুংহুগী মুমাং ওইবা মকমদগী থাপলক থাদিলবু কোয়কই। হওগোই-তুগোই চেঙী মতৌহুদা। থানিল থংই থুঙ্গা কনা অমনা মপুমোইবনা লৈরিবা ঈমুং অসিদা মহৌশাগুম হরাও-তয়াম চংনয়কপ' ওইদরে। ওয়মক্ল ঈমুং অসিবু শয়োই-শারৈবাক্তগীন্ত হেম তুকচনা থময়ে থম্হক্লৈ থুদক মাংথী পুন্নীগী মংলাল মংলাল তয়াম থুদীং'

অচৌনা হয়াও তয়াব থূদোং মশীং মকোন ওয়ংশানা পাইহনগ্রহনা খোজেন তপ্ন-হায়

"কনানো থুঞ্জ কনানো নহাকপু কৌরি তাবরা"

"তারে, থংলে.।"

"খোকন্নুচো-ও,।"

থংই। ময়োল লৌশীং লোনবনী। মীংতমদবা মপাওনী। মৈচাক্লী। হৌথীবা মতমহুতম হয়াও-হয়াও কয়িগী ঈমুং অসিদা মখোয়না চংন-রক্কে? পাওখুম লৈত্রবা ব্রাহ্মংসিদ কনানন্নু মায়পুনতন্নোই ঐগী মাংদ। অসিয়া তাইবং অদুগা তাইবং ওইবা মীওইবা মগী ময়মচৎ? মুত-শিনরম্ন মরূপ-মপাং, ময়ী মত থূদী, লায়না অমতংদ শকথং-মায়থংহন্দনা ময়ী ককথংনবা হেক। মপান্নোংতগী হকচাং কয়াংকী ওইবা তুম নাইবা উংন মচাক্লবা ডনশা কুয়োমগী লায়না চেনবা শক্তমদা মুংনাইদবা থমোঈগী—ময়ী থূদোং ককথংনরবা?

"বংবু কৌরি খোকলু। কনানো?"

"থংলে। ঐ মখোয়গা উমনীংদে"

"কয়ি?" অচৌন তক্লহত্তই "করি? লাকলিবসি কনানো?"

"ঈতা চাম্বীনী"

"চাম্বী!!" অচৌ থমোঈ কমথরে। নীংশা ফুনথরে, চ শৗফাওনা ঈমুং চংলক্তরবা—থল্লুহৈ। কতনা লাকই অহবু চাম্বী!! অথুবা ময়ম চেনবা থবক্তী ওইরমগনী চংল্লু খোকলু.

ওইরমগনী। অহুবু কয়িগী চংলক্কে।

থাবিল পাওথুম পীদে। তুমীন থন্দুনা লৈ। ঐগী লৈক্তে তাইবং-সিদা কনা, কয়িগুম্বা ঈপুয়োইবা নতাক্ল লৈচীল খোংনেংমধিবা তারব, কয়িনোমে ঐনা তৌগদবা— কু-কম অমত্তদা পূরীযুকো ঐবু।

চাম্বী থর থীৎ নকশল্লকই। খোজেম্ন মরো চেল্লী। হন্ন-চম্ন কৌ-ম্নকই। ঈমু' ভাল্লে পাওজেল্লকপা কাক খোঙ লালবাও শকই। থানিন ফিদৎ-নমকুপ্পজা ঈমুংদগী মতা চাম্বী ঊনবা খোরকই কুন্নাও হডজন খোংখাংগুম তপ্প-তপ্প।

হিঙগোল মতোল নাকচিদা মতমকুইনগী তুঙ হৌম্মিন কাম্নীম্নকপী মখোয় অনী ন্নান্নী শাই।

"নংবুনে ঈতা না অ স তানসি "

"ঈতা করিনিনা?

করিবু হ ন সংগ। চাম্বী ফোংদোককম খংখিদরে।

করিনে, হায়গদবসিবু? ম কানতা থজে, অসি খুদীংমক মতু শোজবী অসিদা থাক্ত-হৈদ তম্নম্ননে।

চাম্বীনা হায়—

"তাচৌববু ওহাক থাদোকলম্ব ন্নারোইদরা নংবু?"

"করিগীনো? অসুম হায়বা য়াদবরা?"

"ন্নাই" থাদোক্লীংদে খংলে, মসিংসু ফৈ। চাম্বী ন্নাথম কৈথার শেম শারুনা হায়নকই "নংবু সনা কোনুঙ কাগেরা?"

"করম্ন"?

"ভোলহনবী শ লাকপী, ঐগীদি শাগৈগী ঈন্দোলবী। ঐখোয় দা লাকহৌই শকখংনরে। কৌগে লাকপনী।"

সনা কোনুঙ ন হেক পল্লকপদা থানিগ মীনেং তজল পাইরকই, থমে'ঈমুগু থজাং চৌক অফুঈবা নিঙশ হেল্লকই, ওম্নমক মাথৈমন থংকৌদনা হন্দোকখী

ঈতা চাম্বী" খোজেম নৌকহ "চাম্বী"

"করিনা?" থানিলগী অযোঙবা শক্তম অচুগা খোজেম্বুদা চাম্বীনা 'করি মতৌনো' থন্না ওক্ক হঙলকই "করিনো?"

"তখেল লাইবার চৎখিবা মখোয় থরা হল্লক্রয়ে তাই চুম্বরা?"

"চুমই। হল্লক্ররে।"

থাবিল—রাহং লেপ্ন তুমিন লৈ

চাম্বী—পাউথুম পীদা তুমীন লৈ।

মতম কুইরবগী তুং, মতা শকপা অনী সুমাং মতোপ শকপদা ঈচিক চীকশরে।

করে। রাকম রাকম খুদোং থমে. ঈন্নুঙ অহূগা থমোঈনুং ফুম্বর-চুনা অবীমক্ক থরে, হুজাঙ্গা করে।

চাম্বীনা মায়খোংগী মঙাল শন্দোরকপ। খুদোং ওয়-তৈন মচু লাওহল্ল-হনা মতম কুইনা ঈচীক চীক তুমিন লৈরম্বদগী মথা তারকই—

"করে—শকথংলরম্ন। খুদোঙ চৎরে। নত্তরা?"

"হোঈনে চাম্বী। মশা ওমদবাসদা থাদোক হান্দাক চৎখোক্লীং-দরেখো।"

"ঐ চৎলগে। নচাবু পান্নু-লান্নু থিলহল্লকে—ওকলম্মু খোংগান্দ।"

চৎথী।

মতানা চৎখিবা তাম্না য়েঙহৌই।

করিনো ঈতা চাম্বীনা লাওলকলিবা মতৌসি, থাবিলনা য়েঙন-য়েঙন থলহৌই। চিঙনবা পোকই থমোঈদা।

তশেঙবমক চাম্বী ফোংদোক্কে থম্ন লাকপা রাকম ফোংদোকলমদনা চৎখ্রবনী।

হওগে থম্নবম্ন নুমীৎতু অচৌন থন্ন-থম হওখিদে—থাঈনগী মতা চাম্বীনা করিগীদমক লাকলম্বা? হন্দক মরক অচৌ প্রাওনিঙখোল তমথীবা অমা তাওম তাওম তৌই। মচুগীনু ওইরম্ব রাই। রাজচুনা অচৌন থল্লী, মীওইবগীদমক মীওইবনা।

# নীপান

মমা ঈচন অদুম্বু লৈত-ঈপা অদুম্বু লৈত, ঈবুংঙো পংদায় হায় পংচৈ চৈ ভৌবীরুমমু হন্দকা অসিমদি য়েঙসি। অসুম্ব হায় লৈশঙনা মীচৈ থীবা মচানুপা মোইরাঙদা অদুবু মমাগী মীসুংশি চেনবা মমাহৈ মোইরাঙনা শম্নাগী মকৈ লৌবাদে। শিম্মাইফম চংথোবা ভনৌ ভনোজবা, মাইপুনঙমজদবা থানিলবু তেমশীংননা ঙাইং-হুনা লৈ।

মমা মপা কনা লৈত্র থন চাঙ্জ ক পীন' য়োকপী থাকপী থম্নগা ঈমায় খুহনবা থংগনী .মাকৈর ভ ইতীক, অসিদি মোইরাঙনা চপ যুঙনা থন থানগা, শিম্নাইফমদগী হম্লকপা ঙাহাখবদু।

হেক হম্লকপগা মোইরাঙনা শংওনা শাওনা হায়

"চাম্বীপা নংগা ওরাং চয়োম পুদুনা খোকপরা?"

করি খুমগনি। থানিল, কিজবনা ঈকায়জবনা লু লুক্রা থাংজৈ—।

"নচিল চুম্মু—। অডবা খুঞ্জাশিঙনা তমলকপদা নাকোং অসি শীংজা য়েরে। চয়োম পুহনা চৎপরা? তুরেল খোংনুংদা চয়োম চানবরা?" ভকশল্লকই।

থানিল খোঞ্জেন ভনীক ভনীকলকই। থুমজৈ—

"ঈভা চাম্বীনা মখোয়গী লোঙথোন ঙাচানসি হায়দুনা ওয়াং ওয়াং—চয়োম থাঙদোক্লকরে—।"

"তুরেল খোংনুংদ—?" মোইরাঙনা ওন্নমক থংগে মতৌ পুন্নদুনা কয়া উমীং খোঁওইদ অশাও মৈশাননা মথা ভাই "কনানো চয়োম চয়োম চাথা য়াওখিবা নহাদো?"

থংদে—। ঈভা চাম্বীগী মবুং মপা খোয়মাজে।"

মকা কোণ্ডবা য়াখিদে। মচৌং কত্তবা মোইরাঙ থুডুব কেঙনা থাংই—।

"কৈ। হন্নক অসিদি য়েঙবীগে। মতুং তাবদা থৌওই উপীংত অমুক ডোঙ্গৈরবা, মোইরাঙ ঈতীক থংগনী—। পাওজেঙখো—নত্তা চাম্বীদস্থ হায়খো নহা দো" মদম অসিদা মখোং খোংগুল তারক্লবা মূক্রনা লোঙগ্রো চন মনম পোপ্ন বারক্কনী।"

মোইরাঙ শাওনা য়ুমদগী মপান থোকথী।

মচা খোম্হীবদু থোকথিবতং ঙাইরম্বগুম মনে লৈশঙনা শিন্নাইকমং দগী হল্লকচবগা ঈমুং চংব ফঙজিন্ত্রবী মমৌ থানৌলবু মশম নাম্বীরদুনা হায়—

"চৎলুরবরা নংবু"

খুমদে।

"চংঙবদে—" মমৌনা মপুং মরৈ ফাজরকপা উরগা য়োকচল্লকপা মহৈ য়ান্নে থন লৈশঙ কোংদোকক্লম থংদ-হৈদ হরাওই। য়েঙল-য়েঙলগা, .য়েঙবগী পেন্নাইরক্তনা অস্তুম্মক য়েঙই। য়েঙদুনা লৈরে। মথা তারকই—"করি লমগী নহানো চায়োম লাল্লুরিবদুদি - ?"

"থংদে।" হায়দোকচনীংবনা শিগদোই অদুবু খুমই "মশক থংদে ঐদী—"

মনেনা নোকই।

তুরেল খোংনুংদ ঙাইরমগনী লৈঙোই 'থক্ত শীং কোকখোং নাহৈবদু থারদুনা লৈরমগনী। থম-থম থাবিল মপান থোক্তরে। মীচৈ কিজৈ। মহাকথক, করি লাঙদবা মীওমজদবা পাথংহুমস্থ ফত্ত-সুঙদা থোকদবা থঙ্গং কিজা বানা লেনলি। তাম-তাম য়েঙই। বাপল-উপলনা মীংয়েংদ মথংলী। শিন্নাইকম কায় শীঙ্গংদে। মসি মত্তা চাম্বীনা খো-খোঙব থংই।

"করিগীনো মহাক্ন অদুক কম য়েঙশল্লিবনো ?" চাম্বীনা মোই-রাঙবু শাওরদুনা হায়—"নখোয় তা'মোইরাঙ'স মী ফরোইদৌরি।"

অদুবু করিদী তেমশীংনরু ঙমগনী। মুপীমচানি।

অহোং কয়া, মুখিদাঙরাই কয়া খানিল মরাথন্দ লুপতুনা লৈ। খংই, মহৌশাগী মহৌশা মহাক শীংজন তোঙ্গৈবা চৎলমগনী। মুম-হন্নকপা মতমদা তুরেল খোংবান্দ শীংপোৎ কোকথোং খাদুনা রাখন কোংগায় অমগা লোঙ্গননা কমললমগনী। কমললমগনী।

চাম্বীনা খানিলগী মহুৎ শীন্দুনা তুরেল খোংমুংদ হেক-হেক চৎলী অদুগা অচৌগা রাম্নী-রাতাইদৈ হায়বসি মোইরাঙনা খংই। অদুনা মোইরাঙনা মখো হেক কাইথোকপমথৈ লম্বীদা চাম্বীবু ঙাইদুনা লৈ।

তায় চাম্বী লাকপা উরে। মনাক হেক য়ৌরকপগা তক-হায়গদবা রাকম রাকম শেম শাদুনা লৈ। মোইরাঙনা চাম্বীবু খামই।

"চাম্বী, লেপথো ঙহাক্ত।"

"তা মোইরাঙ কৈদ লেংদৌরিব।"

"নং ঙাইরমলিবনি"

"করিগী" খংই অদুবু চাম্বীনা হঙই "করিগী ?"

"কদায় চৎলীবা নত্তোমতা—"

"তুরেল খোংমুংদ" চাম্বীনা হায়গে মতৌ চেম্ন হায়রকই— "আ তুরেল খোংমুংদ চৎলুগে তাদা।"

"এ!" ঙকপা শাই। খংদবা শাই "পুনম্ন পায়দা করিম্ন পায়দা—। ঈচনবু করি থৌদারকপগেনে ঈনেখোয়না ?"

"ঈবুং অমা শীংজনবা চৎখী।" চাম্বীনা ঈচং থৌন খুমলকই—"

"হেক-হেক ওকচৈ ওকলুগে তা'মোইরাঙ—"

"এ!" মোইরাঙ অখং-অরাক চুই। "মুপীমচা কাহেন তন্মী'

অমুম থম্লি। শাওবগী পণ্ডৈথ থেণ্ডই। চাম্বীবু মুম য়েঙলদুনা হায়—
"লৈকায় ঈচন ঈচানিকো চাম্বী নং—"

"কনানা নত্তে হায়রগে তা' মোইরাঙ ?"

মতোঈনা !! মোইরাঙ হায়কম থংদে।

"চৎচরগে—"

"ঙাইখো—" মোইরাঙ খাঙঙমদরে। তশেঙ-তশেঙ ফোংদোরক্লে—"ঙহাক নোঙমা ঐখোয় খাম্বিলগা নহা অমগা, নংগা চয়োম চানবরা ?"

"চানৈ"

"কনানা লাংঙি চয়োমদো ?"

"ঐন।"

"করিগী ?" শাওবগী চাঙনা কাহেন্নখি অঙাং অপীশক ওইরে মোইরাঙদু, মথা তারকই—"চয়োমবু তগুপ তরাই পংচা চানহৈবরা ?"

"ঈতা ঈবানি চায়জবনী।"

"নহাক্নদী—?

"ঈবুংনী শাগৈগী-।"

মোইরাঙ ঙাংকম শককম থংখিদে। তকশি শোল্লী, থোঈচংনবেদা মুপীমচাসে; থল্লি থমোঈদা।

হায়রকই—

"ঐগা শকথংনহল্লু—।"

"করিগী ?"

"শক থংননীংই—। মুক্ত ফদো মাম্লি শাবাম্বু য়েঙবদা—। মপোক মতাং ফৈ য়েঙবদা শকথংনগে, মুক্তা ভম্বীগে ঐগী মীচং ওইগে।"

"মুক্তাদী হৈরম্মোই —।

"হৈতবদুনী তম্বীদোরিবা— ।"

"য়াই - থংনবীয়ু।"

"চৎসি লাও"

মোইরাঙ তৌকম-পাংকম ঈথং হেক থংদুনা থোইশাও-থোঈ-শাও, চাম্বীগী মতুং ইল্লদুনা তুরেলগী খোংনুং য়োনবা লাকই।

"অদগীসিরা"

"অহোই—।"

মোইরাঙনা ওম্থোক্ল মুয় য়েঙখরে, হায়।

"করি থোকই য়েঙ' শাররিবা—" নুমিদাঙ শিন্নাইকমদা চাম্বীনা মরা-মপাও তাজনীংবনা ঈথৌ হেক লাওলিবী থানিলদা পাওদমলই "করি থোঙ্গদোকপদী কত্ত নুঙদা থোক্লরোই—।"

"অওইবরা চাম্বী নংবু" পাথংচৈ। হরাওজে—। থাজবনু ওমজদে "কত্ত-নুঙদা থোক্লরোইদ্রা হায়বা—"

মীচাবোক মশুংলাঙ-থানিলনা রাজবম্ভ য়েঙন-য়েঙ, য়েঙলু য়েঙলুর-গা চাম্বীনা লক্লগেদ্রুম থল্লক, থংদ-নুঙদা শা তুমীন লৈ।

"হায়য়ুনে নংবু—। ঈতৈনা করি তৌবীরোইদ্রা—। পংজবনী মহাক্তী।"

কুইনা থুমল্লুদরে চাম্বী। করি থুমসিগে থল্লি। কাইনথঙ—লক্ল, কয়েম-কথাঈনগেদ্রুম থল্লক, চাম্বীনা নুঙশুক্লবা শা, থুমলকই—

"থংদে কররিবু থুমদোবো ঐদী।"

"কদৌয়বা" রাজবনা "হায়য়ু চাম্বী?"

মুক্রা চাংয়েঙনগনি হায়।"

"কনানা? অপংহনা— ?"

"নত্তে নত্তে, নতৈনা, তা'মোইরাঙনা?"

"করি থুমই মাদি? য়াক্লদু রামেলহোৌদবরা নংদি হিঙচাবী"

"নঙহো' পোৎ নত্তে,"

"করি খুমখিবা ?"

"থংদে ঈবেম্মা, ছম্নী ভম্মোই থংদন' মুমীৎ হেক্ত থানৈ—"

থানিল নৈতা-মুঙলেমঙমজাদ্রে ।

মতৌবু য়েঙলগা চাম্বীনা

"হেক্ত থানৈ, ফাইরেলগী মঙানি পানবা য়ুমশকৈশা মুমীৎ, মুমিদাঙবাই, শী'জন কুমলকঙৈ— । য়েঙহুম য়েঙসি ।"

থানিল থংই । মুক্রাদা মতৈ মোইরাংঙ পাবীনীঙাই কনা নৈতে । পাথং ওইবা নহাসি মীমাং থোক্ত চোপ্পনি, খল্লুঙৈ থানিল শিন্নাই-শীন, শীনবাংবদি তরাইথোক, রাংমেঞ্জনীংবনা নৈতারক্তরে । তুমীন লৈ ।

খমোঈদা, মদোম থল্লি, করিনো অঙম থৌনা লৌশিঙনা, হয়েঙ কৌবা মোঙ হুরান লোঞ্জ উনহৌদবা য়াদে, মতা চাম্বীদদি হায়দোক্তে অহুবু খমোঈদদি লেপ্লে, "পাথং মমুম চৎন রামেল্লুরবী ঐদী ।"

অহুবু ঙমখিদে ।

শাবন্দ মুক্রা শীংননী হায় । চাম্বীগা চেংহৌ লাঙন-লাঙনা মুমিদাঙ রাইরম ওইবা ঙাইথি । খমোঈদ' মঙল মঙল খয়ে । মোইরাঙনা থোরকপা উরগা চাম্বীনা হায়—

"শোয়ত্রবরা । তুক হঙহৌসিরা ঈত"

"করম হঙদোরিবা নংদী ?"

"হঙ'মু ঙাইদনা— ।"

থানিল তুমীন লৈ ।

"হো তা'মোইরাঙ—মুক্রা চৎলিবরা ?"

অঙাং লম হেল্লি, থল্লি খমোঈদা ; ঈমু ঈকায় ।

অহবু খুমলকই চৎন চৎন "য়ৈথোকএ য়ৈথোকএ ।"

মোকহৌই অনানা।
তশেঙবমক য়েথোকখরে।

মায়তেক চৈথাগনী হায় মথংগী চহীদী। লাইনিঙথৌমসু চৈথা-থৌরাঙজরো য়াবীরে। পাওদী মতাই লৈবাক য়ানীনা। অহবু লৈশাবী-নবু অহক কুপথ-লুথা থংলু-হৈরুমদী লৈহৈদবনিনা থংদে। লাইনিঙথৌ পামহৈববু, চহী কুমজা মপল কম্বাল লাওলমবনা কম্বাল কুমথরে, মজাইবুঙো থাগী লাম্থাবদা সনা খুঙম শিন্নরম্নগা লাইনিঙথৌ, কোম্বা সনা খোংগুম্নবা লৈথরে তাই।

হন্দক মপা ঈবুংঙোনা কম্বাল কুমলকতে, অদুগা কওলা খুঙম হেক কম্বাল লাওবগা লাইনিঙথৌ লাম্থাবনা সনা খোংগুম্মীদুনা উপম হিঙগোলদা সনা কৈথেল অহনবা শেমখি। কৈথেল হোঙখি। মহুমু মতাখি লৈশংবী অনীনা।

হন্দক মপাঈবুংঙোনা লম নিরকপদা পীহৈদে শাথোক লান্দোকতুনা লৈ লাইবাও তম্নরকপনা মজাঈবুংঙোনা লমথীং পন্থীঙখরে। অদুগী মহুৎ কওলাগী নোংপোক ওংন লৈবা অঙোম য়ুমফমদা মপাবুঙবু সনা য়ুমলাংখীরনবা হঙগৎচখি। লৈবাক য়া ওইনৈ। হয়েঙ শজীবু তরাতরেৎনী পানবা লৈবাকপোকপা সুমীংতা মপাবুং পামহৈবা অঙোম য়ুমকম ওংলকনী। থাং তা কুমৈননী—। মুক্রা কাংজৈ পাংনী। মজা ঈবুংঙো লাইনিঙথৌ লাম্থাবনা মুক্রা কুমৈসিদা লৈশওগী মচা রাওথৈ ওনা মোইরাঙদা শীল্লু-লাংঙ খোঁশীনবী—। হন্দকী লাইনীঙথৌ মাং পাঙগদোরীবা মুক্রা কুমৈদা মোইরাঙবা অচৌববু পুথোক্কে লেপ-থরে। তুরে ভুখ্রসমু, খল্লি। তোনাবনা মোইরাঙদা য়ানোমই—হন্দকী অসিদী ঈতাও, নহা য়ারকক্কে মুক্রা খুদাপ পায়নহল্লু ঐগা। মোইরাঙ—য়াথোকখরে।

পাও অসি নিনফুঙ নিনফুঙ তানরকই। অশেঙবা শেঙদবরা ভঙদাঙবা অমা থংনু-হৈকত্রবগু থানিল য়ুমলেপ-য়ুমলৈন ওয়জদে—। তোনাবা—মুক্লাদা মতৈ মোইরাঙগী ওমথং চেনবনী, করম মীওয়জদবত্তুগা পানগদৌরিবনো, থুকচৈ মদোম। করি থোকই হোয়ারুরিবনো, থৈজে পাওথাকম লৈত লৈত নুপীজা ওইবী থমোঈনুঙদা।

করিনো হন্দক মবক অসিদী মতৈ মোইরাঙ রাঙথৈ ওম্বা অসি পুকচেলবা মোঙদ-হাদা ঈতপ তপ্প উই—, অশাও-অরাক শকচেন্নদে। মাগী মশক-শক্তমসিদা থানিল হায়বী নুপীমচা পুঙককপীনা হরাওজে অমুক, করি থোক্লগবা থুকচানজে—। মোইবাঙদী মরৌ চেনবনী।

মোইরাঙগী চৈরাক, চৈকোমথোরকপগুম মতৌ লাওখ্রকই। থানিল মগুং-মমান্নবীশিঙগা তোরো-খোন্দানবা মারে মতৌ উলককুম থোকই য়েঙবদা। মোইরাঙগী হোঙলকপা মরমচৎ অসি মমি-শামি শম্নাভঙ উবদা থানিল তুরেল খোংনুংদ, অমুক্তঙদা ঈরোক ঈপাল লাওবা শা, চৎকে-তাগে খল্লক-খল্লক থমোঈনা শেমশারকপা মুমীৎ ফনা য়ামথী।

নোঙমা চান্বী হায়বীদুনা ওখৎ-তমাঙজবী মতৌলাও, হোবে-হোবে লাক্লদুনা মোইরাঙ রায়াপ্লিবদুদা হায়রে—

"হো-তাদা মোইরাঙ—।"

"করিগীনীনা হা চান্বী?"

মুঙশিরেদা, চান্বীনা থমোঈদা খল্লকই, মথোঞ্জেনসি ঈচম হেক চম্মী, চম হায়বত্তু ওইরে ঙসৌদি, খল্লুবগা মখা তারকই—

"ঈনেদত্তু রাচৎলুরে—"

"করিবিনা" রা য়ানবা লেপ্পুই। য়েঙলকই "করি থোকই ঈমাদা রাচৎপ?"

"ঙসীদী তুরেল ভাগে, চেংহী-ঈরু ঈপাল লাঙমিনরুগে।"
"লাঙমু কনানা করি হায়"
"ঈতাগনী তা'মোইরাঙ"

মোইরাঙ চাম্বীদা য়েঙভমদনা তুমীন ঙহাক লৈ। মুঙশিবা রাখম থমোঈদা ঈফুন-ফুন্ন শন্দোরকই। নোঙমা অমা চৈথী, শাবী-শানৌ মনাংনবা মুঙশিবা মতম খোংলৈগী ওইবা নৌরবা পুন্সী শেমগৎ-শাগৎ-চনরকপদা অশাও মৈনা চুথী ঐন খুমুখোংগী অয়েং শমলাঙ ওইথী, অহৃগী অকিবা কোক্তার, অমুম খল্লুৈঙ মোইরাঙ, নুঙশি-মীনোক তোইথী থনুঙদা। হায়রকই—

"চৎলু চৎলু"

"তা'মোইরাঙ!" করিনো চাম্বীত্ত ফুগায়রবা লৈদ মুঙশীংন খোয়-হাইনা শাফু পীরককুম হেদোঈ-হেগাজৈ "হন্দক্তী, চয়োমগী অমত্ত চানজররোই। চেংহী-শমলু হেক লোইবগা তন্দনা য়ুমহলজরকলদৌনী। নহামচা অমত্তঙ হেক লাক্লবা, ঈশীং পুন্ন মকোক মরু………"

তাব-হৈব ঙমলক্তরমাল্লে, চাম্বীনা হায়বা লোইদ্রিভৈদা মোইরাঙনা 'অতাওবী চৎতুম চংখ্রো' মতৌ চেন্ন মুঙশিবা মতৌ পুনা লাওহৎ-পীরকই—

"মতোঈনরা? চৎলু। লৈশাবী মখোঙ হুক্তবাসিদে।"
চাম্বী হেদোঈ-হেগা লাও নোকচরদুনা চেনথী।

থংই—মতা থানিলদা হরাও-চৈনা থাংলদুনা চাম্বীনা কোনশঙরু-গনী মতীং খোরু অহৃগা লৈশাৎ তমলবা ফুগায়রবা লৈনাদা লেনগী চৈফু না অমুক ফুররোই হায়না তমজুগদৌরিবনী।

চাম্বী নোক্লদুনা পাওদম্ব চেনথী।

মোরাঙনা রা য়ানবা লেপ, রাখলদা অরা পোংথা য়েমীং থাজৎ-কুম মতৌ মখৈহৃদা য়েঙলদুনা মতোমতমক নোক্লদুনা কমদুনা লৈহৌই।

থাজনদে অহুধু হৱাওজবদা মুজা ওইবী থমোঈমুঙ ঈরাং লাংঙ্ৰে।

অহুগুম্বী, থানিল কৌবীহনা মপুরোইবা থৌগল-থৌগল থজ-রকই.— ঙসাদী শক্তম-শক্তম কোংগায়হু কৈদবু নাথৈ শকলোংনগ্রবা! মুমীৎ খুদোং-খুদোং ঈতেং পাঙ'নঙা লৈরম্বী চাম্বী হায়বীহু, মতম ওইবা মনাৎ খা, হৌখিঙৈ থোংলেনা চেন্নখি মশক উগে ফঙঙমদরে।

ঙহাল নোঙমা লাকলম্মী। কৰিনো মতৌহু? হায়গে থনবা কোংগায় হায়দোক ফোংদোক্তনা নাথৈ মরমচৎ শেন্ন-শানা হনখিবগুম চৎখী—। থমোঈমুঙ করি ৱা'নফম ৱাঙ্কমবু ফুম্ন লোৎন চৎখিবনো?

তশেঙনমক মপুরোইবা নাক থৌগল থৌগল কমজা থানিল, মওল মওল থল্লক্লে।

"ঙহাক পোথাবীরমমু—" থানিলনা ঈথং থংহৌদনা মপুরোঈবা অচৌদ হায়জরকই "কুইজরক্লোই।"

"কৈদ !!" অচৌ ঈঙক ঙকই "কৈদ চৎকে হায়বা?"

"ঈতা চাম্বীথোৱদা ঙহাক্ত চৎচরুগে"

অমুক শাঙলক্লবা মতমগী থোংচৎ অসিদা, চেৎন-পক্ল লৈমিন্নরক-পসিদা, মুপী অসিনা মতা চাম্বীগী নাক্ত অমুম চৎকে উগে হায়খিবা অমুক্ত য়াওখিদ্রি—। য়াওখিদ্রি। চেং থুয়া অমগী কাওবা, ঈশীং য়াউম অমগী কাওবা। অহবু ঙসিদী, ঙম্নমকী তাইওন্নবা, ওইথোক্তবা শক্তম অমা লাঙলহনা মুপী অসিনা অমুম হায়রে। ঙহাল নোঙমা অমা মতা অহু লাকলম্মী, মচৎখি, মনিল নাইরমদবগুম। ঙসিনা অমুক করি!! অমুম থল্লকঙৈ মতীক মঙম শাদ্রবা অচৌ, থমোঈগী লৈওল মশীং বীঙম-লক্তে। অহবু ঙম্নমক থমুঙ-থরোৎ ফিয়োম্নরহুনা হায় থানিলদা—

"চেংবুগে ঙানিগে চৎলুমু মীয়ুমদা অমুম মরৈসি। য়েঙসি নোঙ-দমথোল।"

করিনো। চৎনমক অকায়বা শক্তম ভাক্তমক ওইরবে থানিলগী থমোঙ্গী মীৎয়েংদ—।

"চাম্বীদো ঙহাল নোঙমা অমসু লাকলম্লগা চৎথিবদায় মরা মনিল ঙ্গনাই নাইরমদনা।" অচৌন মথা তারকই "করিগীনি হায়বগে মহাক্ল লাকলম্বহু।?"

"খংহৌদে। মরোল অমদী হায়রম্বনি। মরাইদত্তুগা মতৌগ শকমাম্লদে। ঐবু রা তানসি লাও হায়রৈ।"

"ঐখোয়গী অরাবসিদা"

থানিল ঙ্গচীক ঙ্গহুন তম পাওখুম্লজদে। তথেল লাইবার চৎখিবা মখোয় হল্লক্লে হায়রম্বহু।, থানিলনা পাওখুম্নদা মদোম থমোঙ্গম্লুঙ চিঙন-রাথম্লজে—।

থমোঙ্গ হক্ল, নোঙমা তোনাবনা হায়খি তথেল লাইবার চৎলমদাই

"থানিল—,ঙ্গবুং রাহৈ মঙা তরাদঙ পাওদমলমগে · ঐহাক তথেল লাইবার চৎখ্রগনি"

"তাকপীয়ু তাদা"

তোনাবা রা ঙাঙম-শাঙমখিদে।

তোনাবা থাঙ্গনবৈ নংতরবনি থুঞ্জা পরেঙ লেঙলকপদা মপুং ওইবা লৈশক লৌ চীন্দোং-য়ায়তোংলবনি। কৌগৈ ললবঙে পায়বনি। সুঙাই য়াইফরবনী। তালোঙ্গ মশকনাই, চাশক তরঙ শক্লাই, মপা ওইনা নেন-তেনা য়ুম্বাল্লবনি। মতৌক মম্বাই চেল্লে—, অদুবু চুথ্রবা থমোঙ্গগী মচু কোক্লাইদে অসি তাঙকম য়ৌরক্লকাওবা। ঙ্গচং থৌন খুমলি থানিলনা মরম খুদীং থংলবনা। অমুম্ল লম্বী লমথাং খং তোনাবনা থানিলদা থমোঙ্গগী য়ারা পাওদম্ব শক্তম নোবা নংতরে। খংই, তোনা-বনা পাখং ওইরিবৈঙদগী অচৌগী মায়ওক্লনা মমদাং লমদাং লেপ লাক-লিবসি তাঙকম অসি য়ৌরমক্তদম্লু হমাইদরি। থানিল মদোম

থমোইম্নঙ চিঙনভ্ররকই—,তোমাবগি ফত্ত-হৈদ পাওবু ওইরিগত্রা হায়-দোক্না চংথিবা।

নোঙমা অমা

ওস্থোক্ল হঙগোই নাকোই থম্বুং-থুকচানরবা রাফমত্থ হৌদোকচৈ মতা ওইবী মকাদা

"ঈতা চাম্বী নংবু য়ুমদা লৈঙমত্রহ্নুনা ননাক তমলক্লুবনি— শেঙনা হায়য়ু নংবু, ঐঙোন্দ রারোৎ রাফুম্নরমগম্ু, হায়য়ু, করি করম্ব থুনবাও তাবগে নহাকপূ ?"

রাফম অসিবু করম তংশেঙ তরঙ ফোংদোক্লনি, অমুম, থল্লি চাম্বীনা, ঈচীন অসিনা পনঙস্লোই কৈদ।

ঙহাক লকক্লুরগা চাম্বীনা—

"করিনো ঈশা-- ?" থংদবা হেক মশাবনি।

"বংন ঙংন নোঙমা লাক্লম্ববু— ?" রাজ্জৈ, চিঙনজৈ।

চাম্বী, করি থুমগনি থংথিদ্রে। থমোঈদা তাশোন্নৈ মদোম। মায়থোং ওইবা মপান্থোঙদদি করি তৌদ শা শেম্ন-শানা লৈ। পাওথুম হৈদে মংসিদি, চাম্বী থল্লি থমোঈশা, রাফম অসিবু ঈচীন অসিনা করি করম, মতৌ করি পুনা রাজবীসিগী মফমদা রাথংদবী ঈতৌ তমগনি ? ঙমলোই, চাম্বী তমথোকলোই লেপ্লে।

"করি থুনবাওবু লৈগদগে ঈতা। নং-ঐগী অরাবসি থর-খিং কোক্লবা থৌগননাই ওইরসিনা থম্ন-তানগে লাকলম্বনি" থানিলগী থাজবস্থ, থাজদবস্থ, করি অমত্ত উবীদা চাম্বীনা মথা তারকই "তোক-অসি। লৈজ লৈঙ অমুম মরেলসি। অচৌন হকশোন্নবসিগা থাদোক লাপথোক হৈকররোই।"

থানিল তুমীন লৈ। মতা চাম্বীগী পাওখুম পেয়কম ওইদে মকমদা। ওইদে। হঙগে থল্লি 'ঈতা ভেথেল লাইবার চৎথিবা হল্লক্লে তায়নে ঐবু। অমুক রায়বা মতমসিদা জোনাবগী পাওবু তাবরা নংবু। মরো চাওবনী, ঐবু, চিঙনববা হুত্তঙলুবা মীশক ওইয়ে। মপুক খোম্বনি তোনাবা হায়বা মুপান্থ—' অহুবু কবিনো হঙঙমদনা লৈ তুমীন।

চাম্বীগী, মনেম মকু হিঙগোলন্নুঙ, তিঙথো মতোন মতোন থৎনরহুনা মতা অনী রাথন্ন কৈ-কৈদনা খন্নরহুনা তুম্বক তুম্বক ফম্নে অনৌব কুমগী মনা মশিং শিঙতুগী শক্তমদা ৎয়ঙনৈ। কুমগী মনা মশিংশিঙনা তদেক তাদক হৌনৈ। অশংবা মনা মশিংশিঙতুগী শক্তমদা, মথোয়গী তুঙগী রাথলগী শকয় মকা লান্না শন্দোকলি মথোয়না মহৌশা লাইরেম্বীগী থৌজান থৌজান থাদা নোঙম-নোঙমগী মপুং-মরৈ ফান-রকনি, মনা পুংনরকনি, মপাল শানরকনি, হৈশাৎ-লৈশাৎনরকনি, কম্বাদা নীংথীথবা শক্তমনো মগোম্বগী শক্তমদি নীংঙমদবা, অরাবা শক্লোন পুবা নাকেন থাজৎকী পিদোঞ্জবা শক্তম রাজবীহু নত্তে। মকুম মপাম্বা ওইনরকৈ হেমোঈ-হেগাঙ্গবী পারী। মথাম্বগী তাদক তদেকগী শক্তমগী, বাফদবী শক্তমগি মতৌশিঙথ জন্নহুনা, চাম্বীশা, তুমীন ফমলম-বদগী কবিম্ন হেক বাদ-মুঙদা শা হায়দবই

"নোঙমা ফাদোক হীকমা ফাল' কক্রু ম'ন' 'ফমমীম্নবন্থ ময়াবনি। নোঙমতঙম্ব মতা ঐ লৈ শন্দুমা লাকখ্রবরনে ঈনাক অসিদা নংবু?" চাম্বীনা মংঙম হ'গুব' রাবু পুশল্লকই। হিঙগোলগী মনা মশীং মম্ন মম্ন ঙাংলকই "নোঙ ফাদোক ত চৌ নথোয়নিসি নোকমিন শামিম্নরম-গনি হয়বফাও থ জদে ঐদা, নংগী রাজমনবাসিদা।" চাম্বীনা কৈদগীনো পুরু রায়রুবা মীনেক অংগশক জহৎ নোক্লহুনা থাজিনদা য়েঙথৎলহুনা মথা তায়কই "নোকমীন-শামীম্নগ্রবনে ঈতা নথোয়বু? থাজদে ঐদী।"

করিবু পাওখুমসিনো ? ওইওইবৈ। হৌজীক্তী অদু ঙম্নমক্তী ৱাঙমদা লেপতুনা লৈরবসিদা। থাঙ্গনবৈদগী ৱাঙাং হৈবোনী মাদী অস্নুম্নতা তৌদ্রুনা লাকপনি। হৌজীক ফাওনা শমনা মখৈ কোকলমগ্রি। থানিল মতা চাম্বীদা য়েঙলদুনা থাজদবা মতৌ অম পু অকংব উদা মপাল শারকপগুম নোকমিনরদুনা খুমই

"নখোয়দবা য়ুম্বানবা, ঐখোয়দী নোকমনগ্রদুনা য়ুমথঙনবনা ভাংনরে" মসীদী ওইদবনি অদুবু ওইদবদু মথা তাই— "অদুনা হৌজিক্তী তুমীন তুমীন নোকমিম্নরে—মী ভাদনবা।"

অদুদগীদী মতা অনীদু ওইদ-ওইদ অচুম্ব ওইরক মতম কুইরবগী তুঙ, উরিস্থ উপালস্থ ঈপূন পুনবা য়েন্নাং থাঙেকুম হিঙগোম্নজদুদা থরায় তানা থরায় তানা তানা নোকমীম্নরে।

চুপলবব মরাইহ অসিবু খুনবাং— করিস্থ হেক মতাংদ হায়বসিবু, থানিলনা চৌনগাংনদা পিদোঙবা থামোঙ্গদা মকোগী রাহৈ তারকউে থষ্ণে, ঙমদে। থাজব ঙমদে। অদুবু থানিল অচুম-চুমদা মরী মথোং থিংলুদ্রে। মতম চুপ্প, মতম চুপ্পগী ওইনা থানিল নুঙশুরুনা তুমীন মবৈ।

করিনো তাইবং অসি মীংকুপ মীংকুপ খুদীংগী থানীলগী থমোঙ্গনুঙ অকরুবা মচু-মথেল অমা নাইথিদে। থংনীংবনা করিনো, থংদবনা কৈদনো, থানিল তং-তাবা অমা ঈথং থংজদনা মতা নাক তুমীন লৈ। মতৌ অসি মত চাম্বীনা হুংন হুংন য়েঙই, থংই, মাঙোম্মদি তাইবং অসি লোনম চাওবনি, ওইদ পরেঙগী পল্লোল, পল্লোল পল্লোল-মুঙদা খো বুন খুংপুন হিঙলবিনি।

"ঈঙা " চাম্বীন হিঙগোলদগী মনবা কনা মশীংদু মপুল শেমলু-রগা থানিজদা শকক তম্না পীরদুনা হায়— "সে চরা নোঙথম্নরু ঈথুং মরা থাবনি"

ঙুমীৎ অহু লৈচীল থাওখি। উচেক বায়া অতিয়া মকোয়দা ঈপাই পাইনখিদে। লৈচীল শিঙবা পীবুক-বাওপু থাঙবল্লবী নাহেং বকতৈ য়ুমগী মৌগুম মচী ঈয়েং লেংনখিদে। ঙুমীৎ অহু, মশক অহু, ঈনাং মাংখি।

থানিলনা চংখিবহু, পঙনিংবা কাওশীংন পঙফম ঈফঙ কঙদা তুবেনগী ঈংেলদা লৈশগ লৈশল তাওখিবহু মাল্লি, মাল্লি, তেকচনীংদবা উশানা প ঙাদগী তপ্প তপ্র তেকথরকপহু মাল্লি, মাল্লি। মতাবু চাম্বীনা ওস্থে ক্ল তায়-চিঙনা য়েঙহৌই, য়েঙন-য়েঙনা খোঙুল লীকম তাক্তবা মীংলুগী পিনা অমা থৌগাই পুন-পু, চাম্বীনা শীম্ৰহৌই।

য়েঙলু য়েঙলু খুদীং, শক্তম শক্তম খুদীং থানিল থাজ-মুঙজা ঙমলক্তে। পুন্সী হায়বহু অস্থুম মনাংনবোই, মরমচৎ-মতৌ অস্থুম লমচৎনবোই, থল্লুদৈ থমোঈনুঙ মীকপ-মীরাওনজরকই।

পৎথ-পুমথ' লায়নানা মপুয়োইববু পুন্সীগী ওইনা মুঙঙক চৈনা পীরবে, থংন-চাম খুঙ্গা কনা মহিঙ-হিঙংগালমুঙ খোঙুল তানবাদ্রে, কৈদবো মপোক অসিনা, হেদোঙ্গৈ হেগাদী তরাইথোক থোংকম চুমতবু লেপঙমজগদবসি।

লৈত, লাইয়বগী বাঙমা, নীংঙমদবা মপৈন কিয়োম-লায়োম লেল-হল্লি পিদোঙবী অসিবু। লৈত-লৈত থোঙজবা চাক চমা তমলক্তে, মপুয়োইবা অচৌ, অরাম থৌরাঙ পোকলক চুরকক্তে। লাইহৌ চেনবা তোঈরক্লে, ঈস্থম চনবনা হকচাং নীকপা কাওরক্লে। করি করিগুম্বদ, খথেংব অহিংদ, চোইরোল পয়োল চুরক্লে। অচৌ, মংগ্রেম হাগ্রেমনরকই। মীৎকুপ অমা নমই. অমুক, থঙনবা মীৎকুপ অমদা রাখন মতারকই। অহবু মুপা ওইবা মতৌ থমোঈ চাওখশা কমশেঙবী থানিলবু শমনান তোঈবীরহনা হায়বী

"লাইহৌ চেম্লি—" অহুদগীদী কবিনো মথা তানা হায়গদবহ্ ? থংদে। মথা তাই "অহৌং থেংলে। তুমনো নংবু—।"

কৈদগী—। অনৌশুবা থরায়—। নস্তে। থরায়মক্লী। ,থরায়না অরা চেংথপ্নরগা হকচাং পোলাঙনা কৈদগীবু লৈতাবা। ওইথোক্কে।

—পাওথুম্রক্ষম থংজরক্কে। থানিল, রাহৈ কোংদোক্রবা লৈজরক্কে। অরা পোৎলুম্ন হক্ক লুমথরবী থমোঙ্গনা রাকৎচক্ষম লৈজদা—থংকৌদে মপূম্রোইবা অচৌদা চেজেং থাগোকৈ—। তারে মৌংকৌ পি। তারসম্ন। তাবনা মতৌক চায়।

# মাপন

সুমীৎ অহু হৌথরে—মংসু, ম-ওইনবা পুন্সীগী নোঙমঙনোঙমগী ওইবা শকমশিঙতুসু, লৈথখ্রবা কংরোহনগী হৌখিবা মখোংচংঙ তিন্দুনা হৌখ্রে। ঙসীদী, য়েন্দনবা অঙনবা অয়ুকাসদা কোরোহন-বনা অমুক হায়্রন-ত নবা যারক্করে। সুঙশিবা মমাংথোংন কবিরো, উরাবৈ অশাংবী মখোংদ মনম মুঙশিবন। কাবদ, লাক্লগদবী চায়বীবু ঈখৌ ল ঙনা ভাইব পাৎংগী, য়েঙ্ঙু য়েঙ্ঙু খুনাং মোমোম্রহুনতা মরৈবা সুঙশিবা শক্তমচু মঙ য়রে নীংথীজবদ, মশেক মডাংগ। ঈংন ঈংবা অহীংগী নামিবা শহমদা লৈত লৈত ঈপোম হৌজরম্বী পাৎ অপিশকপা, পাৎ মচাশিঙগী ঈদায়, অয়ুক্কুদ অহাং লেপলুপবগী অরা নাহেনরক্লে। নোঙমারজাং পাঙবা মায়কৈদগী উচেক শঙঙ পাইনরক্লে। অহীংগী লৈচীল পূম অনৌব কোয়োগী মশেক্ত কুচু কুমেন ঙন্নরক্লে।

শজীবু থা লোইশীল্লক্লে মপু পান্দ্রবা, যুমশিঙত্রবা হিঙগোলগী ফমজনবীরমদ্রবা পুখ্রমচশিঙদ অনৌব কুনগী ছপনোশিঙনা ঈশোং-শোংনরক্লে। মতমাসিদ থানিজনা উই, খুনগী অহলশিঙন। লম্বীদা অনী পুম্ন, নাইতোম্রনা, মহৈ মহে চংনবা মখোয়্রন। চংনৈ থংনবসু অদুগা থংনদবসু মখোয় খুদোংমক্ল সুঙশি ববা মমীৎ মীংঙেশিঙনা ঙহাক ঙহাক্ত ওইরবদু য়েঙনবিরম্বী—। চংবী লাকপিদ্রবসু খুজা ঈপা-ঈপল-শিঙসনা, থানিলনা রাঙাংথে ক্ত য়েঙন-য়েঙন খঞ্জহোই, ঐখোয়্রবু সুঙশিবিবা থমোঈদী উৎপিরিদনা ঙসীসু।

থানিল মহোশা ওইবা মন্যাং নাথৈ, হন্দক মরক্তী মতা চান্বীগীদা কোয়থোক-লাঙথোকপা তোঈরক্লে—। চান্বীগীদী থোইদোক্ল অরাং-অপা নাইদে। মনেম-মকু পাল্লি, মপুয়োইবা লোকুমই, কুম কুমগী চৌংগা-শীংয়ান লেপ্তায়—,আস নত্তবর। তাইবংগী অরা অনাদবা মরমচং হায়বহু?’ অসুম হেক, হেক হেক ৎনবা য়াওথরে থানিলনা। মীৎল নানা

উজ-ভাজনীংদে শক্তমশিঙসি থাম্বিলনা। অদুবু, হন্দক মরক অসিদী মতা ওইবী নাক ফমদুদা রারী-রাতাইমিমবা ফনহুম শীনবাং-শীনজং হৈনরক্লে—। মমুমদা মপুরোইবা অচৌগী অনৌবা শক্তম উরকপ্তে থাম্বিল অমা পোংলুম নোঙম-নোওমগী কোকপা হেজরকই। তমপ্তে মভাদা—'ঈতা চাম্বী নংবু' মপান্থোঙগী মভায়রে, হকচাং মন্নুংদী শেঙল-মাপ্লে ওন্থোক্ল—। মায়থোং মকা ওন্থোক্লমু লাম্ন উই। ঈমুংদগী মপাল থোকলমদবা, লময়েঙ তুংয়েঙগে হায়রক্লে—। মপান থোক্লে। ফকথক্ত ফমদুনা হুজীকমু লময়েঙহৌরি, অশেঙবনি, অচৌ মপান থোক্লে—অহুপা ওন্থোক্ল হরাও ভয়ামগ্রবা মৈচাক হায়ব'ম চেপ্তবা শক্তম শক্তম কোংগায় অদুতনি হন্দক অচৌন থাম্বিলগী মকমদা উৎলি-বসি। হরাও-হেদোঈনফম ওঈবা রারী ভাক্রী মচীন্দগী পাওদুম তোইরফলিবা হন্দক মরক।

থাম্বিল লৈতবা মতম খুদীং অচৌন নাঈংতাম্নবা মরোমদোম রাথন কোংগায় থন্দুনা লৈ লৈচৌলবা পাইরিব, অতিয়ানা হাং-লিবা, হাংলিবা; অসুম্ন হেক হাংব থমোঈনা, মদুনী অচৌন পামলক-লিবা। হৌজীক্কী পুন্সীগী ঈশৈন অরোয়বা ভাঙফম মোরক্লবসিদদি অতিয়াগুম হাংবহ অচৌগী থমোঈনা পামলক্লে। অহুদগীদী হাংলগনি রাথনসু থমোঈসু মীংকী মীংমেংস্ত ঙমমক হাংলগনি। অহাংবা নত্তনা করি লৈব অমুক।

অমুক্ত লাক্লমদবা চাম্বীগী মপুরোইবা অহঞ্জাও হুজীক মীয়ক নায়ক য়েঙ লাক্লগনি। মুপা অসিগা এগবু অসুম্ন লোনদীমনা করি কদোম্নুঙ ফমম্নন-চামিম্ন রারী রাতাইমিম্নখিবা য়াওপ্রবগে পুন্সীদা? পুন্সীসিদা। অচৌনা অঙক-অরাক্লনা থম্বরকই, কৈদগী! য়াওঁথক্রি। অদু করিবু থল্লুবনো ঙহান নেংঙমা অমা মথোং থোঙনা চংবীরকখি চংহৈদব ঈহিঙগোলসিদা অদুগা অমুক ঈনাক নকখিবনি।

সুমীৎ অদু ঐনা কিম্না, ওস্নোক হঙ্গোইজনা হঙখিবনি

"ঈচৌন'নাও কম্বীসি থুদাদা ?" অদুগা মহাক্ 'ঈচৌন' নত্তু'ভমক পাওথুমপীখি বনি অদুদগীদী মহাক মতম চুপ্পগী ঈনাক্ত সুঙগুক সুঙঙানা ফমখিবদু'ন।

অসিদগী হেন্ন অমুক নীংশীংব পামদ্রবনী অচৌ। মীৎমুদা পিগী ঈবা ঈচাইনরকই। অসি নত্তরবে মীওইপোক অহুগা মীওইপোকী পূম্মী হায়নবদু ? মাখি। মসিনি। থোকজিবশিঙসি পুন্সীগী মশক তশেঙবহনি। নোঙদম্বনা পূন্সিগী মশক মওং হেক-হেক খুৎশেন্ন-বীদুনা কৈ-কৈদবো লঙজীংহনা পুবীবতনা মথৌ ওইবনি।

"ঈচৌন' ন ও" চাম্বীগী মপুরোইবনা অছগুম্ব সুমীৎ অদুদা অচৌগী মফমদা, লৈবাক মীয়াম লৈবাক লৈমাবদা রাকৎচরবা শক্তমগী মত্তৌ অহু শক চেম্নহুনা নিঙশা ফুম হায়াখ "ঈচৌন-নাও ঙসী ঐন লাকচ-রিবসি রাকম অমগীনি—" মখা তাঙমখিদে।

"তাকপীসি ঈচৌন'নাও কয়ম্ব রাফমনো ?"

চাম্বীগী মপুরোইবা তগুপ-তরাই পাওথুম্নঙমখিদে—। উফৈ অমদগী পুংবানবা উচেক মদোম নাম্ন তাহনববু কৈদগী মাইক সুঙতাইবা তাইবংগী-শকফমনো ? থুঞ্জ থুন্দিন্নরে। থুন্দিম্নথরে অমুরক্ত নংখিদরে অনী অহুম হায়রক্লে অদুবু অচৌবু সুঙশিবা থুজা ঙাক ওইবনা ঙসী-কাওবা পাওদমদবনি—অদুবু মাহৈরক্তরে-সনা কোন্নুঙ পাওথাবা নত্তর-গা—করিনো ওইগদবা শক্তমদো। অদুবু মসিদী লৈবাক রানি, থংমা ঈনা চরাক ফঙগুম তরা নাহেনৈ কদৌনি—। চাম্বীগী মপুরোইবা বা থনগদবা কোংগায় ঙৈহাক থল্লবগা মপাও পাওদম তমঙমদনা শাকৈ-থাবা শমোককুম থঙহায়নরকই—

"থুদিন্নরিবসি ঈচিন-নাও" পাওদম থাংতপুগী হৌই "অমুক অমীরক হায়রক্তরে মশীং কনা য়ামথরেদো" খোম্নেন্দ্রদা মশম কন্না পুনখি সুমীৎতুদা "অদুবু য়ামোইদৌবমান্নে ঈচৌন'নাও"

অচৌ মীংকী মীংকুপ অহূদা অভিয়'মা মচেৎ, মচেৎ, মচেং লীংশীংমথি কায়থি ভোইখিবদা। মঙাল মচেং পক্তবা অভিয়াদা কৈদনো রাখম মশা শাবায়য়তুনা মায়কৈ লেপ ঙমদনা পাইখি। লাই-মক থীবো কনা লৈত্রবী থানিলগী লাংজ লাঞ্জদবী মীৎত মীৎত ওইদবা লৈফূগ খুংবাম খুৎচাইনয়বা সুমীৎতু অচৌন মঙাল লৈত্রবা অভিয়াতুদা অতুম্মক পাইদুনা চৎখি! মালেম থক থক নীকথী, মীকপ মীয়াওবা নোঙখাক চাম্ম চাম্ম, চাম্ম চ'ম্মগী চ'ঙহেন শরুক্ত ভাইবং শীনথী। ঙমমকথি করিম্ম ওইদয়বা। চুম্নবদস্ত চুম্ন অঙক অচারুথি। মসিবু ওইথোক হৈবরা? ওইথোকহৈ। তপ্তুপ তয়ঙ শেঙলবনী। অহুবু থংন থংন, মশা থংদবা থমুঙভম্বা পিরাং, তাইবংনি কাওনা শীম্মথি।

ও! নুঙশিবা শক্তম, শক্তম ঙম্মমক মূমথ্রগনিদো ঈফমদগী অহু-গুস্ব নুমীৎ মহারু। শোয়দবনি মমল 'অ'সিনি' হায়রুব'মুক নাইদ হুন্দ থমোঈগীস্থ থ'মাঈগী, থ'মাঈগী লাইয়ুম নুঙদা ফি'য়াম চেৎন তুঙশন-থোমজন থমজয়কপ শক্তম খুদীং, ঐবু হান্দোকলম তুঙইনখ্রগনি অতুগুম্ব নুমীৎতুদা। নুমীং অহু লারুবনি অহুক 'অরোয়বা পাওদম অহূমভঙদা লোঈননা ঈনাক নরু, লেপ্লবভনি।

অচৌ থংহোৌদনা। নুপা থোকপা মীনোক অমা চাম্বীগী মপুরোইবদা থংগৌদনা খুৎসাম্নথি নুমীং অহুগী মীংকুপ অতুমক্তদা। অতুগা মঙাল লৈত্রবা অমম্বা অ'তয়া ও'বা লমদমতুদগী চায়জবী তাইবংগী শেৎন-থুঙমা নাইবা ভাইবংগী পুন্সীদা, মশানা ঈবা য়াদনা হল্লকথিবনি— নোকমিয়তুনা, ( মরুফুরুবা পাম্বীনা নৌন য়েম্নীং হল্লকনবু উনা-উপুং কয়া-য়াম্ন পুংগদগে) নুপা থোকলকপগুম চাংন লেম্ন হায়থি—

"ঈচৌন'নাও নোঙদমখোমি, কম্নি ইন্দনীংঙায় লৈ-কম্নি হায়বগে? থুজাশিঙনা ঈপা ঈপল ঈচৌন ঈনাও ঙমংক্ক নুঙশি চানবীমনবদগী

অসুক কুইবা লোংন-থুপ্প লেনবীরকপনি, মহুকোব লমল, ঈচীন'বাও" মমথোংন অতিম্বা ভম্মী মৱাহৈনা পাওদমলি মীওইবদা খোঞ্জেন— ! খোঞ্জেন অচুনা মহুম তাবী উচেক'শঙদনম্নু—অলীকশক মচাগী চইন কাওন-হল্লবদা, তাইবং কনা তাঙমগ'নি ? খোঞ্জেন্দুদা অচৌনা হায়খি "মহুকোব লমল পুন্নীসিনা শিংজ-লাঞ্জবা চমলম্নরোই ?"

করি মুঙগীবু পাওদম লাকপা ঐন ? মৱাহৈ হকপন্থু তারকঈ চাম্বীগী মপুরোইবনা নুঙহীক্লনা তাশোন চৈশাননা থল্লি, অহুগা মতম চুপ্পগী ঈচীক ঈহুরৈ,। ঈচীক ঈহুমখি মুমিৎতু।

নোঙধা অহানবা থুঞ্জা থুন্দীম্নবগী রাম্নেপ-পাওতু মুপা মুপী ওইবা মনাং চাম্বীগী মপুরোইবনা য়াহীপ য়াতামিম্নরমদাইদা চাম্বীদা লোয় থুম্ন তমখি।

"তাম্বিত্রা ? তৌম্বিবসি কম্নো ?"

"থুঞ্জা-থুন্দীম্নববু করি খোকলবগে ?"

"লৈব য়া'রোইদোরে—"

চাম্বী রাকমহুদা মপুরোইবা কোব মকা শুপ্পগী বাহং কোব অমত্তু বাহংঅখিদে' ঈমুং মচেৎ তাবশুম থমুং মৈহৌ ওমচাক্লবী ওই তৌফম খঙদ, লেংদ হাইদ লৈজখিবনি। চাম্বীগী শুঙশুক্লফবী মতা হাকথ' রাজবহু উরকঈ চাম্বীগী মপুরোইবা থমোঙ্গী শোকখি অহিংহু—

"অ'সিবু ন'ন ঐন ওম্বরা ? ঐ থনফম থংদরে—।"

"থংবীরোই" খো'ঞ্জেম্ন লৈবাক মীয়ামবু, লৈবাক চংনবীবু, কনবীবা ওমদ্রবশিংবু, .ঙক ওম্নমকপু রারোবশুম শক্তন চেল্লি "তৌফম থংবীররোই কনাদবু শ'ম্নজগদবনে। কনানবু য়াবীর্ক্রনী অহুবু ওইহোগ-দবা শকম অহুদী করম হ'য়না ম্নেঙহুম' লেনগদবা ঐহাক্তী থজফম থংজদবে, তোকপীরো। ঐবু অমুক তাহনবীরম্নু কদৌবগে।" হীক্ল হীক্ল কপলকখি, তাংজবী উরীশক্ল কমথক্ত, চাম্বী মতাবু মীশিং মীশিং

মপুরোইবদা থৌনা হায়রব'ম শম্নগী শরুক পক্তনা লেকথ-থাগোমজ থাংজখিবনি—। চাম্বীগী, মতা হাকথং রাজবচু য়েঙলক-উরকৈ চীবার য়াকাদি কাংদ. মুপাথোকপা রাশক থমুঙ-মুংমুক চেংন রাশকখিবনি "ঐনা ঙম্বমথৈদো অরৈবা ঈ:তং তেংবাঙলমগে মথোয়গী—"

অম্নুম রাশক চেংথিদৈ কৈরোই লৈকায়গী মীনোক মীশা নচুঙ— তুজুঙ লৈতবা মুমীৎতুদা চাম্বীগী মপুরোইবনা অচৌগী মনাক্ত মখোং থোঙনা লাক্লুনা খুঙ্গা-খুন্দৌনগী পাওদম অচৌগী মনাক্ত লাক্লুনা তমলখিবনি।

মুমিৎ অচুদা

অচৌন মখা তাখি

"অচুবু ঈচীন' নাও, অরোইবা ওইন ঐহাক্না ঈতেং অমতাদা শাংবী-চানবী ঙম্বগদ্রা"

"করিবিনা ঈচীন'নাও?" চাম্বীগী মপুরোইবনা মুঙশি থুকলাও-নরকঙ থমোঈগী মশক শক্তাকপা শক্তম চেনবা থোজেনদা বাহৈ অচুতঙ ওসাই মথৈ ঙাইরম্বগুম মুপাথোক পাওহঙ হাথুরকই "অঙম ঈতেং'চুতঙদা পাংথোকলমগে থন ঙসী ঈশামরু ঈচীন-নাও ববাক তমলকপনি, হায়সি, অঙম ঈতেং চুপ্প-তেঙনা পাঙলমগে।"

···মসিমদা শোয়কদবনি। নঙরবদি মহাক্না— থোংচবী পুন্নীনা ঐ রাওদ্রবা তাইবংদা কমদোহৌব!, অচৌন থমুঙ থৌগঙনবা লিপ-দবা ম:তং লিদ-য়াদা তরং-মালং য়েঙ শক্তম শক্তম খুদৌং উরকলিবচু য়েঙলচুনা লৈ। শক্তমশিঙসিদি মাংদ, হৌন-কৌন তরঙ-তরঙ থোং-লেপ্পরবে। উদ-রঙদা কৈংগী মায় লৈথোকহৈরিবা। ওইথোকপা হৌনহৈদে থক উই। য়েঙই। য়েন্নিং থাজৎ লাকঙ লৈন শাৎপদা, হৈন য়ানবদা, মপু কৌদ পাক্ষ শেম্বী শাবী য়েঙশনবীত্রবা নীংথীজবী লৈকোনগুম চংজফম কনা।কৌদ হম্ন উদ লৈত য়াঙাং কমবকাও হৈজদবী

থোংচজবী মহাক্ক লৈহৌগনি ভাইবংদ মহুম্ন অমুক ঐহাক্কী কাৱনা মৈশালজ্জুদা। থম্লুইঙে অচৌ মাংথোংদ থমুঙ কাওরক কামলকপা অমম্ল ফকচাং হুমাঙনা লীক্লাই মকুপ শঙগুনরকই—,। কদৌনি ভাইবঙ ওইবা মরমচং থোঙদম ওইবা মথুংশেম, অসুম থম্লকইঙে অশা'ংব মরোল চাম্ম লোলবা নিঙশা থাইয়বনা' লমশাং শীংব হোন-দোকল্লুরগা মথা ভ রকই।

'.. অতৈ না'ত্ত ঈচীন'নাও থঙ্গা খুন্দাম পাওবিঙথোলসি মরাই-থক থীরবা নচন অসিগী মনাকোঙদভদী মতম থরভঙদদি ম্নৌহনবীদনবা শীনবীম্ল, ঐহাক ঙসীদগী থাবুম অমা অনীদঙলী— থীম্নজবা পামজৈ মতম অসি ফাওবদঙদী ম্নৌনবা থুঙ্গা ঈপা ঈপললশিঙদা থুরুমজরক পাওদম্মীয়ু ঈচীম্নাওনা। ম্নাবীহৈন ঈচীন'নাও ?" করিগুম মাবিরক্তবা থোক্লবা। অচৌ মিপাইজরকই মীংকুপ শরক্তুদা, অতুম থোক্লবা পোরম থুদীং লেম্ন-তানা মাংহৌরগনি। ঙসী হয়েঙ, ওইথোকহৈবা পোৗরমদী নংতে ঐগীদী। কঙলকই "থুঙ্গ'শিঙনা চংজবসিদা ম্না'বীমক-লোই অসিরা ঈচী'নাও ?"

"ম্নাদবা থোক্লবা—"

"করম" অচৌন মমক থংচৈ "নাম্নোকনি ইনবা তাই অসিরা ?"

"নত্তে।" চাম্বীগী মপু'ম্নাইবনা লাঙ্গংলমদাই অরৈবা মথৌ থৌনা পুম্বা মশাদা ম্নোমশল্লবা ঈচং থৌব থোংমী লালমী মাঙম চীংন-লেম্ন থুমথি মুমীংতু—"মদু নত্তে। থাবুম অম-নীদং পম্মবীয়ু লাম্নজবদা ম্নাবীদবা থোক্লবা ঈচীন-নাও মালেম থুংশোক্ল শারিরি থাজৌ ঈচীন-নাও ঈহকচা'ন নহুং-নরেঙ শিনগনি থাজৌ।"

অচৌ ভুমীন লৈ।

থমোঙ্গীদা থৌরাং কোংগাম্ন লাংথী। পামজনা চীনবা নারুমগী থোঙ্গীদাজবা মাচোম মীচাবোক্ত মতম্ন ম্নাদ থোক পিম্নোই পিম্নোই,

শিরোইনবা নাপ' লৈতেঙ ওইনহৌ খুৎশীন্নরমগদবগি থৌরাং। শোন্ন-কম্নবা থৌরাং—।

নহুৎ নরেঙ শিল্লমগে 'ঈচীন'নাও' অসিবু ওইথোকহৈবা রারম্না ? থংই—থক ওইথোকহৈদে। অদুবু মন্নাহৈসিদী থৌনা হাপ্লে থমোঈদা। থৌনা হাপ্লে—। অচৌন হায় –

"মুঙঙাইজরে ঈচীননাও"

"অদুবু অমত্তঙদী থংহনলু অদুম থোক্লবা"

চাম্বীগী নপুরোইবনা হঙখি 'থাবুম অনী পঙ্গরবা করি থৌরাং লৈ ?"

অসুম থৌরাংগী লৌখুন পম্ন পাওহঙখিবনি অদুবু অচৌন অহানবা মুমীৎ অহুদদি থৌরাং—, মশক শেঙন পম্ন হায়দোকখিদে। ফোংদোক-খিদে। লাংলিবা থৌরাংনা মকা ফোঙবদা তারবা, অচৌন থৈজ, মুমীৎ শীংবুম থরনৌদী চংগনী, লৈবাক কল্লম নত্ত্রগা লৈবাক মাংলবম্নু নঙীক চাদবা নিঙথৌনা লৈবাক লৈমাবা, লৈবাক মনিঙথৌ অদুম্মক ওইগদবা—, মসিগী থৌরাং'ন। অদুনা অচৌন হায়খি মুমীৎ অহুদা

"ঈচীন'নাও থৌরাং অহু ঐন কনাদবু পাংমম্নসি পাওদমলুগনি ঈচীন'নাও মহাক নত্তনা, অদুবু ঙসী হয়েঙসিদদি— ফোংদোকহনবী-খিগনু ঐবু"

হান্নবতনি অসুম, ফোংদোকবতনি কুইরবনি থৌরাংদি পুন্সীগী ওইনা লাংলকলিবা। অসুম শান্ন-শান্ন লাংখিবা থৌরাং ঙসীদগীদি অশেংব কান্নহৈদবা থৌরাং শক্লরেদো। অচৌন হান্ন

"রাম্নৌগম্ন"

মথা ঈতা তানত্রিতৈ, মশোক অসিদা, মংদম্ন তাইবং ওইবদম্ন অমুক্তম্ন শকথেং-মীৎথেংনত্রিবা তাইবংগী অঙক-অয়াই চুবা থাজদবা শক্তম, তাম্ন উরকই লৈকায় মোইথাপ শীনবাংমুবদগী হাথু হাথু মপুরোইবা কমদো-মমগবা থম্ন মুমহঙরক্লিবী তুশোঙবী থাদিলনা। হরাও-মুঙঙাই কা

পনথুংবগী মহুৎ অরা পুনখিঙ পনগাইরক, মিপাইবনা লেপ থুম ঈরাক্লবৈ থানিল—করি মতৌ ওইবনো লাংলরিবা মতৌসিবু' মতৎচবী নমইন ফিনা তম কোকথুমজে—।

ফমলিবা মীকোক অনী—অথুবা শরৈ-শাথুপ থুপমিম, মুঙশুক-মুঙজানবা, অরাবা মশক শক্লোন শক্লোন খুদোং মীৎন কুপ্পদা থৌনা লৈবা য়েখায়থুগার শকমাং-শক্তুম্নহল্লুরগা হরাওখ্রবা মায়থোং, মায়-থোংগী মতৌ অমমম কৈদগীনো শকরায়-শকপুনরহুনা লৈ ফম্মিরহনা মসিমু .থৌরাং মমুংনবা শরুক অমা হায়বহ ওইররে।

মুমীৎ অতুদা চাম্বীগী মপুরোইবদগী তাজ-ফঙজখিবা পাওখুম হায়ববু মতা চাম্বীনা মপুরোইবা মকা অচৌন করি চাবা য়াব, হকচাংন কমদোব য়েঙলুচো তকপনা অমুন কোয়থোক-লাকথোকররকপনি করি থোইদোক্লঙাইগী নত্তে, হায়বসিতনী।

হায়গুম তৌগুমদনা মুমীৎ অতুইঙদগী থানিলনা উঠে মপুরোইবা অচৌ মায়থোং মকা লায়ে, ফমথক্তদ' লৈরম্ব-নংলক্তরে, মপাল ফকফমনা হেক হেক পোৎশ'রে। ফগংলকপসিদী মাংলুরবা থরায় পোংজোইরমদাই অচিবা মতমদা হক'চাং পোলাঙদা হঞ্জল্লকপগুনি। য়েঙলক উরকঙে থানিল, হায়ফম তমফম অমা কৈদনো ঈথং থংজদ হরাওজবনা মতা চাম্বী নাক তনচেন চেঞ্জ পাওদমজৈ 'ঈতা নংবু থরা শাফরে, মপাল থোক্লে হকচাক ঈপাঙ ল'ঙগে 'মায়থোং মকা ওস্থোক্লমু লায়েবো' নোঙম-নোঙমাগী হরাও লৈশাং তমলকই। মরক মরক চেং মচং পুরহুনা কোয়থোরকই চাম্বীগী মপুরোইবা হরাও মুঙঙাই মপুরোইবগা মতা মপুরোইবগা বারীনবহু য়েঙজৈ। থানিল অমুম হরাও মুঙঙাই মপাল তাঙ অশংব মতম মতম খুদোং মতা নাক কোয়থোক লাঙথোক ফম্লরে। পাওদম তোঙ্গন-তোঙ্গনা।

অহঙাও চংশল্লকঙে অচৌন থৌরাং খুদোং শেম-শানা লৈ। অহঙাও চংশল্লকই মতাহু নাক ফম্মে

"কমদোৰ" ? অচৌন কঙই।

"শকথংনসি হায়ৰবু অদুক হয়াওনা পাওখুমলকপা ঈমায় পাকই ঈচৌন'নাও মহাক ঐবু হয়াও তম্নাম শ্যাদোং থক, পম্বক য়োন থীন্দোরকই—"

"থয়া তোঙ্গন তোঙ্গনা খোংদোইবীরক্রবা—"

"মদুম্ন হায়রম্মী। হয়েঙমকপু লাক্কনী তাকপীরকই। চুমগী চুম্ন খোংদোঙ্গিরক্কদবা নত্তে য়াহৌপকি নম-ইনকি য়াওনা অম্নবা চেং য়াওন, মনাই নশন কনা য়াওদ,। মদোম খোংলেংলক্কনি শেম্মংশানা লৈহৌরবনি।"

অথেংব অহীংদ তাংলৌন থেংবদা, মহৌশা নত্তেয়, থানিল, মায়খোংগী অন্না-লৈচৌল, ময়াল লংজরুঙৈ অয়ান-অহুই মীশরু ময়াল থংলকঙৈ অচুম্বগী মমাংদ লেপওম-লৈওমদা নাথৈ-নাথৈ চংখিঙুম, কৈদনো মাংনরক্লে থমোঙ্গী লকাদা, লকাম্নুঙগী লকাদা, হেদোঙ্গজবী মঙালনা খোঙম-নোঙমগী তপ্ন তপ্না শন্দোকরক্লে। নোঙদম্ব; পুন্সী অসিদা পীনবীরো সিমঙঙ, থানিলনা মমলিবা থাজগী মঙালদা য়ুমদোম পোকপী মহিঙগোল অপীশক্কী হিঙগোল মতোলদা মদোম থাজবু য়েঙজ-য়েঙজ নোঙদম্বদা প্যাওখুঙদা পাওখুঙজুবদোঙম মুঙশি থৌনিজৈ পুন্সী অসিদা পীনবীরোনে শেংন-থাইনদবা অহুতা। ঈমুংদা মপুয়োইবা ফমহৌরি, মায়খোংজুনা থাঙ্গনঙৈ নংখিদরে, হয়াওজফম ওইবা শককমদা ঈমুংদ ফমহৌরি।

কুইবু কুইদরি, হজীক্তবু মঙইরি থংদে, করিবু থবথনো, থজায় য়াদা ঙাথরকই মায়খোংন—। হায়

"অমুক্তম্ন মনোকউ, কুঈয়ে উয়ক্তবা মঙাও থীরকপদাই য়েলহৌং ঙৈবদি—।"

"মঙাও থীবদী ঐহাক নংত্তে—"

কনাগিনা—”

“ঙৈন্তা চাম্বী”

“নত্তে, চাম্বীনা ভমথরে হৌখ্রবা মতমছুদা— ? ”

“করি” লোইববু ঙাইঙমথিবরনে ঐবু। ঙাইঙমদনা হঙই ‘‘করি হায়খ্রবা ঐনা— ? ”

‘‘মতমছুদা, পাখং ওইখিবা ঐবু হায় হায় নংন তৎতনা ‘পংজবদো’ ‘মীঙমজদবহ’ অদু ভারগা নহাক উদবদা ঐনা হয়াওখি, খনখি ওম্মোরক্ন্ত মঙাও থীবীনী অহনবু ঙসি কৌরিবনি নংবু মঙাওথিবী ।”

করিনো অমুক ভনৌজবা মত্তৌসি কঙলকনিন্তু থন্নুদে, লৈরমনিন্তু নীংজুদে, নোকচনিংবনা, অদুগা ঈকায়জবনা কনা নত্তবা। মকাদবু, অদুনা নত্তরা অহীংসিদা হুজীক্ত ঐনা ঙরাংতগী-শানৌ মঙাও থীজবীগুম মকুম-মপা নংতমথৈ রাথম চিঙহনা মমলিবা থাবলদা মপান চেম্মোক-চরক্রিমসে ঐনা।

থনিল নীংশীং নীংশীং নোকচৈ মদোম। মদোম ভাবা মীনোক্কুদা পুন্সিগী মংলান থুদীং তিনলবনি। মুঙাশ থুংকোন চেৎপ্রবনি। শঙৈত্রে মপালনা হিঙগোল অপীশক পীকচবদু চীক্র-চায়না য়াথিদরে অহিংদা। মতম নত্তে নংবু হেদোঙ্গৈরন্তু কদৌগে—খামলু-খামলু রাইন্দ নৌথবদা মথঙলবী ভসিগী লমহেন ভমলবী মথমোঙ্গৈদা শঙৈত্রে মাগী মুঙশিবা মনম করিনো হেদোঙ্গৈ মপোং ফাহন পোৎলুম-পোৎথাঙ ঙমহনবীরক্করে— ।

কুইথ্রবোই থন্নকঙৈ থানিল, শঙৈত্রে মপাল অম'মীদং থমোঙ্গৈ চংন থংলদুনা শকথংনবা কুইত্রিবা, অহল-লমন য়াথঙ থনিল অমুক য়াথঙ ভুঙহৈম লাকচবী ঙরাংতগী লোইনবী মত্তৌ লাঙ ঈমুং চংলকলে কগিবু পাংগদৌরিবা কনা মনম সুংশিহনন্তু শঙৈত্রে মপাল অনিবা মহন্ন থংখিবা নত্তে, থঙজবন্ন ঙমদে— ।

অমুদগীদী যুমদোন পোকপা থাগুপোক্লবা যুন অণীশস্তু, অহীংদ খেংখেজুদা, অচেৎপ খুংকোন কয়াগী যুমথুংনকম ওইহনগ্রবদি।

অসিনা মসুং মপাল নাইবা তাইবংগী মপাল ওংবা শজ্জমনি অদুবু থমোঙ্গী-থনুঙ চনখ্রবা অচৌগী থমোঙ্গদদি তাইবংন পাংথোক-পদা পাঙম-থোঙম্নরোইদবা থৌরাঙ অদু পাঙনবা জুজুং-রাশক মুঙশি-শেংন পিরাঙলক, হিঙচা-য়াইতম শরু রাশক তেমশীংলি। রাশক অসিদদি থমোঙ্গমু অদুগা তাইবংমু ওম্নমক তরং মালংনি। অহাংবনি।

থানিলগী, মরাল কৌব লৈজদবী, লংজ মশক শক থংজদবী মায়খোংনা মপুরোইবা থৌগল থৌগাই পুনশুন নাওশুম-হৈবী অহিংগী শৈশক, থা তমলিবদু য়েঙই মরোল লীশিং পুরবা অচৌগী মীৎয়েংন অথেংব অহীংদা।

থাদোকপা॥ থাদোকপা তাবনি মতম কৌব পূক্লোম মথোংচৎ থা ওম্নমক থাদোকপা তাবনি। অহিংগী অতিয়াবু মতমগী মথোং-লৈথা হেক মথাদোকখিব নত্তরা অহীংগী থাজনা। 'থাদোকখি। ঈপোয়বী তুরেলগী ঈচেলনা ঈকঙ থাজং থা হেক, করি বাদাপ্লাঙদা মভোদ শেংখিবা নত্তবয়া তুরেল ওংবী থোংবানশিত্তবু, তাথু-খেঙহ চেন্নখ'ন হেক কাওবমথৈ থাদোকপা তাবনি। লোম্নোক্তবা য়ুম্না লোইবা তেনব্রানা করি মুঙদবু মীবোল খোকলক্লদবা—। ওইদবনি। থক মরোল থোক্লরোই। থাদোকপা তাবনি। করি করিমুঙ কঙগে তানবনা মনাংনবা মীওইবদা থাদোক হুম্নোকপগী তোংজ-হৈজবয় লৈ। থাদোকপগী তোঙজবা লৈ।

মায়থোং অসি হেল্লী। মতুং ওইবা মপোক! মদু লৈবমক্ত তারবা মদুদী পামই, অদুবু হরাওকমদি ওইরোই—মায়থোং অসি কঙগনি নীংদে মপোক্লুদা। অদুমক্তনবু অহন ওইরবী ঈবেনবোক্ল হেক হেক শোনখিবনি, ঈমুং কোইগদোরিবীনি ঈগুদি। মদু হীপলিবী, চুমথুন

তাল্লিবী লাইবক চাওজবী মায়থোং অসিবুনি। অসিবুনি। মায়থোংসিদা হন্নুবী অশোববী অচুবা কয়াদা থরার তাক-পেল্লব্রবা—মচুদি ঐগী পেল্লবনি—। ঐ মচুদা পেঠৈ।

মহাক ঐহাক করি নোঙদমথোন মপোকসিদা থেংনখিবা। নীংশীংব থোক্কে ঐদা। ঐন তাইবং মীংফাওবরকতৈ হন্নুবী অচুগী মতম্বাক্ত চোঙন-ফম লৈরব থেঙনৈ—মসিতনি ঐন লাম্ব ফঙলিবা মহাক ঐগী ঈকমদা কনাবো? থংদে। মহাক মীতোপ্লা ঈকমদ'? মচুম্ব থংখিদে। মহাক্র ঐবু মনমদা পোবী, ঈরু ঈপাল লাওবী, করিনো কৈরোয়-লৈকায়গী ঈমায়বশিঙদা মমা ওইবীশিঙনা পাংব-পাংব খুদাং অহন ওইরবী মহাক্র ঐগী ঈকমদা পাংই। অসিতনি।

মহাক্র রাবী কয়া লীবী, ঐগী নোরানবিটৈ পুক্রো-রামো নিঙভাই, মনমদা নখোনবী, মহাক্রা পুকথেম-নাওথেম্বী। মচুজদা ঐন মনমথক মায়থোংন উপ্ন ভুমথুয়খিবনি। অহল ওইবী মহাক্রী উনশাগী মনম নীংশীংনুতৈসিদদন্ব কাওরি ঙরাংজগী থোদোক্ত, ঙরাংত নমখিগুম। ঈহাকথং মহাক্র কয় বাবা নাবা থাংগ্রবা, ঈহাকথং মহাক্র কয়াদা নাপ-মজখ্রবা। পুন্নমক্রী তাইওন্নবদা ঙসী মহাক চ থরে করিম্ব থোক্রদে মতৌপু ঐবু থাদোকলম অহগা ঐন পুন্নীগী ওইবা য়ায়বা লৈওন অসিদা থ্রেৎচ-বা ঙমদা, ঈওক নোম্ন রাকৎ ঙমদা, ফুকথচুনা লৈরী। নীংশীংব নন্তনা করিনো ঐন লোইপোং কাওবনিব অহন ওইবী অচুদ। মহাক্র হায়খি

“থাবুংতোন নংবু মীশক থম্ন তিংগ্রো নীংজন নীংয়ান পংতোই তোঈম্নু” মহাক্র হায়খি। চুম্মী। ঐগী করিম্নু রাংহনদে মহাক্রা, মাগীদী ঐতনী ঐবতা ঈগুং ঈমায়বশিঙগী মতৌতম চংনীংদুনা চৎপনি অচুনা মহাক্র তৎজনা হায়বনি।

ঐনা অঙাং নোরানবিটৈ কপচেৎপ অঙাং হায়মচু ওইখি হায়

ফুণ্ডনাক্তৌ বাৰীদা মহাক্ক হায়। অদুগা ঈবেনবোক্ক মনমদা পোয়দুনা শকই নাওণ্ডম ঈশৈ

"থা থা থাবুংভোন"
নচা মোরাম্বী পোবীগে..."

মতুণ্ডদা কপচেৎখিবা ঐ মীকপ-মীরাও লেপ, মনমগী নমথক হেক হেক তুমথৈ হায়। অদুনা কৈরোই লৈকায়না অচৌ কৌরবসু ঈবেন বোক্কদী ঐবু "থাবুংভোন" কৌবনি। মিঙগী অদু কনানবু হুখিবা— ঙসিদী তাদরে। তারক্তব মতম লাইমা কুইরে।

করিগুম্ব ঈকায়ম্বু ভমলকৈণ্ড মোলাং-মরুম থুপ চেকশনখিবা লৈগী নাচোম উথোকখিবা থোক মহাক্ক মপুং ফারে, পাথং-শারেপ্পরক্লে থন থমোঙ্গৈদা পেঙ্গ নোকচখিবহু, হসুবীদুগী মমথাংগী মতৌদগী হেক হেক উথরে ঐন। হেক হেক উথরে। অদুগা ঐহাক্ক ঈতোমতমক অঙাংব মায়থোংন ঈকায়জখি। থনখি—'হুং—মতুংদদি নাচোম পীরক্লসু অহন মাংদ থমকম লোৎকম লৈজদে, হায়গনি শানৌববী মকাদা। কনাদা ওইনি, অপম্ম পাওদমগে থনখিবী সুংশিখিবী মায়থোং, মরাল মচেৎ পক্ত তুমলি ঈনাকসিদ। হুজীক পাওদমলুনবগীদমক - মকমদা—

ঐন কোংদোকনী'থী থমোঙ্গী ব্রাকম ,দৗং করিসু থাক্ত হৈদনা। অদুবু কৈদগী মতু ওই থাকহৈবা! ঐন হায়গনি, ওইথোকলম্ববন্দি—

অঙকপা ওইনা থোকলম্মগনি অদুবু করি করিগুম্ব নোঙ, অচুম্বনা ওই তাইবঙদা, হেক-হেক অঙকপা' ঙম্মক ওইদুনশু, ঙসৌদি পাংদম অসি তমলি! চংজবনি। চংজবগী ঈভৌনী। অঙকপদু কোকপীমু।

ঐহাক লাইথুং থুঙবা মীশক অমনি। কৈবাক নিঙথৌনা তাথীনৈ ঐহাকুম্ব কোংগায়। কোংগায় লক্তুগী অদুগুম্ব মোঙদমথোনথীবা মীশক অমনি ঐ। হৌজীক পুলীগী তাঙকয়ৈঙে মীংকুপ অসিদদি থুঙ্গাশিঙ থুন্দীররে, মথোয় হৌনদুনা ঐহাকপু থুনসিদগী, অদুগা থুজলকসিদগী

পুন্সীগী অরোয়বা ওইনা ঐবু লাপথোক-তাখোকহনবীগদৌরে। খন্নী-রিবহৌনি লাইথুং থুডলবা মীওইশিঙ থন্নায়গী পোলোই-ডাইনা চংনবী রাওমদা হিডৢবা তাই। ঈশ্বামক্কু য়াইজ য়াজকম থোকপা লৈবাক বা।

পুন্সী অসিদা ঈমীৎমক্ক নহাকপু অমুক্তংদা শমথেং-মায়থেং উনবিংও বত্তনা, মহাকপু থাদোক্কনা ঐহাক চংনবী রাওমদা, রাথংদবা ঈতৌপু চংপ তোদনা লৈরা হজ্জাককাওবা। ঐহাক চৎপ্রবা মহাক কমদৌহৌগনি। ঐ হজ্জাক ফাওবা লৈ'দ্রি লেংদনা।

নে ওমা পুন্সীগী মন্দুংচনবা মতম কৱিগুম্বদা, কুইরবা মতম অমদা রাম্ন লৈকা কম শাংলবী -হুমীৎলৈ অমা তুশোন মাশোঞ্জবী মতৌদা শাৎলম্বা থেঙনবীথিবরা? হুমীৎলৈ অহু ডসিফাওবা মপুন্সী লোয়ত্রি।

চুম্মী : মতম কোব লাও, মতম অমদা মহাক মপু নাইন লৈশাৎলম্মী, চেকশন খোমজন লৈশেম্মরম্মী। অডুবু ঙসীদী, মতমগী খোঙলৈথা তমঙমদব' বতম লাক শক্লাইরম্বা মপু, মপু অডু অমুক লাক্ল-রোইদবা খোংফমদা চৎথিবা তারো। মহাক চৎথিবা তারে।

তাইব অসে মুঙশি বৈত্তে-তমথী, ওস্থোক্লা তরংমালংবৈ। হাংই। ওস্থোক্লা হাংই। অহুনা অকৌ-থুকচানজৈ —হাংলবা লৈকোন অসিদা মহাক্ক মদোম লৈশাৎ তমহোবদি ওইথোকহন্নীংসুদে পুন্সীদা। অডু-মক্কনা ঙসী চঙ্জবনি নফমদা, মহাক্ক মহাকপু নীংশীংবীদু অহুম থোক্লবা অদাংবা তাইবংগী অহাংবা লৈকোল —ঐনা চৎপ্রবদা হাংহোগ-নি থাজদে। অহুনা মহাকপু থুংশিন্নরি—লৌ।

অসুম্মা হায়গনি। অদুবু অম্মুক য়াম্বদি করম পাওদম পাওখা-নফগনি, অহুনা ঐনা অসিতঙ পাওদমথিবনি।

'পুন্সীগী শকথেংনবদি লৈতদ্রি। অদুবু কনা লৈতবা ওইরগে

ঐহাক্কু মরূপ ওইজনীংই। লৈত-লাইর তেংবাংঙীয়ু। নোঙমক্ত থোংলেংবীরকউ'

মসি ঐগী থৌরাঙ-থৌশিল্লি।

অচৌব তপ্ন তপ্ন খুৎনাম তোঙ্গী, য়াহীপনিবী থানিলপি লংজ-হৈতবী মায়থোংদা—। মুপাথোক, মঙম পুম্ব শাম্ন মীৎম্মু নাক য়েং তুবদা লীক্লাঙ্গীনরকই পিরাংনে। মচুনা চীংলোন লানঙমদা, চীংলোন চীংলোন লানঙমদা ঙংলি লেপ্ত "নংদী লৈহো, নংদী লৈহো তাইবংদ"

অহুদগীদী শজীক লোঙ্গীনবা অহিংন মুঙশি পাওদম মায়কৈ শীমরকই। মচুদনা হেল্লকই পিগী লীক্লাঙ্গীনা ঈফুৎ-ঈকায়নরক ঈপোম হৌন শীম্বরকপা।

থংই, খুঞ্জা খুদীংন ঈপু অহোংবগীদা ঐগীদমক খুন্দীমগনি। মচু অতৈ করিগী ওইনঙাই নত্তে, খুন্তাক লানশিবগী নত্তে, হুরান চীঙ্গী খুংকঙনবগী য়ায়েল খুন্দীন থক ওইরোই। মুপ্নতঙগী ঈহাকথকী ওইগনি। মসিদা করি য়াকৎনঙাই লৈ ঐগী। য়ায়েপ-য়াত্তানগনি ঐহাকপু চৎনবী য়াঙমা খুললাননা নাইত্তোম তানা কৈদনো থম্ব:—, সনা কোম্নুও য়োগনি। সনা য়াথঙ তুঙঙ্গীন কৈদনো ঐবু ঈমিঙ মুংন মাংহনগনি—লৈবাক মীয়ামলক্তগী। মতমচু অচু লাকলকতৈ কনা লৈতবী অসিনা তাইবঙ, নাইত্তোম তা মত্তৌ করম থরায় চেন্ন পালহৌবা।

নোঙনা ঙাল্লকপা থংহৌদে।

মথংগী মুমিং কোরৌহনবনা শীনবাংলক য়াত্তোন লোমলকপদা অহঙাও হাথু হাথু লাক্লচুনা তৈয়—

"ঈচীন'নাও, ঈবেম্ম' ঈমুং মনুং লোইনা থোমজেম্মু" মরোল মরী ঈনাই নাইদে, হাথুরৈ পাওদমচু "কিজেৎ-কিইন হোঙউ ঈবেম্মা, কমুং কানুং কিথক শিন্নু—। ঈচীন'নাও তবোং অশি ইমুসে, নমকুপো"

ঙবোং অহনবা অমা ক্বিসুঙ য়েপ্ন পুরকপহ্ অচৌদা ইবশীনলকই

মতৌহ্‌দা থানিলসু অচৌসু ঈঙক ঙকচানৈ।

"কব্রিখোক্লে ঈচৌন'নাও—। অচৌন হংই—

"করি মতৌলাঙওয়ো" ঙকচৈ থানিল

"লাকলি—" অংনজাওনা মথা তারকই "লৌপুগী মজা ঈবুংঙো লেংখোরকলি। ঈচৌন'নাওবু শকথেংননি হায়। থংদে ঐমু করি মতৌনো?"

"মজাঈবুংঙো" অচৌন ঙকচান্নৈ "লৌপুগী মচাঈবুংঙো লেংলপা—"

করিনো পুান্স মসিবু লৈত্তাহন্দবা ময়মচং—। করি খোকই অসুক মীয়া মশক-থংদবা? ঙন্নে পান্নি অ'সরা। থানিল হকচাং নীকলকই—। মদোম থমোঈ—রাথল ঈরম ফাঙন ফাঙন চেল্লকই—

'তাদ। মজাঈবুংঙো লেঙলকপা?"

"লেংলকলি ঈবেম্ম। ঈবুংগীদা লৈ'হৌরি। নতানা খোগল শেলহৌরি। ক'রিনো শাদোঙ মপোং ফারকই পুবকইবা। লৈবাক নিঙথৌ সনা নাক নক্ল প্যানবনি খোগললোল কায়হৈদে। কিহোঙ-নাইয়্ ঈবেম্ম"

লাক্লবনিনা লৈত-লৈত লাংজবা ফিময়বী খিরেল পুথোকই লুবাক তাবু মুঙদগী রাথন চাম্ম. চাম্ম, চাম্ম রাথনলক লোইশন খোমজন মপু-রোইববু কি কিহোঙজে। মপাবুসু।

করি অমুক হায়'খিগদবা লৈরী অসি য়োরবদা, থানিল,—মজাঈ-বুংঙো লাকই তারকঙৈ মায়কৈ নাইদবা রাথন কোংগায় থন্দুনা লৈ, করি অমুক হায়রখিগনি? য়ুম অহুদা অমুক হন্ন মতোঈনবী ঈতৌদা য়ুমশোন-হকশেন্নবী ওইনা নাইওইরুবদি ওইবরোই মশোকসিদা। অহবু ঈপুরোইবসিদা অপান্নবা চীনফেম্নররদি—।! অকিবা পোক-

চরকই, মহুদা মুপা মশেল মায়ওক্লনা য়াংথারক্লবা ঐহাক ইন্দ-ওমলোই। খল্লুতৈ, থানিল, হায়না রামাং যাওহৌই—

"করিগীবু লাকলিগবা মজাঙ্গীবুংঙোক্লবু"

"থংদে— অসুম লমগোয়-তুগোই লেংলকলম্বসু মওইরম-গনি—।" অচৌন খুমই "করিগীবু ওইগদগে— সনা নাক নকপনি অরা অনা তেংবাংয়ু লাকপদি কৈদগী ওইগনি।"

"কবিগুম য়ুমশেন-হক শল্পরী ওইকস'ও অতক্লবা ওইরমলবা য়াবীকুমু। ঈমুং অদো ওস্থোক্ল মশী ময়ায় কল্লি—।"

অসি নত্তে। নত্তে, পুন্সীদা ঈপুরোইবা মকা ওইদ-লওদা তাংলে ঐ থানিল পেঞ্জদে মদোম, অসি নত্তে। 'মহাক রাথন পর্বং কায়বা খোংথাংগে তেমশীংথ্রবনি পুকংশওজবী ঈকাদা ঐ মনাক নকচবা ওল্লোই। ওল্লোই পুন্সীদা।' অসিনি হায়গে খওবদি। অদুবু হায়-ওমদে। ওইদ-লাওল-তাংলেদে তাকপীয়ু 'থানিল থমোঈদা খুরুমচৈ মপুরোইববু থমোঈমুও।'

অহঞ্জাওনা য়াংথারক্লনা শাদোংদগী কুমথরবা মজা ঈবুংঙোবু লম্বী লমজীং চংলকই। শগোল লেওথক্ত য়াস্থরি নাক্ত-য়েৎত প্যাৎপূ কাবা ওবোওথাও। চওলকই। মসিদী মংনা। মসিদী হানা। মওগ্রেম হাগ্রেম্নবনি—। থানিল লৈকওলায়াইদা খোংনাফম লৈতবওম লাংজ-গদবা কৈদনো তংতাবা থংজর'ক্ত শাকক্লবী পাইজনিংব য়ুম-য়োকপী খুমু অমোমগুম মতু মমান ঈতুক তুকশওথরে।

অপীকপা মাওপোল মচাহুদা ফম্মীনৈ অহঞ্জাও, অচৌ অত্তুপা খোংলেংলকপা মজাঙ্গীবুংঙো—। অচৌবা—

"লেংশববীসি" হায়খি অহানবদা। অহজাওবা মরায় লেপ্লশক অময়া অমগ' শক থংএক্লি - নহু তাহুনা লৈ ঈমুং অয়োনবদা থানিল—

"ঈচীন'নাও ঙসী মজাইবুংঙোনা খোংলেংলকপসি— মরুপ মপাং শরুগে, অসুম লময়েঙ তুয়েঙ খোংলেংলকপনি"

লময়েঙ তুয়েঙ, ঈমুংদ ওইনজবতা মথংজবী সুপীমচাওম তুমাব খল্লি, সনা লৈবাকসিবু লমদম অতৈ লৈতরবরা লমদম অসি নত্তনা।

"করি থৌগল লাংজনি" অহঞাওদা অচৌন হওই "লৈত-লায়র' য়ুম্বাম্নিদো"

থানিল, মপুরোইবা খোঞ্জেন, তারকঞৈ—মচু মমান, করি মরমবু লৈবনো তুচুওলকই। কুমওন ফানা অমুক্তবু লৈতাহনদবা, করি নোওদম-খোম্নো— তাইবও—। থানিল, তশেঙনা লৈতানুঙলেন্নমঙজরক্করে—। রাথম মফাঙ মফাঙ। রাথম মফাঙ মফাঙ।

খুদোং হাবক্ম থোকই। মতম্ থংই থানিল। থৌগললোল থংলক্লবীনি থানিল—খুদোং তনহান হাল্লি মহুদস্থ মশক শেঙনা শক-তাকপীদবা মরাথন তমথীবা কোংগায়গা। অমুক, করি, রাবি রারীবু রারীশ্রবা—থংদে—। থানিল নমইন ফিজিনা কোকথুররক্তুনা শারৈ খুদোং শায়রক্তুনা মতম কয়া, মতম কয়া কুইররগী তুও লেপ্লে মাংদ। করিনো তাইবং করেম-কথাই-হৈরল্লি। মতৌসি। খুদোং লাম লৈমায়দা থম্লে থানিল

"মজাঈবুংঙো—খুদোং কানবীসি"

"ঈবেম্ম—" মজাঈবুং মশাদা মরাল মচেৎ পক্তে য়েঙবদা, থরুম-চেন্দে খোঞ্জেনদা, "ঈচীন'নাওশিঙগীদো— ?"

অহঞাওনা ওকই "মজাঈবুংঙো ননাই ঐখোয়গীদো—ঈয়ুমনিদো, মজাঈবুংঙোহৃম পেনবীরোইদ্রা থংজদ্রে—।"

"য়াম্ন মুঙঙাইজরে—।" মজাঈবুংঙোনা হয়াও তয়াম্ন শাওলবা রারীনা পাওখুম পীরকই "ঈচীন'নাওখোয় ঐহাক মরুপ মপাং কয়ম লোলদোমগনি থংজদবনি" থানিল ঈমুংদ ছুবীন তায় "বাওাং শঙাং

হৈজদবনি। ঐদি পোকপদগী লৈরক্তে ঈরুপ ঈপাং অমত্ত— । অথুবা কাত্থুপ অমত্তদা অচানবা ঈনাই থরতঙগা লেল্লকপনি চহী মতাং অসি-কাওবসি। ঐগী ঈমা-ঈপা অনীমক্ল ঐবু অয়োকপা শাগুম-ঙাগুম করি পোরম লাংগে থম্ন ঐবু মতৌ অমুম নাওয়োকলকপনো হজীকস্থু ঐহাক থংদরি—" ঈমুংদ ভায় ঙম্নমক থাদিলনা। অশেঙবনি মরাহৈসি, থাদিলনা তুমীন তারম্বনা থল্লি, অশেঙবানি অহান-শকথেঙথিদৈ ঈকম-দম্ন হারথি 'ঐহাক্তি হেক পোকপদগী কনা অমত্তগস্থু শকথংনরক্তবনি। হেক রাথন তারকপদা পুন্সী অসিনা হেক মীওই-মীৎপাংনরকপদা মুমীৎ থা থরানমীচাক, অহুগা অতিয়া, মালেম পুম্নমককী মহুৎত হৌজীক ঐন লৈরিবা খুরবা কাতুপ মচাসিগী অকোয়বা ফক্লাংশিঙসি হায়না উরকই, "ঙসীস্থ মফমসিদা লাক্কুনা লীরি রারী অহুমক তশেঙবনি, মহাক্তৌদী মকপ-মপিজা লৈতবনি কনা পুন্সীসিদা। তারিদৈ মজাঈ-বুংঙোনা রারী লমথরকই—"ঐগী পুন্সী ওহোক্ল খুঈ ঈচৌন'থাওথোর হজীক ঐহাক কনা লৈতরে।"

অচৌন হঙই "ঈপা ঈবুংঙো লৈরিদনা"

"লৈতরে—" মজাঈবুংঙোনা খুমই 'ঈপাহুন্থ, ঈমাহুন্থ ঙম্নক ঐবু হন্দোকলম লৈখিদরে। হজোক সনা কোম্নুঙ নত্তবা লৈবাক অসিদা কনা অমা লৈতরবনি ঐগী। যুমশেম্নবা ঈনাই শিঙনা অহুক ঈনাই থৌগন-নাই হায়বচুনী—"

যুম্নুরেনবম্ন, অহুগা যুম্নুরেনবীস্থ ঙম্নমক লৈখিদরবা। থাদিল শং—শং উরকই অহল অনীগী মশক শক্তমশিঙহু, থাদিলগী মীৎকী মীৎয়েঙদা।

মজাঈবুংঙোন্থ ঙাংগদবা কোংগায় ঙাংলমী। ঙহাক্তু অসিদা থোঙমবু ফাদবসিদা মীপোক অহমগী মরুপ্ত-মরুপ্ত মপিদ-মাপিজা হায়বহু ওইনথি। থাজদে। থাজদে। মীমাং থোক্ল মচৌনমক্ল ঈমিঙ মিঙবম্ন অমুম ত্রো-থোম্নানরকলিবা, মজাঈবুংঙোনা থম্মোঈদা করি হেক লৈত-চেন্দ

মীশক অচম্বগুম অমুক কৌথিত্রবা মিঙ, মিঙম্নহুবা কৌয়কই
"ঈবেম্ম-থানিল—"
"মজাঈবুংঙো" খুমদ-হৈদ মামিত্রা সিদবু থানিল থোরকই লেপ্লে। মথা তারকই "ঈমা লৈরিঙৈ শকথংনথিবনিদো—, হুজাঙী ঈমাম্থ ঈপাম্থ ঙমমক লৈথিদরে—"
"ঐখোয়দি তাজহৌদরে"
"তারোই। ঐ কনাদম্ভ পাওথাদে। স্তপ্নগী তাক্ত য়াদবা সনা কোম্নুঙ মম্নুং মথৈদী মতাকপর্না—। য়ুমগী ঈনাই-ঈশন থরগা, লোইরে। ঐনবু কনা তারুফম লৈ? মরক মরক লাক্তে ঈচৌন'নাওগা উনরগে। ঙসীদি চংথ্রগে।" অহঞ্জাওদা "ঈচৌ'নাও ঐগী শ'দোং নমথক্ত ঈনাই শিঙবু স্থহন-চামহম চেং হবায় মাওরক্লি, শীজ্রনিংছুনা পুরকপুনি, অহুক থম্না লৌশিনবীগত্রা?
"ফগনি"
অম্বুম্ন থোকলকই পুন্সীনা।
কম্নিনো তাইবংসিবু অম্বুম্ন হেক হেক মীৎত্রংনবরা?
মহৌশাবি মসিদী। অমুক্ল কোঃয়োগী মডাল অহুগা অমুক্ল অমম্ব, শুক মুখা অহোং। মোঙমা অমম্ব হেক মরাক্লান মাদি অহুগা হায়রনি—
"ঐগীবু তারুফম কনা লৈ।

# তরা

মতম মতম খুদোং ঈতেং য়াওদনা করিমুখু থোরম কোবা অমতম্ব পাংলম থোরমদবা মহাক্না হন্দক লাঙলকলিবা মতৌ অসি, অমুবনা মখা-ঈবুংঙোন্দা অহোঙবা মতৌ অশাঙং অসি উরকপে তুমিন্না ফমহুনা লৈ, লাঙলকলিবা মতৌ অসি করি কৈদগীনো? অদুবু, ওইসন্না ওইগদবা খুদোংচু ওইসনু ঈমা, নচাদি মীংচন্নহন্নরক্লোই। ঈমাগী রাশক থোংথাং হাবদি নচানা ঙাকচখরে। অদুগীদমক, ঈমা, পেমবীয়ু শম্নাতঙ, নচাদা লমদম তাম্বদা।

থাকুর বামীগী থাঙপোক মরুমদা নাপী থক ফম্মহুনা থা—চিরু, তরং মীংয়েংননা য়াথন কোংগায়, মৈচাক পুন, থন্দুনা লৈ। কালেনগী মৈশা, মৈশা বেমহাল্লি উরুম্নবা নাপীথকসিনা অদুবু থক মুথে তমঙমদবা পুন্সিদা অসুম থোক, ঐহক্রু, অমুবনা মরু লুকথহুনা থাল্লি, ঐহাক্রু লমজ শক চাকলেন-চা ফিমল শেং-লেল্লকলিবা। লংজবদি লৈথিদবনি লোংদম্বা

তশেংবমক মোংদম ওইবা মকাদা করি কাদৌনুঙ লংজথিবদি লৈথিদবনি।

মতম অচু হৌথিবা কুইখরে।

মতম'হূদা অমুবা মিতম্রি। মহাক হেক পোকপগা অপোকপী মমা থোরানিনা থমোঈ চঙ-ফঙনা থোইদাজে হায়হুনা মহাকপু পরি থোংঙল মীঙম কৌখি "শীবদত্ত গোস্বামী" অমুক, করিগুম্বদা মরক্ষা তাঙকমশিঙদা, পীকলিঙৈদা কৌজে 'থাকুর' অদুগুম্ব, বামোন ওইবা মপোক্ত পোকথিবা শীবদত্ত গোস্বামি য়ুম্নুরেনবগীসিদা পুন্সি লেল্লরিবা

কুইরে অমুবা ওইনা। মহাক অশেঙবা অমুবনি, সনা কোয়ুঙদা মহাক অশেঙবা অমুবনি য়ুমগী য়ুমশেংবা মীনাইশিঙদা মহাক পাশক-পীশক হায়রবমুক নাইত্রবা অচানবা, মনাই অচানবা অমুবনি, শকথঙ নায়থংনবা লৈবাক মীয়াম-মীয়ামগী মহাক অমুবনি, তাইবংগ কনা লৈতরবা মঙাইবুংঙোগী মকমদা মহাক অমন্ত ওইবা অচেৎ-অকোম নাত্তানকমশকপা মনাই অচানবা অমুবনি। মসিনা নোঙ-দমখোলগী মথু-খুজিন্নী থমোঈগী মায়া শেঙজবত্রদি নংখিদরে।

মহাক অমুবনি. মমা খোয়ানীগী মিৎকী পিগা পিয়োই পিয়োই ঈচেললক্তগী তাওথরকখিবা থনুঙ মৈচাক চেনবা মমা-য়াথঙ শোয়-নাইহৈদবা পুরক্ষুনা ঈমুং অসিদা লমল থুম লাকখিবা অমুবনি, মসিনা থমোঈগী অশেঙবা য়ারাবনি।

অমুবগী অপোকপা, শিলেট ময়াং বামোননি। মৈত্রবাক্ত খোং-লেঙখোরকখিবা কুইথরে। মমিঙ থাকুর রুহিদাস কৌই। থাকুর রুহিদাস কুচু মুই, মরেপ বাংই, নাত্তোন তুমই, শমলাংনা লেঙজয় য়ৈ, মবায় মায়খোংদা মুর্তশিবা মত্তোন লৈত্তেঙই। লাইশোন-তিনশোন্দ থাকুর রুহিদাস বামোন থুদীংলক্ত থোইদোকই। জগোঈ-ঈশৈ মপা লৈত্তে। লাইনীং লাইশোনগী খোংলনবদা, নীংঙাই শঙদাবদা, কনা মৈখিদে মপা। মৈত্রবাকী লাইনিঙথোনা ঙকফি-ঙয়েৎনবা কোকলেন লৈমায় থেঙনা খুরম্মখিবা শিলেট বামোন থাকুর রুহিদাসকী মপুন্সীমুঙ, শঙ্কীরুনা, অমুক, থাবাননা অমন্ত ওইনা পোকচখিবা মচা নাঈত্তোম্নবনি অমুবা। থাকুর অসি মৈত্রবাকী ঈশীংমুঙশীৎ অদদি য়ুমলৈ কৈরৈ লৈবাক নিঙথৌ খোগললোল শয়া বাত্ত পাদা থংদ্রুনমু লোলদী শেমহৈদনা খোই, অদুনা, থাকুর অসিবু— লৈবাক মীয়ায়. লৈমনিঙথৌ নাক তাবা সনা কোয়ুঙ .কাইবা মীনাই মীশন, মুপী অতাংশিঙনা— "লোন খোই বামোন অচোব"—হায়রগা মহাকপু শকথংবৈ। অদুগা মমাংদদি লৈবাক নিঙথৌ খুদুং ইন ভম্মরু থুরখুবক থুংমৈ- থাবুরা।

মৈত্রবাকী লম, লমশিঙদা থাকুর অসিনা খোংলোইশিঙগা লমগোম্ভুগোম্ভোজৈরম্মী। নিঙথৌরোল অনী অস্তুম ত্তৌম মাগী মথৌ ওই—। কাইনথঙ অসি ওম্মক, লেপ, থাকুর, সনা কোম্মুঙদা, সনা থৌগল ত্তৌন পুন্সি লেনখি—। মতম তাঙকম অদুদা থাকুর—তশেঙনা মঙালনা মায়থোং ফুদোংলে—, চহীনা পুন্সীগী ওই-না স্বপ্নগী নীফুগ-মঙাতমক মঙায়রি । য়ুম্বানবা!! মদুদি নহা ওইরিবা থাকুরগী মফমদা নীশীংব থোক্কবা মংদ-মং ওইদুনা লৈখি।

লাইনিঙথৌনা মতম কুইনা তরু-হায়না লাকই। থাকুর পাও-খুমম্মখিদে লোইদাম, লোইদামদবু নত্তে, কুমজা কয়া কাইনথঙ সনা য়াথঙ হীক্তোকহৈদে—য়াথয়রক থাকুর য়ুম্বানবদা লেপখরে। কনা পীগনি? সনা পুক্সীং লৈতানা থনখি—। থাকুরগীদী ঈয়া মায়াই সনা য়াথঙনি, অসিতনি। অহানবদা শঙ্গীকলোই অহল কামেঙ খুঞ্জাওবদা সনা য়াথঙ তাওথৈ—

“কামেঙ খুঞ্জাওবা।”

“লাইনিঙথৌ”

“ঐন তারিবসি চুম্বরা—নচানীঙোল মরী পোকই ঈপুগী—। ওম্মক য়ুম্বামত্রি—হায়বসি”

“ঈনিঙথৌ সনা য়াথঙ—”

“করি করি কৌব মমিঙ—”

শঙ্গীকলোই অহন কামেঙ খুঞ্জাওবনা মকোক মথং সনা মাংদ থাজরকই

“ননাই অহন অদুনা মোঙইনবী কৌজৈ।”

“মথং

“মথংন ঈনিঙথৌ শাজৌবী। মথংন পেমমু—, লাইনিঙথৌ, ননাই ঈত্তোন ত্তোনবীহুদি মপুং মরৈ ফাজত্রি চহী মতাং নৌজরি ঈনি-ঙথৌ।”

"ফরে—।" লাইনিঙথৌ, কমেঙ খুঞ্জাওবদা হায়রগে থনবা হায়রঙমদবা সনা চীনমেন, মথা স্নাদনা তুমীন নৈকরগা মথা শপথরকই —"ফরে চৎলো।"

কামেঙ খুঞ্জাওবা ঈঙক-ঙক ঈতিঙ-তিঙ সনা থোগল লাপথোকরই। সনা পুরীংল ত'বা অমগুম খল্লগা থাকুরগী লোঈনবী ওইহল্লু সনা পাওদমগে থনবনি অচুবু সনা চাংফেরঙমদে। কামেঙ খুঞ্জাওবসু সনা নাক লাপলক্লগা হল্লকই, করি করম্বই থোঙং-থোদ, নৈবনো থংনীংলকপা। ওইংথাক্তবা মতো লাঙ, সনা চীনময় করি নৈতবা শঞ্জীকলোই মাগী মচাগী নীঙোল মশীং হঙবনো হায়বা।

মথংগী মুনাংতা—শঞ্জীকলোই কামেঙ খুঞ্জাওব থংনীং উনীংবনা লাহৎলক সনা নাক থোগল ফঙলরে—।

লাইমিঙথৌন হায়,

'ঈপু অতৈগী নংঙ—, থাকুর অসি মচা মস্থ-চংথাং-সুথাং পাল্লোই পাম্মাও তংহল্লীংই য়ুম লংউ যুস্থ নু ওক্লবু মশানা য়ারক্লে—, করি লমদমগী নীঙোল পীসগে থল্লি। লাম্ব ফঙদে। ঈপুদা নচা নীঙোল অমতং পীয়ু তাইনগে থনবনি তাইনবা ঙমদে—। অচুক থল্লু—।"

কামেঙ খুঞ্জাও, সনা পাওদম্ম মচানীঙোলমক পীয়ু তমলক্তবদা থমোঈদা থরমথৈ নৈতা-মুঙলেম্নজে। মুপ্পগী মীৎকুপ মশীং থীঙবা শরীংনবা মতম ঙহাক্তঙচুদা হোন হুমলক-পাইরকপা মায়কৈ থোনবা মনীং ঙংবা অমম্ব নোঙহৌগুম থুনা, বাথন হোৎরবনা পাইরকই—।

নৈখিত্রবা শুগম্মু তাবা মতাওবু নীংশীলকই। মহাক নৈখিত্রে। অচুৈঙ সনা য়াথঙ তুঙইন, চৈরাক ফঙনা (য়াইথীবী নীঙোল লৌরুবঙ) পুন্সৌ তোপ্প লেনখিবনি। মচা চাবোক কুংখিদে মতাওহু। মুপ্পগী অমতং নাঈতোম্মনা পোকলম্মগা মহাক নৈখিত্রে

"লাইনিঙথৌ"

"করি হায়রনাংব কাঙে ঈপু খুঞ্জাওবা।"

'মনাই—অমম্ব মরৈবে—শাটপ-শাইলাতলী থবা মীং মতোমদা—"

"কনানিনা ?"

"স্বগম্ব লোইলম ওংবীনি, মপা পামীদি কন-মশেংজনবনি, অদুবু অদুদৈ নাইথিবীগা লৌন-পাম্মুক্তৈ সনা মাথত থা শাটপ মপাল থোক্নখিবনি—।"

অমম্ম কামেত থুত্তাওবনা মীর-লাংব সনা পুক্নীং তাখীদুনা স্বগম্ম মীতোল চাইমুত্তোনবু মশাগী চহী কুনগা মতাদা "পারবতি" হায়না মিতহোত-ফিহোতহনা থাকুর রুহিদাসকা মুহোত্তখিবনি।

পারবতি মচা চাবোক পুক্নাইরক কুমজা থুংথেক মতা হৌথরে। মতমসিদা থাকুরগী চহীনা পারবতিদগী থুংথেক্ত তত্তখায় থেরখনি। মতম অসি চংশক্লকুবদা মদোম্নবা বাথব কোংগাবগী মথাদগী থাকুর সনা কোম্নত মনু'চম পাম্নীংলক্তুহনা লমদম নোত্তমাইজীং ওংক্নদা অদুম্ম থাঙপোক অপীশক মচা অমা হৌরদুনা, মত্তু, শংহোংহনা পারবতী অমদী মনাই 'ভাইথোত' চা অতোনবগা পুম্ম নেন-তেনা চীক্ন লৈব হৌখি।

থাকুরগী মরম মৈত্রবাক্ত নীংখীনা পৈন লৈ। ভাচা পাং, চীং তম্ম-মক্তী মথক থাকুরনা লেংথোম্নকপদা লোঙীনম্নকপা শ্রীআমুপ প্রভুগী মিতদ দ্নৌ পথী মাত্তৈথ, সনা-মুপা, তম্মক আমুপ প্রভুগী মিতদা মৈত্রবাক্তী লাইনিঙথৌন কংখ্রবনী। অসি তম্মক থাকুর রুহিদাসনা কাম্নথোকে :

নোত্তমাগী শ্রীআমুপ প্রভুগী লুক হৌনবা চেং থরতত, হৈ-লৈ থরতত মপু মনাই অনীগী মুমিদাতগী চম্নাতত্তগী, অদুম্ম চংগদবা থরতত্ত নংতনা কমি চম্নকম লৈতে লল, থুম লৌ, চীং পাং থুনীং হৌজিক, থাইনতৈ নংতবা পুন্নীগী শক্তম অমা লাকে-ওমগে হেক হেক তেমগীংলককুম উই থাকুরনা। অকে-অমৌনা মশিন-শিম্নথাত ওইনবী ভাক্নী সবা কোমুত ওংবীশিতনী, মাখন ঐতাত তাওনৈ। সবা মাথতমু ঐংথোকমু পারবতিনা অমুক কথদোম্নকপা। মুনীমচানি,

অমা তাইবং অপুন্বদা পীনরকই। অমুথনা চরকী মচুঙ থাকুর বামীগা বারী অমত্তা শাগে হায়না তেম্বীংলকই—।

থাকুর বামীনা লাইনুঙ চংগদবা দি ওহাক রাকপী অমুবু থাকুর বামীচু ঐমুংদ কন্নবু তৌরিবনো মতম কুইথরে মখা ঊক-মায়না শেঙ-লচুনা কাথংখিবা। মতুদম্ব বামীনা উপ্রবনি! অদুবু ওহাক খোমজুনা কন্নি কমদোবা, হায়না অমুক্তম্ব খোরক-হওলদে। অদুনা অমুথনা নাপীথক কয়-কয় কৌই

"হো থাকুরা—"

"কন্নি বাম"

থুমলকপচু অমুওনা ওক নোমহনা তায়। চীনবাম্বা মোয়োম-রকই। কন্নি কন্নিগুম মতমদা মিঙগৌ অসি থাকুর বামীগী চীনলী তারক্লে। নোঙমা অমা অমুথনা হায়খি—

"থাকুরা ঐ অসি শেঙবা যাহৈরবোইদ্রা ঈয়ামক"

"য়াই য়াই।" ওহাক রাখন তৌরুবগা হায়খি "অহদগী, শেঙবা ওইবা ওইরবদি মিঙ অনৌবা পীবা তারে ঐন। লাইমিঙ লোখ তারে। ঐগী ঈথোং শোকপা তারে—"

"য়াতৈ থাকুরা—।"

"য়ায় লুই। য়'ম লুই।" থাকুর বামীনা ওক হাইরমুনা "য়ায় লুই। অদুম শেঙলুরবদী নহাক ঐমুং অসিদা অমুম মীনাই ওইনা য়াথরোই—"

'অদুদি ঐদী কময় হিঙগনি" অমুথনা হঙখি "ঐ কময় হিঙলনি পুনৌসি?"

"ঐগুম"

"কনানা ঐবু থাকুরা, নংগুম লাইনুঙ চংদুনা থৌনান কঙহক-গনি। নংগুম ঐদী লাইশোন তিনশোনম্ব হৈহোদে?"

"মচুনি লুরিবা"

"অইবু ঐ শেঙবা পাম্বী।"

"এনা প্রাথনা চৎলিঙৈ অমুক অমুমদি তারবা ঙমগদ্রা ?"

"ঙমগনি থাকুরা।"

"থায় কমখনবনি"

"কমজনি"

"য়ারে—"

"ঈমিঙ অমত্তগী থোনবীয়ু"

"পীরে ওসিদগী 'দাস'।" অমুম থোকখি।

হুমৌং অসিদগী অমুববু হেক হেক, মরক মরক বামীনা সুওশিরুবা তাওকমদা কোই মনাই অচানবগী মচুং 'দাস'। অমুবনা ওহাক ঈচীক্লনা লৈকঙৈ ঈমুংদগী য়াহঙ-পাঙহঙ তোঙীয়কই।

"করি—? দাস"

"থাকুর—। লেংখোয়রুবদী য়ারী শাজনীংহনা তৌজবনি।" বামী থোয়কই।

'ফম্বীয়ু" অমুবনা হায় "নাপীথকসিদা ফমজুনা হকচীক লাওবা ওস্থোক্ল ঈংথরে।"

"ঐ অমুম লেপকে অচানবা—" থাকুর বামীনা হৈন-তোঙীনদবা মতৌ পুনা লেপ লেপ হায়রকই "য়ারী—। শাসি হায়যু—করি শাসিগে ?" হঙলম্নগা ওাংফম-শকফম থংদনা মায়থোং লুকলিবা অমুবদা ওহাক য়েঙলম্নগা—'হুওগ্রাইরক্তরে ফমদ ফম্নগে' মতৌ চেম থাকুর বামী থাপলক নাপীথক্ত থুরু থুদক ফমথরক্লে—"চুম্বী হকচীক লাওই।"

অমুবা থংই পুক্লীং বাবৌরম্নী থন্দুনা ফমলকলিবনি হায়বা—। য়ারী শারা হৌয়কই

"থাকুরা—"

"অচানবা"

"থবাগী অসি চুপ্তাইরক্কে" মায়থোকনে থমথেক্তবৈ তকপদা অহুপা থাগ-মাক্তদা ওইবা থাপ্ন-তৈবা চাওন থমোঙনুংদা কয়ক তেমলাংবৈ পেয়। মথা ভাবকই "অরুক পাক চাওথ্রবা হিকপোল, ঈমুং মহুং- যুমুরেনবা যুমুরেনবী অনীমক থুপথিবসিদা ঈচোক চাক্লে।"

"চুমই, মনাই অচানবা ঐহু ঈতু-ঈমায় ঈপোক শোয়ে—। অহীংদ মুওথিলদা ঐবু হেক হেক উনবা লাকলিবোই থমোঙদা থম্লি। মথোয়দী অচানবা ঐগী বীথাতা—" থাকুর বামীগী মীৎনুদা ঈরা ঈচোইরকই। তপেওবা বীথাতাবী। থাকুর মনাইন ঐবু মহারাজগী সনা কোনুঙদগী পুথোরকথি। ঐগী গুরু স্বামী সদানন্দ দাস, মনা কোনুঙদা অহন ওইনা লৈথিদয়ে। হৌজিক্তী শ্রীআমুপ প্রভু মতনা বামী ঐগী কনাসু লৈত্রে। কনাসু লৈত্রে।"

অমুবনা হায়

"থাকুরা ঐসুনি, কনাসু লৈত্রে ঐগীসু"

মায়থোং অনীমক ঈপুং-মুঙঙৈ।

"নংগীদী মচাঈবুংঙো লৈবী"

"মহাকি ঐতগী মচে থাকুরা নংগীসু, যুশেমবা মীনাইশিংগীসু, ঐথোয় জন্মবীনি"

"হোই!" অহুবু নংদি মাগী পাম্বোমনি।

"চুম্মী! মতম অমদা ওইরম্মী! রাকম থুদোংমক মচাঈবুংঙোনা ঐহাক্না যাত্তানরম্মী থাকুরগা!। অহুবু, উদবরা হন্দক ময়ক ঐবু করিসু নত-ওইদবগুম থমলকলিবনি। মসিগী মরম ঐ থংদে।"

"নং মাগা থাপরে—?"

"থাপরে—। চংথোকলমদবা মহাক লমশাং কোয়না থোংজেং- থোকপী তৌজরক্লে অহুবু ঐবু তুঙঙইননাই ওইহনরে—কৈদ চংলিবা থংদে" থংবনী অহুবু থাকুর বামীদা থংদবা শাই "পুম্নমক অসি থাকুরা, যুমুরেনবা অমদী যুমুরেনবী, মথোয় অনীমা থুপথিতৈদকনি—"

"য়াম্বী পূল্লীমুঙ মৈচাক চেনবা য়াবী—, কবি করৌমুঙ খেঙন-থিদ্রবগা ?"

"মৈচাক চেনবা য়াবী" নোঙথোনববা ববয়ান খূদৈল ববহাই ববহাই হৌদাক মৈখু কায়চনা য়াখন ভৌন থূবখি "মৈচাক ! হকীকপু কোকপা লৈতনা চেন্দুনা লৈবী ।  ঐগী পূল্লী অসীগী য়াবী, অচানবা, মৈকাখোগী শক্লোয়ী ।"

অহুদগীদি মতম কুইনা লীকম থংদক লৈরকপা য়াবী, পাওবুনা তাখীনীংতাই কনা শকথেংনরক, পনগায়রকতে ঈফুং লেপ্তুবতম নোঙথোনবনা খোংত-লিংত পাওদম তোঙ্গৈরকই ।

'পুল্লী অসিদী থক তমওমদবখি অচানবা ।  মহাক্কী থুহুংইনবা থক য়াবহৈদে তাইবংন ।  ঐগী ঈপানা পুল্লী, মঙদা-খোংদারমগাই হায়খি 'অতো নশা নয়োমদোম মীওইঙ্গহৌঙবা মক্তারে নোঙজু-খোন ।'  অহুগা ঐন হীক্ল হীক্ল কপ্খি । পোকপদগী ঈমাগী খোমলাং মনম ফওলক্তরবা ঐহাক্ল মতমহৃদ', পুল্লীগী তাঙকমহুদা, অপোকপগী খোং কোঙখি—, কোঙখি মহুনা করিবু পাওদমজখিবনো থংবিরে মতমহৃদা । হকীক্তী থংলে "ঐবু কনাদা শিয়বীরমপদৌবিবনো" অসি ওইবা তাই ঐনা ঈমীংনুগী পিরাংশিঙগা লোঈনবা ঈপাগী খোং কোন্দুনা কপখিবহু— ।  তাবিবরা অচানবা— ?

অহুম হওখি । মতমহুদা ঐদী, অমুবনা চেং য়োম য়োমা থবককই ঐদী তাবনু-তাদবগু লৈখি-পকখিদবনী ঈকমদা । ঐন থূমখি
"অহুদগী কমদৌবা— ?"

"করম খোক্লগদগে পুল্লী অসি তাঙকম অমা ঈবাই মাইথিদব-গুমখি । পাশক-লীলক শক্লাইদবা মচাশিঙনবু অচানবা, তাইবংসিদা করি-করম মাইক-থূদম উৎখিঙমখিবগে ?  ঐগু, অহুনি ।  ঈপাগী লোন্নথুখ্রবা মক্লপু, শঙ্গেন-শনঙাক হৈরকতে, অহৈঙগী ঐবু, লৈত

নৈরন্থু চবে-ফিদং ফিইনমিন্নি নাওকোন্নকখি। ঈখা অহুনা কৌন্থ কৈন্থ, ঈশা অহুনা লৌরীংলোখোই শিখৌই। অহুনা ঐখ,-মচা ঈতাও অহুগা শজেন-শনহোই প্যাংই।"

অসিদী হিগুবগী ওস্থোক্ন তরঙ তরঙবা মহাও কগুবনি, অমুখ-না থম্বুনা লৈ, ঐদী পুক্কক্কপা শকথংলক্তে. মরূপ এইখা করা ঈপিজা শকপা কনা, কনা অমতন্থু লৈরক্তে নাইরক্তে। অসিন্থু করি-কৈদগী থমোঙ্গ চাকপা, পুন্সীমুচ ওংখিবা অরাবা রারী কৌ-পনি? মরূপ মতাও অহ পালি ঙম্বা কৌই হায়

"মহাক্ন শজেন-শনহৌই চংপ্ত চংপ খুদীং ভজা পুশেমই অচানবা। অহুগা অহাংব লমকাংদ ঈন্থমগী লুম্বুনরকউ কোন্নৌ মশেক্ন য়েরকউ-দা, মথুং-তৌভ্রী থুংথং-থুংথং থমোঙ্গ খোইথুম খোইথুম্নবা, হুন-হুনা খোঙখিবনি। মথুং-তৌভ্রীবা অহুক মুঙশি-মতৌ লাঙন-লাঙনা খোঙ-খিবন্থু করিগীনো থংবরা নং?"

"কৈদগী—। করম থ'পনি—"

"ও।" মতৌমতা রাথন লৈক্ষনারমালে "থংলমোই অচানবা ঐ হায়গে তাও—ঐখোয়গী শজেনকম অহুগী খোঙশোঙলক্ত মখোর হৌন-হৌন হেক হেক লাকই—"

"মখোয় !"

"অং। মখোয়—মখোয় হায়রিবসিন্থু কৈদগী থংলু-শকলুরগনগে অচানবনা—। মখোয় হায়বদি শীংতেক শীংনাং থুনবী থুনগী থুনীমচা থুনীমচাশিংহনবুনি। মহু ঈতাও অহুনা খোঙজিবা মুঙশিহনখিবা তৌভ্রীহু মখোয় তান'নবগীদমক্কী।"

"ও। তৌভ্রীহু। ওস্থোক্ন মুঙশিবহ।"

"অচানবা অহুগা, মখোয়না তাদী তানী' শন-চাবশম্নমতৃতি নৈহৃম-খোঙমদা লমহাংদা শীংতেক শীংনাং পুনবা লেপ থাপতক নাকোয়-হজগোই মতৌ উং-ফম্নহনা পেক্কক ফোই-ফোই, থৌরিজনা-

থৌজিনবা শা কয়থিবনি—অদুগা—

"অদুগা করি—?"

"মখোয়গী মরক্তগী হুরান-লোঞ্জা হৈবী মীৎ অনীগী অপুনবা মীৎয়েং অছুৎপী অমা, অমুক, ঐখোয়রোমদগী য়েঙজনীংবা, তুকথজবা মীৎ অনীগী অপুনব মীৎয়েং অমা—মীৎয়েং অনীনা, তৌত্রী-খোঞ্জেল শৈশক বাঙলক-য়াঙলকটৈ লেঞ্জা-লোনথুপা পাওথানখিবনি—

'কনা কনা য়াম্বা?"

"ঐগা—"

ওস্থোক্ল লীজনীংবা শক্তম চেন লীখিবহুদি মহাক মথৌ নৈ কাওখি।

"কনাগা—?"

"অদুবু!—অদুম্ব হায়খি পনখিসিরা। নকমদা? মখোয়গী মরক্ত য়াওখি কুচু মুবীদু। মহাক ঐগী কোরৌ অঙনবদা হায়না শাৎপী মুমীৎলৈ ওইখিবনী"

অমুম, মহাক্ল মুঙশি-মুঙজনগী য়ারী লৌখি ঈফমদা। য়ারী অদুগী মহাও, ঐ থংদে। তাবমু পামদে। ঐন তানীংখিবদী করি করিগুম্বা মপূন্সিগী তাঙকমশিংদা কনা কনাগী অওৎ অবৈ চৈরাক চৈফংনখিবা, অদুদা মহাক্ল, মতেংন কৈদগী ফঙদনা ওম্ন থোইনা থাংখিথোক, মতম লাক্কুনা মদুগী লমম্প, মহাক্ল মতৌ করি লাংহুনা লমল থুমগে থল্লিবা—, মখোয় কোংপায়শিংগী ওইবা থমোঈ চাকপা য়ারীহুনী! অমুম থন্দুনা লৈ।

মজাঈবুংঙোন। খোংথাং তপ্ন-তপ্ন থাঙলহুনা মমথরক্লবহুদা চপ চপ লেপ্পরগা য়েঙলহুনা হায়রে—

"'য়াম্ব—"

"মজাঙৈবুংঙো" অমুবনা থাখন পুম্ব লৈনাং-কুপ্রিংবহন থৈথাম-চৈথাম মাংহল্লহুনা খঙলাক-থজীন থুমহ "লোইজরে।"

"করি করি হাপ্রে মাম?"

"চেং ওইনা মজাঙৈবুঙো লাইতং অহুমা, শনগোম উয়াব অমা, হবায় মেরুক মরী, হায়বীবদাম—"

"চুহী হাপপু মাম্ব"

"কপনি—"

হায়বা-হায়বা থুদীং মনাই অচানবা অমুবনা লাংথৈ। মচু পুরহুনা শাদোংথক্ত মজাঙৈবুংঙোনা মনাই-মশল কনা মাওদা অমম্বদা শ্রীঅনুপ প্রভুবু থুয়মলয়গা হিংগোল 'চৌবদগী পাংয়াই ফাওহুনা তপ্প তপ্প শাথোবখি। মচু, তাম তাম, থাকুর বামী অমদী অমুবনা তুমীন তুমীন, লেপ্লরহুনা য়েঙনহৌই।

মোঙথোনবনা হীদাক মৈথু কামথোক কামথোক য়েঙলহুনা থনহৌই। অচানবনা ঐগী য়ারী লোইনা তাদনা মচংথিবদী অসি থোক্ল-গহবসিননি কৈদবু চংলিবা— ?

মোঙম-অমদী মজাঙৈংবুংঙোবু চাম্বীগী মপুম্নোইবনা পল্লি কাওবা মাম লোম থিন্দোকলকখি—, অহুগুম্বা হৌথিবা মুমীৎ অহুদা থৌমকপা মচাঙৈবুংঙোগী শাথৌ অহুদী অম্নুক কুইবা পুন্সীগী মতমশিংদা অমুবনা অমুক্তম্নু উরক-থেঙলক মাওথিম্রি—। শাথৌ ওদ্মোক্নম্নু কল্লকই—। কল্লকই। ওহোক্নমু কল্লকই।

ঐমুং মম্নুংদ মজাইবুংঙো, 'মং! অহুগা তাইবং!' মশক থংদবা শক্তম অমদা মদোম তানা লৈরমই। মায়থোং অহুদা, মুমীৎ অহু হয়াওবা, মুঙঙাইবা অমদী থমোঙৈগী অপেনবা নকাগী মঙালনা তুম্বাঙ-পান থাওরক-শন্দোক্লুনা লৈরম্মী। মহ মোঙথোনবনা থামগংলম

ঈমুং-মচুংগী মৈতান্দুদা মনাই অচাবথা অমুবনা উই—। য়েঙই।
করি !! মংল-হারা থংখিদরে।

পোকলকলিবা তাইবংসিদা অসিগুম্ব রাহৈশিঙসি তারক-
কংলক্লনি থাজরমদবনি, সুপ্নগী অমুক্ত। অহুবু, রাহৈ-রাহৈশিঙসি
তারকই ঙসিদী। মহুম্ন থাজ-মায়কৈ বাঙমদা।

মচাঈবুংঙোন্তু, হরাও মুঙঙাই থমুঙ-য়ৈন থুঙখিবনা, কৈদনো
হরাওবা। অমুক,—কৈদনো মুঙঙাইবা! মফম, লাককম'ম থংখিদরে।
থংখিদরে কোরৌ 'হুমদি। অমুম, তারকনি নীংলুদবা, তারক্লে ঙসীদী,
অমুম থমহনা মজাঈবুংঙো লৈ, মনাই-তাক্ত মশন উহন্দ ঈমুংগী
মমুঙদা মদোম মংলানগী রাথন লৈকোন, লৈকোন-লৈকোন ওংব
লমদমদা।

মনাই অচানবা পাওদম ভানীংই। অহুবু হঙঙমদে হেক তরাই-
তরাই, অহনা লৈ য়েঙশন্তুনা। অমুকস্থ হয়, হয় হয়, ওম্ভোক্লা
হয়, যায়া হয় হয়, য়েঙহুবা :া পাওহঙদী তোঈঙমদা মনাই অচানবা
অমুবনা। অহীংদি ওইদৌরে। ওইদৌরে।

ফমথক, রাথন যাওদ'শুম মংলামরিবা মচাঈবুঙোনা চীনগাং-
চীম্ভোক্লনবা শোল্লকই মরক মরক

''মহাকপু! পাওদমলকই ওইনহৌ ঐগী"
অহুগা—পিরাং-পিরোইননা
"মহাকপু ঐগী ওইনহৌ, প্নাওদমলকপা মাহাকমক্ল ॥"

হন্দক্তৌ থোঙ্গেন হৌরক্লে, থমোই শোক্ন্ম শক্তমরক্লে।
মনাই অচানবা অমুবনা মরেঙদা লেনঙম, ফিরামরচুনা, অমুম
য়েঙলম, য়েঙলম য়েঙলম, নকশল্লকই মজাইবুংঙোম্বী নাক্ত। হোরে
হোরে। নোম্থরপ পাংই—ঙক্লোন-থোগল। হায়রৈ—

"খোঙ্জেম পংবাও য়াঙবীগনু মজাঈবুংঙো ! কৈদ-খোলেং-খোকপীরুপা ঙসাইরাই ?"

খুমদে মজাইবুংঙো ।

"পোংথাবীসি। তাকপীসি"

পেনবগী, থমোঙ্গীগী লমদমদি লময়োয়বা, চায় থায়না মৈচাক্তি মথংবা মজাঈবুংঙোহ্র, উয়কপা শক্তম কোংগায়হ্র নোংশোংলুবগা মনাক্ত থৌগললনরিবা, লেপ্লরিবা, মনাই অচানবা ময়াম্ব 'মুবদা য়েঙলহুনা হায়রকই কাইনথঙ—

"লাকমু ঈনাক্তা। অপংব। মীওইবনা হিঙবগী ময়মমু থংদবা ? তশেঙনা থংদবনী নং। অহুবু, নংবুদি 'য়াম্ব', মুঙশি ঐন। অহুবু থংমন্দে নং মীওইবনা হিঙবগী ময়ম ! ময়ম থংমন্দে ।"

থংই। মনাই অচানবা অমুবনা ঙম্নমক। খুমদে। খুমদে কৈদমু কৈদমু।

"হায়বসে তাহৌ 'য়াম্বা" মথা তারকই—মজাঈবুংঙোনা "ঐহাক ঈমা-ঈপা শক্লইদরে। হৌজিক শক্লাইদরে। অহুবু, পুন্সীনা হিঙবগী য়েন্নীংনবা য়াথন্দী মরৈরী অচানবা 'য়াম্বা। হৈনৌন মুল্লকলবদা, তেনয়াশিঙনা লাঙবু কিহুনা কয়িগুম্বদা, চাদ-নঙদা, চীন্দয়্নদনা পাইথিবা য়াওথরে । য়াওথিদদ্রি মেরাগী থাবলদা, কয়ম্ব মতমদা, কয়ম্ব পাংব ঈপোম তাঙথক নাইথিদবা অহুগা......... "

ওহাক লেপলুই। মথা তারকই—"ও ! ঐহাক তেনয়াম্ব অহুগা অমুনবা হৈনৌগী উমঙসু উথিত্রি অহুবু হায়থরে ঐন ঙসি। মেয়াগী থাবলম্ব, পাংম্ব, ঈপোমগী তাঙথকম্ব অহুগা ঈপোম্ব কোংম্ব।—অহুবু থংহৌ—, মসি ঐগী থমোঙ্গীগী য়ারানি। নংন তম্বীথিবা নত্তে।"

মজাঈবুঙোহ্র তুমীন লৈথরে। অমুক লোকখু তোঙ্গীরক্লে। লোকখু তোঙ্গীরক্লবদী অচানবনা চংই হেক হেক থৌগল। থৌগল লাঙলিহৈ—, চিম্বিনবা তাঙলক, পাওবুনরক্লিবা মনাই অহোংব,

মপু-মনাই 'নীগী মতৌদু, অঙক শক্তম্নবা মতৌদুদা অঙকপগা শক্লোঙ্গনবা য়েঙবদুনা তুমীন লৈখরে।

মচাঙ্গবুংঙোগী কাতুপ, কাতুপ অদু, ( নোঙ-মুঙশীৎ লেপখ্রবা, লাংলব্বী উচেক রাম্না কোংগাম্ন, মহুম কায়নখ্রহনা, লমদম তাম্না তাম্না শাখপ শাথৌ পাইনখ্রবা, পামলৌ শংদ, পামলৌ শংদুসু মীরেক্ক-ত্রবা, ঈকঙথা ওইহনা লোক্তী ঈচেলসু লেপখ্রবা, লেপখ্রবা চীংগী লোকনুংগুম, ) পুমচীক চীকখরে। চীকখরে।

অদুদগীদী করি অমুক ওইগনি তাইবঙ। চীন্দমকোন্দ মনাইগী য়ুহৈদুনি, অদুগা য়াউম অমগী মতুং য়াউম, মজাঙ্গবুংঙোবা চীন্দম-থিবদুনি। কাইনখঙ য়ুযাই চৈবাবা হকচাং পুমলকঙৈ, মীয়ক তিঙ্গত্রবী, মীমাংদ খোংথাং খোকচ-লৈজ ঙমজদবী লৈকায়গী মৌ মহা মুখঙনবীগুম খোমা য়াওজদ্রব মনিঙগী নিঙল অমনা অচীকপদু য়ৈখায়-থুগায়নহনা হোন্দোকলম মথা তাঁরকই।

"ঙসীদী য়াম্ন, ঐগী হয়াওবা মুমীৎনি। পুন্সীগী নীংব-থুংব মুমীৎ অদু লাক্লে। অদুবু" শীক্ষৈ মীৎত পি "অহবু করিগীনো শীন্থারিবা ঐগী মীৎলুদা পি?"

হওলকই। খংদে মতৌ মনাই মুখঙ তুমীন লৈ।

"খংলবরা ঐগী হয়াওব মুমীৎ?"

"হয়াওবা মুমীৎ!!" ঙক্ক হঙজে।

"য়াম্নি হয়াওবা মুমীৎ, অদুগা শীন্থবা অমুক মীৎলুদা পি?"

"ঐ খংজদে মজাইবুংঙো?

"হায়গে তাও" মথা জারকই" ঐগী লৈজবা, হেক লৈরিবা ঈয়লগী ঈয়ল, ঈথুমগী ঈথুম, ঙমমক শিজন্ন' হয়াও তয়াম্নগদব পুন্সীগী মুমীৎনি। ঙসী মচীনমক্কা শীন্নথরে। লৈরে চীন্দম কোন অসিদা। 'য়াম্ন হৈখরকই খারতঙ।"

মনাই অচানবা অমুবনা হৈথহৈ।

“মুমীং অহু লাক্লগনি। অদুবু করিগীনো ঐগী থমোঈনা অমুক তনীক তনীকপা!” মতোমতা শোঙ-হায়জগুম ডাংই “থংদে। অদুবু অমুক য়াম্ব চীং পাং, লল থুম, মীনাই-মীশন, হেক তম্বনক— মুমীং অহুদনি শীনরনী। অতগুম্ব মুমীং অহুদদি”

পাওবুমকইবা খুন্দোন অহোংবদু মপু মনাই অনীগী অঙক মতৌ ওইবা শক্তম শক্তমশিংতুদা তুমীন ঙকচা-ঙকয়েঙ লৈ। অমুবম্ম, করিম্ব থংদ-উদা মতৌ চেন, তুমীন য়ুহৈ-যুহৈ লৈ।

মনাই অচানবা ’মুবা তুমীন লৈ।

তুমীন লেপলি। লেপলি, অহুবু তেঙবানবগী ওইবা উহৈ রাহৈ, শাথপলিবা উচেক রায়', বাপী-শীংবৌ, ঈশীং, ঈকোন ওংব, ঈহুঙচনবা লৈমুঙ ওংব লৈতান, মথোয় খুদীং তাইবঙ অসিগী লৈথা ওংবা ঙাক্ত নি। অমুক, নোঙমদোল তম্ব ’তিম্ব' ওংন শক্লাইবা শাথপ-শাথপ পাইনম্বিবা থবায় পানবা খুদীং, অঙৌবা লৈচীল, অমঙবা নোঙ, থা থব্রান খুদীং খুদীংমক্ল, মীওইবনা, শাবা-ডানা, থংব-উন' লৈতবা অয়োনবা থমোঈ অমা য়াওরি, ঈচীক-ঈহুন তম্ব তুমীন থোংলেপ্লরিবা মনাই অচানবা অমুবগী—।

অচীকপত্থ থুগায়-য়েথায়গুম মজাঙ্গবুংঙোনা মথা তারকই— “চৎলু, য়াম্ব, অহন অসিবু পম্লি য়োন থিল্লুথো।”

মমিঙনা পন্দোল অহোঙবা কোবা! খুন্দীম্ররবা! অদুগা তমথীবা বাম্বেপ ব্রাতানরদুনা পিদোম্লবা পূন্সী অনী অসীবু, খুঙালকগী ঈন্থোকপদা লেপ্লবা! রাথন চৈনানা ওঈরম্লগনি ঙসী ঙরাং অসি হকচাংগী অনাবনা থবায় থপ্ল হেঙল্লকই হায়বসিদী, অহগা অথোম্লনা থবায়বু নথোনহন কৈদনো মথোয় খুদীংনা ঈন্থোক্কে বাবেপ বাতানারিবা? অসিনা মীওই-তাইবঙ ওইবগী লমচৎ হেক মওইবা!!

অমাইবনা কমশেমরবা থবায়হৃবু পুন্সীগী ওইবা অরোম্বা মীংকুপ অচুকাওবদগ লোলদীন য়ুমদীম্নমীম্নবমক নত্তরবস্তু খুনবাও-খুনলাল ঈস্থোক-তাস্থোকপীদ' লৈজবদা মথোম্ন লৈবাক মীম্নামদা করি কৈদ, হৈন কমগুম লৈন কেমগুম মাংজহৈব লৈবা? চরোগ চুযলম্ব হৈন কমথিবদী মকমখ্রসনু, লৈত্তেগ মাংন শকমাংজহৌরিবদী হৈশা তেকগমজদবী অহুনী—। মপুরোঈবনা তাইবং শেংন-থাম্নবা থাদোক-হৃস্থোকলম চংখ্রগনি থঙ্গুঙৈ মীপাই-সুগশো থাংজ্জরিবীহৃদা অমুক চৈনা হেম্ন পীবীবা! শক্তুম অচুদি, শক্তুম অচুদি মালেম নীকপনি, চীংন কীম্বনি, ঈমায় চোনবী পাংবা খ্রন্ননা ঈকগনবহুনি অচুগা অকগবা, ঐক্রক চংলবা পাংম্নাইহৃদা লেমলৈনা মৈশা থাংন চোগন-ফম থাংনবহ্নান। কনা লৈতে মথোমগী, কনা লৈতে ঐগীম্ব। কুরিগী থমোঈ শীম্নরমগে তেমশিগথিবা হোথিঙৈ মতমচুদা, অচুগা তাইবংগী চানবীহৈতবা পুন্সীগী অরা চৈনা ফগলক্লুগনা কয়ম থাপকে তোপকে তেমশিগগদবা থমোঈনা? ওইদে। থক ওইনহৈদে! পুংকম অচু রাকচীং থাজং-ওংব বোগজু মতৌ চেন থংহৌদনা য়োরকদবা থর-থীং মগায়রে হৃজীক। পুংকম অহুবা থোংলোম্ন-মরে'য়শক পুরকনি লৈবাক খুজা খুন্দীন ওইবা, রাবেপ-রাতা ওইবা তমথীবা পাও। মপুরোইববু উন-উনা মথুং-খুংজেং শেংন-তংনহন মুনবীথীগনি। কনানা মাবু য়েগশন-থোমজনবীহৌগনি—। মকুদ-গায়নবা উপাল ওইজুনস্ত্র, মীওইবনা তাথী-তাওই থোওইবীদ্রবস্ত, পামেল কগজথহু য়েংচ-তাংজবী উর্নী-উরা ওইবীগীদী মমল য়ামজবনি ওস্থোক্ন, মমল-মম্নাইদবনি। পাংম্না তাবী গাম্নু থগগোং পুংবানা নোক্ননিংঙ্গুনা কদোবা, লৈকগলা রাই ওংবী ঈথৌ লাগজবী শাজী অমোম মকমদদি থুজীন মমায় ওইবা শমোক-থোংগুল অপীশকী রাউম ফাদবা ঈশীংগী মরীক, মীং থক্ন হরাওজফমনি। কয়ম মপুরোইববু, কোজরিবা শেগাজলী নমশেং-হাজেংলনা মুনবী'গথ খুজা রাবেপচুদা মহাক্না

করম, শক্তম তৌবা? ঙম্নমকসিন', মহাক্কী থমোঙ্গীগী, অপাম্বগী, অনীংবগী, ঙম্নমক্কী য়াঙমা তম্ব ওইদুনসু অহনজাওগী থূজীন-থোরাঙ ওইবা মরাহৈ ইনফম থোকই।

মনাই অচানবা থাংদ লেপলে।

কৈদগীনো হঙলকই
"য়াম্ব"
"তাকপীয়ু"
'পুন্সী অমদা মতম অমকদা শক্তম অমত্তদা নীংব থুঙবসু থাংঙমদবা মৈচাকসু, পূনশন্নহুনা অমুক থায়দোক্লবা ঙমদনা ল.কপা, য়াওথ্রবরা?"
"করি য়ানো মচাঙ্গীবুংঙো, অনী পুম্ন কৈদগী?"
"লাক্লে অসিরা?"
"অহোঙ্গ"
"থংহৌ" মজাঙ্গীবুংঙোনা হয়াও-হৈদোঙ্গীবসু, মুঙঙক মুঙজানবসু ঈপুন পূনবা শক্তমদা হায় "মহু ঈফমদদি হুজীক লাক্লে।"

মাইবদী তরাইথোক মীজম কনাগী থোংগুল তাহৈদ্রবা হিঙগোলন', ঈন্থোক্লবা হকচাং পোল'ঙ নাক্ত লাইয়েঙনবা কনা চংবীগনি? অহজাওতনী, মীতোপ হায়ববু কনা লৈ ফম্নাক্ত। অহজাও থাঙ্গনতৈদী থাঙ্গনতৈ ওইথরে লোন্দীন্নহুনা তেংবাংগ শকথংনাথব, মুমীং অহুদগীদী হঙগোই-তুগোই ঙম্নমক অহঞ্জওগী থমোঙ্গদা চেনখি-পকখিদরে—। কম্নি থোকই মীওইবা, থল্লকই, থরায়বু থরায়না হঙগোইরিবা।

ঈকায় মুঙশি মুঙয়াম্নৈ, মুঙয়াম্নৈ কদোনি, ঈকায় মুঙশি মুঙয়ান-মুঙয়ান হিঙবা তারে তাইবং। মতা চাম্বী নাক মীংকুপ ওইবা মতম থয়-থরতং চংচ য়াতানজবা ফঙজ-লাঙজবসিনা মীওইবা ওইরুরৈ মচাক, য়াওরি-পকলিবোরে থঞ্জে। মপুরোইবা অহনজাওনা কৈরোম লৈকায়গী পৈথোক-তুমথোক শাজং-শাজং য়াঙমদ-লৈ, অমুকী

সুমিদাঙগী ৱাঙাং থোক্ত অয়ো নাহে ফাওদ'গুম, থোংনেৎ থোঙগ্রা ৱা'গুম, ফমথক মচি লেংদ নাৱবা মপুৱোইববু অনা ফমশেন্নবীবা অসিনা থাদিলগী থমোঈদ শা ঙামক্তী নঙবোরে, মীওইবা মপাংলক হিঙলিবোরে থৈজে।

অদুগা— !

থঙব পামদে। থঙবা পামদে। পুন্সীদা অদুমক হেক অওইবরক-ত্রা? মীয়াম ভাম্পোকলগনি মহায়বা। অদুগা মফম কৈদ, কনাগী মফমদা চংজবা, উমঙদা ৱামঙদা তুশোঙবী মংোক্ল মতৌ করম —। থাদিল, থল্ল, থল্লুবৈ থমোঈন্নুঙ তুজুঙ-মানজুঙ অকিবা পোকচরকই করি কলোম্নঙ। ঙশওবমক, থাদিল অৱা নোঙথোঙ তোঈরক্লে—। তেওনানবনা মচেৎ ভানা মাংগুম। থ কোবনা, মমীৎ কোবন, তনাকপা থোৱান হায়বাশিঙন অ ভয়াদগী মা নথিগুম, মালেম-ম। লৈৎাও কোদ চেন্নক্তহনা মমঙ খুদীং উশক নাইদ'গুম উহৈ পুম হুচেন্নরক. মাওইবন হুচানরক থাক্লগুম, থাদিল থমোঈগী অৱাবা মতোল লোম্নলকই।

চংপ তারে খুজা শক্লাইবাশঙ খুন্দিম্নরগনি ঙসী। ঙাকপীয় য়াহৈরয়োই। নোঙদম্বা! করি নোঙদমথোম্নো মহাক্তী। মতৈ মোইরাঙস্নু পাও নথাব। য়াবনি অদুবু মফম অসিগুম মাগীম্নু কৈরোই লৈকায় পানবনি কোশল-লাকশঙ মনাক শাইদ'ঙ পীরকনি হায়বসি মংকৈদব মংনা। থনকৈদব ৱ থন্ন'। ভয়াক, অগজাওদা মৱক মৱক য়েঙম য়েঙ্ঙমনন। যেঙলকপা থানিগী মীংয়েংদগী অহজাঙনা থংই, অদুবু অহজাও থেইনা ৱাদে, ঙসাহন তাক্লনবা পাও থাবরে—। হুক্কীক অনৌব মঙাল লাকলগাশি, মঙাল অক্লদ' মথোয়, মাব-মানা চংথিবা ওইথ্রসনু—

থুন্দোল অহোঙবনা লুচিঙ খুজ শক্লাইবশিঙ, লাকথোক্তবশিঙ লাকই। গুমাং নংেজস্ন লেপ্প লৈ। মতম কুইনা চীংমুঙ শকলোংজুরবা,

মপুক ল্যাম্বা লংজা মপৈন শঞ্জাবুংগী অতিয়াথক্ত শাহুম শাহুম পাইরবদা ঙরাংদসু ঙাইবী চাবোক তমলকপা শামোক মচাশিঙনা চোঙন-চোঙনা শঞ্জাবুং মাকচি শীম থাংজবগুম, থানিল, মীওশামা ফুইনা চীনবাব য়ুক্রনা থাংলে—।

অহঞ্জাওনা হায়

"মপাল তুক থোকম্লুসি ঈবেম্"

থানিল, উম্মুং পাম্বীগুমলে। থোঃমুংগুম চীনগাংদ—পাওখুমনি হায়ব'ন থুমদ—নৈ।

"খুঞ্জাশিঙগী য়ায়েপ তুক মতাক্লসি—।"

"ঈচীন 'নাওথোয়"

থোক্লেন।। থানিল লুতোন কায়। মতম তাওফম অসিদা, তারক্লে থোক্লেন অসি নৌহৌননা। থল্লিংঙৈ অহঞ্জাও থোকখি—। থানিলসু য়াখন ঈচেন চেন্দ কে'খুম-মায়খুম থোংজীন য়াঙমা থোং-গাম্ফোবক লেপ্লে—। খুঞ্জা ময়া'ম মরক মতা-মপুরোইবা অহঞ্জাও অমদী মঞ্জাঈবু'ঙো, শুকথ-মায়থোং ঈচেন চেন্ন লেপলমলি।

থোবা নৈ। নৈ। অদুবু—।

মীয়ামদা মঞ্জাঈবুংঙোনা হায়

"খুঞ্জা খুদীংন য়ায়েপ্পখিবা খুদীং থুদুং ইম' মরূপ ঈতাওগা, ঈচান'নাও, লোপু মচা ঐগী ঈমুমদা মতম থরদী লাইয়েং-কমশেন নৈমিম্নরুরগে"

চংশল্লকই। করিনোনে তাইবং।। পামজদবা শক্তম তাক্ক—। নত্তয়গনা করি? থানিল, থল্লিংঙৈ শাইজীম ঈচুম তাকমদা লেপ্ল, মচাঈবুংঙোনা হওগোই-তুগোই হওলকই—

"করি থল্লি ঈবেম্বা।"

# তরামাথোই

মতমচদা—

থাকুর রুহিদাস কী থাইদগী চানবা অমত্তা ওায়বা চেক্লা ওইবা মনাইদি তোয়াই নহানী। তোয়াই নহাবু থাকুরনা কনা মস্তে থন লুন-চাম্ন তৌবিবগী মথক য়ুম্বাল-য়ুমলিঙলবা মতম লাক্লবফাও, থাদোকং হন্দোকপা। তৌদনা য়ুম অমত্তুদা লৈমিন্নহনা তোয়াই নহাবু য়োকপী। লাইনিঙথৌন মীনাই মীশন থাবীরক্কে থম্মুনম্ম থাকুরনা 'ঐগীদি মীনাইগী মীশনগী থোইদোকপা চংনফম লৈজদে' থনখিবনা সনা নাক্তগী মীনাই কনা মীশন কনা লাক্কে। থাকুর রুহিদাস মহোশানা চম্ন পুন্সী লেনবনি, লাইনিঙ পরৈনবনি, মশাদা, মরাথম্ম, ক্লাইবং ওইবা মীৎথক মীৎলং ময়াই থুদীং পক্কবনি। মীনাই মীশন্ন করি থৌদাঙ য়ান'ঙাই লৈ থাকুরগী পুন্সীদা? লৈতে। তোয়াই নহা অসিতবু নাক্ত থম্বীনীংহনা থমথিবনী' মাগী পান্নী পুন্নী, য়ায়ৌদগী তুক তাবা নত্তনা তশেঙনা শকথংলুবা লৈতে।

তোয়াই নহানা মরক ময়ক্ত তাখিবদা নত্তনা তশেঙনা থাজবা পোকচখি থাকুরগী মরল-মথুম অপুম্ব অমত্ত ওাইবা মহাক্ল কওগদবনি। তশেঙবমকম্ম সনা নাকোঙমক য়ৌথ্রবা য়াফম ওইখি। অমুম থবথা য়াথনগী লমজীং থা তোয়াই নহানা লেংদ-হাইদা থাকুরগী নাক্ত লৈঙমখিবনি। নক্সরবদী, তোয়াই নহানা থনলি, নত্তবদী চীঙাক চান্দিয়দবা, ঈবোল-লোন্দীয়দবা মনাক্ত অমুম খুংগুমদ কওদা, পাওশল, মাংন মতম লেমগত্র! অগুক শাঙবা মতম থাকুর অমদী থৌয়ানি পারবতি অনীগী থৌগল-লাঙগলনরকপা ওইজবা কৈদ কওদক্লোইদৌ-বা, নামৎ মাংলক্কদবা, ভ্রকই—হন্নক মতমগী ওইবা তাঙকম অসিদা।

য়ম্ন থৌয়ানি পারবতি থাকুরগী ঈনা নাওফম থমোন শা, ঈমৌন

মীরেল তম মীয়োল্লকপদ্দগী তোয়াই নহা মীহো ওংব য়াথম থমোঙ্গিমুত্ত মওদ মওদ্রক্লে। সনা নাকোঙমক শোন ঙাংব-শনখিবা থাকুয়গী কাংথোকথ্রবা মরাকৈ, য়াইহ পরী চুমগদনা লৈতরে। য়ুম্বান্দবা থাকুয়না য়ুম্বাল্লবস্ত চারোল শুরোল নাইত্রবদা থাকুয়গী লল থুম ফঙকম থোকপা খুদোংমক মনাই তোয়াই নহানা ফঙগনি হায়নখিবা, মং য়াম্নি ওইয়রে। থোজীক থোয়ানি পায়বাত মীয়োলে।

তোয়াই নহানা থমোঙ্গিমুত্ত লমচং লাইদবা থোয়াঙ কোংগায় লাংলকই। উটেদবা শক্তম উরকই।

অহানবদা লে য়াই নহানা মরালগী থোংথাং অচৌব থাঙলকই, মীশক অনী পুলী ঈথয়চল্লগা মহুং ময়েং শিন মহাক্ল মৈত্রবক্ত, সনা নাক নক্ল চৌন্দো য়াইতো তাপ্ন শঙনা পালহৌব—। থম্মি। মওদ মওলনৈ। করি অকায়-অতে য়নবা আসদা? কায়দে, তেক্কে, য়ারেপই লংজরক মথমোঙ্গিদ্রনা।

মীওইবনা চৌঙাক চৌঙাকীদমক্ত পীকবুমুঙ মরুম পুজেমজবী লেম-লৈ তায়াম ঈঙ্গোং-লোঙথোন ফাঙ্গুন চৌন্দয়ে। চান্দয়ে। মতুদা থরায় হাংপগী মরালহুদ কৈদ? তাইবং মীপুম খুদোং তিঙনা য়াইন থরায় পানবা অমগী নীংথুনবা, থরায় পানবা অমগী হেদোইনবা, চেগান-বা, হরাও-মুংঙাইনবগীদমক মথা পোঙবা থরায় পানব কয়া থরায় থমুংনহন চৌন্দন্নবা য়াই হায়বসি। মরম অসি পুবা য়াকম অসিগা করি কৈদ থেয়ে চাওদম্নবদা ঐগী পীচং সিগা? থেয়ে। ওহোক্লম্ন থেয়ে। চাঙচং-চাওওন খুমাং চাওনা থেয়ে। মীওইবনা মরুম পুজেম-জবী লেমলৈ, ঈঙ্গোং-লোঙথোন চৌন্দয়নবদা, লেয়ে, মীয়োল লোন-ঙয়দে, থরায় লেঙমায়দবান অদুগা খুৎলাই-খুৎথাঙয়দবননি। অদুগা মীওইবদি চহী লেঙগানী, চৌন্দা-পাওদা চৌনথুম-চৌনফেমঙয়নি; থোজেলনা কপ-লাওনা ঙমবনি। অসীথক অসিনী। থেয়ব হায়বদু অসি তাক্লী।

থম্লি মওং মওং তোয়াই নহানা। থোকসরুদবা, থৌরাং মচুং ইরুকদবা অয়াবচুদি করিনে'? ওস্থে'রু চাওরবা, খুৎন পাওদস্ন ওনদবা, চীঙ পাদম্নওমলোইদবা অচৌবা অয়াবগী মশক অমা ওইরগনি। মহুনা মৈত্রবাক শীঙ-পানা ঈরাংনহল্লরগনি।

অমুরু, অথক অর নবা রাখন ও'ব শরুমগী মপৈ, অমুরু থমোঈ চেংথপ্পবা অয়াব' শক্তম পুবা রাথনগী মপৈ—, মপৈ ওইবা রাখস্ন তোয়াই নাহবু 'সিনি' হায়বা রাখনগী পাল্লপকম কৈদ থংকন্দনা লেল-হল্লকই। পোৎথাকম মশক থংত্রবা, মপুক লামললকইও তোয়াই নহা, পোৎথাকম থংদ-থংদ মুমীৎ কয় থাবুম কয় অস্নুমক হৌহনখি। অস্নুমক হৌহনখি।

থৌরানি পারবখিলা থাবুম তরুক মপু' ফারক থোংথাং তপ্প তপ্প থংলকই শক্তম উরগ তোয়াই নহা থরুম্নবা রাথনগী চাও অনুম অমুম চাওহেস্নগৎলকই। পুক্লোম-থরোম, থমোঈমুওদা শারেপ কায়ে।

নোওমদি মৈত্রবক্কে. মৈত্রবক্কী অতিয়া মকোয়দা শরুম অচু পুরদুম অহীং মানা লাকখি। নোমহুম চাওবা নোও মুওশীং তোত্রিরৈ, মৈত্রবাক্কী অতিয়া'দ শক্তম মুওশুরুখি। মুওশুরুখি। মপুরোইবা শেৎন-থ'ইনরবী যুমশিওজবী, ছানাওবী মৌ নহা মচাওম, ঈমক মকখি নোওমদোল তম্ন অতিয়াহু। মকশল্লবা অতিয়াদা নাকচি নাকচি শীঙ, থোংথাং হাম্ন প'ওজেল্লরপ মোৎপান তঙুপ জরওনরখি। মৈরাগী লৈই-লৈই মপৈনা শীল্লখি।

কুইথরমদবা মশাকৎ অতিয়ানা থাক লাওরবা নাওকৌ অচুপা চেৎশন-চানশল্লবা মরুপ ওইখিবনি। অকয় মচেৎ শীশীং থোরু-য়ৈথাস্ন-রক'কুম তমথীবা শক্তম লৌখি— উমডগী উকেকশিও মহুম-মহুম কায়নরক'কুম লৈতানখিদ্দে—। শীঙ ইফম লওহুম নাইবিবী শানৌশিও রাবীনবা লেপ্পখি।

নোঙহৌব ফুঈরক্লবদা নোঙছুম কল্লক্লবদা, লেম কীঘক্লবদা, তাইবং, চীনমেন য়াবেম্নবা লোনথোকলক্তরে। ঈচীক ঈছুন তম্ন চপ খোংলেপ্ন থরে। অকণ্ডবা উনা-রাবাশিঙদা অকনবা শাফু-শাগরোঈনবা নোঙ-লীক্ল নোঙয়েনরকৈঙ থোরকপা শ্বাইনবা খোঙেম ছপ্ন তপ্ন অকি-তুক্তুঙ পাওদম্নখি। চীংনাক তাবা উংাম্বীশিঙগী উরক্ত ছম্ব-মুঙশীংকী শাছুম মুপ। থোক্ল শাছুম চাওনা অরানৈ। য়েন্নথা পাওদম্ব মীয়ুম শঙ্মবা ছুন্নান চাম্বী মনাংনবশিঙন অহৗং ফিমু শেং, মীয়ুম চং, থূম্নীং কাংনখি। সনা কোন্নুঙ মণুঙনবী, লাইনিঙথৌন থ'বুম খুংথেক্ল-ঙমদা ঈতিম্নবীরক্তরবী লৈমাশিঙনা থোগম্নাই শকহেনবা য়েঙম-য়েঙনা কমলাম্নবা, থমোঈ পেন্নজখি। তোঙজবন থেম্নরবা, অমুক, মাংজবনা প্যারবা নোঙ মুঙশীং অতুন মৈত্রবাক্ত থৌরাং কোংগায় লাংখি।

তাঙলৌ লৈথরে, লেপ্ত-মুঙদা চাঙ্গহনগৎলকই নোঙলৈ-মুঙশীং—।
তোম্নাই নহা, হৈজ্রাং খুংপ য় চেংথরে, থোগন চংশুম, চোইবোল পুরবা মীশককুম থ.কুম্ননা য়াকীপ্নকম, কম্নাক্ত খোংথাং শাছুম পীক্ল নাশোন নাশোন চংলকই—, মহাক্ল চংখি—

অহুদগীদী তাইবং। মাগী থৌরাং করি?

মনাই অচানবা অমুবনা নিঙশ থবেংননা থল্লি, অহুদগীদী মীতম্বান অহুগী শাংথহৈদবা মরমচংকী রাম্নী অতুনি অহুগা মীতম্বান অহুম্ন ঙসিদী তাইবং অসিদগী উংকুম রাইগুম নৈতংখ্রবনি ঐনা—, অমুবনা কল্লক পেম্ন থম্বৈ থমোঈমুঙ, ঈমাগী থমোঈনা পেম্নবীনবা ময়াথঙ তাকচপ্রবনি ঐন । তৌজিক ঐগী ঈথৌ থোদাঙ পরেঙলক তায়হৌরে মুপ্নী অমত —, মিতম্বান মাগী ঈরেনথাক অসিমতংপ। তাইবং অসিদগী শকমাংনহনখ্রব, শাপৈ মুংথংপা, অসি মতম্না অপোকপী মহাক্ল রাশক তেমশীং প্যামখিবা? য়েঙবীয়ু অঙকপা থৌরাং মপৈ লাংজবদা নোঙদম্বনা থোইনা ঈতেং পাংবীম্নি নচাদা।

মম'-মপী অনীমক লৈখিদরে। ঐহাক নত্তনা কনানো মাগী। কৈরোয় লৈকায়না ঈস্থোকলবা পৎথ-পুমথ লাইথুংনরবা মীশক, অমান-বা রাথন থা নাওকোনশল্লুই মসিনা ঈমা। অচুগা মনাক মোয়রুগা লাইথুং থুঙবা মীশক অচু পুলী লোমথরে। পুকশেঙজবী সুপী মচা অসি থাদোক্কুনা—। মৌ নহা অসিদা রাথন নাঙই মহাক্—। মরাথন্দ, ওইরোইদবদা অঙাও অফৈনরি মহাক্— মসিদী নচাগী থৌরাঙ মপৈ-দা নোঙদম মাগী চাও হেন্ন ঈতেং পাঙবীবা নত্তরা?

হৌজিক মীতম্মান ওইরে মীশক অসিস্থু। ওইদবা রাথনগী মংলান কোংগায়না ভয়ৈ মহাকপু লৈতা মুঙলেনহন্দনা—। মীৎকুপ কাওদা য়ুরাঙ তোঙ্গৈ, লৈবাক নিঙথৌন অঙাওবনি শকথংনৈ—মসিমক মতীক চাই—। মরাল—। মরাল!! খুংতুমহনা পেল্লোই, চীনক্কে-হনা ওক্লোই—।

মপু'রাইবা শক্লব লাইনিং পরৈ চেৎচবা মীশক অমধু লমগী, লমগী থুমগী মিংহোবনা, ত ইবং রাইনা চুখিবনা তুমখুম্নরিডৈ থাংখিন থাংখিন তোঙ্গৈবা থরায় মিরেল মুৎহলাখিবা—।

থাংপোকশঙ মৈমুৎনহনখি—। ওক্কবা থৌরাঙ থা থাকুর রুহিদাস থরায় থাথরে, ঈনা লোখোঙ শকথরে—। অঙাওবা ঈনা মশাপুম্নবা তোম্নাই নহা অহীং অচুদা থরায় য়াংত্রব থাকুরগী শুকী উমীক লোখোক মওক্ত তম্ন শিজল্লে—। মংগুম হাগুম তঙথায় মাংব রাথম মংলাক হঙলাক্নগুম ফুংনাক্ত মৈকামই—। মৈচাক থুদাপ পায়চুনা অহীং অচুদা শাইজান মেচুখি—। লোইরে, থৌরাং পাংলে মতৌ তোম্নাই নহা মায়কৈ থংদ-লেপ্ত নোঙলক অচুদা খোংরাংশাম চেনথরে।

মৈচাক-মৈহুমগী খোঙেম তুমথুন ভাল্লিবী থৌরানি পারবত্তি মীৎকপ থোরক ঈমুং তুম্ন মৈচাকলম্ব থেঙনখি।

ভশেঙবমক তোয়াই নহাহু ওক্ত-মুঙদা তমথীবা খোরাঙ অহু পাংল্লুক্তৈ রাথন শেথ খেঙনা মাংখিবনি। মৈচুরম্নগা সনা কোন্নুঙ তম্ন অহৌং অহুদা চেল্লকই—। লমথাংদ রাথম লাকই--। তু চুঙনা অঙাও অঙ্কে কনাগুম চপ লেপ্ন মিহুন কাংন পাখংপ রাথম মশাবু লৈমায় হাইন নীকহল্লকই—। মগাক পারবাতবুদি মীহাৎ তমলম-দরে--। হৌজাক আতয়া অহু তরুঙলে—। নোঙখোঙ নোঙহৌ লেপখরে।

নোঙচৌ ফুঙৈথি নোঙখোনা তোঙৈখি, ফনা কনখিহুনস্নু মৈহৌ-লাংঙপোক শঙ্খরবা মৈচু অহনা খাংঙপোক অহুমা তুমহনখিবদি কদি ওইথিদে—। কল্লক মেশাদা থাকুরগী মরাল পক্ত-চেন্দবা মীওইবা মপোক ওম-থোইন মৈচাক্লথরে রাখোং রায়ু কাক্রয়না মৈচাকলি, থরনা তাংগোগ-উৎ ওম্নাির চীংনাক ভাবা লমগী শাশীঙনা নোঙজু নোঙলীক থঙলু-লেল্লবা, নারক মোঙশোঙ থাদোকুনা লমহাং-তুমাং শীমরক্লে—। শারমচৎ শারাক তম্নরক্লে—। অঙম্বনা অঙম্ব, শামায় লৈবনা শামায় লৈবা, শানা থয়াৎ, থয়াং শাহুম ফরু শেৎনরক্লে। পাম্ব অখোবা শাহুম শেৎলহুনা মৈফম অচোবদা শানীং ওম মৈ-তিক্রনা লেমরক্লে। মৈথ-মৈরাইরবা থাকুরগী হকচাং পাম্ব-মচিজাক ওইনথরে—। ঈন। লোথোংনরক্লে—। শক্তমশিঙসি মমাল পুরবা তোয়াই নগান। থাপ্ন-শকথে নরক্লে। থল্লি থামোঈদা, শোয়দরে খোরানি পারবাত পাম্ব থয়াৎনখ্রে—। ফনেক ফিঙৌ লৈমায়দা ভারে। তোয়াই নহা, অপুম থন্থরকচৈ সনা নাক য়োনবা ওইদ--পরেঙ পাওদম পাওশা তমল্লুনব খোংজেম্নথি অহীং তমথীবহুদা।

ঈমা ওইবী মহাক্ল, অমুবনা নীংশীং পরৈলক থন্দুনা লৈ, নৌরানখিচৈ ঈকোকী শমথক নাম্ব নাম্ব কনা লৈভবা মভম ভাঙফম ভাঙফম থুদীং মশু মমামবী কনাগী মকা পাওদমফম কৈজত মৈচাক চেনবা

মথমোঙ্গী মন্না হেক হেক তমখি অহুগা মীয়েং অহৌদি। কৈদ ওংলুগনি, তরং ওংব মহোশানি, মীয়েংন তুরং ওংখি, শীন্থখিবা শীরাঙনা ঈফুংনখি অহুগা খোঙেন অহুনা ফিশা হৈতবীশিংগী মতং মতংনবা লঙতং, শম্বগী লোইনাইদবহু ওইখি, অসুম্ন হায়খি শক্তম শক্তমহুদা—

নংবু থাবুম তকক লানথংলক মায়োম্বী নমা ঐন তুমখুন ভাল্লু, মংশৈবাক্তগী তাইবং মীংকশ থোরকউই লাইবক চাওবা, নংবু পোকপনা থাংকম মশীং খংদ থাংশোক্লমই—। ঈনা লৌথোং-নরম্মী, থল্লায়না হকচাং-পোলাঙ শেংন থায়না কঞ্জনিঙবা খুত্তগী নাম্ণে'কাথ—। হয় হয় কৌজে—। নংবু পোকপনদি ঈমাদা পাওখুম পীখিদেদো—।

অপীকপা খাঙপোক্ন মৈচাক মৈরায় চাকখংখি অসুম অঙ্গম, ঈপুরোইব থরায় মতুং ইন, খনথি, থাখরগে য়াইবী থরায়না। তেম-শীংলবনী —। অহুবু পীবুকনুং ওংব নংবু উরকই ঈমাশা। নংন নোঙমদী তাইবং অসিদা লাকনি অহুগা ঈমাবু নংন, লক্ল-শায়রমগনি। নংন তাইবংদ খোংদাবরহু ওহাক মীংকুপ অচিবহুদা শক্তম তরঙ, কমাদা শেঙনা উহনথ্রবা নোঙদম্বনা। মহুমক্তনা নমা ঐনা ঈপুরোইবা য়াইবী ফিজী য়াও তুংঙইন ওমখিদবনি, নংবু।

অহুগা ঐনা মতমহুদা ঈপি কৌবা শুপ্নগী ইকা' ওইবা চহুম অমত্তম্ভ তাদনা, অমুবনা খন্দুনা লৈ, তাবা লৈতনা য়ারী তাবহুতা থঙখি—। ঈমা, পাংজবা নচাগী ঈতৌ অদ্ভ ভাকপীয়।

লৌশংবী হায়বী য়ুমশেন্নবী মা-াইমুবীনা হাথু হাথু চেনঙম-চেনগাননা লাক্লহুনা হায়রৈ রাথন্দ পিরাঙ শীন্থাব্রিবা অমুবদা

"তাদা অগানবা, অচানবা"

"কন'—!" হাথুনৈ। পিরাঙ ফিদৈথোকলুরগা "কনানে'—।

এ! লৌশিং—! করিনবা?"

"মজাঙ্গৈবুংঙোনা—"

"ঐবু কৌরি—"

"অহোঈ"

"থংলে"

মপুরোইবা নীংজবী অমগী মরমদনি মহাক্না রাহঙ-পাওহঙ নীং-লিবা অহুগা লৌশংবী হায়বী মীনাই সুপীমচা অসিবু থাদুনা ঐবু কৌথোকহল্লকলিবা। অস্সুম থন্দুনা 'থংলে' তরাই-তগুপ পাওথুমই অমুবনা। ওহাক শরক মীংকুপকি ওইবা তাঙকম অহুদা অমুবনা ওন্ন থন্থহৌই—, মপুরোইব নীংজবী অমা য়ুম অসিদা রাথন-অনা লাইঙইনরারি, মপুরোইবা শেংন মৈচাক্তা রাথন মাংখি—। "অঙাও-বীওম লৈ, তরং মালং পুন্সীনররি— অদুগা মৈচাক শরুক কোক-থোংনরি—তম্নারাইগী মচা ওইবসিনা" মহাক্ন পাওহঙলকা'ন "শাকরল্ল-যরা?"

কাতুপ তম্ন, তেম্রশীংনবা মশক শক্তম খুদোং লোৎ, অচানবা, চান্দ-চানবা অচানবা মনাই শকহজন চংলকই—

"মচাঙ্গৈবুংঙো—"

"কমদৌরি—মহাক?" থাজরুবগীশরুক শম্নাগী চাওঙন-চাঙথেম্নদে হঙলকই পাওহঙ থাজরুবত্নমক রাখন্দ কঙাওনা অশীৎ-অরান থাজৎ-লক তেন্না মফোল অপাইবা ওইরিবা য়ুন্নাই-চুবা মজাঙ্গৈবুংঙোনা "কমদৌরি মহাক?" চানি-শেংনি থন্ন-থীং মথংলক রারী-রাতাইনবা রারল্লুযরা।"

"ঙসীগীদি—"

"থংদে" থংলকই—"থংদে অসিন্না।" থোন কল্লপ মরক থংনা শমথরকই "সুমীৎ সুমীৎ খুদীং 'রাব নহাক য়েঙশন-পাওদম্নগদবনি।

কয়ারক হায়থরে ঐহাক্না—চৎলু হকশেম্নবী লৌশংবী হায়বীত্তুদা পাওহত্তকুপল্লুচো।"

"ফগনি"

মুপীমচা অসিনা মপুরোইবা লাইথুংনবা অহ্ন লৈখিদবগী চাদ-খক্ত, তাইবং ওইবা মনাৎ মৈচাক নৈপুনজা খাংলি। অদুগা মহাক্না খমোঙ্গী ওইবা করি মরী, হকচাংগী ওইবা করি মরী, করি মরীবু লৈরহৌনা মতৌ অসুম য়ুয়াই চুন-চুনা, অগৈং হায়রবম, মুত্তখিল হায়রবম মতম কৌবা খায়দ-নাইদ মতৌ অসুম মৈচাক-চেন্ন থাংলিবা? মুত্তশক মুত্তজানরিবা? মোক্নীংতাইনি।

অসুম খবলি, অদুগা মপুরোইবা শেৎনবগী মৈচাক অমা লোঙ্গ-বীবী মো নহা, লাইবক খীজরবীত্তুনা য়াহৌপলিবা কাতুপ তন্ন চংশল্লকই ফন-কুইনা চংদে খোংনাওদা ওয়মক শকথেংবত্তবই ঙৈমুংদা পালি-শারিবা খুদোং। লোশংবীনা কয়াক্ত কমলি—, করিনো মথুং খুংজীম্ন লৈমায়থক অমগী মথং অমা লোইখম্নত্রবা লৈই মপৈ অমা চিঙলি—অমুবনা খন্দুনা য়েত্তলহুনা লৈ "করিনো অসিদে?" খ বিল হায়বোসি হকচাং পোলাওনা শম্না মকৈ লেংদ-হাইদা হৌপলি। মায়খোং মেংজবী অসিদা মৈচাক মমি তারে, মসিদী খাজবু কৈদগীনো অপাব লৈচৌলমা হোন লোনচৎ কায়রবমথৈ খনজবহুনি—অদুগা অয়েং-বা খুদোংনা কৈদনো খমোঙ্গনা নৌথবহুনি, অক্তিয়া তন্ন মীৎয়েত্তবহনা অয়া-নাহে শরুক হেক হেক য়ানবহুনি— । খমোঙ্গ অসি নৌথরে।

হৌগ্রবা, কুমজা কয়া মাংওইনগ্রবা তমথীবা মতম কয়া অদুদা ঐগী অপোকপীনম্নু মপুরোইবা শেৎনবগী মৈচাক্ত শক্তম অসি পুন-পুনা ঐবু পীবুকমুত্ত মীয়োল-মীয়েল কয়া য়ান-থোইনা থাংলমগনী। থাংলমগনী, অমুবনা মৈচাক চেন্ন অমুক, য়াথন-য়েজবা খুদোং মাংন হৌপলৌবী খাম্বিলবু খোংনাওদগী য়েত্তর-য়েত্তনা খন্দুনা লৈ, থাংলমগনী হিত্তবগী পান্দম হায়বহু য়াওদ-পক্তনা।

মপান্দগী কোই অমুবনা
"ঈবেম্ম লৌশংবী, তারীবরা ঈবেম্মা"
থোগম্লাই ওইরিবী লৌশংবীনা লৈই চিঙন-চিঙনা তায়
"তাদা অচানবরা"
'মামি, ঈবুংঙৌ— ।" অমুবনা হায় 'ঈবেম্ম মপান অমুক্ত থোরকউ"

লৌশংবী থ'ই—মজাঙীবু'ঙোনা পাওহঙলু থারকলিবনী হায়-বা— । ভন্দে—, কয়াক্তগী হৌগৎ মপান থোরকই।
"করিনিনা তাদা অচানবা'
"কমদোরী মহাক"

"ঙসী অসিফাওবা উনগী তা'গুম লমলৈমনা হোইগুম মেনাঙ হেনা করিগুম্ব অমত্ত ঙাংদে শক্তেনে তাদা অচানবা নংবু— । মহাক য়েঙবদা লৈতাদয়েদা নচল ঐখোয়দী। অমাইবা অমাইবীনা খুৎত-খুৎথারগা ফগদবস্ল নত্তু—" লৌশংবীত্থু তপেঙন ৱাথন শোক্ল খোঙ্গেন চোকথজনা অমুবদা পাওদমই 'তৌগদবসি লুই— ।"

"তৌগদবসি লুই" অমুবস্থ খুমং 'অসিনী তাইবংগী অৱাবা হায়ববু ঈবেম্মা— । উচেক্ল পুংবা কায়বা, হৈনা হৈগৎ তাবা, অয়োকপী উচেক্ল পাইখ্রগা, য়ুমগী পোম্ল কাংহৌবা—কৈদগী হেদোঙ্গ হেগানীং-ঙাই ওইবা শকফম্লো। তাইবং অসি অম্তুম্ল হেক হেক থোকই— ।"
"মহাকীনো হায়বা কন। অমত্ত হেক মরৈত্তরবোই তাদা অচানবা ।"
লৌশংবীনা হঙই 'অম্লুক চাওবা তাইবং অসিদা মত্তোমত্তা— ।।"
"নৈ— ।" অমুবন লেঙয়ান ফিদৎ মচাত্থনা মায়তৈ-মায়নায়না খুমই "নৈ হায়বা তায়। মমিঙনা মোইরাঙ কোই তায়"

"মমুং—"
"নত্তে—মহাক অত্থু মনেগী মচানী মতৈলি"

"অমুত্তমু লাক্তবা—"

"লাক্তেদনা সে। হৌথিঙৈদা, লাইথুং পকপা মপুরোইবতু লৈরিঙৈ হন্ন য়েঙনদবমক লৈরবসু হৌজীকমত্তি মহাকপু য়েঙশনবীরবা য়াবনী। অদুবু লাক্তে। মমক অসিদা মজাঈবুংঙোনা অকোং থাইদে মুঙথিল থারদে ঈবেন্ম অসিদ শোন্দুনা লৈ—। মজাঈবুংঙোগী য়েঙ-খুমলদা ঈবেন্ম লোশংবী, ভাইবং অসিদা মাগীনী হায়বা কনা লৈতবনা করবনি—। মুম অসিদা অশুমমক লৈননবা।"

তশেংনমক থাদিলনা মুম অসি থাদোক্তুনা চৎথিবা থোক্লবা করি ওইহৌগনী মজাঈবুংঙো। ওইহৌগনী মথোক-মত্ত লোক্তরবা উপাম্বী, মুমথক মাওত্রবা থাঙপোক, অদুগা হয়াও-কুমৈ লোইরকউ মীতিত্রবা লাইবুং।

অমুবনা মথা তাম্বকই—

"চান-থক্লবা থন্না মথেম মবাক মহোৎনৌ ঈবেন্ম করি মরী মতা থোক্লকত্রবসু মতম থন্না লৈমিন্নরবনীনা মীওইবা মশেম্নী, হেক মনক্লে—"

"অদুনীকে তাদা অচৎনবা" লোশংবীনা কক্লাংদ খুবাক খুৎলান খুৎলান খুমই— 'নচন ঐগু অইং ভুমদে মুঙথিল কমদে— মহাক্তনা থন্ন-থীং য়াথন তারবদী হোৎনবদা—"

তরুক্লিদগী তবেংথনি, তবেংথিদগী নীপাঙ্গি, নীপাঙ্গিদগী মাপনি অনুম অনুম হৌজথি-চৎচথি মুমীংনা কদোনি, থাদিল মীয়েল খুৎক-বী, মুমাইথুম ইদকীওম লেল্লকই—। মফাকী মপাও, মক্তুম লৈনা তারকপা, হয়াওনন্নাই ওইবা মপাও অহুঙীদমক, মুম অমতনা লৈমিন্ন-ঙুনন্ন শকথেংমবা লৈতনা থোঈমাং থোঈমাং মুঙনাং-মুঙনাং মুন্নাই চুন-চুনা লেপ্লি অমুক মজাঈবুংঙোনা।

অচুগা ওসিদী তয়ানি হায়রকপা মুমীৎনি, অমুবনা মচাঈবুংঙো চৌনম কোন্দ হৈরকয়গা মদোম থন্দুনা লৈ, তয়ানি হায়রে ময়াংনে লৈক্রক চৎলকটে ঈকও থাগী তুরম মচা খোঙলম পীকচবদগীমু হেয়া কওশাল্ল—। শক্তম অসিদী ঐমু য়েঙবা ওমদে।

তয়ানি হায়রকপা মুমীৎ—। মুমীৎ মানা হৌখিবা অসিগুম থমোঈগী মুঙনাংবসি শরুক ওইবা থরতওমু চৎখিবা লৈতে তাথবা নাইদে, অমুম মচাইবুংঙোনা য়ুয়াই চুরক চুরকটে কোংদোক্তনা থন্মুনা লেল্লি। কওলে হায়, শক্তম অচু কওলে হায়, য়েঙনীংবনি অচুবু থৌনা হায়বচু কৈদ নাথে শকলোংনথ্রবা—। থাংওমদবা থমোঈ মকা তম শমনাগী চাওওন মকা কোডংমদনা লৈবসি—।

মুমীদাওয়াই হায়বচ ওইরে—। লমকোয় লমশিন্নরুবা চেক্লা মপৈ তিয়াদা পাইনর্রক্লে। মথোয় তথং তয়াঙনৈ য়েঙবদা। লৈচিল খুদীং খুদীং কুচু-কুমেন তৈন-হোঙনরক্লে—। লৈহাও পাম্বীশিঙদা পুমযুম্বী লৈহাও কুমদম্বশিঙনা য়োয়বচু শ ৎকায়নবা য়াওনরক্লে। অয়াপ্প চৌংগী চৌংমায়শিঙদা লাম্পৈ মৈচাক হৌনরে। মচু, তময়া শীনবদা তায়-তায়া উরে। তাঙ্গোয়শিঙচুনা অমুক লমথুংকম থংনখিদরে। খোংহৌ ঙনবা থরান থরা 'তয়িদা লাক্লরে মথোয়না মঙালগী তেনগা খোঙনয়রে।

শনগোল শনগোলগী শামোকশিঙ মঙক মঙক্ত মুমু থৌয়ী কোংগোয় চুক্ল-থাঙনরে। খুনশিঙগী লমহাং লমহাং খুদীং খুজো নহামচাশিঙনা কাংবৈ কাংচু শায়বথও তেশয়থরে—। মুক্লা থাবনা হায় "তোক্লসি' মায়থী মায়পু পুবনা য়াদে— ''চাওয়েঙনখিসি' অয়েঙ-বশিঙনা য়াত্তেমই— "মুক্লা তেবো—। লেপ্লো।' ময়মদি কোক্লো ওইবা মঙাল অশেঙনা লৈতরে-তিয়াদা।

সুমিদাঙরাইনা খুম্লাং চাওশল্লকঙৈ অমম্বা মতমহূদা— চীরুবা কাছুপ মমুংদ মপূ-মনাই নৈ, তুম্বক তুম্বক লৌব মশক শকনশিঙবা। তশেংবা ওইরবা, নৈরকঙৈ সুমিদাঙবাইরমছুদা অচৌকপা কাছুপ সুঙ্গুদা য়ুম্লায় কারকঙৈ রাথম লমকাংনহল্লবা মজাঙ্গৈবুংঙোনা চৌন্দম কোব পায়ন-পায়না মনাই অচানবদা পাওদম-পাওহঙগুম হায়রকই—

"ঙৈয়াম্ব অমুবা, য়ুমশেম্মবা মীনাই মশীং কয়া তাম্বোকখরে—। চাইরেল অভোম্বম্ন, নোঙথোনবম্ন—"

"অহোঙ্গৈ—," অমুবনা খুমৈজ "য়াম্ব নোঙথোনবছুদি মশানা য়ুমহনগে হঙগৎখিবা ওইরমান্নে। অতৈদি মজাঙ্গৈবুংঙোনা তাকপীবা মতুং ইন্ন ঙৈম্বোকচখিবনী।"

"চুম্মী— ঐন হায়খিবগুম ভোথরে অহুবু করি মররদগী— ঐন য়াম্ব নংগী নকম, অহুম চীনথোকখিবা। মরম অহু থংদে—। ঙহাক-পুংগোয়— ঙৈরাথন থা অহুম ঙৈনাই মথোয় তাম্বোকউ চীনথোকখিবা? মরম'হু পীয়ু— য়াম্ব –।"

"মজাঙ্গৈবুংঙোগী থৌগল-লাঙগলদি— ননাইদনা হেন্দোক্ল লেঙ-থোঙ ঙমজরে অতৈ য়ুমশেম্মবা মথোয়দী থোইদোকপা থমজুবগী ভোঙ-জহৈদে তাকপীবদগী—"

"চুম্মী ঐহাক্তীদমক্তি— হেন্দোক থোইদোক্লে য়াম্ব নংন। অহুবু অমুক চাওবা হিঙগোল, ঈমুং, ঙম্মকসিগীদমক্তি করিম্ন— থম্বহৌজবা য়াম্ব মং, ঐনা য়ুবাঙ-য়ুয়াই চুটৈ— পংথোক থোকখিবা চীনরায়ু করি থাক্ত-থোৎত হেক মপাংথোকপা—"

"মজাঙ্গৈবুংঙো হিঙগোলদা মপাকপনি, ঈমুংদা মচাওজবনী মীশক্তী অহুক হাক্ল য়ামদরে—"

চুম্মী কনা নৈতবগুম্রে, থম্মুনা নৈ মজাইবুংঙোনা, অহুবু রাথল অমতঙবী নৈরি—।

"অহৃপ্না—ঙ্গায় নহাক্কীদবকনি—?" হঙলকই

"হকচেনরকী মথোয় অনী-মরৈক্তফি—"

"লৈরিবশিঙহুনা থানিলগী মপূক পেলহনবা ভমলগত্রা?"

"য়েনহৌতৈ, অহুতৈ ঈবেম্মনা য়ুমশেম্নবী ওইরিতৈদনী লোম্নীয়-রক্লবা ভাম্নী," কনা লোলিঙ্ম্না ফেন-তেনা লৈমিন্নরি—মজাঈবুংঙো—"

মজাঈবুংঙোদ্গ্নী রাংহঙ-পাওহঙ লোইরে মতৌ চৌংগাং চাজ্জোক্পা অমুক ঈচৌক ঈহন তম তুমীন লৈখরে।

মনাই অচানবন্থ।

কুইরবগী ভুঙ মজাঈবুংঙোনা পুন্সীগী মীংকুপ খুদোং লেম্লি হক-থেংনরিবা তাইবংগী শক্তম খুদৌংদ মীংয়েংন য়েঙন-য়েঙনা। লৈচীলদা য়েঙ্গই—, কনাবক য়েঙই, মশক মতৌ ওল্লি থুন-থুনা, পীঙমদে থক মথৎমোঈগী অপেনবা—। লৈগী মপৈদ য়েঙই · কদোদে লৈকা-লৈ-চোইননা কেম্নমমী—য়েঙলু উরুতৈ চাক্লকম বারী-বাশোংলোইনবা শক্তমতমক ওই—; অহুনা, অমুক কুইরক্লে মজাঈবুংঙোনা লৈচীলদগী য়েঙদনা, মতম তাঙকম শাঙলক্লে—লৈগী মপৈদম্ভ য়েঙদবা—। মতৌ অহুনা মনাই অচানবা নত্তবা লৈরিবা য়ুমশেম্নবা মীনাইশিঙনা খংঙম-দবা রাথম হেক-হেক, থোগাই পুমতৈ অহেং-অবাক্লবক পীনহুনা লৈরে।

লোশংবীনা রাকম কয়া খংজ-হঙজনীংই। অহুবু মপুরোইবা শেংব মৈচাকলক অচুম্বী ফৌগী চরোঙনা লেকথগুম হেজবী শক্তম চেন হকচাং পোলাঙনা লেকথ-হীকথজবিবী মীংকী পিনা কৈদনো লেপ্নী-থমমি খংদনা শীম্ব শীম্ব লেজরিবী অসিদা রাহৈ ওইবা অমত্তম্ব হঙমদ-পাংঙমদা লৈ ঈতুক তুকশন। খংনীংব রাকম রাকম খুদোং খংদহুনম্ব—হন্দক মরক চানী থক্লী থরতং খংলক-উরক মতৌ চেম থামিলনা লেল্লকপ্সিনা লোশংবী—মরীদ-মরীওই মতাংদ-মতাংওই—

হরাওবা পোকলকই। মীংকুপ কাংদে— লাংলিবা, থৌরাং কোংগায় লাংই থাবিলগীদমক লৌশংবীনা—।

অহুবু— থাবিল. তাইবং তোথাইবা অমদা লেপ্লি অহুমমক—। মহৌশাগী মহৌশা— অহীং খুদোং থোগন চংগে তেমশীংলকহৈ লৈরমদে হেক মপুরোইবা অচৌ মহুতদা থংই মহাক মপুরোইবা লৈত্রবীনী। শেংনরবীনী। লমথাং-তোওহশিঙনা চেংজেন মুমবীশ্রবদা— চরম কণ্ডবা চংলিবা লমথুং লৈত্রব লম্বা চংপহনী মহাক। চাওখোনবা, ঈথক হৌবা ঈপাকয়াঈগী মদোম তানা তাওরীবা অকায়বা হিনাও কণ্ডাওনবহুনী হুজীতা।

পাওগল শোল্লবী হকচাংগী কায়াংশিঙনা থমোঈগী অবা তেংবাং তেংবাং হাকথবদা মথঙলে থাবিল, শোল্লবস্ত্র শোম্ন নে-না থুবা তাইবঙনবা মরাখন লাক্লে—, অচুম অরান রাথন মশা শাগোম্নরক্লে। থল্লি মদোম, ঈমুং অসিগা করি করগ্ন ঈগী মরী লৈ, হকী মতাঙ লৈ, ঐন— পুল্সা লেম্নফম ওইহুনা লৈরিবা? লৈতে। করি-কৈদ ঈগী মরী, মরীক্তা লৈতে। হকী মুঙগী ওইবা চেৎন-চায়ফম মরী অমত্তমু লৈতে। ঈপুরোইববু পুন্সীগী অরোইবা মীংকুপ ফাওবা মরীদ-মরীগুম মতাদ-মতাগুম অরা কোংগায় শাহুম থাংন তেংবাংবীথী মীশক অসিনা। তেংবাংবীথী। লৈবাক খুম্নাইনা ঈস্তোকপীরবা শাগৈন-নাতৈনা খুংথ লমথাবীরবা ঐথোয় পিদোঙবা অনীবু ঈচং থৌন, নাওকোনবীথীবা করম কাওনফম ওই। ঙম্নমক অচুম্ব রাকম ঙাক্কনী। ঈশানা য়াই, অহুবু ঈপুরোইবা লৈতরে—

"ঐহাক ঈপুরোইবা লৈতরবা ॥"

রাথম ঙম্নমক লেপাথ, মশানস্থ থাজ্জবা ঙমদনা থন্দুনা লৈ— মহাক মপুরোইবা কায়নরবীনী হায়বদা। অহগা কাহুপ অহুদা মীৎয়েংন কোয়ন-কোয়না লৈন-লৈন হেক-হেক কয়া কয়ারক য়েঙহনা

থাংথরে। মনাক্ত অথেংব অহীং খুদীং মাবু শংদ্রনা লৌশংবী হায়বীদ্রনা তুমওমদনা তুমলগ্ন কয়ারক থেঙনথরে। মতমদ্রদা মহাক্ক কল্লক থবন-গুম উথি ক্কা চাক্করবী লৌশংবীগী চীনবাম কয়াদা তঙাঙ তঙাঙ-জখিবগ্র। মহাক নত্তবী য়ুমশেম্নবীশিঙনা মহাকপু বাথন বাকুম বাকুম্ননা হুয়ান হুয়ান য়েঙনখিবা কয়ারক উথরে। মথোয় খুদীংগী ময়ম করি ময়মবু পুবা ? ময়ম খুদীং থংগুম তোয়কই ঙসীদী। লৈরি-বসি তাইবংগী মমুঙদা নংখিদরে অতৈ মফম অমা। নংখিদরে। মতম অমদা থৱায়বু পুজদ্রনা, কায়জহৈদবা ঈরমচংপু নাওকোন-চেংশজদ্রনা থাদোকলমদ্রনা চেস্থোকচরকখিবা মফম অহ্ ওইরবে—, খল্লুবৈ, থানিল থংহোদবা মীংকৌ মীংকুপলক মতু-মম ন খীয়ুম্নৈজ। হওগোই-তুগোই থকচানবৈজ—, লৈহৈবা নত্তে, লৈহৈবা নত্তে। অহবু তোবিমল হায়বদ্রদী কৈদ ? কৈদবু মাংনকম ওইব ? অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ পাক্লবা লমথুঙ লৈত্রবা মালেম্নবা তাইবং খাস ঐগী ঈকমদদি— মঙাল মচেং পক্কবা নত্তবরা—। উবা লৈতে মঙাল মচেংতগুস্থ—। লৈতে খুজীন মথাম্নগী ওইবা খোংদাকম অমন্তস্থ।

লৌশংবী হায়বীসিনা, ঈশৌ লাঙলকতৈ কনম হুমাইনা করিগী হেক হেক হুমলগ্ন মনাক্ত ফমদ্রনা ? মদ্রনা তাইবং নাকোইনরবী কোকথক্ত পুশনবীরকলিবা করিগী লিররিবা অঈংব মামিবা মপৈ ? ওম্নমক রাংলবী করি লৈত্রবী মাগুম্বীনা করি মতীক লৈদ্রনা ফমশেম্নবী মনাইমুবীগী শেগ-মাইগা ওইবা ফমশেন-পুকথেম বাহৈ তারিবা ? অমুকী শুমিদাঙগী মন্নাইদবা চাকলেন-চাকলেন লেম্ন-পানা মাংনহল্লিবা করি মতৌ পু ? লৈম নিঙথৌ কোন হাইন-হুম্বী লৈমগুম অচোবা কাতুপ মমুঙসিদা কয়াদা মোল্লবা, নাল্লবা ফমথক্ত মহাক্ক নীংঙাইদনা ঙসী মাহীপ তাল্লিবা—।

লৌশংবীনা চেংহী ফুংলী, চেংহী ময়ান মপৈগ। মনম কাতুপ য়োরকই। হাথুজবী মহোশা হোবে হোবে চংলক, লৌশঙবীনা তবং

মালং কমথক কমলিবী থাবিলদা হায়রে
“ঈবেম্ম ওহাক পোৎথাবীসি নীংথীনা”

থাবিল, শকফম্ন করি লৌখিবা। মশানম্ন থংগমজখিদে, থমোই-
দা ফাওরকই—ওয়মক মংলান নত্তে। মংলীবা মংম মং ওইরক্তরবা।
থংহৌদনা থাবিলনা লৌশংবীদা হায়

“থোকখি উখিবা খুদোং, মখোয় পুম্ব মং নংলমদে। তশেংনা
ঐহাক ঈপুরে ইবা কায়নরবী হায়বত্থু ওইরে। ঐহাক ঈপুরোইবা
শেংনরবীনা। মহাকী শক্তম উররোই মপোক অসিদা অমুক।
লোইরে মপোক অসিংগী হায়য়ু ঈচীন-নাও ওইবী নংবু—, মমল
য়াওদে উনশাগী পোলাও—, মমল য়াওত্রবা উনশাগী পোলাওনা
হেক থাম্বী মৈরায়নখ্রবে, অসিমা ?”

লৌশংবী তাব-হৈবা পামদগুম য়াকৈনরকই—

“ইঙগোল অচৌবা মমুঙ তমলুসি ঈবেম্ম, চেংহৌ মমান শুনা
ফুৎলে চেংহৌ শমলাংলুসি লেংসি।”

“চেংহৌ শম্বাল।” থাবিলনা হায়রকই “লাওমিন্নরুসি ঈচীমাও—।
চমোৎনরে ঐ। হঙগোইনরম্ম্নি ঐহাকপু।”

“অহুগী নত্তে।” লৌশংবীনা হায় “হকচাং থরতং তেকথংকত্রা
হায়জবনী— ”

লৌশংবীগা থাবিলগা চেংহৌ-পূন পায়দুনা হিঙগোল অচৌবা
মমুংদা তুডথ মাংথ চংমিন্নখিবত্থু ওয়্ক্হোক তায় মজাঈবুংতোনা য়েঙহনা
লেলহৌই।

শ্রীঅনুপ প্রভুগী লাইশং শমথিবত্থু থাকুর বামো অমদী মনাই
অচানবা অমীনা নাথৈ-নাথৈ য়েঙনহৌই।

খোংথাংন ওয়্ক্হোক, হৈনা খোংচৎনৈ, তপ্ন তপ্ন থাঙই থাবিল—।
শমলাংন লুতুঙ খুংপুন চেংলী। অচৌবা ফনেক মৌওইনবী থাবুন

পুংবা লাক ফিধকনৈ। মঙ্গুনবী ইন্নফিন। মকা মকায়বী শমলাং কোক-খুম চেংলি মেংজবী মায়থোংনা অরা মৈচাক ঈপোম্মক মায়পোম্নবী শকই, মুণ্ডশি-নোথনঙাই শক্তম্নে লেপ্তবা পিরাংগী থম্ব লৈতবা ঈচেম্নকম, থাংকম বাইশুম তাই ঈরা মরীল মীৎলু বাক্ত য়েত্ত। মচু লৈবাক লৈমরেমবীনা, লানফম য়ায়দা থরায় থাঙৈ লৈমাবগী অরা পাও পাওকঙলকঙৈ হেঙ্গবী ফিজোল ওম্নমক থা, সনা লৈতেঙ খুদোং হাক্তোক অরা থোগায় পুন-পুনা চংপত্থ মাল্লি। কোয়ৌ মঙাল শমখিঙৈ অহোংদ থম্বালনা লৈকা খুদোং তন্দনা হেক উমশনথিবহ মাল্লি।

থাকুর বামিনা হায়—

"দাস, য়েঙউ শক্তম অসি কনানা মীনাই মুপীনী হায়বা ওমগদবা! য়েঙবদা কয়া ঈংথ্রবা। মহাক অসি শেঙদোক্তুনা প্রভুগী সেবা ফঙহন-লবদী প্রভুনা পেনবীগদবা মাল্লি।"

খুমনীংন মতম তাঙফম, কয়া কুইবা ঙাইরক লৈরকপা মতৌ পুরদ্ধুনা মনাই অচানবা অমুবনা হায়রকই

"করি তাকপীব থাকুরা—? মহাকপু হজীক ফাঙবা য়ুম অসিগী মীনাই, য়ুমশেন্নবী মীনাই পুবী অমনী হায়না অহুম্মক থনবীরিবরা?"

থাকুর বামিচ্চ ঙকথ্রমাল্লে
'করি। অচানবা, মহাক কনানো?"
"য়ুম অসিগী মবেন্ম—।"
"য়ুম অসিগী মবেন্ম!!"
"মামি—। মসিগী য়ায়ী ওস্থোক্ল শাঙই থাকুরা"

মীনাই য়ুমশেম্নবী অমনা মংফাওনরকঙৈ লৈমরেলবী ওইরম্নচুগা শম্নাগী মকৈ চাঙথেম্নদবা মশক শকথংদবা মতৌ অমদা ঙসী থালিল হায়বী য়ুমশেন-হকশেম্নবী মৌ নহা লাইবক চাওবী অসিনা ঈমুং

অসিগী মবেম্মনি হায়রকপসিদা লাইশং-লাইবাকবা থাকুর বামিহু রাহেণগনীস্থু কাও, পাওথুমনিস্থ খংদ তুমীন ঈচীক চীকশনরাখন থম্ব-থিথা লৈ। কৈদগী শকুম অসি লোয়রকইবা? বাশ্রী-রাখুন অদুনা কমদোবা? হঙনীংই—

অচানবা মহাক্ক হায়রবীবাসি, থাবিল হায়বীসি মজাঙ্গীবুংঙোগী লোঙ্গনবী ওইখ্রবনী অসিবা?

অদুবু, হঙঙমদে। মদু ওইনঙাই ওইদে। উরবস্থ উকদে, অদুনা হঙনীং হঙনীং হঙদে । অদুবু তুমীন চীকশন-তুপশন লৈঙমলক্ত-রহনা থাকুর বামীনা হায়—

"অচানবা—, ক রগুম্বা থানিল হায়বীসনা ঈমুং অমিগী মবেম্মনি হায়রবদী করি থেমৈ ঈমুং অসিনা ওসী ঈমুং অসি ওইরকপগী বাবী অদুগা—।"

'করি!!" অমুবা থঙহায় থঙজীম্রথয়ো হৌন লোলচং কায়থরে। থংই, থমোঙ্গ ফাজল্লি তুথুপ হৈন তপথ ঈংথরুরগা হঙহৌগে, থংহৌ-গে মতৌ চেম্না রাখব তৌনা হঙলকই "করি তাকপীবা থাকুরা—"

"হৌখিবা চহী থরদঙ নত্তরা? মতম 'দুদা থানিল হায়বীসি ঈমুং অসিগী য়ুমশেন্নবা মীনাইসুবা ওইরম্বদগী মশক উাংখদবহু?"

'মাগ্নি—"

"অদুগা লৈবাক্ক শম্নবীত্রবা মপুরোইবহুবু মজাঙ্গীবুংঙো অসিনা শকথংনবা মরূপ-মতাওনি কনবা য়াগত্রা থন য়ুম অসিদ। পুশনবীহুনা থম্বীথিবহুস্থু ওসী ওরাং অসীতঙ নত্তবরা?"

'মাগ্নি—"

"মরাইবক থীবী ওই মহাক। অদুনা য়ুম অসিদা মপুরোইবা লৈথিদরে হুজীক্ক মহাক লুখ্রাবী ওইহৌরে নত্তরা?"

'মাগ্নি। মহাক কনা লৈত্রবী লুখ্রাবীনী থাকুরা?"

"অহুগা, দাস নংন হুজীক হায়খি—মহাক অসি য়ুম অসিগী মবেন্মনি। হায়খিদরা ?"

' হায়খি থাখুরা ?"

"য়ুম অসিগী ময়াইবক থানিল হায়বসিগী মবাইবক করিগ্ন খেন্নদরে অচানবা দাস"

"কময়—। য়ুম অসিদী থাকুর মনাই লৌপুগী অশেঙবা মরম মথুমমা লিঙখিব য়ুম'ন, লাইশংনী, ওয়মক্রী।"

"নত্তে নত্তে" নহা ওইরিবা থাকুর বামিনা নোক্লহুনা খংদবদা তাকপীবা মতৌ অহু পুরহুনা মনাই অচানবা অমুবদা হায় "নত্তে, নত্তে। নহাক খংদরে। য়েঙউ ওয়মক অসি অংন ওইরবা থাকুর রুহিদাস কৌবা থাকুর অমগীনী, লম, থুম, লৌরী য়ুমকম, চীং পাৎ অহুগা থুমখোং ওয়মক অহু মনাই অচানবা ওইখিবা নহা অমনা কণ্ডহৌই। মরমদি থাকুর অহু "ধর।" পাল্লমদরে—"

"মচা পোক্কবা থাকুরা— ?"

"মচুম থুখা তারে—" থ'কুর বামিহু শকম থওহন হজনখিহুনা খো-য়েল তপ্ন নাকলপ শমজনখি রাকম'হু "মচুগীসু রারি য়াম্না শাওখরে।"

"রারী অহু ঐবু তাহনবীয়ু থাকুরা ?"

"রারী অহু॥" থ'কুর বামিনা লুকথৈ "চুম্মী রারী অহু ওয়মক ভমীংগনী— ।"

অমুবা মীৎয়েঙনা ওহোক্ল তায় য়েঙখরে মতমহু। ওহোক্ল তায় উই লোশংবী অমদী থানিল ঈরুখিথৈ, হোঙন-কিমা পুগ্রি ঈকোন নাক্ত, বাপী থক্ত মথেন মথেন ওইনা তাহুনা লৈবহু।

লোশংবৌনা তুওদা ফমই চেংহৌ চকুনা নাক্ত থম্মী। থুজোক অমা, অহুপ শয়ে, অমুক শমনাম্নি, রারী শাই

"লৈবাক নিঙথৌ হায়বসিদী মনীংনীদো ঈবেম্ম"।

"করি হায়বা ঈচীমাও"

"হঙ—লৈবাক নিঙথৌ ওইবা হায়বসিবু হায়বা" লৌশংবীনা চেংহৌ লুন-মুনা য়ারী লৌ "ওয়াং চহান্নমঙায়রা মজা'ঈবেম্মগী মপোক মুমীৎনি মীংশীংনাদুনা কুমৈ ওইথরে হায়নৈ সনা কোম্মুঙ মমুঙদা ?"

থাবিল তুমীন তায়—। হোঙ্ঈনি মাইনি কৈদ'থুমদে হায়দে। তশেঙবমকসু, লৌশংবীনা পাংজ-হৈজহৌদবদগী অম্মুম থোকপনী—। লৌশংবীনা পাঘদি কৈদ'গীনো স্নমহৎমাই চেনবা লৈবাক য়ারী ওইয়বসু, লম্মাই য়ারীবু ওইরবসু য়ারী অমতঙ হৌদোক্লুনা মতু-মমান লেকথরবী—শাঙ্ঈয়োং চৈনা চৈবাল্লবী উচেক শাক্তেকপীগুমবী থাবিলবু ঙহাক লৈতানা লেলহৎলবা ঙমগদো খল্লুবসি—। খল্লুবনি অহুবু লৌরুরিবা য়ারী অসিনা অয়া অমা কাওহনবদি তরাইথোক করিনো; থাবিলগী নিঙশানা অয়া শাদৌ থোঙ ফুঈন-ফুঈনা হোমগৎলকপা ? লৌশংবী য়ারী লেপ তুমীন লৈ।

কৈদনো থাবিলনা হায়রকই

"চুম্মী—" খোজেন'দুদা মৈচারু পাথি। খোজেনহুদা থৌনা পুম মাংথরবী অমগী খোন্থাংনা ঙঙই। খোজেন্দুদা লৌশংবী ঈপা পাখৎচখি। খোজেন্দুদা থাবিলনা মথ তায়রকই—"মপোক মপোক খুদীংদ লৈবাক নিঙথৌ ওইবা মখোয়গীদী থমোঙ্ঈ হায়বহু য়াওনপক্লয়রোইদবা ঙায়রী। লৈতে মখোয়গী থমোঙ্ঈগী, ওইবা মীপুঙশিগী য়াথন। লৈতে মখোয়গী মকমদা শা ঙা অতুগা মীওইবা হায়বশিঙসিগী থেমবা। মখোয়ভনী মীওইবা—।"

করিনো ? লৌশংবী পাংকম, তোফম, খজকম, ঙমনক ঈমাং মাংখৈ—। থম থীং শাকগত্রা হৌদোকলুবা পোংজুম হাপকুম থোকথরে—। ঙকচানবিতৈ থাবিলনা য়াকমদু থৌওই নাওইদবা মতৌ লাঙ হায়রকই

“লৌশং হায়বা ঈচীন নাও ঐসে ঈপুরোইবা মৈত্রবীনীকো— ।”

লৌশংবী খুমদে।

“মংবী থনবদু মং ওইরমচবা তাইবঙবী থববনা তাইবঙ মওই-রমদবা— ঙাইথো —” থানিদনা বাকম খুদোং পুমহোঙ হোঙ-দোকলদুনা হঙলকই— “করি ওইন শেংন-থাইনথিবা ঈপুরোইবদু ?”

“কনাগী—”

“বংগী- ”

‘ঐগী—।।”

চুম্মী। লৌশংবীগীস্ত শেংনথরে মপুরোইবদু। শেংনথরে। কুইথরবা মতমগী রানী— । বারী খুদী' কৈদগীনো শঙ শঙ লাকই লেপলে থমোঙ্ঈদা । থমোঙ্ঈদা। থমোঙ্ঈগী মীয়েংদা

কয়া পুককংথিত্রব ঈনেম ঈকুশিঙহ পাওথুম্নত্রিবৈ লৌশংবীমা মনেম মকুবু মীংশিংলকই, ঐবু শাগৈ কয়া তোঙবা থোকথিহনা ঐবু অতুম ঈখুং চাবীথিদবা ?

লৌশংবীগী মনেম মকুনা লৌশংবীবু খুং চাবীথীদে। মৈত্রব নীঙোলনী লৌশংবী। মপা মমা পু পাও শুথিদবসু নত্তে মতমহ। ঈঙাও-ঙাওনা য়ুম্নাঙরকপনি। অহবু মুঙশি পুংবানম্নবদি তরাইথোক মায়থু-মায়ঙাং মশুং মমাম্নবী মাং চোপচনকম ওইথিবনী— । মপুরোইবা মথোয়মবু মতম কয়া অমা ঈস্তোকপীথী— ।

“শেংন-থাইনথরে— । অমুক পুঙনবা অমুক শেংনবা—” লৌ-শংবীনা মতম কুইনা তুমীন লৈরুরগা খুমঙম হায়রকই “বাসদী তাইবঙগী মনাং ওইরবাল্লে—”

“অহবুদী ঙম্নমক্ক য়ানরে—ঐন হঙবদী করি ওইন কায়ন-শেং-নথিবনো হায়বনি—”

“করিবু তোঙদনি রারী অহু তারগা—”

চুম্মী করিবু তোঙজবা বারী অদু তারগা, থম্লি থানিল, তোঙজ-হৈদে কৈদম্নু। শেৎন-থাইনবগী য়ারীনবু করি-কৈদ তোঙনীংঙাই লৈখ্রবগে ভাইবঙসিদা?

লোশংবীনা থমোঙ্গীমক য়াওনা ফুংথিমাল্লে, মনম্ন লৈংহী মনম্ন লৈকায় পল্লাগুম থমোঙ্গী য়োই, নকানুঙ ফাঙই চেংহী মনমদু। ঈংলবা চেংহী মনমদুনা আরাবা কোংগায়লক শম্না মকৈগী ভংবা মতম পোংথাহনখি থানিল।

হৌখ্রবোই মতমদু। পুন্সিনা তুশোল্লবে, অদুবু লাকই কয় হৈদবা শক্তম শক্তমদি মীওইপোক্পা নীংশীংবগী থোনানা, থোং অদুনা, হেক হেক পুরকই—।

অনাবহুনা মাঙদ ফম্মী, অকুৎপা চেংহীনা খুজোক অমগী মখং খুথোক হেক হেক খুজোক্লনা ঈরু ঈপানখি—।

তপ্প তপ্প ছুমই মালংবনা

"করিনো পাংগদবসি?" মাংদ ফম্ন, পুন্সিগী হয়াও-ঈথক কোং-গায়গী রাঙমদা হায় অচৌনা "লোকুম্নসু য়াওদা, শীংজম শীংয়ানবসু চত্ত ঐন পাংগদবসি?"

শোনখিবনি মদোম। অদুবু মথোন থোজেন অহদা য়াওপাব মরোল লোশীংগী পাওথাং।

"ঐথোয় অনীদা চাবনি" থানিলনা মমদা ঈশীং চাইনা চাং-হায় "শীংজম্নবসু, শীংয়াম্নবসু করি কদৌনি হিঙবসু মতায়।"

"কনানা চীঙাক চীনইন তম্বীদোরি চবাদা?"

"ঐ লৈজরিবসিদা"

"অভাওবী" অচৌম নোকই। চীনবাম নোকই, থোজেন পেল্লি। অদুবু, থমোঙ্গীদা কপই নকাদা য়েকই "অদুক থৌনা লৈজম্ন অপংবা তাইবং অসিদা মহ য়াম্না চাওবনি। থাংলবরা?"

হায়রিখিরবদু চুমরে থানিলনা ঈরু-ঈরুনা, ঈপাল লাওন-লাওনা থদৈ, তাইবং! মহু ওন্থোরুদ্রু চাওই—। খংহৌদনা ঈরু ঈপালে লাওবা চপ মেপ লৌশংবীদা হায়রকই—

"লৈবাক নিঙথৌ পানবা হায়বসিবু ঈচীন 'নাও ওইবী, লৈবাক অবা অনা কোকপী-লানবী মথৌনি হায়বদাইনে?"

"মাখি। লৈবাক ঙাহোং চাকহোং পামবনি"

"মীমুঙশি হায়বদুমাদি মাওরমদ্রবা"

মসিদী খংদে লৌশংবী। পাওখুমকম খংদে।

"হুবান-চীঙ্খীবদু নগুবা, লোঙদমখোন নাথৈনঙমজদা তপ্ন তপ্ন নাহে তুঙইজবদু অবা চৈরাক মপীবীবা লৈবাক নিঙথৌ" থানিলনা হায় "ঙমী মতীক পাংমাল্লি।"। রাকংফমদি লৈত অহুম শোঞ্জ-হায়রৈ—, ঈমায়দ তাই রাজবী মমায়খোংগী মমি, উরকই তাবা, মপুরোইবগী মতম খুদীং রাজবদ থঙ, করি য়াদবদা মশাবা মমায় খোঙগী মমি। 'লাঞ্জরোইকো লোয়ুম্বা—, পুন্সি অসেনা হুন্দোক-পীরক্লেকো পিদোঞ্জবী ঐবু' কোঞ্জনীংই মথাদা। ঙাজনীংই মরেংদ অহবু ভনীকপা ঈপোম তাঙখক অপীশকলক শক্তম মাংখি হেক। মমীং মীংল্লুদগী পি শীদৈ কনা খংল্লীংদনা ঈমায়দা। শক্তম কনা উহনহৈদবা ঙম্মক শকলোংনরমহনা লৌশংবীদা থানিলনা হায় "কারসি ঈচীন 'নাও"

অনীনা-ঈরু ঈপাল কারকপা অহুগা লাইশং মাং শমদুনা ঈমুং অচৌবা তম ঝুংথ-মাংথা চংমিরখিবদু অমুক য়েঙনহৌই—লাইপানবা থাকুর বাখি অমদী মরাই অচানবা অমুরনা—।

ঙসাইমথৈ থাকুর বাখিনা ঈমুং অসিগী হৌরকপগী মরী লৌখরে। পুংওন ওমবা তাইবং অমগী লমদমদা থাকুর বাখিনা থমায় ঙমথৈ খেঙনা মাওনা ঈমুং অসিগী মরিক চুমবা মরী অহুগা মাংদ চংখ্রবী থানিল হায়রবীসিগী মরাইরক, চাওওন চাঙদমদা মাদৈ হায়খ্রে।

থাকুর রুহিদাসকী মনাই অদু হেক পোকপা মচা হায়রদু শকখি হায়। পুকচেল শেঙজরবা মনাই অদুনা মথা মপাগী য়াথন কোংগাই পক্ক চেন্দবা মতৌদ থাকুরগী থৌগল পুকচেল শেংবা তৌজবনা থাকুর রুহিদাসনা মনাই অদুবু খক থাদোকপীখিদে। মনা কোমুত মমুংনবা মীপুম খুদিংন থাকুর মনাই অচানববু শকখংবী, তাথী তাওই তৌনবীদে—।

নোঙমা নোঙদৈ নুঙশীৎনবা অহোং অমদা চৌংথোং-পাংতাই ওংবা থাকুরগী থাঙপোক শংদ মমাং হাওনা হাওখুৎ লীঙনা তমপাক তারকুনা, কৈচুররৈ। থাকুর অমদী মীরোম-নাও পুম্বা থাকুরগী থৌ-রাংনিবু অনীবু থাংযিন থাংয়ান তৌজনা থরায় লোখী। মনাই অদু-তঙদী হাওখুৎতগী নাম্বোরক অহোং অদুদা থরায় হিঙখি। মনা খুমা থা থেংকখিবা পুম পাওদমলখি—। খোংমী লালমী পুম্না লাইনিঙথৌরক য়াওনা অহোং অদুদা নোঙপোক হাওরাম তুঙগোই খুৎপুমৈ। মচৌন অমত্ত চুমদবদগী খুল্লাকপা চয়োল তরক উযুং য়ৈন চৈরাক্লখি। অম্রম্ম কনা লৈত্ত্রবদা, মনাই অচাববা, পাশক-পীশক খংদবা কাওবা ওইদুনসু, পুকচেল শেঙজবা থাকুরগী মনাই অদুনা য়াম্লবা থাকুর রুহিদাসকী লল-থুম, পাৎ, চৌং, থুমথোঙ ওয়মক কঙহৌদুন সমা হাক নক্র পান্দুনা লৈখি—। য়ুম অদু অসিনি।

অসিংগী থাকুর বামিনা মনাই অচানবা অমুবদা লীখিবা বারী। ঐমুং অসিগী মৈহোরোল শকপা বারী ওয়মক অমুবনা নানা তায় য়োদে থমোজৈগী লমদমদদি। 'করি থোকই লীবা শারিবা' হায় থমোজনা।

অমুবনা হায় বামিদা
"থাকুরা ঐহাক থোগল চংলুখিগে।"
"বারী অদুদী ঐবু তাহল্লমদরে, দাস।"
"কোম—"

অমুবনা ভমগনি হয়াওনঙাই ওইবা পাও অমা। থানিল লৌশং-বাগা লোঈনবা চেংহী য়াওনা ঈরু ঈপাল লাঙলে ঙসী। থয়া ইংগ্রবগদী মপুক থোব য়াহৈরনী—। চীন্দা পাওদানবা ওইথোক্লনি হায়রসিনী।

পাও অসি হেক তাবগা মজাঈবুংঙোনা চেকশয়, ওয়োক্ল লুন-থোইনা হায় রনাই ময়াম্বদা

"চংশল্লকউ"

"তাকপীসি"

"নংদী নক্ল নক্ল মহাকপু উবা ফঙলিনি।"

"চেক হেক শকথেংনবৈ—"

"হায়য়ু—, শকফম অহু কমদৌই থয়া থীং—ফরক্লবরা?"

"থয় থীং নংথিদরে। হেন্দোক থোইদোক্লে—। অঙকপুনি, অমুবনা ঈনোংলি "থাজদবা মতৌনি মজাঈবুংঙো মশক শঙ্কয় অশুক পাথুনবা ওল্লকনী হায়বদী অঙকপনি। মহাক য়ুম অসি থাদোক্লুনা চংকে লাঙগে হায়রকদবা উবা নৈজদে।"

"করম থংই—। অহুক লুবা থমোঈগী য়াকমবু?"

"ঙসী ঙবাংসি থোংনাওদা উই লৌশংবাগা চেংন চেংন য়াতাববা, ঠিকু-ঠিকমা কান-কাইনা লেল্লবা। নোকমিং-শমিন্নারম—"

"মতোঈনা—" হবাওই থমোঈদা, হবাওদবা শাই "য়াম্ব—ওই-দবদা মতোঈনবা"

"তশেঙবনী মজাঈবুংঙো -"

চীকশনথরে।

থক্লসির, থল্লি, হবাওবা পাওসিগা লোঈনবা থক্লসিবা? অহুনা মজাঈবুংঙোনা চীন্দম কোন্দগী তপ্ল তপ্ল চীন্দমই—। য়ুয়াইনা পংথ-কল্লি—মশাবু। পংথরকৈ য়ুয়াইনা চুরকৈ থম্বকই মদোম।

করিবু থনবা মহাক্ল?

চুম্মী। ভসী ভরাং অসিদা থাদিল মহৌশা মাথৈবা মওং মতৌ মশাক্তং অমতি হোউলববি। মথেলনা য়োম্ব চাকলেন লৌশং-বীনা হেক হেক পুশল্লকই—। মাংদ হেক হেক থৈম্লে—। ভহানবৈ নত্তবা মতৌদা ভসী ভরাংসি থাদিলনা হেক হেক হাম্বে

"ঈচীন 'নাও ওইবী—মংন কনা ঐবা কনা লাক্ত চাকতমম্মিসি। চামিম্নসি লাও—।"

মহুদা লৌশংবীনা রাথন কোংগার থম্বশি—। ভগুপ-ভম্নাই য়াভমথিদে—। মজাঈবুংঙো তাথি উথি থোক খোম্হীনকমনি। অহুবু য়াদ-মুঙদ থোক লৌশংবী থাদিলগা হেক হেক চীন্দমম্মিম্নে—। চাকলুক অমত্তদা চাকচামিম্নথরে কম্মারক।

কম্মারক থম্বুবা চৌথরে—য়ুম অসিগা করি অচেৎপ ভংন-থানদন-ভাই ওইবা মরী লৈবগে হায়বা। মপুয়োইবনা, পুম্মিনা লোইরমদাই য়ুম অসিগী মরমদা করি প্যাওদমলহগে হায়বা। তাইবং অসি ওাম্বাক্ল পাক চাওই, অসি ওইবা তাই নোঙমা মপুয়োইবা অচৌবা তপ্প তপ্প হায়থিবহু

"নহাক্তী অপংবীনি — করিবো নহাক্লা পাংহৌগদবা ?" ভসীদ-মক থংলকই য়াহৈ অতুগী মনুংগী মরো। শীগনি থংন পানবা তাইবং। তশেঙবমকনু পাক চাওরবা- তাইবং অসিদা করম্ব থোংদাকম লৈরি মাগী ? হৌজীক্তী থোংদাকম অমত্ত লৈরক্তরে—ঈমুং অসি নত্তনা। অহুগা থোংদাকম ওইম্বিব। ঈমু' অসিদী করি থোকই মকমদা— ? হৌগ্রবা পুলিগী তাওকম অমদা তিনশীংনকম ওইগদবনি ধনথি—ভসিদী তিনশীংনকমদী তম্নাইথোক, চান্ন-তিম্ন তাওজকম হেক মওইরবা। মসিদী ওম্ন তৈনবা তাইবংনী। ওন্ন তৈনবা নোঙদমখোম্নি—।

"ঈবেম্ম—ঐথোয়গী লমদম অহুদা নোঙমতঙ লেংলুসি" লৌশং-বীনা চাক চহুম চহুম তার-তারহুনা কৈদগীনো হায়রকই— "তুম্বকপা

চৌংদুম মচাদুদা শঞ্জেন্নহা অনী অদুম ফমলমগ'ন ডবোঙ ফিমম অমমম ইল্লদুন।"

"অদুগা কৈদোবা ?"

"লোবুক্ত, মেবাগী মতমসিদা ওস্থোক্র মুণ্ডশিরমগনি। খুৎলং ঈশৈ শক্রমগ'নি। লোঙখোন-শীংজনবীশিংন শীংক চু ভাঙকক চামিন্নরমগনি, সনাবৈ লমলক ওংবী শিঙনা পৈন-পৈন য়োম্ন-য়োম্ন শাৎনরমগনি"

"অদুগা কৈদোবা ?"

"কঁরি রানো" খোশংবী 'থীং থংমান্দ, মতৌ পূনা চদুম ভাবা লেপ্পদুনা থানিলদা য়েঙলদুনা হ যরকই "কবি রানে', করিবুদ' তোক্লগনি, য়েঙবনিদন'—"

"য়েঙবা " মদুদস্ন থানিল হেক শুকথৈ শক্তম—"মকৌশাগী ফজনা য়েঙলগা লাক্লরই থামাঈগী য়েন্নিংদা অম্নক।"

"লমোঈগী য়ন্নী" লাশংবীনা হাই 'কদগী লাক্লদগে থমোঈগী য়েন্নীংবুদা, অদুবু ম থাম্নগ য়েঙলগা মীওইবনা অশুক রাকরিবসি কান্নহৈব নত্তে হায়বফাওবদা মথংকে—"

"করম্ন"

"লৈকোনগী লৈস্ন মচেকশম্ন লেকোন লৈবানবনা মপু পান্দে হায়রিবী লমলক ওংবী লৈস্ন চেকমন-খোমজন শেমৈ লমজাও খোনবনা— লমলক ওংবী সনাবৈ পৈদু মপু নাইদে, লৈকোন ওংদে হায়দুনা মকুম কুমওন থাজং নাকাইনরম থক শাৎতবা তৌনদেদো"

চুম্মী। শাৎতবা তৌনদে—।

লোশংবী মবুং অনী লে। মপা অদুগা লোপুগা শকথংনবদগী ঈমুং অসিদা য়ুমশেম্নবী ওইনা লৈবনি। ফন্দক মরক লোশংবীনা খরাম্ন য়াওন-য়াওনা মপুম্নিসগী রারী মতাং কয়া নীংশীং নীংশী লীথরে—

নোঙথোনবম ঈমুংন খোঙ্গুলংদে লাইশ্রমবু—অহল খোঙ্গুলংবদবনা পুন্সিগী লৈপুন্নজবা লোশংবী অমম্বুং মপুরোইবা অনীদা খুন্নুথোং য়েংপা, শমজেং শমহাং-চকশন্দবী মোগী শমলাং ওইখ্রে।

মনেম মকুনা য়াদবী খুংচাবীদবী য়ুমগী মোনবু কয়াম মকা লাম্লকম ওইগদগে? অদুবু চান্নজবা মকা ভাগু লেল্লকপনি কুমজা কয়া। চাবোক-চলাই চাদা-নাওদারবদী থৱমথৈ কোমগদবনু, পুন্সি অদু অমুক হেন নীংঙমহনথিদে।

অথেংব অহীংদ ঙম্নমক হীপ্প-তুম্নখ্রবদা তনৌ তনৌজখীবী লোশং-বীনা তুমঙম হীপঙমদনা খাংজখি । ফোংদোকনীংব থমোঈগী য়াকমদি কোংগায়নখি—অদুবু চীনফেম্নবদী ঙমজখিদে মগুংদনু। মশক শক্তম্ন মুওশুরু মদ্রনা

"ঐগী ঈহাকথক্কী, অহল লম্নম ঈম্ভোকপা হায়বদু ওইরে" ;

"ঐবুরা" লোশংবীগী মপুরোইব খম হায়বদুনা লোশংবীবু য়েঙলদুনা হঙখি "নংন হায়রিবদু ঐবুরা?"

"মাম্নি, ঐহাকথক্কী নত্তরা অসি খুদীংমকসি।"

"অহল লমনগা মান্নবা হোনদে। চহী য়ামলকপা হায়বসি রাথন মথোং হুকলক্কবনি 'শংবী। মতম থরদনি হেক মকোকচথিনি। অদু কাওবদঙ থাংমিন্নসি। নহাক থাংব ঙমগ্রবরা—? বাব্বয়া?

"নংচদে—। ঈখুং চাবীগ্রবনি থংন থংন ঈকায় ঈকী নমহং লৈকায় ঈমান্নবী মীনোক থাং লৈজরিবসি উবীগ্রবরা? রাজমনু নংচদে। থাংঙমজদবনু নংচদে।"

"অদুদি করি তোঙজনবগাই লৈয রাফম অদু হোদোকল-কাংথো-করকপদি? তোকসি রাকমদু"

"থল্লু থল্লুরগা" লোশংবী তনৌ তনৌজবী শাগৈগী মো ওইজরক-পতুঙ মঙায়জখিবী মায়থোংদুদা নীংঙমদবগী পীয়াং শীন্থখি "পোংথাফম থংজগ্রে ঐদী। অস্তুম লাইবক্ক থোক্লমিবা—?"

তশেঙবমক নৌজখিঙৈ য়ুম্বান নৌথিঙৈ মতমত্ত লোশংবী ৱাথম মকাঙ মকাঙ নুঙলেমঙম্নজখিদে। অদুবু থনখি নোঙমা নত্তরগা নোঙমদা ঈংন ভেনা পাল্লখিনী হায়না। অহল লময় মথুংমক চাবীজ্রবস্থু মাংকুপ অমত্ত শংহল্লদে মশাবু। লোৱাং-লোথাও ময়াওই কুমনা লাকপদা—লোঙংথোাল্ল শীংজল্লি। লশিঙ কাপহ মকাপই—। মনেম মোইথাপ নাই মাম্থু মনাই—। করি ৱাত্ত-লঙদা মথৌ পাংজৈ। ঈমুংগী মকুপ মতাইনবা মথৌদ মমান্নবা কনা লোন্দীম্নজবা ঙমজ-হৈজখিদে। অহুবু মকু নোঙথোন কৈনমনা পেল্লি কোদ লাক থমোঙ্গ পেংথবা মরৈমেতে। মনেম লোশংবীগী পূকচেল থ'ই—মমৌ ওইবা মতীক চাবী নুপীনা থল্লি। অদুবু য়ুথগী য়ুমকোক, অহন ওইবা, মৱা মপাঙনা য়ুম্বাল্লিবা মপুম্নোইবগী মায়ওক লৈঙমদবন', মীমাং থোক্ক মকা ফোঙনা-লোথং-চিঙথং মমৌবু মথুং চাবদি ভমদে। লোশংবী নোঙম-নোঙমগী ৱাজবনা পাঙগল ময়েঙ তারকই। ৱাথন অৱা নাহে, হকচাং মচি চুমথখিঙম চেঙশল্লকই।

নোংঙমা লোশংবী মমা লাকই

"ঈবেম্ম, নশা অসিনা য়েঙবা য়াদয়ে কময়ো তোদোবা। ঈমাদি পংতোঙ্গ তোঙ্গনম্থু লাকনীংদে"

থরতঙ অসিনা কোঙদোকলে মনেম মকুনা মাবু লোঙ্গনবীরিবা মওংম্থু মতোম্থু। তশেঙবমক মমাগী ৱাক্সম থৱা অসি অচুম্বমক্নী—। লোশংবীনম্থু ঙাইনী-শেম্নী হায়হনা মমা মপা ওইবশিঙ ঈমুং অসিদা লাকহম্নীংদে। মনেম মকুগী থোওইদবা মতৌ ঊরগা পেঞ্জবা ঙমদে থমোঙ্গনা।

ৱারী থূদোং লোশংবীনা নীংশীংজুনা নৈ। অক-সুঙঙাইবা ৱারী ওইরমদী কদায়নো মরিরসি হায়ববু—, লোশংবীনা ৱায়েপ তাই, মহু থোক্লয়োই। অদুনা লোশংবীনা হায়

"ঐখোয়গী লমদম অচুনা মতম থুদোং মুঙশিনবা শক্তনদা চেন্দুনা মরে। ঈনথংলকপা চহী মতাংশিঙচুদা, ঈবেম্ম, চেন-চোঙচুনা শান্ম-জরকপনি, লমদম অচু কাওঙমদে। নোঙমচুম চংল্লুসি ঈচীন-'নাও পুর"

"চংলুসি" থানিল রাথন ঈচেন চেন্দুগুম তরং মালংননা থুমই "চংল্লুসি"

চংপা হায়বচুদি ঈকমদা শোয়ত্রবনি। চংপ হায়বদি য়ুম অসি থাদোক্কুনা চংখিবচুনি। কৈদ চংকদবা ঐন, থানিলনা থম্বনা লৈ, তাইবং অসিগী করম্ব মফমদা।। লৈতে।

থানিল মতোমতা পাওহঙৈজ অচুগা মতোমতা পাওথুমজে। য়ুম অসিদা মহাক অশুমমক পুন্সি লেনবা তারবা। অচুৈগী মজাঙংঙো হায়বচু। নীংশীংলুৈ থানিল রাথম লেম্নকম থংজরক্তে, তনীক তনীকলকই থমোঙ্গ, হঙগোইবম্নু, চান্নবম্নু ঈতীন তীলে থমোঙ্গ পিদোজবীদা। প্যাক চাওরবা, পল্লেপকম হায়ব'ম থংত্রবা অতিয়াসিনা, পাঙগল শোজবীনি হায়বা কয়ি-কৈদ থস্ব-মুঙশিবীবা তৌদল', মীমুঙশি য়াওদ-পক্ত শামু কম্ন-তিঙনা নীংথায়রক হকচাং পুম্ম নম্বরকপগা মাময়বে। নোঙজুগী অহোংদ, লমদম থাপ্পদা, অহাংব লমহাংদ, লৌপুক ওংব লমদমদা মথে লাওনরকৈ কুফেৎনবা তম্দনশিঙনা, নাঙ্গতোম তারবা, থোংলোই য়াওত্রবা কনাদা, কুফেৎ কুফেৎ কোয়না কোয়না—পাইনরকপচু ওইরবে মফমদা রাথন য়ান্নবাশিঙনা। রাথনগী চীংমায় অকি রাথনগী য়ুহাদা শক্তম মাংন নীংথায়রক্লে।

থানিলনা লৌশংবীদা হায়—

"ঈচীয়াও ঐবু পোৎথাহল্ল"

কয়িনো অসিদে।। লৌশংবী ঈঙক ঙকথরে—।

লৌশংবীনচিঙবা য়ুমশেমবী থুদীংন কয়ি লৈজদবী মফমদা চংলিবা থৌগল্লোল মাইবা চেকশন-থোমজম্নবা লমচং অসিদা থানিল,

মদোম থমোঈমুঙ ওইজরকই রাহঙনকম । হঙই মদোম রাহঙ কোংগায়। লৈরিবা মথোয় খুদীং কনানো ? অস্থুম রাহঙ পাওহঙজুঙৈ খুম্লকনি শোয়রোই মথোয় হেক খুদীংমক্—ঐথোয় মজাঈবুংতো মপা হাকথক্তগী লৈরক্লবা য়ুম অসিগী য়ুমশেন-য়ুমকোইনবা মীনাই ভাক্রী। অদুগা ঐহাক্ক কনা—? রাহঙ অসিদদি মথোয় খুদীংমক্ ঈচীক-চীক শয়, লৈনগনি তুমীন তুমীন—। তুমীন পাওখুম্নবা হৈতঙম লৈনবা॥ শোয়দে। লৈনগনী, থংই ঐ মরমদুমু—।

মরম॥ মরমদুগী ভাইবং অসিমু মচেৎ মচেৎ তাহনখিবা, ঐগী ঈকমদা। ঐহাক ঈপুরোইবা নীংজবীনী—। মাসিমু থংনজ্রবা নথোয় খুদীং খুদীং অসিনা? য়ুমগী য়ুমবুরেন ওইরিবা মহাক অসিনা লৈথেৎনখি ঈশম শমজিদা অহৈঙে। পুকমাঙ লমচংনপে থনখ্রবনি ঈকমদা। অদুগা ঐন, করি অথীবা রাহৈ মপৈলক স্নুগী নাম্ম তাবা রাহৈ অমতুমু শীজম চৈঙম থাঙঙমদবী ওইখি—। অদুঙৈ ঈরান অদুফাওবা কোকচবা ভমজাত্রবী ঈফমদা, তোঞ্জবী ঈকমদা অদুক চাওবা ঈরাল অতোপ্প অসিমমু হাপচম-থোংনজনবীগে থম্নরিবা—।

থানিল অকি-তুজুঙ চৈনা ফঙলকই তোঈনা তোঈনা। মপুরোইবমু নীংশীং মুঙশি-চাম মুঙযাম্নজরকই তমঙমদনা। থংহৌদনা হঙদোকখি ফমলিবা লোশংবীদা।

"অসিমতঙ থংনীই ঐন"

"করিনিনা" লোশংবীনা খুমই তিঙক-মায়ঙকলক "করিনিনা—? রাহঙ দা হঙথরো" ফাগিনা মঙৈক্লে "পাওথুম খুম্বদা ঈপা লৈরক্তে অদুঙৈ।"

"অদুঙৈ হায়বদী ?" থানিলনা চিঙৈদ থমোঈদা—করি কদৌমুঙ য়ুমগিদা লৈমিম্নরিঙৈ হঙপদোরিবা রাহঙ অসিগুম্বা রাহঙনখিবা য়াওথ্রব্রা

চিঙনবা কোক্কে তেমশীংগুম মায়থোং হাইগৎলক্ক হওলকই ' অদুগী হায়বদু ঈচীম্নাও ?"

"লৈশাবিগী"

"ও !"

তুমীন মবৈথি। থাবিলনা তুমীন লৈখিবদি পাবলুদে লোশংবী-বা—। হওই

"থংনীংবনা করি ?"

"ঐহাক অসি কনানো ?"

"ঈবেম্ম থাবিল" লোশংবী অওকপনা অমুক থমোঈ থুমলকই বাহওনা পাওথুম্মে "অদুবু হওহৈবরনে ?"

"অহৃপা—" হওহৈ হায়দে হওহৈদে থুমথে মথা তারকই "অদুগা নাখোয়না ঈশাক্ক করি মরমবু লৈবা লাক্ল-লৈমরিবা অসিনা ?"

"খোগল তৌনবা" থুমই লোশংবীনা।

"ঐগী !!" থাবিল, খোঙেন অহৃদা মরুম চাওনা কোংগারবৈ "ঐগী খোগল তৌনবা ?"

চীকশন খোজনথরে। তুমীন লৈ লোশংবী।

"ঐগী খোগল তৌরু থাবীরকলিবনা কনানা ? সনা কোমুওদগী— ?" মায় কাইগৎতে। মবৌ চেম তেমশীংননা থুমদহৈদে থুমলকউ—মতৌ পুনা হওলকই "সনা কোমুওদগী—লাইনিঙথোম থাবীরকপা ঈচীম্নাও।"

"করি বানে ঈচীম'নাও" লোশংবী ঈকায়রমই, মায়থী-মায়ং থুওমই "লাইনিঙথো সনা রাথওদি কৈদগী ওইদগে। ঈচীনসিনবু পনখিদে ঐদী। রাথম্বুবু কৈদনো ?"

"অদুদী কনা ওইবা মরাথওবো ?"

"মচাঈবুংঙো"

লোশংবীনা থুমই। ওকই। মীৎয়েঙনা অমুক হনবা লৈত্তে

য়েঙজুবা লৈ, থানিল, অঙকপা মতৌ পুবীহৌদা। পাওখুম। পাওখুম অসিনি ভাগনি থনখিবসু। পাওখুম অতেনবসিদা য়াওরবনি হঙগোই-রবা লিশাং শীংপ য়ারী—। পাওখুম-পাওহঙ চপ খোংলেপ্প থানিল, লৈ মায়খোংন লৈমায় ওং ভুমীন। থমোঙ্গীদা কাওই হঙগোইবা, মৈচাক, অহুগা কাওই থাংজমজবা ওংনৈহৈবা য়াখম ভমথীবশিঙ। করিনোনে পুন্সি, করি কৈদনো নোঙদম্ব কৌবা চীংঙু নংবু। তাইবঙ অসিদা অসুক ভমথীনা মৈচাক মৈরায়ননা হিঙজু পাল্লু থাবীরকপা ঐবু। ঐনা করি লংজখি নকাদা? য়াখন্দুদা, থানিল পীকচ-রিবী সুপীমচানা মরম ঈরৈ লৈত, ঈক য়বসু থংজদ' পলেম-পম্মৌ মকা, ওইনা-মীকপ্পজ' পুক্লৌ য়ারৌ হীক্ল হীক্ল কপচহু হেক শকমায়না কপচৈ থাংজমদবা পুন্সি উং, মোঙদম্ববু চৈজ-চৈজ—। থানিল য়াকং-চকম কনা উদা কপলকক্লে লৌশংবীগী মাংদ। মীংকী পীনা থমোঙ্গ-সুঙগী মৈচাক, পাওদম পাওদম শীহ্নরকই লি'র লপ্প ভপ্প। মখোয়না লৈমায়দা ভাই, মহু অহাংগী লীক্লা ম'ল্লি।

অঙৈগী মজাঙ্গীবুংজে'—! নীংশী লুটৈ, থানিল, কৈদশো চংন-লোংনখি ভং ভাবা নুপীজা ওইবী মরাথন ওম্মক। অমুক অকি হঙগোই থুকচানবা মরাথনলক, তনৌরবা য়েম্নীং শক্তম পীঙম্ব য়াথনগী শক্তম মপৈ, লাকনৈ নীংব কায়বা কায়না। মসিদা লাল'লক্ত খোঙল-কপী তায়াগী খোঙেন সুঙওনবীঙম খোকই নাহেজবী মকাদা। উরকই মীংত, তরঙ তরঙনা মৈশা হায়ব'ম পক্তরিবা তনৌব কোরৌ চীংথৈনবগী সুঙশিবা শক্তম। পান্মু সুঙ'শ খুংশীমঙৈ ওম্বোক্লসু পরুবা ওইবা, অশুকপা লোকী ভরু ভরুবা ঈচেল উরকই ব়াখন্দ। লৈন লৈশাংন-রকই। হৈন হৈমুন্নরকই। করিনো, মৈচাকলক মৈচাক মৈহাপ মৈকমহল্লককুম, হৌখিবা য়ারী মভাং খুদীং, অমগী মখং অমা নীং-শীংলকই। সুঙশিবনা তুঙইমর'ক্ল। সুঙওনবনা লমজীংনরাক্লে। তনৌরকই থম্মোঙ্গ, থমোঙ্গগী লকাম্লুও।

মপুরোইবা অচৌগী রাহৈ রাহৈন, লাহৈ চাকলক, মৈহুমলকহৈ চৌংজাও ওংব উমঙবা থকচরকহৈ উচেক শাথপ তোঙৈবীশিঙনা হৌন-হৌন খোংঙনগুম রাজরবী থাবিলগী নাপ' মাক-মেত্ত লেপ্লাইদনা ঙঙলরে। নাকয়েংনবা নাপ 'নীমক ভাঙমজদরে মতৌলাঙ খুৎন-মেজ থাংহৈজে। থাংজে থদাং-চীক, কদৌনী, মুঙশি-হৈহত্তে খোাজেন, ঙঙন ঙঙবা হেনগংলকই। রাজবস্তা থঙই। শক্তম পুক্লোহনবা, উজনীংদ, থম্বাল লৈকানহুনম্ন খুইথরবী লৈকা ওইরবী মীৎ অনী উইশজে। উইশজে লাইবক উনবা ফিথুপ নাইবমথৈ, কদৌনি, চানবী হৈহু-রবা মমীৎ উইশনবা নাক্ন-য়েৎন চাঙহেন চাঙহেন উইন্দুনা লৈ চাওদম শাওদম হায়ঙম-তৌঙমজদবা লৈচীল খোংনেৎনখ্রবা মপুরোই অচৌগী শক্তম। মীৎয়েঙ য়ান্নবা, পুরকই -মজাঙৈবুংঙোগী উজনীংদবা অত্তুগম্ন শাওঙমদবা শক্তম অমন্ন, কম্নিনো তৌ.দাম্যা, মতুম্ন থংদবা শক্তম অমন্ন। লৈকোন ওইবা হিঙগোল মন্নুঙ অচৌবগী লৈশাৎ তম্নবা কবোক্লে মখোংদ রাবক পশলাল্লক মুঙশি মিতাবা মীয়েঙনা, ছন-ছনা য়েঙ শমবুল চেৎ-চখিবী হৌনলোনচৎ কামজবী শমজাদা, কোকথুমফি ফিহাইদোক, কবোক্লে অমতঙ লৈথোক মাওনা লৈথেৎনখিবহু ! লৈথেৎনখি।

থাবিল ঈশৌ পুবী হুমাঙনা হকচাং পুমশক্লে। হকচাং শোঞ্চবীহুনা ভনীক ভবীক মীকথিবনা হরাও লাইবুং, চীংঙ শম্মচু হক্লীকলকলবী অমাইবী ওল্লে। থাবিল, রাহৈ কৌদ কাংলমদা কমলম-লৈরম্বদগী হীপথৈ কমথক্ত রাথন পক্তবা মতোদা। লোশংবীনা তৌকম থংদ রাজে।

কবি। অমম মমক্ত লৌশংবী হায়বীহুনা হেক নাশোম্নবমথৈ হাম্ন-থিবহু, অমুকনা কম্নহুনা, থম্নকা পাওদমন্নুনবগী শেম-শাবহুনা থম্ননা লৈ, মহাক্ন হায়খিবহু হুমীন লৈবীখো অমুক্ত, তাদা অচানবা। কম্নিনো

করি মতৌনো অমা লাওখরে। মমীৎ মনা চেক্লেৎনৈ উইশনবদা ফমলমম্নদগী হোগৎলি, অমক হৌগৎলম্নদগী ফমথৈ। ফমথরম্নদগী হীপথৈ" অসি নত্তরা?

অমুবহু রাখল কোংগায় খল্লকই। মুপী অসিমদী করি মরাল লংশঞ্জদবীনী হায়না অমুবনা থানিলবু ভশেঙন মুঙশি মচল অমা ওইনা। মমা য়াথঙ তুঙইন, মপাগী খুমদ হৈদমা লমন খুম খোংদরকপা, খৌরাঙ মপৈগী খোংচৎ অসিনা কল্প-হৈদ কনবনি থমোঙ্গী অকক্লবা মীওইবা খরগী মকমদা। থংই - নোঙদমখোনগী তাঙফম চঙ ফঙবা অসি য়েৌন থাব্রবদ ব্রারোই মীওইবা কনা? থংই, থানিলগী কনা লৈতে তাইবং অসিদা। হুন্নাক য়ুমঅসিদ পুন্সী লেন-গনি থনলুকমন্নু ওইথোকলমলোই মাঙোন্দদি। মপুরোইবা লৈরিডৈদগী, পুকশেঙজবী ওইবনা লমচৎন কয়রক্কদবা তুঙলমচৎ ওইরক্কদবহু অকি-তুজুঙজখিবন, থাদোক-নাথৈজ লমচৎ কায়জদবনু পুহনা চেনখিবা মকম অহনি ওসা, অহৌ-হুৎখিল চাবা-হীপ্ন লৈররিবা য়ুম অসি। লংচৎ ক য়ুগে রাখন্ন লমজীংথব মীশক অহুনীওসি হকনরুনা লৈমিন্নররিবা। করম য়াইক-খোইনিংঙাই ওই— । ওন্নমক থংই অমুবনা।

নাকন অমারোমদা, পাৎয় রাঙম-রাঙমা শক্তম তৈনবগুম মরাখল্দ তাইবং ওইবা ওন্নমক কাওরি মিতম্বান ওকবনি খল্লিবা মজাঙ্গীবুংঙো অসিনা। হৌখিডৈ, অমুবনা থমোঙ্গদা হরাওবা পোকখি—মজাঙ্গীবুং-ঙোবা থংহৌদবা মমী মীৎকুপকী মতম শন্নাতঙগী তাঙফমদা নাই-ওইরব্রিবী মৌ নহা অমবু থমোঙ্গীনা চঙ ফঙনা খোঙ্গদাখি থংথীবহুদা। ওইররোইদবা মংলান্নবা রাখল্দ ঙাওন-কৈন লেন্ন লেন্ন মপুন্সি লেলহনে খমহনখিবহুনী অমুবনা পান্নলিবা, পাংখোক্কে থনবা মথৌ ওইবা রাশক ঙাকপা খৌরাঙম্নু। অহুনা তেংবাঙখি য়েলহৌডৈ মজাঙ্গীবুংঙোগী লংজ-নীংঙাই ওইব মরাখল্দ হেন্ন খুমাং চাওশন্নবা। নত্ত-ওইদা শেমজন শাজনবা থমোঙ্গী ঈকৌনীংঙাই পাওদম কয়া ওমশন, মজাঙ্গীবুংঙোদা তাহল্লী। মাঙদা, পেনখিবনা, হয়াও হেদোঙ্গীখিবন্না, মজাঙ্গীবুংঙোনা

অহনবা কৌব নৈত য়ুরাও তোঙ্গৈখি। পুজাগী মীৎকুপ খুদোং মরাখন ওইরোইদোবদা ঙাওন-ফৈন লেনখি। মহু অমুবগী থমোঙ্গগী অপেনবনি।

ওয়নকী তুঙ, ঙসাদা লাইবক চাওবা থাবিল হায়বাসি অরা পুঙথৈ থেঙলরে তাইবঙসিদা। অমুবগী থমোঙ্গ ওল্লি। মীৎতগী পি শীথি থাবিলগীদমক লোয় লোয়। অহুবু রাশক খোরাওদা রাংলি মপুং ফাগদবা। রাংলি শাওনা। রাশক ঙাক্রবগীদমক, অহুনা অমুবনা ওইদ-লাংঙদা পাওদমল্লুগনি অহুমক তেমশীংহনা লৈ, ওইদবা কোংগায়।

তশেঙবন্ত তশেঙবনি, ঙসাই থাকুর বামিগা মখোয় অনীনা উথিবহুদি, লৌশংবীনা চেংহী চফু পায় তুঙদা ইন, চৎমীয়খিবহুদি থাবিল অরা পোৎল্লুম তশেঙনা কোকপা মানখিবনী অহুনা অমুবনা তরথী চাঙদম হেয়

"মজাঙ্গৈবুংঙো" হেক চংশন্দুনা খুদক্ত
"কবিনো 'য়াম্ব" খোঞ্জেন অহু ল্লুমই। চীং লেমই।
"ঈবেম্ম থাবিল ঙসী, হয়াও হেদোই ওম্মোক্রম্ম"
"কয়য়া" য়েঙলকখিদে।
"লৌশংবীগা চেংহী ফুৎন ঈরুমিয়ৈ।"
"মহু" মজাঙ্গৈবুংঙোনা য়াথন তৌন "মহু ঐস্ম উহৌই তায়"

"উবীহোবা !!" ঙকলপ চাই অমুবা। "মহুনা করম হয়াও-হেদোঙ্গ-নঙাই ওই, হায়বা মাল্লি মজাঙ্গৈবুংঙোগী শক্তমহ অহুনা অমুবনা বানোৎ-শনখি। অহুগা, লাইশংমাংদ কৌরমই ঐবুস্ম তাদা অচানবা।"

"খোঞ্জেন" মজাঙ্গৈবুংঙোনা হঙঈ "খোঞ্জেন্দ্ কমদোবা।"
"খোঞ্জেন অহুদা কোইদ-লাঙদ, তরাম তরমখি"

অহুদগীদী মজাঙ্গৈবুংঙোহু মখুৎমক্ল হৈহুনা য়ুরাঙথিবনী। হৌজিক্ল মুমিদাঙ কমদোই য়েঙল্লু থারকপনি। শ্রীঅমুপ প্রভুগী মুমিদাঙবইগী হৈক্লক মখুৎমক্ল পীরকই লাল্লুচো লাকলিবনি অহুবু হৈক্লক চীন্দমনৌ

শীরকলি তঙবদী তম্নাইথোক মশক শক্তম কাওবা উদনা হনগদৌরি। অমুব', থনবদী থল্লি অহুবু কাওদে কম্নি অরাবদী থমোঙ্ঈদা। লাইমুঙ চমুবা অশেঙবা হৈরুক, লঙথোকই মীউবোইদবা ঈশীংদ।

কাতুপ মমুঙ চেক মোৎবগী মঙ্গাঙ্ঈবুংঙোবা হয় হয়, রাথন কোংপায় কোকথোংবদা চৎলম লৈরম্বদু ওহাক লেপতুনা য়েঙমুরগা য়াইক পাও পাওবুরকপাশা কৌবে—

"মঙ্গাঙ্ঈবুংঙো "

"য়াব্বা—!" খোংথাং লেপ মঙ্গাঙ্ঈবুংঙোবা কৌই। য়েঙলকই অমুবগী থুংভ। লাইনী হৈরুক পায়বা উদে। হয়াওই, অমুক চিঙবৈ "হৈরুকী 'য়াব্বা?"

"হৈরুক লাওরু তাকপীদাই—।"

"লামুই মথুংমক্তদা" মায়থে: মকা লাংগে হোনরকই। মপুং কাদে লাম্বদি "করিবু হায়বা মহাক্ক?"

"লাওরুকই মথুংমক্তদা। তরাম তরাম মরোহোই।"

রাহঙ লেপথরে

মঙ্গাঙ্ঈবুংঙোহ থল্লি—করিনো তাইবং অপেনবা কৌবা লৈতবা।

# তরানীথোঙ্ব

অংঙাওনা মাং থা, মতা চাম্বীনা চৌংগা-চয়োম মানগুম কিয়োম অমা পায়রহনা লাকপহু উরগা থাবিল লমমাংনঙৈ অমম্ব ভাইবংদা মণ্ডাল মুংনাইদবা ফাওরবাকুম থোক, ওম্বোক্ল, চাওদমনীংঙাই লৈতনা পেঙ্গৈ থম্মোঙ্ব।

"ঈতা—!" কৌথোকখি থাপলিঙৈ, হরাওথিববা থোঙ্গেন্ন চাওরৈ কনবী মডাও থীবী সুপীমচা পুঙককচবীগী থোঙ্গেন মান্না, তনী তাঙ্গোঙ্গী থংদনা। "ঈতা—" অমুক তশথৈ থোঙ্গেন্না বাবোগনবী য়ুমগী মোওুন। মীংঙ্গুদা শীংহ্ন থামঙনদবা পিরাং 'ঈতা লাক্লীবোইকো' খল্লি থম্মোঙ্বদা মথা তারকই। থোনফম নীক্লে। হৌজিক্কী। থোনফম নীক্ল "ঈতা লাওবে নংবু" চেম্হোরকই ঈকায় পক্তবীগুন "ঈতা—" করিবো থংদে মথা তাগদবা। ওয়মক শীম্ন মীবাং পুনাং নাইদবী মমং মীংঙ্গুদগী পিদা। কৌবতা থগুই "ঈতা -!—তাদা"

অহুদাঁদী পিরাং পিরোঙ্ব পিরোঙ্বনন থানিল লুকথথরে।
অনীমক্ল হরাওগে থল্লুঙৈ হাল্লি সুঙজানরকপনা
"ঈতা—" চাম্বীনা খুমই "ঈতা ঐ লাকলিবা।"
খুমদে।
"ঈবেম্ম—ঈবুং হৈরা পুশেমগকলি চানিমগে থম্ন।"
খুমওদদে।

ওয়মক্কী !! পুম্নীগী মতম অমদদি খুমথিবনী পাওখুম। ওসীদী! ওসীদী মহু থোকথিদরমাল্লে।

অহঙাও মনাই অচানবগা চংখি মজাঙ্বুংঙোগী কাপতুপ তম্ন, লৌশংবীনা থম্মোঙ্বদা হি-হি থোকচৈ। হকচাং কম্নাংন ঈরাং লাংজৈ, থল্লদুনা, 'ফরেগা নোঙদমথোনও, মগুং মমান্নবা চান্নজবী অম..,' নতৌ

অমুম থোংদাৱবসিদি' চাশং পাম্নবদগী শনগোম লৌরুই, চুহী লৌরুই। থীংলী লাওই য়ুমথুঙলরিবশিঙগী। য়াওরুদে মতং মমাম্নবী অনীসিগী, মতম কুইনগী তুঙ, ওস্থোক্ল কুইনগী তুঙ, ৱারেপ তাই— চিরবনি তাওকম অসি, শামিম্নসমু পূন্সীগী অচেং অকোম ৱা।

তশেংৱমকসু চিরবনি তাওফম অসি। থানিলগী ৱারেপ-ৱারোই তা-নকম ওইরবা তাওকমনী—। মহুমদগী উচেক্ল পাইথোকপগী ৱারেপ, অমুক, নত্তরগা, মহুমদগী উচেক্ল পাইথোক্তবগী ৱারেপ। অয়োকপা পোম্মগী তেনৱানা পাইথিবা অহুগা পোন অহুনা নীংশীং নীংশীং ঊহাং হাংহোব—। হাংহোবা অহুগা হাংহোদবা। মহুগী ৱারেপ।

লপ্ন-মম চিথরবা তাওকমনি।

থানিল থমোঙ্গ থাবী, মুঙথানবী ওইরমগে খল্লি। কপত্তে মীংফুণ থম্না। ওইম্নু য়াদে থোছু মুঙহ থমোঙ্গনা, পোংথারকই থমোঙ্গনা হেক থামঙমহৌদনা অথীংপা লৈত্তানগুম। অহুনা মশা থংহোদনা হেক হেক শীম্নবম্বনী থংই মমীং মীংলুদগী পিনা। থংলকপতও ঙায়রককুমই থানিলনা, ইরফিগী ফিজ্জীনা মীংলুগী পি. তৈথোক্লী'দ তৈথোকপা মত্তোপু তপ্ন তপ্ন তৈথোকলুরগা কুমজা লাম্না চরা তমলক্তবৰা অনালোঙ্গবা থোনকম অশোনবদা হায়।

"ঈ—-তা"

"ঈতা" করিদি পাংওম্নগাই লৈ থুম্বসি নত্তনা।

পূন্সীগী ৱারী শাজগে থঞ্জে থানিল। হিন য়োম্বগী অদুগা য়াই কোৱনা য়োম্বগী অথক অরং হেদোঙ্গবা পূন্সীগী ৱারীদী নত্তম্নে। অহুবু লাম্মৈনরকতৈ শজী অযোম চাজেনবীগী অৱাবা ৱারী ওইরবমু, পাং- নৈরকতৈ লেমলৈ চায়ামগী ৱাবু ওইরবমু. পূন্সীগী তেমথেও য়োন ৱারকতৈ ৱারী অসি শাজনীংবনী মত্তা চাম্বীদা থাক্ত লোৎত। অহুবু থানিল, করিনোনে 'মদোবা অমত্ত থংদ ঈচীক্লনা মৈচাক থাংই। থাংদ- নতা লৈ।

"ঈতা, তামোইরাওদা ঈনম্ন মখুৎ চনথরেদে। থাইবগী মচাউবা কৈগুম হেক কত্তবা" চাম্বীনা লৌহোকখ্রই "মহনা তাংজগুম চাওবা তামোইরাওহ নংখিদরে—মুপীপে মচাপো লেনবা মুখাম্বা মুপা হায়বত্ত ওইরে।"

মোইরাও !! মতৈ মোইরাও !! মিগ অসি হেক তারকৈ, থাবিল, অঙাংন লোঙখাক তাবদা থঙগুম থঙই, হৈনজদে। অদুবু অসিনা পুরকই মনেগী মুঙশিবা শক্তমদা। ওথোঙনা কৌজনীংলকই পাওদজনীং

'ঈনে, ঈনে ন'বু, কৈদনো থংদরে ঐবু।'

'ঈনে ঈকোকথক নখুংন নানবাখিবদাইনে হেক হেক ঐঙোল। অদুগা ঙসীনা কদৌরবা?'

অদুবু ঙমমক্তু ম'লম্নি ঙসীদা।

"নোঙদমথোম্নি ঈত। কমদোরি ঈমুং মমুং অনা অয়েক রাওদে-দনা ঈতা?'

মতা থানিলগী রাহত অসি মরোল চাম্ম লোম্নি। চাম্বী থংই, রাহও আস মতা থাবিলগী লকামুঙগী অশেঙবা মপাও বজে। থম্লিতৈ থাবিলনা মথা তারকই

"ঈতা থরায় হায়বসিনা মশক শকথেঙ চীলা পাওলাবত্তু য়াদ' হায়য়ু নংবু করিনো তৌগদৌবা? পাংথোক্লীংবা লৌকাংলা য়েঙউ কয়াদা য়ামখ্রবা অদুগ ঈমাংন তাঙলিবা। মীৎবা তাংলগা লাংগনী কমথ থোরাং। য়েৎ থঙগদবনা ওইদা, মাং থাজৌবনা মনীংদা রাইওর্ড চাদনা লৈ। ঐহাক—"

চাম্বী থমোঈদা অকিবা পোকই। ঙাংলিবা রাহৈ পরেঙ পরৈঙ-শিঙ মথায় খুদাংগী চেম্ররিবা মরোল চাম্বীনা থংই। কর্মি থৌরাংবু ওইগনি পা'খোকে লাংলিবা, থরায়না হকচাং পোলাও তম্ন থাদোক-হল্লম মৈথু ওইবা শক্তম লোহুনা চৎহলখিবত্তুগী থৌরাং নত্তনা।

করি থৌরাংবু ওইনি পোলাঙনবা হকচাংনা উৎওইনবা লৈম্নুঙ চন-হল্লখিবহুগী থৌরাং তমথীবহুনী। থংই। মথা করি তাঙনদনা তুমীন লৈরে থানিল।

"ঈতা নপুক অহ্ শোনফদে। করিগীনো অহৌরবদৌ?" চাম্বীনা হৌকখিবনা থবাক থহৌক থহৌক থাংলবী মতা থানিল য়েঙশঙ্গুনা ঈচং থৌনা হায় "অহুম তৌপদবা নত্তে—"

লোইত্রিরৈঙে থানিলমা মরক থংলকই

"করি তৌরবগেনে ঐনা ঈত্তা।"

"য়ারিবহু! শোম্বারিবহু।" চম্বীনা হায়।

"কদায়দা য়ারিবা" নোকই চৌনবানতমক। নোক্লীবহুদা মায়-থোংস্থ, য়াথনস্থ, অমতা হেক য়াওদে। মথা তারকই "নং লাক্লে হয়াওরগ ঐদৌ"

নৌংশীংলকই। নৌংশীংলকই। ফৌংরে সনানা মৈদ তুমগুম তুমথরে মতমহু। মুঙশি হায় শকথংনখিঙৈ পাথং ওইবা মশক শক্তম য়েঙজনীং, অমুক, ঈকায় থীবী ওইরুৈঙে মাজক। চৌকেম্নবদৌ ঙমদা নোঙমা য়ানোমজ'গুম হায়জশিবহু নাক্ত ফমলিবী মতাসিদা

"ঈতা ঙসাদী পাং কুমলোইত্র?"

"কুমদবদী" খুমথি চাম্বীনা।

"কুমমীন্নসি"

অহুগা ফোংদোকে থজবনা ফোঙমদা হায়খিবনি পাং কুম লোঙ-থোনরৈঙে য়ারকপদা তেরা মথোংদ কমমীন্নসি। তেরা মথোংদ লাকনি পাথং ওইবহু। হায়দোক্তবনি। ঈওক ওকথি চাম্বীনা। মহুদা চম্বীনা হায়থি

"য়ামোই য়ামোই মহুনা—, য়েঙবদনা লশিঙ মফোল মোল্লহনা মমুংদা মরু চংগনু। হায়রু ঐহাক নতা নত্তরা? অয়া মুঙঙাই নপাও শেঙউ ঈকমদা

হায়দোক্লইবনমু শিগদোখি।

"হোরেন খংগনী"

"হোরেন নত্তে, খংগাদবা করিনো ?"

"মহাক লাকনি—"

"কনা— ॥"

"খংদে অদুদী ঐমু।"

নোংমাংদুগী মনাক ফমলিবা মতা চাম্বাবু য়েংকা খাদিনা করিনো মায়থোংদা অরাবগী মঙালমু নুঙঙাইবগী মঙালমু মচু তরেংবা মঙালনা পুন্নরে। অদুবু মীৎমুদদা লাইরঙবা ঈঙাগী নোঙ ওইরে, ওইরে পিরাঙনা।

"ঈতা ঐন কিজবা অমতঙ লৈবে।"

"করিনো তুক হায়যু।" চাম্বীনা মৈত্রবাক মখুৎ-খুৎচন ওন্নীগুম হায় "ঐখোয় লৈরী। করি কৈদ কনাবু কিরিবা—।"

"তা' তোনাব, মহাক মরো চাওবনি"

"মহাক করি—"

"মহাকপু হোখিবদু কাওরবা ?"

"কাওদে কাওদে—" চাম্বী খংই কাওই থমোঈদা অরাবা, অদুবু কাওরবা শা হায় 'কাওদে কদোনি মতম অসি য়োরক্লকাওবা মরমচৎ অদু হোঙদ-হাইদা থোক্লবদী—"

"হোঙলোই ঈতা" লেইত্রিদৈ খানিলনা মরক খৎলকই "মহাক হোঙলোই খংলবনী ঐ"

"হোঙদ-হোঙদরে কদোনি মনম চৈজাবা মঙাই--। নত্তে ঐখোয় মপা লৈরি কাওবর নংবু।"

"চুম্মী। চাম্বীগী মপুরোইবা লৈ। মবুংদ মবুংগুম। অদুবু কনা ওইদবা মঙুংলঙ কোককায়-লুকায় থোক্লনী অসিতনী খাদিলনা হঙগোইজবা।

"তোঙজদে তোনাবগী ব্রা—। মামা করি তৌজরনি। নশা শোকলি'দুন কনথং তেকথংনবা হোংনসিদি মহাক্নদে। য়ুম অসিদবু তোনাবা মাগুম্বনা মথোং থোংগুল তাওক্লগদবা কৈদনো ?"

য়ুম অসিদা॥

থবেনিল শোদোক্লবা তাইবং অমদা থংহোদনা থুডলে। 'য়ুম অসিদা' হায়বা চাম্বীগী ব্রা অসিনা করিবু হায়ব্রিবা ? থংই মচু থামিলনা। ওয়মক্ল থম্নে মহাক য়ুম অসিদা লৈরগদোবীনী হায়না। চাম্বীথোয়না লাক্লোবসি মহাকপু উনবনি, মচুসু থানিল থংই। মচু-নমু মতা লাকপদা হয়াওম্বরুবনি লাকলিবসি মহাক্ল লৈফমদনি। মচুসু থংই। মহাক্ল লৈরিবসি য়ুম অসিদনি। মচুসু থংই। অচুগা পুন্সীগী ওইনা য়ুম অসিদা মপুঙ্সী অসিনা লেংদ-হাইদ লেনগদবনি হান্নবসিদী মতম থুনা' ঈকাও কাওরুই। থানিলনা ঈকাও কাওরুই। থানিলনা থঙলাক-থঙয়েঙ মতাদা শঙত্রিক য়েঙই। চাম্বীনা নুকথ-ফুনা বা ঙাংন ঙাংন ফিরোম থোকলি।

"মতীক লৈরোই। মরল লৈ কদোনি মাগুম চাম্ব মথুং পুন্নপা ফুবা ওম্বনি য়ুমসি।"

'ঈ—তা" থানিল তাওমলক্তনা থামই।

"করিনো" চাম্বা, থানিলগী অকনবা খোম্থাংহুদা করি হেক নাচুওদনা ফিয়োম থোকপা লেপ্লহুনা হঙলকই "করিনো। কদোরে"

থানিলনা খুমলকই ওপ্ন

"কৈস্ু তৌদে। করিবু থোকলিবা ?"

"হৈনজোম মেৎসি ঈতা"

"চাম্বীনা মযুমদা পানবা হৈনজোম পুরক্লী মতাগী।

লোশংবোনা শেঙ্গেঙ কোনদা পুন্না চংলকই, হয়াও হয়াওই শক্তমদা, অথীংপা শনগোম থমলে। মশক থংনদে। কৈদগীবু থংনবী

চাম্বীগা লৌশংবীগদী। থানিলনা য়াম্বী য়াম্বী থুদোক্লেপ, শক্তাকই শৌশংবীবুদা চাম্বী।

"ঈচৌব'নাও ঐগী পীকলোইঙেী ঈভানী শকথংনবীয়ু"

ওয়বক ঈকৌ হেক কৌবৈ।

থানিলনা য়েঙলুবগা হায় লৌশংবীদা

"কোন অনৌদঙদা করিগীনিনা ঈচৌয়াও ?"

"লৈহোই ঐগীসু। পুয়কে কদোগে" লোকই।

"লোকথো হায়না। লোইবগা চামিয়দি, ঈতা চাম্বীনা পুরকদি হৈনজোম। হৈনজোম য়েংসি।"

লৌশংবী চংখি।

অহুবু হয়কপা লৈখিদে সুমীংত্থু।

অহঙাওগা চাম্বোপ মরৈকায় লময়াং হেক য়োয়কপগা খুঁনগী হনু-হনা মথং মথং হেণ্ডবৈ। য়ারিবমথৈ নাথৈরকই। য়ারিবমথৈ হায়জোকলমদে কৈদ চংলুবনো হায়রঙু। অহুবু য়ুম য়োরকপদদি ফিহোত-ফিহোত নংদমথৈ, য়ুমথঙনাশিঙনা ঙাইনরম্মী মথোয়বু। য়ুমগী অহন-মমম থৌয়াঙনরম্মী। মদোল অহোঙবনা মথৌমক ওইনা লৈরম্মী ঙাইরদুনা। অহোঙবগী থমোঙ্গীদা পেন্সবা ফুমদুনা লৈগ্রবনী। মপুন্সি পিন্দোঙবা মীশক অনৌগী অবাবা মতৌ খুনগী অহন মমতগী শং-শং উহৌ থংহৌরিবদী মহাক্তনি থল্লি মশানা। অতুনা অহোংবনা কাওঙমদনা, পেন্সবনা মশা ফন্ন লৈ থমোঙ্গীদা। অহোংবনা ঈমুং চংগে ভৌব অহঙাওবু থায়দুনা হায়য়কই

"অহঙাও অতে। ঈমুং চংহৈনু ঙাইথো।"

"ঈতোল" চপ লেপই অহঙাও "করি— ?"

ময়াম ঈকোয় কোয়শুয়রকই। কনা নত্তবা ঈমুং অহুদা থানিলনা মতৌ করম লেলহৌ-পালহৌব, করম পুন্সীনা হিঙহৌব, ওয়মকদি

তম্নীং খংনীং ঙাইখরমলিবনি অদুগা কোয়থম্নরিবুনী হায়বসি অহঞাওনা থংই। পন্দোল অহোংবনা অহঞাওদা রাখল খনখমথৈ খঙ্করগা হঙলকই।

"লুপীমগা'হু কমদৌহৌবা তুক হায়য়ু ভাগে।"

অহনঞাও, থমোঙ্গ অদু থাউনঙৈ থমোঙ্গ নংখিত্রবনি। মীওইবনা রাখদা মীওইবনা য়েঙন-তানবদা মথঙনবা শারমচং অসি থংত্ররনি। মীওইববু, লৈব'ক মীয়'মবু হক্ক তেমশীংখ্রবনী, খদাং চীক্ক লমন থুমনীংখ্রবনী, ভাইব' অসিদ মীওইবগী মরী খক লৈতরে খনখ্রবনী, খমখ্রবনী মীওইব ওইনীংনবগী পেন্দবা মৈচাক্ক মীওইবলক্তগী থাম, য়ায়' থাপ্ন লৈজনীংবা অদুবু ঙমদে থাপতোকপদী। ঙসাম্নু হিঙলি মহাক শারমচং চৎপ নুঙশি হৈতব' মীওইবলকসিদা। অহঞাওনা—

"মরুপ ঈতাও, মজাঈবুংঙোনা ম'নাইও-মীশনও ও.স্থাক্ক চেকশন থোমুজন পাওকোন হৌথরে" অহঞাওনা অশে বহু থুমই মরামদা, অদুবু কল্লক পেনবা হায়দ-হায়:প ম:ভো চেনবা থোম্থাং অমম্ম য়াওরে পাওথুমলকলিবহুদা। অহঞাওনা মথা তারকই "করি থোক্কদে হায়দ-নবু কদোনী পুকক-খুঙকবা মীশক্তদী মরা হায়ব'ম লৈতে, মতাঙ হায়ব'ম লৈতে হায়বসি থংলকই ঙসীতমক। মীওইবনবু মীওইববু করম তাথী-তাওই তৌগদগে।"

অহঞাও ঈমুং চ'খি।

অদুগা ঙম্নমক্ক মায়থোং ঙাংনহৌই।
মথোয় মীওইবা নংতরবনী থংনহৌই।
শকয়েঙ মিঙশেলদা মমি মমি তাবা উনহৌই।

তশেঙবহু ফোংদোক্কখরে।

অচীকপা কাতুপ মহুডদা মরুপ-মপাং শকপা অনীবা অহানবা উবথনক্তদা হয়াওবখি—। অহানবা উনবমক্তদা নুঙশুকমিমখি—।

অতিয়াদা মঙাল থরা, অদুগা অতিয়াদা অময় নোঙফাই থরা ঊতিন হেক তিমনা চয়েংনখিবা শকতম অদুগা চাঙমান্নখি মজাঙ্গৈবুংঙোগী শক্তমশু অদুগা অহঙ্গাওগী শক্তমশু। অচানবনা অহঙ্গাওবু পুশেমই—। অহঙ্গাও লাকলি তাকখি মজাঙ্গৈবুংঙোগী মকমদা। থাজদবা !! থাজদবনি অসুম্ন অহঙ্গাওনা যুম অসিদা তাঙকম অসিদা লাক্লগনি হায়রবসি। মঙ্গাঙ্গৈবুংঙোনা ওকই অহঙ্গাওবু। মহু পুন্নমক মনাই অচানবনা চপ লেপ্ন, রাথব কোংগায় অমগা যেঙশ্রবনী। য়েঙবতা নংখিদে মরুপ ওইবা অনী অসিগী অপ'ম্ব, খংই খে-খোৎন অচানবা অমুবনা অহুগা পাম্নরিবা অহুনা লোঙ্গৈনরক্কদৌরিবা রারী রাভাই অদুম্ন। মজাঙ্গৈবুংঙো লুচিঙডুনা অহঙ্গাওবু শ্রীঅমুপ প্রভুগী লাইশঙ তম্ন পুথরে। অচানবা খোংলোঙ্গৈনদে। মতম নত্তরবম্ন মজাঙ্গৈবুংঙোগী ময়াথঙ থাকুর বামিনা লাইথোং হাঙদোকই। মরুপ অনীমক শ্রীঅমুপ প্রভুগী খোগল থাপ্ন ফঙনৈ। মহুবু থাপ্ন য়েঙলুরগা, নাঙ্গৈতোম তাহৌরবা অচানবা অমুবনা খল্লি 'মিতম্বান মঙোন্দ চংদুনা পোকলুবতনী মীশক অসিমক্তি লৈজদে মরান ঈফমদা।'

অমুক্ত চংদ্রিবা হিঙগোল অচোব মনুঙদা অহঙ্গাও চংলকই। লৈন লৈন য়েঙই অহুগা মজাঙ্গৈবুংঙোগী রাহঙ রাহঙগী পাওখুম, মহুন্ন অদুম্মক পী। অচোব উজ্ঞাওশিঙ হোই, উরিরৈ পাম্বৈশিঙ হোই, অশুকপা মফম লৈ, অদুবু উমঙদী নংতে। লৈশিঙনা শাৎলিবা মফম লৈ, নাপী-না থল্লবা মফম লৈ, য়েঙবদা নাংথীরবা অপীকপা অদুগা অচোব ঈশী-ঈকোনশিঙ লৈ। চৎনী। মচাঙ্গৈবুংঙো না থিল্লহুনা তাক'কুম রারী খুদোং মকৈনা হায়

"ঈশী'ন থল্লবা মফম অসিদা হন্দক মরক্তি ঈচৌম্নাও, মহাক্ল হেক হেক ঈরু-ঈপাল লাঙলক্লে"

চপ লেপই।

"মহাদী অকবা রানী মজাঙ্গৈবুংঙো। ননাই ঈচন মুপী অসি অমা মৈশা খুজোন মমায়, শম্না-মকৈ কোকচরকলম্লগনি"

"অহুম থম্লি" মজাঙ্গৈবুংঙোনা চিঙনদা হায় "অহুম থম্লি, অহুবু ঈচৌম্নাও, খনবতনি ঐ করিস্থ হায়রবা ঙমগদবা নৈতে। ঈতাও মপুরোই-বহুমা শোল্লবস্থ শোম নৈরম্লবদি পেনগদবনি। ঐগী নীংব থুঙগদবনি।"

"অশেঙবনী মজাঙ্গৈবুংঙো—"

"মহাক নৈখিদরে হুজীক, মহাক ঐগীসিদা নৈগনি নীংদে।"

"অহুবু, কাওবীবরা মচীন থোক্ল, মখুৎমক্ল, কনা নৈত্রবী অসিবু—"

"শিম্নরমখি—" মরক থংলকই মজাঙ্গৈবুংঙোনা "শিম্নরমখি, রাশক অহুগীদমক্ত অহুমমক শেম শারি। অহুবু নচন মুপী অসিনা মফম অসিদা লেমহৌরবা মপুন্না লেংদ-হাইদা লেনঙ্গমগনি হায়বসি থাজদে ঐ—"

"করি শাহুম ফঙবীবগে তাকপীরিবসিবু মজাঙ্গৈবুংঙো?"

"শাহুম!!" মজাঙ্গৈবুংঙোনা রাখন ঙহাক তৌই খুমগদবা করিনো হায়গুম। খুমলকই। "থোইদোকপা ফঙদে ঈচৌমাও ঙসী কাওবা নৈরি। চানি-থকনি থংলমদবদগী থংলক্লে, ঈরু-ঈপাজ লাওলক্লে। অসিতনি ঐন থংব।"

অমুবনা অহানবা খূদোং পুশল্লকই। অহুগা মরুপ অনীনা চিঙ-মিন্নৈ। অমুবা মচংখি। চংখিবা মনাই অচানবা অমুববু য়েঙলহুনা মজাঙ্গৈবুংঙোনা হায়

"ঈচৌন'নাও য়েঙবীয়্যু মহাক অসি নহুনা নৈরক্তে ঐগী মীওইবা ওইবা লোম্দিম্নবা মীশক অমত্ত। ঐগী হৱাওবা থংই মহাক্তনা অহুনা কোংদোকচফমস্থ মাগী মফমদতনী, ঐগী অরাবা, মহুস্থ মহাক্তনা থংই।" মজাঙ্গৈবুংঙোনা মখা তারকই "অহুবু মতম থরা অসিদা ঈচৌম্নাওস্থ ফঙজরে ঐগী মরুপ ওইনা। কায়নগুমসি"

মজাঙ্গৈবুংঙোহু থমোঙ্গৈদা রাফম থরা থম্নঙ-থরোংনখিগুম রারোই-ফম রাফম তাঙফম চাদনা রাঙাং লেপখি। মহু অহঙ্গাওনা থংলহুনা—

"ঈচন অসিনা লৈরিমখৈদা লাকচনি হেক হেক। মরূপ মপাং ওইনখ্রবা হায়রবসি মৈতৈ মচা ঐখোয়গীদী পুন্সীগী লেংত্রবনী।"

"মহাক্ন লৈত্রবদা মকমসিদা, মহাক্ন লৈখিবা মকমহুদতা মচৎ-পীগদবা।" মজাঈবুংঙোনা থমোঈ শোক্ন মায়থোং নুক্ন অহঞাওদা বাকৎচবগুম হায় "মহু থমোঈ কনবা মরূপ অমগী লমচৎ ওইগনী তৌবীগনু—। মহাক লৈত্রবসু, লাকউ হেক হেক ঈচৌম্নাও—।"

"করিনো ভাকপীরিবহু মজাঈবুংঙো? লৈভ-সুঙদা থোকলক হায়-জবদি শিখি-নাখবা থোকলকপগী বানী" অহঞাওনা হায় "ঈচন অসিনা কৈদবু লৈরুগনী, মহাক্ন কনাগী মশাই শাইগাও তাওহুনবু লৈনীংলুগনী মৈত্রবাক অসিদা।"

"করম্ন—।"

"মফম অসিদা ঈভাও মপুরোইবা অহুনা মপুন্সীগী অরোইবা মীৎকুপ্ত থরম্লবনি চেৎন-চায় শিন্নহুনা। মকম অসিদগী চৎখ্রবা হাক ঐগীসু ঈচন নত্তরে—।"

"ঈচৌম্নাও"

কৌবরুনা মজাঈবুংঙো থোনকমহুদা উখোং লুহ অভাংশিঙগী নাক্ত, অমুনবা উহৈনা কেল্লকপগী থোঞ্জেনগুম, হয়াওনীংঙাই ওইবা থোনকম চেল্লি, অহুবু মীৎ তাঙলুবনা, খুনঙমদবশিঙদা থোঞ্জেন্দুনা অবাবা পীরুবা শক্তম অহুসু চেল্লি। তুমীন লৈখি। ভহাক হিঙ-গোল অচৌব মসুঙ ঈচৌক্নবা লৈনখী।

চান্বীদা সুমীৎ অহু মীৎকী কক্ন অমস্ত কুপ্ত, বাখন অহুনা ওৎপী-নৈবা লৈরক্লে। অহঞাওসু অহু মভায়। অহুবু থৌদোক অসিদা মহাক্না চাওরব খুম্নান-থৌরাঙগী পোৎচৎ লৈ হায়রবসিমদা কাওদে। কাওহৈব বারী নংখিদবননি। মীওইবনা পুন্সীগী অশেংবা মমল

খংলকপগী ৱারীনী। ৱারী অসি পুন্সীগী মমল খংদবশিংদা থক তাহনবা য়াবা ৱারী নত্তে। অহানবদা অহঞ্জাও মশামক ত্তিনশীংনভাই ওইবা হওগোই-তুগোই খোংগাওনীংঙাই ওইবা তমথীবা ৱারীনী খনখি। খনখি অহুবু মতম কয়া কুইন চংখ্রবা ৱারী অহুগী অশেংবা মঙাল অহু ফওনম হোৎনবদা। ৱারি অহু তংশওনা মঙাল ফওবগী ৱারীনী।

"কৃষ্ণগীনো ঈচৌন'নাও পলচৈদবা ৱাহৈ ঈচৌন্দ পনবীবা হায়রৈ-দবা ৱাহৈ ৱাভাংনবীব—মহু ঐংাক য়াবা ভগ্নোই।"

অসিনী অচৌন, মতম কুইন লাংলক্লবা মাগী খোৱাং অহু চান্নীগী মপুৱোইবা অহঞ্জাংদা চেকশন-খোমজন ফোংদোকচখিবা মতমহুদা তুক্কচবা উৎ অহঞ্জাওনা য়াখিদনা হায়খবা ৱাহৈশিংডু।

"তপথবীখো ঈচৌন'নাও"

"তপথবা!!" অহঞ্জাওনা হনবা কৌব সৈগতনা য়ানীংদবা ফোং-দোকখি "তাইবং অসিদা চৎকদবা ঈৱাল-নৱাল ওইগদবা ৱাফম অহুদা তপথবনা পুরক্কদোরিবা কারি অমুক? ঐগী ঐগী লোঈনবীবু, ঐগী ঐগী লোঈনবীবু ঈথুং ঈথুৎমক্ক লমলানবা মকাদা ঈশা থংন খুৎশীন্নখোকপা। মহু লংজবগী মশক্নী। মুপীমচা অসি তাখিখোক ঈচৌন-'নাও—নংবু মীওইবনি খনখরবোই—।"

ৱাফম অসিদা অচৌ য়াদবা তৌখিদে। অরোনবা থমোঈদা শীন্নাথ থমোঈগী পি, কায়নবগী শেংনবগী। লমদ তানশগ্নি পুকশেঙজবী মপুন্সীগী। অহুবু অচৌন চীনবান্দ মশীন-মহাও পক্কবা অমুনবা চাহৈদবা উৈহেগুম, মচাক য়াওদনা কওনা নোকখি। অহুগা ফোংদোকখ্রবনী।

"ঈচৌন'নাও মজাঈবুংভোনা ঐগী থানিলবু তশেঙনা, থমোঈ শেঙনা মুঙশি। ঐহাক থংই।"

"অহুদি মহাক্কী থমোঈগী মৱমচৎনি। ঈচন থানিলদী অহু-গুম্বী নত্তে—।

"নত্তবা অহুনবু ঐগী থাবিলনা য়ুম অহু থাদোক্তুনা চেন্নকপনী"

"অহুগা মাগী মথুংত থাবিলবু !"

"মাম্মি—" অচৌন ঈচং থোন "মক'পা শিন্ননী'ই। মাগী মফমদা লেমহৌরবী মাগী পুন্সী লেন্ন'হৌব' ওইসনু লেপ্ন ভেমশীংলবনী। রাকম অসি ঈচৌন নাও, ওসা খোনফম নীক্ত থবোঈগী কিজং চান্ম ফি-হাইদোক্ক ফোংদোক্লবনি নহাক লান্ম থনথিগনু। ঐহাক্ক তাইবং অসি থাদোকখ্রগা মহাক্ক, লম্বীদা লমথাংদ ভাওন-ক্কৈন চংহৌবদু লৈচৌলগী লৈবাক্ত ঐ য়েঙওন্লোই! ঐ, লায়'রি ঈচৌন'নাও নহাক য়েঙঙমগদ্রা? ঐগী খ্বাইদগী পামজবা পোংশক্তি ঈথুংতগী থাদোকলমদাই ওইরক্লবদা, শীম্নরম-গদবনি পোংশক অহুবু খ্বাইদগী পামজবা মীশক্ত। মহুতদা ঐন মশক থোকহল্লরম্বগুম, পোংশক অহুগী মশক থোকহোগদবনি ঈচৌন-'নাও। মজাঈবু'ঙে কনানো ঐ থংই। মহাক করম শাজংনবা মীশক্কো ঐ থংই। মহাক্ক ঐগী থাবিলবু কদোম্নুঙদা শেন্নাম্নবা লম্বীদা পুন্সীবু চিঙল্লুনা পুরোই।"

অচৌগা লেপ্তুবা রাঙাং অসিদা করিম্ন খুম্বা ঙমখিদে অহল্লাও। চুম্ব!! মহুস্ন থংদে। লানবা!! মহুস্ন থংদে। অহুবু রা ঙাংগনী হায়বহুমদি থংদবগুম করিম্ন খুমখি-হঙাখদবনি। অচৌন মথ, তারকই—

'ঐ চোম্হুনা তাইবং অসিদা হিঙখিগনি হায়বসি—" অহল্লাওদা অচৌন মথা তানা, মরৌ চেন্না হঙলকই ' হিঙাখগনী হায়বসি থাজবা পোকলিবরা ঈচৌন'নাও?"

অহল্লাও করিম্নুঙগীনো থল্লি। খুমদে।

"খুম্নরোই। মহুস্ন থংই ঐ।" অচৌন মমল করিম্ন য়াওদবরবনি থল্লুরবা পি, পনথিঙবা ঙমহৌদনা শীন্নৈ। অহাম্বনি থম্ন থৈদোকপ্রবা থোজেন্ন অগাক্করকই। অচৌন ওম্নমক নমথরহুনা মথা তারকই "ঈচৌন-'নাও ঐবু থাজৌ। মহাকপু ঐ রাহল্লীংজুদবমনি। তাইবং অসি

য়ায়া তমথীবনী। য়ায়া তমথীবনী, ঐ থংই, ঐ মৈত্রবাকতা কনা লৈত্রবী অসিনা মৈত্রবাকসিদা করম লেলহৌ-লৈহৌগনি হায়বছু। লৈকোন অসি অশাংপী লৈন য়োমলি। অহুনা পামজনা য়েঙহুনা লেনবনী। ঈমীংন নোঙম-নে'ঙমগী মমশল্লকই। মীংতাংব ওইরকউ ওয়রোইকো থন্দুনা লৈকোন তুম্ন-নৈন থদং-ফোঙদং মাংহল্লমগদবগী শরুক শিমরম-গে থনববী, মপুন্সো চুপ্প লৈকোন অসিবু শংহৌ-য়েঙহৌগদবা মকমদা। অহুনা ঐন হ.য়্রজবনি নহাক্ক য়াবীয়ু। চংপীয়ু নংন মনাক্ত অদুগা ঐগী থমোঙগী ব্রাকম অরোনবা খুদীং অচেংপ থমোঙ অমগী লকাগী লকান্নুঙ য়ানবা তমবীরুচো নংন।"

অহুদগী অচৌ লৈচৌলদা য়েঙথরে, তিয়াদা য়েঙথরে—। য়েঙহুনা লৈথরে অহাংব কোব শরুক্তদা। তাবতা, থঙলে অহজাও। কৌথোকখি থংহৌদে।

"ঈচৌন'নাও।"

অচৌন অহাংব কোব শরুক্তদা য়েঙলহুনা খুমই

"ঈচৌন'নাও"

অদুদগী করি ওইবা তাইবং। শুপ্পগী চৌকখিবতনী।

অহঙ্গাওনা অচৌগী অপাম্বদা অয়েং-অরাক্লদনা মদোম তানা তানা রাথল কোংগায়, কোংগায় কোংগায় কয়া'ম থনথরে। অচৌগী বাকম'সিন চুম্ব অহুগা লানবা, চংনবা য়াবা অমস্তুং য়াদবগী মরমদা থমোঙনা অদুগা থমোঙনা চঙ ফঙজনা চান্নজবা মীশক অনীনা লোঙনবী অদুগা লোঙনবা ওইনা পোকমিন-পানমিন্নরগা, করম, থৌমাং আসিবু তগুপ-তরাই অয়েংনদনা খুত্তুং ইম্নকম ওইবা? মখুংমক্ল মীতোপ খুংশিন্নথোকখিবদী মংওই-হাওইথরে। মুঙশি খোংথাঙ্গ শয়াগী মকৈ খুরৌ থাগুলবা, অতুদা, থাংচুম পাঙম্নদনা শরী পন্নোল লোয়্নলা থরায় খুংশিমনা থামিম্নখিবা তাক্রী। থংই। অতুবু থহুরুউ

অহঙ্গাও মরূপ লাইবক চাওজবসিগী বাকং অসিদা থমোঙ্গৈনা নোঙময়-নোঙমগী অস্থম তোঙশন অশ্থম তোঙশন মীচং খুংপু ওইরক্লে।

অচৌন হায়খি, খোনকয় হীকচানা—

"ঈচৌন'বাও, খল্লু, মহাক্কী কনা লৈতে। সিমতং খংবীয়ু, ঈমীং অসিনা মথরায় পাল্লিবমখৈদৌ উত্তম-য়েঙ্গমলোইদবা তমথীবা শক্তম্মী ঐনা খোকহনগে খয় খৌরাংলিবসি। ঈশানা খংই। অদুবু ঈমীংব মথর'য় পান্দ্রবা মতমদুদদি, শক্তম অদু খোকহৌষদ' করি কহা মাংনঙাই লৈ। অদুনা, বাজবী মপুন্সীনা পালহৌশনু করিনো শক্তম অমা লৌরদুনা মনাক্ত। নংন ঐ কৈত্রব মতম শীলহৌ মক ভাডনা পাজহৌনবা।"

অদুদগীদী অচৌ, মমায় মায়থোংদ ঈকা-ঈহৌরকতৈ মীওইবগী ওইব। মচেং তারবা বাখন খুদীংন পুনশয়ব। ঙমদনা মচেং মচেং ঈকারক মুপা থোক্ল, মায় থাং ঙাংন, থমোঙ্গৈনা চীক্ল থাংগ্রবনী।

হুজৌক্তী বাশক খুদীং ঙাকপা তারি। মজাঙ্গৈবুংঙো হায়বসিনা করিগীনো খৌরাং কোংগায় লাংথিবদু? খংই মদু তেমথেঙ ফঙনা মুঙশিরুবগী খামঙমদবা খোংথাং হায়বদুনী। থমোঙ্গীগী ওইবা, মদুস্থু, লকাগী লকা, লকামুঙ ওংব মুঙশিবগী শারৌনী। তাইবং কনাবা লমখ্রৌরকতৈ থমোঙ্গীগী শারৌ খৌওইদনীংঙাই ওই। মজাঙ্গৈবুংঙো, অকবা, মরান মচেং পক্ত-লংজদবা মীশক্সী। অহঙ্গাওনা খংই মনাক্ত পুন্সীনা লেল্লগতদ। খাম্বিল মীপান তাওদ-হৈন পানঙমগনী। অদুনা বারেপ তাই থমোঙ্গৈদা।

'ঈতাও—নংব থনখিবা মতাগী লম্বীনী।'

ঙমমক তারে। মপুরোইবা ওইবা মরাহৈ খুদীং তাজরে অদুবু কপচবতা থঙই চাম্বীদু। কপচবদা। কনা নত্তবা মীরান ওইবা মনাক মতানা করি মায়কৈ পাঙনবু য়েঙদুবা লৈরুদবা? য়ুম্বানবন্থ নত্ত। য়ুম্বানবা! মতা খাম্বিল মপুরোইবা অচৌবু থমমুঙ-শবানথরে খন

মীতোপ অমদা মশা, কম্নাংনু-হক্ক. তোঙনা ম্নানা, হকতিন-থাদিন য়ুম্বানমিন্নবা! তৌনীকচে চাম্বীনা, ওইদে ওইদে, ঈতানবো পুন্সী অসিদা—।

অথেংব! তাঙলোনরে অহীং। অহুবু মীংকী কক্লা উইঙমজদে চাম্বী, তৈথোকই মতা মহাকথ' মোল্লা' চোংপ মমীং মীংলুদগী পি—। হঙদ-হৈদ ভমলক্করে। মপুরোইবা অহঙ্গাওদা হঙৈঞ্জে

"অহুবু ঈতানা ঈমু' অহুদা করি কনানি থন্দুনা নৈতা-মুঙলেম্নবা নৈগদৌরিবনোনে তাকপীরিবহুবু। মুঙতাই য়াইকৈ অসিরা?"

"নম্তে লনগী য়ুমগী নত্তে" ঙসীদা অহঙ্গাওসু অচৌ ওইরে খুমই মঙালগী পাওথুম "হকচাং কম্নাংকী নত্তে, ভম্নমকী নৈথা চম্ন নৈগদবা নম্তে।"

"অহুদী করি করম?"

"ঈচন, নতা থানিলনা নৈগনি থমোঙ্গীগী মরী অমগী মথাদা। থংলখরা, থমোঙ্গীগী মরীগী লমদমদা য়াম্ন চাওই। য়েঙবদা পনথৈ লোম্নরোই থনবা চংল চংলপা হেল্লী, পঙথৈনা লাপলম্ব।" মামা তাংলি-ঙাংলিবা খুদীং চাম্বীনা লৌশনবা ভমলি-ভমদে অমত্ত থংদ-য়েঙদা অহঙ্গাওনা হঙ'গুম হায়রকই "মঙ্গাঈবুংঙো পুকচেল শেঙদবা, সুচশি হৈতবা মীশক ওইনা থন্নুরবরা নহাক! মত্থু থনগন্থ।"

"মহাক ভমথৈ নৈতনা মীন্নুঙশি থংব মীশক ওইরম্ব য়াই"

"য়াই নম্তে ওইরমগনি" মথা করি? হায়য়ু 'সিনী।

"ওইরসনু—। অহুবু"

"অহুবু! করি?" মুপা থোকই রাহঙহুদা।

"মহাক নহানি"

"নতা থানিলম্ব"

"অহুনবু হান্নজবনি"

"অদুমনি থমোঈগী লমদমদা মথোয়না লৈমিন্নগদৌরিবা"

"করিনো ?" পাথৎচঙুমই "হায়হৈদেদা, চৌনবু য়াবু কেনদো' য়াঙবু। নচম্নী। নথোয়-ঐথোয়স্বগুনী"

'চাম্বী" থোন অদু কল্লি। ভাংন-শানরম্বা য়াফম থুবাক চপ্প-নিন, লৈথাম্নগুমই। অদুবু থমোঈদদা ফাওরে হকচাংবু নীকহনবা ঙস্ব তমঙমদবা মুঙশিব য়াথন। মুঙশিবা য়াথন।

অনীমক ঈচাক চাকশম্লে।

মপুরোইবনা মীৎত উই শক্তম কয়া, চাম্বীমা উই শক্তম কয়া কয়া। অকক্লবা শক্তম হায়বদুদা লাকপীদে থক। মশ্বিঙই শক্তম, মরাঙই শক্তম অশেঙবা তাক্কে থক অচৌ না চাক্লে। কনা লাইরা হৈবানো চাকচজবা ভাওলোবু মহোশা মনাৎ থুগায়বা ঈরাও-ঈনিল নাইদুম। লাংহন্নগনব। অচৌ ওইবা শক্তম ঈচাক্লে অহৌ চাক্লে।

ভশেঙবনী। পাইথ্রবা লেচৌলনা পাইখিগনী। পাইখিগনী অপ্পম অপ্পম মকে মনব শাওয়াদ, কৈদনো তাকঙম-থিনডমদবা অভিয়াদা। অদুগা নোঙম-লোঙমগী শক্তম অদুন মীৎয়েঙদগী মমি শামখিগনি। অদুগা অঙ্গোপ্প লৈচৌনগী শক্তম মপৈ অমগা অমুক তাইবং মীৎয়েঙনা নকশন-চানশন্নহোগনী। অদুবু চাম্বীগী অরোইবা মরাহৈ অসিনা অহঙ্গাওদা তাকঙমদবা অচোবা শাফু অমা পীরবে।

"চুম্মী" অহঙ্গাওনা চৈনা থুদৌ চৈফ-চফুম থাংন হায় "অদুবু মথোয়গী লাইবক অসিমাক্তু থোক্তেদনা নংগী ঐগী পুন্সৌ অসিদা। য়াথন মাওনা থনগনু—। য়েঙসি করি থোক্লবা !!"

লৈতে। মসিলগী হেন্ন ভাংনফম লৈরক্তে। মরীক ওইবা য়াথনগী লঙজীন অমতঙদা উবগুম কোই মথোয় অনীমক্ক, মহুদি, থানিল মপু-রোইবা নীংজবা পুকশেঙজবা লাইবক চাওজহোবা অমনা অহুবু, লৈরে

মাগী থম্মোইঙ্গনুঙ মঙাইবুংঙোগী খুঙৌন মমায়গী লম থরক্তদা। মসিমদী য়াদৈ চাম্বীনমু অদুগা অহঙাওনমু।

ঈথং থংহোদনা নোঙমা, অঙনবা, শীম্বা ফাওবা মপুং ফানা লোইগ্রিবা অঙনবা অয়ুক অঙদা লৌশংবী হোবে হোবে চেল্লক প্যাও-বুরকই চাম্বীদা থানিলগী পাও। লাক্তবা য়াদে। লাকমীম্নদবা য়াদে। অসিনী। মশাঙুবু কমদৌবা? নাবরা-মেকপরা? পাওহঙনা হাম্লি চাম্বীনা। ঈপা পাথংচৈ মশাঠু মতা তুশোঞ্জবী মহাকথং। করি থোই-দোক অনা অরেক য়াওদে, মহায়। করি রাবু লৈব, নুমীৎ অহু অহঙা-ওমু চাম্বীমু ময়ম ঈথং থন্দনা চংকদবগী শেম-শানৈ। মতৌশিঙহু উরকঙৈ লৌশংবানা থংমৌং নীংশীংলকই, তমহৌদবা পাও, হায় তুমীম চাম্বীদা

"কাওজাহোরে, ঈবুংদৌ য়াওহনবীয়ক্তবা!!

"করি?" চাম্বীনা "মখোয়, মপা য়াওদনা!"

'হোঙ্গৈ।"

"ঈতোমত!!"

"হোঙ্গৈ"

অদুদি করি মতৌনো। চাম্বী ঙকই। অদুবু হায় মফি শেংলবা মপুরোইবদ, চীক্ক-চায়

"য়াওবীয়মু"

"করিনো হা?"

"ঐখোয় মুপী রা পইরমাম্লে ঈতোমতা চৎচক্করগে"

অহঙাও থংই খীংতংদ। ঙকই। নো.ৗং চৈনাম্ভ।

অহঙাওনা নোকহৌই। থংদে অশেঙবদী।

মতম নৈশন-থেংজীমক্লে।

মতম অহু থাকুর বামিনা শ্রীঅনুপ প্রভুগী লুক কংপ মতমনি। ঙসাইমথৈ লৌশংবী য়াওনা বারী বাতাই করি কায়-তোঙজদবদা মতম

হৌহনখ্রবনী। লৌশংবী য়াওহৈবদি য়ু'বা নংথিদয়ে তাম্নগদৌরিবা রাকম অসি। মঙ্গাঈবুংঙোদগী হন্দক মরক লাইগী লুক হেক হেক থুল্লে। মহাক্ক লাইগী লুক থুনদরিমথৈদনী কনানবু চাক চানগনি। মতম নৈশল্লক্রবদা লোশ'বীনা থানিলদা হায়।

"আ: থাকুরা বামিসে লাই লুক কংখ্রমাল্লে।"

"থেংলেনা অহৃদি" থানিলনা খুমই "মতম থেংলেবো ঈতা"

চাম্বী ঈঙক ঙকই। লাক্তবা য়াদেসু মকৌই, বাহৈ কৌবা অমত্তসু বাতাম্নদে। হুজীক্ক মতম থেংলে মহায়, অহৃগা, চাম্বী তুমীন থন্দুনা ঙহাক নৈ, অদুগ, কবিনে' থোঙ্গেন অসিদা অবা অনাগী থোম্বাংসু শম্না অমা হেক মচেন্দে।

'ঈচীন'নাও" লোশংবীনা ঙক্লীহৈ চাম্বীদা অঙক পাবোং নম-শল্লকই "ঈরু-মাইথরুসি লেংলসি"

"কবিনো ঈতা" চাম্বীনা লোশংবীগী পাওখুম পীদে। থাবিলদা হঙই "ঐদী চংলগে।"

"নত্তে, ঈতা নংবু" থানিলনা হায় "নংবু কৌবদী ঙসী, মতম কুইনগী তুঙ চাক্তোং-চাকয়েন, তমমিম্নি, চাক চামিম্নসি কৌবনী। অহৃগা চংলগে! ঙাইখে', ঙসীদী চাক চামিন্নখিসি অহৃগা চংখো।"

ই: কবি মতোনো অসিদে, চাম্বীনা হৱাওবসু হয়াওহৈদবসু ঙম্নমক ঈয়ান-য়াম্নরকই। ঈমুং অসিদা থানিলনা তোম্নম পাংলম-লিবা, অহৃগা লেল্লখলিবা রাদ-নঙত্রব অনৌব মতৌসিদা। চুম্লেদনা ঈপূরোইবনা হায়বা থল্লকই থমোঙ্গীদা। মায়থোং হাইগংতবী মতা থানিলবু তাংন তাংন মরোলনা লীশীং লোল্ল লে'ল্লত্তনা য়েঙই চাম্বীনা। থমোঙ্গীনা ঈথক নেমথরম্লবা, অহৃগা ঈথক্ক, নেমথখ্রবা ঈথক্ত অমুক তিনখিদুনা ঙম্নমক অমত্ত ওইনরম্লবা শেঙলবরানে অসিবু. হঙহৈ চাম্বীনা মদোম, হঙই থল্লি। অহৃবু ঙমদে থাজবদী শম্নাতঙসু থক। থাজবা ঙমদে থমোঙ্গীনা। নৈ তুমীন ।

লৌশংবীনা, হৱাওবনা খোঙজাঙ মনা পুংখাৱ ওল্লে ওল্লে খো-খোংবা ওল্লে, য়েঙলহুনা থল্লি, পুমহোঙ-হোঙলে। মমুম হায়বহ্‌ হেক ওইরে, চৎপ হৈব য়ারোই। চাক চাখরনি মত'সি শোয়ররোই। মতৌসিদবু।

অহুবু মাদি, ঈরু-ঈপাল লাওবদী য়াওরোইদৌরি।

লম্বী চিঙগুম চংলি থানিল. অক্লগা 'লঙথঙলন' অমুক্তস্থ হেক চংত্রিবা হিঙগোল অচোব মমুঙদা চংলকই চাম্বী। উগী পাম্বী কয়া উরে, লৈগী লৈপ'ল অহুম' হৈগী হৈংলা কয়া উরে। ওয়মক লাম্থো-রকই। য়েঙন-য়েঙনা লাকথিঙে রবু ঈকাং কাংথোক্লহোদে।

ঈশীংন ঈংন-লঙনা তুম্ভলবা, খোংবাল-তুবাম্ব নাপী মকা হৌদবা ঈকোন ওংব ঈশীংন, লীবী 'ক-কৈদগী'ন বাবী কোংগায় তপ্প তপ্প, নাশোন নাশোন। কন-কুইন ঈকে'। হৌদ কমল্লক্তবদা চাম্বীনা হায়—

"কব্রিগীনো অহুক কৈথল কনচগুম, লোশ'বী থারক ঐবু হেক কৌববু ঈতা। চাকীরা?"

থানিল খুমদে।

"চাকী ওইরবদী ঐনহুম কোকম খোকই।"

থানিল খুমদে।

"হায়যু ঈতা, ন'ন অসুম হেক হেক ওকহল্লি ঐবু লৈশারিঙৈদগী।"

"চাক চামিয়সি কৌবনি ঈতা"

"মহুনা য়ারোই"

"য়ারোই" থানিল রাথন কয়ারক থৈহ্‌। থন্দুনা লৈরুবগা "য়ারোই। চুম্বী. ঐন নত্তবু চাক চাসি কৌব ঈতীক চাদে অসি নত্তরা? যুম আস ঐগী ঈয়ুম নত্তে অসি নত্তরা?"

"নত্তে।"

"অহুদি"

"থমোঙ্গী রা অমা রাংলী"

"থমোঙ্গী রা!"

"মাম্নি—"

হৌজীক্কী, থমোঙ্গী লমদমদা, ফৈজেংসু হাওজমদবা, নীংথীরেন্সু শীংথাওমদবা, থাবলন মচেৎ-মচেৎ লাওলবা কাম্ননো থাবল পুংফাদবগী অহীং হায়বহ ওইরবে। মীংকী পিস্নু তাদে থানিল। হেদোই হেগাবস্সু পোক্কে। মরৈবাকস্সু কন্নীং, মথাদা কোনবী চাম্নবীবুস্সু থাদোক্লীংদ থোন থোন থোদবা মাল্লকডে থোংমী লালমীচুঙমথক্কে য়েঙবদা। থানিলছু কুইনা তুকশল্লুরে, হায়ররকই—

"ঐ! অকুবা পুন্নাগী তাঙফগ নাইবা রারীবু ঈতা নহাক মত্তনা কনা লৈগ্রবগে তাম্নরীংঙই"

"ঐতনী।" চাম্বীনা মমীংত্ত মপুরোইবতা মউরে। খুমই "করি অমুক থোক্লে?"

"ঐহাক থুম অসিদা কয়াম কুহনা লৈথিগনী?" থানিলনা মশাঙ্গী রাবু চাম্বীদা শিঙ্গরদুনা হঙই 'মফম অসিদা পুল্লী আসবা কয়াম কুইনা লেনখিগনি ঈতা?'

"মতম চুপ্পগী?"

"করি হায়রবা ঈতা!"

"ভাচৌন, মখুৎমক্ক শিন্নরম্নবনি"

"কনাদা?"

"মজাঙ্গবুংজোগী মফমদা"

"লমদম লমদমগী মীশকশিঙনা" থানিলনা মরী লৈন-লৈনদবা থিদনা ভাংলী-ভাংনাবা ভাংলকই "লৈকায়-লৈকায়গী মুপা মুপীশিঙনা অহৌং মুঙথিল খুদীংগী রারীনরম্নগনি—"

"করি রারী?"

"ঐগী ঈতৌ অসিগী ৱারী। কনাগী ৱারী ওইগনি। লৈবাক অসিদা, হৌজীক ঐগী ৱারী নত্তনা করম্ব ৱারী লৈগনী। ঐ মত্থংই, অদুবু থংদবগুম লৈরী। করি থোক্লহুনা ঈপুরোইবা লৈত্রবী ঐন ঈমুং অসিদা অচংব মীশক অমা ওই অশুম লৈকম থোকলিবা। ঈপুরোইবনা ঈমুং অসিদা ঐহাকপু শিন্নরমম্বি লৈবাক কনাবা থাজবগুমগনি।"

"থাজত্রগা করি মাংব?"

"য়ুম্বু অসি য়ুম পান্ত্রিবা মীশক্নী"

খিস্তুভদা ৱাফম অদু ঙমখৈ থেঙই। হঙগোইবা ৱারী অদু মক মমা' মমাংদ চপ লেপ্লে।

"ঈতা—" থানিলনা মতাংদা হায় "ঈতা ঐহাকপু চিঙনবীগম্নুকো ৱথোয়না, ঐহাক শাগোম্নজরি, ঐগী হকচাং মাংই থরগম্নুকো।"

ঙসীদী থানিল থমোঙ্গ শোকপা ৱাহৈ কয়াসি ভাংদ্রনম্নু মীৎকী পি তাদে। খোঙেন নীক্তে। শক্তম অদুনা তাইবংগ মায়ওক্লবী ঈচং থোৱী শক্তৈম্নে।

"করিনো, কৈদনো ঙাংলিবঙ্গ ঈতা—। কনানা ৱংবু লমচৎ হোঙলে ঙাংনরে। পুম্ন লেমিন্নরে থমোঙ্গ হেক তোরোননি, হকচাংন হেক হকপক্লনি হায়বা লৈবরা?"

"লৈ। লৈপাক্ল, লৈতববু লৈহনগনি। থংই।"

"ৱত্তে—" চাম্বীনা হঙই "মজাঙ্গবুংঙোনবু করি হায়বা লৈবা?"

থানিল খুমঙমদগুম তুমীন লৈ।

"ঙসী ফাওবা, মশক, উগে ফাওবা কঙদে" থানিলনা খুমলকই, পুমওন-ওনবা শক্তমদা, "মনাই অচানবনা হেক হেক ঈতৌবু য়েঙবগুম লাকপা উই।"

"মহাক্ল থারকপা ওইরিনি"

"মহুমক্কী থল্লি" থাবিলনা খুমই। অহুদগী কোংদোক হায়দোক-নীংদুনা মতাবু কৌরুব্রিবা রাকম অদু মচীন কাংলকই "ভরাং অহীংনী ঈতা।"

"করি থোক্লুবা—"

"ঐহাক ঈতোমতমক, হীপণ্ডম তুমণ্ডমদবনা চৎলি, অভিয়াগী থা থোরানমীচাক অমদী লৈচীন, মথোয়বু রেুভন-রেুভনা লেনখি—।
হিণ্ডগোল শীল্লো হয় হয় চৎপদা।"

"কদায়দা?"

"ভুমাংদ"

"লোশংবীদী"

'রাওদে। মহাক ঈমুংদ লৈহোই।"

ফোংদোকলসিরা কয়ারক থম্বরবস্থ ভমদে ফোংদোকপা।

"কদোরবা চৎলগ—?"

"নীংথীবা ফিজেৎ শেৎতুনা থোরকই মহাক। ঈতা, অণ্ডকপা মতৌ অমদা মহাক্ক অহীংদ থোরকই মনাই অচানবস্থ য়াওদা—"

ব্রারী অসিদা কবি মতাং তাণ্ডফমনেঃ? থল্ল চাম্বীনা ভানা ভানা—। মপুয়োইববু উরকই মীৎত। চুমদোরমল্লে। চৎথিবনি। চৎথিবনা চৎথিবনি লৈহোবনা লৈহোবনি। শোয়ররোইদনা সিদে, অদুবু থজবদি ভমদে হায়

"মীনা অহীং হকচীং লাণ্ডবু অণ্ডকপরা?"

"অণ্ডকপনী—"

"কবি তৌরদনা—?"

"মহাক্ক থোনা লৈখ্রবগুম ঈনাক মায়কৈ তম্ন থোংথাংল লেপ্তুনা থাণ্ডলদুনা চংশীল্লকইথি। অদুগা ঐদী মতৌ অহ উরকঙে থোংথাণ্ড অসি চপ লেপথরেদো।"

"কবি হায়নীংলিবা মাদী?"

"থংদে" থানিলনা খুমই "থংদে হায়মীংলিবনা করিনো হায়ব-হুম্ব। ঐখোয় অনীমক খোংথাঙ কোদ থাঙনদা অহোংদুদা খোংলেপ্পথি অশা—অহক শক্তম শক্তম ওইনরম্ভুনা।"

"করি-করম অমত্ত হেক হায়নদবা"

"হায়নথিদে। অহুবু চপ খোংলেপ্পাথবহুনা ব্রাহৈ কয়া হায়থরে হায়বসিদৌ থংলে ওসৌ।" থানিলনা হায়রকই "ওসৌ অওনবা অয়ুক্ত থংহৌদনা মনাই অচানবা থারকই ঈনাক্ত অহুগা হায়রৈ চেকশয়"

"করি হায়না—।"

"উননবা। ঐগা উননবা মতম থারকই।"

ন্মুকথথরে থানিল।

ওয়মক থংলে। চ স্ব', ওয়মক ডরে শং-শং মীংতা। য়েন্নীং থাজংব হেনৌনরকপা, লৈপাল-হৈপালনা মতাকপনী। কুমদম নৌন হৌররে, অহুবু করি শাম্ব ফঙদবী মতৌ শাঙ চাম্বীনা হায়

"মুঙঙাইবা ক্লৌনদে ময়ুমদা লেমিন্নরগা অমুক্তবু শকথেঙনদবা কৈদগী মুঙঙাইগদগে। লৈমিন্নবা হায়বসিদা সেগ-মাইগা ব্রারীনরগা মুঙঙাইনারিবান। হৌজিক্তী মহাক, ঈতা, নংগী নফমদা থাঙ্গনঙৈ মীতোপ অহু নত্তরবনী।"

"শকয়েং-মায়থেংনৌ। 'সিরা ঈতা?"

"মান্নি।"

তুমীন লৈ থানিল।

"করি থংহনথি নংদৌ" চাম্বীনা ফঙলকই "করি খুমথিবা মনাই অচানবা মফমদা।"

"করি থংহনথিবা লৈতে।"

তপেঙমমক, থানিল, মশাও পাওবুরক্তথিবা মনাই অচানবা অমুবগী মফমদা করি থংহনথিবা লৈতে।

রাতামগে কৌরুই। করি রাবু রাতানখিবনো খংদবগুম লৈ। মতা চহীগা মতা মপুরোইবা অহঙ্গাওগা ·সুমিদাঙরাইরমদা ময়ুম মুমহন্নখিবতু হরাও-তয়াম্বা শকুম অম ঈয়াও য়াওনখিদ-চেম্নখিদবগুম উহোই। করি য়েঙহুনা কৈদবু হরাওকম থোক্লঙাই লৈ, থানিলনা মদোম তাহৌডৈ তুমীন খন্দুনা লৈ, ঐগী পুন্সীনবু, তাইবং ওইবা কনাদা, হরাও-মুঙঙাই পীরম্ব,ভমলমগনি? খম্ন-খম্ন ভং তাদবা মরাখন পেংম-ফ্রিলক, মশক মচু থোক্তুনা মুদাঙনা থোংজেন য়াংশল্লকই।

লৌশংবা হায়রবীহুনা ঈনাক্ত লৈরদবা করিগী? থানিলনা মদোম পাওহঙলকই, করিগী লৈরদবা? অদুগা, কাতুপ অসিগী থোং অসিনা লোনশনদবা অসিনা করি থোকই সাংলবা থোরাং? অহৌং হায়রহুদি ওইরে। অহৌংসিদা!!

খলকই-। কাওরুরবা মরম থুগৈং। কুইবু কুইদরি মনাই অচানবনা অনীরক তোঙ্গনা পাওহঙলখিবতু।

"ঈবেম্ম—, তাইবং মী মশেম্নি, লৈমন-চামিন্নরে। অয়ুম্ন শকথোং মায়থেংনদা পৈমিন্নবাসদী তৌহৈদে। মরী মতা নত্তে, অতুক হঙগোই-তুগোইকদে মরুপ ওই মপাং গুই, রারী রাতাইমিন্নবা করি কায়দে। মজা ঈবুংঙো অতুক মীপুঙশি খংদবা নত্তে" ওস্থোক্র শাঙনা ভাংখরবনি মনাই অচানবব -'ঈবুংঙোনা শীন্নারমহই মথুংমক্র, রাশক রাশক কয়া অমগা লোঙ্গননা রাশক অতু ডাকচনীংবনী মজাঈবুংঙোনা—।"

চুম্মী। খল্লি। খয়োঙ্গদা। পাওথুম্নবদি লৈতনা।

"অদুনা—" মখা তারকই অচানবনা "মহাক্ল কোংদোকনীংব কোংপায় কোংদোকলসন্তু, তোরো-খোদা পৈসিন্নবা ফৈ।"

থানিল থুমদে। অদুবু মওং-মতোদ খংবগুম মনাই অচানবনা নমফু-হাফু রাতেমশল্লকই "কাতুপকি থেং হাঙদোকপীরম্মু ভসোদী রারী রাতাইমিন্নৌ"

অদুগা, চংখিহুনা অচানবনা মজাঈবুংঙো করি খংদবদা হায়রকই—

"উরবীগদবনি—"

"মচু ওইথোক্তে—'য়াম্ব "

'অচুদী, মতৌ করম করি থোক্লদবী সুপীমচা অসি মকম অসিদা চোঙ্-পম্ব লৈঙমগনি ?"

"মচীনমক্ল শকথেঙনসি হেক মহায়রকপ।।"

"থাজবীত্রগা লেংবক্ল কাতুপ-থোং থোংহাঙলগ থঙনবীগনি—। অহীং অসিদা ডাইরমগনি—।"

হায়নরীবা রাফম অসিদা মজাঈবুংঙো ঙমদে থাজবা থক। অহবু অচানবা অমুবা হায়বসিনদী থমোঙ্গ তেঙনা ভমরে পাও। উনীংবনা লোইবা শক্তমনি। অচুবু করম অহীংদ তমগনি ঘুপী ওংবী কাতুপতা। থক্ল মওল মওপ।

মতম কুইনা, তুমীন ঈচাক্লনা বাখন কোংগ'য়'মগা লাম্বেঙননা লৈক্লরগা মজা ঈবুংঙোনা মমাই অচানবদ। হায়রকই

"মহাক্ল করি রাহঙ হঙলক্লনি ঐগী ঈফমদা ?"

"ফোংদোকনীংব থবা মরৈজরমগনি।"

"লৈরমগনি—। অচুনবু থাজ' মায়কৈ রাঙমা লাল্লকপমথৈ ঙসী কৌরকপা নঙবরা ?" মজাঈবুংঙোনা—কৌশ্রবা মপুক্সী মতেক নীংশীং নীংশীং মনাইদা হায় "মহাক্ল, ঐবু ঈরাগ কয়া শীরক্লনি।"

"করি মরম লৈচুনা— ?"

"সুঙশিরুবগী" মজাঈবুংঙোন হায় থোঙ্গেন নীক্ল "সুঙশিরুবগী-দমক মীওইবা অমনা মীওইবা অমদা থাংঙমদবা মরাল পীবসি ভাইবং অসিদা মহাক্ল ঐগী ঈকমদতনী। ঐ মহাকপু থমোঙ্গ পানবী অমনী হায়বসি থাজবা ঙমলক্তরে নোঙম-নোঙমগী 'য়াম্ব।"

"মচু নত্তে মজাঈবুংঙো" মনাই অচানবনা থংদ-থংল উদ-উরগুম

হায় "নোঙমা অমা, মেংঅরবা ভুশোঙবা অমা, শমজী লৈথেৎনবাহুনা অনৌবা থমোঙ্গীগী ঈচল পীবা থিবহু ; মঙাঙ্গীবুংঙোননি"

"যাম্নি মচু ঐহাক্না। ঈয়াল'দুসু মচুমক্না"

মরাগী অসি মনাই অচানবনা য়াজদে।

"মহ, মহাক্ন মঙাঙ্গীবু'ঙোগী ঈরাজনা থক থজবিদে"

"করম্ন ?"

"ঙসী লাকলৈ-লৈররিবসি'ন অচুগী মথক" অমুবনা ওইদ-হৈদ পাওথুম অহু অচুম্নমক পাওদমতুনা মবৈ "অচুগী মথক মঙাঙ্গীবুংঙোবু অমুক্তং শকথেঙ-মায়থেঙনজনা কৌয়কলিবসিনা—" মঙাঙ্গীবুংঙোবু কবি লৈথং ঙমহন্দে, মথা ত'রকই "না ঙমস্থু, হাংলব লৌবুক'য়ায় শক্তম উজ্জবতদা রাহঙ-য়াহঙ খুদৌংগী পাওথুমফম থংজদা, সুপী ওইবা অমা থমোঙ্গীনুঙ য়ুহানবা লৈজহৌখিবহু কনা নাত্ত হায়বসিনি। হৌজীকম্ন মঙাঙ্গীবুংঙোগীদমক শুম চুপ্প মপোম সুঙবাঙ বাখল পরৈরক সুঙশি চৈনা থাঙ ওস্থোক্ন রানা থাংজবি—মাস পুরমকসি, থংবা উবা-রক্লবদা মঙা ঈবুংঙোনা মহাকপু কবি কদৌনুঙ থমোঙ্গী পান্দে, তাইবং মরমচৎ ওইবা সুঙশিববু পোওইদ-নাওইদে তাকপীরম্নোইদবনি। অসি খুদৌংন মঙাঙ্গীবুংঙোগী ঈবালচুম শকপকনি। মীপুম খুদৌং থমোঙ্গী পাল্লি হায়বস য়াবীয় কাওবীগনু।"

তাই। কয়াম কুংবা মতম নাপ' শংত-হাইদা তাদুনা লৈ মনাইগী বাকৎ কোংগাবহু। অচুবু, মঙাঙ্গীবু'ঙো, থমোঙ্গীনা চুংশল্লু ঈয়া য়াদ'ঙম মঙক হাই—।

"তেঙবানবগী মীওই খুদৌং থমোঙ্গী পানবহু ওইথ্রসনু। থমোঙ্গী পানবহু ওইথ্রসনু। অচুবু, মহ কপুদা" মঙাঙ্গীবুংঙোনা ওইব-নাওকে—নজবঙ্গ মনাইদা হায় "অহবু 'য়াম্ব মহ কপুদা থমোঙ্গী পাল্লি হায়গনু—থক। থক হায়গনু"

কাইৎলবা, কওলবা, অহুগা রাখন পোৎলুম পোৎথাওবদা মুপা থোকপা থোমা থম্লবগুম ভুকথরবা মজা ঈবুংঙোদা অমুবনা য়েঙই নোঙথাং শকলকউ অর'ব মীৎকী মীৎয়েঙনা, অদুবু তপ্লবা থোক্লেম হায়।

"মহাক মীওইবনি মজাঙ্গীবুংঙো"

"মহাক মীওইবনি। ঐ য়াগনি মাস্নি মহাক মীওইবনি। মহাক্ক মীওইবা ওইরম্বনি ঐবু য়াদল্লিবা। ঐগী থাজবা রাখন মায়ওক্নবা নৱাহৈশিঙ, 'য়াম্ব তাদল্লগনু ঐবু অমুক। মহাক থংগ্রবমাল্লে, মহাক, কোরৌন মখি শামলকউ মুমিদাঙরাইগী নোঙচুপ হারম ওংনবা পরেঙ লেঙবা, কানীংই কাঙম-কয়'দবা লৈচৈলগী চীংশাংশিঙদুনী। চান্নীংই চাহৈদবা তয়াল কোৎবীদুনী। চিননীংই চৌলহৈদবা মপাল ওইবীদুনী কুয়া-ওগী। থমোঙ্গী পান্দবা মহাক্কীদমক অম্বক চংশোনবা মায়াংথাং উললকপা, নোঙদম্ব কৌবদু চৈফম ওই চৈয়ু 'য়াম্ব। ঐ নোঙলম্ব কৌব মাবু য়ারোরকপা, অশুক কুইরকপা, থংদবোই নং 'য়াম্ব "

"মহাকপু অহুক মুলোন ফঙন-য়ানম্ব চৈ থাঙবীগনু। মহাক মুপীমচানী। অরোনবা থমোঙ্গীমুঙ লমথল-"ফথল তাঙ, কুমদুনা থমলম্বনু ময়াই।"

"অরোনবা, থমোঙ্গী মফম অমা লৈ হায়বদী ঐস্ত্র য়াই। অদুবু, 'য়াম্ব, অহুম থন্দোক্কুনা থমোঙ্গী অসি অমুক পোৎথ-মুঙলেম-হনবা ঙমদরে 'য়াম্ব। ঙমহৈরবোই" মজা ঈবুংঙোনা চোকথ-শক্তম চেম চেম হায় "ঐন থংলে মপোক লাঙওন ওইবা হন্নক অসিগী, মাগী মকমদা ঐগীদমক্কী থন চায়-তিয় শকনাইবা রাখন রাফুমনা লৈরম-থমলমগদবা লৈতে। মীওইবা কন্নানম্ব, কন্নি-কদোমুঙ চকশিংদে, অয়োন-অথুপ রাবু অশুক কুংনা থমোঙ্গী ওংন থমওম্নশিদে। ঙম-হৈয়োই। ঙমহৈদে। কম্ন-চেৎলবা মৈগী চীং কয়।" মজাঙ্গীবুংঙোনা

হায় "কয়া কয়া শকলোংনজমলক্ত শাংফু মৈশা কয় পোকখায়নরক্লব-শিফাওবদা খোংলবী মুণী ওইবী থমোঙ্গনা অশুক কুইবা মতমগী খোংচৎ তথা হৌবদে লোংন-ফুন্ন থম। ওইথোক্তে। মসিগীদমক ঐন কনা ওইবা মকাদা রাকং-রাচংমুগনি?"

ঙসীদী, মজাঙ্গৈবুংঙো য়ুরাও লেপই। রাথম লাহংলি। মনাইনা থুদোং লাবশল্লী। মতু, রাথন কোংশায়লক মজাঙ্গৈবুংঙো, কাওন-কাওনা চিঙই। মমাই মুবনা খোংজীন রাঙমদা মশানা চাঞবা ঙানথক চিঙচুনা লৈ তুমীন।

অহীং। থেংলকমু য়াংদে। রাকং-রানোম শকথংদে অহীং। মঙ্গাঙ্গৈবুংঙো মদোম ত না লৈ কাতুপ 'মুঙদা। কুইন-কুইনা কাম্নরকঙৈ করি মায়কৈ ঙংবদগীনো উচেক থোঙ্গেন তুশোঙ্গবী অমনা ভায় ভায় খোঙলকই অহৌংহু। অহুগা লৈকোন মাইবা কৈরক-শেলুংবশিঙগী হিঙংগোলগী লৈকোন লৈকোনশিঙংদি লৈরাঙশিঙনা, কৈদবু য়েঙহনবো মথুম-মরাং হৌনপ্রবনী অহৌংহু। অহীংহুদা, বারকশিঙদা হৈমুন্নবা তরাল-শিঙনা অঙাংব য়াইগী পায়ত শক্লে। অহৌংহুন', ওম্বোক্ল চীকপতুনা, মীৎকুপ চাঙহেনগল্লকই মুঙশি-মুঙওম্নবা রাথম। অহৌংদ থেংলকঙৈ খোংহাঙননা ভাইরমগদোবী থানিল ওইকী মক। তমলগে থন্নক, মজা-ঙ্গৈবুংঙো, তন্দে, ফিজোল তনহোঙ-বৈঙই।

খোকখিবহু অমুবনা য়েঙহৌই!
থন্দুনা লৈহৌই
"মতৌ অসিদা ঐগী ঈমায়না থাঙম পাকপনা ঐগী।"

মজাঙ্গৈবুংঙো অথেংব তাংলো লৈরকঙৈ অহীং'হুদা রাথম ঈবৈগী কাওশীংগুম, চেল্লক-পুরকুম, চেন্দুনা পুরকই থানীলগী কাতুপ তম। লেপ্লে তুমীন। কনা কুইনা লেপজুরগা থোবা অবৈবা ফুদোক, খোঙ্গাঙ

চায়ঙবীবু মখাগুণ্ডদা অহৌরুনা চেঞ্জেংনজ্ঞা পাওদম অয়োইব, হীরু হীরু, মতু শোম পাওদমলম্বগী মচাক য়াওদবা থাঞেন্দু মান্নী। থোঞেন্দুনা হওলকই "হকচাং, থরমথৈ ঈংলবরা? চাব য়াবা য়াদবা লৌশংবীগা অহুম মতাবনিরগনি খল্লি।"

কবিনোবে পাওখুম ওইগদৌরা য়াহৈ! থংজরক্তে থানিল। থংলম্বনি। মাংখীবনী থোঞেন অসিদ, মতম ঞাসদা, অহুগা থোক-হৈদবা থৌদোক অসিগী মখাদা। অতৈ নত্তে, থানিলনা প্যাওখুম-ওমদা. ওহাক, খুজ্ঞীন মচিগুম য়ুব মতমতুপা খন্দুনা লৈ অতৈ নত্তে, য়াওরিবসিনবি. থোঞেন আসম য় ওঁর অচৌরা য়াকং পুওমদবা অমা।

"ফমসি, হকচাং বানফম্নী লেপ্প" মজ্ঞাঙ্গৈবুংঙোনা লুকথরহুনা মখা তারকই "তুমদবগা চাদবগা শোঞ্চনবা হেনগনি।"

"থোইদোকপা ওমর্দ মুডদা লৈত্রদে" খানিন ফমথৈ চংশীন্দুনা মফম ফমথক্ত "লৌশংবা হায়বা ঈচৌম্নাওনা ওস্থোক্ল চেকশীন-য়েগুশন-বীরি।" অহুদগীদী কারি? থংদে থানিন। নদোম খথৈ, হায়গে খনবন্থ হায়রম্নগা চংখিবা, মতুতদা হকচাং অসি কোমগনি। অহুবু হায়রকপা লৈত্তে, থানিলনা প ইরক্লন কৈদগীনো হায়রকই "ঈচৌম্নাও-দা ওসী নীনী হায়রে য়ুমদাখিবা।"

"থংলে। 'য়াম্ব অচানবনা তমখরে"

খনবসি নত্তনা লৈতরে ঙাং-শানলীংডাই, অসি মল্লি চীকখিবনা অমুক মীকোক অনী পূনবা কাতুগতু।

কুইনা লৈরুরবা মতম ত ওকম তাওফম কয়া চৌনখ্রবা তুও, মজ্ঞাঙ্গৈবুংঙো য়ারেপ তারে, ঐহাক মফম অসিদগী চংখিবা, মহুনা য়াম শাফরগনি—। অদুনা মচাঙ্গৈবুংঙোনা ওাংব হৌরকই—

"তাইবং মীওই মপোক্তগী তোঙানগ্রবা মহাককিদমক, অমুক থংবোঙ্গগী লাইমন ওইহল্লগনু। তাইবং খুন্দাংমক নোঙামখোন অসি খুঙহবা কনা য়াওদে। করিনো—" মরী মতাঙ করি-কৈদ শম্লক্তবে য়াঙাংদ, মথা তারকই "করিনো. কাতুপ অসিনা অয়ুম, মৈঙাম্ন মমলিবা। মৈঙান ময়েক শেঙহল্লু, মতীক চাবা মৈঙান্দ চোকথরবা হকচাং মেক-তেল্লা পোংথাক্লা লৈয়ু। মৈঙান অসি মমলিমল্লে—।"

"ঐহাক" থানিস য়ায়থোং লুক্ক থুমলকই 'ঐহাক অঙামবা মৈঙান কয়া থোইনা হৈনজদে"

"ঐহাক থংই নহাক্তি অয়ুম পাওথুম্লরকনি হায়বা—। অদুবু, ময়বা কাতুপ অসিবুদী কনানা তরঙ তরঙ ঙাদহল্লনীংলোই।"

করিনো। করিনো মপাও পাওদমশিঙসি? কোংদোকদবা থমোঙ্গমুঙ ওংব য়াহৈ কোবদী সুপ্নগী অমত্ত ফোংদোক্ত, থাগ-বাঙগা শেংন-থাইনবা শক্তম চেনবা ময়াহৈমক্ত মঙাংব!

"য়েঙউ" মজাঙ্গবুংঙোনা হোগৎ-কাংথৎলগে তেমশীং-তেমশীং অয়োইবা ওইনা ঙাংলকই "ঐগী য়ুম অসিদা নহাক্র অহোং-মুঙথিল য়ায়েক-য়াতা লৈরি হুক্তীক ফাওবদী, অদুবু, তুঙ কোইবা কোইদবা, মহুদি, মংলানগুম 'সিনি' তমঙমদনা থোকই ঈকমদা। মংলানগুম তমঙমদবা, তমঙমদবহুমক্রী।"

থানিল, ময়োল কোংগায় থংই—। তায় ঠীকশঞ্জনা। শক্তম অহ য়ুম য়েঙই, পেলংোরগে মতৌ চেল্লে।

"ঐ চৎলগে। পোংথাহৌ।"

# তরাহুমদোই

"ঈচীন'নাও ওইবী, নহাকপু য়ানীংবরা?"

হৌজিক্তগা খানিলনা মথা ভারকই

"মহাক্ত হায়, মীওইপোক্তগী তোঙানগ্রবা মহাক্তীদমক খমোঙ্গী লাইমন অমুক কাংহল্লগনু হ'য়না।"

"অঙাওবগী মরাবু ঈবেম্ম" লোশংবীনা খানিলগী কোক্ত হীকমা-হীকমা মমল কোব অমত্ত য়াওহন্দনা পাওখুমই "পংঙাং-ঙাং পংচোই-চোই মশীঙবনি।"

"নস্তে।" পাওখুম অসিদা পেজবা ঙমদে খানিল। মরাহৈ তাখিহৈন্দদী ওস্তোক্র ময়ম হকথী মথমোঙ্গদা, অহুগা লোশংবী হায়রীসিনা অমুক মচাক-মথুম য়াওহন্দ পাওখুমলকপিসিদী খানিল তাব-হৈবা ঙমদে, অহনা হায় মশা কনবী উচেক মতোপু কম্বোক্তুনা "নস্তে। অহুক তরাই তরাই খনগনু ঈচীন'নাও—। মরাহৈ অহু মরোল ওস্তোক্র লোল্লি ঐন তাখিবদা।"

তশেঙবমক মজাঙ্গবুংঙো, মুমীৎ হৌখিবগী মতোহু, বাথম চৌংজাও ননখি—। মখোঙেন অহুদনা, কৈদগীনো শাহৈ নাম্বোরকহৈ পেনাগুম ঈশেঙ-শেঙাখদে। মুঙওয়খি তাখিবদা। য়ামখিদে মরাহৈ। খুংন খেক্ল-পানা মশীং শীংলাকপবু ঙমখিগনি। মুপ্নগী খরতঙনী। অগ্রবু শঙীকলোঙ্গ পিদোনজবীগী য়ুমদা য়ুম্বাল-য়ুমলিং পোৎচংদী নৈত-নৈত মুন-চয় য়ুম্বালগুম, মুপ্নগী খরতঙ ওইবা মরাহৈ'দুদা মথমোঙ্গী বাকৎ, য়াকৎ বাকৎতি হেক বাক্ত-পাদা য়াওখ্রবনি—।

হায়খ্রবনি মতোহুনা

—নহাক, খমোঙ্গনা খোহু'গুম কনবীনী

—তাইবং ওইবা মপোক্ত পোকলকপী, মীওইবা নত্তে নহাক্তি।

—করি-কদৌই, নকল্লুবনো ননাক।

—অশেঙবা থমোঙ্গীদা কৈদ! মীহোৎনা কৈদ! থংন থংন থংদ-উদা লৈডংবী, চৈরাক কনবী থমোঙ্গী পানবীনী নংদী।

—মচুমক্ত নংলমদরবা, করিগী থাগোন চেক্তবা ঐবু।

অদি থুদোং হায়খ্রবনী মত্তৌ অদু পুদুনা।

অমনা, থানিললনা লৌশংবীদা হায়—

"ঈচৌন'নাও নং ঐসিবু—" হায়রা অরোনবা থুদোং থমোঙ্গীসু চংবী-মকা লোনগুম চেংন লে'নশন-ননশন থমল্লুরগা থানিললনা ঈতোপ তোপ্প হায়ম হৌরকই "ঈচৌন'নাও নং ঐ, ঐ'থায় অদি ওইরবোই ম'পোক য়াম্নবী হায়বদু। লেপ্লিবা অসিবু হ'য়ম্বু, পুক্নী হায়বদুরা মীওইবগী ?"

"পুক্নী!" লৌশংবীনা মুঙনাও-মুঙশোই হায়রগ হায়বদু মশাদা পক্তবা হেক শায়হুনা থুমই—"মনাও ঈবেম্মশিডগীসু মনাও ঈমেশিডগী মপুক্নী, চুদংনবা ঐথোয়গীসু চুদংনবী ঈপুক্নী। করি থোকই থেম্না থল্লুনি।"

থুমই অস্তম চান্দনী। থোনা ফৈ।

অদুবু করি থংহোদবা, করি হেক থংহৌদব মীংকুপ, মীংকুপ্ত হেক, শীন্নরকই লৌশংবীদু মীংকী পি। হৌক্ল হৌক্ল লোংঙম-ফুমঙম-লক্ত কপলকই।

হন্দক মমুম লমদম ওংন সুমীং মরী মডানি লৈরুকৈ. লৌশংবী, থমোঙ্গীনা মৈঙ্গক সনাগুম থো'থরে। 'সিনি হায়বা অরেপ্প হায়রা লৈতাঙমদা, নে ডৈলেপক লৈ-ন শাংকুম হাইথরে। পনথিঙ কৌবনা নীংথায়রক ঈফুং হায়বদু ওইথরে।

মসুং মমান্নবী কয়া শকথেডনরকই। হৌপ্রবা নাথৈ-সারোং

পুন্সীগী মুঙওমব কয়া চানকেনমিল্লরকই। হেদোঙ্গমিল্লখিবনা কয়া অমা, হেগামিল্লখিবনা থুংপু থুংপু। অডবু, ঙসুং অসিদ মদোম তানা অচুমক লেল্লরবসিনদি, ওইরে মহুন লীনীংনব তাংজ-তংজ মপৈ।

হিঙগোলমুঙ, মদোম তানা, কে য়ন কে য়না য়েঙলকখিবনু, পেনবা কৌব লৈজখিনবু, করি মরমগীনো? অচৌবা হৈকেং পাম্বীদী লৈহৌরি মহৌশাগী মহৌশা, মশাং-মরেংও। রাংহৌরিবদী মথোম অনীতবী। মথোংদ চ নুং। অঙাওবী ওইখি, চৈহংপীরক'কুম থোকখি, তশেঙনমকস্ল চৈদ-চৈখিবনী হৈকেং পাম্বীনা 'করি থোকই চংলকইবা। নাম্ম তাবা, লৈচন শুদবা 'শচন পু ঙনাক-ঙথোংসিদা।' চুম্মী। চৈখিবনা মতীক চায়। শাওইদে শাওইদে শাওইদে। লৌশংবীনা খনখ্রবনী, শাওইহৌ নঙরে। ঐহাক নাম্ম তাবীনী। হৈকেং মথোংদ হেক পকতবদি মহাক্ল লুকথতুন লেপখিবা, ঐহাক্ল লুকথতুনা লেপখিবা, লেপমিল্লখিবা অহুতনি।

"অহৎপ-সমম নাথৈনরবস্তু, বাথন থুংশল্লত্রবস্তু ঐহাক্তা" খঙনবি অসুম হেক হায়খিবহু হৈকেং মশাংহুদা "ঐহাক্তৌ লেপচখরে নহাকথক।"

"থাজবনা ঙথন থজৈ খমোঙ্গসুদ। কিজবনা লৈতাহন্দে থমোঙ্গ অসি" লৌশ বীন তশেঙনা অকি থুকচানজনা খুমজখি "করম্না থোক্লগদব। থঞ্জুরজৈ তুজুঙজৈ।"

অস্রম থোকখি।

মুঙশিবন পুমথী।

অতুপা থাবল অহুদী! কঙলরোই কঙলরোই অমুক মতম অহুদ। অকি-থুকচানজখি পুন্সী অসিদ, শেংন-থাইনরক্নি খঙলকৈ। ওসী চুম্লরে। শেংন থাইনহনবাসদা য়ওথনবনি তাইবং ওইবা থুংলম, যাওখরবনী চেংদস্ব ওইবা থুংলু।

থানিলনা ঈখঙ-থঙই—। লৈথোরক, ভুগুওইননা কমলিবী মচীন-'নাও ওইবী লোশংবীগী থওওন-থঙজীন্নবা শক্তমচুদা। হঙই ঙক্ল।

"করি কদোরে ঈচীন'নাও—। করিনো মীংকী পি ভারে॥"

"করি তৌদে ঈবেম্ম" লোশংবীনা পি তৈথোক-তৈথোক খুমলকই "করিনো হকচাং অসি অনা লোঈ, শিনবাংনীংদে শিনথোদে। খিয়ুম-খিগ্নুম, অনা কাইহোই হকচাংসি।"

"পোংথাও" থাজদে থানিল, অদুবু হায় "পোংথাদুনা লৈথোকউ।"

লোশংবী হায়বসি সুমীং অসিমদী মনীং রাথন্নজরসন্নু। পোংলুম পুরে থংলে। মৈচাক-মৈরায় চুরে। অন্নম থন্দুনা, থানিলনা লোশংবী লৈন লৈন, হকশেন্নজবী 'নাইনুবী অহনবু কৌদুনা রাতারৈ—

"ঈবেল ওম্নমক্ল হায় মহাক অসি অঙাওবনি"

"অচুম্বনি। নহাক্ল হেন্ননা থংলবা নত্তব্রা? মহাক, মহাক তশেঙনা অঙাওবনী। ঙাওন-কৈন পোকলকপগী মথক অন্নুক-মুঙথিল সুমিদাঙ য়ুরাঙ লেপ্ত লৈরিবসিনি।"

"নত্তে।" মসিদম্ন থানিল রানীংদে। "নথোয় পুম্বনা মহাকপু ঙাংহই হায়, কৈ হান্ননা পাওথোকই। মহু অন্নানবনী। মহাক অসি চাওই হায়গন্নু। কৈ, নীংগন্নু।"

থুমদে। খুমদে হকশেন্নবী মবেলদু। পাওখুম পীরক, রাঙাং তোঈরক, রারী-রাতাইনবগী মহুৎ থানিলবু মীংকুপ্ত-মীংওন্দ লৈ চাদো-গুম য়েঙদুনা—। মতৌহ্ য়েঙলুরগা থানিলনা হায়

"কদোরবা ঈবেল। অদুক মুন্ন য়েঙ তুমীন লৈবদী?"

"নহাক্ল ঈমুং অসিদা অহানবা লাকপা সুমীং ঐহাক নীংশীংলি" হকশেম্নবী মবেলনা কৈদগীনো কোংন্নু-পেকন্নু পুশল্লক্লুনা হায় "মতম অদুদা মুমশেম্নবী মীনাই অনোবীনী থন ঐহাক্ল ঈথ্বাইমতগী নংতবু লুন-চায় তৌখি-শেনথিবনী।"

"ঐহাকস্তু কাওদরি মতম হৌখিবন্থু" খানিলন্থু খুমই "মতম অন্থুদা ঐহাক য়ুম অসিগী মীনাইনুবী অম' ওইখি—। ওসিমকস্তু মন্থুমক্লী হায়না খনকৈ ঈবেল—" খানিল থমোঈদা ঈকায়-খুওশি মরৌ খরতং চেন্নগুম হায় "অন্থুম অন্থুম মখনকৈ। করিগীনো বাকম অহ ঈবেলনা হোদোরকপদে? হৌজাকস্তু ঐ মীনাই মুপীনী। নত্তনদী করিনো?"

"হুজাকী বা খমখো। ঐন বাকম অসি হোদোকলে। মসিদা ওকচানরে নং। খংই মন্থুস্তু। মন্থুবু। ঐন বাকম অসি হোদোকল্লুবদি"

"করিগীদী ওইরদনা?" মরক খংদী।

"মতম হৌখিবন্থদা, ঈবেম্ম, নহাক ঈমুং অসিগী মওংন কৈদ। মতৌনা কৈদ। করিস্তু খংলমদে।"

"চুম্মী। খংলমদে। করি হেক খংখিদবনি।"

"খংখিদবত্তনা, নহাক্ল খনখি ঐন হায়রা হায়বা খুদীং, অত্থুত্তমা অচুম্বনি। নত্তবরা?"

"তশেঙবনী"

"মরমদী য়ুম অসিদা, ঈমুং অসিদা মীনাই ওইনা পুন্সী লেপ্লকপা হানখিবনী নংঙোন্দগী ঐন। ঐন হায় লৈরকখি।"

"কনানা হানদে হায় ঈবেল।"

"নত্তে। হানখি। ক'রি কদোম্নুঙ হানখিদবা থোকলম্লবদী, ঐন হায়বা হায়বা খুদীংদা নহাক্ল অচুম্ব'নি হায়না পংলৌ লোয়ন্নোই।"

"চুম্মী। মতম অন্থুদদি" খানিলনা হায় "নহাক্ল তাকপীবত্তবু অশেঙবনী হায়না লৌখি। খাজখি।"

"অহঙুমন্থুনা" হকশেন্নবী হন্নুবীনা হায় "ঐন ঈমুং অসিদা চংলকপা মতম'হুদম্ন খবাল কৌবী কিন্থুবী ঈচেম অন্থুনা তাকপীখি মজাংঙোসি অঙাও-অকৈনবনী, হায়না। মচীন বাবু খুহুংইন, ময়মচং-মশাজংপু থেঙনরক ঐন হায়বনী মহাক অসি তাইবং মীয়োন

থুজববনি।" মথা তারকই "হায়রো নহাক্ত অমুক হৌজাক, মহাক অঙাও-থকৈ ওইবা মীশক অহ্ নংলমদরবরা ?"

"মহাক ঙাওদে" য়াম ঈচং থৌন অহ্গা মায়য়ে'রুন' থুমদোকখি থানিঙনা "মহাক ঙাও'দ অত্তবু মীপুম থুদীংন হায়নৈ মহাক ঙাওন-কৈন পানবনি হায়না। মহাক ঈদান হায় শাগোম্নরকপা, হকশেল্লরকপা মীশক অহ্গী মরা তাবা পামংলে হৌজাক্তী। মতৌ করম মহাক্ত কীবম অ'স লৌথিবা হায়বদু থংননবা।"

"মীশক অহ্দী কনানবু থংলুগনী" হকশেম্নবী হমুবীনা থুমই "মশা মঙায় থংগদবা।"

"কিদুবী ঈচেম থম্বাল হায়বীহ্দী কৈদ ?"

"লৈথিদরে ঈচেম'দুদী।" চকশেম্নবীনা নোংশীং-লাকশীপ্রককুম "লৈ। অমদী লৈ। ঈচম থম্বাদগী মমাংদ, মহ্মতুঙগা শম্নহৌই, মহাক মঙায় ঈমুং অসিবু মমুংননা থংগদবী। মহাকপুস্থ ঐথোয়না অহ্মমক কৌনথি ঈচে মেরা' মাশী মমীং মেয়া কৌই।"

হিঙলিবরা ঈবেন'দুবু ?"

হিঙলি। মহাক হিঙলি। মমুম লমদমদ থংই অদুবু তঙদাঙবা মরৈকায়দী ঈবুংঙো নোঙথোনবদা হঙলুরগা থংগনি। নোঙথোনবগা মরী-মতাৈন হায়থিবনী অহ্তৈ'

"নাইশিনকম থাদুনা ঈমুং অসিদা থৌবুত্রবা ক্তা' নোঙথোনববুদী মকম কৈদ থিরুরনি ঈবেন ?"

"ঐ থই। নোঙথোনবা হিদীংগাস্থ চৎলি। চকু, থুম য়োম্লি, নাউশম কৈথেন অহনবদা।"

নোঙথোনবা উনত্তুনা মেরাগী কৈরোয় লৈকা'য় য়াম্ন মমুৎ তানা থংদোক্রবা শেম্ন-শানা লৈনৈ।

'করি রাকম তোঙজবনু লৈবথোক রাকম অসিদা অহ্ক থমোজনা চঙ কঙগুম পামজুরিবনো ?' অস্থম হঙলক্রবদী ? হঙলক্রবদি

খুম্নগদবা পাওখুম অদু ঈরৈ-লৈত্তবগুম ফুমবগৈনে খানিল। ত্তশেঙব-মক ৱাকম্ন কৈদ তোঙজকম লৈতবনি। অদুবু হায়ন-হায়না, তোঙজ-হৈদে খং মশানা য়াবা য়ানা, খংদে, থমোঈগী লৌচাং, লৌচাং হায়বদু ওইরম ল্লে, মৱাহৈ মপাঙ, ঙঙহুনবা লৈ হন্দক মরক্তি, মশক শক্তম মনাং নত্ত ঈশেঙ-শেঙহুনবা লৈ থমোঈগী মীংয়েঙদা। মীচাবোক, মীয়ান ওইবা মন্নাখন্দ মতম্ন মাংই হেক হেক। করি মতৌনো অসিদে।

"চংখয়োবা ঐবু" হকশেম্নবীনা ঙাংনগদবা লোইয়ে মতৌ হঙগকই "হয়েঙনা উশম কৈথেল চং নোঙথোনববু উনরুসি।"

"উনরুসি ঈবেল। চংখিগনু ঙাইথো। ফমথো।"

"মজাঈবু'ঙো উনবা লেংলক্লরোইদ্রা ঙসৌদী?"

ৱাহঙ অ'সিবু খুমকম থোকলিবরনে?

মশিন নত্তে খ'ল্ল ৱাবঙসিগী পাওখুম পীবা।

অদুবু খুমই

"লাক্লরোই। ঙসৌদী মহাক লাক্লরোই"

মথংগী অঙনবা অয়ুক্ত পোশংবীনা লাকুনা মনাই অচানবদা খানিলগী হিঙগোল ৱাঙমা লান, কৈথেল তমন্দুগে হায়বগী পাও পুরহুনা ত্তম্লে। মহু অচানবনা মজাঈবুংঙোদা তমলুয়ে—। মরম ত্তাক্তে ফোঙদে। অস্নুক কুইবা হায়খিদবা য়া। হায়খিদবা মন্না করি থনবনো ঙসী ফোংদোক্লকপা। মনাই অচানবস্নু, মজাঈবুংঙোম্ন ত্তশেঙনা অঙক-লাইচুনৈ। প'ওখুম হায়বহুদি মপীখয়ে—'চংপ য়াহৈদবা লৈত্তে।' অদুবু, অঙকপদি পীরি অংকোকপা লৈত্তনা।

কৈথেলদা ঙাই খাঞ্জিলনা হকশেম্নবী মবেলগা লোঈননা নোঙথোনবা কৌবনা চফূ পু, থুম পু, হিগারকপা। হেক লাকপা উবগা হকশেম্নবীনা খাপলিঙৈদগী শকতাক'কুম হায়—

"লাক্লেদনা সে।"

"লাক্লবরা ঈবেল"

"লাক্লে"

নোঙথোনবা কৈথেল ভয়া, তান্ন তান্ন লাকলি।

ঈঙক ঙকই

"করিনো ঈন্দোল অঙনবা য়েন্দাসিদা?"

"ঈবুংঙো নোঙথোনবা" খংই নোঙথোনবনা থানিলবু ঙক্ল-চুঙনা য়েঙলি হায়বা অহুবু কোন্ন শক্তাকে.থন্ন "নহাক রা অমত্ত রাত'ন্নগে লাক, ঙ'ইরমলিবনি।

"করি রানো ঈন্দোল?" নোঙথোনবনা ন্নাহঙ-ৰাহঙ থানিলবু য়েঙই। খংদে কনানো হায়বা। লাকশনগে হোৎনৈ, ঙমদে। পুন্সীদা অমুক্তবু উথিদরি থল্লি। মমীৎ মীৎয়েঙ অহুদা থানিগ মশানা হেক শক্তাকচনীংলকই। নৈ নুকথহনা হান্না হেক তাকলু-হৈবদি থোকথিদ-থোক। থল্লি-লৈরিঙৈ নোঙথোনবনা হায়বগুমদনা হঙলকপনা হান্নি "ঈন্দোল, ঈবেম অসি কনা ওইরম্রো?"

করি হায়নবু পাওথুম য়েঙগে, থল্লি থানিলনা, হনুবী অসিনা মুপা অসিগী মফম ঐবু করি করম হায়না শক্তাকপনো হায়বহু। থাঈনহৈ নত্তে, হকশেমবীগু নৈ তুমীন ঙহাক থল্লহুনা —খংদরে, করি হায়নবু শক্তাকসিবনো।

মীকোক অহুম্মক ?ঃনৈ তুমীন তুমীন।

থানিলনা থমোঈনা তনীক তনীক তুমীন থল্লি

'খংলে খংলে নথোয়গী থমোঈ।'

"কৈদোরবনো ঈবেল ঈচীক-চীক তুমীন তুমীন।"

"কৈদগী তুমীন লৈরুগনো নংবু, য়েঙউ মুম্ম তুক ঐগ লাক-থিম্মরীবনি। কৈদনো ঈনৌ হেক নোন হঙলকলিহুবো" খংই।

নোঙথোনবনা থাবিলবু থংহৈব নত্তে হায়বা অহুবু অশোয়-অরাক য়েনশন হেক নম্বনি কাৎ "য়েঙউ তুক মুম।"

"য়েঙলিবনি। ঈন্দোলগা খোংলোঈনরকলিবীনি হায়বসু থংলে।"

"অচুবিদনা অতো" খ ই। থংদরে হায়বা।

"অচুদা, লমদম কৈদ লৈবীনো মিঙনা করি কৌবনো থংদবগী রাকমনী।"

"থাবিল কৌঈদনা মিঙদী" হকশেলবীনা নাঙ্গোকফম মফম খুঞ্জোন্দঙ ফঙলকপগুম "থংলেদনা, থাবিল। অচুগা, লৈবনা মফমচুদ।"

"মফমচুদা॥"

'মাম্নি মফম'চুদনি"

"কনানো? মরীরা? মতারা?"

করিনা পাওখুমগনী রাহঙ-পাওহঙ অসিদে, খল্লি। হন্দক্কী হনুবী পাওখুম হৈবীহ পাওখুম করিনা পাওখুমগানি থংলক্ত রাহঙ ভাশন-উশন্নদা কৈথেলগী নাকচি নাকচিদা য়েঙলদুনা

'ঈবুংঙো নোঙথোনবা নফম ফমফমদি কদায়?" মবেল হকশেন্নবীগী মতৌ খো-খেৎলি উবদা থাবিল। অচুনা থাবিল হায়বীনা মশামক্ল শক্ত ক পাওখুংই

'ঈবুং ঐহাক ঈমুং অচুদা য়ুমশেন্নবী ওইনা ঈবেলখোয় থাইগী নাক লৈজবান।"

ভঈ। হনুবীনা চীনবান মাপান খোক্ত থমোঈনুঙ য়েৎলি—মহ মতয়ে। মহাক য়ুম-শেন্নবী নত্তরবনি। অচুগা, করি—। মচুদি হায়ঙমোই। খল্লি অহুবু তাই তুমীন। থাবিল, য়েঙদুই মবোন লোনবী মবেলদা, য়েঙলম, মচুম মথেঙনৈ। মীৎয়েঙগী রাহঙ হঙনৈ অচুগা মীৎয়েঙগী পাওখুম খুমৈ। থংদে। কৈথেলগী নাকচি অচুদা তাইবংগী চবৈনব'মথৈ পুন্নরে—। নোঙথোনবনা হায়—

"ও!" অচুদগী হনুবীদা ৎমখন্নুনা "হায়রো করি ঈদেৎ

পাঙউগে, করি য়াকম থম্-তাম্‌সিগে ? তামসি ঙহাকনু মকম, পোৎথাক্‌খিসি।"

ঙম্মকসি, করি তোঙদে, তামোংদবা মতৌ—
'ঐচে মেরাগী য়ুম অসি পেঙনা অমুক্ত তাকউ।"
"করি য়াকম লাক্লে।"
"তৎক্ত মতাকউ অতো।'

"হেক্ত চৎলু" নোঙথোনবনা তাকই "নম্বুল তুরেল ময়োল অমুম চৎলু অদুগা থাগেমপল্লি মমুঙ চম য়ুমলিঙ্‌লিবা চৌথ্রিময়ুম বাম্নেন (চৌথ্রিময়ুম, য়ুম্নাক অসিগী য়ুমকোক পুবা বামোন অহন অসি ঙথেলদগীনি বামোন অসিনা লাংলুৎ চমু ম য়চোনবী প ময়্‌না চাবোন সুয়োল নাইনা চৌথ্রিময়ুম ওইনা পামরিবনি) ঐমুংগা হেক থঙন-তাইনা লৈরবনি। শাপম হৈবা কৌব হিবু হমুবগী মমাং শংগেঐদা য়ুমদাঙ-শাইদাঙ হেক মতৈরবনি—"

তাকপা লোইদরি, হকশেল্লবীনা

"অহুক শাঙবনু কনানা চৌনকা পু, খিক্লদগে অতো। তুরেল মরৈাল চৎবা হিমু হিরে ইনয়কপা নত্তে অতো, নংগ হেক মচৎসি, নংগীদি নাহিমু মমাওরিবনি"

'য়ংওই হৌবুদি চৎপমু মম্বাই।"

"অমুম থবা" থানিলনা চংল-হংয়লা মতৌচেন বানোমচৈ "অমুম থবা তেংবাঙবীয়ুগবা ঙসী নোঙসিদী।"

নোঙথোনবা য়াই। অহুবু চৎনদোরিবনী মরম॥ মরম অদুদি ইদগী তাঙম, উমঙমুঙগী নম্বীদা নৌন মদোম তাহৌঙম করি-কৈদ শম্বাতঙমু থংদে।

মাং থাম্বুনা চৎলি হাকশেল্লবীগা নোঙথোদবগা, তুঙওইরি য়াথম,

লণ্ডুমরকতে পুক অমা হক্লোইবনা থাবিললনা। লনী লমজাওবী মাকী-য়েংকী উপাল কোংগারশিণ্ডবা চীকপক চীকপক লেপ্ল-লৈনহৌই। মনা-না ঈশঙ-শঙনহৌই। অদুগা খুবৈ য়েনদবী হাপুং—। মথোয়না পুংনহৌবতনী। হন্ডনহৌগুম থোকই মথোয়না "করি লণ্ডজোনথি, ভোণ্ডজ-হৈজ মবৈরুনা অদুক থরায়না পামজবী য়াথল লৈবাই মোণ্ডথংলিবা থমোঈদা? করি থরখিদি অতাবশিণ্ডবা। থমোইদুবু শিন্নথরবরা মকা তব? মদুম থোক্লো। য়ারে। মদুসু নত্ত করি থোক মহাকথংগী থোংব অদুক থোংয়াওরিবা খুৎন অদুক খুৎয়াওরিবা? করিনো হন্দক কৌবা নোঙ, মতম তাণ্ডফম থরসিদা চৎথি হৌখিবা নপুজৌবু মমল লৌম-হানা য়োনথি, নরনগুম হেক হেক কাওথোকপা। থমোঈ লকাসুণ্ড ওংব লকা তম্ব, লকসুচ ঈরাংচবা পাম্মু শজম মুৎলক্লবরা? নাথোঈখিবদাই অদুতে তাইব' হেক কৌব মদাংদা, ঐদী ঈপুরোইবা নীংজবীনী, হায়খিবদাই, লৈচীমগী লৈবাক কৌব লৈ কাওবর? নগৌন থোকখিবা নরাহৈ-নরাহৈ পিদোজবী খুদোং লেপ্ত-থমদা হুমহুনগা মবৈবা পাওদম হৈবা লমজাও থোনবা মাদংবনা হুম হুম, ত.হৌই কাওবর। নরাহৈ খুদোং লনজাও থোনবনা তাহৌবা থংদবরা নংবু, উপাল ওইরু ঐথোয়, হাপুং ওইরু ঐথোয় লেপ্তে ঈকা ঈকা তম হুমরি মাদংবনা—চাংথোক-কাথোকখিতে নপাও—য়াওরকই শাহুম শাহুম খুদোংদ। অদুনা কাংবা নাইদে ঐথোয়দনী।"

অসুম্না য়ারক বাতম পাওদম্নহৌগুম থোকই, তুণ্ডওইননা চৎলিবী থানিলদা। হকচাং থচোক-চোকহল্লি য়াহৈ কৌব য়াওদবা, উপাল য়াপাল পোস্নোক্তবা মপাও পাওদমশিণ্ডসিনা। বারেপ তারপে তেমশীংলকই চৎন চৎন, থৌরাং খুদোং থোংলেপ্নরগে, ণ্ডাওবনা কৈদ, মাগী পুজীবু ঐগীরা। ঈশিন শিনফম শিজংনবাই করি লৈরুনা অসুম মরম থংদ থোংয়াও খুৎয়াওবনো ঐনা। ঐবু মাগী কনানো।

কমাবো, মাবু ঐগী কমাবো? অদুবু চংলি ফুঙইন ফুঙৈন অমুম, অশিথয়াংত থংম থংন মীওইবনা চংশনখিগুম। হিথাংকম য়ৌরবতগদা থংই। লেপ্তেদনা থোনাইদবী, ৱারক ইন্দবী ঈথোং থোংথাং য়াম্নবীসিদা।

মোঙথোমবনা হায়

"ঈন্দোলম্ব, ঈবেম্মম্ব, ফিথক ক'রসি, ঐ হোনগে। অমুম চংকদবনি হিহোন হিহোন, ৱাৱী শা-শাদুন' পিগুম থোঙখোং হিথাংফম ফাওবা।"

হিনা চংলি ঈমায়থক ভাংজনা কালেন লৈমৈ'য় শ্রোংননা চংপগুম। নৌঈন-নৌঈন খুদোং নম্বুল তুরেলগী ঈংেল হৌহল্লি মশক-মচু ঈশেঙ শেঙদবা ঈথক মচা মচা চারাক্ষবী থরা হেক। কৈদগী লোক্তাক ভাবো ঈথক তুরেল মচা ও'বী ঈথকাদী চাঙযাম্নগদগে? অদুবু উই চরানবী ঈথকক্তুদা, পুরক্তুনা লাকই, উহলে শক্তম শক্তম ঙহাক কৌব লেপ্তুনা।

অহোং কয়া হৌথরবনি। কমা তাহন-উহন্দবা, মাগী মথৌনি। কমা শকথেঙনরয়োইদবা ভাঙলৌনবা মতমগী ভাঙকম কয়া লাকথরে মহাক। লাকথরেদনা। অদুবু তাইবং তম্ব ম'য়কৈ ওন, মোঙবা কৌবতঙম্ন চীনকেম্নথিবা লৈরক্তরি অপাম-মুঙশি ওংব মপাও পাওদম ঈকমদা। লাকই। হকচাংম কমদৌরিবা মহঙই। তপ্ন তপ্ন, ওল্লোক্ক চৈরাক কোকথোং মাঠে মাহে মচংথি। অসিনা করি ন থোরাংগে থা'ম্লবা, লৈকা, লৈকা লৈকা খুদোং লৈশী লাপ'ক থো'র ংলিবরা, লৈকা লৈকা খুদোং মীয়ুঙশি কৌদ মচেৎ পক্ক ৱ শ-শাক্তে ফ্রংনবা চৈগন-চৈগন তোঙ্গৈ, লৈরাঙ লৈকা, `লক' লৈকা চোইহন-মাংহনগেবু থন তমথীবা অমা থোরাঙবরা? থানিল তঙ ভাবা থংলক্তে অদুবু কাওতমদবমদী চাঙহেন্নক, মীংকুপ হাঙলক্তরে থমোঈমুঙ।

ঈচম চম্ময়ন থোকলম্লবা, নত্তমক্ত ওইরবস্ত, লৈবাক হৌনশা মুথ মশী ওইরবদী হিংগোল্লিবা নোঙথোনবনা হঙকফম থোক্তবরা 'ঈবেম্মগী য়ুম্ম কৈদ, ঈমু' মনুংন করি কমদোবা' অদুগ ঈচাগী ঈভগী ওইবা ম্নাহঙ কেংগায়ন্ত। থোকপনি, হঙলককম থোকপনি হি অসিবু হোল্লিবা নৌঈন, নৌঈন নৌঈন ঈচৌক চৌক্লবা মমমচং অসিগী মহুং ঈনিল বিল্লমগদবনি ম্নাগঙনা। অদুবু পুন্সীনদা মথোং হক থোকখিথোক হঙলক্তবনী থংই ম্নাহঙ কৌব অমত্ত। পুন্সী মথোং হংক্ত হায়নদি খুদক্কি মীশক অসিনা করম হেক থংনভাই লৈরদনা। লৈত্তে। অদুবু হকশেম্মবীনা মীংন-খুংনা খুদম পী কোংদোকপম্মগনি, থন্দুনা হি তোঙই থানিললনা, ফোংদে ক্লম্মগনি হকশেম্মবী হনুবী অসনা।

ভশেঙবমক হেক শকথেঙনচৈঙ, হকশেম্মবী অসিমা খুজীন শীক, থদাং চৌক, বাহঙ-পাওহংদনবা ম্রচংগ্রবনী। হি কয়া হিপানরকই, হি কয়া ঈংহাং হাংনন য়ুমকুম্নবকই, অদুগা হিথাংফম মচাদুদা হি থরা হিরক-হিবুম্মনা লৈনরি। হিহোন-হিরেপ, নৌ হিক্লবাক্ত থম্মহনা নোঙথোনববা মক্ষমহু হেক য়োবগা ম্না ভাংলকই

"য়োবে লমদম অদু।"

হোৌগংদৈ। থানিলম্ম, হকশেম্মবীম্ম।

মকম অদু য়োবকচৈঙ থানিলগা হকশেম্মবগবু লম্মী চিঙ, পুশেংখি নোঙথোনবমা। শপম হৈবগী য়ুমদা চংক্লে। শংম হৈবগী য়ুম কন লৈরমদ। মথৌ মথৌ চংন-চেম্মখিব ওইরমগনি মথোম্মবু খিঞ্জম্মগা নোঙথোনবা থোংগানলোমদ থোকথরে। হকশেম্মবীনা মমাং শংগোয় থাঙ্গনবদুদা চংশন, শাইজিন ঈচুম ভাকমদা চপ থোংলেপ, কৌই, হঙই।

"কনা নৈবীবগে, ঈচে যেম্বাবু নৈবীবরা ?" নৈ-নৈতে পাও-খুমগে নীংদ'গুম থোবকপনা হান্নি চৈগু স্মুম-স্মুমহুনা থোককই—

"ঈচে—" কৌই হকশেম্নবীনা "ঈচে যেরা ?"

"অতো—" থাজদবা উং, ঈওক ওক'কুমই "অতো, মংশী নৈদগী—"

"ঈচে শকথেওবগে লাকলিবনি"

"অস্নুক তায়, মুওশিদা, ঈচেমদী শোল্লে" মথা তামকই "কমল্লুমাও।" কৌনা ফক্কং মচাহু থাই। কমই অনীনা। ফুওমাক মৈকম মাঁমৈ কাম, হীদাক হাল্লুই যেম্রানা। পুথোম্নক্লগা পীমৈ মাম্মী মাতাইনবা হৌমে 'কম্নিদী চানী—থক্নী ? ঈবেম্ম" মহা অসিনা—

"ঐ:থ'য়গা—" মমক চেক থংলি হক:শম্নবীনা "ঐথোয়গা নৈমিন্নবি ঈচে।"

"ও—। ফরে ফরে। মজাঈবুংঙোহনা কমদৌম্নীবা অতো—। মাবু মুম্বানবম্ন মমৈতে মতায়।"

"হো হো। পান্দে পান্দে। লম্বোই-তুবোইবম্ন নৈতে। মাগী মম্নমদনি অস্নুম ঈচে'নাক লাক্নীবনি।"

"কম্নি থোক্লে।"

"অঃ মুপীমচাসিনা মমম থম্না থীগংমীংলি—"

"কম্নিগী মম্নমনিনা অতো—"

"কবিগুম্না থম্না থ'জনীংহুনা লাকচবনী ঈবেন" থানিলনা ম বাওনকই 'ঈবেলনা পীক্নী-নৌমিতৈদগী মচাকপু ম্নোকপী শেনবী-মকই ত নৈ ”

'ঈনমদ ” মেম্ন'ন', হৌথিবা কপাচেংপা মজাঈবুংতো লাকশন মমীং মীং:মও মাংদ শও-শও চেক উমক হায় "ঈনমদনি মমৈথিবা অঃ চাওমকাওবা—"

"অহ্" থাবিলনা হায় "মসিভঙ থংজনিংই— মহাকপু কয়া চাওবকাওবা লোইনবীরকপগে ঈবেলনা— ?'

"পাথং শরেপ্নরেদনা নৈহৌবছদি— ।" মেয়ানা হুকশেয়বীনা লাল্লিবা হীদ.ক .লী, চিঙজুরগা "পাথং শরেপ্নবা হায়বহ্ ওইহৌরে—"

"মতমচুদা মাবু কমদৌ হৌরকপগে ঈবেল"

"মম'য়বা কনা ভিরক্কে, নৈরক্কে। সনা কোন্নুঙদগী থারকপা মহৈ ভমীবা থাকুমা শিঙগতা লোইন-নৈমিয়রকপনি। থাকুমাশিঙ হেক চৎখিবগা—, মহাক্ক করি তৌনি হন্নুবী ঐগী ঈনমসিদা— ।" মেয়ানা নীংশীংজুরগা থাক-লোমদা ভমই "থয়া চাওবকতৈ—মতমহুদদি ঈনম অসি হঙগোই তুগোই কাওখিবগুমলে। মদোম, তুমীন তুমীন মরৈ। লাইয়ীক পাচুনা হন্নুবী ঐবু ভাহল্লি। মদোম পোকলকপা মহৌশা মনীংতম-মখাতম লেন্নকই ।"

"মহাক মতম অচুদা যুবাঙ তোঙ্গীবা মহৌশা ওইথ্রবরা ঈবেল" থানিলনা হঙই মেয়'দা "ঙসী লেল্লৌবা অ'সগুম ?"

' যুবাঙ হৈবদী হায়ক্লন্নু ঈবেম্ম ভাথোং-ঙায়ৌ ফাওবা চৌঙমলয় নস্ত্র—" মেয়ানা নীংঙমদবা থোঙেল অমা পুশন্নক যারৌয়প মথা ভায়কই "অহবু—" হীদাক চিঙবা লেপ্নে ' অহবু, ভব ভমখিদেদা, ভব ভমখিদে" মভোমতা শোঙবকমই—"অমুবা হায়বা নহ চু লাকতৈ লমচৎ শাজং ভম্মক নৈচৌল ওই মকোল ওই মাংখিবনি। যুবাঙ-যুচিঙ হৈনখ্রিব'স—মহাক হেক লোঙ্গীনখিবদগীনী। মতম'হুদগীদৌ সনা কোন্নুঙ থাকুমাশিঙম্নু লাকখিদরে, ঈনাকন্নু হৌখিবগুম নকখি-দরে— লাইরিক মচীন চৎখিদরে। ভম্মক ঈথাপ থাম্নথরে— ।"

"মতমহুদগী ঈবেল" থানিলনা মঙাল কঙলককুম, লংবুম লঙজীন থোকবুম হঙলকই "ঈবেল, মহাক ঙাওরে হায়নরক্লবরা ?"

"কৈদগী" মেবানা থুমনীংন থুমলকই "কৈদগী ঈনমদা চাওবকপা মাবু ঐব করি কৈদবু থংদকব নৈ। ভাওবে। অহবু—থম্ম নৈবগদী

মীশয়বা লৈরক্তবগী মথক মীথোন তাবকাওবা য়াংরক্তরে অহুগা অমুবনা হায়— মহাক অঙাও অকৈনরে—। মথং মথং শন্দোকথি মচুতদা ওয়মরু থংনথিবান।"

"ঈবেল অমুবসি কনানো?' চিঙনরকই।

"মাদী অয়োকপা মীনাইনিদনা পেন্মা। য়োকপনী। মপা ঈবুং-ঙোনা মঙ্গাঈংঙোগা লোঈন-লৈমিয়নবা অচুক। মহক্কু হায়খিবদী মহাক মমা মপা হায়বা কনা-কৈদ লৈরক্তরে। চাক্লী কিনি লেল্লকই, অসিতনি।"

"পোককম শংৎফমসু থংগ্রবা? করি লমদমগী মচা—পারী পূরী—" থানিলনা হায় "শংগৈ ঈরম অমত্ত হেক ঈবেল—"

"ঈবেলদী—, মচুদী, খংদরেদো অংঙা।"

রারীনা মঙাং অসি য়োরকঙৈ রাহঙ-পাওহঙসু লেপথরে, অচুগা পাওখুম কৌবসু লাক্তরে। কৈনৈ কৈ-কৈদনো থোকপা থোকপা রাখন থম লৈনরহুনা, কৈনৈ তুমীন তুমীন। লে ইরে থংগদবা মতৌ পূকুইনা তুমীন লৈক্করগা থানিলনা রাতোপ পুশন রাহৌরকই—

"ঈবেল, ঈবেলদী ঈতোমতনিকো।"

"হোয়দা অতো, পুক্লনা লেল্লিবা হয়বচুনি। ঈবেল পংলৈ মরৈ।"

"শিনফমদী করি-নাইবীরি—"

"রারুকাক থরা থুন, কিঙ্গেং ফিগায় থরা তু,—"

"করিনো ঈবেল?"

"করিনো ঈবেস্ম" হকশেল্লবীনা মরক থংলকই "লৈবাক কয়াইব-শিঙনা নেংলিবা থুদোল থোংউপ মঙ্গামসি নবেলসিগী রারুকাক কিঙ্গেংকদগীগা ঙাক্লী"

"থুদোল থোংউপ।"

"হোইদা অতো—" মেয়ানা থুমই "থরা থরা তুক মহোৎনরি।"

"থেংলে, ঐথে'য়নী মরাঙ্গ র" হকশেম্ববীনা মুমীৎ চৈপাবপকচু য়েঙলুবগা হায় "নবুং অম' মশিন কাইবমথৈ পুবীরকইবসি থেংও লম্নানি। য়াংঙ-পাওহঙ লোইব' নত্তরা চৎম্নি।"

"চৎসি—" মথুমই থানিলদু।

অদুবু মীৎয়েঙনা কারবো, য়েঙই কৈদবো। কারিগুম থরা য়াৎলি-গুম। মচৌ ঈয়েং লেংদে থানিলদু—।

"করি য়াৎলি ?"

"য়াত্তবে। য়াত্তবে" থানিলনা ঈকায় ঈকি থূদোং 'চৎথরোদা' তাম্হোকলুবগা থুরে' মথৈ, হায় "কদায় ঈবেনগী খুদোল উম্বী থোংউপ অতুবশিঙদি—। য়েঙহুম য়েঙসি"

"ঈবৈবু লৈতেদা" পুথোরকই "শামতুগী অসি মঙায়সে।"

"কয়ানো"

"মমলনা অতো ?" মেয়ানা

"খুদোল থোংঙপ নেংলগেরা ?" হকশেম্ববীনা। "হওবনি অস্তম—"

থানিলনা হায় "থংমীংইদনা ঈবেল। ফজৈ।" য়েঙই পায়ছনা "চাগদরা অসিবু ?" শোম্দোকাথ চৌম্ন য়ারক য়াতেম য়াহোদমথৈ। মযায়না ঈচপ ভাংই। ঈকায় থাংন, হেক থুমই "ষুপী ঐথোয়বদা তো হৈব নত্তেদো ফজৈ হায়ঙনমু—।"

"চৎসি নে'ঙমা' অমূক মরাক'স' হকশেম্ববীনা হায় "মতম কোকথোং লৈরি"

ছমদবে লোৎপ থযোঈগী ঈছল।

পুদ পুখরগে তেমশী'লে। হায়

"মসি পুখরসি ঈবেল"

'কনাগী—" হকশেম্ববীনা ঙকই। ঙক্কগুমমু তোই। ঈয়াব

য়াগে "কনাগী-সিদে !!"

খুমদবদা য়াদে। কমদৌনি ! খুমই

"অমত্তদা তোঙহন্নীংই ।"

"মজাঈবুংতোগী !!" ওকথরে। ওকথরে।

"মান্নি—" খানিদনা হৌগং হৌগং খুমই ' মান্নি। পূশেমলকউ

কিন্নুদো ঈবেল। তোঙউ য়াবরা য়েঙসি"

করিনো অসিদে !! ওকথরে ওকথরে।

হকশেন্নবানা কিসুড-কিয়োমই খুদোল উবা খোউপ।

করি লমদম পাঙগে খনবা? অশেঙবসু তাকসম্ব লৈখিদবা চংখিবনি। চিঙতৈন মজাঈবুংতোহ। লৈতাদে খমোঈদু। চংলি, হওকম লৈত হিঙগোল অচোব মসুঙদা—। ফমলুই। ফমঙমদে। খংদে করিবু য়েংদুনা পোংখাগদবা। কাতুপ মসুঙদা মতম কয়া অমা য়ুরাও য়ুরাও লেনখরে অয়ুকী মতম। খনগ্রবনী য়োন, হওগনি মরম খুদোং। অহীংন ওইব', মহুত্তনী তাইরিবা।

উদনবা হোংনগনি খমখিবনি, খনখিবনী, অদুবু য়ুমহন্নকৈ লৈতাকম ঈখং খংদে, উহন্নীংবনা শিগদোই, শিগদোই হেক উহন্নীংবনা লৌশংবাদা। তাননীংই কজবা কজযবা। মচুনা কমদোবা। পত্তরগা অমমুক হেক মতুহনবা, তুহন্দবা। য়েঙংল 'য়ুঙহন্না' বাতা-রা তানীং ঈকায়-হংগোই মকা কোঙদোরুঙমদা কেয়ৌন ল্যাঙবা মতম য়ানা খাং খবনী খানিল।

অদুনা অহৌংগী মতম য়োরকৈ, মতম লৈরক্কবে মতৌ চেম মমাক কমখিবা লৌশংবোদা খাকিদনা য়াহৌদোকাখবন্নাদ, পুন্না-তাহেকয় তাবপীংবদা, হুকলাংক অংহৌদনং হকাং কৈরাঙ কুমদমলক ঈহাল হাবখা ওইবা পোঙ্গশম মারক্কবা পুদম কাওরকৈ, হক্কাওবয়

ঈকায়খল্বু ঈয়াম য়াম, সুনীমতা পুক্তককচবীনা মচেম ওইবীদা ঈকায়-হজগোই পাওদমজবদু ভায়খ্রবনী—

"ঈচৌন'নাও য়েঙউ অসিবু খোঙদাবরা নংবু"

"কঁরিখো ॥"

"সে, সে—" কিয়োম থোক্ল থমই মাংদ খুদোল উন্নী খোংউপ "অসিবু হায়বা। খু'দাল উন্নী খোংউপসে" কৈদনো য়েঙই।

ই ॥ বাথংবী লৌশ'বীন অ। য়োথরে বাঙাংখোক্ত থংজন-গ্রিবা। করিনো লৈনবু লৈকা অমা, অমুক লৈকা অমা, মথং মথং হাইদোক, ঈমীংকী মীমাংদ শাংডোক্তে মতৌ চেম্ন শাংখিবদী উরক্তে ঐদী 'মুক্তম্ন। অহৌং স্লগ', পোমলম্বহুনা শাংলম্বহুদি মউইকো, থল্লি লৌশ'বীনা, মতৌসিদী য়েঙন-য়েঙনা লৈব লৈকা হাইদোক শাংস্তো'রকপা। উরেদনা ঙস'দা। হচইম কঙাগ, সুঙশি সুঙঙমবা হাংবসিদী চহীনা ভাঙকম থায়'দনা—।, থল্লি

"মংগুম হ গুম" লৌশ'বীনা "করি'ন' সিদে?"

"শে ংউপ ॥" থংই থানিল, তৌঙম্বী লৌশংবী খো খোংবা থংগ্রবন', থ'দবা শারি লক্ল হৈবী'স, অহৰা হায় "বী লক্লি। ভোঙউ য়াবরা য়েডউ" মায় ছাংনে।

"মজাঙবুংঙোদা ॥"

"হোঙইনে" করি সুঙগী হৌদোকলুবনো য়োরে।

"য়েঙসি" লৌশংবীনা

"য়েঙসি নত্তে" থানিলনা "নংনে য়েঙউ হায়বনী"

"হি, হি" মতৈ নীকই ভিনথাক পককুম তুজুংবী শাই "সুপা মথেং হুকবসিদ. ঐনবু! ভাক্ত রা'ই ঙমত'র ই—।"

মতুদা থানলনা পেঞ্জনা নোকখিবদু, ম'ময়খাং য়োখিদরে। খোঙেন্দুনা, থমে মগী ফিজংদা মমিনা শম্লগা তোকখরে। খোঙেন্দুনা, থবোক্তৈবী লকাম্নুও ভঙলগা লৈহৌরে।

শেম-শাগ্রবনি, ঙসীদী য়াহৈ কয়া ঙা'ব তারে। ঙসীদী মাগী য়'কঙ য়াহঙ কোংগায়বী পাওথুম পাওথুম্নবতা নত্তনা মতীক ময়াই য়েঙ, য়াহঙ কয়া থোক্লগে চৌন্দগী। মরমদা, মহাক সনা কে সুঙগী ময়ং থকুবা কয়ানা মহৈ তম্নীখি হায়রবসিনি। মচৌন চানবা চংথরবা মহৈশিঙহ্ নীংশীংলিবরা য়েঙগদো'রবনী। অদুনা শেম্‌শান লৈষ্ক্রবী থানিলনা অহৌং অসি।

লাকপমথৈ লাক্লগা মতৌ অম্তুম, হেক হেক হৌদোংন লথোইবা ওই, পেবেৎন অয়ো নাহে, মতৌ অহু পু পুহনা মচৎখিবা, মরৈহৌব অসি ঙসীদী পামলক্তবগুম থোকলকই থমে ঈ অনীমক্ত। অদুবু, অহৌং অদু মহৌশাগুম'দ তরাইথোক, তেমদুম চীকশন্ন হৌখিগদৌ মাল্লকপে। হঙগদবা কোংগায়দী হঙঙমদা অম্তম্ন চাকশনবা॥ থংহৌদনা মজাঙ্গবুংঙোনা হঙগে থনবা, মদুমক হঙলকই

"লমদম কৈদ চংলুবা ঙসী?"

থানিল থুম্নগে থনবনী 'পুন্সী অতুগী হৌথবগী মরমদা খিগৎলুই, অদুবু থুমঙমদে থানিল।

"ঐদী ওংম্বোক্ল ঙক্ল থোকথরে। চংখিবা লমদম থংহৌদবা।" মজাঙ্গবু'ঙোনা মতু মমান ঈপাল-পেল্লহুনা, তুংশোলহুনা হায়রকই "মরী মতাঙ ওইবা কনাগী মক্ষ্দরা, ঈতাও অংগ্লাওগীদরা থংহৌদে ঐদী। 'য়'ম্ব অচানবম্ন তাক্তে। লৌশংবীদম্ন কয়মবু হঙলুগনী"

"অনীমক্ত" থনিলনা মচীন চৈনগাংলকই "অচানবদম্ন ঈচীন 'নাও ওইবী লৌশংবীদম্ন অমত্ত হায়জরমদ"

"ফরে।" মজাঙ্গবু'ঙোনা "করি লমদম পাঙলুবা ঙসী?"

শেঙন-তেঙবা থুমনীংই। থুমনম্ন ফবনি থল্লি। ফরবনি। অদুবু, করম্নদি থুমদোক্তনি? অদুনা থানিলনা মাকথৈনমা থুমই—

"ঈবেল হকশেন্নবীনা থ'ঈনবৈ ওইবা মাঙ্গী মরূপ শকথেঙবসি চংচরুরে—।"

"কন ?"

"মেরা কৌবানী হয়।"

মেরা !! ঙসীদী, মতম কুইনা কাওরবা শরুম মথাংদ লোপ্লে। অথাং ওইরিবৈঙী নাওহোঙ-ফিনম নমলকই। হমুবীভু নীশীংলকই। মজাঈবুংঙো থাংলুদা হৌবিবা ররানা ঈশীং তোঈরক, পিরাঙনা ঈমোঙথংলকই।

"ঈবেল মেরাগীদ !!"

"অংোঈ"

'উনরকপ্রা মাবু ?"

"উমজরকই" থানিগনা থুমই হঙলকই—"করম করম খোকলিবা, করম্ পাল্লিবা।"

"হঙসকলমপনি মাদী।"

থংই। হমুবী অহংবা হঙদ-মুঙরা তোকলম্লাই অতুবু ঙমনক করি মরী লৈনবা অহোং অসিগা। লৈনদে। লৈনবিবদি ওপনী মাহঙ থরতঙনী অতুগা পাওথুম থরতঙনি

"পুন্নী অসি ওহেক্স চাওনা লংজবতা থঙতুনা লাকই" হুইনা চীকশীন লৈরম্বদগী অসুম ঙাংলক'থ মজাঈবুংঙোনা "লংশনবতা থঙতুনা লাবলে অতবু, ল শনবগী পেনবা ঈবৈ লৈরকুগসিনা ক'র-গীনো ?" মতে'মতা।

থানিলনা তাম। মহৌশাগুম তাব'হু নত্তে ঙসীদী। মহাক রাথন লৈব মহৈ হৈব মীশক অমনী খন্দুশ তারবনী। অতুনা থানিলনা হামগে থপ্পী মরোশীঙ কয়ামুক লৈবা হামবত্তু থংহোব মাবা মাহৈ কমা।

“অমাম কঙগদবা লমচৎপু চৎনবী’বা, লংজ-থৌরমবু পাংনবীগী পাংব লৈহৈদে তাইবঙদা।” হায়রিবা হায় “নোঙদমখোনগীদী থংজদরে, নত্তবর’, ল’জ মরাম কঙনী’বা কন’নো ?”

“মীশক অহু খ’ব পাম্নবদী” মজাঈবুংঙোবা মতম ফুইনা কোং-ঘোক্লগে থম্ল লৈরকপগুম ঈচং থোন হ য়রকই ‘মীশক অহু ঐহাক ওইন লেপ্ল’বি—” মরা’হৈসিদা ঈঙক ঙকখ্রবনী হায়রিল ‘য় য় পাম্ল, ঈরাল হাম্নবা অহুতবু কোংন থিন-থিনা লেপ্লিবা ঐহক্লী”

“ঙাংনবা ঙমজগ’নি নীংজ দ” হায়রিল ঙম্নমক খ ই অহুবু য়’ই ত’ঙকম চানা “স না কোম্নগী মহৈন মৈহৌব থাকুরা কয়াগা শয়রক্লব চ’ন অমগ কার লৈখংনঙমজদবী চৌন অমগা করম চীন্দা-পাওদা ঙম্নফনবু লৈব। অহু মরমচ্র’দ খ’জনা’ই কারগী অহুক তমথীব য় হৈ ঙা বাহনা ঈশাবু ঈশ না মায়থুনঃনবাগে তেমশীংবীবা ?”

“পা’ওথুম অহদী ও স্থ’ক্লা শ ঙগনি” মজ’ঈবু’ঙে ন হায় “ওম্বে’ক্ল শাঙগনি।” খংই হায়রিল অহুবু ত ব গ’ থঙই “ওম্বে ক্ল শাংগনি। খুম্নকমম্নু ম’থ ক্লবনী। অহুনবু আসিমৎং খ নীংই” মজাঈবুং ঙ’মা হায় হঙ’গুম ‘অসিমতং থনথো মীওইবনা তাইবং ওংন কবি থোক্লই পোকলকলিবা ?”

“থোঙদমখোন ঈব, থবক থবা পাংনবগীদমক” মজাঈবুংঙোদা হায়রিলবা হায় “অহগা পাংনগদবা থবকশিঙ, খ’নদে মচুদি কনানম্ন।”

“লুম’ল্ল মা’রী চৎমনলি প’ওথু’ত্তু।” মজাঈবু ঙো’না হ’ম্নগল্নীংবহু হায়রক্লবদা হ’যনী ব অহু হায় ‘পো’কপকলিবসি মীওইপোক্লী। মী’শইবনা ত নৈ লেপ্ল কৌব লৈত অপাম্ব ফঙননবা, নত্তবরা ? পুল না পাম্বী মাগী অপ ম্ব।”

হায়রিল হুবাঙনা ঈশো লাঙলকই। থমোঈম্ন হকচাংম্ন।

“অহুগা—” মজাঈবুংঙোনা, য়াব-য়াদব চৌনহঙলমদা মথা তাই

"অদুগা অপাম্ব পুম কপবা কৌব নৈতমবা পুন্সী অহনা করি অমুক ওইরা তাবা ?"

"অপাম্বগী ওমথৈ" থাবিলনা হায়রগে মতৌ চেন হায়, "নৈতে হায়বৈ ওমথৈ হায়ব'ম অপাম্বগী। থমোঙ্গৈনা নবথবা তাই হায়বৈ ওমথৈ নাইদবা অপাম্ব কোববু।"

তুমীন নৈ। তুমীন নৈ মজাঙ্গৈবুংতো। থমোঙ্গদা য়াই থাবিল কৌবীনা তাংলিবশিঙ। ঈশুঙ ওংব, থম্ব'ম্ব পানবা মথোয় মথোয় ঈচুম পক্ক হৈদে কদৌমুঙ পক্কবমক পাম্নবা, মথোয় কঙফাল ওংব মহোশানি। মকমত্রুদ, কগুথবনা মথম্রাংনা মাংব নত্তরগা মাদবা মহুদি মরোমদোমগী লমচং-বানী। কনা কৌবনবু য়েঙশম্নফম থোকপনো ? ফাজনবা—। তশেঙবনী অপাম্ববু থুমুম-চম্ন লাকশন ফাজনবা, পুকচেল লাকতম্বশিংগী থৌনানি। ওমজদবা থোক্লবা, মহাক রাজ-নঙমবা মনাংবান।

মীওইবা ওইবা পুন্সীদা অপাম পোংলুম কৌব অসিতঙ পকলম-ত্রবা, কমাদা নীং-তম্ব মপোক হায়বদু ওইরমগনি, থল্লি মজাঙ্গৈবুংতোনা, ওইরমগানি নীং-তমগ্রবা মপোক অমা! অপাম্ব কৌব মহাক্তনা মীওইবা কৌব ঐবু অঙাও-অকৈনব লংনি, অমা পোংলুম অসি থাগে মক্ত ওমদা অমুম নহে নাহে পুকল্লিবনি। অমুম পুকল্লিবনি। মহক্তোনা অহৌ মশীং থীঙদবশঙ ওনৈন পীরকশিবন চেরক। থংই মজা-ঙ্গৈবুংতো ঙঙ শব। থমে ঈগী শীম্ন অদুগ অপাম্বনা হকচা ওইব কয় ও মকা তাংনা ফঙবা কলনি। সুঙশবদা থৌনা য়াংত্রশঙ্গ, পাঙগলনা ইকাঙম শেম্মনম্ভ, লৌশীং কৌদ পক্করবস্ত, ওমচৈ—মচাক চাকহুন তমজবা। ওমচৈ। অহুগা অপম্বদা!! বাংল কৌব য়াদে তই ও ওংব পংও অমহে। নকলুঙ শক শক্কম ভংগোষ্ঠমকম ওইবকই অমুম অমুন। অপাম্বনা পকহ থোমৌ চেনবা লেপক কয়া

শৈহৌরকৈ, অদুগা শৈশক পেন্নকৈ থংনি থাজবা মরী খুদোং অদুগা চংখি নিংঙমদবা চৈকম থমোঈগী লকাদা লকাদা চৈফম নাইনা থনম্লগা। মায়থীবনি ঐগী মরাহৈসদা, থম্লা মজাঈবুংঙোনা, হায়গে খল্লি, থারগে অপাম কৌব ঈরাখন।

অহীং অচুদি নংখিদে নোঙজুথা। 'তিম্না থক্ত অমঙবা নোঙ থাঙদে চুদে। নোঙলৈনবা অকনবা, শাওহুম চাওবা সুঙশীং, খোন্দে হুমদে। উনা রানা, মখোয় খুদোং হাইন-হুম্ন খোজানবা ওইদে। অদুক, অচৌকপা অহীংগী ভাঙলো ওংব সুঙশীংনা য়েব রেবদা হকচীক লাঙজরহনা তপ্প তপ্প নোমজ-হাহজবঙনা। মৈত্রব.কী কঙলা তম্ব অকোয়বা ঈমায় চোল্লবা থাঙঙপাং ঈমায়থক ভাওরিব. হিনাওশিঙহ মকম লেংনদে। লৈকোন লৈকোনাশিঙদা পুমবুম্নরথদগী লৈকা-লৈকা-লৈননরক লৈশাং তম্নরক্লবা লৈরাঙ শঙদা ওইন-নাওকেনজরে। কারনা ওইনি ? মরম হায়রবু মাঙংবনা লক্লগুম হুম্লরে খোঈদা-খোঈদা, অদুনা হেদোইজখনি লৈরাঙ কোবীশিঙনা।

চীক্লবা অহাংসিদা কবি কোদোনো শকথংদবা পিদোঙবী মতৌ চেনবা উচেক অমনা থানলগী কাচুপনুঙদা কৈদগীনো পাইশল্লকই মঙ, উচেক পিদোঙবীদু অমম্বনা ফুনজন-ননশনথরবা অভিয়াদা শাথপ লম্বী লমমাংনরক'ল। লম্বী লাল্লে থংলক'কুম খোঙলমই চেক অমুক্তঙ অদুগা পাহখোকখিবদু মাকুপ্তে থুই ওন্থেক্ল। তুমীন ফমলম্বদগী রাখন কোংগায় ন থৈরম মজাঈবুঙোনা হঙলকই--

'সুমীৎ খুদোং, সুমীৎ কৌব খুদোং অহুম্ন, কাচুপ খোং খোংহাঙ-দোকপরা ?"

রারী খুদোং শক্তম হোঙলে, থ'ই থাবিল, হোঙলে মসিমবু শাকৈ থ.ল্ল। থুনই

"ঐহাক হকচীক লাওজরবনী।"

তুমীন নৈ মজাঙ্গৈবুংঙো।

চুম্মী। হাঙদোক্লবা থাবিলগী কাতুপ-থোংবাওহৃদা মোঙম-হাঙদবা মাংবা, মাংবহ্ হুমলকই শাইনোত্ত হাইহনজগে থনগুম মতৌ চেন তপ্ন তপ্ন। ফমলিবা অনীমক্ত য়েরে হঙগোই-হঙগোইজগুম, তুখোংদ-তুমাদা হেক শীম। মজাঙ্গৈবুংঙোনা হায়

"ঐহাক্লা থনগদবা কোংগায় থল্লবা, মতুদগ্, মেননকম-তেনকম থংদরে। রাফম অমা নৈরে ঐঙোন্দ। থাকুরশিঙ, মখোয়স্ লাক্তরে ঈনাক্ত। মনাও ঈবুংঙো চৌংথঙ খোম্বনস্ রারোগুম চৎলে হন্দক মরক্তি ঈকমদা।"

"লাইনিঙথৌন!!" থানিল হঙদোকখি অকিবা রাফম ওইনা "করি মরম কোব নৈতুনা মনাও ঈবুংঙোনা রারোব?" .

"থংদে!"

"রাফম অহুনা করি?"

"ঐনা থল্লি" মজা ঈবুংঙোনা থঙহায় থঙজীন ওইরকই "থল্লি ঐন, করিগীদমক মাওইবগী পুন্সীবু, অকবা কোবনা, ফত্তবা কোবনা, অনীনা করিগী চয়েৎ-চরাং শেমলকপনো?"

থানিল থংই। মরোল খুদোং থংই। অহুবু খুমদে।

করিনা করিনো, মতুম্ থংদবা রাফম-রাফ, ওয়োক্ল ভাংথরে লেপ্তু-থমদা মজাঙ্গৈবুংঙোনা। রাহৈ কোবগী পয়েঙ পয়েঙ, পয়েঙশিংহ্ তান-তানা, লমাই ওইবা য়াথন কোংগায় অমস্ থনথ্রবনী থানিলনা। থেংলে তাঙলোদা, থংনাং-নাংশীংলকই থানিল, ফিথক্লবা কনেক কিবান কোমদানরমই, মতু চেজেং ফিরাকশল্লুরগা থানিলনা খোজেম যিহৌ-লাঙথাক চেম, হন্দক্তা চেনলে, হেক চেম হায়রকই

"পুন্সীবু অতুক মুঙতক-মুঙজা থনবীগনু।"

"নত্তে নত্তে" মজাঙ্গীবুংঙোনা মত্তাঙ তাঙকম চাবে মতৌ চেন হাথুনরকই পাওখুম "নত্তে নত্তে, খল্লিবন্থ লাল্লে, ঐহাক পুল্লোবু অদুক সুঙশোলনা খন্দে। অদুক হৌনীংলুবগনী। হোৎনবগী রাঙমদা, রাঙমগী, রাঙমগী রাঙমদা অশুম্বক মরৈবা করিগীনো ফঙনীংব পোৎশক্ক অসীথক্তঙনী থংনীংলুবা। কঙব, লৈত্তে অপাম্ব। অদুদগী-দী কমদৌঙ্গ মীওইবনা—? অদুম লংশঙ্গে মরাল কৌব। অপাম্বু ফঙনবদা।"

"হোৎনবগী রাঙমদা লৈবশিঙহৃদী তামহনবা তাই" থানিললা "হায় তামহনবা তাই—"

"ঈশাদগী— ?" মরক থৎলকই মজাঙ্গীবুংঙোনা।

"অহোঙ্গ" খুমই থানিললা।

হন্নকম্ম—। মপাও-পাওখুম অসীদী অদুম্মক মায়থীবা হায়বদুনী। মায়থুবা হায়বদুনী। ঈকায় সুঙশি সুওয়াম্মরকই চাঙহেন চাঙহেন। মজাঙ্গীবুংঙোনা হায়—

"ওইদবা কোৎগায়দুগদি চাংঙদম্মগন্থ ঐগী অপাম্বদী লৈবনী হোৎনবগী মসুওদা। লানথরবননি ঐন হায়বদা।"

"অদুদী" থানিললা হায় "হোৎনবীয়ু। মদুনা পুল্লোগী সুঙতাইবা পুরক্কমনী"

হোৎনবা।। করিনো মপাও-পাওখুম অসিদে, খল্লি মজাঙ্গীবুংঙোনা। হোৎনবা।। চুম্মী। থমোঙ্গীবু পেম্বগীদমক, হরাও-হেদোঙ্গীনবগীদমক ঈশৌলকই মীওইবনা, অগোঙ্গ থোকই মীওইবনা। চুম্মী পুল্লোবু হরাও-হেদোঙ্গ লেম্বগীদমক, লাল্লে ঈ হঞ্জবশিঙনা ওকমোন-হকমোন লাংএই, থাংলক্ক, তেল্লক্ত। অদুবু, লঞ্জদবী মুপী অসিগী মক্তম থমোঙ্গীদা, পামদে কোক্কবা মায়হৌং পকহল্লম্বদী। মরাহৈ কৌবা অমত্ত কোংদোক্কমোই থনথবে মজাঙ্গীবুংঙো। থনখিবা অসিতা মৎথিদবে—,

থমোঙ্গীনা য়োথরে লকান্নুও থেওথরে—থাদোক্লগে অপাব কৌব রাখল, লয় থুয় ক'রি পাংওমগদবা! নৈতবে। ওয়মক থাদোক পুন্সী লেন্নগে থনথরে লমদম ভাম্বদা। অহুদগীদী কমদৌব ।। ওইথরসনু পুন্সীনা লমথুওকম কৌব নৈতবন্ত্র। মজাঙ্গীবুংতোনা হায়

"ভাওলো নৈরে। থেংলে চংথরগে ঐহাক।"

"ভাইবীথো অমুক্ত।"

"ঐবু ।।"

"অহোঙ্গ"

ফিয়োম থোকই। ম'লাম্নি মংলান। মংলান্দ মংলান তম্বনি। থানিলনা ফিয়োম থোক থেন্দুনা থমই থুদোল উপপী থোংউপ

"য়েওবীয়ু থোংজাগত্রা অতুক।"

'কৈদগী ।।" মংদ সনা থুনগুবই, ত'ইবওনা মায়না পাক'কুমই "কৈদগীনো অসিদে?"

"ঈবেল মেরাদগীনী! লৌক্সরকপনী।"

'মেরা।। হরাওবনা মে'ওথংলী থমোঙ্গ। নুওশিবনা কায় শী'গুপ শানা থমোঙ্গ। থোংনেৎনৈ—। চপপু চায়—।

রাবু ঙাংলমদে। চংথি মঙ্গাঙ্গীবুংগো। নাক্ত-নাক্ত নৈরিউ রারীনা থমোঙ্গ থুম্নখি। কাওরুই তাইব'বু, কাওরুই হকচাং ভওথায় শকপা মপুরোইববু হৌজীক্তো মদোম তারকউে, কাতুপম্মুও ফওলরোই-দবা লনবু নাংশীংলক্লে। তাইবং কৈথেল থম, পুন্সী থানিল ওই, নৈচৌলগী নৈবাক তমথরবা মপুরোইববু, মীৎকুপ কাওদা নীংশীংলক চৈনানা থমোঙ্গ পুমলক্লে।

মতৌ অদু উরুউে হকশেম্নবীনা লৌশংবীদা হায়কই

"লৌশংবী হায়বী নংবু, তুক থেম্মু নমায়বী অসি চৎলু"

য়াদে। লৌশ'বীনা য়াদে। মা'বত্তম হাল্লি শীঙ্হথিবা মীৎকী পি—।

কৱিনো সিদে ? ওকই হকশেম্লবীনা।

"ঈবেম্ম, নংবু হকচাং থেক্লনি, পোথাও কমদা, অহীংব থেংবসিদা।"

খুমদে থানিল।

"পোৎথাওনে নংবু"

"ঈবেঙ্গ" থানিললনা পিংথঙ পিংথড হায় "ঈবেল, ঐহাক অসুম, চাওদম্মওমদা ওস্থোক্ল ৱানা, ৱানা শেল্লবনী—"

হকশেম্লবীনা শমলাং মচা থাম্বী, নাল্ল নাল্লদুনা মচাদ-মচাদগুম, মথৌদ-মথৌগুম হায়ব—'হয়েঙ কৌব মথৈদা হাওলমোই কাতুপ থোং অসি" লোনশাল্লি।

থানিল তুমীন লৈ।

তুমীন লৈ। থল্লি থমোঙ্গৈদা, লোলহৈদে থোং।

# তরাময়ী

তাইবং অসিনা ওইখ্রসনু, কোক খুংপু অমত্ত, চরাম-চদংমবী, করি পাঙ্গল পুচেমজদবী, মীৎতাংবী মমা ওইবীনা মথা-থাবক লৈমীয়ম্জরিবৈ, মহুন্ন, থোমলাঙনা চীজাক মওইজরিবা ঈপাল লাল্লক-লৈবগী অঙাংহ্ ওইসনু, করম তগুপ-তরাইনা শেংব-থাইনমঙমহন-গদবা। ওইদে। মুথনি পলেম কোবীনা, শোঞ্জবী মপাঙগলনা, শেংমহনবীসু ঈপারী। করি হেক খংদবা, বাঙাং থোক্তবা, তাইবং নোন ওংলকপা পীকচবী নোরানা চীনচুপ কোদ থাও মারোই হেক থোমলাং, হায়জবনি মতো পুনা থকচখিগে পলেম কোবী থোমলাং, নোঙদম চইন ওইরকপা।

অস্থম শারেপ ফারক, পুঙককলক, কৈন কৈবাক চঁন, পাঙোয় ঙকথেক ঙাক পমগদবা মতম তাঙকম নংখিদরবা মচাবু, শমনান শমনান, কৈবম মচাবু হঙগোই-তুগোই পক্ত কৈবমমহনা নীংঙম-জরক্তবী পুন্সীগী রারী-রারীহ্ লী কনা লৈতে কোংদোকচনীংঙাই মতৌ।

তশেঙবমক মত্তমহুদা—

থৌরানি পরবতি মপু.রাইবা কাইন-শেংনরকচৈ মুঙশি-মুঙশি তুজুঙবা, নীংশীংব কোব মরাথম্ন পামজ-পামজা লাপচনীংব, পুন্সীগী রারী, কনা লৈজখিদে, মীৎলু ওংবী পিরাঙনা চোম্ন-চোম শীহ্, থমোজৈনা পেন্ন পাওদমজগদবা মীশক কনা অমা—। কনা অমা লৈজখিদে অপীশকপা মচা অহ্ নম্ভনা।

থোকগ্রবা থৌদোক কোবশী মরমদা, লাকনৈ মঙাল হায়বা হেক হেক মীজ্ইবদা। মঙালনা মথন-মথেম লাই লাকপদা, থমোইবু

হেদোঙ্গী-হেগাহন লেনহনবা, মতুম্ন তন্নাই হেক মঙম্ব মঙান ওইনা, অমুক্ক পুন্নতুনা ল্লাকই মীওইবগী থমোঙ্গীবু মীকপ-মীন্নাওনহন, লৈতা কৌদ থংহন্দবা মঙাল পূন্থনা। অম্নুম্ন থৌদোক্তুগী মথাদা, ওইন-মংলান শক্ক থমোঙ্গীদ' চুখ্রবা তমথীবা মরমচৎ চেনবা থৌদোক অতুগী মথাদা নাওয়োমম্নুঙদা চাবোক মিতয়খ্রবী থৌন্নানি পান্নবত্তিচ্ছু মংলান্দ তাওথি তশেঙনমক মংলান্দ তাওথি। ঈচাও থাদা তোৱৈ-নবা কাওশিঙলক লৈত-সুঙদা য়ুম্বানমান, নপ্প-য়েপ্প ত ওথবতং মন্নাও-জন্নকপী পিদোঙ্গবী লৈপাম্বী অমনা পল্লেপফম থংদনা তোৱৈদ লৈন, লৈন লৈ, মন্নাওজবা নোঙদম অউন্নবীন্নক মশিঙ্গাঙনী। লৈকোন-নি, নিওথেমকোন ওংব পঙ্গেগ শাংচগে মঙমজদে থক। তাওথৈ কাও-শীংলক কাওশীং তোৱৈ ইন্ন।

করি-কদৌম্নুঙ তাওফম চান্নখোক উক্রুবা কনানা থাজ-ন্নাঙমদা মথৈন্ন কৈদগীবু শাংকনো নিঙথেম কাদা য়োঙম্ব লৈন্নাঙ কাওশীং ওংব লৈপাম্বী পিদংনবী অসিদগী। অহুবু, ফুমদি লক্ত তিন্ন লৈহাও কঙলক লৈশাং তমগকপহ্ উরগা পাংকুমী শানৌশিঙনা থংনৈ পং থেংকে থন লেন্নজনা মাজ মাং—। অতুগুম থোক্রুন্নে থৌন্নানি পান্নব ত।

থৌন্নানি পান্নবত্তি হৌজীক্তী অস্ত্রো খুজাওদা শাইদাঙহনা লৈমব কঙলন্নে। থল্লি থমোঙ্গীদা শানৌনবা মীৎলু নাক-ন্নেং পিকম পিকম মুৎপ কৌদী লৈত, হিঙজন্ননি থন্নাম্ন। থন্নাম্নদবু মস্তে, নাওকোঙবম্নু ঙমগনি নাঈতোম্নব ঈপান্নি। অতুনা শাইদাঙলি, অন্নাবা পীরক্ত মচাবু কোন্দুনা শক্তম লোংন। হৌথিকৈ, কনা লৈতবী থমোঙ্গীনা অসিতঙনি, শাইদাঙ কঙজবা অসিতঙবী, হী-নী-থন্ন পাম্নজন্নবা। তাইবং ওইবা মনাং, তশেঙবা মনাংনি, কাহেন

তম্ম পাম্নগকপা, কাদাম্নলকপা, থৌরাবি পারবতিনা নাথৈরম্ব য়াথন অমা মপারি অপী ৫ অসিবু সনা কোম্নুত তমহন পারি পূয়ী শক্তাক্ত—মপূম্নাইবগী পূন্সা মূংথিবা লমতীঙ তাক্কে তেমশিঙলকই।

অস্রো খুঙ্গাও ।নঙ্থোন তৌবা লুন চান্না মচা নাওতাবীগা মনাও শক্ক তিম্নংল্লি। থংহন্দে শাইদাঙলবা মীত্তোপনী। মতম তাঙকম অসিকাওবদি কনানস্থ থংনত্রি 'মহাক কনানো ?' পারবতিনা শকলোংননা শাইদাঙলি।

থাওন অমা অহুগা, অমূক থাওন অমা অশুম হৌখি চংথিহনা থৌরাবি পারবতি মকুম থা লাল্লক্লে। মতম তাঙকম্ম অসি ম্নৌরক শক্তম লোংলকপা, কনাদ-কৈদস্থ হায়দোকপা নৈতৈর—মহাক কৈদ-গীনো কনা ওইবনো হায়বা। ঈমুং অসিদা নৈ নৈশাবী অমা, মশাগী চহীনা, খুংথেক-খূথেক্ক শুনে চহী তরামম্নী। কুচু, মূদগুনৈ। চহীনা মতীক-মপানত্রিদৈ হকচাং শারেপ্ন লাহংলি। মমীংন নোঙতানবী কৌই।

মহাক অসি লাকথিত্রিদৈ, নোঙতানবী লোইনজরম্বনি থুনগী মতং, মমাম্নবীশিঙগা অহুবু হন্দক বামোনম্নুবী অসিনা মমুমদা নৈরদৈদগী তোরো-থোম্পানবা লেপ লাপ্নবে থুনগী মতং মমাম্নবী-শিঙগা, মতম চুপ্প মচেম থোইনু ( পারবতিবু থোইনু হায়রগা থংনৈ ) গী নাক্ত কম্ন-শানা, ম্নারী ম্নাতায়নহুনতা নোঙম ওইবা পূন্সীগী মতম অয়াম্ব লেল্লক্লে। শীন্নাম্নকদৈ শানৌ ওইবী মতম পেল্লী নোঙতানবীনা মুঙশিবনস্থ হকপী, মশক্ক কৈদ, মচুনা কৈদ, পাম্নীনা কৈদ, পূম্নীনা, অমমত্ত হেক থংদবী মচেম থোইস্থ কৌবা নাক হেক নীংফম্ন কম্নে। হঙ্কুনা লেল্লি ম্নাহঙ কম্না, অমুক মীংম্নেঙ-মীংম্নেঙ কম্না তম্নমকী তুঙ, মতুঙদগী হঙগে থম্ন হঙ্কুনতা নৈরবা মবা-ম্নাহঙ হঙলকই হেক হেক থমোঙ শোকনি থম্ব মচেম থোইম্নুদা, হৌন্ত্রবা মতম। পূন্সী অহুনা

শক্তম হেক হায়রমথৈ পুরক পিনৌহনবা ওহা পারী-পূরী শক্তাকউ পাওহত্ত। পাওহত্তুদি! থোইমুগী থমোঙ্গীদা. অহুগা চেকশঙবী থমোঙ্গীগী লাইয়ুমদা পিরাঙগী মরি শর-শম তাহনবহুনী। অদুনা মোঙতাবর্বীনা মনাকনক হেক ফম্লবগা থোইমুনা লাংই, লাংতুনা লৈ থৌরাং কয়া শেমদুনা শাহনা। করম-করি পোরাৎ লাং মুপীমচা পাওহত্ত তোঙ্গৈবী অসিগী চীন চীনমেনসিগে থম। মাংদ মশম শমলাং শমদোন লাক্ল চিঙই, নীংফয়হল্লি মমাংমক্তদা। চুম্লবী শাই, শাইনাবৰী মচেদা মচেমগুম হেক হেক চীনমেম্বা। মদু নত্তবরা, নত্তরবদী শোয়দে পাওহঙলকপা 'হায়মু ঈচেম থে.ইমু, কনানো নহাকপু? বাহঙ অসিগী পাওথুম, পাওথুম অদুদি কৈদগী থোনা লোক্ল,, থুমঙম-গনি। রাশক পরৈ অমগী মথা শক্লোংলিবনি থংদে মুপীমচাসি। নত্তরবদনু চাওই পুন্সী, য়ারি হঙ্গীকপু ঈনীং তম পুন্সানা লেনবা। লাইনিঙথৌ তাক করি থোকই লমন খুমদনীংঙাই লৈ মপুরোইবা শকপা, নহাকপু য়ে.কপীরকপা থাকুর রুহিদাসবু তমথী থাংমন খুং-হাং তানাথবা মীনাঙ্গৈ মচা অসি। অদুনা—করি থংজদবী মুপীমচা শমনানবী, হীক'কাইবী, মশা কয়াং শঙহন্দনা, চীনবান য়াকা পাওহঙনরক্তনবা থৌরাং কয়া হেক হেক লাংতুনতা লৈ মচেম থোইমু হায়বীসিনা।

লুমিদাওয়াইরমদদি মীংয়েঙ পঙথৈ কৌব লাকঙম-শমঙমদা প্যাক্লবা, হাঙলবা খুনগী খুঙ্গা মচা'শিঙনা, মদুস্থ খুঙ্গ' নহা মচাশিঙনা শঙ্গেমহাশিঙগী মহুৎ-ময়েঙ শিয়হৌ ঙ:বাঙ ফি. নমইমনা কয়হৌই। মমলিয়কউ মতম তাঙকমসিদা হুমলৈ লমজাও থোনবনা মোংদ-হাদ কায়দ-কাবদা, মদুনা, লিরিবা শাহম ওইবা মালং শাহমদুনা থোংমোই কাংন কাংন লমহাং শীন, তমহাং শীন, হুমবলৈ লেপ্ত থমদা। চাঙজৌনহোগেম্ল ঙমহোদ পীকচবীনী, পিদোজবীনী তাথুম-তাবৈ

তোঙ্গবীরগু লোঙথোন খু'বাম ঈরৈনবা লোঙথোয় থোনবা তোঙ্গীরগু অসিমগু কোংদোকচমদা, খু'বামতত্ত রৈন ঈথুমবা, পাং মচাশিংগী পাংমাদা, ঈরম তুরমগী থো'বান্দ, হৌনবা, হেক হৌববা হু:গ্নৌ হু:গ্নৌশিঙ. থোংদোঙ্গী ঈংবনা মশাক্তং লৌব মুড়শ'ংকী শাহুমত্তুদা, অরা বাথন কোংগায় থা খুংথেকগক, মীউহম্নীংদ থেকলকপা, নাপোম ওংবী চীংবুরোই চমুরা কনা, জগোঙ্গ হৈজবী খুংথেক্কু মত্তায়থরবনী। তারমদাই কোরৌ মশেকলক থোকই নোঙজাবী হৌননা, সনানা মৈদ মৈমুং কাঙ্গিগুম, কোরীনা য়েনশীন ফেওন-ভাংগুম। থমোঙ্গনা মুঙওয়ৈ। শাথপ তে ঈরৈ কৈদনো, অমুক কৈদগীনো তিয়াথক লমগী উচেকশিঙন'—। মহৌশানা য়েন্দানরে, মপাইনরকনী মথোয়, মপ ঈনরকনী লমদাও থ'দবদগী, অমুক কোবোন শামায় লৈথখিতে যুমহম্নরক্লে মতৌপু পাইনরকনী মথোয় মুঙশিবা শক্তমদা। চংখিগনি। চংখিগনি। তংতনা লাল্লবা লমদম অ'সবুদী থমোঙ্গনা ঈকা কৌদ মুঙশিদবগুম, ঙহাক, ঙহাক পুংগোয়, পুংগোয়দা তরাইরি, পাখংতগী ওইবা শুপ্নগী মীংকী মীংকুপ, মীংকুপতঙ্গু পন্থরমদনা।

(মেঙই। লমদম তায়খ্রিবা উচেকশিঙ।
ফাওই। মৈচাক ফাওই থমোঙ্গদা—।
ঙমীদী লাক্তরে, থম্লি, করি বাবু থোক্লবা॥

মুমিদাওবাইনা থেংদারকতৈ পাখংচৈ, কদোরবা। মপাম লম-দমস্থ পামমু পামমু, ফমলি তুমীন ঈচীক চীক্ল অমুনবা হৈন লৈমায়দা থোমীং কানা কেনগুম, নোঙতানবীনা মচেম থোইমুগী শাইনান শাইনান শাহুমলক্ত বাথন কোংগায় থল্লভুনা—।

মচেম থোইমুনা—

"করিনো। মুপীমচা মান্দে—। করি থোকই অহুম মুঙশো-বনো। ঈনাওবু কনানা লাকচনী।" থংই নোঙানবীনা, করি

ঙম্লোই, মীনৌনী মচেমসি। চুম্নগী চুম্ন শাইদাঙলবনী, মানবু খুজা কনাগা মহাকথংনি চোঙখোক চীন্দা-পাওদানঙমগনবা ঙম্লেই হায়বা, অহুবু মুঙশিবগী হায়রিবনি। তায় "হায়মুনে ঊচেমদা করি থোকই বাবা?"

খুমদে। নোঙভানবী। হীক্লো থাহানমা করিগীবু ওইগনী। অনুম অহীক্লরক কনা মতং লাঙগী ওইগনী ঙসী লাক্কে 'শজেমহা মামবহু' খংই, মুঙশিনা মীচৈ থাঙই থোইমুবা—

"নহা মাম্নু, মাম্নু খীৎ হাথুমল্লি, চহী কুমওন নৌমি ভাইব-চায় মতম থরতঙ থীম্নবা মাবনী;"

ঊকাইবনা শিজৈ—। থমোঈপুঙ পাওখুমনীংবনা লাহংলি।

"থুবা মত্তে—।" নোঙভানবীনা খুমজনীংন, ওম্মোক্ক খুমজনীংন খুমই "মহাক্ক মতম থানা থানা মরাকইবা ভাঙফম মাম্লক্লবনী। ফুইরবনী ঊচেম থোইনু। ঊপায় কায়ননি, পম্হো শেংননি, নহাক লাথনি, অসি খুদোং হেক থল্লুঙৈ মৈথোক মৈথোক ঐন মেংব মেংন লাকপনী। হৌজাক্কী—"

মরক থংলি মচেম থোইমুনা—

"ভাঙফম মোমে, ভক্লে লেপ্তুনা চীনখেন কমগে, মকা ভম্নগে ঙম্নকসি হেক থাদোকলম? সিনিনে?"

"ঐ" নোঙভানবীনা পিনৌ পিনৌ পংথমকঙৈ—.লৈকা মাঈ-তোম্নবীহু হেক মাম্ন, থোজেম মুঙশিবনা, চেল্লম্ব লোকচপ ঊচেলনা মাংথতৈ কোঈখি খিবা মাগী থমোঈ মাম খুমই "ঐ অহম হায়খিদে। হায়খিদে ঐ। হায়খিবমা ঐবু?"

"চীমবুদী পনাথদে, মাহৈনদি কোংখিদে—"

"অহুদি—"

"মরাহৈহুনা ভাবনী" মচেম থোইমুনা মথাভাবকই "চুম্মী" শমনায় মীংফুপঙং লেপখি মাহৈসিদা থোইহু "চুম্মী—। ঐথোয় চুমী ওইবী

মপোক, মপোকশিংতগীদমক্তদি লেংদ-হাইদ ইন্নকম ওইবা পোক্লক্লবা নোংদমখোয়ি। অদুবু মতম তাংকম চানা পোক্লাংনসি তুক মথন্নবনী। কমল'ক কুরুবরে পন্থো'সি, অহন ওইরে, কনা লৈত্তে, মংনমু মকা তম মপাইগোন ওংখি থোক মংদোম তাহোব তারেদো নোংতাংববো।"

"ঐস্থ" তম্মদে মথানা চৌনবান মকা তাংলবা। অতিয়ানা মমশন্নকই। থমোঈনা হৌরীনরকই মুংশিবনা লাহৎ, অমুক পন্থো লেংন থাইনবি, তোপহোৱনী থন্নুডৈ থমোঈনা অমুক অহীক্লরকই, তাইবং ঈচীক-চাক ঈতুম-তুম, তুম্বক্লখি মীকোক অবীমক।

তশেংবমক করিনো থনকদবা রাথন। রাথম মায়থী থমোঈগী মকমদা। থমোঈনা মায়থী তাইবংগী চৈথেংদ, অমুক, মায়থী তাইবংগী চৈথেং নোংদমগী চৈথাদা—। মীৎলু নাক্ত-য়েৎত, পাগী পায়ক পায়ক্ত চারানবৈ পিরাংনা। থংদবে, করি থোকই চারায়রি রায়ী রারেপ ত'রো পাংদয়রি। তারাওক্তবো মীৎলু নাকো য়েংকো তুংশোক্লবী পির'ড ১'রাক্তবীশিংহু পিখিত-পিখিত মথা তারকই "ঐস্থ, থমোঈ অসি ফুম্নি ঈচেম মহুতা থনবদা। অ্যবু ঈচেম হীবীনা কম্নি, চিংথমে হকচাংম্নু, নকহনথরে থমোঈস্থ মাগ্ন কোব মনাক্তদা—। থম্নত্ত্র, অন্নম তোবোই তাইবং। ঐহাক পন্থো ওইবা মকা তাং কুইবরোই থন্নে।"

নোংমা অমা—।

অপোকপনা লৌকারকৈ ফুংনাক মৈতীক মৈতীক পুংককচবী মতৌ য়েং হায়খি, কংলৈ লমদম লাংজাং অচোবদা লৌতাক লৌশেন লৈব শাগৈ মচা শকপা মবুংহু কৌরগা পুন্সীগী অরোইবা তাংকম মথৈদা লেনমীন-লৈমীরব হায়বহুনী হায়না। ংকচথি। পংক্তবীনা মতমঙ্গুদদি করি থোকই মপা-মচা শুরিডৈ মহাকপু কৌহুনা লৈমীন-লেনমীমগমোরিবা? মহুতদা থংখি, মহুক্তদা থংখি মহাক

সুপীপোক্লী নোঙদম চৈথ', চৈথা তুঙইন, মহাক শারেপ্ন কারক শোয়দে মুহান হোঙখিবা। অদুনা, মদোম তাহৌগনী পুম্নো ওইবসিনা। মীংশীংলকই ঙসী— ।

নোঙানবীনা হায়—

"মুম অসিদগী চৎখ্রপা ঐন, পম্নো মদোম লৈহৌগদবনী থোক্কে। ঈচেম, ঐখোয়গী শাগৈগী ঊবুং অমা মদোম তানা কঙলৈ লাঙজীং অচৌবদা লৌঙাক লোশেন লৈবচ্চ কৌশন্দুনা লৈমীমহৌগনী পম্নোপা"

"অদুগুম লম্বেল, লম্বেল অমবু লৈরবদী মফৈ।" হেম্নে সিদগী পাওখুম। পাওখুম্ফমসু লৈতে। লৈহন্নীংই মতম পুম্বগী ওইনা মহাক্না লোঙৈননা, নোঙঙানবীনবু লৈরিথৈ লৈঙমগনি শাইদাঙ শাইদাঙ পুন্নানা নপচ-তাঙজা লেনঙমজগনী থল্লি মচেম থোইদু। অদুবু, থামঙমদে কৈদ। করি ঙাকম রাপুক্ক, রাঙাং থোক্কদবনো থংদে।

অমতং লৈ। পোমীং অমতং লৈ। মাগী অশেঙবা হৌগ্রবা রারী শাংবুল, লীশাং, লীপাং শীংল লীরব', অহীংচুগী মরমচৎল লাইবক থীবী শক লমদম অসি তায় শকলোং-মায়লোৎ কনা থংহন্দ, পীবুকপুঙ ঊতুম নাওপু নাওপু লেল্লরিবনী হায়বা রারী কোংগায় থাক্ত লোংঙ তেঙলবা, মহুদক্কা, মহুদতন্দি পন্থবা মাই নোঙঙানবীনা, মতম করি ওইবনো, হেক লাক্তরিবকাঙনা। অদুনবু লোঙ্গানবা রা, কোঙখিবগা, লংঙে রেলাইদ ঈশীংগুম ঈশীংল, ঈশীংগী ঈপাক্ত লুকথরবা মীংকো পিঙম। ঈশীংদ ঈশীংন ঙ-খ্রবদী কৈদ লৈনী শক্তম তোঙানবা। থমুঙ লোৎচ-তাঙজা শেমলিবা থোরাঙ কোংগায় অরেম্বদ তাগনি অদুনা, পাম্মু ওইবা মকা পম্নোনবু মাখবদী তমথ্রসমু তেমশীংলে। থিঙলমোই। পম্মীংনঙাই লৈতবনী মথীনামু।

পীবুকমুঙ নাওয়োম-থয়োম্‌রিবা ঈতুম শকলিবা নৌবা অসিবা চাওবা শারেপ মীতমলক সুপীজামু ওইসমু শমু পাগনবা তম শারেপ্ন-

যৰুদৰা মীতল্লবম্ন ওইসনু, লাগ্রদবা মপাবু হিঙন-হিঙনা থাজ মন্নী লংজীন থং, থাড়্‌থক্ত তমথীবা থাওখিন-থাওখিন তোঙ্গবা হাৎখিবগী লমন, লমম্লুদি খুমহনগনি। মকা ফে'ঙবা ওইথোকই হুজীক, সন্না কোম্নুঙ পা'ওথানি, ৱাৱী ৱ'চুম্লনি সশা নাক, ক'ৱ ওইবি, মীমাঈ মচা অসি শমু ঙককেম্লগনা ঙগম্ন লোইথানগনি, থৌৱানি পা'ৱবত্তিনা লাইবক চাওৰী থোইম্নু হাম্লব'ত্নু ওই খন্দুনা লেল্লকই মতম কম্না। অস্থম অকনবা খন্নুঙ থ:ৱাং অ:চেৎপবা মুতোন থেওবী ৱাশক থা। থৌৱাংবনি পাৱবত্তিনা শকলো'ৎ ন'থৈনবা লেল্লকপনি। লেল্লক মতম হৌখি, লাকই মঙাল তাইবনদা, থোঙেম্ন মিলখি মালেমদা, লমন খুম্বগী মংলান্দ ন'থোঙ্গজখি পাৱবত্তিনা। নৌন ফঙলকচৈ মচা মুপাবু ম্নেঙ, ফৌগু চে'গু লেল্লী ঈশৈন নাওগুম ওই, চৌনচুপ্ন ন'ওথেম ওই। মচা মুপা অ'সমী মিঙ থাকুৱা মপানা পামজবমক পাশক নাইনা উত্রবম্নু হেক মথোঙ্গে 'শিবদত্ত গোস্বা'মি।' লৈৱে হুজীজী লেংদবা পুজীগী লল, ম ভৌ লাঙ মীৱোল নাইত্রিবা মচা অপীশক্ত শাই থমোঈগী ৱাৱী অগীং নাইদে মুঙথিল থ'মদে। চৌনবুপ্ত নোল-লকচৈ উই মমীৎত পাওদমলককুম 'ঈমা ৱাশক শম্লোললোম হল্লক্লবনী নচা' থোমলাং চীমম্নোক ঈৱা চেম্ন মীকপলকচৈ উই মীৎত হান্নবোই নীংই থমে ঈদা চৈ:থং কঙনা 'ঈমা, ঈপা থোংগল লীক্লগে, পীম্নু অৱোইৱ শেংন ম্লায়া।' শঙ্কম থেম্লবা খুদীং নোকচৈ, অমুক শঙ্কম থেম্লবা খুদীং থাহীক-থাহীক কপমিম্লৈ মমা মচা হীক্ল হীক্ল। অদুঙগ্ম থৌৱানি পাৱবত্তিগী অন্ত্রো তাঙনা পোকপা মচা শীবদত্ত গোস্বামিনা মমাগা ৱাশক ঙাক্ল মপা লৌপু হাকথক্তগী লৈৱকই ঈমুঙ অসিদা শকলো'ৎননা অমম্ভ পোকপ, মীতিম্লদবা মচাগী অমস্ত ঙায়বা অচানবা মনাই ওইদুনা। তশেঙনমক মহাক লৌপুগী অমত্ত পোকপা মজা-ঈবুংঙোগী অনীগুবা মিৱেম্লবনী ফাইবে ক্লবা থৱামনী, পুস্নীগী অচেৎপ-ৱাকুম, মপোক্কী, কিজংনবা ৱাৱী, ৱাৰী ম্লাতামৈ মন.ইসিদতা।

মপ্যাম্বোঙবা শক্তম অসিগী উরুমলাও, থংদে লৈ হাম্ববা তাঙজা মহু লীশীংনবা মরাথন অমা।

তোমশীং রাথন, কোংপায় নক্তে গুপ্তংগী ঈমুও অমা ঈবেম ঈথাক নাইহল্লমদা শক্ত যুক্ত মুংথংলম্বতংলী। মমা মপা অনীমক অকি-অথঙ থম্বাংত মরম কোদ লৈত ঈপাইনবঙৈ, তাইব' মিংরল তমথবে। মদোম পোকপা মচা অস মঙ ম্নরে। থংই অচানবনা, মচা অসিদি লৈতে কবি মরান অমা। অহুবু পাংথোকপা তাই মমাগী রাথঙ। কবি কবিগুম মপুন্স গী মতম যেক্র'মচা 'লংজহৈদবসিবু য়েঙল য়েঙলা শীহৈ পি কৈদনো, অমুবনা শোল্লি থমোঈদা, লান্দবনী নং। লংজ-হৈদেকো নকমদা—।'

ঈঙা ঈঙেনগী থাওন লাক, ঙঙন-ঙঙনা পাইম্বিবা অঙঙবা জাংশিঙঙ কাংহুম-কিমা হুম্ন-হুম্নরুনা থন্দুনা লৈ অচানবন', থাবিল হায়বী পিদোঙবী মহাকথ' পুন্সী অসিবু কবি লৈতে থনথরে মজা-ঈবুংঙোসি, থল্লিঙৈ, মনাই খুংলোঈবা, থংবনা হাল্লি চান্দম কোন্দ হৈ যুম্বাঙনীংলে থংন

মজাঈবুংঙোনা হায়—

"চুম্বী য়াম্ব নংন তাকলিবা" মথা তাবকই "অহুবু 'সিবি' মনল লেপ্ত-নাইদা য়ায়ে থমলিবা ঐগী থমোঈসী, নাম্ম তাবা মুঙশিবা অসিবু অমুক মতৌ অহু চেন্দুনা তগুপ-তরাই কোংদোক, মহু তাঙৈ মহাক্কী চীনবান্দ থোওই-মাওইদবা মীনোক তম ঐন মকাদগী মায়থু-মায়বী কঙলকপা।। মহুদি ঐহাক পামদে য়াম্ব মীনোক্কনি মাপা ঐগী মুঙাশিবগী ওাকংত।"

"কবি। মতাকপীবা মজাঈবুংঙো, কঙপনী নোক্ক মীনোক মকম-দগী।।" অমুবনা থাজদবগী তমথৈ থেঙনা লেমহুনা, মোনা ঐমুন

হায় "রাথন অহুদি থনখ'গনু। মহাক থাঙ্গী যা য়েণহৌতৈভগী থানিল হায়বীদু নৎতরবনী মজাঙ্গীবু'ঙো"

"করম"

"মহাক" অমুবনা হায় থ'ই তানীংব পোকই মজাঙ্গীবুংঙোনা, অহুনা, মন ই অচানবনা নাঙ্গোকহন্দে থুদোঙ চাবহু। হায় "মহাক হুজীক য়াহৌপ য়াভাদরে অহৌং, বারী রাতাই, সুঙথিল হৌহন্দরে তাঙকম-সিদা— ।"

"কনাগী রাথন্দ? তাইবংগী করম মায়মচৎত?"

"কনাগী ওইনি" খুমঙমদে তরাই। থঙলেপরুরগা "লৈরিবসি মজাঙ্গীবুংঙোগী য়ুমনি, মজাঙ্গীবুংঙোগী অরোনবা থমোঙ্গ শীৎন-তঙনা থংশ্রবীনী মহাক"

"থংশ্রবনী —" মতুদনু লেংদে, চুম পাওখুম মপী মজাঙ্গীবুংঙো "চুম্বী, মহাক মশানা শীংন তেঙনা থ শ্রবনী ঐগী লকা তম্ব, কনা মকা কোঙহৈদবা লোংলিবা সুঙশিবা ঐগী থমোঙ্গ"

"ওসোদী থমোঙ্গগী লমদমদা নক্কবদা নত্ত, লৈকানা লৈরীক্ত নক'কুম হকচাং কয়াৎত, মীংয়েঙদা, ওয়মক নক্ক তিম লেনমিন্নরবসিদা অহৌং ফুমলোই করম কনাগী মরাথন্দ মহাক্ক?"

থাজবা পোকই। থাজবা পোকই থমোঙ্গনা অচানবগী বাকমদা। মীয়েঙদা উই হৌথরবা পুন্সী, লৈকোম, লৈকা ফময়ৈ লৈনয় লৈ-হানরৈ, থংই ওয়মক, অদুবু অসী ওসিদী ভশেঙনমক নাকেন্থনি। মসিন্থ মথংই। ওইরম্লোই থক মরাথন্দ থানিল কৌবীনা ফুমদবা। ওইথোকহৈদে থক মপুরোইবা নীংজবাসিনা হকচাং কয়াৎ থুংশিন্নগে থন মহাকপু ওাইবদা অহৌং সুঙথিল থায়দ-নাইদা মতৌ অন্থম লাঙ-ঘদী। ওইদে। ওইহৈব নত্তে, থংই, অদুবু চুরোই থংব লোঙলক্ত উয়োক্ক পরেঙ পাইরকহৈ চুপদবোই মথনঙম পোকলকই, থাজবনা

মখোং কয়, কয় কয় কা'ফকই 'ওইখোকহৈদবা কৈদনো ?' ফমেল-ভরঙবমক নত্তরবস্থ নাকেম্বাঙৎ হৌখৈ মতু শোনবা য়েম্নীং তান্নীবগুম থাজবনা লমগল্লকই মজ'ঈবু'ঙোগী থমোঙ্ঈদা। নত্তরবদী, থজি থাজবনা থোংদারক থমোঙ্ঈনুঙ, নত্তরবা, অশুক কুইনা মতম কাতুপ থোংহাঙ কৈদবু ভাইরমফম থোকপনো ঐবু ?

থনগদবা কয়া চিঙন-শম্বল রাওমা, লাম্বোক লাম্হোক থনবা হৌরকই। য়েক্ল-বাথন্নী থল্লম্ব মরাথন থুদোং শকওম্মরকই ভেংবাঙ বাথন ওইনা। করিগীদমক মায়থোং তিনশীংনদবা, ঙসী অসি য়োবক্ল-ফাও কবি-কৈদ লৈগে চংকে মথন্দবা। মরুপ, মরী মতা লৈন-লৈন ঈবাক নক্ল পুল্লানা লেনবা—? মসীদী, থল্লকই থঙনৈ মমাং মীংকুণ্ড, ঈরাথনশিঙসিদী লংজবগী মশক্নী। মপুরোইবনা, পাকই ভাইবং কনা লৈত্তে মরুপ ঈতাও শান্ননা শীন্নরম থোংগাম্বোক্ত লেনবনি মপুল্লী ঈনাকসিদা। ওইবো মঙ্গন্ন, হঙকৈ মদোম, ওইথরসন্ন ঙম্নমক, অহবু লমলায়বা ঈকা তম কবি থোকই হাঙলিবা কাতুপ থোং, কবি থৌবাং লাংগে ভেমশীং হকশেম্নবীন্ন, হকে মবী লৌশংবীন্ন নাম্ম নাম্ম হেক মতাহন লৈহল্লমদবা মনাক্ত।

ভম্ব ঙমদে মদোম অশেঙবা রাপাও মশাগী মকমদা। শাংলি লৈনা অমুক থমোঙ্ঈদা, অদুগা লৈহৌনা হওইনরকই অমুক থঙনৈ মমাং মীংকুণ্ড, ভম্নমক্তী ভুঙ মনাক কাংহম কাংহম লেপ য়েংত মৈঈক ভোঙ্গরীবা, নীংথারনীংলক চৌংনাপোমদা থোঙ্গনা ভোঙ্গবা মোঙথাক নোঙজু ফুঈবা ওই'রবা মনাই অচানবা মরাম্ব অমুবনু কম্নি মরম ভাক্ত, মখৌ থোদাঙ থুদোং কোক কাতুপ মমুঙ থাদোক হকচাক ঈপাল লাঙলু মরাথঙ শীরকই—

""রাম অহক হকচাক লাঙ পোংথাক ""

থংই। থমুঙনা থমুঙদা ভিনথরকনী ফনীদী। অমম থংবা ঊই

অমনা খোখোংন করি য়াত্তা পাদা। থংই, মহাক য়াওদগি মদোম য়ুহৈ য়ুহৈ তোঙৈ য়ুয়াঙনহৌনী মঙাঙৈবুংঙোনা।

মনাই অচানবনা কাতুপ মমুঙ থা মপান হেক খোকখিদ্রৈদগী তোঙজহৈবমু, অমুক মায়কৈ কৈদ তোঙজহৈদবমু, ময়াথন থুদোং নমথ' নাঙৈতে'ম তাহৌদ্রৈ মঙাঙৈবু'ঙোনা মদোম তানা তানা য়ুয়াঙ হৌই। য়ুয়াইনা হকচাং পুমত্রিদ্রৈ, থল্লি মদোম থমো'ঙৈমুঙ, শিঙলী পাফন শীন্দরিদ্রৈ, তমহৌসিয়া মকা। অচানবা ময়াঙ্গমক্তনা হায়বা য়াচুমথক্ত ওইরমখোক করম শেম্ব অনৌব তাইবং অমা? লৈন কৈদ লৈশাং তমহনবা, থোইমুনা কৈদ পাইহনবা অত্তুগা লৈচৌলনা করম, মঙং মঙং হোঙহনবা। তাইবং অতুদা মহাক্ত করম্ব লৈ অমা হেকপা অত্তুগা তাইবং অহুদা মহা'ক্তা খোইমু কয়াগা মরূপ ওইগদবা থংদে ঐ অহুবু চংকনী ঐ, মঙাঙৈবুংঙোনা মদোম কাতুপমুঙ শোদ্রৈ, তাইবং অহু থংদে ঐ অহুবু চংকনী ঐ। তাইবং অহুদা য়া'রেকফম কোদ লৈরমদবা খোক্লবা লৈরূপনী পুন্সীগী খোংকম অমতগী মকমদা লোংদ হাইদা খোংলেপহনা, য়েঙজবতঙ ফঙনবা।

করিনো য়াথনগী অতিয়াদা মুঙশিবা লৈচৌলনা হেনৌ শক্তম চেয় চেয় পাইনয়কই হন্দক্তো। করিনো, শাংমু শাংতবা মুঙশিবা লৈগী লৈনম মকুম পান্থা নম্ভ নমলকই থমুঙদা। অশীনবা, ওম্বোক্লমু শীনবা, মশীন কনবা হৈ চৌন্দমনোংলকই, মশীন চৈনা থাং তকশী শোন ঙৈনীকচনোংলকই ঙাওজবী য়ুমগী থাম্বকপী য়ুমগী তোলহাইজবী মৌঙম। করিনো মংলান্দ লৈগী পরেঙ উই, উচেক পুংবানা চৌন-চুপ্নরম্মী ফৈরাদা, করিনো, নোকমি নোকমীবা মশাগী মায়খোং উদ্রৈ তত্তে হন্দক্তি মশানা। ফম্মী লৈতানঙমদে, চংলি খোংথাংনঙমদে, য়েঙনীংই কৈদনো। শক্তম।। শক্তমহুদি।

লোশংবীনা কয়ারক হঙথরে—

"অদুক ভহা ভহাবা করি উই ঈচীন'নাও মংদ ?"

"উইনে মংদবুদী পংউ মউ—"

পংউ মউ। থমখি মীৎয়েঙনা ওঃম্বাক্লসু তায়।

"তায় য়েঙথরে মীৎয়েঙসি"

"কৈদবু ভমথী তুক হায়য়ু" থংথরেদনা সিদে। পাথৎচৈ।

অসুম থোকখি। হনবা নাইরঃক্ত। মীংয়েঙ. থক তামদে, থংই লৌশংবীনা, হন্দক মমক থাবিল, মীংয়েঙ তোঈরে মজাঈবুংতোগী কাভুপ। মসিনা করি পাওবু পাওথারিবা? থংদে। অদুবু মীৎয়েঙ তামাখ্রবসিনা ভত্তনদি ঙঙলগুম ভোই—

পুন্সীগী অয়োইবা কৈদনো?

অদুবু ঙসীফাওবা—, পাওখুম তাদরি।

অদুনা ঙসীসু হঙই

"মংদ করিবু উবনো?"

"উদে করি অমত্ত—"।

"শক্তমত্থুদি?" লৌশংবীনা থমোঈদা নোকই মুঙশিবনা লাহৎলি। লৌশংবীনা থমোঈদা চীকই কপ্পদা, কায়না মৈশানা ভাংগোঈনহল্লি থ'মাঈ। মপু রাইবা নাংজবীনা মপুরোইবা শেৎন মৈচাক, থেঙনা রায়ঃরে হুজাক. মদুসু থংই। থমোঈনা থমোঈগী অদুগা থমোঈগীদমক থমোঈনা মুঙশি নোন মশীন শীনবাংনরে। মুঙশি ঈনোৎনরকৈঙ মতো. মদুসু উই লৌশংবীনা। লৌশংবীনা হায় "মংদবু উবরা ভাইবংদবু উবরা শক্তম'থুদি—লোরে। হৈনা লোববু অক-মুঙঙাইনঙাইরু? অরোনবা রাথম লোরকডৈ মকা কোঙদোরকপবু শাকনীংঙাইরা।"

অমুকসু লৌশংবীনা

"করি থনবা ঈচীন'নাও থজাইনা হৈমুক্সবী হেক ওই অঙাঙ অঙাঙবদো?"

খংদবনা অমুম হওখি।

ভংশেংবমক্তি, ওইদ-মুওদা নত্তে অমুম কম মরোই-মনাও মাওদ' লমলৈমনা পূ কোয়চং চংপ লম্বী মচংপশুম্বা থমোঙ্গ ম্রাওদবা চীনগী চীনগী'তা ওইবা য়ান্না কয়াদু শাব্রি'ও তাঙকম চাম্ব খংদ চাদে খংদ, মথোং খোংদাকমনীঙ্গু খংদ, কৈদগী থোই অমনা চীকথ্রবনী খাজিলগী খজাই ওই থওবদা ভাইব'সিদা চীককম কোদ হেক লৈতবগুম কৈ-দগীনো পাইশল্লকুনা। থোইনা চীক্লগবু শিব-শিদবা, মহুনা তুও:হৌ-দবদি কৈদগী। তুওখরে, খাজিলনা খল্লি, ভাংলম্রনি খজাইসে, অঙ্গুনা খাজিলনা হায়।

"শিবমক্তো শিরোই" য়'হৈ মক্ক খংদে। কৈদগীবু ভাংলকলিবা। মক্কনা থমোঙ্গদা মতোলনা চীনবান্দ মক্ক ম্রাওদনা উপালনা মালংব যাম্ন হৌওমই মরাহৈ অসি, নাক লীংফম্নরিবী লোইশংবীগী মকমদা। অদুম থোকলম-লাওনম্লগনি খংই খাজিলনা অহুনা থুম্নে'মথৈ "মথা ভাই" খংদে ঐদা ঈচীন'নাও নং উহৌদরে, ও'থাক্লমু নাথরে, থোইনা চীকথরে খজাইসে। কমদৌনি মাহু তু'হৌরে—।"

"মাহু— ।"

"অং। মংদ করি উদে। তাইবংদ করি উদে। উরগবু ঈচীন-'নাও ওইবী নকম য়াতাম্নদব য় ওথরবর ? অতৈ করি নত্তে, থোইগী মহুনি। মাজসমু মথংবনী চৈনা সনা শিবমক্তি শিহৈরোইদনা।"

হৌজিক্ত ল'কই য়াখন লোইশংবীনা ভাওকম চানা চীক্লে থোইহু। খাগংলি য়াখংবী লোইশংবীনা। মুওশি থুংশম্ন য়ামিম্নসি তেমশীংমিম্ন উমঙ ফাওনা চংমিম্নডৈ থুজেংদ থুজেংনচেং, য়ারে 'শক্কম উংচনীংলক ওইরকনীংব মতংদা উমঙ ওংব শাইবী তিংথঙ মানা শৌ তনৌজবী, থম্বালনবী থুম্নাদা য়ুরকডৈ পোমথং-শুগংডৈ নাবনা নাথিবনা লোইশুম, মহু উরগা য়াজৈ থু-শম্নবা মীচাপোক ওইবনা। মতুনী পামজবা। মহু থোক্লে—ভসী, অমুম খল্লি লোইশংবীনা, মতু থোক্লে ভসী, থোইনা

চীকপদা খোঙ্গশাও মরাখর মায়থোং লুক্লে অহুগা হয়াওকমতা ওই
লৈরে মৌনহাসি মচু মথনগী ভিয়ানা লৈতেঙবা, অনৌব শৈশক মুঙওম
ঙমহনবা কোংগায়না লৈতেঙবা তাইবং অনৌব অমদা।

খোইনি। মবমচং য়'ম্নবনী। য়াম্নবা লমচং, খোংলোঙ্গনবা
খোইগী মচু চিঙথোক্লবা হোবে হোবে চংখি পং থংলুই পাংথোক
মকা, নীংয়াংবী লৌশ বী বা কোম ঙাংদ ঙেক ফম্রৈ নাক্ত। মফম
য়েঙই নৈন নৈন চিঙথোকই খোইগী মচু। করি মতৌ লাঙদোরিবা,
হঙহৌব নঙহৌদে, খোগাই পাংবনা হল্লি, থজায় নৈরি লৌশং-
বীনা।

লৌশংবীনী থংই। থমোঙ্গনা পু'বানরকই। অমুক, হকচাং
পোলাঙ অমম্ভদগী পুংবানরম্ব থমোঙ্গনা ম ইওন তৈন তৈন লৈনরকই।
কাওদে অমনা, থজাই থুংনান তোঙ্গরিবসি মচীন'নাও ওইবী লৌশং-
বীনী, অমুক থমোঙ্গ তাইওম্নবা অমনা পীরৈ শক্তম মুঙশিবা মপৈ
থুংপু থুংপু বাক্ত-পাদা লকা ওংব মমীংকী মীয়েঙদা—।

মোঙমা। নোঙমা অমা। থাজেংবনা, হকপক্লনা তাঙলৌন লৈবদা,
মতম চীকপদা ফম্বাক অমম্ভদা য়াহীপ য়াতামিন্নথি পুন্সী হায়বতুগী
অহানবা অওইনা। মীংকুপপু ফা'থদে শাথৌ কনবা লাল্লোইশক
পুথিপুন্সীগী ঈশেঙজবী মহকচাং মুমীং অহনা, মুমীং অহনবু ংংখিদরে
মীংকুম হুইফাদা তেনবতুনা ওইহন-চলহলখ্রবনী মাবু মোওইনবীশীংদ।
শাইনোম কিথম্নকপী থজাই, তম ফিথল থা মালংন শাহুম লাঙ-
খ্রবনী। য়ুম্নাক ওম পুন্সীনা লেনখ্রবনী। মতমচুদা, মুঙশি থাগোম
পেঙ কোদ নাইদা, নীকখিবনা হকচাঙনা, য়াথংদবা অঙাংশিঙনা
কাব-হাইন-ছম শাম্নরকতৈ উয়ীরৈ পাম্বী শক, হকচাংন তনীক্লজনা
হায়জ-চংচখিবনী মকা 'থাদোকপীম্নুকো ঐহাকপু।' হায়খ্রবনী তোঙবী
ঈকায় য়াঙমা লায়, 'কনা লৈতমথীনী, চংজকম কোথ লামফঙদরবীনী।'

ৱাহৈ খূদোং, মুঙশিবা ওইবা মক', পিনৌজবী ৱাকং খূদোং মরূপ ওই মপীজা ওই লেপ্ত-থমদা ৱ'হৈ খোংলোঈনখিবনী মীৎমুদগী পিনা। মীৎমুগী পিনা তেঙবাঙ চাওখি মুঙশি ৱাকৎ-ৱাকৎত। ল'পিজবা পিবা·শিঙবা চেৈহৈ লোক্তাক তম্বী মৈত্রবাকী খোংলম শকপা ভুবেনগুম, অহোংদ, অতুগ শাইথাত্রিবী, মুঙশি হকনৈদা শাইগী ৱাৱক ৱাঙমদী লা'লবী তাঙাঙজবা, থক্সাই নাক্ত-য়েৎত। মতু, হৈমুন ফাৱবা হৈনৌ খোমীৎনবশিঙদা অহোংগী অৱাকপা লা'ক্লানা শফু তপ্ন তপ্ন য়েৱখিবত্থ মাল্ল।

ফনা কুইৱে। ফনা কুইয়ে লোশংবী হায়বীসিনা মথোমক ওই থানিলগী শক্তম শক্তম, অহোঙবা কোংগায় য়েঙশন-পাশন তুমীন নাক্ত ফমহু'বা লেল্লকলিবা মতম। ক'ৱিগুম্বদা, মপুৱোইবা শেৎনৱবীনী কাওগুমলকলবী শক্তম্ন নৌন চেল্লকপী মৌ নহাসিগী পঙশল্লকঙৈ-মৱোন লোম্নোক্তবা মীৎকী মীৎয়েঙ মীৎয়েঙগী খোংগুল লী। মীৎয়েঙগী খোগুল লীরুৈঙ লোশংবী হায়বীনা উই, অহাংব লোকমশিঙ অমুক লৌহল তম্নৱিবা খুম্নাশিঙগী খুৎপু। উপাল উপাল খূদোং পান্দোং পান্দোং গুনা তথৎ-তয়াঙ পাইনৱিবা 'তিম্না তম্বী উচেকশিঙ। মথোয়না খোঙনৱমগনি। লোশংবীনা উই, থানিলগী মীৎয়েঙগী খোংগুল লীবদা, অ'·'ঙবা 'িয়'দা লৈচৌন'শঙনা শক্তম্ন হোঙন-হে'ঙনা তাইবংবু লক্কহুনা—, অতুগ। লোশংবীনা উই—মীৎ'য়ঙ অতু থৎতুনা থিঙহুনা লৈ লানঙমত্রবা পিৱাঙগী চ ঙজোনবা ঈশাক—। কৈদনো থংঙমলক্তে, শক্তম্ন য়েঙঙমহৈব ওইৱক্তে, তুমীন ফমলমবদগী লোশংবীনা মশা থংদ-উদবগুম চেম্ঘৱিবা মীৎলুগী পি, তৈথোকই ফিজনা—

"ৱাৱী শাস্রি ঈচীন'নাও"

কৱিনো, কৱি মতৌনো? নাম্ঘোকপীখি। মতৌ অস্রুম্না মৱৌ-চেন্দবা চল্লবা মথুৎ-থুৎনাম্ন ঈমায় মায়থোং শীম্ন নানবী অহোংহুদা ঈমীৎ মীৎলুগী পি, থানিলনা লোশংবীগী পাওখুম কৌদ শীদা থাহোক্লনা

ভুমীন থন্নুন নৈ, মীংলুগী পি মথুংদা নাম্বোকপিথি। পুন্সীগী থারোই, থাদোক্লোই পাওমেনবীথী। থৌমা কবা মহাক, থানিদবা মপুরে'ইবগী—অ:রোইবা য়াহীপালমদাই শক্তমত্থু নীংশীংলদুনা থল্লি থমোঙ্গদ', নত্তুরা, থৌনা ওস্থে'ক্লগু নৈথিবত্থু নংতবরা নহাক ?

হঙজৈ থমোঙ্গনুঙ মদোম। ত:শঙনমক থৌনা নৈথিবত্থু লাইথুঙনা লাহৎ পুন্সী ঈথম্বত্রবা মপুরোইবা অচৌবী। অদুগুম্বা পুন্সীগী অকাও পরৈ হায়ব'ম অমুক শক্লাইরক্লরোইদবা মমলনা হি চাম্ম, য়াই চাম্ম, চাম্ম চাম্মনা থুজাং ওইরম্থু মমল চাঙমায়ৌ য়ারয়োইদবা, থমোঙ্গদা হকথরবা পুন্সীগী মুঙশিবা থুৎনান মত্তৌ হম্রগুম থোকই লৌশংবীনা ঙসী মকমদা।

নৈতোংদ লেপ্পগা উগুমই ঙম্মক। অকুৎপদা নৈব হম্ন উঠ য়াথনগী নৈতোংনবা তাঙকমসিদা। মপুরোইববু কাওরুরে মীংকো মীংকুপ কয়া অদুগা নকশল্লুরে ঙসী কৌব মতমশিঙসিদা লমলানবা মরাথন নাক্ত। অহীংন করম লেল্লমগদবা ? শকউনদব, কোরৌ মশেক লাওবা মতমশিঙদনা কাতুপ মমুঙ ভয় মহাক্ক মত্তৌ করি পুনা নৈরম-গদবা ? থনথরে কয়া য়াথম্না মহাকথং হৈত্ত হৈত্ত লঙত্তম নাইঙুম লেপ্প লেপ্প থনথরে কয়াবক। মরম কৈদ, করিবু নৈদুনা চংশীল্লী— য়াথম্ন মীচাবোক মর'থন নাক্ত। মতম হৌ'থবা কয় না:পম্নথি থাদা য়াঙদা, ত'ইবং পুম্বদা, মপুরোইবা নীংবীনী হায়না। অদুগা লাঙলকলিবা শক্তম অসিনা—তেম থেঙনা তৈন ওম্নবা। থল্লু থল্লুঙৈ থাগিল, মরালনা কোকথোংনরকই। হয়াও নৈচল শেংব কুপ্প মাংথি শীংঙুপ শাবা। চংজৈ নৈচৌল থোংনেংনথরবা শকপাম্রত্রবা মপুরোইবা লাইবক চাঙবগী, য়াথম লাকপা লংজহৈদবা শক্তম কাদা—। থাথিমনা চংজৈ মপুরোইবগী মকমদা, 'হোঙজদে পুক্লীং তাইবং ওইবা য়াইনা কুপকে, কুপকে কুপকে মহোংনব', লাম্বেঙনজরি মনাঙনা।' তশেঙনমক থাথিব

ম্যাইবং ওইবা য়াইবা থমোঈ ফিহোত্তহনগে হোৎনরকপা খুদীং প্যাঙগম থেক্ক, য়েক্ক-মারওক য়াজরিবনী।

ওসীগ্র থাবল অসি মেংলি। উচেক্ক তায় খোঙলি। সুঙশীৎ কোবনা য়াঙদগী থাদা হুমলি। লৈচৌলনা অতিয়া থাদোকলি। নোঙজু তোঈরোই থংই—থেংলবদা মহাক লাকনী। লাকনী অদুগা মচংথিগনী য়'কং অমত্ত য়াওদনা অহগা তুঙয়ান শবান য়েঙ লৈহৌগনী অমুক কাত্তুপসিদা মথোঞেম ঙঙন-ঙঙনা কোয়না কোয়না তান তুমঙম—হীপহনঙমদনা।

থল্লৌড়ৈ, লাকই মজাঈবুংঙো। মতৌ অসিদা ভনৌদে, মহৌশা হায়বা মমনাৎ অত্র শকথরবনী। থুদা থাই থানিলনা

কয়ি ওইগনি ভাইবং। অচৌকপদা ভিনবনী মহৌশা।

অচৌকপা মহৌশা হেল্লি থমোঈনা', য়াথম, চমেৎ-চয়াংবম। মীভাদবা অচৌকপা মহৌশা উমঙনুঙদনা হেল্লি লমজাওথোনবগী খোঞেক্ক খোম লৈবা। ভপ হু'য় থল্লি, হেল্লি শাহুম চাওবা। অহৌংম চৌকপদা মীকোক্ক অমৌনা, মখে'য়গী ভাইবং ওইবা হকচাংগী কয়াংব খেংলে'ঈ-নাবে'ঈ ওইশন অচৌকপদা ঈ'ভিয়'থি, ঈ'হিন'থ অহুব্ হেল্লি থমোঈমুঙ 'সিনি' শক্লাই-শক্তাক ঙমদবা য়াথন-য়াথম চৈনবা। হেদোঈ হেগাবস্থ নত্ত, মীকপ-মীয়া'ওনবস্থ নত্ত শকথোক্তবা য়'থনদা অচৌকপা কোদ থংনদা লৈনৈ থমে ঈ অনৌ া চয়াং-চহীংননা।

থৌনা লৈত্তে হায়থি অচানবন', মীংশীংলকই চয়াংনবা থমোঈনা অচৌকপদা, অদুবু মতম তাঙকম চানা কবিগীনো পুরক্তবা নোঙদম-থোন—। থৌনা লনগৈ পাব্বি, থৌনাবা পুকৈ চোল্লি। পাবি চোল্লি কদৌনী উচেক্ক মশা পানঙম, থৌনাকা মশা শাবান মকা ফোংঙং ঙমদনা মরৈ, থৌনা লৈ, মজাঈবুংঙোনা থল্লি, থৌনা হায়বহ লৈ লেম্ন-প্যালা ইকমদা। পাংগে থৌগে ঈনৌংনী। সনা কোম্মুঙ, কয়াম

তাম্‌নো ঈকমদা। মচীন মনাও ওইবা মৈত্রবাক লৈমাবা, লৈবাক নিঙথৌ মথোয় কনানো থাকুয় মনাই লৌপু লৈখিদবগী অমত্ত পোকপা মচা ঐগী ঈকমদা। তোক্লো থৌনাগী বা। লৈবাক নিঙথৌ ঈনীংনবা ঈতীক ঈয়াইগী বা। লৈবাক শেম্ব ঙম্ব, থৌনানা কৈদনো। মত্তুস্থ তোক্লো। লম থুম মীরৈঙব কয়া য়াম, লম থুম, লৌরিনা যুমকম, লৈবাক অসি কয়া শীনবা, মত্তুস্থ তোক্লো। লৈ ঐগী থৌনাগী থৌনা, থৌনা কোংগায়দগী মংকোক ওইবা থমোঈদা থৌবা। ঐহাক, ঙম্মী, পিখিঙ কোদ ঙমদা, মুঙশিবা ঈশৈদা কপ্প ঙম্বনি থমোঈনা শোক্ল। লঙখিবনা, অমুক তরু তরুখিবনা অতিয়াগী থাজগী মীরেলম্ভ তাবা, লৈচৌলগী শক্তমস্থ তাবা, শকয়েঙ মিঙশেলগুম্ব অপাকপা ঈপাক চাঙজৌনবদা, য়াম হয়াওনা ঈদোম ঈরোইহনা শাম্নবা ঙম্বনি। ঐগী থৌনাগী থৌনা লৈ। ঐগী থৌনা লৈ মহুনা অশাংপী লৈবু উরপা পং লৈথং তোঈ নাকম লৈচিমগদৌ মহুং-মরেং শীন ঙম্বনি ঐনা লৈথোক্ত-লৈশাং তমহন-তমহন নোম্বহনা ঈচীম চীন-চুপ্পবা। থৌনানা অরেবা শীজমহুনা, শীজমহনা, হেক শীজমহুনা, অহনবু ঙম্বনি ঐন য়েক্লবনী থনবগী মহুং লৈহী লৈচুপ্পগে ঙঙন-ঙঙনা চাংজাও লান্নক পাইরকপা মথোয় থেয়মু কোব থুদীং ঈথুংমক্ল অয়োকপা লৈহী পীথক্লে থন্দুনা লৈরিবনী।

কাতুপ, মৈঙাম লিপিজৈ। তুশোনহনবনী মৈঙান থমোঈগী ঈথীন চংন। শক্তম ঈশেঙ-শেঙনদে মম্লিবা মৈঙান্দ থম্নে অনীমক, মসিনা শাকৈ। শক্তম তরঙ তরং       মনীং তমগনবা মীয়েঙনা কৈদ-কৈদ য়েঙনবা। করম থুংন থোংন কাঙমগনি মীংয়েঙ কৌবদু। তাক্লবী তঙাংবী থজায়দা, ওইনীংলক্লনী উক্রৈঙ অশেঙবা ঈরল। অমুক, কম্বিনো হেক উক্লবা থুদীং। নক্ল পাল্লে উহৈ হেক্ল-চীন্দমগে তেমশীংগ লক্লনী থমোঈনা। অচুগী শরুক, অমুম থন্দুনা চাকশম্নী মজাঈংজোনা

মমলিসনু মৈঙান। লিপিক্ষসনু কাতুপকী মৈয়ী অসিনা। অহুগ', থনগে, মজাঙ্গৈবুংঙোনা থন্দুনা লৈ, থংনীলিবা ফোংদোক্লীংবা ঈরাথন ফোংগায়, মকা য়োম্নবস্নু ঈরোমদোমগী থমোঙ্গৈনা ফোংদোক্তুনা লেনগে ঈরোমদোম ওইবা থমোঙ্গৈগী লকাদা।

থৌনা লৈ এগী, মত্তুমক্তনা অহৌংদ, শুকপব', ওস্থোক্লস্নু থৈন। তাঙলৌনবা অহৌংদা, অশুকপা উমঙদা ঈদোম তানা মীংশেং থাংন থাংন লমদম্নবী মহৌশাগী ফজববু মীংন-নানা কুপ্ত-মেন্দ য়েঙবা ঙম্বনী। তাইবং হেক অপুম্ববু য়াইথা-য়াইবুহন শুমহংকে থম্ন, শবান মিহৌ লাঙথাক্লঙম্বী কয়াৎ পুথোক উংলবী ফিজেৎ কোম্নবী শকহেনবী, মথোয় খুদাংবু ঈচীন চানবান মৈবা থোক্ল তাথী-তাওই চৈঙম্বনী। কবি ওইহন্দবনী ঈফমদা। অত্তুবু—, হায়রসিবা য়োন তেমঙ্গীলকই ঙম্নমকসি হায়দর্নবস্নু মসিতদা হায়গে হায়না অত্তুবু মহাকস্নু য়াওথি পানলাল ঙমদবা থম্নুও তম্ন লৈমন অত্তুম্মক মচম্নথিবা মন্নাহৈ কোং-গায়লক্ত। অহুনা থন্দুনতা লেপ্লি, অত্তুবু, ঐহাক নংগী নফমদদি থৌনা য়াওগে ঙমখিদবনী, নোঙমা থৌনা থোংথাং য়াংশম্নরক্নী থনখিবহু তুঙওইনরকপতা ওই থৌনা য়াওবা ঙমলক্তবদা থঙলি। থৌনা ফুদোক নকা তম্ন থোংয়াংশনবদা তম্নাইথোক নংগী নফমদা শয়াত্তগী চংজফম ফাওবা নীংজ-চংজ ঙমলোইদৌরবনী তাঙফম অসিদদি।

অত্তুবু লাক্লি ঐন অচীকপা মতমসি পুরহুনা। অদুগা লাক্লি ঐনা চরাংনবা থমোঙ্গৈ অসি থোংলোঙ্গৈনহুনা। লাকখিবদা, থৌনা অরৈবা থাক্তনা লোঙ্গৈনরকখি। মসিগী মরম লৈ—

অচানবনা হাযখি য়ুরাঙখিদৈ ঈফমদা—। ঐন নকা তমগে থম্ন থম্ন অকি বাথম্ন খুত্নম লাকলকদৈ, নীংশীংলকই ফম্ন ফম্ন মজা-ঙ্গৈবুংঙোনা, ঐগী ঈফমদা।

অচানবনা হায়খি

"সুপীজা ওইবীনী হায়দে, মতম্ন নোঙলৈ ওইরকউ ঈকায় মরাখন পুম্ব লৈন-থোম হুমদোকখি ননাই য়াম্বগী ঈকমদা ঙহান নোঙ। মরাহৈশিঙনু নীংশীংবীরবদী মতৌ অসি চেন অঙক অকি থুকচানিংঙাই ওইদবরা থজে ননাই য়াম্বনা—।"

"মহাক্র !! ঙহান নোঙ! হায়রু করি হায়খিবা?"

"নোঙমা, লৌশংবীনবু শেম্বরা লৈগীনা নাচোম পীক্তকপী অমা মনম নম্ন নম্ন মংলান মানবমথৈ ঈমিঙ মিঙবন কৌরহনা হায়খি—"

"করি—?"

"হো তাদা অচানবা মংবু, মজাঈবুংঙোনা কয়া থোওই নাওই নীংবীক্ৰমাল্লে ঐবু।"

'য়াম্বা অচানবগী রাকম অসি ঙমখিদে থক ঐহাক্র থাজগে হায়বা অদুনা চৈহৎপঙুম হায়খিবনী 'মহ্ থাজকম নত্তে' হায়না। অদুবু ঙমদে নক্লোই হায়বা নকা। মসিনা করিবু তোঙজবা—। তোঙজবদী থমথো মৈচাক্তনী মফঙবা।

কম্নরিবসি করি পাংগে থম্ন থৌরম্নিবনো। য়াহৈ থরঙদফাওবা চীনবান য়াকা তোঈঙমদনা হনগদবা? মদুদী নত্তে। ঈশৌ লাঙন-থাজংনি, ফমথক থোংয়ান ফমলিবী থানিল কোকথুম-নমইনফি পকলমদে ঙসীদী। ফনেক কিজয় থাথুম থাবম্ননা ফিথক্তনি চিঙথং শেংলম্বা। উই মুশিননা মজাঈবুংঙোনা কয়াৎ নীংথীবা খুদীংমক। হুংলী মীংয়েঙনা মমল য়াম্ন য়াম্ন য়েঙই। অমুক মমল মমাইদবা পুক্লীগী লম, য়েঙলু উক্ৰউ মজাঈংবুঙোনা থল্লি মদোম, য়েঙহৈদে মিংৎৌ লাঙথাক থদাং খা। মদুবু থমোঈদা ঈহুন কায়কই। নত্তবা শাজং চংলম্নোই ' চংলাম্নোই মহুদী। ঙঙশিবা অসি, করম্বা মওংদনো থমোঈনা থমোঈদা পামলুবজনী ফোংদোকপা।

অহুৎপ মমীৎ মীৎয়েঙ ফাখরে কয়ারক থাবিলনা। ঈপোম্বী থাবুং পুংবাদা তাখিবা মীৎয়েঙ অহুৎপ ফাখরে। ঈশীংব য়োৎপদা ঈচেল মাইনা উই খবখিবা থাবিলগী শাঙতরুবী চরমদা ত্তিনয়োৎ মিতা মীৎয়েঙনখিব। অহুৎপ মীৎয়েঙ ফাখরে। তোকম খংদ মীৎয়েঙনা অমুক লৈখা তম মদোম মথুং খুদুমলাক খুদুম নৈন-নৈন থাংখিবা ঈ থল কাংলকখৈ মরোল লোল্লবা মতৌ খংখরবনী থাবিল ফমথক ফম্বীনা।

ঙসীদী। হৌখিদৈ নত্তে। থমোঈমুঙ থাবিল, থমোঈগী ঈশৌ লাঙই। কুমদম্বী লৈগুম তনৌ তনৌই। অমুক মদোম তানা য়াহৌ ঙম শাৎপগী অরাবস্থ নঙই। থমোঈ লৈতাদনা লেপ্লি। মশা খংহৌদনা মথুংন লামই নমইন ফি। কুপই তমকুপ। মতুদা মঙ্গাঈবুংঙোনা অরোনবা থমোঈ খংখরবোই থন, মীঙমজদবা মায়থোংনা কোরীগুম ঙাংলক, মহস্ত খংই থাবিল। অমুক নমইন ফি লৌথোকসিনা য়ৌই থনবদা। লৌথোক্লগনা কদৌবা—। কারাম-কামজাও কাহেন তম্নবগী। থমোঈনদী অস্তুম, অস্তুম অস্তুম নকশল্লক্লে; থাবিলনা মঙা-ঈবুংঙোগী থোংথাং খোংথাং থুদীং মশক খংখরদুনা মশাগী ফিরেপ লৌই—, নকশল্লক্লে। লাঙই, ঐগীদমক নীংথীবা ফিজোল কয়া, লীকফাং লাঙইস্থ মতাই। করি কদোম্নু শিগদৌরি ঐন? লৈরিবা অয়ুকী মুমীৎদাঙগী ওইবা ফিজম থরা অসিফাওবা চম্নফম লৈঙব-গুম্নবসিদা। লৈতে, থাবিলনা খল্লি, লৈতবনী ঈফমদা।

অমাঙ-রাখম থমোঈ পুম-শম য়োমলকদৌরে খংই থাবিল মশানা। মুপা মুপী ওইবা তাইবং মরমচং উরকই মীৎয়েঙদা। মতুম থোক্লবা। মাংলে মাংলে, থাবিল কমলাক থঙাং চোঙ, হাপোইনরক থল্লী, অহুম থোকলবা করি ওইনি তাইবং? মহুদী তাইবং মাংবনী। মচেৎ লীশীং থোকপনী। নীংজ-চীংজাও শকপা মরাখন ঙম্নমক কহামাংন

মাংখনী। নুমীৎনা থোক্তখনী থানা মেংলদবনী থবান কুপচবী মথৈনা শকমাংনথিবনী। তাইবং হায়ব'ম লৈতবনী।

ঙসী অনৌব ঈহৌন অসি লাকই। করি হায়ঙায়োই মতৌ চেনবা মঙাল অমা থঙকাওনরকই নুপীজা ওইবী থমোঙ্গৈদা। কৈবম্নথি নৌজ-খিত্তে মুঙশিবা অহীং কয়া মপুরোইবনা, মতৌ অতু চেম-পুনা কয়রিবা অসিনা খুজেং শোকলক থোক করিনো পাংগদবা। ঙমগনী থাজরক্তে খুজেং লৈন থংপ। কৈবম্নরক থোক নুপা ওইবা মথৌনা কুথোক, করিনো 'শাওমঙ চৈঙমগনী' থম ফাওরক্তে অশাওবগী মঙান মচেৎ অমত্ত। থানিল থংলে মশামা, মশাগী ফিরেপ হোঙলক্লে থংলক্লে। চেনথরগে চেনঙমদে। কনা লৈতবী পুন্সীগীদী ভরাইথোক পাশক-শীশক হায়ব'ম নাইদা নুপা অসিনা মরৌ চাওবা মীনাই অসিগা তয়ং-মালং ঈমুং অসিদা লেলহৌ-লৈহৌগদবা মপুন্সীগী মতৌ মীৎত উন-উনা লেল্লকপনা নকশনবদা মথঙলকই হকচাংনসু থমোঙ্গৈনসু অহুপা রাখন অহুপা মীৎয়েঙনসু অসুম অসুম নকা ভম।

করিগী লাকপনো অথেংব অহীং তাংলৌনবা খুদীং? ঙহানমথৈ হঙলমদবা রাহও হঙলকই ঙসীগী অহীংদ। থানিলনা হঙই মদোম, করিগী ফিজেৎ ফিইন অসুক য়াম্ব লাংলিবা ঐগীদমক্লী হায়না? অমুক, ঐন করিগী হয়াও পোৎয়া-নথিবা? ঈপুরোইবা লৈতরবী ঐন, করি কৈদ লময়েঙ-ভুয়েঙ চৎনঙাই লৈ, করি-করম হেগানঙাই কুমৈ ফিয়োঙনিংঙাই লৈ ফিজেৎ-ফিইন অহনবা কোংগায় অসি লৌথি-বনো মকমদগী থক অয়েৎপ কৌব লৈতনা? য়েঙলমদবা মীৎ-য়েঙনা য়েঙলকপনো অবৌব মতৌদ ঐগী হকচাং কয়াৎ, কয়াৎ কয়াৎ শীর?

থানিল, থমোঙ্গৈদা লেপ্লে, মুঙশি থোই কদৌনী ঙাকচগনি জৈরা-শক। তাইবং য়াইনা চুক্রিতৈ থাদোকনী তাইবং য়াই চেনবা পোৎশক

খুদীং। ঈমুঙ অসি থাদোকপা অদুগা থাদোক্তবা—। মচুঙ্গী তায় থমলি থানিলনা।

মজাঈবুংঙোনা, মতম কুইবা কয়া, ঈচাক্না কমলঙ্গদগী মুংলিবা মৈঙাল'লক্ত লোকখু তোঈক্লরগা, লোকখু থিঙনা-থিঙনা খোঙ্গেম তপ্ন ঙাংলকই—

"মতম অসিকাওবা অচানবা 'য়াম্ব অসি লাক্তে—" কৈদনো অদুগা কনা ওইবা মকমদা পাওদম তানবা ঙাংলিবনো খংদনা মদোম শোন'গুম ঙাংই "মপুঙ্গীদা মহাক্ন মতৌ অমুম অহীং হন্নক্তবদা অমুক্তবু য়াওখিদরি—"

হায়গে থনবদী অসি নংখিদে। হায়গে থনখিবদী 'চুমথবা 'য়াম্ব অচানবনা হায়রীবা মরাহৈশিঙ অসিবু?' হায়বসিনী। মরাহৈশিঙ!! মহাক্না মরাহৈশিঙবনী কবি কামজাও হুল্লমদব। ঙমোঈগী অদুগা হকচাংগী ওইবা মীৎয়েঙ অমীমক্ন লমচৎ কায়গে কায়গে তেমশীংলকইবসি। মহাক্ন হায়খয়ে। কয়া কয়ারক হম। মরাহৈশিঙচুদা থাজবনা কোংগায়। অদুগা মহাক্না মরাহৈশিঙচুদা থাজ'ঙমখিদবনসু মপৈ মপৈনী। মহাক্ন হায়রি

অহীং খুদীং ঙাইরি নহাক্ন ঐবু।
কাওখরে নং পুন্সী লোমথরবা নপূরোইববু।
ঈকায় মায়খুম্নঙে ঈতৌসিবু য়ারোনে নংনা থোওইদবনী থম।
পুন্সীগী অমত্ত ওইবা য়াহীপু ব'রী খুদীং লীগে থল্লে।

কয়া অমনী অচানবনা ঈকমদা হায়রিবা। মচুঙ্গীদমক অশেঙবা মতৌ থংগে লাকপনি ঙসী। ঐন ঙসী লাকলিবা মহোশা নত্তরবনী।

অমুম—। অদুবু ঙমমক্তা তাইওরবা শক্তম অমদা মদোম মরুম চীনশোয়গুম ঙাংই অহীং অসিগা শয়াগী মরী লৈনদবা য়াগী মপৈ।

াই অচানবা কৈদম্ব চংখিদে। থংই থানিলনা। অদুনা হায়

"অচানবা করি লমদম পাওখিবা ?"

"থংদে। শদোং থৌখি" ওইদবা তাংলে "শদোং থৌখি। মাস্তকপু তমলমগদ্রা।"

"মাস্তক !!"

'মাস্তক।" মজাবুংতোনা মরম তাক্ল পাওথুমই "মাস্তক হাও খুল। ঈগুক গুক গুকচা-গুকচুরম্লগনী। ঐগী চীন্দম য়ুরাগুনবা য়ু হেক, হেক লৌশেমই অচানবা 'য়াম্বসিনা মাস্তক হাওফমদগী। অদুবু, গুসীদা হায়রিবা লৈতে মাস্তক থোংদারু। লৈরমদবা অদুগা, মতম অসি য়োরক-লৈরক্লবা অসিকাওবা য়ুমহল্লক্তবা, মতৌ অসিদা গুকপিবনী।"

কাতুপস্থ অদুগা অহৌংস্থ, গুম্মক্ল হৌনদুনা পিদোক্লবী মফম চীরোল-থারোল্লে থংই। মনাই অচানবা মফম কৈদ চংখিবা লৈতে। অদুবু চীনফেন কবা শা হায়রি—তাগুংলৌ সৈর'সিফাও য়ুমহল্লক্তে। ফোংদোকনীংবা মরাইহৈমথৈদী ফোংদোকখ্রবদা গুসাইনা মমীংকী মীংয়েগুনা হুংল হুংলহুনা। ফোংদোকখ্রবনী হকচাং কয়াংকী মওংন মতৌন, অদুগা মরুম চেনবা মথোন থোঙ্লেনগী মরাইহে অরীকপশিগুহনা। গুম্মক্ল থম্লথরবনী অহৌং খুদীং রারী রাতাই লেনমিম্লবনু করি মতৌনো হায়রবহু। থংন থংন থাংলিবনা, করিগী মতৌ অস্থম। মতৌমতা গুকচৈ। চাম্বীনা মশৌশাগুম করিগী লাক্তবা ? মতা মপুরোই অহঙাওনা করিগী মচমী মচানী কমদোবা রাহঙপাওহঙ লাক্তবা ? থংই গুম্মক। অদুবু, থম্লরিবা গুম্মকী মায়ওক্লনা রাগুমদা মচাক্ল লেপ্লি। থমোঙ্গদা লেপলি, করম থংবীগনি গুম্মক্ল মাংদ কম্লরিবা মীশক অসিমক্লস্থ থংদনা লৈরি—।

অদুদী, থামিলনা ঈনৌ নৌবা রাফম পুশল্লকই, অহদী মকা

কোঙবা থৌরাং লাংব ভাই। য়ুম অসি থাদোক্লুনা ঐহাক কনা কৈদনো শাইদাঙলুবা ভাই। মচুতদা থংগনি মহাকপু থাদোক-থংতোক ঈপুরোইবতবু নীংজদুনা হিঙঙমলিবী ঐহাক্কী হায়বসি। থল্লি মাঙল মাঙল। অদুগা, ঈশাগী কনা লৈজত্রবী ঐন ভাইবং অসিগী মফম কৈদ থোংগুল ভাক্লগদবা। লৈতে। লৈতে কনা অমা ঐগীনী হায়বা। রাবসনু, তোক্লো ঐ ঈশাগী বা। ঈমুঙ অসিদা লৈহৌগনি মুংতবা তমথীবা মিঙচৎ। মহাক্ল নংত-মুঙদা লমচৎ চৎকে হোৎনক্লবঁ য়ুম-দাঙলবী ঐন মফম থংদনা ঈমুংদগী মফম কৈদনো শকলোৎ নাথে থিবনী হায়না। চংথিত্রি মীশক অসিননি। কয়ম মরাল কোকথোং পীরম চৎকনী ঐন ঈমুং অসি তম্ন থাদোক্লুনা ? নোঙলৈ লাক্লরিবঁ, মুঙশীংন শাফুনরক্লরিবঁ কিথিবনা অশাংগী লৈন মচোই মচোই হেক নকেনবনী মসিদী। ঈতৌ অসিদী।

"সনা কোমুঙ মমুঙদা রাম্নৌনরে ঐবু।" কৈদগীনো ভাংলকই।

"সনা কোমুঙ মমুঙদা—" লোইদবি। থানিলনা মরক থংলকই ঈমুঙদ—ঈমুঙ মনুঙদ-মমুঙগুম 'কবি থৌগল্লোল কায়রু থোক?"

তশেঙবদী হক্ল-থেঙনমক নত্তরবম্ন মজাঈবুংঙোবু মনাও ঈবুংঙো চীংথঙথোম্বনা পুক্লো বারৌথরবনি থুজীন মমায়দঙ। মসি ময়ামবুং ঈবুংঙো মোরাম্বরম্ন থংই অদুবু লৈথিত্রবা মপা থাকুর মনাই লৌপুবু হম্ন য়েঙনক্ল অমুক মপাবুঙ হাক্তকগী থুউ লৈভারক, ঙকয়েৎ ফিয়েৎ পুনেম লাকপা থাকুর রুহিদাসপু নীংশীনুরগা নহানি, মঙাকপী-বনী। সনা রাথঙ রাওদনা মনীং তোথি হন্দক থানিলগী মপুরোইবা শন্নহৈদবা অচৌবু ময়ুম মক্তদ। চায়োক-নাওয়োক থমথিবসি। মনীংন-মনথরবনী থরদী। থ ই মজাঈবুংঙোম্ন অদুগা থোংলেং তোঈদবনী হন্দক মরক সনা নাক্ত। শ্রীঅনুপ প্রভুগী থোগল চৎলিব থাকুর বামীস্ন ঙয়মকসি থংই। মমা মপা লৈথিদবঁ পাথং অঙাওবসি রাথম্ন মতীং

থোক্ল মনীং-মথানরে। লাইগী থৌগল নাওইরক্কবা মতৌ, তোঈরবনী উবা থাকুর বামীনা। থনথরবনী মরক মরক 'ঐবু ঈমুঙ অসি থাদোক্তুনা লমদম কৈদনো চৎথরসিরা' হায়না, অহুবু নহানী মজাঈবুংঙো নোঙমা মহল্লকনী থন সুংশিবা লীচোং অমনা ডসৌস্ন লেংদ-হায়দ লৈরি থাকুর বামী। মশামক্ত হঙবদী ঙমহৈদবনা থাকুর বামীনা নোঙমা অমা মনাই অচানবা অমুবদা হঙথরবনী—

"অচানব'— ।"

"করিনো থাকুরা ?" সুমিদাঙ রাইরমহু নোঙনা ফুঈথি । অতিয়ানা শুক শুকথি মঙ্গদা। অচানবনা করি থংদ হঙথি "করি তাকপীগদবা থাকুরা ?" নোঙনা মপান্দ তারি।

"থানিল হায়বীসিনা ঈমুঙ অসিদা করিনো পাংলিবা অহুগা অশেঙবা শক্তম অমত্ত পক্ত-চেন্দ করিনো মজাঈবুংঙোনা লেল্লিবা অসিনা ?"

থাকুর বামীনা অমুক্ত হঙদবা রাহঙ ডসী হঙলকলি, অহুগা রাহঙ অসীগী মপান্থোঙগী শক্তম নত্তবা মনুঙনবা মরোলসু থংই, থংই মনাই অচানবনা। খুমবু খুমগে য়োই মথমোজদা 'থাকুরা য়ুম্বানমিমরবনী হজাক্তী' অহুবু মহুমক্তি মতম তডাকম থরতঙ মরাংলি থন মনাই অচানবনা—

"নহা ঙাক্লী থাকুরা, ফোংদোক্তবা মরাথন মপৈ মপৈ মরৈনরম-গলী—"

পাওথুম অসি থমথেঙথ্রবনী মনুঙদা।

তশেঙবমক, রাথম মপৈ মপৈনৈ অনী। সুঙশিবগী হীরীনা অমুক চিঙ, নেমথবা থমোঙ্গীগী ঈমায়না অমুক নম, পল্লেপ্রকম থংনদনা লৈনরবনী। থানিলনা হঙথিবহু, রাথন ফোংগায়লক কাওথোকল্লুই। পাওথুম পীগনী থংদ মজাঈবুংঙোনা অচীকপা অহীংছুদা মতম কমা

অমা তম্নং-মালং বাথম্ন তিম্ন, ঈচীক ঈহুন তম ভুমীন চীকশন লৈরুরবনী। কৈদগীমো খোঙলকই, উচেক খোঞেন্দ্ তারকঙৈতদা থংই, মাথম্ন শুমথরে মহাক—

"থৌগললোল কাম্ন হায়বগী নত্তে। সনা পুক্লীং বাম্নৌ-পুক্লৌ-বীরমদবস্থ ময়াই। ঐহাক্তনা চিঙনজবনী।" তশেঙবমক্তী ময়ামবুংনস্থ অহুপা মনাও ঈবুংঙো চীংথঙথোম্বনস্থ, মজাঈবুংঙোবু হুঙগোই হঙগোই-মপ লমচংনরবনী। মীতিম্নরক্তনা হৌরকঙৈ মপুন্নাবু থংবী উবীদুনা মঙাকপীবনী, নত্তরবদী সনা পুক্লৌ-বাম্নৌ সনা নাক নকহনবদী তরাইথোক খোনফম অকনবা ফঙনঙাই ওইরবনি। অহুবু হায় "করি থৌগললোল কায়রুঙৈ নত্তে" মজাঈবুংঙোনা খুদোও চাবা লৌ মথা তারকই "মংলান তম্ব ঈবাথম্ন লেন-তেনা লৈহন্নে থমোঙ্ঈ অসি। অচুম্ব ঈবাথন অমত্ত থনঙমদে ঈশানা। লাপথোকতুনত্তা মরৈ তাইবং পুম্বদগী। সনা নাক ঈনক নকলক্তবা ঈতৌ অসিদা থৌওইদে নাওইদে ঈত্তৌদ পুক্লৌ বারেৌরমগত্রা চিঙনবনী ঈদোম"।

তায় ঙাংলিবশিঙ থানিলনা অহুগা নাকথংনবা মবাথম্ন থল্লি বাথন কোংগায় মওল মওল। চিঙনরে থংই ঙম্নমরু, চিঙনবত্তবু নত্তে, থম্ন-লেপ্নরবনি লৈথিদরবা মপুরোইববু তরাই কাও, তিন-থরবনি থানিল হায়বানা লৌপুন্নী, মজাঈবুংঙোগী মফমদা। থম্নফমস্থ থোকই। করিগীনো মথুংমরু লোগনবা, মথুংমরু থুংশিন্নগদবা শ্রীঅনুপ প্রভুগী হৈরুক-লারুকপু লাইবানবা থাকুর বামীনা মজাঈবুংঙোদদি পীদা, অমত্তনী মতৌ উং, থানিল হায়বী মহাক্তী মফমদা, মজাঈবুংঙোগী থুং ম্নোনবা ম্নমিদাও রাইরম থুনাং হেক হেক লান্নকলিবা। অমত্তনি। ম্নোরগনী। অসিনী। য়ুম অসি থাদোক্তনা চংপ। মহুস্থ ঙমগনী নীংলক্তে। ঙম্নোইদবগী মরমদি থক লৈত্তে। অহুবু শকউদবা থমোঙ্গী মরী ওইরমাম্নে ঙমগনী হায়বা মঙাল, উঙমদে থক থানিলগী মমীৎত।

মজাঙ্গীবুংঙোনা হায়রকই—
"ঐহাক চৎথরগে। পোৎথাহৌ।" অসিত্তনী।

চৎথরে মহাক। অসি ঙাক্লী। মসিন' নকমদা করি তৌঙজবা? ঈকমদা করি মাংজবা? থন্দুনা লৈহৌই থানিলনা। তৌঙজকম থংদে, মাংনঙাইস্নু লৈত্তে। অমস্তু ওইসন্নু অমস্তু ওইসন্নু, ঙম্নমক্তী, থাজবা অসি থুদৌংদা মাংহনবা তাই। পুন্সী অসি তাইবং মাই মাইচুদ্রিবৌনী তাকলম্ব তাই—। ম্রারেপ তাই থানিললনা। মচু মথনগী ইমফি, ইন্দুনা লাকই অঙক কুইবা। ফনেক ফিবান নাইনা, মচু মথনগী ফনেক ফিথক চিঙন-চিঙনা শেৎলকলি মতম কয়া অসি। থানিল, নীংঙমলক্কে মত্তোমত্তা—, নোঙদোল লাইরৈবাক থোংদাথরবা মপু-রোইববু থমোঙ্গীদা মিয়েল মুৎথরে অতাক্রবনী। মফি, ফিহোঙনৌ পীয়কপা, মফি ফিজোল হয়াও তম্নাম পোৎম্না, মচু-ময়েন লাঙনা শেৎন ইম্ন লৈবদী, লেংদবা থুদম উৎপনী ঈপুরোইবা রাথন থাদোক, মহাকপু থমোঙ্গীদা মুঙশি-চাম নাওকোল্লি হায়বা।

থোংথাঙ অসিনা অস্নুম অস্নুম থাঙজল্লক থোংচৎকী পন্দোল লোমলক্কদোরে হায়বা থানিল মশানা তরঙ-তশেঙ থংহুনা লৈরে। থিঙবা ঙম্ব অচুগা থিঙবা ঙমদবা রাহঙ রাহঙ ঙম্নমক্তী রাঙমদা, রাশক তেমশীংহুনা লেপ্লে অহীং অচুদগী—, থাজনরিবা ঙম্নমক্তী রাঙমদা মহাক্ল লৈগনী। য়ুম অসি থাদোকপা। মচুদি ঙমগনী নীংদনা লৈ। ঙমকমস্তু থোকফদরে। মপুরোইবমক্ল অরোমবা থৌরাঙ থা মথুংমক্ল থুংশিমরম্লবনী মুপা অসিগী মকমদা মপুন্সীবু অয়েংপ য়াওদনা। মপুরোঙ্গীবা নীংবীনী নাথোঙ্গীরগা, মপুরোইবগী অপাম্ব লম্বী রাঙমদা চৎপ, মচু, মরাল লংশঞ্জবগী মশক্লী থৈজ থানিলনা। ঈমুঙ অসিদা পুন্সী লেনবা তারে থানিল। ব'রেপ্ল লেপ্ন য়ুঙনা তারে। অসিদৌ করম য়েথায়-থুগায়গনী? অহীং তুমথুম্নদ'মথৈ লৈ থানিল রাথন কোং-গায়না থুত্নুম লাক।

মথঙগী মুমীৎত, মায়থোংদ শল্লথিবা রাওথাঙনবা নীংঙমদবগী অহৃগা রাথম লৈবাক মচা তা'দা চনৈনবগী মদি অহু হেক উবদা মচীন-'নাও ওইবী, মহাকথং, হেদোঙ্গৈবদা হেদোঙ্গৈজবতা থঙবী লৌশংবী হায়বীনা মথৌ .হক কাইব'মথৈ খুউ থদাং শৌরহুনা থন্দুনা লৈ, 'করিবু থোক্লবা' ?

ঙরাং অহৌংগী রারী শারক্তে । শাদোরক্তবা রারী মতৌ করম হঙলুগনী। পমথিঙবসু নাইদা মকুম থা থাজৎ হেন, তোরৈনা লেপথিববু, করম মীথুৎন ঈচেল তোরৈ শাইহনঙমলুগনী। থমোঙ্গী করম অরাবা রং-রীনা খুদুম চনথরব ঙরাং অহৌংদ। খল্লিষৈ, অঙনবা অয়ুক্কুদা থাদিননা থোংথাঙ তপ্ন তপ্ন থাঙহুনা য়ুম্লৌ ওংলবী নৌজবী মৌগী মথোং থোংচং অহুদা চংলহুনা ল'ক্লগা চপ থোংলেপ্লরৈ, খুউ-থদাং শৌ মদোম্ রাথম তহা-তহারিবী লৌশংবীগী নাক্ত ।

'ঈচীন'না'ও" থা'দিনন', থো'ঙ্গন্দুনা 'চংজরিয়ে' মতৌ চেন, তুশোঙৈ "ঈচীন'নাও নংবু করি শিনথারিবগে ?"

"ঈবেম্ম—" তাইবং মীৎপাংলক মংলায় চেনথিগুম লৌশংবী, থল্লম্ম মরাখন খুদীং কৈদনো থৈদোকথি "ঈবেম্ম করি পাংদে—। হকচাংন হৌকলক অসুম মপোৎথাবনী। করিনীনা ?"

"ঐবু, করিগুম্ব অমত্ত তায়সি থনবনী। মতম চাবদ্রবোরে ঈচীন'নাও"

'করি মতম চাদনী।" লৌশংবীনা হকচাংন ঈত্তেক ত্তেকথৎ-লক মতৌ পুরহুনা হায় "করিদোই মতম চাদনি, তায়থোকসুঙাই।" হঙলকই "হায়সি করি রাতায়সিগে ? চংসি কাতুপ্ত"

চংমিয়ৈ। রাঙাংদনা চংমিয়ৈ।

"অতৈ নত্তে—" কাতুপ মমুঙ য়োরক, ফমথক্ত ত্তেক ফমলহনা থাদিননা তরং মমীৎ মীৎয়েঙ থম লৌশংবীদা হায়রকই—"অত্তৈ

নত্তে—, ঈচৌন'নাওনা অমুক্তং চৎপীক্তুনা ঈতা চাবীবু খুদক অসিদা ঈনাক্ত অমুক্ত কৌরীক্ল, মহাক য়াওদবা ·য়াদবা রাকন অমা লৈরে ঈচৌন'নাও। অসি হায়জগে তৌজবনী। হকচাংন হীকনে, চোকথরে হায়বনিনা কাং নঙ্গন্থ ওমদরে, নমদরে, ঐহাক্তি পো'ৎথারোইদৌরে। অদুনি মতম চাদরে থল্লিবসি।"

মতা চাম্বীবু কৌরবদী কোক্লদরা মুশি-হাওরিবা মমায় মায়থোংগী য়ান্নবী মশক শক্তম শন্দোকলিবসে? ভায়, থন্দুনা লৈ। অদুগা কৌদ-কৌয়গে হায়না লোশংবীনা থল্লগা হায়রকই—

"কৌক্লস্তুওায়দনা ঈবেম করি লৈবনো লমদম অসিবু। চকপ-ফয়েং খোংদাগদবমক্তি নত্তে হায়বা"

"লোঈননা লাকমীয়ো"

হেক লাকপগা হওগদবা য়াহও পরেও, লৈগী মথও লৈ, লৈরেও লৈচনওম শেম্ন-শাবা লৈ থানিলনা—।

শীংলসন্থ কদোগনী ঈঙা-ঈঙেনগী নোঙজেম্নবা নুঙশীৎ, থৌনাই-থৌ-ওইদবা মত্তৌ পুই মীংকা মীংয়েঙদা। ভাইবং। মথুম মরাং হৌহল্লি করি লৈত্তবদা। চৌক্ল চৌক্ল য়ারীনৈ নোঙমদোল ভম্ব, পুক্লোম-নাওয়োমগনবা পোমথা-হৈথানবা মন্নম চেনবা অকুংব নোঙ হায়বগী মপৈশিঙগা। হুমসন্থ কদোদগে, থৌরাংন, লাংগদবা থৌরাংন অণ্ডক খুংথেক শীংথাঙমদা পৈন-পানা লৈরবদা। নোঙহৌন ভোঈ-রগা হমহম্নবোই মনীংই হাপুংন মোঙশোঙনা, ভেকথংপোই নীংই হৈনৌগী মনা অশওবশিঙনা। মথোং থোংথাও, চংনয়ক্কদৌ শক্তম পুই উপাম্বীশিঙনা। মচুবু য়েঙলগা থরহুম পোংথাই পোংলুম্নবা থমোঈ। থমোঈগী ফিজং চাম্ন ফিজংনবা লকাগী ফিজংমায় মমি-ভাই ঈংবগীস্থ মেংবগীস্থ। খোঙসন্থ নোঙ। অয়ুক অহু নোঙথোঙ ভোঈরকখি, মহু ভারকৈও মতা চান্বী লাকপা ঙাইন-ঙাই, থানিল

অথেম্বা মরাখন মপৈ, মাংদ থেন, নৈরে ফমদুনা থোংনাওদা উবা অভিরামনৈ মেঙলদুনা।

হেক লাকপগা। করি ওইনি। মপুক-ন্না থংদোক্কনী। মতা মপু-রোইবা অহঞাওনা করি করম থন্দুনা ঈমুঙ'সিদা লৈরিবী মহাকপু হেক-মূৎকুম কাওগুম মোঙমতঙস্থু মচম্নী-মচানী হঙলদবা ? মতা চাম্বীনা ঙসী কাওবা সেবি-মাইনি ভাংল-শক্লদবা ? ঙম্মক থংলবম্ব থংদ শা হঙদোক্কনী। শোয়দবা পাওখুম থুমলকদবা খুদোং থংই, হান্নবা থংলে থানিলনা। 'মপুরোইবা লৈতরবানী', য়ুম্বাল্লসম্ব রাজ-পাদা মজাঈবুংঙো অসিদা, পুন্সী অসিনা মনোং তম মথা তম রাজ-পাদবা কৌব মশক থংন লেম্বনবা।' থম্মহন লাক্লদবত্তবু নৎখিদবে হুজীক্কৌ। ওইথোক্কবনা ওইথোকলফডৈ, থোকথ্রসম্ব মতৌ চেম থরায় থম্মবা মীশক নাক থৌনা লৈত, থৌবায়স্থ হাপঙমদা মেঙন-মেঙবা শাগৈনা ফম্নগুমই, ঙাইন-মেঙনগুমই অদুগা মরী কৌবশিঙনা থোং-লেপ থোংলেপ্প লৈনগুম্নে। ঙম্মকসিগী মায়ওক্ক—মপুরোইবগী খুৎশীন রাশক ঙাক, মুপা করি লানজদবা অসিগী মায়স্থ মঙাক হিঙলমগে থন লম্বী কোংগায় থিদুনা লৈ থানিলনা— ।

কোরৌহনবা হায়বসিমক্কবু থৌজিল্লি মহৌশা। মুপাপোক্নী হায় অদুগা মুপাস্থ মথোক্কে কুমগী নোঙলক্কদী শম্নাতঙস্থু। হৌথরেদনা অদুক শাঙবা মতম অমঙবা কুমগী নোঙমঙ-নোঙমঙ লক্ক মশক কৌদ উৎঙমদনা। অমুক্কবু উগে ফঙথিদে, মুপা থোকখিদে। মথোং থোংচৎম্ব থংহৌদ লৈথরমাল্লে শমায়, থ'ই, মতম অসি বাংলি লৈরম-গনি, উদবতনী, নোঙচুপ চৌংথাংদ নোঙগী মপৈবু কি তুকক তুকাই চম্ন। কদৌনী হয়েঙ, মছন্দোরক্কনী, মশক উরোই কুমগী নোঙহৌ মপৈন থনবদা। তায়, লৌশংবীম্ব থানিলম্ব, নম মম্ন ঈগী য়ুমথক্ক ফুজৈনক্রে

থংহৌদনা কুম পুরা নোঙহৌ। খোজেম্ন নাওতম ওইরকই। মমইন ক্ষি তনইন ইনশম্নে। লৌশংবীনা কাতুপ মৈথান মৈথান শোমগুম গুগুগুম—

"চানবী হায়বী ঈচৌন'নাওহ্ লমথাংদ নোঙবু নঙলমগত্র— ? নংবমক্তি নঙলম্লোই। কনা মকুইরে চৎখিবহ্।"

কয়াদা লমদম তাম্ন কোয়রুবনো রাথম। মতা লাকলম্মী, মংগুম্নবু নঙ্ভে হাগুম্নবু নঙ্ভে, থোকখিদবা থৌদোক হায়বহুগা থূজীন মমায় চাঙথেম্নদা কাওরুই মতম গুহাকসি। লৌশংবীগী মরাহৈ নাওশোম্নবসি মমি শামি তারকচৈ মতু মমান চুঙদেদা থাক নীংশীংলকই, অয়ুক্তগী লাকখিবী মতা, মচৎখিববু কুইদরি—। শাখিবা, শামিম্নখিবা রারী-শিঙনা কোংগায় কোংগায়। অহুগা গুম্নমক হেক কাওথোক-হুন্দোক রাথম লেল্লুই চৌংথোং চৌংনাক ময়াদা লাইনীংবী ওইনা।

কয়াদা, থরায়না তানা তানা নোকথরবনো চান্বী হায়বীহুনা অহান-বদা, অহুগা গুহাক মীৎকুপ তুঙ অশেঙবা থংলকচৈ চীনবান্দ নোকপনা মকা লাম্ব হুমাইদা, থম্নুঙদা হীকথীবহ্ য়েঙগুমখিদে লৌশংবীনা। অহুনা, রাকৈ হৌরুবনী

'ঈচৌন'নাও, থানিল হায়বী ঈবেম্ম অসি চারে চামিম্ন, ফম্নে হীপ্লে মতিম্নবা ঐখোম্নবুদী করি ওইদে থল্লিবা. ঈচৌ'নাওদবু কৌ-কৌহ্না মরৈ তাব-হৈব গুম্নলক্তরবহ্দা. ঈথোং থোঙনা হেক লাকলিবহ্নি কৌব। হায়রিবসিনি মতাবীয়ু। তাইবং শেংনরগে, মালেম থাইনরগে চৌংথোং চৌংয়াদা লমগোই-তুগোইবী শা লাইনীং পরৈনরুম্ন-গ—" লৌ-শংবীন' থংই নোক্র রাহৈ নঙ্ভে হায়রিবসি, পাংথোক্লগে থল্লবনি থমোঈনা, অহুবু কাগিহনহল্লি "মতাবীয়ু তাবা য়াবা রারা ? তাইবং মীয়েল্লা অসিবু ?"

লৌশংবীগী র', তরাই তরাইখিদে গুম্নমক্ত। তাংথোকপদা খুজেং

চাদবা খুজীগুম তগোম-তগোমলবস্থ মীৎলৈ হে'গুমদবা খুজী তগোম্বী ওইখি, সনানা কোনবা হিন-য়াইনা থাম্ব। চাম্বী থমোইদা মালেম লৈনীকলককুম অকীবা পোকলকই। মীৎয়েঙদা কাওই ওইথোক-লকদবা খুদোং। হুজিক থংলকমান্নে, খনখি খানিলমা, অদুনবু হয়াও-রম্বী মমায়থোং অসি মপাম নম্বোনরক য়ুমহল্লকপী মচা চায়াম কায়নবী মোগী মায়থোংগুম মকলিবনি। হায়খরে—

“ঈভা-ভারো ওসীদী। ঐহাক মীয়ুওশি হৈতবীবী হায়রো নখোয়না মহুয়, থমোই কোদ চেন্নবীনী, কোরো মহুস্থ ঐবু, অদুবু লেপ্পেদো ঐহাক্তী— ভাইবং থায়গে, মালেম অসি শেংনরগে। কদোরুনী পুন্সী মতৌ অসিনা নখোয় খাই নবক তিন মমিনা মিওইবা শাদুনা মপোৎ গুদা, হিওবদী।”

‘করিনো লাইনৌ ভাবী হেক ওই লোন্নিবদু ঈভা। নপুক পেৎমু।” খামই চৌম, চারায়ক্লে পিরাওদি, থল্লুমে, লাইবক চাওবী লৈশারিমৈদপী পুন্সীগী মহাও অথুম্ব কোদ চুপলক্তরবনিকো ঈতা নং। চুম্মী নংন হায়রিবা, অদুবু খামই চৈহৎপী “অদুম হায়হৈবরা নংবু মজাইবুংভো। কনা নত্তে। নপুরোইবা তাচৌগী পীকলিমৈপীদমক নত্তরবস্থ লোইরমদাই পুন্সীগী অমত্ত ভায়বা মরুপ্পী থরায়গুম চায়বা। চৎনবী শম্বল থৌওইদা তাচৌবু মশে-শেগাদা নাওকোনশনখিবদু মীশক অসিনী। সনা কোম্মুও মমুওকাওবনা থৌওইদে-নাওইদে মীৎয়েঙ-নরবফাও মশাদা করি অকি-তুজুও কাওদা, ঈচংমক্ত থৌন নখোয়বু নাওকোনখিবা নত্তবরা। অদুগা ওসীনা। হৌখিবা খুদোং লাম্মেলক কেগে থাওনম তাগুম, ঈমুও অসি থাদোক, পুন্সীনা লমগোই-তুগোই লাইনোংবী ওইথরগে” চাম্বীনা মহোশাগী হৈ-শিওবদু শম্নাভওস্থ তাদনা চীং-লেম্বদী থরতও যেন্না, বাশেরলকই। “তুমীন লৈয়ু পেদৎনবা, নক

তমলকপনী। ফনা হাঙই শনগোমচু থন্নগচুম পীথকউ।" মকোক হীকমাবী

থানিল্ লৈ, ঈচীক চীক তুমীম্।

থুম্বু মঙহৌদে। লৌশংবীনা থাগৎচখ্রিবা, লোইবে থমোঙ্ঈচুও মতা চাম্বীবু। করম্বনো মতা অশুক ম্রাথংবী চীনফেম মমীক অশুক চূম্বী অসিবু, থম্ন তনহৌ হৌগৎ, চংথিবনী চাকশং কৈথামবা মনাক্ত।

ঙঙথি নোঙ। তারক-চুরকপদী মরুপ মপাং ঙাইগুম ঈতা তারক্ত, ঈচু হেক চুরক্ত ঙঙথি, অতিয়াদনি ম্রাই চিলহলথিবা। চাম্বীনা পৌশংবী লৈত্রবদা খোঙেম খোম্থাং খুদোং ম্রাওদা, থুমথাক্তবা এনশাংগুম ঈচম চম্নহনা ঙাংলকই—

"ঈতা তপথৌ। থংই ওম্নমক্ত, নহাক নপুরোইবা নীংবীনী হায়বা। তপথৌ ঈতা নংবু। থমোঙ্ঈচুবু কৈদনো?

ম্রাহৈদী তেল্লি। অচুবু মতা চাম্বীগী মরাহৈ মরোল শুনা থংই থানিলনা। ম্রাহৈচুদা নত্তে, ওম্নমক নত্তে, থানিলনা পিথিঙ পিথিঙ কপলি থম্নুঙদা, মতা চাম্বীগী খোহোক্রহনস্নু খোম্থাং লোঈদবা মখোঙেন্দা

"ঈতা—" কৌথিবতনী মথা করি তাঙমথিদবনী। মীকৌ অসিদা পূনথরে তাইবংগী হম্রাওবস্নু, অম্রাবস্নু অনাবস্নু। মমীং ফাকলি নোঙ। হৌন খোঙলি নোঙ অচুগা কোম্রোহনবনা কৈদনো লোৎচুনা মরৈথি। "ঈতা, চীম্ন-চাম্ন অচুম মরৈব করি অমাং-অতানঙাই লৈ নফমদা? নংত-হৈদ ম্রাথন পংথন থনগম্নু"।

অসিবী মতানা ম্রাথন অফুম্ব কোংগায়লক করি থন্দ-চেন্দবী শা হায়থিবহু। মখোঙেন্দ্, কুইবু কুইদরি, তামী হজীক হজীক ঙাংলি-শারিবগুম। ম্রাহৈনা শোইনাইথিবা ম্রাওথরবনী ম্রাম্ন কনবা, হাম্নবদা তাশোন নঙগুম খোকথিবনী কম্না মফমদা। মহুদা মতা

চাম্বীনা থমোঈনা ত্তনীক ত্তনীকখিবন্থ মমায় মায়থোংচুদা মমিনা শয়া শনখরবনী। ওয়মক থংলবদা, থানিল, লেপ্লে থমোঈদা চৎপ কৌবদৌ পাংহৈররোই। য়ুম অসিবু থাদোক-লাপথোক চৎপ কৌবদৌ তৌররোই অহৌবু খুদম-ময়েকশিং শেত্তলম্বা, মতুংদা পাংগে থম্ব ত্তেম-শীংলিবা—। পাংগদৌরিবনা করি? মতুংদি থংখিবা নত্তে। থমোঈগী থৌরাং কোংদোকখিদে মত্তাদা। থংদনা চৎখি।

থংদনা চৎখি—। লম্বী লমশাং, রাথম মকাও মকাও য়ুমহল্লকপী চাম্বী ময়ুম 'নাক য়োবদা নে ওজু নওই। নমইন ফিনা ঈচোৎ-চোৎ চৎলকপত্থ য়েত্তলহুনা লৈরম্মী মপুরোইবা অহঞ্জাওনা। হরাও-মুঙাই-নওাই রাফম ওইদে। ওহানমথৈ শাগৎলুবা হরাওবা থৌওং অহু নত্তরে। হরাওবা থৌওং!! মাম্নি। ওস্থোক্ল হরাওথরবা থৌওংনি। ত্তাইবং ওইবা মপোক, মপোক ওইবা থোংগৈ থা। নীংশীং নীংশীং-মকাওবা। পোৎলুম, লেত্তথাও লেত্তথাও ময়াত্তলকপা হৌনশাবনি। থানিল হাক্কবীনা পুন্সী ঈথয়থ্রবা অচৌ কৌব মপুরোইববু নীংশীং পরৈ চেৎন চেৎন, লৈমিন-হিত্তমিয়বনা চাত্তহেন হেম চিত্তশনত্তম শোয়দরে, হক-নরুরয়গনি মজাঈবুংঙোগী নাক, অস্থুম থন্দুনা থৌওং হরাওথা শেয়-শানা লেপ্লীবা, ওসৌ, মচেৎ লৌশীং থোক্ল, কায়ন-তুম্ন মাংলক্লবনী।

"করি—!" ওকখিবনা ওমথৈ থেও মুপীগী রা তারকৈও কনম ঈৎন ঈৎন মপুরোইবা অহঞ্জাওনা চাম্বীদা কনম খুংঈৎ লেপ্লহনা হওই "অত্থক য়োন ত্তেমশীংথরবা নত্তানা—?"

"ত্তেমশীংথরে, শাওদে, কপত্তে, মুত্তনাত্তবস্থ উদে। ঈৎল-তেনা লৈহৌই। শমলাওনা, কুইরমাপ্লে শমজেৎ মাখুন তাদবা—, মফা-মফাহৌই। য়েত্তত্তমজরক্কে ঐদৌ। করম্না মহাক্ল লমগোই তুপোইবী ওইথরগা।"

"ঐ চৎকে" অহঙ্গাওনা মথৌ লোইশন, অশাঙবা মনিঙগী নিশা হোন্দোক্লকুনা 'কন্নি তৌসিগে' মতৌ চেন্না ঙহাক তুমীন লৈরক্লগা চাম্বীদা হায়রকই "অহুক থমোঙ্গীনা চঙ কণ্ডনা তেমশীংব য়াবরা? ঐথোয়না খল্লুই, তাইবংগী মীয়মচৎনী, নোঙমগী নকশন-চানশয় পুন্সী অমত্ত ওইমিন্নখিসনু হায়না" হঙলকই "ঐথোয়না খল্লুবহুবু ওইথোকহৈদবরা মীয়মলেন্দ?"

"ওইথোকহৈ" চাম্বীনা মতা মীচং চং খুমই "অহুবু মীন-মীনা পুবা হায়বহুনী। ওইদেদনা সে ঈতাগী মফমদদি। ওইথোকফমসু থোক্কে—" চাম্বীনা অসুক থোনা ফনা ওইথোকহৈদে হায়রিবগী মরম লৈ। হায় "মপোক অসিদদি তগুপ-তয়াই কাওঙ্গদবা লৈতে ঈভানা মপুন্নোইবা, তা'চৌববু—।" নীশীং বাঙাংলুবতদা শীন্থরকই চাম্বীনা পি।

অহঙ্গাও চৎকে থন্নুনা লৈ। হায়রগে থল্লি থানিলদা, রাথম অহুক হক্ক-চঙনা তেমশীংগনু। মপুন্নোইবা অচৌন খুৎমক্ক খুৎশিন-রম্নবনি মীশক অসিগী মফমদা। য়ুম অসিবু থাদোক্কুনা চৎপ তৌগনু। অসুম হায়না।

তমলুগনি পাও, অদুগা মতা মপুন্নোইবা অহঙ্গাওনা ভন্দ-পন্দ চেল্লক পনখিঙ-পাওদম কয়া মকা তম্ন পাওদম্নগনি থংলবনী থাবিলনা হায়না। থাদোক্কুনা, য়ুম অসি থাদোক্কুনা লমগোই-তুগোই চৎপমক্তী পাংলন্নোই, মপুন্নোইবা মবাহৈ ভাক, নাম্ম তাবা মীশক অসিগী মনাফ অসুম মরৈরগেদি থল্লে থানিলসু

অদুনা হায় লোশংবীদা

"ঈচীন'নাও"

"ঈবেম্ম" চাম্বীনা খুমই। ঙসীদা চাম্বীসু থানিলসু সুমিদাঙ চন্না তম্নদে। রাথম পংথন থন্নে "কন্নিনিমা?"

থেমোইদা চুরুশিবা কাওরক্কই। পাক চাওবা হিংগোল অসি হাওবা লৈবা ফুরঙ তিনখরে। পুখ্রি মচা অসিতা নত্তে। মামপি ইকোপলী ইকোননক। অহুম্ তম্নক খম তাবা অঙবগী ইমুংথাংগী খোংজম ইতা তাদরে। ঈচৌক চৌরখরে। অমুবনা হঙ্গ থম্বা, উনা থাখাল ইথাম থম্বা, পুঙশিখিবা পুখ্রি মচাদুগী মপান্দ মদোম তাবা তাবা কয়ম্রা য়েঙই অহুগা থনগে লাকপা বাখম কোংগোম থম্না লৈররে। মীকুম্রবা খোংগ্রা অমনবদা নেংজুই খোঙনেং খাংনম-ওয়্রিবনা য়েঙজুই। তপ তপ, মায় শাহুম পীরু থাওবা খোংথাঙগীদা ময়াখি। অহুম্ খোঙগ্রা অহুমী অকেবা থা তাক ওইরে। অনীরক হয় খোংনেং-নগদবা হঙগোই। অমুবনা কয়্রহনা য়েঙই মরাইবকশিঙ্গু, অহুগা, য়েঙলহনা, বাখম কোংগায়্রু থম্রহনা মদোম লৈ।

হন্দক মররুবা মজাঙ্গবুংঙোগী অহোংবা মশাজং অসিদা ফংশেঙনা চিঙলৈ অমুবনা। মমায় মায়খোংদ মহৌশাগুম শনবা উদে মায়বী মায়খুবগী অশাম্ব মমি। ফিরাম খোম লৈথাখর মতুঙদগী ওসিকাওবা অমুক শননবম্ব উদে মায়পাকপগী মঙাল অমা চুপা অসিগী মায়খোংদ। মহৌশাগুম মকা কোঙনা থমোঙ্গগী বাকম পুখোক, বাতাম্রকপম্ব লেপ, পুমঙন ওনবা মতৌ অমা লাঙ, হন্দক মজাঙ্গবুংঙোনা লেম্রক লোমকলিবা মশকম অসি অমুবা অসিনি হায়বা বাখম লোখ কঙদনা চিঙলৈ।

তাইবং অসিদা লেংম-পাম হিঙলিবা কনা কয়ি অমঙনা চুঙতাই মাইকবা পাওবুরক ঙম্মোই মজাঙ্গবুংঙোবু মকা লামহনবা। অমুক কনা কয়ি অমনা শাফু পীরক ওইথোকলোই মজাঙ্গবুংঙোবু মমীৎ মীৎজুদগী পি, পিদা পিদা লৈচাক লৈরায় কপহন শাহনগদবা, মহুম্ লৈতে কয়ি কৈদ। মাগী থমোঙ্গগী হেদোঙ্গবা, মাগী পুন্সীগী লৈচাক, অসী ঙমনক পীওমগদবদী ওইথরবনি খাম্বি হায়বী অসিতনা। খাম্বিনমু

ঈহোয়বা, ওইথয়রোই মপূন্দী কবিস্থ, হৌথরবা, মীনাই অনিগী অমত পোকপা রাশক মরু কওনওাই শকপা মীশক অসিগী মকথদা, অহুম অপীকপা ঈকোন ওইবা পুম্রি মপান নীংকয়, হৃগ্না থংমি কাওন-কাওনা থম্নো নৈ অমুবনা।

মরাথম মিয়েন নৌন ভম অচৌকপা হিঙগোলচুঙ অঙুদা পুন্নোন-নবকই মহাকপু। য়েৎত-ওইদা, মাংদ-ফুঙদা। মশাগী মশরু থরায় পাম-পাম চোঙথোক রাহঙলকপা তারকই নাদা, পাওখুমলকপা তারকই মাদা। মদোম তানা শঙম চাম্ম লৌ মরোমদোমতমক রারী রাতাই লেলকই—

হায় মশঙম অমনা

'ওমমক থংলে কদৌরিবা, কবি পাংলিবা তাঙকমসি?'

'ঙাক্ক হৈন পানলি অপোকপী ঈমা ময়াথঙ।'

'লোইরবরা? থল্লবরা লোঈরে রাশক ঙাকপা ঈমাগী?'

'কৈদগী। হৈনা থাঙবতঙম মঙায়রি। মমা মপা, থোংঙল মূংথরে তাইবংসিদগী। পেনবীসম্থু অপোকপীনা।'

'অম্বুক কুইবা মতম ঙাইহুনা নৈ চৌংসুঙ তমথীহৈবদা।'

'রাশক ঙাক্কে। পন্দোল লোম্নে ঈমা, অহুম হায়না'

'পাওদম্নবঙু তানীংবনা—'

'হিঙলিবরা ঈমাবু—'

'তম তমদে তাইবং। তমথীবনী লোক-তাই-চৌং।'

হাংতরবস্থ য়াই। তাইবং শিবা নাইথনি।

'নৈহন্দবা য়্রমসিদ।'

'মকম থংদন মাংহনবা'

'রাথম পয়েপকম থংদনা'

'কপ্প কপ্প চৎহলথিবা'

'কৈদা'

'ঙমগদবা। নমশি কৌব শিনবা— ।'

'মীংব কৌব কায়হনবা— ।'

'কনানো; বাস্ত পাদা লৈম-মিঙথৌ কোনশুম হিংবা, মীশক অসিদা অয়াং অপা পী মীংব কৌব কায়হনগদবা'

'থাবিল হায়বীসি'

'থাবিল হায়বীখি'

অমুবনা তশেংনা থাজবা অমা লৈ থাবিল হায়বীবনা মশা কনবী য়ুময়োক চাগোনবী মথোংগী থুমু ওই মীৎয়েং শুঙ্ক, য়েংলবা মাবু, বাহৈন খোনকম কায়না, ঈথোক্লবা মাবু ওইরগনি মাগীদী পুক্নিগী অয়োইবা মায়থী মায়শোকপা।

অমুবা বাখন চেন্দবা হকচাংগী পোলাওনা তরং-মালং খোংচৎকুম ফুক হোংগৎ চৎপ হৌরকই। মুমিদাও'হুদা, থম খেংনা রৈশল্লবা থাবিলগী কাতুপ থোং নমলকই। অহোবা মখুন্দ নাম্ব তাবা মীৎন য়েংই কাতুপ মপুঙ কমদৌবা।

কমা লৈবা উদে। কিদৎ হায়বহুনী, কিজেৎ হায়বজুবী, মমইন কিম্থ কিজম, কনেক কিথক্লিবহু কিমন, কিজম কিমন ঙাক শেংল-ইল্লহুনা তনাঞবদী মকায়দবা ফমথক্ত, থাবিল মদোম বাথম মরুপ ওই কৈদনো তুমঙম-হীপঙমদনা কাতুপ্ত মদোম কনলি থাবিল। কমলি, ওথোক্ল থোঙ্গীরাংই শামিবী মশকম। চীকই কাতুপমুঙমু অহুপা হকচাংগী মতৌম্থ। থনোঙ্গী মশেক্ল য়ৈ মঙাল কঙলিবা মমায়থোং অসিস্তনী খোঙ্গীরাংলিবা। হৌখি মতম হন্দক মযক্লবা থরগী মথৈ চেংহী ঈরুঈপাল লাঙ, শমনু শমজুম তোঙ্গ থাওয়েক্লমহী মশম শমলাং, মঙপায়ক 'কুম শমকাশমজোই ঈথা থামী। কোকথোঙদগী তায়ক থূদাপ লাক

"করি হায়বা ঈবেলনা ?"

"করি হায়রদনা ?"

"হায়খিবত্থ মজাঙ্গীবুংঙোনা লাংশল্লি ফিজোল নী'থীবা কোংগায় ঐগীদমক। চেকশ ম্ল লীকক্সাং কয়া এগীদমক — ।" হঙই "নত্তবরা ?"

"অহোঙ্গীদা ঈবেম্মা" করি-করম থোরাংবো হন্দক্ল, থল্লি, খুমই হৈনৌংদনা 'অতুম হায় অচানবনম্থ—"

'ঐন শেংত থে'ক, ঐন য়াম্দ ঈ'দ শিদাথোক, মথোয় কম-দৌবা ?' থাদিলনা হঙগুম ঙাংগুম হায় 'কনা লৈ মথোয়গী ?"

"কনা লৈনী। লৈবক্থ লাংখিবদী নংগীদমক্লী ঈবেম্মা"

লৈমিয়্রবা, অহুগা, ওয়্রমক্লী মফমদা চেয়রিবা অমাঙবা রাথন রাথন থুদীংস্থ মা'হনবা, মতুনি পামলিবা পাংকম থোকলিবা থোদাম্থ।

"অহীং অসিদা চংলু" খ'হৌদনা, নাকথৈনবা থোনা হুয়্র-খঙনা লৈরক—থাদিলনা লৌশংবীদা হায়রকই "অহীংদী ওইরে অতুবু, ঈচীন-'নাও অহীং অসিদা উনসি কৌবাক্ল অমুক্ত তাদা অচানবতু—"

'হুজীকপু !!"

'হুজীক।"

কোকরগ, অচানবনা লাক্লগা করিবু হায়গদবনো থংদনা লৈরবনী নী'ঙ্গীং-মা'ঙ্গীং থন থবদী থুংপু থুংপুনি 'ঙসীনা লোঙ্গীরেবু, হায়গত্রা, অরোইবা পাওদমবু তমলমদোরিবরা, কয়া কয়া থন লৌশংবীত্থ ঈরৈ-লৈতা নুঙলেয়্রঙমদনা মিপাই মিপাই লেল্লকপনি। হুজীক অচানবা লা'ক্লে, থবদী ময়েক মশোন থোক্লনী থল্লি, অতুবু, লেয়রিবা অহুগা অমুক খুদা নীংফয়্রনা লৈরিবা অচানবদা থাদিলনা ঙাংলকলিবসি তারকঙৈ হেল্লি লঙজীন পুনবা, চঙথোল্লি রাথয় ওকচানবা

থাদিলনা চৌংন-লেম্বী মতৌ চেন অচানবদা হায়—

"তাদ-অচানবা—"

"ঈবেম্ম থানিল—" ঙসীদী শেম্ন-শানা কৌথরে 'থানিল'

"অশেঙবা তাকপীয়ু করিগুম্বা অমত্ত হঙজগে।"

"হঙসি"

"ঐহাক" থানিলগী মীৎয়েঙনা কনাদস্নু য়েঙদে। তাইবংগী করিগুম্ব পোৎশক-চৈশক অমত্তদস্নু য়েঙদে। তম্রংনী। মীৎকী মীৎয়েং অহু মালংনী। খোঞ্জেন, থুকচানদে। খোঞ্জেন, হেদোই-হেগাদে। হায় "ঐহাক লাইবক থীবীগী থীবীনী মপোক্ল, তোল্লকপীগী তোনবীনী"।

"করিনো ঈবেম্ম" থানিল ফোংদোক মপুং ফাদরিতৈ খুদা নীংফম্নরিবা অমুবনা হায়রক-থংলকই— "ঐখোয় খ্বাই মকৈরি, করি অমুক তোম্বনঙাই লৈবা। খুঞ্জা কনা মচীন হেনবা, লৈবাক রা করি তাবা?"

"নংচদে–" থানিলনা "অতৈগী নংচদে। পোকমিম্নবা ঈবুংনি থঞ্জক ফোংদোকচবনী, ময়ামগী লমল—হকমনঞ্জবহুদা শিঙঙমগনি থঞ্জরক্ত অহুক রাহৌদোকচবনী। অতৈ নত্তে" অমুক হেক রাৈরখোকই' লৌশংবীনা ঈঙক ঙকই 'করিনো ফোংদোরক্কদবা? অমুবনা মঙল মঙল্লি 'হায়ফম অশুক য়াম্ববু' থল্লি। থানিলনা—"অতৈ নত্তে— তাদা অচানবা, হকশেন্নবী ঈবেলনা হায়ববু" খোত্তক চাক্লই "হায়ববু—, মজাঈবুংঙোনা ফিজোল মখল-মথেল লাঙই তাজৈ "

হুজীক্ত রাখন লাকই খুমগে মতৌ খুমই মরক থং

"লাংই ঈবেম্ম। মজাঈবুঙোনা, মরাখন পাংকুম চাঙজোনা লাঙবা রাথম পোৎপু লাক্ল, লাংথংলকলিবা কুইরে—. মচু মথলগী অনৌব ফিজোল মথেল।"

থানিল তুমীন ঙহাক চৌকশল্লি।

তাঙকম চিবক্লুদা—

"ঈবেম্মনা রাথম্ব থরতং মুঙঙাইরক শেংনবনী-ইম্মরনী হায়রছুনা। নৈশম-লাংশরথিবদগী অমুক্তবু পুথোক-শন্দোক য়েঙবা নৈতনা থমলি অবুম্নুঙদা চেকশন্ন। উরিবদী নবুং ঐতনী" হায়গে মত্তৌ হায়বনী, করি মথা তারকপা য়েঙনা "লাংই লাংই ঈবেম্ম।"

"করি থোকই অতুক শেঙ্গা মতিঙঙবীবনো?"

"মহৌশানী মজাঈবুংঙোগীদী। খুঙ্গা কনাদম্ন নৈঙ-লামবা কনাদম্ন শক্কথং-মান্নথং থিদে অন্নুম হেক থোরাংবনী। মহু ওম্মকী মথক ঈবেম্মগীদী পুমতোম তোঙানগ্রবনী থমোঈদা।"

"ওম্মক য়েঙজনীংই তাদা অচানবা ওসীদী।"

"হন্নাওজনী মহাক্না মহুদী। পেঙ্গকম্নী মলাকী"

"ওম্মক—" থাবিলনা হায়ঙমদবহু নমথরছুনা হায় "ওম্মক্তু উহনবীয়ু ঈগ্নীংত, তাদ-অচানবা—। হায়জমকই ওয়্বীয়ু।"

"অতৈ—" অচানবনা হঙই "অতৈ করি হায়নীংবা?"

"নৈজদে তাদ-অচানবা অসীতনী। শোইহনবীদবা।"

হেম ওকহৌই লোশংবী মহুনা হেল্লী ওকপা। করি থোরম পাংগদোরীবা অমুক।

লোইরে। নৈঙমগনি থন্দরে ঈমুঙ অসিদা লোশংবী। হৌজিক্কী ভশেঙব থমোঈমুঙগী বা থংলে ওম্মক। নৈহুনা নৈরে অকে অমোগী ফিজোলশিং য়াহীপকম কাতুপ অসিগী লময়াইদা— কৌনা ফকী ফকথক্ত। থাবিল নৈতরবা, করি শিনফম নৈ ওই-দোরিবা ঈমুঙ অসিদা য়ুমশেল্লবী হায়বীহু। ওইদে ওইদে। চৎপ তাবনী ময়ুম লমদমদা। হেক শেৎন-থাইনমদমবে অমুক পুক্তচেলনা ওল্লী মৌ নহা অসিগা—? চৎথিবদা লেপ্পবোই, থল্লি লোশংবী, পেহৌমকই নাঙ্গৈতোম তাহৌরনী থরবী থক্কোঈদা—। বা কৌদ তাংদে।

কাতুপ মমুঙ অহৌং লেনথি করি মতৌ পুৱক্লদবা মপাওনো থম। ওসীনা অমুক থওনবা স্নমীংকী অহৌং। অহৌং অসিফদি শেম্ব-শাবা লোইখৱমাগ্রে। থংই লৌশংবী ওসাই লাকলহনো করিগী অঙোমচা চা কৌব হিংগোল্ কোইবা খ্বাংগোন-তুঙগোনবা শমফাবা মীবাই মচাহুনা? নাশোম্লনা তাহৌৱবনী অহৌং অসিগী ওম্নমক্ল তুম্নখ্রবদা অঙোমচানা চীক্লাক উমঙ তম্ন ফিয়োম লেওথোঙনা পুখি-গনী অহুগা ফিজোল খুদোং মৈচু-মৈথাদোক্লনী। থৌশীল খুদোং উচন-চাম চেৎনা-হক্ল লোইখৱবনী। মতম।। হুজীক ওাহাক্তনী খুত্ত।

লৌশংবীনা থোঙ্খেম্ন থম্বা ঈশীং পীকচবগুম তনীক তনীকই ঙাংলিবা—

"করি মতৌনো ঈচৌন নাও ঈবেম্ম। পুকচেলনা অহুক কনবা। হাকমল্লি।"

'করি থোক্লে ঈচৌন'নাও" থংলে, লৌশংবী থংথরে।

"পৈরিবা অসি খুদোং অসিনি" লৌশংবীনা অঙাং পীক্তকচবী হায়বহু মতৌ হেক চল্লহুনা থমোঈপুঙগী পেহৌনৱকঙৈ মরাথম্ভ লোৎওমদা উংলহুনা অশেঙবহ হ'য়ৱকই "অচানবমস্ন পূৱকখিদে—, মজাঈবুংঙো মশামক্লহুম থিল্লকঅম্মি"

"উঃহৌনৱা ন'মু ঈচৈন'নাও" মসিমদি থংবনী। লৌশংবীনা উহৌই থংদবনী। হঙই 'কৈদ লৈ ঈচীন'নাও?"

"য়েঙই তুমীন। অঙোমচা কৌবস্ন উই ঐদী"

"অঙোমচা কৌবস্ন"

"ঙাংন-শানখিবতু তায়"

"করি থোকই চংলক্তে অহুদে"

"মতম নংখিদৱমাগে" ঈৱা চেপ্পী মীংলুদা।

ফিজোল ওম্নমক মৈথাদোকপা। অচুদগী, অচুদগী, কমদোবা। য়ুম অসি থাদোক্লুনা কনা থ'হন্দ চংখিবা, শোয়দবনি মসি। লৌশংবীচু থানিল বাঙাংদবীবু শংত্রিক য়েঙসি য়েঙনীং, য়েঙসি অমূক য়েঙওমদা লৈ। থানিলনা ব্রা কোদ ঙাংলক্করবদা

'অসী ওম্নমক অসিবু থাদোকপীরবদী, ঈচৌন'নাও, খুদম অচুদি করি খুদম ওইগনি?"

'করিদী ওইগনি ঈচৌন'নাও"

"ঐথোয় ওম্নমক কায়ন-শেংন খোংশানখিবা। মথো'য় ওম্নমক্তি থমথিসি চারে চামিন থক্লে থকদিং, 'অহীংন চৈক্লে চৌক অহীংন হৌরে হৌ, মতৌ লেনিম্নরকপী মচীন'নাও ওইবী ঐহাকমক ফাওবা অচুক লায়না কনখোক ঈন্থোক থরম, লমদম তাম্ব ওমলগদবাকো" খোঞ্জেন্দুদা রাবৌ খোঞ্জেম খোয়ে "কনমল্লি, ঈচৌন'নাও পূকচেল কনমল্লি" মথা ভাথিদবে লৌশংবী।

থানিলদি কপ্তে। খোঞ্জেন খোক্তে। ব্রা ঙাংদে।

ব্রা কোদা ঙাংনদা ফমনৈ ক'তুশ মচুঙ অনীমক। অহীং। লৈরে লৈরে। তাঙলৌ লৈরে। শাহুম তারকই। কনাবু ওইনি, লৌশংবীনা লৈরে—। শাহুম তানা-তানা তুমীন খল্লি, হিঙগোল কোইবা মীনাই অঙোমচা মত্তনা। তৌবমকপু অথেংবা তাঙলোন থমথেঙ য়োন লৈর মতমসিত্তা নাশোন নাশোন শাহুম তুশোম্নবা লাকলি অঙোমচা খ্বাঙগোন তুগোন-বনা। লৌশংবীচু ছজীক ফাওবা রাহৈ কোদ কাংদ লৈথং কোদ থংত লৈ, অচুমক লৈ তুমীন। হৌজীক্তী, খল্লি থমোঈদা, হৌজীক্তী ঐন ঙাংল্লু-শকল্লু ওইরোই করি। থমোঈগী অওনবা মত্তৌ অমা ওম্মরোই লাওহনবা।

থানিলনা হায়—

"পূত্রসমু—। ঈচৌন'নাও" খেমজনবগুমই খোনকম "পূথরসমু।

চীয়াক ওংর 'উমংমুও কিজোল খুদীং তুম্‌-মাংব চাক্ল মৈহুরগনু—। ঈপাক হোত্তলগে ওপীদগী ”

চীপনী মকনবা। খোজেপ্পনি মহৌষা। নৈরে মুপীপ্পা ওইবী, অমুক, ওয়মকী মথক থমোঙ্গী পিদোগবীহুদি। লৌশংবী 'হকচাং নীকই। কন্নিদি ঙাংলূনী। তুমীন লৈ। মত্তোন তাকই, 'থংথরে মরোল লোল্লিবা থমোঙ্গী বা, অত্থুনা হায়—

“ঈচৌন'নাও থাদোক্লোই নংবু। মপোক অসিমগী লৈগনি, পুন্নীনা লোমগনি ঈমুঙ অসিদা।”

লৌশংবী অতিয়াদা য়েঙথ'লুই। নত্তে 'সিদী অতিয়া। অহুব উই নোঙজুরবা অহৌংদ থাজনা, থাজনা পুমবুম, লৈশাৎ তমগুম থোকলম্ব।

# তরাম্বঙা

শকলোৎ-মায়লোৎ শাইদাঙলিবী পারবতি পুন্সীগী তাঙকম লাক, মৈনীং কুম্লে। চরু শায়াশন থাবা চাবোক কমথক্ত, অঙাং নীংথালক য়াহীপ লোঙলম্বদগী মনাক কম্‌লিবী নোঙঙানবীদা ওনশম্লক্তুনা য়াহীপ চেপ্প য়েঙল-য়েঙলহুনা, কন্নি, থমোঈগী য়া, হায়রি-কোংলি মীৎয়েঙনা।

নোঙঙানবীনা হায়খি—

"ঈচেম থোইনু, নহাক্কীদমক্ত চাবোক মীতম ঙাইহুনা লৈরকলে। হৌজীক্তী মতম থানখিবা য়োরে কমদোব তারি? কন্নিগীবো, সুঙশি সুঙশিনা শোল্লি ঈচেম নংবু মহাক্ক। নংগীদমক য়েঙ মতম য়েথোক তপথোক য়াহুনা লৈবনী—"

থংই। য়েঙখিবা মমীৎকী মীৎয়েঙ অহুনা হায়খিবস্নু, মতম য়োরে হায়গে থম্লিবা নত্তবা, অসিনী। পারবতিনা হায়—

"চুম্মী, অহুবু নোঙঙান, কাওগম্নু অসিমতঙদা, বাশক চেংখি মংন ঈকমদা।"

"শকথি, লৈতোন শেঙনা শন্নীথি" য়াই মশানা।

"অদুতঙনী ঐহাক্ক প্যামলিবা। পামদে লল, থুন, মন্নী-মতা, নহাক্ক সুঙশিবীদরবস্নু হিঙঙমগনী ঐ—মহাক্ক মহুতবু পাংথোক্লবদা। মহুতং কাওহৈদবা ওইয়ু নোঙঙান।

য়াহৈ কাংন কাংন, উরকই মীৎকী মীৎয়েঙদা। থোমলাং ঈথৌ লাঙলকচৈ অপীকপা মচানা মমা ওইবী মকা তাঙফঙদা থোংগাও থুৎলাম কপ্ল-লাওনা থাংলীবা। উই মীৎন, থমোঈগী মীৎন, চেম্ন চোঙনা শামরগদবা থোংথাঙ হৈনারকপতঙ মঙায়রকপা কাকৈবা

মচা অপীশক। কাইরথও থমুও ওংবী মীৎয়েঙগী কল্লকচবা শক্তম পুম্ব শেৎন-খ'য়না মাংহল্লহুনা নোঙঙানবীদা খো'জেম্ন নীরু হায়—

“বহাক নয়াশক অহুদদি ঙাকলম্মু চন্থুয়া ওইবী নপুল্লীদা।”

অসাঙনা। রা ঙাংখিদরে। মীৎন মীৎয়েঙ শীখিদরে।

থমোঙ্গৈদা মহা-ময়াই চেন্নদে। ঈচম চম্নে। কয়ি তৌব পাং-খোকপদা। থম্নে অনীমরু। হেয়হুম হয়াও য়াইফনঙাইগুম থম্নে। অহাংব লমহাংদ, কনা লৈতবদা, মুঙশা কৌব মৈশালক্ত চয়োৎ অপুংব মকুম মকুমদা নীংকম লৈতানা শাগংমিম্নে অনৌবা ত.ইবংগী শক্তম চাম্ম চাম্ম। তামিন্নথি, মুঙওনবা, মপাওনা মুঙশিবা খোজেম লেপ্পাইদনা। শাবী-শানৌ নৌজরীবা পুন্সী অনীবা উনদে থৈরীবা, হৌনদে ঙাংনবরুদবা অকায়বা লোমচৎকী শক্তম। অহুনা শাগংমিম্নে শক্তম

“মহারু মফম কৈদ চংখিগদরা?”

“থংদে অদুদা ঐশু” ঈঙকঙক, ঈভাও তাও খুমই নোঙঙামবীনা “মহারু মফম কৈদ চংকে হায়রীবা?”

অহুদগীদী হবাও রাখন খুদীং থংহৌদনা কৈদবো মাংখি, মাংখি থমোঙ্গ থমোঙ্গ তুবনগী। অহুদগীদী কমদোবা!! হঙনৈ য়াহঙ মথঙ মথঙ, পাওখুম কৌদী ফঙনদে অনীনা।

য়াফম অস্থম অস্থম থয়োম্নয়কপঙং থঙলকই। ময়াক কৌব য়াওরমদবা হবাওনকম ওইরম্ব য়াকম, শীংজা মশাগুম ময়োংনরকই। লুশন-হামজনবা হেঙ্গল্লক, ওইথোকপগী য়াঙমদা, য়াঙমগীস্থ য়াঙমদা য়াকম্ন লৈরকই। কয়ি ঙাংনবা খুজাশিঙনা? শাইনোম্ন চুমলিবী লৈশাবী যুম্বাল্লকপঁনা পাশক-পীশক খংদ-ন.ইদবা অঙাং নৌরা অপীশক লোঙ্গৈনরুবা যুম্বাল্লকপদা। লৈবাক রাওইনরনি। ভশেঙবনি, লৈবাক রাওইনরবী।

লমচৎ হোঙনরে। শাজৎ লাপথোক্লরক্লে থংলে। থৌরানি পারবতি ঈপান লাঙলকটে মচাবু য়েঙলহনা অনৌব রারেপ-রাচুম কোংগায় তারকই। হঙনরক্লগনি খুঙ্গাশিঙনা শাগৈ তাকউ, পারী পুরী থংনগে। পাওখুম !! লৈ, রাৎ-পাদা মতীক চাবা পাওখুম করি রাত্ত লৈ, অহুবু পাওখুম পাওখুম খুদীং করি লোক্ত-মুঙদা খুম্ব তারবদি করি ওইদে রাশক। ভাকহৈব ওইদরে মপোক অসিদা। হন্দক পুন্সী খোংচৎ অসিদা। মমা মচা অনীগী অশেঙবা ঈহৌরকফম থংনরক থোক লৈবাক নিঙথৌনা মীংকুপ থী'ল্ল হই, খুয়াথাদা ঙক্লোম্নরক্কনী, সনা কোম্নুঙ তমগনী পুন্সীনা, হরাওবনা পূমগনী, য়াইফবনা শোগনী পুন্সী। পূমগনী শোগনী, অহুবু শীংনীংব লমঙ্গ, খূমনীংব মলোম, ঙমলরোই থমোঙ্গ পেম খুম্ব-সংব। মপুরোইববু, মহুদম্ম নত্ত, পীবুকমুঙ ঈনা খয়োম শা মীরেল্লবী অমগী লাঞ্জদবা মপুরোইবা অমবু থাজবা কোব তাইবংগী মশক পুম্ব তুম্ন মাংহন, থরাম মিরেল হিঙন-সিঙনা লৌখিবা—মহুগী মঙী চাবা লমল খুম্ব ঙম্নবগীদমক্ত মকম অসিদগীম্নু কনা থংহন্দ শকলোং-মায়লোং চেম্ন-থুপ্ন থৈরুবা তারে। লমল !! থরাম খুদক্ত লৌবহ্ নত্তে খুম্ব পামলিবা লমল। থাজবা মাংহনবা মীনাই মচাহুগী পুন্সী লৈতাবা থংহন্দবা—, ভাওনা-ফৈম লেলহলবা, মচা মশু, তাইবংদ চাখঙ-শুখঙ নাইদনা মুথংপ, অসিনী থৌরানি পারবতিনা পামলিবা। মীওই লক্ত শকলোংপনদা ওইরোই রাশক ঙমলম্ব, রারেপ তারে থৌরানি পারবতিনা মচানা শারেপ ফাদরিকাও, শজেল-শনঙাক ঙম্ন থৌনা চেন্দরিঙ্কাও, তাইবং ওইবা শমান লেঙমাল্লবা মীওইবা কোব লক্তগী তোথায় তানা, পুন্সী লেল্লুরগে থন্দুনা, তাই অরোইবা থমোঙ্গগী রারেপ।

হঙগে থম্ন থম্ন হঙঙমদে। হঙগে থম্ন হঙঙমদে। কোরোহনববা বনা মকারকথি, অমুক কোরোহনবনা মরৈথখি। মুমিদাঙ কোবনা

ফিমু মশেংথি, অমুক অহীং কৌবনা মচেনথি । নোঙম-নোঙমা, কোংগায়নরকদৌরে হওঙমদনা নৈব। য়োক্লবনুময়োক্লগে, থৈম্রে নোঙঙানবীমু, নোঙঙানবীবু পোকপা পম্মৌ ওইবনমু, য়োকপা, মচুদি ময়োক্লগে, অচুবু থংদবদী য়াহৈদরে মপূলীগী শক্তম উশেঙবা।

থম থম তেমশীং-তেমশীংন, পাংথোকচামগুম, মুঙশিবনা ওংলিহৈ যাথোক্ল হান্নি থুজাও শীনবা। ময়ুমদা শাইদাঙ-শাইনপ য়ুমদাঙ পূলী লেমরম্বী থোংলীকম কৌব থংদবী মৌ নহা অমনা, লমগোনবী অহীং থোকপী লাইরেম্বীনা মীংয়েঙ মাংদ উনা উনা মাংথিবগুম ময়ুমদগী মকম থংদনা মাংথিবা পাওনিঙথোলনা থুজাও শীল্লি অঙক-পাওনিঙথোল ওইনা লাংথি নিমথিবা। ঙহাক থাদা হক্লোই মজবী, মনাও ওইবী নোঙঙানবীদী কায়না মুঙশি য়াথম ঙকপা কৌব ফুমথরে মমীংত শক্তম শঙ-শঙ উ অহীং কৌব কপই, অয়ুক কৌব হীকই। করিনো, মুঙথিল কৌব পেহোই। কপচবদা থঙলে হৌজীক।

থুজা কনা মথৌ শক্ল লাকই
"নোঙঙান'পা" হঙলে "করি মতৌনো অসিবু ?"

থুমলীংই অশেঙবা 'থংদরে ঈপা'চামু' অচুবু অঙকপদা তিন থুমঙমদনা থুঙ থদাং শৌ মপামচানা নৈনহৌব ঙাক্লী। ঈরাং-ঈনিল নেমথনথি, নাক্ল-চংম লেপথরে। হুজীক্তী থোইমু কৌন শকলোং-নাথৈরম্বী, অমুক ? অমম্বদগী অগুকপদা তিনথিগুম শক মাংনথরবী পারবতিগী মরমদা পোংথা শকথংদ, নৈতা লামফঙদা হুঙনাংননা বান-রিবসি, অবা থৌগাই পু মথৌ কাইনরিবসি নোঙঙানবী মপা'মচা মঙায়হৌরে। থমোঈদা থম্মৈ কনানো মহাক—নোঙঙানবীনা থুমই তশেঙনা মশক থংন 'মহাক ঐগী নাওকেনজকম ওইবী পুকচল্লী ঈচেম থোইমুনি' নোঙঙান'পামু মদোম পাওথুমই তশেঙনা শকথংন 'মহাক কনা নঙ্কে, ঈচাদ-ঈচাগুম, য়োকচথিবমুনি, মহাক ঐন থোইমু

থোইনু কৌনীংন কৌবীহুনী।' অসি নত্তবদী ।। মহুদী লৈবাক কনাখা, কনানবু খংলুরগনী। খংদনবগী ঈপাকথক্ত তাওহুনা লৈ।

লৈবাক্ত, লৈবাক মীয়াম্না থংব-খংদবা মাগী থমোঙ্গী বা, নচুওলুদা, হৌখাক্তী মপুরোইবা কোব তাইবং শেংনরবী থৌরানী পারবতিহু, মশা মথমোঙ্গী অনীং রাখন পোমীৎথা হুন-হুনা থোংথাওনা মৈরানবী মতৌ চেন, ওয়নকী তাইবং ওয়কী মকমদগী মকম থংদ পাইথরে। থমোঙ্গ-দদি শেমথরবনি, লকামুওদদী হকথরবনী, অহুগা পাঙ্গমদদী কিশিন-থরবনী, হৌদোংন মচা চেনগুম, কৈমোয়্ন মচা শারাক তমগুম, অমত্ত পোকপা মপারী অপীকপা নৌরা থোংলোইদবা অসিনা মতম চারে হায়রগা লাংগদবা লমলগী থৌরাং কোংগায়। অস্তুয়, তাইবং মচেৎ তানা হৌহনখি।

তাঙ্গবং ।। মচেৎ তাখি পারবাতিগী মকা। থক মপুং মরৈনখিদে। অহুবু থংই থাংফন্ন থোকপা লমদম ম্নোন, তেমশীংই থমোঙ্গ মৈচাক চেমবীনা তেমশীংগী থমথেঙবা তেমগী তেমশীং থেঙনা। বানা বাতোল লোমলকপা উরকচৈ মচাবু শেগা থুংচপ্ন চোঙই 'চাওহৌমোনে পাংজবা' অস্তুম মরোল লোল। উনা উনা পুঙলকপা শারেপ্ন কাবো থীরে, মহায় মচা থংজদবদা। অহুগুম্ব থমোঙ্গ লাইয়ুম কিশেৎন, রাখন লওলা কৌবমা লওলা লওজিন লওতৎন, থমোঙ্গ কায়না, মপূরোইবা শেংনপ্রবী লুখ্রাবী থৌরানী পারবতিনা চেম্নখিবা অঙাং নৌরা অপী-শকপা অহুনা ফুমজা কয়া তুঙ ওইরখি ঈমুঙ অসিদা, থাইদগী চাববা মঙ্গাঈবুংঙোগী অচেৎ-অকোম অরোৎ-অকোং বাতামকন অচানবা মনাই হায়বহু।

থুদোঙ চাবা মপৈ অসিদী কৈদগী তঙুপ তরাইনহন হৌহনখিনঙাই ওইগদগে, অম্নুম থম্দুনা প্োমীৎ কোংগায় অহীংহুদা লাংলকই অহুগুম্ব

থৌরাঙি পারবতিগী মচাত্নরা অমুবা ওইনা। শকলোংপ অমুবা কৌবরা মনাই অচ'নবা ওইহনা থানিলগী মখোং পায়দে শোক্তে হায়রতং থাক, ওক্ক লৈমায় থোঙদে ওক্ত ফিৎেৎতে হায়রতং থংতোক হায়রৈজ চংদৈ—। থানিল য়ানীংদে য়ানীংদ য়াদবা ওমথিদে। হাঙদোক্নী কাতুপথোং অহীং কৌব নোঙশোইবা। শজীক্ল থোক্লস্থ থাবান' খোংদারক্লস্থ।

করি। মোই থমোঙ্গৈনা হয়াওবগী পঙথৈ প্া'ওনা তাবদা। থাজদবনা পুম্বই মরম লৈতে থনবদা। চৎকে থল্লি হৈমুল্লবা উমঙদা অঙাংশিঙনা চেনশনগুম। অমুক থমোঙ্গৈনা থোগকনৈ লিরথাক চেনবা লৈকাদগী, নৌজবী, শানৌ ওইবীগী লৈথংচগে থন লামলুবী থুংশানা হন্দোক'কুম। মতৌ অসি উরকঙৈ মনাই অচানবনা শংই মৈ—

"হৌথি মমা ঙৈ—মজাঙ্গৈবুংদো 'থোংহাঙ ভো'ঙ্গৈমল্লি থীরৈতে' য়োন ননাইনা কয়ারক হায়জথবে থাজবীথিদে মহুদা। হৌজীক্তী মুপীমচা ওইবী ঈকায়-হঙগোই ফিথল, নোঙথাক চাইগুম পংহঙ-পুমহল শেগায়, লমথাদোক্তুনা, ঈকায়-ঈকি ৱাঙমা লান মচীন থে'য় ময়েক শেঙলে" অমুবনা ওইদ-ৱানা মৈঈকই "থনবীদু ঙসীগী অহী" করি লাংলি— মুপীমচা অসিনা ?"

"চুমে, 'য়াম্ব'' মজাঙ্গৈবুংঙোনা, হকচাং শোল্লে তাঙফম অসিদা। লোকথুনা মতোঙ্গৈনরে। য়ুরাঙলগা ফৈ। হকচাংন ভেকথংলি। মদোম য়ুহৈ য়ুৱাঙই অহুগা হায় "অহুবু অশুক কুইবা মতমগী থোংনৈ, করি তৌই ফোংদোক্তবা খুদমতনা ওইরবস্থ মহাক্ল ঐবু মুঙশি হায়রবা। খুদমতনা ওইরবস্থ করিগী উৎতে ঈফমদা চংজফম পীরে চংলকউ হায়না ?"

"খুদম কোংগায়নী মুপীমচা অসিনা পীজথিবা।"

'খুদম।" হঙই। ওকই। য়ানীংদে। "খুদম কোংগায়নী হায়রবা ?"

"অহোই' 'অমুবনা "অহানবদা অসিমক্তং নীংশীংবীয়ু" নোঙমা—,
অচুম্বৈ খোংথাঙনা হানখিবা ওইনা মুপীমচা অসিগী যৌওইনবৈ
লৈন-তানা চেৎচনা পুঞ্জবী শমজিদা, হিঙগোলহুঙদা মজাঙ্গীবুংঙোনা—"

"থেৎখি" মরক থৎলকই য়ানীং'ঙুম "থেৎখি ঐন মহাক্কী
শমজি-ফিখুম ফিহাইদোক্ক অশাংবী, মচু ঐন থেৎখিবনী, কবোক্কে
পুমবুমবী অমা—"

"মচুদা মহাক্ক নোকমিখি শয়াতং, অচুগা হুঙশুরুবা মতৌ
লাওখি খুজীন্দং য়াথন্ন মফাঙ মফাঙ, লৈচীল পশোং-পাজ-রাওজ-
বগুম—"

"চুম্মী, খোজেন্দুনা ওম্মোক্ক তপখি।"

মনাই অচানবনা—মরম পী অমগী মথঙ অমা অমুক অমগী মথঙ
অমা—। শাঙথরবা মতমগী মীৎকুপ খুদোং ওংব য়ায়ী। থমোঙ্গনা
য়োন-থেঙনা য়ানীংঙাই ঙাক ওইরকই ঙসীদী। মনাইনা হায়
'মশা শোকাথ অচুম্বৈ'। মজাঙ্গীবুংঙোনা 'শোকখি কয়ি য়েংখিদে'।
মনাইনা হায় 'অচুম্বৈ লৌপুকয়ায় শাদোঙ থক্ক লেংলুই, ময়েঙহৌই
ঈচীক চীক'। মজাঙ্গীবুংঙোনা য়াই 'ময়েঙহৌই ঈচীক চীক' লঙলা-
লঙজীন খোক'কুমই য়ানঙাই ঙাক ওইরকই—। লেম্মে তম্নগে
কাতুপ। উৎলুরগে থন্দুনা লৈ মজাঙ্গীবুংঙোনা—, মুঙশিবগী লমচৎ
কমদৌবা, ঙসীগী অহীংদ।

অয়োইবদা ঙমই মনাই অচানবনা ঙাইয়েবদা ঙায়োনবনা হায়
ঙাহাপ ঙাগুম ফিয়াম কৌবা পৈহনা থমহৌবা মচুগী মওং মতৌ।
কয়িবু পাংগে থল্লিবা যৌ নহা অসিনা। মশা য়াওদবা মুঙশিবগী
পোৎপাঙ, কয়ি ওইদে মুঙশি য়ানা মুঙশি থুৎশীয়রুরবখিঙদদি।
ময়াইদবা পোৎপাঙ অরুবনা, হিয়াইনবা খুদোল অহেনবনা পীঙবা

থমোইগী মুঙশি মনাং অপেনবা। অসি ওইরমারে মহায় থমুবনা কিয়াম পৈস্থনা কাতুপ'খুঙদা, থানিলনা মীৎন, পাখৎ-পাখৎ কাঙদ ফুত্ত-মেঙনা লৈহৌবহ।

ওয়মক থোঙ্গজংলে। খুদম পরেঙ লেঙলে। চংলগে থল্লে অথোংবদা। মনাই অচানবা, নাক্ত লৈহন্দে। য়াখম কোংগায় থন-হৌই। মোঙবনা ঈমুঙ চংগুম ভাংজনা মহু কাম কমথা কৈদৌ লৈ'গুম মদোম তারকঙৈ কত্ত-মুঙদা য়াখম থোকহল্লকই থোকহৈদবা—থৌওং কোংগায়—। পৈরিবা কিশিঙহু মুঙশি-চায় য়েঙলম্বদী থোক্ত, অয়েম্নহনগে, কাহানহনগে থন চাইন-হুয় মাংহনগে তেমশীংলম্ব থোক্লবদী? থল্লি থমোঙ্গদা, মতুম থোক্লবা। মতুদি ঐবু ঈকায় চৈয়াক পীবনী। ঐবু হিঙনা থরায় লৌবনী। ঈমুঙ অসিবু লৈথা থেঙনা খীহনবনী মরাইবক। ঈনাক্ত লৈনীংদে ফোঙবনী। করিগী। লমচৎন মকমদা লংজরে উৎপনী মীয়ামদা। অতুগা, লৈবাক্ল, মীয়াম্ম, মতা চাম্বীনা, অহঙাওন', মীনাইনা মীশম ওয়মক্ল ঈশক লায় লৌ-খিবতুনী 'কনা লৈজদবীসিদা লমচৎ লানগে তেমশীংলে' অতুম হায়না। অতুম হেক থোক্কনী থাজবমু ওমদে। থোক্লোই থম হেদোঙবমু ওমদে। নেন-তেমা লেনঙম য়াখনগী থোংগুল লীঙমদবা মসিনা কৈ, য়াম্ল শাকৈ, থল্লকই মদোম তানা, অতুগা, যুমাঙ যুরাঙ লেলহৌই। কাতুপ মমুঙ ওবদী শোয়দরবনি ভাঙলৌনা লৈবদা।

অহৌং অতুমক্তদা য়াজবতা নঙলবী করি পাংনিমু লৈতাজত্রবী লৌশংবীনা তুমঙমদবী থানিল নাক নীংফম্মনা মাজ কৌব মকা ভম মতম চাদা যুমহোঙলগে তেমশীংলকপী মচা নীতোল শংন-ভাক্ল লৈবী ময়াগুম কয়তুনা শোল্লি কৈদনো—

"লোইরে হৌজিক্তী" লৌশংবীনা হায় "হৌজিক্তী অঙোমচা

হায়বত্তুনা কৌ শংবাই মঙাদগী কঙলবদা থনবাশা অহুক য়ায়বা কিয়ামহু মৈথারুনবা চংথরে কিয়োম কিবুন-কিয়াক লেঙখোঙবত্তুনা আ—চীংনাক ওংব উমঙদা—” করাদম্নু নংঙ্তে হায়রিবা। করামহু পাওখুম্নরক্তে ।

পাওখুমগী তোঙজদে কয়ি। অস্থুম অরা থোঁপাই পুবনী।

থানিল তুমীন লৈ। তাবা তাদবা! ঈচৌক চৌকই।

“হৌজাঙ্কী” লৌশংবীনা তাইবেল মশা ইচুম তাত্ত্রিৈ অমাই-বনা তিমমা শোক্ত্রিৈ চোইরোনওম শোল্লি ‘হৌজাকী অতোমচা হায়বা খাংগোনবহু মখোংন হেক চংতুনা উমঙদা থুঙলমগনি।’

থানিল হকচাংন তনীকলকই। ঈচৌক চৌক্লী কৈদগীনো মুঙমৈবা শীংমৈরা মৈবা অমনা হেক মৈচুমমগনি অহুক হেক য়াম কিয়ামহু।

থানিল থৌগঙই। থক্সি, মৈচুমমগনি। ‘অহুদগী কিয়াম অহু কল্লবা মৈরা ওনথমগনি। ওনথরগনি, অমুক তাংগোইনথিবা হায়বত্নুনী। নোঙজুনা অমুক ফুঙ্গৈয়বনী, অহুদগী ওয়মক শকমাংনথমগনি। অসি ওয়মক্কী তোংজ হৈজবনা কয়ি’ মতোমতনা লৌশংবীহু তোঙজ হৈজবনা কয়ি? য়েরু মীশক মপোংনী মাংজখরসমু অসিমা?

হঙজবনী মদোম। ঙাইজদে পাওখুম চীনওক্নুনা করাদগীহু। অহুবু মুঙশীং হুম্বদা কয়ি কৌব থৌমৈত উমানা খোয়েন খোকপঙম খোঙ্গেন খোকলকই হন্দক্কি থৌগঙ থৌগঙ হকচাংন তনীক তনীক থৌনা ফবী শঙ্কুম লৌ থানিল।

“য়াম্নি ঈচৌন’নাও ওইবী। মখোয় ঐগী য়েম্নবনী। ঈরাথনবু হুলালবী ঙাক্লী। ঐন মখোয়বু য়েঙব কৌদ য়েঙনীংদে।

“মখোয়দী থরায় পান্দে। কৈদগী অহুক চাওবা লংজ মরাল শীনকম লৈ লশিঙনা মোইথাপ নাই, লঙনা লঙছুম ওই তেমথেঙ

তেমথেঙ নাইনতনী শাথিবা, তাইবং খুৎশেম হৈবনা অহুক ইমফি শেৎনফি ওই শক্লাইজবনি থরায় পাম্ন হিঙনখিবদী নত্তে মথোয়। কৈদগী ময়ালনা য়েক্লবা ওইবা ?"

"মথোয়বু উচৈ" থানিল য়েক্র ময়ম গী "ঈমীৎন মথোয়বু উচৈ, ঈমাংদ মথোয়না থেম্নচৈ ফাওই ঈচৌন'নাও তোজবী থমোঙ্গসিদা থাংঙমদবা মৈচাক। মীবু মৈচাক পীবা, ময়াল নত্তবরা মথোয়গী। ঐবু লৈতাহন্দবা য়েক্লবা নত্তবরা ঐগী ?"

অসি য়েৌবা থমোঙ্গনা, য়াঙাং লেপ্ন থল্লি লৌশংবীনা অৱোইবা ওইনা কৈদগী যুমসিদা লেনগনী পুন্সীগী অৱোইবা তাঙফম য়োনা ওইরবোই য়ারেপ তাই, কুইবু কুইরবোই চৎখ্রগনী লমশক থংদ করি লমদমদনো ঐথোয় থাইবু ফাদোকলম।

হুঙলকই হুঙফম থোকপা
"মজাঙ্গবুৎঙো লেংলকক্রা ঙসীবু ?"
"অচানবনা হায়রমই অদুম ঈনীন'নাও।"
য়েঙনদে। অমনা অমদা য়েঙনদে।
য়েঙনদবনা, হেল্লি য়াগী ময়োল লোয়খিবা।

করম্ব লৈবাক লৈমাবা কওলৈ মনিঙথো ওইবা সনা হাকথক করম্ব চক্ত, অহীংন অহীংঙ ওইনা, থোংলেপ্নন লৈখরবা। ওইথিদে থক। মীওই তাইবংলক্তাদ অহাংন অহীং ওইরক্তে, থেংজীল্লক-শুকচল্লক মহৌখিবা তাক্নী। শেম-শারে, মুগা নময়ইন ফি থোল্লে, খুদোল উম্ব খুদোল থোংউপ নেৎলে। করিনো মনাক য়ো, চেনকেম্নরুপদবা। মহু ঙমমকম্ন শেম্নে শারে তেঙনা। অথেঙবা অহীং অহুদা মজাঙ্গবুৎঙোনা নাশোন নাশোন হকচাং অশোনবনা লোকথু কৌব থুদীং থিঙনা থিঙনা থানিলগী কাতুপ তমলকই। কাতুপ থোংগী অহোবদা মপান

খোংলেপনা য়েঙই নাম্ম তাবা মীংন নপচ ভাওজা 'কৈদনো করিনো শক্তম'না'। মহৌশাগী মহৌশা মনাংনৈ অতুমমক। কনা লৈতে কাতুপন্নও। মায়থোংমথৈ হাংদোকই কাংথল। খোংয়ান্নরি কম্বদা থানিল কমথক্তগী ফনেক ফিবাম খুমীৎ থুম্মী থোংনা। শমলাং ফায়ে। চোইজাইনৈ শমলাংনা ঈরু ঈপাল লাওস্থ লাকপতও মঙায়রী মুওথিল পোবোম, শমলাং ঈচুম শমজুম শমজুমদা মথওলে নাক ঈথিল কাংবী য়ুমগী মৌগুম। শমলা'ন মচোইরবা য়েঙই পেন্নাইদা তিনজুঙ তিন-জুঙ—। মমায়থোংন থাজগুমই যে'ব লুকথরিবজুনা হেল্লি নকশনবা চাওদম্নবদা লুরাক্নবী খোংজেন তপচবী থাজগা। থাজনী। থাজমল্লী।

চংব তারে। থল্লি থয়ে'ঈদা, ফিম্নাম্ম কৈদ চৎখ্রবা? চেকশম্নবু লৌথিবরা, কান্নইহেদে নৈথিবরা? তং তাবা থংনীংবনা লৈতাওমদে মজাঈবুংঙোদু। থো'হাওই মশানা মথো'ন থোঙনা লায়ে চংজরক-পগুম তুংশাঙ্গবা মতৌ পুবা লেপ্পে ফাতুপ'য়ায়দা। অচীকপা অহৌংবী, লৈরবা তাংঙা নি, অচুগা ঙাংন-শানবনি থংদ পংচৌক চীকচা ঈথোঙ থোঙদা লেম্নংবা থমোঈ ঙাক্নী। লেপ্পে। থেওনৈ উয়ে। করিনো ঙাইনা লৈ। অচীকপা হায়বজুতনী মীকোক অনীগী।

হৌথিনৈও নত্তে। নত্তে হম্দক কৌব মতম মথৈদী। লেংলকই নৌন খুদা লাংদ। লাকই, শৌন, লাকলি তাক্তে মহৌশাগী মহৌশা ওইরে লাকপম্নু লাকালিবৰু ওকপস্থু। হায় থাহুনা লৈরবা খুদাথক রাওাংদ কমথৈ মজাঈবুংঙোনা চীংন-লেম্ন। চরাংনৈ থমোঈন্নুওদি শায়পোং মাংথরবা অওাংগুম লৈতাবা ফওদে। অতৈ লায়রি, হওগে থনবা নত্তে হানথি হওবনা, মশা থংহৌদনা।

"ঈবেম্ম—" করিনো মথা তাগদবা? থংদবগুম তিলহলথি মন্নৌ চেনবা অচীকপা অহৌংদ রাহও মরুম চাওবা থুদীং। মথা তায়কই

"ফরোল পূম্ব অমত্ত উবা কন্তদয়ে হায়মু মথোয় খুদীং মকম কৈদ থমথরবা ওসীগী অহাংদ ?"

হওকম থোকপ বাহও হওলকই। থমোঙ্গীদা থুকচারে। পেন্দ-বনা কাইহোরকই থমোঙ্গীদা। মশানা মরাল লংশনগুমই। মৈচাক কাওই। কৈদগী পাওথুম কৌব লৌরু, করম্ব পাওথুমনো থুমগদবা ? থোক্লবা, য়েক্ল শক্তম লৌ, লেপ্প তারে সুপা অসিগী মমাংদ। ঙ্গচং থৌম লেপ্প তারে। কম্নি নত্ত নমচং পাংথি লৈ লাক্তদবা সুপা অসিবু য়েক্লবনি পাওথোক্লদবা। ওমলোই, থাজদে থানিল থম্ন থম্ন মদোম, ঙ্গশাগী অপাম্ব লখীদা ছুক চংচবনী মমাল কৌব লৈতবনী সুপা অসিগী। য়েক্লবা নত্তবম্না কম্নিদৌ খুমগনি কৈদগী লৌক্তনা পাওথুম উম্নি ওইবী মপোক, তবোপচবতনী তীকবোপ্পনি থরেক থরেক মত্তাবনী য়েংচকম্ন লৈরক্তবদা, লিওজেন কৌবনা, মতৌ অসিমত্তাম হেক হেক থাদোকপীরকই সুপী ওবীশীতগী মকমদদি অচুপা ওইহম্মুনা মথমলমই তনৌ তনৌজবী কোকতাওজবী থমোঙ্গ। পূন্সীগী লিওজেলদৌ অচৌক-চবতনী, মম্নম্নবা, কম্নি ওইনি সুপীপোক্তী থোনা, তৌকম কৌদ থংজদা থমোঙ্গনা মমীল তেওজবমী সুওশিবা মকা তাও পাওথুমকম থংজদম্নিতৈ।

"হায়সি" মজাঙ্গবুংতোনা "কিজোল মথৈ মকম কৈদ, কম্না মাম থাম্নদা কনাগী মকমদা থৈব-লোংব-থমথরবা ওসী ?"
করম্ব শক্তম লৌরকলিবা পূন্সীনা ? কম্ন কম্ন মালং তরপ থাংই হুম হুম। থুমই অশেংবা

"তাকপীগনি। ওয়মক, মথোম্ন ওয়মক লৈথিদয়ে।"

"ওয়মক॥"

অহোঙ্গ, থুমই থমোঙ্গনা। মাম্নথোংব লুক্লে।

থুমথিম্নিবা পাওথুম মপুংব কম্নাম কাথিবা, মপুংব কম্নামা কাথিদবা থংথিদে থানিল। অসি নত্তনা কম্নি ওইবা পাওথুমদি থুমগনি কৈগী।

রাখন, ঈথম থমলক্লে। মমীং থোনবীদবা লৈম, লৈওইদনা পংশাং শাংচগুম রাথম পংথন থন পংপাই পাই লেম্লে। করি মতীক লৈ, মরম করি লৈ, ঈমুং মপূনা লাংশনবা কিয়োলগী মপৈ,- করি মরী চেন্নদবী মাওম্বীনা মৈথাদোকউ মংাম্নরুবা? মশানা মশাবু হওগোইদৌ। তৌওম্বীনী থনজরকই। মপু ওইবনা ফিশিওউ ললশিওউ তকলক থোক, করি পাওথুম্নফম লৈবা? থল্লু থল্লুদৌ করি সুওগী থৌরাংল্লুবনো য়োই।

অচৌকপা অহীং, মীচৌক মীরাওথোস্ত্রবা, লৈবাক শেন্ন মশেম্ব নিওথৌ কৌবা পান্দ্রবা, লৈবাক ওম্ব অওম্বশিওনা থোংগুল তানা কানরক্তরবা অমনবা কোমুওগুম ঈরাই ঈনিল থোম্হোক্তনা চৌক্রবা তাওলৌ লৈরবা অহী'হৃদা, শামান লেস্তমামজবী অতুগীম্ন মথক্ত, ঈকাঈ থীজবনা ললওইজবী মুপীপোক্ত পোকলকপী থানিল কৌবী মৌ নহানা, ঈকাম্নবম্ন চাওহেন, বারৌগেম্ন ওমদা পাওথুমকমম্ন থংদ, চেল্লগেম্ব ওমদা লৈ হকচাংম মীক্ত, চৌবাম্ন থোংচবী মনাং হক্তোক থ্রক্লনা, মীংয়েওনা থোংবী থেওনা রাথম্ন লমহাং-তুমহাংনন—। থংদে অবেপ্প রাথন করি থনগদবা। লালথরবোই সিতনী থংলিবা। কম্ন কম্ন হেনগংলকই ভুশোঙ্গবা। ভুশোঙ্গবী থমোঈ, লমজাও থোনবনা কুরকদৌ শাহুম চাওনা, 'সিবী' মাম্নকৈ থংদনা হাই-হুমবী কৌহাম শাংপী কৌবাম্বীগুম, ঈরেন তুহং তাহংপীরবী ঈচেললক্তী লুকথরম্নী হপ্পৌ তনৌজবী হুপ্তোল শংম্নবীগুম মশাগী পাংহৈদবা পাংজুবা কাহেন তম্বী থৌপাই পূরুবী মরাথন্দ পংউ ঊ চৈ থাংদৌ চৌকচনা। হকচাং থৈয়ে তনীকচথিবনা।

হৌথরবা রা মীংশীংলকই থোক্কেন থোক্ল—

"পোকলপনি তোওজবা কৌব রাওদনা" মজাঈদুংতোনা হওলথ

য়াহৌগী বাকয় ওইবা ময়ম পুমকাও কাওথরবগুম করি সুগুনাডদবা শা য়াঙাংলকই “করিগীবু পোকলকপা, সনা বাক নকই কদৌনী, মখোয়না ঐবু মরুম মপাং লোন্দীরহনবীরক্কে। অগুক শাগলকঙৈ ঈপুন্সী-দা ‘সিনি ময়ম অচানবা’ হায়বা অমা লৈরক্ক। লৈবাক অসিগী লম্বী লমজাও মমীঙবু সুনা থংদরি। নাহোরংপ মপোক্ত লৈ অহুনা য়াথংদবা শকপনী এ—।” ফোংদোক্লীংবা বাদী অসি ঙম্নমক অসি নংথিদে। থমোঈসুংগী য়া চীক্লে ফোংগমপনি থল্লুবা মচেং কাংগে ঙমদনা লৈ। মচেংতদী ফোংমগে থন মজাঈবুংঙোনা শম্ন-লৌব মথা তায়কই—“হৌন লোলচং থংল্লুদঙৈ হেক শকথিবনি য়াথংদবা। হজৌক্তবু মথ'ই লাংহৈদবা পোংলাংনী ঐন থমোঈ য়াওনা লাংলু-রিবা। অহুবু য়াথংদবা পে ংলাং অহ্ তোন্ন-তানা লৈজবদি মফৈ ঈমুং অসিদা—। নংতহুনা মীতোপ কনা মথুং স্নোথরবদী য়াথংদবা ঈশক মশা পুংন শনথরগনী হায়সি, ঙম্নমক, মখোয় ঙম্নমক শাগৈ ওইবা কনা, মতাং চংপ কৈদ থুংশিন্নথরবা ঙসীমক?—”

কনাদম্ব থুংশিন্নদে, থুমই থুমনীংন। থ মাঈদতা মহুস্ন। পাও-থুম্মগে থনখিবনি। থুমখিবরা পাওথুম। থুমথরবনি—। থুমখিবনা পাওথুম করিনী। থুমখিদবরা? থুমখিদবনা পাওথুম করি। থুমলমখি-দবা থোক থুমখিদবনা কয়া য়াম্ন শাফবা। থংদে—। লালথরে, অসিতনী চীনকানরিবা পাওথুম—

থল্লিঙৈ তান্নকই য়ারক হুম্বা শাওহমগুম
“ঙম্নমক মকম কৈদ—মহুমতংদী থংহল্লু”
থংলগা কদৌবা? হঙই থমোঈদা। লুকলি থানিল। চীক্ন।
“মকম অহুতংদী থংনীংই” থমোঈনা লৈতাদে। তাকউ।
থোজেন অসি অমুকম্ব লেপ্নাইদনা, অহুম্মক লেপ্নাইদনা পাওহঙ

তোঞ্জৈরকলি, থানিল, কাতুপ মমুঙদগী কৈদনো খোঞ্জেম্ন নাপ'নাক লাকলোইদবা মফমদা হৌগৎ কাংখৎ চৎনীংলকই—। হৌজীক্তী কাম্ন-খরবা থৌছু মচেৎ কোংগায় ওইরে শৌজন-শমজন ম্নাহৈবগী ম্নাওমদা কায়না।

মশাগী অশোনবা মশানা পনঙাক ঙমজদরগা, তাইবৈ কবি মরাল হক্লোঞ্জৈনজদবা মীংশককী মপোং লাংশঙবদা। অঙক শাঙবা মঙম কবি কাম্নবা, লমচৎ চৎহৈদবা চৎখরবা মীশক অসিনা? হঙবরু শাই। হঙলক্নী। হঙলক্নদবনী অহুগা পাওথুম অছুদি ঈকায় ফিরুক্ল-কমনী। মরালনা পাবোৎ কা অরাকমদারকডে মরাইবক্ত মতাইনবা, নোঙদম্বু মচৈজবা তাইবং ওংবা মীথীবোং পাঙথক্লবনী। থল্লু থল্লুডৈ থানিল মায়থোং হায়গৎনঙমলক্লুরে। ক'বি মুঙগী ফমলুবা হৈপাল চীন্দমনীংব মপু লাক্নী থন্দ উথক উশাদা হেক মফমলু বাচন্নকম লৈজবহুগা কবি-কৈদ চাঙখৈন্নে? চাঙখেমদে, খল্লে, চাঙখৈম্নদে শম্নাঙঙসু

"কদোবগে হঙলমু, চংডৈ খোঞ্জেন ম্নাওদা চোকখরবা থমোঞ্জৈনা, ঈকায়বনা পিদারে, হঙগোইবনা পোমলে নিঙদোল। চংডৈ লাল্লবনী ঐহাক।

খোঞ্জেন খোকথি। খোঞ্জেম্ন খোকথি

"ঐহাক লংজরুরে। ঈরালনা থল্লবী, হকচাং য়োম্ন পুম্নবীনী। ঐহাক লংজরবীনী। ঐহাক পাংল্লুরে ঈরালগী মথক ঈরাল লংজহৈদবা মফমদবু।"

খোঞ্জেম্ন খোকথরগা, ম্নাহৈগী পরেঙনা চুমথরগা, ঈকায়বনা পাংখোকখরগা, তুঙইমরকই ম্নাথম্ন 'খোকথরবোই ঈখোঞ্জেন' তুজুঙই-মানজুঙই, থানিল নোঙলৈ মায়ওক্লবী ম্নাতোল-উতোল শক্লে। অহীং হৌখরো, চংডৈ—অহীংদ পুশেমলকলো মঙাল।

"ঐহাক—" মজাঈবুংত্তোনা খোজেম তম, তপ্পে থংলে খোজেন, তম্ববনী অরোইবা চৈথেঙদা ঈবৈ চাম্ম মুম ঈপাক ঈচেলনা তপ'কুম মুম লোয় তম্ববনী খোজেন, মহুম থংই থানিল, থংলুবনা হেল্লি "কমল্লো ঐবু, থম রাবা। মজাঈবুংত্তোনা শেম-শাগুম ওহাক ঈচাক্লনা থাং-লগা অতপ্প মখোজেন শম্মাতত্মু কামরোই তেমশীংগুম, কাম্মতক কাম্মতক মথা তাম্মকই "ঐহাক অরানবা লমচং কৈদনো থংদে। থিগৎপন্থ তাওকম চাদে। ঐহাক অরানবা লমচৎ অদু থিগৎথিরোই। কিশিঙ অহুদা উহনবীয়ু—। মকম অদুবু তাকলবা থাগে অহৌং অসিমক্তদা শাদোওলে" শঙশাঙ পরেঙ—। হায়াসি করি কৈদ কিয়াম অদু চেকশীনখিবা ওসী অহৌং?

"কি।" থানিল মীপোৎ হুরু মপুমাং চংন শিরে হুজৌক্ত থম ওককেম্মদাই তাইবংবু অরোম্মবনী থম রেঙ মুঙহৌক্লনা থযোঈ শেঙলম-গুম, কোক্ত বাখন রাওদনা লেমফুনা খোঈদো শমদনা মংলান্দ পাওথুম পীগুম, হায় চৌম মথযোঈ মাঙ কিরূপ খুম খুম "কি পুম্বা ওম্মক থাদী মৈরাম্মহমলো রাচৎচক্লবে ওসী।"

"ওম্মক॥ ওম্মক মৈ থাথরবা॥" অরাবা কৌব উংলোই থনথিবনি। চৈথেঙ কঙবা থমোঈ মকা লাল্লোই থনথিবনী থং-হোদনা উংলোই-লাওলোই থনবা মশক শক্তম উংথরে—, মজাঈবুংত্তো ওাকফম লৈরক্তভৈ শী য়ানবী থুংপুগী শী'য়ান থুংচাম্মবা, মউ চাওবা উজাওহু মঙাম থাগা-বাঙগা চিঙবা। থল্লুই মশাগী কাতুপম্মুও ওইথোক্তদবা কম্মা ওইথোকলোইদবনা কম্মা। ওম্মকী বাওমদগী মাম্মকৈ অশোম রাঙমসিদা পৈরমলিবা মাম্মওক য়াবা লালমাগী মপৈ অসিদী। থমোঈনা থমোঈদা তিন, থুংশম্মনা পানমিম্মগে লালদাইশনবা লাক-পনী য়াওরক্তে শরেং পাম্বোম চাঙদম্মঙাই তেল্মোং মাল্লক্তে লৌরুং, অহুগা থাংলী লাক্ত ঈথুং চাবা য়েক্ত ওককেম্মহনঙম থাংলেন, লানকমদবু

থাংলেম থানা মরাকপা নংজরবনী মরোমদোম নিংথৌ, মজাঙৈবুংতোনা রাঙাং থোক্ত মাথৈ মশানা মায়থীরবনী মহাক।

"ওয়মক মৈরাঙৈনথ্রবা? মবাল করি লৈতবশিঙ—" চপ মাথৈ, অসুম মহায়থরবনী লোশংবানগ, তারকতে থোগঙনবা তুমীন থল্লি থাবিল, "অঙ্গবু মথোয় ঐগ শয়-ভিম্ন তোংনরুতে ওক্ত-হৈদ মরালবা য়োথ তাম্বনা থাংনরবা।" বাদ-মুঙদা শাই অমুক—"মীবাইনা শৌ শারবদা য়েস্তোকপদী কদৌই" থোজ্ঞেম মচা মায়পাক লাকপদা মপানা থোনা পীওমলকই য়োঙদ-হাদনা ভাংলিবা, মতম কুইন চংথিরিবা কয়া, অরোবা কি ভাক্সী মৈচাক মুরম্নগনি—" চরম ঈশীং কৌরকই। হায়খিদরি অমুক্ত মমিঙবু মিঙবম থকে চাগে ঙসী কৌথ নোঙ ফাওবদা। কনা লৈতে। ঈথৌনদি হক্লে রামী পুথ রাথৎ হায়গে থম্লে ঙসীদী। হায়রগে। হায়রকই মজাঙৈবুংতোনা "তুমললমখিরোই"

তাখিবনী রাহৈসি। অঙ্গবু তাদে থক, নাপদা চংদে। থাবিল পাওথুম কৌবদী তয়াই মীৎয়েঙবফাও য়েঙলক্তে। লৈ 'লানথরে ভাকপীয়ু' অসিভং হায়ম্বনা।

"হকচাং ঙমদথরা অহৌং'সি"

লৈ তুমীব।

ঈথৌলাঙবা। লৈ, লৈথ্রসন্নু থহুও চয়, থল্লকই মজাঙৈবুংতোনা, লৈথ্রসন্নু। পোকললকতে মপোক্ল অসুক চৈথেং চাওন-চাওনা চৈথেং শীরবদা হিঙবীংবনা নাক্তগী চেয়-তায় লৈথরগে তেমশীংলক্রবসিদা থুয়ানা মেনঙম ঈথৌ মানা কদৌথা? থম্নতে কোংদোবকই থমোঙৈগী রা—

"অরানা লান্দারক ওক্তন্নু মকেমৈ। হাওলালন ভোঙৈরকতে চায়াদন্নু মশীংবৈ, করি ওইবা কি থরা মৈথাবদী। চয়কম লৈত তাব-চাইনা লৈপদৌ শরুক মতৌসিনা হেল্লি শাকথা।" হায় চীন্দ, থোকই

থোক্লেম্ন রাদপা নীক্লে-থৈবে থমোঈদা খুউনা শরীক হাইরে। কমত্তম-লক্তে। কাইনথত্ত মীৎন পাংত্তমলক্ত, থোক্লেম্ন লৈকানরক, মজা-ঈবুংঙোনা হায় মথা তানা—"করে। পুন্সাদা অস্নুম্না হেক হেক মনাং লমচংদৈ হায়বা তাথরবনি ঐস্ন কয়ারক। ক'ওজন থীবনা হেক, অকাও নাইহনবদগী অসুম থোকই থোকপনা। মসিদগী করি মতৌ পুন্না লাক্লদবা অমুক পুন্সীনা—" লৈ। বাঙাং লোইরে মতৌ মজা-ঈবুংঙো মুরাক্লে তুমীম্না।

'খম্নহৌদবা রাথননী। পংজবী হুপীপোক্লী' অসি মতাম্নদে তুংহৌরিনা রাথন কৌব ঈকোনবুতদা। মীৎকুপ কৌবনা কুপলক কুপ-লক খুদীং মমশল্লকপতা থত্তলকই তাইবংন থানিলগী মক্নমদা। পাত্ত-পন থোক্লে মতম নত্তনা। অত্তাং পীকচরিবীনি হ য়, অমাং কৈরোইস্ন তাম্নদা, ফিবুল হায়বীস্ন নচেন্স রাথম হৌই হকচাংদ 'ফুম্বত্তনাস হুজৌক্তী' থানিল রাথন লৈতাদবা খুহুং ইন রাথম্ন ফুম্বত্তলে। হকচাংন হীক্ল হীক্ল থাংই। পাওনমত্ত ই লৈতে করি। নাক্ত য়েত্ত কারনা কৈদবু নৈব উথিদম্নে মীৎন। কৈদগী করি থোক্লেম্ন লাকপা তাথিদরে নাকয়েংনবা নাপনা। শমলাংনা শমবুম্নদা থোক্ল চোইনা তাবা শমং-লাং থোকপীনা কাওথরে। থাবুং লাকপী ফিবাম্ন মরোমদোম কোম-লক ফিজেৎ-লাকশম্ননী থংদ হীকোম খুৎথানরে। তম্ব মাং হৌন লোনচং থংজরদ্বী, ফনেক ফিবাম্ন থুমীৎ কৌব থুমলদ্বী মাক-য়েংকী ফনেক ফিবান চুম্নদরে, ফৈনা য়ুত্তনা ফিবান কারলনরে। মমইনফি লেংথক ওংবী মউন উনশা উৎন চোইনা তারে। থুৎশা তাম্না থোনাই-রক্তরে। য়োংনা করি লৈতাম্ন করি থোক্নুনা কৈদ, মফোন কৌব লশিংত্তনা কৈদ, থেম্ন তৈন বিদা অফত্ত অফত্তবা মাকনকপা পোৎশক লোনথোক্তবা খুদোং তাইন, শিত্তথী। পাঙ্গল থোক, তাংশোক তীংশোক চুথংলবা মরাথম লীচীং থা থুৎপাম্ন চেৎশন মতীং ফুজোক থাংজে

অহৌং অসিদা থাদিল। কম্রিনো ঝামেন শক থুমগদবা পাওথুম !!! তাইবং অমম্ম মরক, ফংলক্তে পাওথুম কৌব অমত্ত। লৌশংবী কৌবী-মা লাক লেকথরবা মাহকচাং উঙাকপী শক কোনবীরবা। পামলকই লেক থ্ংমাঙ্গৈন'। চংহম্নীংদে অমুক তাইবং ওইবা কনা মতম অসিদা পুন্নীগী পুনম্রিবা মওং'সিদা তাইব' ওইবা কনা। অহৌং অসিদা লোমলম্নলসম্ন মত্তোল, মথম্নোঙ্গীগী মন্না কোংদোকনীংব থুদীং, লোত্ত চেমবা কুমলৌগী অহৌং তাবা সুঙশীং শাহুমলক জুমাং জুতুঙ শম শম-খোং তুহাও কৌবী ভুখোং থুদীং লীক্লা মলৌ তম্ব হুমাঙ মম্নীক মৰীক্ল চৈশৌ লাওন-ল'ও থল্লে থাদিল, কো'দোকলম্নসম্ন। অহুগা নীম্নগল্লি অম্নোইবদ' লানথরবা ঈরমচৎ ঙাকপীবা ঙাকপীদবা ওম্নমক্কী ঝাঙমদা, অসিতঙদী থাজৰীয়ু ঐহাক্ল, থাদিলনা মশা থংহৌদনা থুম-দোকখি অশেংবা থমোঙ্গীগী ব্ন', ঐহাক্ল ম্রেক্ল মীশক্লী থঞ্জদে থক। ল'ত'হবা থৌব'' নম্ভে থ'ৈঞ্জ ফিংক্কালনা কা'গাম্ন লাংলূবা। কম্নি-গীনো নকল'ংৱবা নশক্কা নাক থৌন'ইদবী থমোঙ্গনা মপুওইবা নকা-দদি নকংক চ'নগে পাঙদম লৈত অস্নম অস্নম নকশম্লকপা। কিম-ক্লই শোঙ্গব'না শাম্ল থ'লুদনা শাঙ্গবী সপোক্লী থমোঙ্গবু। কম্না কুইবা পুন্সী শক্তম অচুমা ওৎনা-নৈ চাওশেন শেম্নম্নকলিবা কনা লৈঞ্জমবী ঐহাকপু। ওৎপীবনি ঐবু সুঙশিবনা নৈকৎপীবনি মচুগী লমল।

শাঙথরে ঝাকৎ। থাদিল, ঝাথম কম্লোক পন থুহুম লাকলকতৈ ম'ংখি অশেঙবা লোমমদবা মম্নাথন শঙগু, ম্রেঙদবা মীৎম্নেঙনা লৈমাম্ন থেঙল'ম্ন তরঙ্গ তরঙ্গ উচ্চনা লৈ থনুঙগী মীৎম্নেঙনা কমলি থৌনা কৌদ য়াওদবা মংদাম মৈচাক মৈম্নাম্নজব, ত্যানজদবা মজাঙ্গবুংঙোবু। ঝাথম শাগৎলী মজ'ঙ্গবু'ডোগী নী ঙমলক্তবা শক্তম কম্না। নমথরুবনী ঝাশক চেৎচবী থম্নোঙ্গনা থংন থংন থ'দবা শা উন-উন-উদা-মীপাম্ন, মতম

মতক মুইরকপা মাথৈরবনী রাধন। ফিরামমক, মৈথানমরমত্রবা ওসীগী অহীং অশিমক পকলমদরবা পুন্নোদা চৎপী চন্থ, লেগরমগদবনী চমজবী ওইনা। হৌজাক্তী, মরাদ নৈতবদা পীক্করে মরাদ। মুমশেন্নবা মুমশেন্নবী মীনাইশিংনা, পাওনিংথোন তারকটৈ থুজাশিংনা কবি থোকই হায়নবোই,, মজাঈবুংঙো হায়বনা লমচৎম শেন্নানগে তেমশীংমু মুমদাঙদবী কনা নৈজত্রবী মৌ নহাসিনা ফিথোম-ফিমুন মৈথানথিবনী হায়না লাঙদবা শক্তমতমক মউরকই। শক্তম, শক্তম কোংগায়নী মুওশিকমত ওইরকই। হকচাং নীকলমলনী, থল্লকই হকনীক্লনা তুমীন থমোঙদা, ঐগী মুওশিরবা রাথল। লাংলুবনী মীশক চমজবীসিনা মরৌ নৈতবা থোনাং কোংগায়সি। কবি লংজদবা থৌরাংদ মোল্ল-মেদো ঐনতা। থল্লু থল্লু রাথন থুদীং মংগুমলকই থানিল্। কবি মতৌ লাওলকপনো মুপী ওইবী থমোঙনা নৈত্তাদরে মীচাবোক্তী। হুওশিরবোই থমোঙনা চামরবোই রাথম। মচুস্ত্র থাজদে মদোম। য়াদে থম লকশিল্লি হকচাং শোক্লা নাওথেমবীংলকই কনা নত্ত হেক রারৌবমু লারে পাংলরোই অমুক থৌদাঙসি। তশেঙনা অমত্ত ওই-থরে রাথম হকচাং অনী পুনথরে। থৌন তেমশীংলকই লান্দে মজা-ঈবুংঙো হায়বসি, রাথম শোল্ল্টৈ মতোমতনা চিঙনক্ল মশাবু, মশানা মশাবু থোক্লক্ল থৌওং অসি থোকশিবনী। তশেংনমক থাবিল মচীন রা, হন্দোকলুরগে তেমশীংলে। অতোমচাব তান্ন, মৈথা থিঙলুবগে থন্নে। থিংলুরগনি পুরকনী ওয়মক পৈরগনি কাতুপন্নুওসিদা। মমাং-মক্তদা অমত্ত কৌব রাত্তনা। শেংকে ঈমগে মথমোঙ পেন্নবা। থানিল শেন্ন শানা নৈ মজাঈবুংঙোনা পেঙবা মনা শেংলু হায়বা ঈল্ল্ পাবা ফিজোল ফিজোল শেংকে ইনগে থনথরে।

থানিল, রা কৌদ চাংদনা অচাও-অকৈনবীগুম, য়ুমগী মুপাদা তইনা লমচৎমমকটৈ মৌগুম কমদিবা মজাঈবুংঙোদা য়াহৈ কৌদ

কাংলমদা মমইন কিবা কোকথুম তরং-মাদং থোংখাং থোকখি কাতুপ-সুঙদগী। খমধি থমোঙ্গৈদা কমলমসমু হন্নক্তরিকাও, ঈচৌন'নাও ওইবী লৌশংবীদদী থংহন্নমগে।

পুন্সী মাশক থুদোং মচেং থোক্ত থুগাযবে মত্তৌপুনা থাম্বিলনা অমম্বা অহৌংদুদা মৈথাম্বো হায়দোকপ্রবা কিয়াম, অত্তোমচা কোৌবা মীনাই থুংতগী কল্লু্রগে থম চৌংথোং তাবা উমঙ ম্নোন অকিবা লৈত লাকই। থংই লৌশংবী, থাবিল, মমীলন হিঙবী ফুগীনী, হৌজিক অচুম্ব মাকম লাক, মৈথাও তাকখিবা কিয়াম পুম্ব অমুক মৈথারমু হাম্নগে থম্রক, মৈকনগে থম্ন অত্তোমচাবু মথুং পান্নবা থামগে চংলবনী। লৌশংবীনা থানিলবু লৈমিন চামিন্নবগী কাওহৈদ, চান্নকম থোকপগী সুঙশিবদা নত্তে। কিদমজনী'ঙাই ওইবী মত্তং মমীন্নবী অমা ওইনা চেৎন-চান্ন থনথরবনী। থানিলমা পাংশিবা থূদোং মপু-রোইববু থাগোম চেৎচৈ উৎনীংলুবদগী ঙাক্লী। লৈগী লেমজনকম লৈমীক পকজেবত্তনী নীংঙোল ওইবীশিঙগী মুমহোঙ মুম্নাইমক শেঙজবা লমচংনি মপুরোইববু মীংকুপ থাদা, থমোঙ্গ শেঙজ শোজবত্তনা। মতম কম্না তাইবং মাইমক ওম্ন-থোইনা পানবা মহৌশা থুক্তং ইম লৌশংবী হমাওবা মাওক্ত, হেদোঙ্গবা চল্লু, কাওন-কাওনা লৈকবত মত থল্লুমবনী মতম কম্না মহাক মপুরোইথা কৌোম শঙ্কাইক্রবমী হায়বা। অহুবু থানিলগা হক্লক-শামক লৈমকচৈ কণ্ঠমবনি অনৌম মঙাল, মপুজীনা হিঙলিচৈ থক লৈত্তে কাম্নন-শেংবমা মপুমোইবগা। থমোঙ্গনা, চেমবা লেং মাদা মজাঙ্গবুংঙোবু থম্নোঙ্গমা সুঙশি চাওশেন শেম্ন-থম্নে থানিলনা, অহুবু মাজদে মাথমবা মশাবা নোঙমদোদ লাইমৈপাক থোংদাথমবা মপুমোইববু কাওজদবনা। মসিমু থংই লৌশংবীনা ঈমুঙ অসিদা লৈতথোক শিথমবমু শাকৈ থনপনি থানিলদী মপুমোইমত্তবু কাওদবা। অহুবু লেংদ-হাইদ লৈ মথোং-হজবা মজাঙ্গবুংঙোমবু অমুক,

থমোঙৈনা মথা থংদ ময়ুঙশি ময়ুঙশিদা। হৌজিক, থানিল অঙাওবীগুম অঙোমচা কৌব মীরাইখুংঙগী মৈথাও তাকথিব ফিরাম কয়া থম্লি, কমগদৌরিবা অসিমু মীয়াম মাংদ, ঐখোয়গী মাংদ, চংন শিগদৌরবা মঙাঙৈবুংঙোবু মায়পাকহন্নৌংলক পাংলবনী। উরকই মমৌং ঙৈমুঙ অসিদা মঙাঙৈবুংঙো অমদৌ থানিল অনীনা য়েংক ওইগা শক য়ুম্বানমিন্নবা। মচুদৌ ওইদয়ে। মপোক অসিদা ওইরবোই। লৈশিন্নবদৌ মরৈরি, লোশংবীনা লৈঙোইনা চোচোরবী মকুপ লৌংত্তে থংবদা থানিলগী থমোঙৈ, থমোঙৈনা থমোঙৈদা চঙ কণ্ডনা তিনবদৌ তিনথরবনী, ওইদে হকচাংন হকচাংদ তিন, ফম্বাক অমত্তদা য়াহৌপমিন্ন অহৌং ফিনা অমত্ত ওই, ময়ুঙথিল ফিন তোখায়না য়ুম্বানমিন্নবদৌ। অঙোমচাগী খুংঙগী ফিরাম মৈথা মৈকয়গে থল্লকলিবা অসিমক লোশংবী থমোঙৈদা হীক্র হীক্র, হয়াওবনা ফোমান য়ানগুম য়াল্লক হেদোঙৈয়কই শয়াতক্ত। হেদোঙৈগনি মপুং ফানা ফিরামচু পুরক হেক মহল্লকপা অতুগা মঙা-ঙৈবুংঙোগী মাং কৈ-কৈদনো ফিরামচু শাওনা হেক মথম্বা অস্নুম থন্ন হোগংলে লোশংবীসু। হকশেল্লবী মবেল তাকলমদা থানিল মঙো পু লোশবী চংথি থানিলগী তুঙ থাপলক লাকলি থংহন্দনা ইন্নরহুনা ইন্নবহুনা তাওলো নৈব অথেংব অহৌংদ। উই থানিল কোকথুম্মনা চৌংনাক উমং তাবা লম্বীদা চংলিথা।

অহৌংদ শীংলম্মী লমহাং তাবা ময়ুঙশীংন পনথিঙ-পনঙাক কৌবা অমত্ত চন্দ-পঙ্ক মনীং তন্ন। অশুম্ন মনীং তমজবা, মঙৌ অশুম্না অয়েং-অরাক্রদবা পূন্সী অচু নত্তবরা মীওইপোক্র খোঙৈদা খোঙৈদ। ফঙবা কৌবদৌ নৈত তাইন পাম্নরিবা। পেংয়ানতুমলি উপাল য়াপালশিঙবা মীংমাং মীংমাংদ হায়না-হুয়্নবী মথৌ থানা, চৌকপক চৌকপক হাইদ-ক্রমদা চৌক্র চৌক্র। অতিয়াদা থোকলি মুংশিনবা থাজনা, তথংলি থরান কৌবশিঙনা। চংলিবনা লম্বীনি। পূরিবরা য়াথম্মী থৌয়াং

কোংগায় লাংগে থল্লিবনা তাইবং ওইবা থমোঙৈনী, ওয়মক্ক ওইথরবা মঙাঙৈবুংগো মতুংলাগনী। থানিল, থোংথাং লেপ্লে। হেমক্তুম থোংকাপ হাপ্পুনৈ মাইকা পাওদম তম্নীংলক তাইওমদনা চৎপা পাওবুরোই কনাগী মপূনাক তম্বা থোংথাংগুম থাঙই থুদোলনা থুদোল লীন থোংকম চাথা নওদনা।

চাংনাক ওবে উমঙ! য়োবে। অমুবা লৈচোল মপৈ ওই শন্নোকলি লোঙপোক চাংশাওনা মশক অশেংব তাক্ক-উৎত। উমং য়োমবতদা থানিল থোংথাঙ তপথৈ। লৈন লৈন য়েংলকই অমম্ব মরক মৈহোৎকম অমতঙ। উরক্কবরদী হোম্নি লিঙশা লৈতানা মৈথামক্তী পাংলমদায়-বোই থম। য়েঙবতনা পেম্দে, চান কাংন কৌনীংলকই অঙোমচাবু থুদক্ত। চাক্লবা, শুক্র মল্লবা চাংনাক ওংব উমঙসুঙহুদা চৎলি হাপুং মশা হায়দোক হায়দোক, অকিংনা মনাক নকওমদরবা মপুরোইবগী থরায়তঙদী কঙ্গনীং অমাম্রবা ময়াথঙ লো অহাংদ হীদাক মচম থিরকগী চায়ক্ববী অমুক থোনা শোনবীনী কাওরগী কনা লৈজক্রবী লোয়নবীগুম। উব ফঙদে। কনাগী শাহুম তাদে। উমঙনা তামগ্রবদা চৎথরবা থম্রি। কওনক্রপা কমদোবা? থোংজংনা থিনথিবা থোক কদৌগনী থাম ওমহোদনা মরাহে থুত্তুং ইন ওয়মক মৈথাথরগনী। মহৎনী পাম-থিবদী। মচুনী। হুজীক্র শাকপলি থম পামথিবা থোয়াং তাইওয়বা থোয়াংনী থক্লক যামাংলগে তেমশীংলববী। হেক উরগা মৈথা লেপপু থিঙগনী। য়াদরবা মুমগনি কিয়াম থুংনা। থানিলনা উনবতনী অহাং-লিদা পামলিবা। মরান কোদ লৈজদবা মীশক অমা মীয়াম মাংদ ওইদ-হৈদ ফতবা রাথন পুথোক্কুনা ঈকায় ঈকি নওহল্লগদৌরিবসি, রাথম থেম্নুবৈও মহাক্রনীকো। থম্নুবদা থানিল, পোংথম থংদ, মুঙ-লেমদা কণ্ঠাওনরকই। মথোং থোংথাঙ চপ লৈপই, উমঙয়াইবা থানিল। লৌশংবী, কংতাওনজবী মতৌ য়েঙ চেকশন-থোয়জন লেপ্রে হুথোম থাপলপ হাপুং মরুমদা।

চাংলগনি। মীপুম তিত্তবনা অত্তাওবা মহৌশা থমোঙ্গী কৌবহ্ন কাওবদনা লমচৎ লাল্ল্বগনি, চাংনবীরমগনি, মীপুম তিত্তবনা। অহৃগা চৈরাক কত্তদোরিবসিবা মীশকসিনা করি হেক মরাল লৈজদবনী। থংনবীরোই, থংনবা হায়ক্রবন্থ থাজরোই পাওনিত্তথোলসি তান-থ্রবদা। থানিল রাথম লাল্লবনি য়ারে। য়ারে। য়াবত্তনন্থ পেন্দে। করিমো পাংগদবা। থনকন থংদ চোকথরকই হকচাং, উই পাংলে পাংব মীংত মজাঈবুংডো, অমম্বদা উইশল্লী মীৎ, উই মজাঈবুংডো মত্তাল কত্তদৈঙ অমম্ব মীৎয়েত্তদা। বাবম্নগনি, থমোঙ্গীনা ঈকাঈ ফিরুক থুম মায়না ঈচপ চাং থাংফম থংলমলরোই নীংশীংলকই, উরকই মশাগী কাতুপত্তা করিনো থংদনা হকচাংন তনীক তনীক নীংকয়হৌরিবা থৌবা কৌব থোকচত্তমদবা মজাঈবুংডো— । মালংদ থুৎশা লেংলকই নাওথেম নীংমক রাথন্দ, মশম শমলা·বু নান, মায়থোং হে তোত্তজদবচুদা শীৎ, থুংনান তোঙ্গীবা 'রারগন্থ' পুকথেমলুগে থল্লক্লে থানিল। ওইথোকহৈদে। লমচৎ অহৃদী ফিনা ফিদিম, হক্ক হকতিম লেনমীন লৈমীপ্রবগা থেমকদে কৈদ। থংই। অহৃবু থামত্তমদনা হেক হেক নকথরে রাথনসিদা। থম্বুমেদনা থংলক, হকচাংন তোলহাইনরকই। থোথেম শামিয়কই। তোদ ফুল্লি থহুত ত্তবা থোজেন। থোংথাংগনি কাও উমত্তায়দা লেপই চপ। কাওকই অত্তক ফুইবা। করিগী উমত তমলকপা? অত্তোমচা কৈদ কৈবা? য়ারি থংনীং নীংশংলকই থোংথাং অম'নী থাত্তই, কৈদনো অত্তোমচা বিরহুনা।

উমত্তগী থোজেন মহৌশাবী মুত্তশীং মত্তেং লোবা। মোত্তশোং-শিত্তবা চীকই। মথোজেবশিংনা শ্রোংদৈন। উচেকশিংনা নাঈতোম তানা তানা থোত্তনৈ অহীংদ। কৌগে কৌগে কৌত্তমদ।

উরে তায়। অ:চোব মৈহৌ নত্তে। অকনবা মৈচাক নত্তে। শীং-জনতোঈবশিত্তগী ত্তহাক পাত্তপম লাংথোং পোৎথা মৈত্তীয়কমত্তম,

মৈহৌফম মচানি। কাইনথঙ থানিলনা মৈহৌফম মচা অমতং উরকই। অমতং উরকই। অশুকপা মকমত্তুদা করম তশুপ-তরাই চংঙমগনি, ঙহাক থল্লি। অমুক কৌরবস্থ অমুক কৌরুদরবস্থ চাওমামৈ করিদা খেন্নবা লৈতনা। চংশনবদা শাফনিঙাই লৈ কৈদা? ওইরম্মে মচু-মঙাই, লেপ্লে, অতুগা খোংথাঙনা চংশনবা হৌরকই থানিলনা, ওই-রম্লে মচুমঙাই ওইরম্দরে তশ্ব কনানো ঈবুং ওই ঈপা ওই নিজগে মতেঙ অহোংগী। থানিল, মশাদা তাইবংগী মুপা মুপী খেন্ন চাঙওমদবী, পুকচেল লাক্লবী মীশক লৌ মৈফম পীক্তকপা মফম তম্ন চংশিল্লকই।

উমঙগী শাহোঙ চাবশিঙনবু কুরম মৈফম নাইহনবা ওম্নফম লৈ। থংনবা থংনদবা তাইবং মীওইবা কনা অমদো শোয়দরে। শেংলিবা ফি, উরকই লংলিবা মপুং ফাদবা মৈতৌকফম মৈঙালদা শঙং-শাদা মাল্লি থাপশিঙৈঙেদগী অঙোমচা হায়বচু, অচুনা থানিলনা চিঙনবা য়াওদনা কৌই চংশন চংশন

"তাদা—অঙোমচা নত্তবরা?"

"কনা!!" মতোমতা শোনবগুমই। লৈন য়েঙই কনা লৈতবা চীং-নাক উমঙমুঙ। খোঞ্জেনতনী মতাবা। খেঙলবা অহোংসিদা অশুক লোনবা থৌরাংগী পাওনিঙখোল কনানা করম তা, উমঙ অসি তম-লক্লীংঙাই লৈ?

থল্লিবৈঙে মাংদ লেপ্লে মীংন তরং পু পুরকপা শক্তম।

"তাদা" শক্তম তরং-মালংনবা শাররিবচুনা "তাদা অঙোমচা"?

"কনা!" হৌগংলি। থংই, শক্তম অসি তরং ওংব শক্তম মতে থানিল হায়বী কাতুপ মমুঙ ফমথক্ত ফম্ন লৈহৌবীচুগী শক্তমমক্লী হায়বা অম্বু হঙই থংন থংন থাজদবত্তনা "কনা!" মথা তারকই হাথুননা "ঈবেম্ম, করি থোক্লে অমুক। ঈতোমতা!" ঙকথরে।

হঙলকলিবনা করি। মচুসু থংদে। পাওখুম, মচুগী তোঙজবনু থংলক্তে তাঙকম অসিদদি। থানিলনা ফিরাম ঙমগনি তেমশীংই কোকখোঙ নাহৈনবা। রাহঙতনী তোঙজরিবা হুজীক্তী। রাহঙ হঙই থানিলনা

"তাদ।—অঙোমচা"

"ঈবেম্ম করিনীনা" ঈঙক ঙকলি।

"ফিরাম। ফিরামশিঙহু কৈদ পৈব।" পাওখুন্নফম পীদে অঙোম-চাগী "কদায় মৈথারুরগনু। কৈদ পৈব অমুক হনসি লেঙথোরনা। পুগে ঐন্ন কোকথোং তঙথায় অমা।"

"ঈবেম্ম" থুনা থুমই অঙোমচানা "ঈবেম্ম, ফিরামদা ঈবুংন মৈ-থাখরে। মৈথা-মৈচু হৌখিবা কুইখরে। ছুম তাংগোঈ ওন্ন-মাংনহৌবতং চাইরম্বনী।"

"ঙয়মক মৈথাখরবা!" হঙবা নত্তে। হন্দক্তী মাহঙ নত্তে। ঈশীংন মনিল ওইখিবনী। মনিল ওইখিবনী। হৈপালনা হৈকয়, লৈপালনা লৈকেম নিঙথেম হৈকোন লৈকোন'গী পনঙাকপা লৈ করি তোঙজদবা লৈকোনহুগী মতৌদুনী নিঙথেমগী, লৈকোন্দুনী হুজীক্তী। থম্মোঈগী পেম্নবা, মচুতমু ফঙলবা মরোল থোকই তাইবং-মালেম তুমনা। শকই শৈশক কয়া অহুগা অহৌং অসিদা, থানিলগী মফমদদি, ঈচেল তোরৈদা তাওথখিদৈ থুনবীনঙাই কনা লৈতরবা শানৌ ওইবা নাচোম গীজকগীহু তাদুনা, অমুক, অরা পনথুঙ কৈদনো থংথিদনা থোক্লরবনী। লংজনা তিয়াদা, অমুক নেমথরকপনা লুতোন থেংপদা, কাকৈনবা শমোক মচা তুশোঙবনা লমহাং কোঙ্গরহুনা লাইমল কাংন মপীবু খিজবদা। মচুমক্তী শক্তমচুমক্তী, থানিল। পাংগদবা, করিনো হৌজীক। মীকুমজ্রবা, মোঙশোংনরকতৈ অমনবা হিদেন্দ লমলাহুদৈ হুপীমচা তনৌজবীনা থংউদা থোক ঈরোক্লগে কুমজুদৈ অচীকপা হিদেন

মতৌ উ, ঈৰোকঙমদা থূকচত্তুম থানিজ কৈদবো মায়ওনকম থংদ, মতেংন মপাং কনাদগী লৌনকম থংদ লেপ্লে চপ। খোংথাঙস্তু, থমোঈন্থু। য়াথন কৌবা থূদোংস্থু। কঙলা পুংবানবগী পুংচৈ পুংচৈন য়ুথক লায় লেপথিৱৈঙ ডঙহৌবগুম খোঞ্জেন, ডঙহৌবতা মঙায়হৌরে, ঙঙছুনা লৈ মদোম মশাগী মফমদা মশাগী খোঞ্জেম "চংঙবি। য়োল্লবীনী নকাদা।"

থাবলদা লৈচীলনা থবগে থনগে থনঙমদবগুমই। পাংয়ায়দা, থূংলায়ফঙঙমদবদা থম্বালনা, কৈদনো থয়োনা, থারিকথানাচিঙবনা শাংকে শাংকে তৌনবগুমই, শক্তমথু য়েঙলু-উরুটৈ, ওইরোই, ওইয়োই, লৈচীলবু হুমদোকপস্থু থাবলবু ফজদে থনবস্থু, শাংকে তেমশীংলবী থয়ো থম্বাল থারিকথা খীবীকপু য়েঙদবস্থু, মথোয়বু পাংকুয়না হেকপস্থু, ঙয়মক হেক ঙম্লারাই থংন থংম মচী লেংদ হরাও-হেদোঈরক ফমহূনা অগুম্মক য়েঙজ-লেঙ পেঙ্গবগুম, খেংকই হৌথিবা অহৌংগী মতৌ অছু মজাঈবুংঙোগী থগোঈ লকা শীনবদা। অহৌং চৌথিবগী মশাজং মতৌ। অছুদি থ.াঈগী পেম্নকম ওইথি মজাঈবুংঙোদা।

অছুনা থমথয়বনী—

পুন্সীগী মকা, মছুস্থ মতু শোজথয়বা মকা, করি লৈতবসিদা কাদাঙ-কদাঙ তাঙজয়হনা থোক্লথিবা থোদোক বাথোক থূদোং ঙমথিহুনস্থু 'য়াম্ব অচানবা'সিগী মনাদা হৌথিবা অহৌং অসিগী মওংস্থু মতৌস্থু মশাজংস্থু. ঙম্নমকাসদী তম্লয়োই তাইবং কনাদি তয়াই য়াম্ব অচানবগী মফমদা কাওবা।

থনথয়বনী য়ামথয়বন্নি ওস্তোক্লা মমল। সনানা করি, হিনা-য়াইমা করি, মায়না পাকপমুক মমলনা য়াম্ব কৈদ করি লৈরিবা। তশেঙনা মমায় পাকপন্নি থল্লবান মজাঈবুংঙোহু। থোঈমুনা ঙঙলকচৈ, অশাংগী লৈন লৈমায় লৈন লৈন থংদ, লেংদ-হাইদ লৈবদী পকচদবা মতৌনী।

মালং মতেংনি থংদে, লৈখোক্ল নোপচবমনি থংদে থোইমুনা ঙঙলৈ লৈব, লমায় লৈখাং লৈখাংনবতুনি লৈগী পকচবদী। চানবা য়াবা য়াদবা, থুমহৌ চেনবা চেন্দবা, ঈশীংগী পকচবদী চরাঙ কৌব পান্বীগী ময়া উন-উনা, শকয়েঙ মিঙশেল মায় ঙরুজবতুনী। চৌংগী ফজবদী কুম্মৌরকচৈ উয়োন-রায়োম চোঙথংনরকপতুনী। অদুগা লাইম্মেগী পকচবদী তায় তায় চাকপতুনী। তাঙগোঈনা ঙময়া শীন্নবতুনী লাইম্মনা তায় চাকপা উরি, মৈশা ফাওদ থমোঈদা শন্দোকলি মুঙশিবা কৌবনা।

য়াহঙ। অমুক রাহঙ-পাওহঙদরবস্থু য়ারে হুজীক। হঙগে থনখি কয়ারক মজাঈবুংঙোনা ফিয়াম অদুগী ময়াম কঁরিনো হায়না। ফিয়ামশিঙহু মতম চংন লাংশীনখিবনী ফিজুম চাম্মরক চুমবা অশেঙবা থমোঈনা। অদুগা ঙময়ক, হুরান পোংকুম, তাংগোঈ ওয় মাংহনবদী করি লমচংনো হায়না য়াম্ম তোঈনা পাওথুম তায় তায় রাহঙ পাওহঙগে থনখিবনী। থনখিবনী অদুবু হৌথিবা অহৌংগী শক্তমদগীদী ঙময়ক হঙলরোই থনখরে। রাহঙ থুদীংগু হঙকনখরে চীন য়াওদনা, পাওথুমঙাই মীশক য়াওদা ফঙহনখরে পাওথুংস্থু। অস্রুম থংখরে। অদুবু মতৌ য়েঙ, মওং য়েঙ ফোংদোক্লীংই পেন্দবা কৌব শা থানিলগী মকমদা।

লানথরবা কোংগায়গী ঈরমচং থল্লুই ঙাকপীকম থোকপনী হায়না। অসুম হায়না "অদুবু লম্বী অত্থ কৈদ'না যাংখরে অহৌং খুদীংগী মমি অসুম শাম অসুম শাম, ঙসীদী লম্বী অত্থ তশেঙনা লম্বী লমমাংনখরে। পাও কয়া তারে হন্দক কৌব মরক অসিদা। ঐগী তাইবংন মচেং, মচেং লীশী থোক্ল কায়রকপগী অদুগা নহাক্কী তাইবংনা মায়পাকপগী মহৈম-মরোঙনা মরীক চুম হৈবামরকপগী। পাও অসিদী, থল্লি ঐন, য়াম্ম শাফবনি হায়না। নহাক্ল তাইবং অসিদা মায় প রু পালহৌবদী নত্তবরা ঐগী ওইনা য়াম্ম পামজথিবতু অদুগা ওম্ম্মোক্ল শাকপনী থনখিবতু।

পূকচেল লাকপা। ঙমবী অমা ওইবগীদমক। য়াম্ন শাকৈ। পাও অসিনা থাজৌ, মপুরোইবা নোংবী খুদোংদ য়াশক কায়পে খোংথাঙ হৌরুবা থমোঙ্গৈ থমোঙ্গৈ খুদোংদ অ'নোবা খোৌনাগী চৗজাক ওইনরজনা য়াশক ঙাকপগী খোৌনা নৌন হাপ্পখরে। পাও অসিনা লাইনোং পৈরে চেৎপ খুদোংদ, মখোয় খুদো'ংগী মফমদা মন্নাইদবা পাও হায়বজু ওইনরি, সনা লৈবাক অসিদা মীয়োল কৌব খোক্কবা, অকে অমৌনবা তাক্ক- তাহেন্নবা ফিজোল লৈ'ত্তেঙ পুম্ন মৈথা-মৈরাইনহৎবা তুম্ন মাং তাকহনবা ঙম্বা পূকচেল লাকপী চমুরা অমা পোক্ক-শাৎন হিঙলরে হায়না। থাজৌ, মীপুম তিঙবনা, নংগী য়াশক চেৎপ থমোঙ্গৈগী মঙালদা ঙক মোন্নথরবনী। অচ্ছগা, য়েঙ্ডউ, য়াখ'দবা, লৈবা'ক মচা কৌব তাদনা, হয়াও হৈত, হেদোঙ্গৈ শকপংদ তাইওন্নবা ঈতৌ পুনা নোংঙমদবা থদাং চৌক কৈদগী য়ান্নবা থমোঙ্গৈ অমা চেন, অবাওবা মশক মচু খোক্কবা পি, পিদানরজুনা কপালিবদা ঐতমী। ঐন কয়ারক হায়খরে ঐদী ঙনা লৈরক্কবনী। তাইবংগা শেংনবনি। য়াখংলক্ক চাওরকপনী। হৌন লোন১৫ কায়না ঐন কপ্পীবসিগী ঈরাল, নংদী ঐগী য়ায়ী থংল- বীনা, হায়যু ঙাকপীফম হায়বজু খোক্কবরা ?

ঐন উরে শক্কম অ'নোবা কয়া অসি। লৈন শাৎপম্ন মনীং তান্নে, তুরেলগী ঈচেলশিঙম্ন ঈহৌরে অচ্ছগা লৈচৌলশিঙম্ন অথিঙবা লৈনদনা 'তিয়াদা কোঙ্গৈনা কে ঈনা পাইনরে। পা'ও অসি তারকচৈ প'শন, মমশন্নরম্ন তাইবংগী মীৎ পুম্ন শিঙনরক্কুনা নোঙমদোল তাবী খো- য়ানগুম তরঙ তরঙ তরঙনরক্কে। তরঙ তরঙনরক্কবসিদা ঐগী মচু শোঞ্জবা ঈমীৎ অসিনা লৈচৌল পোমখ'নবা মরো'ল খুৎপু খুৎপুলক, লৈচৌল কৌব মকম থুপ্লবা মঙ'স হায়বা ম.১২ ফুদোক ঙমদয়বী থাজগুম করিগী মমি ঈশাম শাম মমথরকলিবা। ঐগী মায়থোংন করিগী নোঙমঙবা অতিঙা হায়বজু ওইদুনা কারগী শেঙদবা সনাগুম মৈঙ্গৈক মুন্দ জোথোক, ঈমক মকালিবা ? মায়থোংদ কারগী থমুঙ শোব

হনাওবা পীক্লা শৌনরবা? ভয়মক অসিগী ময়ম থংদবরী ঐগী। মসি নংন ঙাকপীকম থোকপনী।

অকিবা পোকপি ঐন। কয়ামুক চাওবা ঙাকপীহৈদবা ঈরালগী খুৎপু লংশনথরবনো হায়না থশ্বরকঙৈ ঈশা অসি। খুৎশা তরা হুম হুম খুংথেক্লনা অস্নুম্মক, কয়া কয়ারক, কয়ারক হুম থীরে ঐন কৈদনো লংশনথিব। ঈরালগী লমচৎ অদুগা মশীংন খুয়েক কয়া সুথর-বনো হায়না।

নোঙমা, অহানবা ওইনা হকশেম্নবী ঈবেলনা শকথংনৌ মতৌগুম পুরকখি অদুগা ঐন পুন্সীগী অহানবা ওইনা মুম্ন য়েঙখি। মতুম্ন সুপ্ন-মীৎয়েঙনা মুম্ন য়েঙখিবতনী। মতমতুদা ফাওখিবা থমোঈগী রা॥ থমোঈগী রানা পৈশমখি, মাংজখি অদুম্মক মকা কৌব ফোঙদা থমোঈ-দতা অহুম। মুম্ন য়েঙখিবনী। মসি মঙায় ঈরাল।

নোঙমা অমা। মতুম্ন মকুম পাম্থা লাক লাংখিবা থৌরাং ওইরখি কবোক্লে অমনা মীংয়েঙগী মাংদ লৈজবা পুথোক লৈকা ফনখিবতু, অদুগা মতুবু লৈথংনরতুবা খুৎলৈ খুংপুম কাঙগোঈ শারবী নংগী মৌ-ওইনবী শমজিদা, শমজীবু খুমলিবা ফিজিবু ফিহাইদোক” মজাঈবুংঙোহ্ন থম থম থোকখিবা থৌদোক উরকই মীংত শং-শং। মদোম য়ুরাঙই থনবা ঙহাক লেপ্লহনা “শমজিগী ফিবু ফিহাইদোক খুৎলৈ খুনা লৈ-থেংনখি। মসি মঙায় ঐগী ঈরাল।

অতৈ। মরাগ কয়া মশানা থিগৎচৈ মজাঈবুংঙোনা। মদোম নোঙমতঙ, মজাঈবুংঙোনা হায়গে থন্দুনা লৈ, নোঙমতঙ ঈশীং কোনগা লোঈনরবী নংগী খুংকী খুংনমতুদা, শাহুম্ন তম, খুংনাম তম্ন নাঞাখিবহুক্তনী। অহুগা অঙন্বা অয়ুক অমদা লৌবুক্ত, মশকপু য়েঙনীং অহুক শাদোঙথক্ত চাইখবা, রাহঙ থরতঙ হঙখিবহুনি।

ঙম্মক অসিরা, মজাঙ্গৈবুংঙোনা থানিলগী মকমদা হঙুদ-হঙঙুম হঙই থমোঙ্গৈনুঙদা, ঙম্মক অসিরা নহাক্ত ঙাকপীবা ঙমদম্বিবা ঐগী ঈরাল।

অম্তুম থানিলগী মফমদা পেল্লবা থমোঙ্গৈনা পেন্দবা, শা, রা-কৎ-রাকোঙনীংলকই। মতুদা মহাক থংপুন্সী খোঙথাঙ শম্নাভঙদী মায়োক-লমগে থনথরবী থানিলনা করি করম মশক শক্তম অমুক লাঙ-লকপা—? মচু য়েঙনীংলকই মজাঙ্গৈবুংঙোনা।

করিনো মায়কৈ অনীমক, মীকোক খুদোংমক ঈঙক ঙক্লে।
লোশংবীনা কয়ারক থস্থক্করগা হায়রকই নোঙমা—
"অচুক কনবা বাশক!!" লোশংবী থাংতপ্তগী হোই "ঈচীন-'নাও ওইবী নংবু, অচুক কনবা বাশক করি লৈ, করি থোকই বাশক তেমশীংন্নুবনো হন্দক।"

"কৈদগীনো ঈচীন'নাও" থাজিল রাহঙ মক থংদবসিদা থংন থংন থংদবঙমই "কৈদগীনো রাহঙহ্। এথোয়না রারি মিম্নথিবদী মপাম লমদমগী চীংচুম পীকচবাচুগী রারী নত্তবরা। শীংজনবগী রারী নত্তবরা। থম্বনা চেল্লক্তনা লৈগী নাচোম থেংলথিবচুগী রারী নত্তবরা? অচুগা শমোক্ত থোঙবদা রাইস্তু রাইরোইদবদা রাইরদোবোই থনজম নংন ননাক ঙম্নথিবা থম হায়বত্তদা ঈকি কিদনা কোজনীংনা কে'জথিব-চুগী রারী অচু নত্তবরা?"

"মান্নি" লোশংবীনা থুমই অচুনী ঐগী থমোঙ্গৈগী অশেঙবা লোনম পুক্তবা ঈপুরোইববু মুঙশিজরকথিবা খোংথাং কয়াগী রারী মতাঙ-শিঙচুনী ঈচীন'নাও রারীমিম্নথিবা।

"সিমতঙদী হায়য়ু—'ঐহাক অসি, ঈচীন'নাও, ঈপুরোইবা নীংথী অমনী হায়বসি নহাকমকম্নু য়ানীংব থোক্তবরা?"

"হৌজীক্তী থংলে—" লৌশংবীনা থৌনাশেম খুমই "থংলে হৌজীক্তী ঙম্মক অদু মদু হায়রগীদমক তৌথররবনী হায়বা।"

"অহ্ কাওবদী মথংগিকো ঈচৌন'নাও।"

"থংই।" লৌশংবী করিনো ফাঙংলক্তে থমোঙ্গবা অদুনা কোংদোকনীংবা রাফম লেপ্ত থিঙদা মথা তারকই "কুইরে থংখিবা। কিয়াম অচু অসুম মৈথা মৈরায়নহন মাংহন তাহনলমত্রবা অহুম্মক থংনহৌগদবা নৈ ঈচৌন'নাও নপুরোইবা নীংবী সুপীমচানি হায়বদী।"

অদুবু করিগীনো মকাদা অসুম অসুম নকশনবগুম তৌরিবসি হন্দক কোবা মতম, করিগীনো, থানিজনা হঙনীংজকই তানা তানা, হায়দুু করিগীনো মহাক্ত রারগা ঐনদুম মহেনবা রাবনা?

হঙনীংই। করম্নদা হঙগনি রাহঙ মাম্না চাঙখোম্নগদবসিদে।

লেপথরে রাহঙসু অদুগা থংথরে পাওথুমগী লম্বীস্ত।

নৈনৈ। নৈনৈ থম্নগদবা থম্নরদুনা। অচৌকপা অহোংন চৌরু লেপ্লি।

অসিগুম অচৌকপা অহোং নীনী হুম্নী হায়থরে মজাঙ্গবুংতো হায়বদুনা খোংদারকপা নৈতনা।

"হৌজীক্তী মপুং ফারেদনা ঈচৌন'নাও ঈবেম্ম" লৌশংবীনা হৌজীক্তী নীংবা থুঙলবিনি মতৌ মরৌ লৌথেন্নরকই "য়েঙউ মচি মচি খুদীংম পাওনিঙথোক্ল ফঙবশিঙনা রারীনথরে—

"করি—" তুমীন নৈগে ঙমলক্তরে থানিজ হঙই "করি হায়রবা ঈচৌন' নাও, কনানা করি হায়রবরা?"

"অঙাওবা নাক নৈরু" লৌশংবী রা লোংগি "করিদুদী ওইনি, মথোং হকপা হৌনবরা অঙাওবদবু?"

"অহুম্মক।।"

পাওথুম নংদি নত্তে হায়ব'মমুক চাইদরে। লৌশংবীদগী পাওথুম পীদু তকপদী তরাইথোক মীৎয়েংবা হঙগৎ 'মুক্তম্ মেঙগে ঙমদা, লৈথক্ক কমথক্ত থাবিল।

অতুক য়োব থোহ শকপী থমোঙ্গ নংত্তে থাবিলগীদী। পোকপদগী লোইনরকপীনা যেংজবীনা মায়থোং ওইহনা। মপোকসিগী ওইথরবনী নোঙদম কৌবনা অউমবীরকপা থোংচজবী নৌজবী থমোঙ্গ অমা। ঙমখিদরি, মাওখিদরি পুন্সীনা কুপখিবা মীৎকুপ অমত্তম্ লান্দবা মীশক্কী মায়থোংদ মীৎথা-মীয়েংবনা নীংঙমদবা চৈথেঙ পীখিবদী। ঙসীদী থল্লে বাথম মওল-মওল্লে। পীজরে মশানা চৈরাক অচৌব মশাগী মকংদা মরোমদোম্ব মশানা। থোংদ থোংজি থাংলে, কুরাও হঙনা হঙজময়ে মদোম মরোমদোম্বী মথমোঙ্গ। লেংদরে। হাইদরে। উবতা মঙায় মমীৎম, লাঞ্জদবা মুপা অমনা মীউনবা ঙমদমথৈ ঈকায় কিক্ক কিথুম্বনা কৈদনো মৈচাক থাংলমগদবা। থাংলমগনি। থোয়শাও-নরমগনি। চৌন্দানবম্ মাদা, পাওথুম পাওহঙনকমম্ থংদ, চৌন্দা-পাওদানকম থংদনা মদোম, লংজদবা মরাল্ লক থাংলমগদবহ থম্লুঙৈ, মশাদা থোক্ল পল্লগুম থমোঙ্গনা হকচাংদগী মপাল থোক্ল মৈচাক থাং-লকই। হকচাংম কোনশন ঙমদনা, থমোঙ্গনা মপাল থোক্ল অমা পাওদমথোকখি। হকচাংন তুমখিগুম হৌক্লকঙৈ থমোঙ্গতা মঙায়হৌই। মীৎমুদা মৈচাক থাংঙৈ ঈরায়নরকই, মরম লৈহবোই থল্লুবা রাথনগী চৈথেঙদা। মশাগী মরাল শকপা রাথন কোংগায় থনহৈখিদবা রাথন ঙাক্লী থম লোৎত-লোমদা মজাঙ্গবুংঙোগী মকা কোংদোককে থনথরে। মহুদম্ মজাঙ্গবুংঙোনা করি রারোদবা শা পাওথুমলকলি। থংই, করিম্ কায়দে। করি পাওলিঙথোল তাদে, অমুম হেক হায়না মতমহুদদি চংজকবগী তোঙজবা ফঙলবদী তরাইথোক হেমহুম ঈকায় মুঙশি য়ামকম ওইরকলি। থাবিল, মংলান তমদে থংন থংন তাইবং ওৎন

মংলাক্লরকই। তারকই, পল্লোল পল্লোল কোয়না থংলকই, খোঙেন তারকই অহুগা অয়াকপা খোঙেন পল্লোল কোয়রকই বাথন খুদোং মাংলক'কুম কয়থক্ত মহোশা মতৌ কয়ভয়নক্তনা ঈচাও-ঈচৈনবক ময়াথন চৈনা থাং, থানিল, হীপথৈ কয়থক্ত। শত্তম॥ শত্তম খুদোং হোঙলে থংই মতৌ উরকৈ। লৌশংবী বা কৌদ ভাংলবোই থনথয়ে। চংশল্লকই লাইবক চাওবীনি থংনবরী মচীন'নাও ওইথী থানিলগী নাক্ত। হাকথওবৈ। কৈভুপ্ন মরোল লোটল্লে। য়েঙই মীৎন অউবী থম্বাল অহেকপীগুম পংথ-উইথরবী থানিলদা বাহৈ কাংদ। পেল্লবগী চাংলুবনী, য়েঙন-য়েঙবা লৌশংবীনা ওকনোনলি থানিলদা থামাঙ্গনা, অচুক ওাংলুবনী, মংগুম, পবৈ চেংপী মপুরোইবা নীংবী চম্বুমা লৌন্দিমজগে মপোক খুদোং, থম থম্ম চীনগাংলকই—

"অহীং অসি থেংলে ওসৌগী চয়া তমমিম্মসি।"

"তমলো ঈচীন'নাও"

"ঈচীন'নাওদো"

"অহীং অসি থেংলে" থানিলনা বাহৎ হায়বমথৈ মনাদা হাও-মুওদবীগুম কৈদগীনো নাথৈ পাওথুম্ররকই "অহীং অসি থেংলে ঈচীন'নাও প্যোংথাহল্লোগবা ঐবু।"

থাকুম মনাই, মপাঙ্গবুংঙো য়ুমুরেনবা লৌপুনা সনা কোম্মুওমক মংখিদরবম্ব লৈতেও ওই মায়রোং ওই শেমলম-লিওলম্মী উমঙ পীক্তকপশিঙ অচুগা হিঙগোল উমওমুওহুদা লৈগী লৈপাম্বী বাক্ত-পাদ হৈগী হৈপাল ওন-চম্ম থাহুনা লৈরম্মী। ঈকোন ওংব ঈশীং ফুওমকম কয়া তরংও তরওলম্মী। কুমগী হৈপ্যাল কুমনৌ তব সনা কোম্মুও হায়না য়োই। কুমলেগুবা লৈগী কাংবু সনা নাক্ত হায়না লৈকংলপ্পনি। অহুবু ওসীদী য়াবী হায়বন্থু তারে।

তশেঙনা হৌথয়বা মতমশিঙচুগীদমক্তদী কুচু মুবা মনাই অচাবথা

থাই অচাবনী। বাহৈ কৌব তাংখোকলমদা মরম কমই থাবিল। অমখে কখিলো পাও? মতৌ চেন্নি শকমদা।

থাবিল থমগদবা থবথরবনি। থবথী লোইবা কৌব পঙৈখ পীবীদা নোঙদমখোনবা মখৌ খৌরাঙনা লেলহল্লবনি তাঙকম অসি য়োরবদম্‌। য়েন্নু-লংবুখিতৈ লাম্বুবা মঙাল পোংখুম হকপনা কোক-থক-লেওথক মমকতৈ, মখাঙীবুংতো কৌবা মাদী তামখো, মনাই কবি লৈত বাতাম্নতাই ওইখিবা অসিকাওবদা পিদোঙবীলক পিদোনবী মতং মমাম্নবী লক মতানি মরোঙীনী ফিজী ফিনাং শোকচ-ঙমদবী নাই-তোম তারকতৈ সুপীচা শক মীৎয়েঙনা মীৎলৈ হবগৎন য়েঙবা ঙম-লক্তরে। থাবিল, মতম কৌবা চুম্ন লৈ লুবাক, ঈচীক চীক।

অমুবনা হায়

“ঈবেম্‌, ঈমুঙ অসি অহম-লমন মাইরক্কবা মতম কুইরক্লে। লৈখিবা থিবীক মনাইগী মনাই ওাকনি।” অচাববনা পামলিবা, কন্নিবু কোংক্লোকপা। থম্নুনা লৈ। থংদে। অহবু তারী থাবিল বাহুত-বাপৎ লৈক্তনা। অমুবনা হায় “মাগী থমোঙীদা কবি লৈব হকনুঙ্গমদে কমা অমমা। ঐমকম্‌। ঐহাক মাগী মনাইনি। মুম অসিদা পুক্লীনা খারেপ কানা চীম্লাক চান-চাবা চাওজরকপনী। অইবং, কবম্‌ পাকচম্মু, মাখেম্ন পঙৈখদবম্‌ কোঈসম্‌ লৈতে মবুং ঐগীনি হায়বা মুম অসি মতবা মকম খোংদাকম অমা। লৈখিত্রবা মপাঙীবুংতো লৈখিত্রবী মনা ঈবেম মখোম্নগী ঙমখঙ হৌজিকী মখাঙীবুংতো ওইবা মহাক ওইরবনী মবুং ঐগীদী মপোক অসিগী অহপা পুন্নীগী লেংঙ-হাইদবা ঙবঙ ঙমঙবা মীৎব উকঙবা নোঙদম হায়রম্‌। মবুং ঐগী হৌখিবী হৌরে, লেমহৌরিবা ঈপুন্নী, থবাম্‌, হকচাং ওইবা পোম্লাঙ, ঙমবক মহাকথকী শিমকম খোকপদা শিমরমগনি থম লৈজরকপনী।”

"তাদা অচানব৷" থানিল বাহঙলোই ভমদা পাওহঙলোই ভমদা মায়থোংগ লূক্ক লূক্ক হঙলকই "ঙম্নবক থংবৈ মচ্ছুদা, ঈমুঙ অসি করি হাথোক লাম্থোক্লে। নচলদি থংজদে।"

"হাথোক্তগী হেনগ্রে—"

হাথোক্তগী হেনগ্রে! তুমীন তাই থানিল

"লাম্থোক্তগী হেনগ্রে—"

লাম্থোক্তগী হেনখরে! তুমীন চৌকলি থানিল। অমুবনা মঙংনরুরগা মথা তারকই—

"ঙসী ঙরাং অসি মজাঙ্গৈবুংঙো হৌথিৎনি নংথিদরে। মা কৌদ ঙাংদে। হাতামদরে নবুংগ। য়ুরাঙ য়ুরাঙ লেল্লি। অয়ুকী মুমিদাঙগী চরা কৌবা ভমদরে—।"

ভমলম্লরোই। মরাল কৌবা লৈতবা, কনানো শেমজন-শাজন মরাল পী মথোং মথুং পুল্লগা করম চরা চীন্দমনঙমহৈনী। ভমলম্লরোই। মিঙচৎন থৌ‌ঙৈ, থানিলনা হাঙাংথোক্ত তানা তানা করি পাংনী থংদনা থল্লুনা লৈ, য়ুরাঙ য়ুরাঙ থাংলম্লনি। ঙসী কৌবা নোঙ অশুক শাঙলকৈ অসিফাওবদা হকচাং ঈকা নকলক-লামলক্তি থমথো মনিঙগী মিঙশানা নক্ক শাহুম ফাওবা পীথিদবনু, অশুক চাওবা চৈথেঙ পীরগা মীওমজদবচু করম মৈথাংলমগনি। ভমলম্লরোই চারাম্লু। তাল্লমলরোই। ছুমথুনম্লু।

অমুবনা হায়

"মজাঙ্গৈবুংঙো লাঙ্গৈমম্ল হঙচাং পুমথরে।"

"করি থোক্লে হকচাংদ।" শোকলম্লনি "তাদা অচানবা?"

"কি পুব—

"মৈথাখরে—" খুমনীংব, মবক থৎন হাডাংলকই "মহুপীদমক

তম্বীখু তা'দা অগাবব' য়োম্লবীনী ঐ। তাকপীগনী চংজরকই হায়রা।" য়োরুবনী মকা, থাবিল, য়োরুবনী থনবৈ থংদে হক্লীক্লনা থাংলকই হকচাং পোলাঙনা। থল্লি, য়োরুবনী চংঙবগী ঈরাহৈ, থল্লিবৈ অমুবনা—

"কমদোগনী হজীক" ঈবোং হাপই চৈথেংগী।

"তাদা অচানবা" কৌবতনী। তাঙমাদ মথা। নোঙখোঙ-নোঙথ'ঙলক নোঙথাক্ল য়েংলক'কুম চয়েংনৈ থমোয়সুঙ হায়নীংবগী মপৈনা ফোংদোকনীংবা থুংপুনা। চৌনবান য়োঙমদা য়েংশন পুরশীন শক-মাংনথি। ফোংদোকনীংবা থুদীং। নৈ ঈচীক ঈহুমজা তুমীন। হায়রগে থনবনী সুপীমচা পাঙ্গল কৌদ মফুদোক 'থংলে তাদা অচানবা, তম্লো তমগে লাকপা বাপাও। তাগে লেপ্লবনী য়োম্লবী ঐনা' অসুম। অহুবু রাহৈ কৌদ কাংঙমদা থ'বিল লকক্লক্লরগা হায় "তাদা অগানবা কবি তাকপীগদবা। কবি পাওদমথরবগে মজাঈবুংঙাবা।"

শক্তম অরা কোকথোঙবৈ অচানবা। হৈ শক্তম শেম্বমকন্ন। "মযুং ওইবা ঐগীদী নোঙদম ওইবনিদো মজাঈবুংঙো 'সিনা। অহুং-গুম মজাঈবুংঙো, য়েঙহৈ-উহৈদরে ঈবেম্ম।" মনাই অচানবনা ঈকায়-হওগোই ওইবা রা, পুথোক বাকম শেঙগে থম হায় "মহাক্ল উনা শকথেংননীংহই ঈবেম্মতবু—"

"তাদা অচানবা" হকচাং নীকই, নীকপগী চাওথক-চাওহেন তম্ব থাবিল। হায়রকপনা শম্লাতা, উথিবনা তাইবং ওইব হকচাং কায়াং থুদীং তাইবং শেৎন-ওংরক ফিশেংনরক্তবা, উই হওগোইবা শক্তম মীৎয়েঙদা "তাদা অচানবা—" হায়গে থল্লি 'হাঁয়হৈদে কবি পাওদমনো' অহুবু রাথৈ "মজাঈবুংঙোনা" কুমদম-কাংন; খোংমীৎ থুদোল চাক, চৌক্লসনু থনথরে।

"অহোই।" অচানবনা "উবনীংবত্তা ভাইবংবু কাওরক্লে।"

"ভাইবংবু কাওরক্লে হায়রবা॥" তাই তুমীন।

"মুমীৎ তরেৎনী মপুং চরা কৌব তমলক্করে—"

'করি চাদ্ৰুনা লেনবগে মাবু?' হঙই খমোঙ্গীদা।

"হৌখিদুদ যুম্রাও মতৌ নত্তরে" অচানখনা হায় "য়ুম'ও তৌই মদোম বাখম্ন শৌ শামাম্নে, অমুক্তবু উদবা, উখিদরি মপা ঈবুংতো কায়নবৈদেমু মমা ঈবেম্ম শেংনবৈদেম্নু শক্তম অসি—"

'করি ওইনি, তাবম্ননি মীংকী পি।' খম্মূনা নৈ

খল্লিদুদ মখা তারকই—

"অমুক্তমু তাখিদবা মমীৎ মীংলুগী পি পিদা পিদা লেল্লি ঈমাংদ। চোইরোলনরকই ঈকায় শঙগোয় হাং, কোংদোকলমই নবুং নৈ কাও-না—" মখা তাদে অচানবহ।

থানিল খংই কোংদোক্তবা মরাহৈ। নৈ তুমীব।

"করি খৌদৌ ওইখরবগে ঈবেম্ম?"

"তাদা অচানবা—" থানিলনা খুক্তম খংদ খুমই "ঙাকপীহৈদবা ঈরাল লংলুরে নচম মহাকী মকমদা।" খোৎখিবনা খমোঙ্গীনা, হীক-পনা খোজেম খাংতপ্ৰমক বাঙাং কপ্ন ঙাংবত্তমই "করি বাবু হায়রগা, করম ঈতৌ পু উৎলগা পেৎকদগে মাগী খমোঙ্গী। খংদবে।"

"ঙসী অহীং, ঈমুং কোইবা কনা উরোইদবদা"

"মহুদী" মরক খৎলি থানিলনা "মহোশানি তাদা অচানবা।"

"মহোশা নত্তে ঈবেম্ম" অনৌবা রাখন শেম-শারকই খুল্লু। হায়রক্তৰিদুদ রাখম্ন নময়োই মাঙখিবনা। খনখয়ে থানিল, 'মাংলদ্ৰা চাব্যহেন' লুতোন য়োই অমাও বাখম্ন। ঈনিলহৎগোইৎযুবা হৎযাং পুন্ন 'লোরেদকো পূজী' খম্নকদুদ মমাই অচানবনা খুল্লু রাখেম,

লমথোক্লই "মহৌশা মত্তে ঈবেন্ম, অত্তম লৈমিন্নবা পুন্সী তেম্ম মশক ওইনি—"

'পুন্সী তেম্ম মশক ওইনি।' থল্লি চুম্মী। চোকথয়ে।
'কনা উদবদা মহৌশা নত্তবা।' হঙপোইয়ে থূম্মা।
অমুবনা হায়রকই—
"চন্না ভমত্রিবা অসিতা তম্নবা, অশেঙবা থমোঙ্গ শেঙদোকপীয়ু ওসি।"

'করম হায়ননো থমোয়না' খুমদে।
'চন্না ভমমিন্নৌ অসিন্না?' হঙই মদোম।
'শেঙহৈবরা থমোঙ্গবু তাইবং মতৌ অসিদা।' থংদে।
থল্লি, ওহাক্ত রাথম্ন মফাঙই।
"কয়ানি শুথরবা তাদা অচানবা চন্না ভমদববু?" হঙথরে।
"তরেৎনী—। ঈবেন্ম।"
করম্নো!! পাথংকুমথি মশা খংহৌদনা মুপীপোক থমোঙ্গদা।
উই থমোঙ্গগী মীৎয়েঙদা পুম্ন চন্না ভমমিন্নবা।
ফুজুঙই, শক্তমচুদা মদোম। 'ঙমগদরনে থমোঙ্গ নংবু?'

রাহৈনা অহুক লমম্নো চীনকেম্নথি, থানিলনা মশাগী কাচুপ মদোম তাহৌইঙ নীংশীংলক'কুম থন্দুনা লৈ, হায়থরে অচানবনা— হায়হৈদবা মরাহৈ কোংগায়। 'কনবীয়ুবু' য়োথি। করি লৈতবী ঐন ঙুমগী মপূ ওইববু থবায় কনঙমগনী থম্নরে। মতৌনা করি পুনা॥

তাংথি ঙাংথিবা থুদোং য়েৎপ করি রাওথিদে। পাংউ হায়খিমথৈ পাংলগবি, অসি মতৌ পুনা চংথরে মরম। শক্তম অহু উরক্তবা ফুইরে। শক্তম উবীংই। অহুগা করি। মচুদি থংদে থানিজন।

মনাই অচানবা অমুবা থুৎথেক্লীংতাই লৈতরে পেনথিবনী।

অকোবস্থ য়াওদা, অথংবস্থ পক্ত চংশিল্লকই মজাঙ্গৈবুংতোগী কাতুপ তর কাতুপ তমলকই।

লৈতারম্মী। কমথক লে'ঙনা য়াহৌপলম্মী। মীংয়েঙনা ভরঙ-ভরঙই থংলে অহীং অসিদস্থ মজাঙ্গৈবুংতো তুমথুন তানঙয়েইদোরবনী। মতো অম্মুম অম্মুম।

"খুদোং ফানগদরা মজাঙ্গৈবুংতো"

মনাই অচানবগী হৌনশানি। থোঙেন অসীনা পীবদে থক অককপা পাওথুম। পীরক্তবদী 'মশী'নী' অসিনী। থংই। অমুবনা তাদে খুদোং হায় পুশল্লকই—

"পাও অমতঙ—" অচানবনা হায়।

"করি পাও 'য়াব্র ?" লোঙলি য়াহৌপ।

"ঙসী ঙরাং করি থোকপগে থংজনীংই"

"করি তৌমঙাই লৈ। পাংনঙাই লৈ করি হজীক"

"করিগী চরা তম্বীদে ? করি থোকখি, তুমথুন তানবীদবা ?"

"পুন্সী অসিদবু" মজাঙ্গৈবুংতো কমথক য়াহৌপ লোঙলম্বদগী হৌগৎ কাংথৎ, ফীবম শেম্ন ফমলকই "মীওইবগী পুন্সী অসীদা থোক্তববু করি লৈ 'য়াব্র ? থোকই মী'কী মীংকুপ খুদাং লৈতাবা কৌব কঙদবা লশিং মফোল বাথোকস্থ অচুগা মী'কুপ খুদীং থোকই চৌংঙম লেংদবা থৌদোকস্থ।"

"থোদোক য়ামই মীওইপোক" অচানববা "থংজৈ ননাই নম্নাবস্থ। হন্দক মরক অসিদী নাঙ্গৈতোম তাঞা তরঙবা, থোকথরমোই নীংজৈ থৌদোক অমা"

"করম— ?"

"হৌখিজৈঙুম ননাই নয়াবা ঐবু য়াওহনবীদবা—"

"ঐগী থৌদোক বাথোক বাতামবদা- "

"অহোঈ"

'থনথরবনী ঐন য়াকয় অসি কনাদগী য়াতয়থরমোই হায়না।"

হঙই "করি পাও তারকপা কনা কৈদগী য়াঘ ?"

"ঈবেম্মা থানিলদগী —"

'করি পাও" থংনাংবনা লাহৎলি থমোঈনা।

"য়োম্লবীনী ভাকপীয়ু চংজরকই। ঈকমদা পাওদয়বা য়াচৎলকই"

"য়োম্লবীনী হায়না।"

"অহেঈ। থংজদে ভাকসক্কে ময়মদী।"

থমোঈদা থল্লি মওল মওস। য়ে নাখিবরাবে মানবু ? য়াতায়রসিবা ওয়মক পুথোক-শন্দোক।

"করিনো পুন্সী অসি মশক শকলাক থংওমলক্তরে য়াম্ব —" মজা-ঈবুংগু ন ঈতোপ তোপলকই য়াকম। "কনানবু য়োম্লিবা কনাদবু লংলি-বা। মহাক মপুরোইবা নীংবীনী হায়রবসি।" নথোয় থংনম্নিবা ভাক্নী।

পাওখুম পীদে অচানবা।

"অদুগা মাগীনী লাংলুবা ফিয়াম থুদীং ফিথোম, তাদবয়া নথোয় অতোমচা কোব মীনাই অসিনা মর'ৈহ খুজুং ইয় চাওনাক তাবা উমওসুও তাডগোয় ওয় মৈথানথরবনী।"

"পাওদী কৈদগী কতবী ?"

"কি খুদীং নংন মকা তয় খিল্লুবা নত্তবয়া ?"

"খিজরুবতনী মৈথা ভাংগোঈহনখিবদী থংজদে"

"থংলরোই অদুবু উহৌরবনী ঈমীৎন।"

"মীৎমক্ক !!" ওকপা শাই—

"মীৎ মক্ক। থায়োই হায়নসু থনথরবনী মথমোঈনা"

"অদুগা অহম্মক মপাংথোকখিবা ?"

'অতোম চানা খুমাং চাওখিরনা—"

যাখী পীবীগী দী—

"তাবো 'য়াখ অচানবা, অহীং অচুদা অহীক্লখি পিদোক্ষবী শকথী মতৌনা অছুপা কৈদবু চৎকে থবখনো কাতুপ মদোম তানা থবম চৎখিবনী হোৌপৎ খোংহাঙদোক্ল কৈদনো। ঐন তায় তায় ইমৈ মতুং। উমঙসুং য়োই। অহৌঙ্গুদগী হৌখমনী শকথেঙনদবা তাঙদৌ থুদোংব। কমক্লৌবা মহাকপু?

"চয়া ভমদে বানহৌই লৌশংবীখোয়—"

"চয়া তমদবা মহাকসু। কমদৌহৌই মশক শক্তম।"

"ঈশীং চাইদয়বদা ময়া পুম কঙলবী লৈপাক্বীনি য়েঙবদা।"

"অচুপা—"

"চংজমকপনী চংক যাহৈনা য়োল্লবনী হায়না।"

"কনা কনা শংহৌই—"

"কনা লৈহৌদে নাক্ত। কয়ম হায়না পাওদয়গা মজাঈবুংঙোনা পোয়মনী য়াতায়ক্রকই মনাই য়াম্বদা।" অচানবনা বানোংলি হেক "থুনাং চাওশল্লি অংঙামচা তেংবাওই বংবৌয়মনী থল্লু।"

"মচুম থন্দরে য়াম্ব," চৌংব লেমমী। হায় "থাখিবনা করে থরে। থংহৌরে মপুক পুকচেদ অশেঙবা। য়াম্ব" য়াপয়খি। অচান-বদা হায় 'তোকউ। করি মপ ও পাওদমদপা ঈকমদা। মচুতা তমু ঈকমদা।"

"লৌশংবীন" অচাবমনা শেয়া-শানা হায়—"লোশংবীনা য়াবোয় যাচংখুম বনাই য়াম্বদা হায়রৈ—"

"চয়া তমলক্তবা অহীং মশীং য়ায়ে। য়োমখমবীনী। মজাঈবুং-তোনা বাবৌয়ম্নি থমতৈ, অসুম। চয়া তমদো পুকথেম-কাওথেমজগে তুক চংখুটৈ পাওদমলকপনী ঈকমদা। কনৌঙ্গী লংকমজু লংজমে, য়োমখিবসু

য়োরথদে, পূকচেল শোনবী মুপীজানী অহূপী মথক, য়ুর অসিদা তাইবং, পাকপদা মাগীনী কনা নৈজন্না পূল্লী লেন্নরকৃবীনি, ঈকায় মুগুশি মুগু-মাব-মুগুয়ান লেজবীনি অসিতঙ থম তাকপী লমচং চংপীসি মজাঈবুংতো।"

"থংলে" মজাঈবুংঙোনা হায় "করি করম চংকদবা ঈরমচংনা ?" হঙই। চংকদবা লমচং শেম্ন-শানা থমথরবনী থমোঈদা অদুবু করি থংদশা হঙই—"চংকদবা ঈরমচং থংদে মাব। করি করম চংলগা থনবী মানা বারোদে মকা ঐন ?"

"মপুরোইবা নীংবীনী হায়নৈ" অচানবনা হায় "হায়নৈ থংবে ঐন্থু। অদুবু খুদম্ন কোংগায় নৈথরে মুপীমচা ওইবী মথমোঈমুঙ—মজাঈবুংঙোগী শক্তম অয়াবা"

হন্দক্তি য়ানীংব পোক'কুমই মজাঈবুংঙো।

নৈ ছুমীব।

"পুকথেমবীরু—" অচানবনা হায় "খোংদাবীহনা মনাক্ত।"

"করম ?" থনথরবনী কাতুপ তমগে হায়বদি।

"করি খোইদোক্তে মশানা মতম থাজরক্লবনী।"

"তমমক্তী তুঙ" মজাঈবুংঙোনা তাইবং হায়বা মথৈ মখুং খুৎচন তমকৃতৈ মীশক'কুব অপন অয়াক নৈতনা মদোম শোরগুম হায় "তুরক হৌথরবা মতুঙ, যারীনা পঙথৈ থেঙলে থমুরবদা, হৌজিক, মতম থায়ক্লি অমুক। হন্দক্ত করি মায়থুনঙাই চৈবাক পীরক্নী মানা ?"

## তরাতরুক শুবা

থাকুর রুহিদাসনা নোঙগাথয়বা মতু' কুমজা তরাগা তরুক তরেং হায়গংলক, নোঙমা—

নোঙমা থবান থাগী থাঙীন্দ, য়েন্নানবা, অঙেন-খোংদোঙীরক কোরৌ ম'শক্ক তেক্ক-নৌন শন্নোরকপতঙ মঙায়বা, অঙনবা অমুক অমদা মখোং লৈতবা পাওনা লৈবাক রাথোক-রাওইনরক লৈবাক নিংথৌ শীগ্র'শুম মশক মচু থংদ ; ম'দ উঙুম হাদা থেঙনগুম চহী তরামঙামুক হায়গংলকপা কুচুনা মুদঙনবা মরেপ রাঙবা মুপ্যামচা শকথংদবা অমনা কারি মা'কৈ পাংব লমদগীনো থাকুরা মবাঙৈ সোপুগী হিঙগোল ওংব পাংয়'য় তম মতীক মপা চাবোই চাদ:বাই শাদোং কম থৌরকথি। য়েঙই, ঙৈনথংলকপা শাবায় শাদোং থক লমদম মাগী লমকোয়-লমশীয়বা করিনা কৈদা লৈব, ঙনা কৈদা রাবা কৈদা হৌরিব'-শাংলীবা হায়গুম ম'তৌ পুবা। মমীৎ মীৎয়েঙনা চেকশনথিবমী ওৎহে ক্র।

লৈ, মায়কৈ পনবু পনঙাক'কুম নোঙপোক তেপ্প চীঙশাংনে পয়েঙ-লেঙথেঙননা। শন্নোকলি পাংন য়েঙখি তাক্কৈ মমীৎ মীৎ-য়েঙগী মায়কৈ মরিদা। তাম্বদা হৌনরী উজাও মপৈ। থ'দে উশক। প্যাংয়ায়দা লৈ চীকপক্ক হিঙগোল মদোম তানা নাঙৈতোয়বা হিঙগোল। অরা চেক্ক হিঙগোল অ:কায়বা থারী চেক্ক, লৈপল। অঙাংব মচুগী, মৈতায় মৈঙৈক মৈঙৈক তোঙৈমনা ওনখিবা, চেক্ক চেকপল থানা পল্লোল কোয়শলি হিঙগোল অহেনবহু চেকপলনা। অপোকপী, উমঙ তাবী মমা-চীন্দগী মৈতীক রারী ওই, তাখিবা নত্তনা মীৎয়েঙনা তরঙ-তশঙ উর্থদারি লৈবাক কঙদা স্না কোয়ুঙ হায়বহু। লৈমাবনা

পাগবচু। লৈবাক ওয়, সিংথৌ ওয় অচম খুৎপু খোংদাম্বকম ওইবা নিঙথৌ কোন্নুঙ হায়বচু। অচুবু চেকপাজনা পম্লোল পম্লোন কোয়বা তায় উবিবা হিঙগোল, অনীগুবা কোন্নুঙ'শুম থোকই মমীৎকী মীৎ-য়েঙবা ওসী।

তায় উত্থি চেক্ক হৌব গোংঙাপোল শাবা লাইশংগী মখোল। চংশ ল্লক মকশল্লক মুঙশীংন ফুবদা লেংলী হাইরিবা শম্বীকশিঙগী অতম মতবা, থোঙ্গেম অহুক মকা লামদবা থোঙ্গেন থোক্লবা তাবকই। হিঙগোল অচুগী থোংগাল য়োয়ক, লাকলিবা, ঈনথংলকপা মুপামচা অচু শাদোং থক্তগী কুমথা চপ লেপই। য়েংই, মীৎয়েংনা, কনাবা কৈদ হুৎন য়েংবা ফিত্তম। ঈনথংলকপা মুপামচাহ্ ফিজেং ফিইন হেন্দে। লোইলম তাবা মীচাবোক মাল্লি। য়েঙবতদ' লৈবাকনিঙথৌ ঙাই-শেন ওই পাল্লমপদবা ঈমুং ওংব মচা লোৎপে ফিজেং ফিইন। অমুক মুমিদাও থোংদৈনপদবা অমোৎপ থুদৈপ্লিক-চবনা নপ-তাঙবা মাইদ হাপ কৈপন থাঙ্গ শেৎলিবা ফি। লমদম শীনবা শীনবা তোঙ্গবা চৎ, লমগী পুনাই-পীনাইদবী উচেক ফা, শদান তোই, লেঙ-হিঙজবা লোইলম মচা ওই য়েঙবদা। ওইগী নাকথওদ অচুবা ওবোও থাও থাওয়াল্লি। শাইরোঙনা মথুংও থুংলায় শা ফিমরুদবা মহকচাদ লেওয়াই। পক্তে য়াওদে, মশাদা লমবৌনি হায়বগী হওগোই-চুগোইবা। উবে য়েঙবদা অকিবা শক্তম। থোঙগাল হাও মশানা, হিঙগোল অসিগী মকমদা কনা মীতোপ কৌদ নত্তবশুম চংশল্লকই হিঙগোল মমুও তমলকই। থোংগাল পামবনা চংশল্লক য়েঙলৈ। য়াম কুইনা, মীৎয়েঙনা কুপ্প য়েঙলৈ। থ'দে মশক, উথিদরি অমুক শাওলকঙৈ লাইওইরকঙৈ পুন্নী অসিদ', ঈমুং 'সিদা অমুম লাকথিবা অঙাং অসিনা

কনাগো ঈনথংলকপা নংবু, য়েঙন-য়েঙনা হওথরে কয়ায়ক বাহৈ থোক্ত। অঙাং অচুনা য়েঙথি হিঙগোলগী অকোয়বা। লৈ চৎন-চৎনা।

"সুপামচা মহা" হঙই হিগোল পাম্নবনা।

"ঈপা" খুমই নাকোই-মুঙগোইদব মতৌদা।

"করি পাওবু রকপনো, লমদম কৈদগীনো নংবু ? চৌংদ তাবসু মান্দে নংবু" হঙই "কনানো ? করি লমদমদগীনো ? করি থোকই লাকপনো লমদম অসিদা ?"

"ঐহাক" সুপামচাহুনা খুমই চেক্কৌ লাইশংদা মমীৎ মীৎয়েঙনা য়েঙন-য়েঙনা "ঈপা মতুঙ ইল্লকপনী অশ্রো খুঙ্গাওদা লৈজবনী"

"বপা অপোকপনা কৈদ ?"

"মমাং চৌংগী চৌংসুঙলোক তম্ব উমঙদা শাইরোং শাদাব চংথি। অমুম ওাইনা লৈজবনী।"

"লাও—" থাপলপ লেপই। 'রাহঙ-পাওহঙদা চংলম্ব হিঙ-গোলদা লোইলম ওংব মচানা' পাথংলী থমোঈদ:। অশেঙবমক, রাথোক কৌব ওইগনী থুংচাদবদী তরাইথোক মমিফাওবা নেৎহৈদবনী হায়বা খুমাই তিন্নদবা মীশক্ল লাইফম শক্ল চেকশনবা হিঙগোল অসিদা চংবা !! হিঙগোল শংবনা মাংথা মাংথা চৎলহুন। হায়—"থোরকউ মহা। রাথংদ, লোনচৎ য়াওদ-হৈদ হিঙগোল মসুঙ তমলম্ব। হিঙ-গোল মপান থোকখো চৎলু।"

"সনা কোমুঙ হায়বহু—"

"উথয়বয়া মং— ?" লোইদয়িঙে থংগী। হঙই।

"উরক্তবী ঈপা" খুমই "অপোকপা ওাইন-ওাই য়ুম অসি য়েঙ-জবনী চংহৈদবরা ?"

"চংহৈদে। মথুং খুদাংস্থ পায়নহৈদ কয়ম্নো। হায়রিবসি তাও থোংগান য়াঙমা লাম্থোরকউ। নত্তরবা" হিঙগোল কোইবনা অঙনবা অমুক্ত লৌপু লেংথংলক্লবরা, উথি-মুঙথিবরা য়েঙ, মিপাই মিপাই হায়রকই—"থোকয়উ, নত্তরবা নহাক্ত নত্ত, ঐহাকস্থ চৌঙাক চীনগং-নবনী অঙাং।"

"কনা অঙথবগী ঈমুঙনো অসিবু—?"

"রাহুঙ রাহুঙ অসুম মরেংদ লৈ নহা নং।
করি তৌনি নংন, হায়বসু হায়গে। মতাকপীগে থোরকথো হায়না।"

হিঙগোল মপান থোক্লে।

নে ভাই হিঙগোল শেন্নবহু।

"তাও অঙাং। নবুক লাম্বরা নংবু" হঙই

"লামদে ঈপা"

"ঈথৌ লাওবরা?"

"লাওদে ঈপা"

"নংবু পোকপবু ঙাইবরা?"

"যাম্নি ঈপা"

"চংলু" হিঙগোল শেন্নবনা অঙাংঙী ঙাকপীরগে মত্তৌ চেন মথা তারকই "চংগু কৈদনো মফম অমদা নংবু পোকপা বাপাবু ঙাইকচো। মফম অসিদদি ঙাইনফম নত্তে। থংউ। মফম অসি অনীপুবা সনা কোন্নুঙগুম্বনী। থাকুর মনাই লৌপূগী হিঙ-গোলনী। করিগুম্ব উথরবা, নংসু চৈরাক ঐসু নহাকথক চৈরাক। শোয়দবনী রাথাদবগী চৈরাক। নংন অহুগা অহন ওইরবা ঐন থৌশক থংন থোরাংদ থরেক-থরেক্লবগী চৈরাক। মীচৈন কোংপায়"

অঙাং, মথোং থাঙবা নাইদে।

হিঙগোল শেনবনা শাওবা কৌবদী পক্ত য়েঙই।

"চত্তে অঙাং নং। থঙউ লৈহৈদে 'সিদা"

"ঈপা—" অঙাংন তোঞ্জবা মত্তৌসু উত্ত, থোঈচংনট্তে থোবোম থনবা চাকহুক শক্তমসু চেন্দ লোঙগী ঈশীংঙম ঈচম চম মথক শক্তম চেন্ন হঙই "লৈহৈদবা মফম অসিদা।"

"লৈহেদে।" হিঙগোল শেম্নবনা মখোী কায়:দৌবি মখোী হাঙ্গেমই "লৈহেদে। মকম অসি মীনাইন-মীশম থুবক হাংব নত্তে। অতে উথরবদৌ লেম্ন থাবোই মংবু। হোয়েল কৌব ভাঙকম মংবু পোকপা মাদা হঙলু-চংলু লমদম অসিদা থংদনা চংলুই করি লমদয়ো অপোকপা অস্তুম হায়না। থংলমদবমক্ত থোক পাওথুমলক্তরবদৌ থংউ অঙাং ঈপা বাহায়:গে—" তাকপী তৌকপী য়াথংদবা অঙাংদ "হিঙগোল অসি ময়াং বামোন থাকুয়া, রুহিদাস কৌব লৈথিত্রবা অমগী অচানবা মনাই লৌপু কৌবহুগী হিঙগোলনী। অনৌওবা কংলৈবাকৌ সনা কোয়ুঙগুম মতৌক ময়াই চেনবনী। কমা অতোন অতা চংহৈদে থংউ। চংলু নতৌক চাদবা শাদোং অসি তোঙথং থুমাং চাওনা চংলু।"

থোদো অসি উই যুমজাও লমযাইদগী লৌপুশা। করি থেংক্লে, থক্তি তায় মেঙহুনা। অপীকপা অঙাংনী। চৌংবুরোই শক্তমনৈ তায় উঅনা। করি থোকই তমলকপা লমদম অসি। মঙল মওম্নী থনবপা থমোজই। থোংথাং থাঙই মংরাল শেঙহোগে থন। নঙহোদে অঙাং অক্লু মতৌয়নবা শাদোং তম কা হৈন-শিঙলা শাথৌথ নোঙপোক পাঙনা কম। করি মতৌনো?

"করি থোকপা" কৌশন্নুনা হঙই লৌপুনা হিঙ:গোল পাম্ন-শেম্নবদা "চৌংবুরোই মহায়া কনা করি কৈদগীনো?"

"অস্ত্রো তাবা মচানী"

"করি থোকই তমলকপা সিদ।"

"মাবু পোকপা অপোকপগা লমগী শা শাদনবা লাকপনী, অহুক মপাবু লমমেঙ-তুমেঙ চাইজবনী পাওথুমলমী।

"নপা অপোকপমা কৈদ?"

"মমাং চীংগী চীংথেগ উমচ্ছ তমখিবমা ?"

"চংহৈজে তাকুবরা ?"

"অহুম হায়বদগী চংথরবনী নহ'ক্তু।"

তাইবং। চিঙনকমত ওইরকখি লৌপুগী থমোঙইদা। বাক্তামকম কৌব কনা লৈতে। মদোম চিঙন-পরৈলক হাবা তাই। অহুক লোনবা, লোনবা নত্তে, কাওবনা, কাওখিবনা শরুক চাম্ম শরুক চাওহেন শাক-মবনী থরবা পূলৌগী লংজবনা মফেল চন, য়োজবনা ময়ূং কা ফিহৌ ফিশা নপুংনথরবা য়েঙহৈদবা নমইন ফি করম তিঙথোক শঙ্গোক কৌব ফজদে বাতারঙ'ই লৈ কনাগা ? শিখিদে। মচুম্ব মথংদে। পাম্ব থরাংনখি। তরঙ তরঙখি মীংয়েঙমক্তদা মীওইবগী উনা। মফি ফিজোল খূদীং চোইন-চোইনা তাখি। শিথরবনী তাইবং মীরেল মুং-থরবনী থনখি। অস্তুকপূ কুইবা চহী লৈকরবনী ঈশীংদ লৈতুম তাখি-শুম চিঙনবগী খোজেন্দী তরাইথোক গুপ্নঙগী কোঙগোল .কৌবফাঙ কারক্ত। কনা ওইগদবা অঙাং ? কয়াম্বক মদোম থমোঙইনুঙ থম থম্ম খিগংলি। কঙজদে লাম্ব রাক্তোলদা তোঙবা উচেক'কুমই, উন উন উপ'গা শকমাম্মৈ। চিঙলৈ থমোঙইনা মাথৈ চিঙনফদে। তাইবং। পাক্ল চাওনা শনবনী। লমন থুমগে খন, থুম্ব মাথরবনী ফুমজানা মতৌ অতুম লাঙ, অতুক শাঙগা হৌথরবনী। কনা মত্তে মহাক। কনা নত্তে। সনা কোম্লুঙ তমথরবনী। সনা নাকোঙ তমথরবনী। অহুপা ওইথোকহৈথরবনী তাইব' কম্বি লৈত মা'ব ঈকমদা।

লৌপূ থাকুর মনাই য়ুমুরেনবম্ব, অহীং মুঙখিল থামখিদে চিঙবনী পরৈ লাকলকচৈ মরাথন্দ। অমুক, বারেগ তাই, ঙম ওইথোকহৈদবনী। লাম্লুচৈ থোক, য়ো'ম্লুচৈ পাং মরাথম্ব পংথন থন, চিঙবা মশোং কাংবনী। অতম্ব তৌগববা মহৌশালী, মনাংনবা মথমনবী মীওইবা ? অতুন থঙ্গোকই অমুক।

হৌথিবা সুমাং অহুদি মৈত্রবাক্ত উচেক মপৈ লাংথিগুম থোকই, মহুম্ভ সুপামচাহুগী নাকোং য়েত্ত-ওইদা। হৌথিবা সুমাং অহুদি শাহিত চাক্লৈ নোঙশা অংমাম খুৎপুনা থায়াং ঈহিত্ত ঈতৈমনা ওঙমথিগুম মৈত্রবাক্ত, মহুম্ভ অপোকপী মমাবু শক্তম লাকৈ স্থপা মচা অহুগী থমোই ওৎব মীৎয়েঙদ অত্তগা হকচাং কায়'ৎকী তাইবং মমাং মীৎয়েঙদা। থমভংনী থংথিবা। সুপামচা অহ্ শানথী মতীক্ল চাদবা, মপা ওইদবা শাদোং অহু থৌরহুনা চৎথি।

চীংশাং পয়েঙ নাকোই নাকোই নাথেক নাথেক শাদোং থৌই। তমলক্লে লমদম! তমলক্লে চংশল্লকই অন্তম্বক চীংসুও ওৎবদা। চেলহৌই খোঙলম মচাশিঙ তক্ল তক্ল। চীংজুম্নবা ঈশীংন মচাক ওই, ঈক্ল-ঈপাম্নক কারকপী কোকতুমলুবী থুজা শানৌ শমলক্তগী চেম্বয়ক'গুম শমজুম, লিপিজবী ঈচেল মচা মচা, ঈচুম ঈচুম চেম্বনহৌই চীংমাযশিঙদা, চীংমায় কয়া লংম্নক্লে। শাদোঙ থক য়েঙই, অঙাং নহানা লমদম পোইরৈ কৌবনা মহৌশা মশাই শাইদাঙ শক্তম্ন পুক্লীং হুব লৌরিবা। ফজৈ মৈত্রবাক। ঈংত থমোঈ ঈনথংলকপা লহা অসিগী চাওরক্ল-বমি উরক ওংন। শয়েপ্পরক্লবনী লোম্বোংক্তবা সৈচীলপা নোঙকাইগা, শাম্নক নায়কদা। থমোঈসুঙ চনদে আক-থুকচানবা কোবা বাথনগী পোচং।

শীংলি লমজাও থোনবনা মমিঙগা পুংবা চাবা খোংজেম্না চীংচেপ তাবা লমদমশিঙদা শাহুম চংওন-চাওনা। শমলাং লুতুঙ ওকয়েব, হাই-হুমই উতাঙবী লৈ পাম্বীগী তবং চৎপ ময়া অচোম্ব মপৈগুম। চাকই থমোঈদা মমা ওইবী চীন্দগী তাবা বংবী বাম্নী ওইবা অপোকপা কৌবনা শেৎন-থাবা চৎথিবগী, অব বা মৈঙ্গী মৈচাক।

মহাক থংই, ওসা কৌবা নোঙ, নোঙমা কৌবা মতম অসি ম্নৌ-ক্লথা শাঙলবা সিদা নাইয়ক্তে লে তাবা য়ুম হিঙগোল অমা। মপুঙ্গী।

হুজীক্তো শারেপ্পবা তাঙকম লাক্লে। তাইবংগী মশেক্ক মতালবা য়েরে। থমোঙ্গনা হওই শাদো থক শাথৌ শাথৌ য়াহও কয়া। মমা অপোকপী-না মপুন্সীগী মতম ওইবা তাঙকম অশুক য়াম্ব, তাঙফম, কাইদোং কাইদোং হোঙবা লমউচেককুম লৈতাদবা য়ুমলেঙবা পুন্সীদা লেপ্লকপা। অঙকপা অচুঙবা পোকই থমোঙ্গদা। খুম্লেলগী খুম্হোং য়োগদোরে। খুম্হোং য়োগদোরে। লৈশা প্যাথং, খুনয়োরক, পোৎথাহৈ থাফম য়োরে।

চীংয়ানা কম্বাক হা শেমই খুনয়োরমদাই পোৎথাকম ঈকোয় কোয়না পাম্বোম শা। হমু-হনা পাথং-লৈশাবা খুদীংমক্ক খুনয়োরে পোৎথা-হৈথারসি মতৌ হেক হেক পোৎথানৈ মকমসিদা। থোংয়াংথবা খুজাশঙনা ঙাইনফমনি তমকুমলমদাই মথুনমা। মাংথারকপশিঙনা খুজংলমদাই ঙাইনফমনী মথুন খুঙ্গা তুঙওইহোবশঙ মফম অসিদা। ঈনথংলকপা নহা, শাথৌ লেপই। অপাকপা মুঙপাকথক পোৎথাচুনা লৈ হকচাংন। লৈতাফম থংদনা থমোঙ্গনা। য়েঙহৈ চাকচমাং মুমীংন কোকতোল লোমলকউ কোয়েনবা মতমগী তাম তাম শনথিবা লম-লেন নীংথীজবা ওইবা চীংলৈবাক্কী মুঙওমবা শক্তম।

পাথং ওইবগী পক্তে মশাদা কবি মুঙশি-মুঙওম্রবা মরাথন। শাইদাঙলীবনী চীংগী লমদম'সিদম্ভু। লৌঙাক লৌশং অহুক ময়াও চীংবুয়োই লক্ক বাশক ঙাক্ল হিঙলিবনী মমানা। বায়ী খুদীং থংই ঈনথংলকপসিবা। চেকশন-থোমজন, তম্পাক্ত য়াহীপ্পখিভৈদগী ঙসী কাওবদা লোঙমতবু লৈপলক কাওরক্তুরি বামেনবা মমানা, 'ঈমা' চানা কৌজেংশুম, মরোগুম শানী শারক তিন্দ তিম্মা তানলক তিন্দ লৈমুঙ চম হিঙগুম হিঙলিবা নমা ঐগী থমুঙ মৈথয়বা বাশক অহুগীদমক্কী, ঈমুঙ অহুদা, শাদোং থোয়া খুৎপায় চেৎন চেৎন, মুংপাক থক লমশাং

কৌৎ থোক্ত অপোকপী মমানা। ওহান নোঙমা পাওদমজুবদা লমন শিঙবগী থুমাং চাওবা মায়পাকপা বাবী, উনশানা কুপ্পবী মমাংদা হয়াওহৌবা কয়াদা, অদুগা মীয়ায় চল্লবা মাবু মথান্নুঙদা চেক্কেৎনজা কয়াদা কল্লক পেম থাগোন চেংথবা। মীৎকী পিনা ঈচেল ফাঙনং ফাঙনা চৌংগী লমদম 'হদা শীনমিন্নথিবা।

অমুবনা থমোঈদা তাশোন'নরক সুঙশি রাথন পুন থংমাংনদা থম্দুনা লৈ, মারগনী ঈমা ঈখুৎমক্ক তম্নরাই ওইবা মীনাই মচা অদু মঙক লৌন থরায় ঈথম্নহল্লগ অদুবু অপোকপী, ময়াথঙবা কনমনখি মথমায় লৌবদা ঈখুৎ থাং শুনখিদে। থঙ্গয়কৈঙ, উরকই মমীৎ মীৎ-য়েঙদা রাথন চোইন-চোইনা পুন্সী লে'ল্লবী হিঙদ-পান্দবগা মাঙ্গরবী মমা পারবতি কৌবীবু। উই লেপ্তুনা শক্তম, অমুক নোকহৌই লমল খুম্নে পাওদমদা মম'না ম'গুম হাগুম য়েঙহৌই অমত্ত পোকপা মচানি হ'য়বা মতৌ উৎ মমীৎ মীৎয়েঙনা সুঙশিনা সুঙশিনা। মশক শক্তম্ন মাংহৌবদু, উই অমুবনা শঙ-শঙ। রাথন লৈতাদবনা চাহৌবদু শক্ক থেঙনা। ঙায়হৌরে উনশাতনা কুপ্প হকচাং পোলাও হায়বদু। চৎলুই ঐ শাদোঙ থৌদুনা, অমুবনা থল্লি, শাদোঙ থৌদুনা অপোকপী ঈমাগী মনাক্ত। অদুগা হঙবদু শাই—'য়াম্ব অহৌং কৈদ চৎলুবা।

থংদবননী। হঙথরে মঙ্গাঈবুংঙোনা নোঙমা। মদু নীংশীংলকই অমুবনা ফম্ন ফম্ন। হঙফম থোকই। থংদবশিঙনা হঙনকম থোকই। ঐন চৎলি অঙুম হেক হেক চৌংগী লমদমদা। কয়ারক চৎথরে। মহাক থংদে। রাবী খুদীংমক মরম করি লৈজদবা অসিদা লীথোক্লবদী, কৈদগীনো থল্লকই অপাইবা মরাথন, লীথোক্লবদী॥ ঈথোং অসি পায়দুনা থুরমগনি লাঙদবসিনা। পোকমিন্নবা ময়াম্বগুম কোনশনগনি মথাদা অমুক থাদোক্লোই মতৌ, অদুগা অঙৈংব কৌব

মশক 'থংনকনা মৈচাক চেন্দুনভ মরৈরক্কবা থমোই অসিবু খুমলিবা ঈথবাক'সিনা নোঙজুবকতৈ লৈকওলাগুম ওহাক, ঈচোং চোংথুগনী অশেঙবা থমোইদগী হৌরকপা মরীৎ মীৎলু তম্ব পিগী পিরাংল। মতমচুদা থমোই অসিনা কমদৌবা। শীংজং-শীংয়াম্দ তুথরকপা উজাও শাকনবচু ওইরকনী। য়াকং য়াওদনা তপ্প তপ্প তুথ-হাইথরকপচু। থমোই অসি মরাহৈদা মশক মতো খুদোংদ, থোইনবা লৈতাব লৈপেং ওইরকনী। ওইরকনী। ঐসু শীন্থগনি ঈপি। পোকমিন্নবদৌ থমথো লাঞ্জদব'সিদৌ চেংলি মুঙাশ মশক অমত্তবু ডায়হৌবা ঈনাওদ-ঈনাও হকচাং তঙথারনবগুম।

'য়াম্ব অচামবা করি মতৌনো অসি পুম্ব?'

খুমলো ঐন ওমলে মতৌ

'লমল খুম্বগী।'

'ঈয়াম করি লৈবনো ঐবু.'

লৈতে। লৈতে, লৈতে। থনবতা ওইগনি পাওথুম ওন্নোই।

হওলো ঈরেংবু পায়না নীক

'হায়য়ু—, ঐগী কনা লৈবা অগুক মরৌ চাওবা তাইবঙ অসিদা?' লৈতে। য়াগনি। অদুবু খুম্নোই করি অমত্ত। তাবতা থঙলগনি 'কনা লৈবা ঐগী? করি থোকই নোঙদমথোল হকচাং অমতনি থম্ন পুন্সীগী তাকহৈ উংহৈদবা থৌদোক য়াথোক খুদোং য়াতান্ন থৌরাঙমিন্ন লেন-মিন্নরকপা নহাক্ক' য়াম্ব লমল খুমলিবা তোল্লবা·কনা লৈতবা ঈকমদা? মতম অসিদদি মহাক থোঙ্গেম কনথংলক্কনী অদুগা লমল খুমগে তেম-শীংলিবা ঐন মায়থোং করি মরাল পক্কবু য়েঙওমদনা লুকথদুনা থাং-লমগনি। থাংলমগনি ঈপিনা ঈকি চোংন। মদু মাবু উহন্নোই। অদুনা 'থংজদবা মহাক্ক হায়গনি 'শীয়ু পাওথুম? ননাও হায়বচু নত্তবনা ঐবু। নত্তবনা। শীয়ু লংজকতৈ ঐগী ঈয়াল?"

মলী-কয়াম লৈতে। খুমগনি অতম। নফলদি॥

মাহুত অঙ্গিম। কতাওনগনি, অমুবন। থঙ্গি, কচাওনগনি ঐখা। মুওশিবগী লীপুন। লৈ। অমুবনা বাথন থূদীংমক মৈথায়মচুমনা মদোম ভানা ফমলমবদগী মজাঙ্গৈবুংঙোগী কাতুপ তম চংলকই। হায়-জবচুনা মদোম, মাংথবে তাইবং-মীয়ুতশি ঈকমদগী।

তাইবং। অওনবা মাইবা মশাজংনী। কোয়ৌম থোংদায়ক অকি কাওজন থীবা ওইদৈ মীওইবা অময় কৌব তমথীবগী মকমদা। কোয়ৌম লোংথিদৈ মতু শোয়ৈ মীওইবনা তাইবং মনাৎ চু, হয়াও হেদোঙ্গৈ খুংথাননা। মালেম ওইবী লৈওন লৈওন থা, পাৎন চৌং ওইথিবা অমুক চৌংন পাং ওইথিবা বাযী বাচূপ ওইবতা থোকখিবকে, তরও তরও মশা শাথেতননা মকমদা থোকয়ে।

নোঙদমখোন॥ তশেতনমক হেনখিবনী।

মজাঙ্গৈবুংঙোঙ্গা হন্দক য়ুমাও মতম হোঙখ:য়ে। ফুমীদাও কৌবা মতম খূদীং হৈক্কক চৌন্দমলৈ। লেপ্পী অচম চীজাক্ত। য়ুমাওই অমুক মুওথিদ মদোম ভানা। থমোঙ্গৈ নেন-তেমা লেপ্পী হন্দক মকক অসি। বাথনগী নীংতমদবা পোক্তগুমই শক্তমদা। অহুগা, করিনো, লাওনম করম্বনে', তথৎ-তম্বাওলকপা থমোঙ্গৈগী হৌমকতৈ, লৈতানতমদমথৈ ঈমাংনবা ঈপোম ঈপোম তাওথকী মশেক, মৈয়ে মতৌ অমিকদি।

ওইথোক্লোই থম্লবা শক্তম, মথোংন থোঙনা চংজমক'কুম থোকখি মকমদা। অতকপম্ম ওইথিদে ঙক্তকমম্ম ওইথিদে। মহৌশাগী থোংচংত নাকেন থাজং ওইথি মাকত উকত লেনথিবম্ভ মতাম অহৌং হৌথিবা কয়', তুমঙম চীপঙমদা, থাম্ময়ে থম্লুতৈ মবাথম্ম মাব-ম ান লেম্লুবা। অহুগা মহৌশা থোঙচৎ থা হৈকত-লৈকত শক্তম মাং মেয়ৌং থাজংন নৌন মেংন লাক, অনৌব ময়ৌংন, অমুক, হৈমোংনা-লৈমাঙ্গবা,

হেন্নৌনরকপৈ কুমদম লৌব হেদোঙৈ শক্তম পুনা মাদেম শীল্লবঁহ মঙাম হৌখিবা অহীংদ মকমদা। কনা কৌবা পৈশতবা, ঊচেক কাওনা খোন্থোক-খিদবা মুঙশি মুঙওয়রকপৈ খোংচরকপা থমোঙৈ থমোঙৈনা পক্লবা, তাঙলৌমবা অচৌকপা মতমহুদা, তুমখুন তাল্লবৌ থান্নিলগী, কমথক চেপ্তক মঙাথিবী হকচাংবু খুৎশোক্লখিবহুদি। খুৎশোক-খুৎথেঙনবা কঙখিবহুদি।

অহীংদ তাঙলৌ থেঙথী অহীং অহ, অহুগা কাতুপ তমলকদবা মঙাঙৈবুংঙোনা কাতুপ তমলকপা কৌবা লৈরকখিদে। তমলক্তসনু। লাক্তবা হায়বহু ওইসনু। অস্থম হায়নস্থ মীৎকুপ কয়া অমত্ত থনথরবনী থানিললা অহীং অহুদা। অমুক য়েঙনীংখিবনা, মরাল লৈতপৈ নম্ম হানা চৈরাক চৈকঙবমগুম, ঈকায় ফিরক্লনা থাংলিবা মঙাঙৈবুংঙোগী মশক শক্তমবু য়েঙনীংবনা মীৎকুপ কয়ারক অমত্থ ঈথৌ কৌবা লাঙনা কনা য়াওদবা লেনথরবনী থানিল মদোম তানা কাতুপ মুঙদা। য়'থম কয়া অমা থনথরে। থনগনু, কয়ম শকথেঙ-মায়থেঙ য়াচৎচবা ওমহৈগনী তাইবং ওইবা মীওইবনী, মনীংদ তমগনবা মহৌশাগী মহৌশা মনাং-নবা য়াথনবু। পনখিঙওমদা য়াথম হৌন-হৌনা ঈচাওনবৈ থমোঙৈদা। ঊহৈদবা মচুনা তিমবৈ মীৎকুপ কৌবা থুমক হাংদ মীৎয়েঙদা। ওই-খোকহল্লোই থনথরবা, খোক্তরিবা থৌদোক্ল মহাথন মতেং লৌ-থোক্ল'গুম লেপ্পয়ে মদোম তারকপৈ মমীৎ মীৎয়েঙ মংলায়বদা। থানিল থাংগুম পুঙমখিদে।

লাকপদী শোয়দয়ে। মনাই অচানবা লাকলম্ব কোয়-পানা তঙ্গপ তয়াইনা লাক্লবা নত্তে। হকমনথরবনী মরমচৎ। মসিদস্থ য়ারে, কুইথয়ে য়াখিবা মশানা। অহুমক্তনা অমা-লাইওনবা শক্ল হৈন হৈ-শীল পক্তগুম লেপ্পবনী থানিদ। হক্ল-বুম, য়োনথরে, য়ারে মশানা অহবু পেন্দে মশানা। হায়জরগে থল্লি মায়গা মায়গা হেক মায়থেঙনা।

ঙমলগনী থল্লমদবা ঙমলগনি থল্লবনী থমোঙ্গবা। করি ওইরক্তরে মায়গী ওইবা ঊকায় হঙংগাই খুদোং। অদুবু থাবিল কাওদে থমোঙ্গদা বাথলগী পেনবা কৌবা থক। অথেঙবা অহৌংদ মাশোমবা থোজেন শকথংদবশিঙ ভায়কঙে তুজুঙই মানজুঙই লাক্লবরা থম্লুনা। লাক্ল-পনা কদৌবা। লাংথয়ে থৌয়াংদী কোংগায় অদুগা নীংশীংজুরগনা থৌয়াং অমত্তম্ব নকলম লৈরমদে মকা।

হায়গদবা কোংগায়নী। থাবিলনা থংই মজাঙ্গবুংঙোগী মচাম মকা থোক্ল থোজেন য়াওনা পাওদমলদরবস্থ মওংব মতৌন মবিল কৌবা নাইদনা পাওদম্লগদবা মপাও পাওদম খুদোং পাওদম্লগনি মতৌব।

মীমুঙশি হায়বদু থংবরা বংবু?
মসিনি মজাঙ্গবুংঙোনা হায়বা পাওচঙনরগদবদু মশো চেম।
অদুদগীদ ঈচৌক চৌকপ মতৌন হায়রগদনী—

ঙয়মক থংলবদস্থ, ওইথোকনি হায়বস্থ, অদুগা ওইথোকহৈদে হায়বস্থ, মংনী হায়বস্থ তাইবংনী হায়বস্থ উরিবসি অতিয়াগী থাজহুনি হায়বস্থ, অদুগা মথাং চংলকপী ঈপোয় শয়াতঙ হৌবদা হেক মুংখিগদবী ঈয়াইদা তারবী মমি ওইবী থাজ অদুনি হায়বস্থ, অসি ঙয়মক থং-লবস্থ থংথরবা নত্তবরা নহাক্ল, তাইবং অসিদা কনা লৈরক্তরবা ঐহাক্ল নহাকী নাক্ত নকথরবনী হায়বা। ঐহাক্ল মতম খুদোং, পুক্লীগী মীংকুপ খুদোং নকই নকাদতা অদুগা লৈনমবু খুতুম চম কাঙম-লাকঙমদবঙম ঈনাক্তগী তামথি তামথি, অস্থম তামথি, থাপ্প তাম্ব লৈখিবতনী নহাক্ল।

চহী কয় হৌথরে। ঈরালগী থোংথাওদা ঈরালনা ঐবু লৈতাবা কৌবা মশক থংহন্দনা লেল্লক্লিবা, কুমজা অগুক কুইবা হৌথরে। অদুগা কোকপা কৌবা লৈতবা মৈচাক অসিনা অস্থমক।

মসিমক, থাবিলনা থম্লুনা লৈ, অসিমক হায়বগদবনি।

মরাল ॥ কৈদগী করিবু মরাননী হাল্লবগদবা ?
ঐবু হুণ্ডশি হায়না খুদম কয়া শীখিবহু ?
হুণ্ডশিবনু লৌনববা মংজ লমচৎনী হায়না ভাইবৎবা ?
লৌনদে, অহুবু ঐহাক ঈপুরোইবা লৈখিবীনী।
হকচাং পোল্লাঙ মৈরাইমথদে অসিবা ?

পিরাংন ঈহৌনরকই থানিল। অসি খুদোং অসিবু থোকহৈবরা অমত্ত রাজ্য-মুণ্ডদা তুশোঙ্গবী কনা অমগী পুন্সীদা। মপুরোইব, অচৌন রাজাং থোক্ত মতম চুপ্প করিনো ফুম্বওমগুমন্ন মউৎ, শক্তমদা, হয়াওবন্ন মউৎ লেনথি লৈখিবহু, মরোল থোকলকই হৌজীক। করিগীদমক মতম কৌব লৈতনা ঈমুং অহুদগী মতম অহুদা মহাক্ত্বুমশেন্নবী মীনাই-সুবী ওইবদগী তোক্ত তায় লৈখিবা। মহুগী মরম থংথরবনী মপুরোইবা অচৌন উথরবনী ফমথক্তগী হেনখিদবা মযাংকী মীৎয়েঙনা। ফমথক্তগী হেন্দবা হকচাং পোল্লাঙ মনুঙনবা অচৌগী মীংকী মীৎয়েঙনা, চুম্মী, উথি য়েঙথি তাইবংগী মশক শক্তম কয়া অমস্তু। তান্ন তায় চী গী পরেঙ, চীংশা'গী পরেঙ কয়া উথি য়েঙথি মীৎয়েঙনা। মহুদস্তু রাও-থরবণী চীংশাঙহুদা, মতোল ম'তাল থেংনরিবা লৈচীল লৈচীলক্ত মফাঈবু'ঙোনা ওস্তোক্ত কেজনা থানিলবু মখুৎ খুংশমজা কোঈন-কোঈ-বা হরাও হেদোঙ্গজনা চিঙত্তনা পৃথিবহু শক্তম অহুম। উথি তাইবংগী ওইবা শক্তম কয়া, অতিয়া অহুগা অহাংবা লমহাং কয়া কয়া। মহুদস্তু উথরবনী অচৌন মথোয়না অতিয়াহুদা পাইমিন্নথিবা, অহুগা অহাংবা লমহাংশিঙহুদা মথোয়না চেম চোঙনা শ'ম্ন'মিন্নথিবা।

করি রাথম থৌরাং থা মপুরোইবা পুন্সীগী মতমদা ওইথোকহৈদবা মতৌ লাঙনা মজাঈবুংঙোগা মরূপ ওইখিবনো অহুগা মতা চান্বী হারবীনস্তু, মতা মপুরোইবা, মবুং ওইবা অহঙাও হায়বনস্তু মতেংন অহুক চাওনা পাওখিবা। ওয়মক নোংশীংলকই। উরকই অহীং

তাওলৌন থেঙবদা মদোম তাবকচৈ থাবিলনা। নকথিদবনী থমোইনা ক্তমহৌদা অহুবু মপুম্বোইবনা চিঙক-ৱাখল্দ মজাইবুংঙোবু নক্ল-চাম্ন থম পুন্সী লোমখিবোই চিঙনবকই। থনলম্নগনি থাজম্নকই নত্তরবদ মপুন্সীগী অম্বোইবা ম্নাহৌপ করি নৈ থল্লুনা। ঈমুং অসিদা তানগেমক্ত থমখিবনো, মন্দোম ম্নাহও তোৱৈরে ঙসীদী।

‘অহুম থনবীবনা নবাওবু?’

হঙই পেন্দনা, পেনবা কোৱা নৈতনা। পাওখুম'লক্কদবা কোৱা নৈতম্নবা মপুম্বোইববু ৱাখম মনাক তম্ন লাকশঙ্গ।

‘থনথবে।’

তাম্ন পাওখুমলক'কুম তায়। থোজেনহুনা তরঙ-তমঙই ৱাখম্নবা ৱাপদা। মতা চাম্বী খুদক্ত উনীংলকই। উন-ম্নেঙনদম্নবসু তশেঙ তশেঙলে থল্লুনা নৈ অমুক। অরেপ্পনা করিনো, অহোঙবনা কৈদনো? থাবিল থম্বুবা মৱাথম অমঙবা চুম থোঙলেপ্পদনা লেপ্লি।

অঈংব মুঙশীং শীংলম্নমবী। থীংজীবসী লাইশংগী চোংথাপোক-শাবা মতোম্নগী চরোঙ মানবা শম্নীক থোজেম্নী। মহৌশানী মুঙশীংনা হুমলকচৈ অহুগা শম্নীক মপেনা থোজেম শীক্লজবকপা।

থাবিল লেপ্প থাজৈ। হৌজিক লাকনী। হেক লাকপগা হাম্ন-ম্নমগনি মজাইবুংঙোনা ময়ুমদা য়ুমদাঙলবীনী হায়ব'মথৈ থাপ্প থম, থাবিলবু য়ুম অসিগী য়ুম্নুবেনবীমক্ত ওইহন মম্নাল কম্না পুথোক। নৈতে হাম্নবসু ম্নাবোই। নৈতবা মম্নাম্ন নীশীংলক্ত মৈচাক থাংলমগনি ম্নেঙ-হৈদবা শক্তমদা ওম্ন-থোইনা।

ৱা কৌদ থাংলবোই মজাইবুংঙো।

থংঈ। লাতকিচৈ, উবে পুম্নগদবা মথক শক্তম।

ৱা থাংদবা মতৌহুমনি কোংদোক্লগদৌম্নিবা—

শাওলবা মতম অসিদা, তাওকম্ব কয়া তাওকম নাইনা হৌখয়বসিদা মকোন্নগী হেন্দোকহৈরমদবী তুশিঙবী উচেক মচাশিং ওইনরক্লে চাগোক-চাখেৎলবী কায়দোং হোওনগববী চাখেনবী লমগী উচেক। তাংখ মরুম খুদোং মপী শকম পু হকায়রক্লে উমঙ উমঙদা। পুক্নীং হয়বা চীংজাওগী নাপোম নাপোমশিং কৈদগীনো শকম মাংন তুম্বুঙ-মতাই ওই, কীহনথরে ঙসী।

অশৈবঙুম, হৌখয়বা মতমদু শীংথারমনি অম্ম।

অদুগা হায়রমগনি মজাঈবুংঙোনা—

অদুগা মীওইবা অমগী পাংজদবা থমোঙ্গৈ অমবু অওক শাওনা লীশাওননা ওংন নৈন লৈরক্লগা থোরক্লে ঙসী অরৈবা ফিজোল শেৎ-চানা থমোঈয়ওদগী মপান।

ঐহাক নংবু মুওশি।

কয়াদা থৌনা লৈন। লৈরগনি। খল্লি। তুজুঙৈজ্ঞ থাবিল।

পাওখুম কৌদ খুমদবা?

খুমগদবা কোংগায় লৈ থমোঈদা।

ঐহাক মুওশিবা মশক থংদবী নত্তে।

অম্ম। অসিওম কয়া

য়াহঙ য়াওদবা পাওখুম খুমই থমোঈদা মদোম থাবিলনা—

ঐহাক মুওশিবা মশক শকথংদবী নত্তে। অদুবু ঐহাক ঈপুয়োইবা মীংবীনী। পুন্সীনা তোম্নু, মপোক্ন তাক্ন, নাওইরখিবনী পুন্সীদঙ হিঙন-নবা ঈপুরে ইবা অশোনবা মপুন্সীতঙ নাওকোঙনবা।

'অদুবু ঐহাক খেঙনখি? নত্তয়া?'

'খেঙনখি, অহনক্নী।'

'তমথীবা মীশক অমগা? তমথীবা মীশক নত্তবরা ঐবু?'

'হায়খিদে মহুদী। খনখিবদু লৈখিদে পাংখিবদু লৈখিদে।'

থাবিল বাখন থংতানরকই মংদনা মংবনী মতো অসি তাইবং মংজান।

অহুনগী কমদৌথিবা চীংগু ময়াখগুবা বোঙদম মথুঙীম ?

করি ওইগনি। থমোঁইদা চৈরাক পীবীথিবনী। ঙম্মক থাদোক-থি। ঈরাখন খুদীং থাদোকথি, অচুম্মক লেঙখিবনি চরি-চদংনবা, খুঙ্গা য়ুমথোং য়ুমথোংগী চেংশু কৌশু য়াওজ-চংচ, পাংতু লোঙথোন লম-হাং শীংতেক-শীংজম্বা পুন্সীনা।

ঙম্মক্কুনা— ?

ঙম্মক্কুনা তাকথিবনী তাইবং খুদীংদসু, নহাক্কী নফমদসু, মৌ-ওইজবী ঈশা অসিগী মফদসু, ঐহাক ঈপুরোইবা নীংজবীনী হায়বছু।

বাথরেদা তাইবংগী হকচাং পোলাও কৌবনা মতম তাওকম অদু। খুয়া ফাদবা চেঙনা চাকথোঙজা লায়রক্কবদা নংথিদবা মতু শোঙবা ঈপুরোইবক্তুনা থংন থংন, চরা নোঙখম্বরোই থংন, থংন পীক্ক পীক্ক চাওবা শা ঐবু চাহুক খুদীং থমোঁইদা উন-উনা চথোয় তমখি-বছু। থজ্জনা থনখিবছু। বাথবেদা তাইবংগী হকচাং কৌবা পোলাও-না, অদুগা পেঞ্জথরেদা থম্নুঙ ওংজথিবা ঐহাক্কী ঈরাখম তাওকম অদু।

ঐহাক্কী থমোঁইগী নুঙাশিবসু হকচাং কায়াংকী নংথিদবনীকো? থংই। ঐহাক মহুসু থংজৈ—। মজাঈবুংঙো, ঐহাক থংজৈ মহুমক্তুনা ঙমথিবদবা ওইথিমাগ্নে তরাইথোকে ঙমথিদবা নুঙশি পাওবু তৌজরে থংথরবদসু নংগী নশক্তম। হৌজাক্কী, ঙম্মক শীনবীথরমাগ্নে, অসি খুদীং থোক্লে, লাপথোকপসু ঙমদা, নকশনবসু থংন-থংন য়াঙমদা পুন্সীনা লেপ্নরে নকা তাও। য়েঙলমগনি পুন্সী ঈথম্মখ্রবা ঈপুরোইবা মহাক্ক নোঙমদোল লাইরৈপাক ওইবা তিয়াথক লৈচীলগী পোমায় হাও, অহুদক্তুনা, করিনো থমোঁই অসিনা লৈতাদবনী, থাদোক্লো ঐবু। শোকপা কৌবা লৈতা থাদোক্লে। ঐবু।

থাবিল হেলোই মথোংলোঈ শকপী ওইথরে। মদোম মরাখয় অরায়-অথুরৈ। থনথরবোইসু ঙমদে। করিগী লোঈনরকপা বাখল হায়বনা মীওইবগী পুন্সীদা ? বাথন পক্তবা হকচাং পোলাও পায়লকই

থাদিল। কম্বিগীনো মজাঈবুংঙোনা অশুক মুপা থোক্তবা। মহাকপু মুপা মপোক হায়বচু নত্তবরা। ঐন লৈবে মনাক মরু। অহীং থুদোং কবা লৈত্তবদা। কাত্তুপ অসিদা। তাঙ্গলোন লৈবদা। অহুটৈ শম-জীদা লৈথেৎনথিগুম, করিগী চোকথররী, রাথন রাথন য়ামবা মী-তুং হৈব কোংগায় চৈরাক কঙনা চোকথররী হকচাং অসিবু কুপ্ল-মর য়েঙশিন্দুনা নাঙকোন নাওথেমবীরদবা করি কৈদনো? নাকোন-নাও-নাওথেয়দবা হায়বদী? হঙগোইবা শক্তম পুররগদবা লমচংশিঙহুনি।

করিনো রাথন॥ উহৈদবা ঙাক্ত উরে মমীংত থাদিল। হোগৎলে। কোয়না য়েঙই। লাক্তে। লেপ্লদে মনাক্ত কবা। ঙমমক মরোমদোম্বী মরাথমী থংই মচুন্থ, "করিনো য়াহৌপ তাল্লো হকচাং পোলাঙ" থেমই। থুগায় রাথন থুদোং। শেগায় শক্তম থুদোং। য়েথায় হকচাং য়াওদবা, মীশক লোঙ্গৈনদবা থোজেন তাহৈদবা থুদোং। ঝুথুমদা লৈ ঈয়োক পুন। কলি। থকই। য়াউম য়াউম। ঈংথৈ হকচাং। চনীংদ ওম থোইনা শামে তথং তয়াঙ চনীং তাবী থোয়াম পুবী মীহুন মীহুম।

ঈতা চাম্বী অচুগা ঐ—হৌমীন কামীয়ররকপীনী। হিদেন অমত্তদা চেংহী শম্বায়মিথিবনী। মাওম মপুরোইবা লৈবীনী ঐন্থ। উথিদে ঈচা পুকহুঙ তাবদী ঐগী। ঐহাক চাবোক্তবীনী। লোশংবীনা নোঙমা হায়থিবহু রাফয় করেম-কাগী শকহনগ্রবম্থ রাচুমী।

মতমচুদদি থাদিল, কোয়ৌ শকথেঙনহৈথিদে। থাগী ঈচেল লাক-থি। মুপী পোক্তী হকচাং লৈয়াঙ লৈয়াঙ লৈশক তাকথি। লোশং-বীনা হায়থি

ঈচীন'নাও ঐথোয় অসি মতম লৈরী পুন্নীগী, ঈকুম নকুম-কুমদম লাক্লবিবা ঙাক্সী। ঈমীত্ত ঈচা উনবা য়ামক্লিবা ঙাক্সী।

থংথি হায়থিবহু।

ঙসী মীংশীংলকনি। থনথনে মচা চাবোক চাশক-চাথাই ষ্রুবাম-বশী বাথন। কৈদগী মতাও নত্ত ম্রাকুন'নাইগুম, বাথন্ন উন্নকখিবা মতম নত্তনা। মীপুম খুদীংন পান্নম্নি থানিল, মজাঈবুংঙোপা হকো মরী অমত্ত ওই, য়ুমলিঙ্‌মন্ননা লৈমিন-পানমিন্নবহু। খুজীন থৌরাং অহুদা মী-তোপ মথৈদৌ তন্নাইথোক মত্তা চান্বীমক থমেজৈনা ম্রানীং মন্নাথন শীন্নথন্নবনৌ মপুম্রোইবা অহজাওগী মফমদা।

অঙাং অহু মন্নাইবক ওন্থোক্ল হেনগনি।

মীনাইনা মীশন্ন থোন্নগনি অহুপা মখোং কৌবনা লৈবাক তদানা লেন্নগনি। উই তাইবংসিদা থাবুম তন্না নাওপুন্নহুনা মশানা লেননকপা শক্তম। মীপুম খুদীং পাওনিঙথোল অহুনা থোম্ন থোম্ন পুন্নহুনা হন্না ও-ঈপাক্ত লৈনন্নগনৌ। লৈনন্নবৈ মীংমেঙদা ওম্নমক্ল হন্নাওন্নহুনা অন্নুম অন্নুম পুনশলহন্নে হঙঙা মীকপ্পন্নকঙৈ অপীকপা নৌন্নানা। ম্নেঙই অঙাংবু, পীকচবা নৌন্নাবু, হৈন হৈয়োন চোঙই থমোজৈদা তনৌ তনৌ, লৈনা পোম্নন্নকই লকাদা পুবুম পুবুম। তাইবং পেন্নফমগী পেন্ন-ফমত্তা ওই।

মন্নাথন্ন মনীং তমই। লৈচীলনা মশক মওং মওল মওল মনীং তমগুম অতিম্নানা পাকপদা। মন্নাথন্ন মনীং তমই। মনেম-মকু লৈখিদে ওম্ন মতা চান্বীগী, মচা চন্নাম তমই। মপুন্নোইবনা, মতা-মপুন্নোইবনা কঙাওনৈ। কন্নম্নো ম্নোই-থেঙই বাখিবনা। তাইবং। থাদা ওনৈ, ওনৈ থানা থক্ত। লৈনুঙনা 'তিম্নাদা অহুগা 'তিম্নানা নুমীংম্নু থান্নু থৌবান তন্নওবা থীবীকম্নু, ওম্নমক লোঈবনা তমই লৈন্নুঙদা। য়ুম অসিগী মবেন্মনি। অঙাং অসিগী মমানি। ওন্নমকপু পুশীন্নুনো চীজাক থাক, কীজেং হুন শেমই ন্নাত্ত পাদবা তাইবং অমা।

অসিনি মীওইপোকপা তাইবং অহুগা পুন্সী' হান্নবহু ঈতা।

অন্নুম [হান্ন' চান্বীনা";

করি পাওখুরগনি। পাওখুমরবনি।

কম্নিওবদা চোকথরবী, মহুত্থ থবু থবু চনৈনরক রাথল, তোক্ল-ক্লরকউ মশাবু তাইবংগী অবা চৈথেং থুদোং কনথোক'কুম হুপা ওইব-সিনা কোনশনবী মথাদা চেজেংননা অতুগা হায়—

কুমজা কয়াগী তুও থোক্লরে ঈকমদা কোরৌন। শক্তম অসিত্তমী ঈথৌ লাওলকখিবা হায়ওমদবা থমোঈগী ঈথোং-থোংচং অতুক শাওখিবা লমশাং অহুদা।

অশেওবা মথোঞ্জেন্নি তাখিবন্থু। থানিল হকচাং পুমই ত্থজুও-মানজুং-কনা। হৌজীক্তনি ঈমুং অসিদা থোকখিব্রিবা মংগ্রেম্নবা তাইবং অহু। তাইবং অহুদনি অপীকপা অভাংন মতম্বাক্ত চোওন-কম্ন শাম্নখিবহু। তাইবং অহুদলি অয়েংপ নৈতনা মজাঈবুংভোগী মকমদা মশা হক-চাংবু লোঈনবীনী শক্ল থুংশীন্নখিবহু। মথাদা চেংজেংনখিবহু অহুগা চোকথখনা থৌজেং ম্নৌবী, রাথন তমথীবশিও শাফু ওম্নমকপু থাংজ ক্লশানহু চেজেং কোজ মৈচাক থাংখিবহু। রাথম্নবা তংইবংহুদনি, তাইবংহুনি মপুন্সীবু কাওখিবহু। হৌখিবা, ওইরিবা। ওম্নমক উখিদবহু।

লেনকম থংলক্তে। রাথম লাক্লে। পাম্নজদবা শক্তম নক্ল পুরকই মরাথম। হওগোইবা বারীতমক লীরৈ মরাথম্র। থানিল রাথন খুদোং রৈথায়নবা পোমীং থিরকই অমুক। কম্নিনো পাংগদবা। অহুগা হাওদোকলিবা কাভুপ থোংন লোনশনবা কৌবা নৈতরমো কম্নিগী? হৃমৌক ঈমুং অসিগী মপূ মজাঈবুংভো লাকনি। তাওলোদী থেংলে। লাক্তে। মহাক্ল লাকপদৌ চীক্লগতা পকচৈ। থেংলগতা চুনৈ। খেও-লকচৈ। থেংলে। লাক্লগনি মহাক। থ:ই অহুবু হৌখিচৈ নংখিদরে। অনম-অহা চুনা ফমদা অনা লোঈবওম হৌন-লোনচং কাম্ন ফিইন-নয়-ইন, কোকখুম নমকুপ্ন শেম্ন-শানা ফমথক ফয় ভাইদরে থানিস, চেপতক হৌপনী ফমথক।

ঊখিবগুম তৌখিবহৃ মঙায়। ঊখিবগুম তৌখি। অতি লেংদে থানিল। মীৎ॥ পাংই। মীৎয়েঙদা ঊদে মংলান শকপা শক্তম এত্তনা। হৌগোই-তুগোই পক্তগুমই হকচাংদ। পক্তম্রবনী। অদুবু মশানা থংদে পক্তমবনি হায়বম্মু। থাবিল, চেপ্তক মাহৌপালি কমগদবনী। নীংশীংলকই। খুদা থাগদবনি নীংশীংলকই। খুদা শক্তাকদবনী। মাজরকই থাজিল। হৌ-গংলি। লুকথৈ মীৎয়েঙ। অদুবু, ঊই অহুৎপ থোংনাওদা য়েন্দানবা,কোয়ৌ মশেল্ল ঈংন ঈংন কাওজল্লকপগুম মুঙশি চেংজেল নীবরগত্তা পকচবা, পান্মু থৌগায় মানবগত্তা পুংবা চুনবা অচৌকপা, লৈন-থেংলকঙৈ তাঙকম ওইবা হেমোঙ্গৈনবা তাঙলো সিদা মরাল কোবা লৈজ-চেঙদবা মজাঙ্গৈবুংঙোনা লাক্লহুন', অগুম লাক্লহুনা, লাক্লহুনা লেপ্লরি মনাক্ত কাতুপকী মখুঙদা।

খুদা থাগে য়েঙই। থারম্লে হায়না। হায়গদবদা মঙায়ম্লে 'খুদাদা লেংশনবীয়ু।' মহৌশাগুম হায়ডমদবা ঙসীদী। হায়গদবা লৈত্তরে। মজাঙ্গৈবুংঙোনা নাকচেক্লনা থারিবা খুদাদা ফমলি। থানিল হৌগৎ-কাংথৎতনা তুমীন ফমই—

পুররিবা মশক শক্তম অসিনি, থোজেন য়াওদনা ওয়মক ফোং-দোক্লরিবা।

থল্লুরগা রামাং য়ালংহৌগে থল্লি থানিল।

করিনো য়াহৌগদবা? থংদনা লৈ তুমীন

"থংলে ওয়মক—" রাপুং কাদরিঙৈ রাঙাংলকদৌব মান্দবা মজা-ঙ্গৈবুংঙোনা মরক থৎন থুমলকই—"চরা তমদবা মতম শাংলক্লে তায়—"

থানিলগী রাহঙ অসিমক্ল রাঙাংগী অহানবা থোংথাংনগে থনথি-বনী 'চরা তমদে তাজৈ' অদুবু হঙলকপনা হাল্লি। পাওথুম্রদে।

"হকচাং ওমদবরা?" থোজেন্দুনা পকচথি মুঙশিবা তাঙলোদ।

"করি থোইদোকপা লৈজদে" অসি মত্তনগী করি লৈ পাওথুমজাই?

"মহুদি মানগনি কনানা ? মময় কৌবা লৈত বাময় কৌবা মাইন-মদা, অতুকপা কৌবা বাথক্ল লৈব-লেমখিদে মীওইবা কনা অমা ?"

মময়। লৈ। থংদে মময়হুক্ত। 'য়োক্তকরে নক' অসিতনী ওসীগী অহৌংদ হায়ক চংজনাংলিবা। বাতাও চাদা কয়য়দি হায়সিগে।

থন্দুনা লৈ। থানিল পাওখুম পীহৌখিদে।

ঈচৌক চৌকই।

অক্তবু থাংওমদে থমোঈদা বাথয় হায় মুপা অসিগী মথোঞেম 'কাওয়ো হৌখ্রবা ঈয়াল।' অম্ভুয়।

করিদী অয়ানবা লমচং চংখিহুনা ?

'খুজেংবু পায়খিবা। শমজি ফিখুম-ফিহায়দোক কবোক্লে অমতং লৈথেৎনখিবা। লৌপুকগাইদা মখোংগুল লীখিবা' অম্ভুয়।

'ওয়মক থনদে ঐদী অয়ানবনী হায়না।'

'অহুদী ঈয়াল কবি ?'

খুয়োই। লৈগনী তুমীন।

'থমোঈদা ঐন, মৌওইমবী নংবু লেংদনা মুঙশিয়হনা লৈমী ওসীমু।'

মসিদম্ভু লৈগনী তুমীন। থংই ঐবু মুঙশি।

'অসিয়া ঐগী ঈয়াল ?'

মসিদম্ভু খুয়োই।

থানিল কাতুপ্তগী মপান থোক্ল চংলগা মবাথন খুদীং মুৎথয়গদয়া। থয়কই—। মজাঈবুংঙো কমলমবদগী হৌগংলকই উই থানিলনা। কোকচাওবী ক.য়। মুপা ওইবা মথোদাও, থৌয়াংলক্লদবা থন।

মজাঈবুংঙো থোংথাংন কাওজন থীন-থীনা থাঙই। য়েঙই থোংলোমদা। লেপই চপ। শেমই ইনমন ফি। কম্বাক তয় চংশ-য়ক'কুমতৌখি। নক্ল থোংলেপ্পয়রে থম লৈ। য়েঙবা পামদে। য়েঙলগা অশেঙবা উগনী। উক্লমগা করিনো পাংগদবা ? খুজেং

পাম্নরো। করি পাংউগনী। পাংন-শানা নাম্বোক্ত ওমগদবা? কোক-খুম কিসি হাইদোকলো। করি কৈদনো কোকহাই-মায়হোইনগদবা? মায়থোং অসি মথুং থুংপায়নবা, মুমীং ও'ব লৈগুম, পায়রুনা ওন-শনহল্লো মমায়থোংদ কৈদনো শাওগদবা। মায়থোং অসিদা ওমথি-দরি অমুক্তসু য়েক্ল মায়থোংবী থল্লক অশাও পৈরেনবা। য়েওগনী মমায়থোংদ নত্তরগা, নত্তরগা উইশনগনি ঈমীং।

অম্নম থনবত্তা নংখিদরে থানিল কাতুপ মম্নুওনিসু কাওথি, মতম তাণ্ডলোনবনিসু কাওথি, হকচাং তনীক তনীকলকই, নিঙশানা থাংতপ্নরকই, উনশানা উনশাদা হকতক্লবগী শাহুমদা থোংয়াম্নবা ফম-থক ফমলি কাওবা নীকলক হাইরকই সুপীজা ওইবী কমলাক। ফমওমলক্তে—য়াথন তওথাম্নবা চিঞ্জই মশা। থোংন মালং তাহোই হকচাংন কৈহু কোম্ন হীপথ-কোম্ব থাংলকই, থানিল য়েওঙম্নোই মীংনদী, মত্তৌদা মমীং চেজেং উইশল্লী থানিল।

করিনো॥ লময়ায় লেপলিবা মজ্ঞাঈবুংঙো অঙক লাইচুরকই। কয়ম হকচাং শোক্ল-পম্ন হকশেম্নরুগনী। নত্তরবা, চম্না তমলক্তবনা, অমুক, য়াথন মুঙংশোব .কাংগাম্নবা শোন-শানা ওংথিবনা অনা লাই-ওইনরবনী অসিনা কোকঙাও ঈপাইননা মত্তৌ অম্নম্ন থাংলিবা অম্নম য়েঙনা লৈগদরা। থল্লী থোংথাং অমুক লেপ থোঙথাংনা অমুক থাঙ। ঈথৌ লাওলকই চরম কঙইসু থংদ কঙদেসু থংদ থানিল। লুখুম-দা ঈয়োক পুন লৈথি, কাওদে মহুকাওবদী। কনগনি ঈশীং। মহুসু থংই। অহোং অসিদা মুপা ওইবা মথৌ থৌদাঙ পাংথোকপা শোম্নদরে, মহুম্ন মীংকুপ্ন ফায়রোই। অহুগা কমদৌব? চাকহেম মাংব? ঈমুং অসিদগী চেনবা। তাইবং অসিগী মকম কৈদ। লৈতে। চেনকম লৈতবা পাক্লবা তাইবং মালেম অসিদবু॥ নত্তে। থাদোক-হুন্দোকলম ওমগদবা লৈতবগী য়াথন্দনী। কনা লৈতরবা মুপা অসিবু করম হুন্দোকলমগনি?

মীনাই মীশল কোংগোয়নবী। কনা বাক্তে মাগী। লৈবাক নীঙথৌ মাগীনী। মহুনা ওইরোই নীংব থুঙবা মাগী। খংই মহুস্থ। লাই-নিঙথৌ, লৈবাক নিঙথৌবা থকুম চেনখৎনবনী মীৎখা মীংয়েঙবখ-রবনী। কনাগী মহাকথক। ঈহাকথক্কী। ঈপুরোইববু নাঙকোনখিবনী। লৈবাক ঈহোক্লবা ঐথোয়গী হাকন্দ। ওমলয়ৌইদবগী থৌরাঙ থাদনী থাদোক্তুবা চংশ কনা লৈতবা অসিবু। হায়ঙগানি লমচং অহুদি চংকহু। মহুনা ত'ইবং অসি পুমহে'ঙ হোঙহনখরগনী। করম হায়-ওমগনী?

থানিল রাথন থনবা লেপ্প প্যামখি। কাঁইনো থনগদবা।
ঈয়োক পুন মীৎয়েঙবদনা লামই ঈকয়গে থন। খুৎন য়োদে।
মজাঈবু ঙোনা ওয়মক উই লাপ্প।

ঙেংবাঙলগে লেপ্পে। চংশল্লকই থৌনা ফমা। তশেঙনা শক্তম পুরহুনা খোংদোঈয়াক্ল নোঙদম্বনা। লৈনারক্ত অপোম্ব লৈনা থিনগৎলক-পহু। লৌক্লানা লৈকাদা নপ্পবহু। য়েন্দানবদা চরোইনা ঙেতু থোঙ-লখিবহু। চীংনাক্ত নামিবনা থেঙখিবহু অহুগা চরোংকী মপাললক্ত উরীৎন শেম্বাঙনা শাথপ শাথপ শান্নখিবহু। মজাঈবুংঙোনা চং-শল্লক ঈয়োকপুন্দগী ঈশীং কন্নুনা লৈমায়, মুপা থুশোনম ফম ঈশীং লায় লায় হায়—মহু পুন্সী অসিদা অহানবনী মজাঈবুঙোনা ঈশীং লায় লায় হায়—

'মীৎ অহু পাংসি। য়াঙম অমতং থকসি ঈশীং।"

থানিল থমোঈনা, মচু থায়দবা। নোঙজাবী লক্ত পাইশল্লবা পীক্তকপা লৈচীল মফোল মচা ওইনা মাংথি মুঙশিবগী চৈনাদা। খোঙ্গুন তাথোক্তবা অহুনা হুথি থমোঈ। অসি ওইবা তাই উনশানা কুপ পোলাঙ মমুঙবনা থমোঈবু হুবা হায়বহু। থমোঈনা থঙবক্লখি। থকক্সা মথুঙগী ঈশীং।

মীৎপাংমে।

পাওখুম্নদে।

মুঙশি থোইযঙনী। নৈ তুমীন।

লেংদে।

"মৈসিনা ঈশীং কোক—" থোঙ্গেন অহনা হঙই বাহঙ অসুম, থোনা থোক্তে ভাবনা পাওখুম পীরক্লোইদবা থোশাবীদবা মীশক্ত খুমলক্লোই থংন বাহঙ পাওহঙ হঙবদু মঙাই "মীৎ অদু পাংসি, থকসি ঈশীং অ'স মাউম অমত্তঙ।"

করম্নো। থম্নি।

নৈ ঈচীক চীক্ল। লেং দ শম্নাতঙুস্থু হকচাং।

কনাম্ব নীংশীংদরে থাবিল। তাইবংওইবা কাওরক্লে। থোক-হৈদবা কোংগায়তনা মথৌ ওইররিবী মপুন্সীতবু কবি কৈদগী মপোক্লো হঙই তোঙ্গৈন-তাঙ্গৈনা মদোম। চানবাম্ন কনাদবু বাঙাংনী। কনাদবু মাকংকনী। পুন্সা হাৱবহৃবু অসিরনে মোই। নোরকাথবনা পেৎ-খিবনা থানিল মৱৱ কোবা শেত, নৈরবসু মশা থ'দ পাংব কোবা নৈত-বা চেপতক হীপালবী হকচাং কায়'ং পুমকাওননা, নৈ মবিত্ত নিঙ-শানা থাহীক-থাহাক হোল্লচুনা, উইশন চেংশন থাংলিবী মীংবু চেপ্তকপী নাক্ত মেঙগী মপীনা পিরীক পিরীক শীল্হরকই। মদু উই মজ্জাঙ্গৈবুংঙোনা। করিনো? ক'ম মতৌনো চাঙহেম্নরকই তকপা থমোঙ্গৈনা অরা অকি মুঙম্'ম্নরা। অনা কমশেম্নগে থল্লে

ইল্লি ঈশীং পুন্সাগী অহানবা থোদোক ওই।

মোথরে চীনবান

"থকসি অঙ্গৈব ঈশীং থরতং"

থানিল মুঙশীংন বাতোন উতোল হমলকৈ তথকপীহ্ মঙাম উচেক্না।

মথা তারকই—

"থকসি তম্গী য়াউম অমতং"

য়াউম অমবা কদোবা—, চুমীন থল্লি থানিল।

"থকসি য়াউম অমতং" হন্দক্তি বাগী বাপাং য়াওরক্লে। তনীঙ্ক দে মথুং। অশোকঅগন মীশক্ত অমা ভেংথাংগুমই খুৎশোঙ্ক। মজাঐবুংঙোনা, মচুম ওইথবে হাউম শকথরে খুংলামলক শোকসক-থেঙনকথি 'চপতকলিবা শমনল্লিবা চায়ক্লদ, ঐনথং হাইগৎ ওইগী খুৎম থানিলগী মায়, ঐল্লে ঐশীংকোন "কুইরে, ভারে চমা তমমক্তবা। কবিগী অচুক মুঙশোব—। কনানা কবি পাওথোকপা। তোকথিসি তম্মক থকসি য়াউম অমতং—"

য়াউম। থক্লে য়াউম। চমীং ভারে। ওকপা কোবা লৈতে।

কল্লি তম।

য়াউম। ওক্লবত্ত কবম থামনী 'ওক্লে" খুংইন শতাংবসি। ঐশীং-কোন থমই। নমইন ফিগী, কিজি শাহুম কঙই উবদী লৈতে পাংদবা মীৎন। নমইন ফিঙ্গনা ভৈথোকই থানিগগী মীৎলুগী পি। ঐনথংলী হকচাং পুম্ন, কবি পুকমাওদবা কল্লি বামাংদবা, অচুপা হকী মতাঙনা লাম্ম তাদবা, ঐগী মমী ঐরম ঐতিম্রগুম নমগোনলি মজা-ঐবুংঙোনা থানিলগী হকচাং।

"কমসি ওহাক কমথক্ত—"

পাওখুমথিনে থল্লি থানিল। হকচাংন নমগোম হকোম্রবক মমমচেৎ মথু খুহং ইনথিবনা হানথি। নীকই হকচাং নীকলমদবা, কয়মনোম্ন থন্নে, কৈদনোম্ন উদে মরম কোব লৈতবা মুঙশীংকী শাহুমদা মায়কৈ মকা থোকম্নু উথক-হৈরোম মদোম পংহাই-থাইগুমই।

"নীংক্লে হকচাং চোকথথিবনা" মজাঐবুংঙো, পংঙবনী মহৌশা হেল্লী বাবা অনা লাইকমরক মশা-মওং কায়না। খুঙ্ক লৈমাম

শৌরবদগী খাংগোন খাংগোন লেপ মুকথরদুনা লেংগোন-নমগোন কমশেন্নে থাবিলবু।

কাওই, মৌওইনবী হকচাংদ লুম্বুনবা হকী মনিল। ঐহনগী অহৌংব চেৎন থাগোনলগী ঐম.মন, অমদা থাগোন্ন থারকউ, অওনবা অমুক্ত কোম্নৌন খোংদারকপদা ঐনিল লুম্বুনবা থারককুম লেপ্ত্রবা ঐনিলবা পুমগকই থাবিলগী হকচাং। শমলাং নাম্বওম কাওই। অমুক, নাহদে থংই। কমওমদবী ওই থাবিল। মজাঈবুংঙোগী ওাক্ল-শেন্ন কোম্নিবা লেঙগোন-নমগোম্নবা চাওগোনবা খুংকোন, চেন্দে অচেৎপ শাকু। থোংজি, মেংই। শকউদে মম'ম্নথোংদী অহুবু মুওশি থোইনা কাওই থমোঈদা ঐহল। থংদ-হৈদ নংখিদবনা কাওবে ঘুবাব-মাহীপ-মিম্ন মুপা ওইবা ভাইব' মনাৎনবা মুওওনবা খুংকোন কোবা মন্নমচংকী চৈথেঙ হকচাং তুনা, থমুঙ ফাওনা। মেংকদবনা কৈদ মেংহৈদবনা কৈদ, করি ফ'ওদে রাথন্দ। মজাঈবুংঙোগী শমলাংগী শমনম্ন ফাওই থাবিলগী নাতোল হুংব মুপা শমলাং মনম কুইরবনি নমসক্তবা। নমইন ফিগী থংই ফিনম্ন কাওই থমুঙদা থাল্লকই। না:চোম। চিল্লমগোই নাচোম মনমদী নমদে। মজাঈবুংঙো নাচোম না:ক্লম নাথেংমদে।

কমাম কুইবা মতম খুংকোন অসিদা অম্নেৎপ লৈতনা থাংলুবনা॥ খুংকোন অসিনা কোম্নে হৌব-লোলচৎ বাওমা লাম্ন, থংব-থংব, নাহোক চংথোক্ত মৈরেখিবা।

থাবিল রাথন মাংলুখনা খুদক্ত লাক, থুম্নেমখৈ হম্মোক, খুং-কোন্নগী মশাবু নাহোকহন চংথোক হম্মোক কমই কমথক্তা।

হাংহৌবা পামেল, উ:চক্ল কাঈদোংদবা ওইহৌই মজাঈবুংঙো।

হা'হৌই খুং:কোন।

কদৌদে অচুনা মাওলুদবা থমোঈদা।

মজাঈবুংঙোনা হায়রকই—

"করি মতৌনো— । হকচাংন অহুক নীকলিবা। ঙম্নমক কৌ-সিরা। হকশেম্নবী ঈবেমগী অহুগা লৌশংবীসু—" লেপথৎলকই। য়েঙই মীৎয়েংগী অশোয়-অঙাম থোকলকপা মতৌ পু "করি রাখন থনবা, নত্তরগা হকচাংদ ক'র অন'-শাহম ভো;ঈব' ? ভায়হৌবনা কপনী।"

"কবি খোইদোকপা ভৌজদরে "

করি ভোঙজবা ক'তুপ অসিদা ঈনাৎ রাভমা লালনা অম্নমক মরৈবা, থল্লকই মজাঈবুংঙো, চৎথিবনা ফৈ ভশেংঙবমক মখোয় রা-ভায়বা য়াবা মথৈ ঙমদ'-মুঙদা রাত'নহৌসম্ন থন, মজাঈবুংঙো, কাভুপ থানা চৎথরগে লেপলকই। অহুবু নীংঙমদে থমোঈদা। খোংন খোংথাঙ থাঙঙমদে ঈঙম। কো'দোক্লী'বা রাদী শৌনাথরবা কয়াদা। ঙপ্পী রা অমত্তমু ফোংদোক্ত চংথিবা ভাবা ? থল্লি, লেপই মজাঈবুংঙো।

চৎথরগে কয়ারক থনথরে। মহুনসু চুম্মে লেপথরে। অহুবু শেমলু-শারুদবা থোরাং লা থিবা কোংগায়লক্ত য়.ও'খদবা রাহং অমা চোঙলকই মশা-মরেং শাকম্ননা। হঙদদী হঙলমগে থনথরে। হকচাং ঙমদবত্তা, নত্ত করি লৈবা, মীংকি পি ঈচেন নাইনা খথেংবা অহিংদ পিথিঙগনি কাও, মৈচাক কয় কপলিবা ?

ঈমুং অসিদা ক'র পন্দবা লৈ -" মচাঈবুংঙোনা থাবিলগী মায়থোং য়েঙথরম্নোই মতৌ পুব'মথৈ নী'ঙন নীংঙন লেপ্লহুনা হঙঙম-দনা হঙলকই— "পেন্দবা ক'র লৈরহুনা ভাহৈদবা মীৎকী পি ভাবনো ঙসী ?"

'পেন্দবনা পুম্নে হকচাংসি।' খুমই তুমীন থমোঈদা।

"থাকুর বামিনা হায়" মজাইবু'ঙোনা হায় "হন্দক্তি শ্রী অনুপ প্রভুগী মকমদা হৈকৎ-লৈকৎ নীংথি নীংথিনা কৎলবা ভৌঈ হায়রবা।"

"পংতোঙ্গী তোইজবা নত্তে" মসিদী পাওথুম ওমই।

"মচু তারগা হরাওই ঐন— "

করি খুম্মী সিংদে? তুমিন নৈরে থানিল।

থংই ওয়মক অসি নত্তে মুপা অসিনা হায়নীংলিবা। করি পেন্দবা নৈ করিগীনো তাকম থোক্কবা পি শীঙ্খ্রবা থিওবা কোৗবা নৈতনা চংনবী শগল য়াওমা লাল, মুওশিহৈদবা মকাদা পুন্সী কংলে থংলব মুপা নীংওমদবা অমগী মাংদ পেন্দবসি উত্না অমুম থমোঙ্গৈদা নৈ শক্তম চাম্মা চাম্মা চাম্মা চাম্মা, অহুবু মখি শামী হনখিগদৌরে পিরেইনবী মশক শক্তম অসিনা তাহুনা পি শীঙ্খহুনা কপকমু মমাংদা ফোংদোক্লীংই অপাম্ব। অহুবু ওম্বকৌবা নৈতে হায়—

"চাম্মী কৌগনসি-রা? হওওমই মহুমু য়াই।"

"করি মরম নৈজদে কৌজনীংঙাই—।"

"রাঙানগনি অনা-অয়েক থোক্লে—"

খুম্মীংই—"অন-অয়েক নত্তে ঈতৌসি? অহুবু করম খুম্মী।"

"মপুরোইবা ঈতাও কৌহনসিরা?"

"থ দরে। পম্বংথো ওহাক্ক।" থমোঙ্গৈনা হায়।

পাওথুম্মদা।

"চংথরগে। চয়া তমউ হায়গে ল'কপনী"

অচৌংগী মুংশীং নৈরৈ চৈক্লা-চান্ন ঈওবা হকচাং অনীদা।

য়াহৈদে মসিদি অচোংপ ফিইন, মাদা কওসম্ব ভাইরকপনি, কোয়ো মকা ফোওলকপা, কোয়োন মকা ফে'ংলক্লগা, বাথংদবী ঈতৌ, ফোগে শা'গেদী থন্দ, অচোংপ ফি ইম্ম ইম্ম হকচাংন নীক্ক থাওহৌবদী ওম্মোই। য়েওথংলক থম্ম থম্ম থানিল মঙ্গাঙ্গৈবুংঙো— থোংথাও মশীং থীওম থাওলি, থাওদওম তপ্প তপ্প। থাম্মসিবা কৌই

চৎখিরোইদোবোই খম্লুনা লৈ। পুন্দে চংখিদোব মতৌ, চাকওইদবা অতাং অপীশল্প চাকমুকনাক হন্দোক হন্দোক কয়া লাওইদবহ্ চেবখি মজাইমুংতোগী শকম মোওজ-হাজদবদা।

"চয়া তম্বীদে তাথৈ—" কখিনো হওপে হাবমনু খনখিদে। অমুত্তবু খন্দওম খোকই। হওদোকলুমগা মতোমতা ওওচৈ খানিল। অমুবু মখা তারে—অতাও-অকৈনবীন্ত মওনা—হওলুমমবু, খানিলনা হওলকই—"চয়া তম্বীদে তাথৈ ওসৌ ওয়াংসি"

"লাইগী লুক খুল্লি খংদবরা?"
খুল্লি খংই। হন্দক মরুকৌ য়াথোকপুনী। তুমীব খল্লি।
"ঐহাক লাইগী লুক খুল্লি"
"হন্দক মরকপু হায়জবা—"

শগোলনশংদগী মীকপেল খাংবী শগোল ওইরমাল্লে, তাওলোনা লৈবদা, থেকলকই খুংখোওনা রাখন কোংগায় মচাই-মচাইহনওম খোক্লে। নোওবু ওায়গদোবয়া ঈচিঙ-চিঙনবৈ, চরোই তেত্তুবক, কাকখোওনা পাওথেল্লক কখি খোক্ল তোওজবা? মজাঈবুংঙোনা খুমকম খংদ, ঈহাখকৌ খরওওম্ন অয়া অনা পুবোই, খল্লুটৈ হয়াওবন্ন পোক, অমুক ওইরোই ওইরোই মপোকসিদা' খন নীংহয়বন্ন প্যোক তুকশন-রাখয় হৈনা খাওখোক খুউ শনশা লৈম্বিটৈ খানিল শেম শারকই খঃমোঈদা চংখিবনা হানখিখোক চংজহৌদবনা হান তোঃলহৌবনী অন্তুন লমন, অমুন অন্তুম লমন, খল্লুটৈ লেপ্লে চীনখক খোক্লগে।

"লক্লবমু তোঈবরা লোইশংবী খায়নবু—" মী মম্ভে হায়নীংখিবদী অহমু থৌঃজওবু ওংবরা থৌখংদবা লৈতোনবু ওংবরা কৈদগীনো হায়-দোকখি "ঐমু চয়া তমদে—।" মতৌদা, খোয়েল্দ নোক্তি নোক পুহল্লি লোল্লীংই মতৌ 'কনানাবু হায়বা?"

তারখনি ওয়খক। করি তৌব হায়দোকপা? খুম্মী থমোইদা
নৈ কুমীন থাবিল।

চহীনা মতাং নৈনরে। থমোইদনা ঈমচীংবী শায়রিয়রে।

কাওই সিম্ব থাবিলনা মশাদা। মতোমতবু হওগোইবে—।
করিমতৌনোখংদে, থমোইদা নোকমিরহুনা, অমুক, মীবোক কাজল্লহুনা
থাজিলনা চহীনা নৈশল্লকটে অশেঙবা নমচং পু হায়

"সমা কোঙ্গুও, কাও-মুঙদা পাও তাবীবয়া?"

"তাদে—।"

করিবো অহুদে? হওদে। থংলখদবু।

ঈচীক চীক্কে চীনবান ওংব শঙ্কমশিংদা।

ঈয়াং--ঈনিলনৈ—কোংদোক্লীঈবশিংনা থমোইশিংদা।

নৈ শাংপ, নৈনা শাংপ উথরবা মতম? ঈশীংব ঈকং থাজংনবক-
দৌবে থন তহা তহা চেল্লখহু, উথরবা মতম। কিজেং কিইন ওইবা
পাজবশিংনা অকনবা মুঙশীং শাহুম হুমদোকপদা মুপী ওইবীশিংগী
হকচাংশিংগা থাদোক্লোই থম নপশন-য়ানশম্মখিবহু উথরবা মতম।
অহুপা থমোঈদনা, অহুবু মীওইবগী মেং-ওই থা-রাং, অচুম-অয়াম
হেক মখংব থমোঈনা ফংলমোইদবা পোৎশক ফংলমোই থংব থংব
ঈথৌ লাংনা মিতাজবহুদি উন-উনা উদনা মরৈবা। কৈদবু মীং-
পায়রকপা। অথেংব অহীংসিদা করিগী তমলকপা মকা। মহুহ
থংব-থংম থংদনা মরৈবা। নৈকোম্নবু তা খৌশাখরিবয়া ঈবমচং
অসিবু। লাল্লজবু নৈথন-নৈথন নৈগী পবেং লেংনবিবয়া ঈভৈ
অসিবু? হৌথবে মুখজা কয়া পামেল মেয়ৌং হুন্দ কতম-কতনা
হৌব ময়া চাওয়বঙম—। মহুসু থংব থংব থংদবা ওবী। কিবৈ
থমোইনা, অহুপা চংলক্লি মকচনীংব মপোক অসিনদি নমাক।
করি মতৌবু কৌবনো থংদে ওমী।

অহীং লৈরে। থরে মওল মওল।
কৈদনো। পামেল কোৎনা ফুখিদৈ য়েংচবী উরী-উয়া লৈমায়-লৈথেঙ পংন-পুম্ন মাঙজখিবগী উথরবা নত্তরা ? লৈরাঙ্গৈনা কৌম্বরকদৈ ঈশীং তুংশাঙ্গবী ঈমায়না নীকচবা, ঈনৈরকদৈ করি ঙবজদবী ঈশীংগী লৈন-লৈ, মশক মচু খোঙ্কনা মথাংমথোয় শঙ্কমশিঙগী উথরব নত্তরা নাকেম্বানা থুহম লাকদৈ লৈশাং ঈচুন নমথ-থমথরবী লৈপাক্কীবা, খোইমুনা ঙওনচুনমু লৈ কোবা লৈশাং তম্বদবগী শাংনোং শাংনোংগী, লৈপামবীশিংগী উথরবা নত্তরা। অচুগা উদবগুম মচংশীবা থমোঙ্গীচুবু কৈদবো ? মুপীজাবী-খোংচবশী থমোঙ্গ। থংবীবা য়াবে। কুইরেনা।

অম্মুম অবায় অখুম্বরবদী করি খুম্মী মুপা হৈজদবসিনা ? থানিজনা য়ারেপ তাই

খোম্মোবী উচেক কোদ কাপ্পরোই থনথরবা পিনৌব, তেনকাপ জেপ, তেনদোং থারবা কাইন-মৈশা লাঙলবা শাদানবনা, অম্মুম খোঙ অম্মুম খোঙ. মৈচাক হাপ্পদা থঙলরিব তারোই কোম্মু ঙমদবা, থমোঙ্গীদমু কোজনীংবা খোম্মোনবী মুঙশিরবা উংচেক শীকচবীবু তাম্মোকেদী থম্মুদা মংদ লৈতরবদী তারোই মৈচাক পীরিবা মুঙশিব খোম্মোনবী নখোজেন

নখোজেন মুঙশিজবসিবু তাদরবা করিগী কপকনী পিনৌবনা মুঙশি-কায়না মৈচাক থমোঙ্গ কনবা শাদানবা ঐনা, অম্মুম খন্দুনা তেনপা খোঙ তেনকাপনরককুম, মতম কুইনা ঈচৌক চৌকম্নরগা ঈথা থাজদ থাঁমলমা, খোঞ্জেন খোম্মীক্কনা হায়রকই—

"ঙাকপীগনী" তনীকই। "মজাঙ্গৈবুংঙো—।"

মতো অসিদী তাইবং ওমবা নত্তে। পোংশক অমনী থনবা অমা ঙাইরবগী নত্তে। মপোক অমদা পোকলকদৈ পুন্দৌনা ঈকে ঙক্লবগুনী। ঈশানা ঈশাদা পুকথেম নাওথেম-নাওতম ঈথৈ শকপীরবগুনী।

থাম্বিলগী খোঙেন, হেক তারকখৈ পুমতোপ তোপথি মঙাঙৈবুংতোগী থমোঙ্গী। য়েঙলকই কমথক কমলিবী অহাং মীংশেং থাংলিবী থাম্বিল-দা। মীংল য়েঙই য়েঙগে থম শক্তমদা, চুমলিবরা শক্তমসিবু থম। না থাঙগৎ তাবি খোঙ্গেন্দুবু বাথম মপান খোয়কথিবরা নত্তরগা তাইবং চীনয়াওবা খোঙ্জেন অশেঙবরা থন্দুনা।

"ঐবু ঙাকপীনী মঙাঙৈবুংতো—।
চুয়ে। মখোঙ্জেন অশেঙবনী। ঙক্লী। থুমদে করি।
"ঐবু পূক্লো বাখোবীরমগনি। ঙাকপীগনি।"

করিবু থংগনী মচেৎ মকায়নবা বাহৈ পুংকাদবা ঙাকসিদা। বাহৈ মপুং ফাদে। ফোংদোক-হায়দোক চংজবদা নত্তে বাহৈশিঙসি। ফোংদোকনীংব বাহৈগী খোংমীগী লালমী মপৈ লৈনরে থাংলেন চুংলোঙৈনৈ মথুৎ থুংগু থুংলায় গুনা তেংবাঙলগে হায়না চংজবগী লাল-য়ায়দা, অদুবু থাম্বিলনা থমোঙৈগী খোং হাঙদোক, থাদোককে ঙমদে তেংবাঙগে লেপ্রবা থমোঙৈদুঙ ওংব বাহৈগী খোংম লালমী অমত্তুম্ভ। অদুনা মশক শকথঙনদে বাহৈ অমত্তগা মঙাঙৈবুংতোনা। মচেৎ মকায় ওইবা ব হৈশিঙসিনা করিবু ফোংদোকলীবা মকমদা। লংজবনা কৈদ, চংজ বাহৈ ওইবসিনা তাহৈদনা তারিবা, মপোক্ক করম ওই-রদুনা? অদুনা হঙই—

"করিনো ঙাংলিবা। হকচাং ঙৈনিল চেনবনা পোংথাকম কৌদ থংদবরা" মঙাঙৈবুংতোনা থাপ্ন থাপ্ন বাথম হকচাং থুংশোক্কে "ঙৈনিল চেনবরা" অদুগা থাপ হায় "চোইরোল চেনবরা?"

"চোইরোল নংচদে" খোনা হায়বা লৈজবমহৈথে শীজাংরে হুজীক্তো। কদোনী মৈচাক থাংন থাংন, অমুম্মক লংশনবা, অমুম্মক লংশনবা ঙৈবাল ওইবা ব.থন ঙাক। অদুগী শরুক থয়োই থমোঙৈদা ফোংদোকবা

ঈরাখন কৌবা অমত্ত। থানিলনা হায়রকই "চোইরোলনি হায়নস্থ খনবাগম্ম। ঐহাক চংজরবীনী। রাখন থেনবী সুপীপোক্সী খজোক, হন্দক্তী ভাকপীগনী খঙৈ।"

"ঐহাক খংব ওমদে—" মজাঈবুংঙোনা শককম কোংগায় নৈ-হৎলি মাংখরো মত্তৌ পু। লুকথৈ। খল্লি মশা পোংব রাখন কোংগায় অনৌব কয়া "ঐহাক থংদে। করি লানথি-.চাঈখিবা লৈবা থোক চংজগদৌরি ঈকমদা?" 'লাল্লিবদি ঐহাক নত্তরা?' হঙই—, হায় খমোঈদত্তা। "ঐ লাম্ব কত্তদে রাখম।'

"ঈরাল নত্তবা পোংশক কয়া তমলুরে ঈথুংন ঈনীং-ঈথা। পাং-লুরে লংহৈদবা থৌদৌ" থানিলনা থো-থোংকে খনগুমই কোং-দোকপদা খমোঈনা। ফোংদোরকই "ওহান, হৌখরবা অহৌংদ অঙোম-চাদা শীরচুনা ফিজেৎ-ফিইন অপুম্বা মৈথাংগুরুরে ঐন।"

খংই। উথরে ঈমীংন মচুদা রাখিবা নশক শক্তমচু।

খল্লি মজাঈবুংঙো। পাওথুম্লনে লৈ তুমীন।

মত্তম'চুদা খনখিবদী খনখরে খমোঈদা—

কৈদগী শাকনিংঙাইনো মহাকথং রাখম য়ুমজাও লিঙ, চেকপম লাংশনলুবা ফিরাম মৈথাবদী। অমুক, মৈথা লেপ্লো পাওদমগে খম উমঙ তমখিবহদা গুঙাশগী মৈঙান মচা অমতংদী মেরীনা তোলহাই-তোলহাই হাইরিবোই খমোঈমুঙ, খন্দুনা, ঈকায় মুঙশি রাখন পুম্ব তাক্ল-তুম্ব মাংহন, অমুক শাফাবা রাখন হায়বচুতা ওইখরবনী অমুক।

অহৌংগী মীৎয়েঙদা তরঙ-তরঙথিবা থোকখরবা শক্তম খুদীং পুথোক করি রারোনঙাই ওইথিদরবনী রারীনসিরা য়োই য়েম-শানা কোংদোক্লগে খম লৈবা। অচুবু হায় করি উহৌদবগুম মজাঈবুংঙোনা "নেঃওমা। ওহান নোঙমা অমা 'য়াম্বা অচানবনা থোম-খরে অচুগা পুথরে লাংশচুবা কিগী ১দৈ" হঙবগুম "অচুরা?"

"মখোয়নি।" থানিলনা ঈচং থৌরাংগ মতৌ চেন্নি খোঙ্হোক্ক। থৌগাক বাই কোংদোকপদি "নখোয় খুদোংগী মরাইবক শেমজররে ঐন মাক্ল-ঙাক্লব।"

খংলে। ওয় মৈ থাথরবা নত্তরা ?

থল্লি। মজাঈবুংঙো পাওথুরদে।

"মখোয় খুদোং মৈথা-মৈরাম্বহন" থানিলনা তেঙন-চুম কোংদোক্লে "মাংহজরকরে ঐনা"

"চন্নকম থংদবগী" থে'ক্লেন অহুদা পক্কে করি অশাও-মুঙ-শৌনবা পেম্মবগী মখি অমত্ত "ঈমুঙনা চাওবনা লৈররিবা খুদোংমক থল্লুই ঈমুঙ অ'সিগী থুংকো ঈরা ঙাক্লৌ। ঐন লাংশল্লুই কোয়নবা, থমোঈদা কাওব' ফিগী ফিরোল, কয় কম্না।"

অচু নত্তে। অচু নত্তে।

অচুবু মথা মতাংকই মে'লুদবনা।

"ম'থ'য় চন্নকম থংদবনী' মজাঈবু'ঙো'না হায় থংমোঈদা করি ক'ওদবগুম, তাশোন কোদ নাইদবগুম "থনথরবনী ঐম্মু মাংজখিবনা, ফরবনী হায়না অশুক কুইবসি।"

নরাহৈ অচুদি নত্তে ঙাকপীবা।

নরাহৈ অহুদি চৈরাক পীবীবনী চৈশীং হেন।

হকচাং নীকই থানিল। মৈচাক্ল অশুক চাওরবদা।

"করি ওইরহুনা অহুনা ?" থল্লিহৈ, হকচাংন নীকলিহৈ মজা-ঈবুংঙোনা হায়রকই "করি কৈদা, ম।নথংর হক মহ মবা। হায়হৈদে।

রাহুনম্মু পেল্লোইদোরে ঐদী।

থানিল পেল্লে। পেজদে মবাকৈসিদা।

"থনফদে মকৈনবা রাথন।" লেপ্তরে ঙসীগী অহৌংদী রাঙাং

হৈব শাখরে থেংহৌদুনা হৈখবং ওববা। মরুইবুংহো "থীচীন পংত তা, ৱায়াম তারগা শাকবা ওইরোই কদোম্নুত।"

পাওখুম। শুপ্পগী অমতঙদা পীগে খল্লি।
ওহ কোৱা হৈখিদরে থানিল। চীকশন্নী তুমীন
"করা হৈদ্রে ঐগী—"
করিগীনো অচুনা। খংলকলিবা তুইরে।
"অচুনা ঈমুঙ অসি ঐখোয় থবা অসিতনা হৈরিবা—।"
হায়রো ওসীদা ওয়মক—।
তাবতা খঙলগে খম হৈ থাম্মিল।

"অচুনা, মজাঈবুংহোম্বু নাইরে, খোপাক নাইরে" অচুনা ঈমুঙ অসি শেম-কোয়সিন লেংদ-কায়দা হৈমিয়সি পাওদমলিবনী হেক হৈরিবা হৈরিবী মখোয় খুদোংমক্ত।" থানিংদা অতয়না হায়বগুমই "নত্তবা ৱাথন খম্মবা য়াওরব মখোয় লক্ত, য়াথংলক্তবা ঈতৌদা, থক-খা খংলক্তবা ঈরাইহ খোনকবদা পেয়দব। য়াওবক্রবা মখোয় লক্ত পুকখেম-নাওখেমগদবনী ঈহুং ঈরে শিন মখোয় য়াথন নক্সবশিঙনা" অসি নত্তে হায়গে খনবদি। "য়ুম অসি" মজাঈবুংহোনা হৌগং হৌগং শেম শায়চুনা হকচাং চৎলি মদোম তা'ওম "ঈমুঙ অসি তাহনগমুসি ঈভোমতগী"

হৈহৈ। চীঙ্কে। করিনো তাঙমদবা মখা। খংদে।
করিনো হায়নীংলিবা। খংই।
"চংজুখিগে ঐ। পোৎখাহো হৈতানা—"
খোকখিবচু য়েঙহৌই মায়ওমথরগা থানিলনা।
তাকপীবদী কৈদা? তাকপীবা হায়বচুরা মরমচং অসিবু?
অহোং অসিদা।
লোশংবীনা মতম-চুম্মদা ঈচীক্লবা, অয়ুম ঈচীক্লনা হুযাব তা

মবৈরকপা হম্মক মরক মসিগী ম রম্ম চাওন চাওনা পোৎলুম্মবী মতৌপু থাথন থম্ম, থম্ম থম্ম লেল্লক-লৈরকপা হকশেল্লবীনা ভতুনা উতুনা লাক্লে। থংদে করম্বা মুমগায় থানো হায়বম্ম। লৈমিন-লেনমিন্নবিবী মচীন 'মনাও ওইবী থানিল হায়বী কনা লৈজদবী অসিনা চাদ-থক্ত অম্বুক কুইনা হৈনীং শানীংদবা মতৌ চেন্ন লৈম্বিবসিগীদী থনগে থাগে নীংদমখৈ। অম্বুম থল্লি হকশেল্লবীনা।

মতাও তাওকম চাওম মথৌ চেম্মোম-নোমলুবদগী লম্বা লমথাং খোক'পকুম চপ লেপ্প'ম অতুপা হায়—

"লোশংবী হায়বী ঈবেম্ম। করিনো কুম থা শুগুমদনা তৌরি লেল্লিবতুবু। লেংওম-শাওমদমখৈ।"

"কদোরে ঈবেল" হওই লোশংবানা। "কমদিবনি অম্বুম। ঈমুও অসি ঈচীক চীক্লদনা?" কৈদগীনো থাগও পাওহওল্লরিবী হকশেল্লবীদম্বুম ওনশন হওলকই লোশংবীনা "ঈচীক চীকই এদো। থাকুম থামী হায়বসিনা মরোল অমা মমাই অচানবনা মরোল অমা। হিও-গোল অম্বুক চাওবসি থুস্তাক লানশিওমই মেওবদা—"

"অতুগীনা তুফক তুকাই কুল্লীবদে?"

নত্তে। ঈহৈ হৈনীংদে। পাংগদবা ঈশীনম্ম লৈতে।"

"করি শিঙ্খা লৈতনী—"

"লৈ। মহোশাওম থুংহাংদবী ওইদয়ে। পাংখীংওাই লোইরে।

"লৈতরে শিঙ্খা?" হকশেল্লবীনা হওইগুম হায়" অতুপা নচীন 'নাও ওইবী লেকমিন চামিন লৈমিন্নবিবী থানিল হায়বী অসিনা লেল্লিবা মতৌ অসিনা করি মতৌ কোরিবা? অহীং কোবা থায়দে তুমদে হীপ্তে চাদে। সুওথিল কোব নাইদে, থাথম্ম পম্মীং লেংওম হীপ্তে কমদে চাদে।"

'মতুসুনী" লোশংবীনা থুমই "মতুনি ঈথ্থাইমক্তগী মরু ফওনা থল্লিবা। করমনো মহাক্ত তৌগদবা?"

করি তৌগদবা ॥ তশেংনা থংদে। লৌশংবীনস্ত থংদে। লেনগদবা পুন্সী করম্নো থানিদ্ন মশানস্নু থংদে। তাইবংগী হুম-লিবা মুঙশীং, লেংদি পাম্লিবা, শাংলি তমলিবা পোংশক অমঙনস্নু পাওথাং মৈন পাওবুরকপা ঙম্নদনা লৈ—পুন্সীবা করম লেনলমগদবা।

হৌথরে পুন্সীগী শাংলবা থোংচং অহুপা পুরহুনা অমুক লাকই লোইবা, নাইদবা থোংচংকী বারী কয়া অমস্ত। লেপ্পাইদে। লোইনাইদে। থেংবৈ অয়াবা কয়া অমুক হয়াওথিবনা কয়া। খুহুম লাক্ক থমনীংথিবা হয়াও চঙাজানবা বারী কয়ানা ওইরহুনা চংথি হৌথরবা পুন্সীগী থোংচংক লোঙৈননা মাবিল হায়বহু ওইনা। অহুগা থমোঙৈগী লাইমদ্ন হায়বহু মতুনা করি লৈ-হৌদবনী মপোক হায়বসিনা ফঙহৌবা চংপগী পল্লোইনকম হায়বা নাইদরবা পুন্সীগী থোংচং অসিদা থানিল, মচাক লোঙৈরবা মপুন্সীনা ঙমলক্কবগুম থোক্লে, হৈনা তুঙইন, তুঙইন তুঙইন চংপ, করিগুম্বদা মশাগী শক্তম লীশীং লীশীং হায়বহু য়ৌনা চোঙথোরকই। শক্তমা লীশী লীশী লেপ্লরে মাংদ। তাইবংনবা মীংয়েঙদস্নু থমোঙৈনুঙগী মীংযেঙদস্নু। পল্লেপকম নাইনরদে। পোংশক খুদীংমক্ত, থেঙলু উক্লবা তাইবংগী পোংশক খুদীংদ মশক শক্তম লেপ্ত থমদা য়াওনরহুনা মায়ওক য়ানবৈ মশাগী। অহুগুম মশাগী লক্তমশিঙনা হায়, পুনরহুনা থেম্নবা শক্তম শক্তম—

অবা অনা পরৈনদা লেপ্লে। পুন্সীনা তাঙকম অসিদদি—।
তাইবং ওইররবা পুন্সীনী। অসি লাক্নী।
থনথি চুপ্সী হায়না অমুক।

তাইবং য়াইনা চুপলক মপুরোইববু তঙপ তরাই
কাওথোক, অহুম হোই,লাওনা মরেনগে ভেশীংব পুন্সী
চমহৈয়োই ঙাকপীবা তাইবং ওইবা কনানস্নু।

মসিদন্না, থন্নি, চুম্মী অমুক থমোঞ্জনা।

মশানা মশাগী মফমদা পোরম তাকই তোঙ্গৈবা, মশানা মশাগী মফমদা নোক্ল-মীচৈ থাঙৈগে লেপ্পু লেপ্তুনা। থাবিল লেনকম থংদ মযেল্লকপা পুন্সী অমুক মুপা ওইবা ম রমচৎ থুমাং চাওখল্লকপা তেঞ্জ-রক্লবোই থল্লকঙৈ ম'ক্সান্দ মঙলান শক্লরে। হিঙলব্রিবা মপোক অসিনা মৈতাম রাখৈ, পুন্সী পোলোই তমথরবন্না লৈহৌরগদবা অস্নম নকশনবত্তা মথঙলকপা লংজা-থৌরাং অসিদগী নাম্বোক্লবা-নাম্বোক্লবগীদমক, রাবেপ তারে থাবিল তাইবং অসিবু থাদোক অসি কারদরিঙৈ থরায় থাবা নত্তনা লৈতররবনী হায়না অতোপ্প লম্বী।

অমুক্তস্না থনখিদবা রাথন লাক্লে চাকথেক ঙম্ব মৈশা চেনবা মশেক মঙানগা পুম্ন হকলোঙ্গনরম্নুনা ভসাদা পাংগদবা মথো পাংঙমদবশিঙনা কায়নৈ শী'গুপ শানা মশাগী নোংব-নোংব থুদোং, অদুগা পুন্সীবু মায়থুনহন লেম্ন পানা মাংহল্লি। 'থোনা য়াওদ-পত্তবা মতো মতো অহু নত্তনা করিনো হায়নাথি পুন্সী মথোয়চুবু লেম্ন-লেনহৌব তাইবং পুন্সীনা। রাবেপ ককহ মশানা অমুক। থাবিলনা ঙহাক লেপ্তুনা থল্লে কোংগায়নবা রাথন শঙঙু। কমদোবা করি ওইবা! ঈথো থৌরাঙ অশেঙবা পাংন, লংজবা মশক পুবা ঈরালনবা থৌরাং অসিদগী মশাবু কঞ্জ-কঞ্জনা থাম্ন-চেম্ন মীওইব পুন্সীবু মীবু ঙাক্ল শেম্ন পাল্লম্বদী মপোক অসিমা?

মবাক কৌদ নকলমদরবদী?

অনুম্ন হঙই রাহঙ। অদুগা পাওথুম্ন খুরক হাংদনা পীরহনা লৈ মশাগী মফমদা মশানা। ঈমুঙ অসিদা পুন্সীনা লেগ্রমদবা, মচু ওইরবা, মহৌশাগী মহৌশা লে'ল্লমগদবনী মশাগী পুন্সীনা। লৈত লাইরবদী থাঙপোক্ত লাকখিবরা অহুকৈ মতম তাঙকম অহুশিঙনা তাঙকৌ লৈব অথেংব অহৌদ মতাঞ্জবুংভো কৌবসিনা? লাকখিদে।

মোঙমতন্থু থোংদোইরকখিদবনী। অদুগা মতম তাঙকম অসিদনা অতুক তাইওন্নবা মতৌ নাম্ম তাহৌরবী পূন্সীন' মীয়াং-মীনিল তাদয়বা, অচৌকপা, হন্ডপোই তুংপাইনবা অহৌং খুনৌং সুপা ওইবা মঙ্গাঙবুংঙোগা অমুম অমুম মরকশনবা, থমোঙ্গী রানিঙ্গু থংঙমদা, তাইবং হকচাং কয়াং রানিঙ্গু থংদ চৌন্দা-পাওদা রারীননা লেপ্লিবা। পাংগৈ নত্তে থংন, থংন থংন, থংবদা নত্ত, শাংপু শাংলবদী লৈকোন্দ, লৈকোন্দুগী লৈ মওইরগনী থংলবদা লৈন শাংপগুম লৈকোম্দ, করি থোকই লেপ্লিবা মপূন্সনা পুঙশি হৌরীনরে থংলবা সুপা অসিগী মনাক্ত? মনাক্ত লেনবনা ওইরকই নোঙম-নোঙমগী, নোঙম-নোঙমগীবু নত্তরে, কুপ্প মীং-কুপ মীংকুপ খুদীং, নকশন চানশন অমত্ত ওইশল্লকলিবা অমুম অমুম। করিগী শীঙ্গরক্তবা মীংকী পিনা, মথৌনী কাওন-কাওনা অতুক কুইবা? খনখিবনী পিরাঙতনা, লেপ্প কোবা লৈতবা মমীংকি পি-রাঙতনা থমোঙ্গী লৈকং ওইনহন্জগনী কান্নন-শেংন নীংশী' খুদোলদ', অমুম হায়বা। খনখিবনি মমীং মীংলুগী পি তাইবং কনা মহ ক-থকীনো? ঙসীদী করিগী শীঙ্গরকপা পি? লৈনম্ম কনা হেঞ্জসঙ্গু, শারম থোকপা লমদম ওংন শাংঙুবদী তাইবং থোংন-খুংন লাক লাম্ম-থংন হেক লৈচন কোদ ওইন ফঙদা মাংন কেম্নবনী। নকহৈদবা মীনাক নকলু মিঙথৌ চৈরাক রাকঙ নত্ত অবা খুয়োনঙমনী। নকশন-থরমাল্লে অমুম, খল্লি থানিলন', ঈমুঙ অসিদা থবায়গী মিরেল লৈমুঙ চনথয়গুম করিনো থোঙন থাঙনা, বাথম্ম তাম্ম থক চংকে লৈপে ঙমলক্তবা, লাঙলকলিবা ঈতৌ অসি?

থোংলৈ, অমনা পুনবদগী লৈ কোঙ্গন-কোঙ্গনা লৈনৈ মুমীংন, থানা অভিয়াদা লৈরিরা থোরান মীচাক মপৈনা। লৈনৈ, চেংন থম্মে থোং-লৈচুগী থোংলৈ থোংচং থা তাম্ম তাম্মনা নক্কে মথোয় খুদীংগী মরী। ঙসীদু থোক্কী কোরৌন, থানা, থৌরাম থোংচং কাদ কায়নদ।। লৈনৈ

হোৎদবা তরাংবরা মরী অভিরাগা মালেমগা, চুপথংনি নৈবিনর, চিত-
থংনি ঊৈবিরুর তরং লবৌ কাওনা মালেমদগী ভিরানা। চুহরকই
মোৎহো চুরোবে পাওবুহরক ভিরাবা, ওকই মালেম। অহুগা অচেৎপ
মরী থা উকত শক কতলবী নৈপালনা চোৎপরে মরোল। নৈব নৈ-
রোম চোৎলরে। চোৎলরে মেরো। পুংনবৈ হাপুংন মোৎশোংন। অহুগা
শন্দোকলি মীওইবগী মীংরেত পতথৈ লাগতমদনা মুতশিবা শকম।
কমদৌবা অমুক মরী থুদীং নরুরকতৈ তাইবংগী অহুগা মালেমগী
শকম কয়াহুনা? শকম কয়াহুনী। থোকথরবশিতহুনী। নৈমুত-
চমবনা নীকপা, থৈন নীকলকপা, অহুপা মালেম নৈথক থাপ-বাত হাই,
নীংগংমাংগ চিত মালেম নৈনীরুবা শকম মাংবা অরাবা শকমহুনী।
শকমহুদা, খোংচৎ কাররকতৈ তাইবং মালেমগী অকারবা শকমহুদা
পাৎ কয়াবা ঊথক হৌরহুনী, চৌংথাও কয়ানা মতম কুইনা পুলীরক-
পগী মুতশিবা বারী কোংপায় পুরহুবা নীংথায়নাথিবহুনী, শকম মাং-
বনা চংথিবহুনী। মালেমা ভিরাদগী কবি মতেং কতথিবহুনী। মোত-
হুনদা ঊকত থোক মালেম নৈক.ক চংন থাংথিবহুনী। ঊনিন কোৗদা
চিতকতদা অভিরাবা, খোংচৎব কাররকতৈ তংনথরবা মরীদা নৈচৌল
থাতদা, মোতমত-মোতমেরদা চরম থৌপতবনা থাংথিবহুনী। অহুগা
মরী তংলকতৈ খোতচৎ কাররকতৈ মহুদনী নৈব পোর পোর তাক্তম
চাবদনা নৈমম চরথিবহু, হৈপালনা মপালতং শাগংলকতৈ হৈথোংদ
চাইন-চাইনা কেমথিবহু। তংনবা মরীনা, নরুবা মরী তমথৈ খেতনা,
ওথোক্ত তমথৈ খেতন-খেতনা লাগহনথিবা শকম কয়াহুনী।

মরী অসি থদংপা তাই।

থম্রে থাবিল। বাম্রেপ তারে। তাইবং ওইবা পুলী অসি মীথুং
কবা মাওদা নৈমুংনহনবগী মহৎ নরুবা মরী থদং, মপুম্নোইবরু থাপোর
পুন্দাবা লোমদরি কাওবা নৈবমপে তাইবং মাংদ মপুমোইবা নীংথীবী

তরঙ শক্তাঙ্কনা, থৰথৰে। উঝুঙ্‌তম লেপথৰে থমোঙ্ঈ। ঈহৃমনী ঈশীংগুম, লৈতৰে থমোঙ্ঈদা অয়েৎপ অমত্ত। তরঙ তরঙপে। শেয়ে। লৈৰে থানিলনা মথমোঙ্ঈনুঙ অনৌব থৌরাঙ শেম্‌-শাম্মা।

মতম অহৃদি ওস্থোক্ক তরঙ তরঙগনী লঙলীবসিদগী হেয়। লৈময়োই চয়েৎনবা মৈচাক অসি পুরবা রাখন কৌবদু অমত্ত। পোৎমুঙ চম্নমবী চেক্কা চা, পোৎথোং থাদোকপীরকপগুম নীং তমই হকচাং। রাখনগী অভিয়া তরঙ তরঙ লেপ্লি। অদুবু, ওই হেক কৈদগীনো ঈশীংদ তাবী মিরেলদা শোকলু থেঙলু ঈয়োক পুমগী পুম্নোংন অচুগা তারঘ তরুজবা শক্তমদ। ঈপোম য়াম্নবশিঙনা য়োন-থেঙনক্ক মশক ময়েক থোকহল্লদগুম, থল্লুতৈ শীঙ্করকই থানিল মীৎকী পি, ‘য়েৎকী-ওইগী লৈমিম্ববিবা ওম্নমকনি হেক কায়নরগনিকো।’ হৈবুমদগী তাবনী হৈগুং। কায়নবা হায়বসিতবু, অশাংপী লৈদগী শেংতংপনী লৈকা লৈকা। থাপ্নবনী। উয়োই কমাস্থ। তৈথোক্কনী থংহৈ, কাওই থমোঙ্ঈদা, তায়ে কায়না রাখন্দ মীৎকী পি। অদুবু তেমশীংনবা তৈথোক্কে ‘শীঙ্কজহোয়ো নবীংতম নথা থোক পি কোব নথোয় ঙসোদী’ থন। থানিল, কনা উদা মদোৎ কপশি। কায়ন-শেংনবা তায়ে ওয়থক।

কোয়ৌহনবনা। কদোগনি, মথৌ থৌশক থংথরবা হায়বদু ওইগনি। লৈথ-লৈথ হৌথিগনি। অদুগা মঙাম চাঙ্ঈথথিগনি, ঈংন ঈংন, মশেক্ক লোঙ্ঈথথিগনি, মতুঙ ইন, থৌগাই পু হুয়রনী লিয়রিবা নামিবগী চাঙথরবা পাৎ অসি শীম শীম, নোঙপোক ওংব চীংশাংদগীরা, মনীং ওংব চীংশাংদগীয়া, হৌরকক্ম থংদ। অচুগা নামিবলক্কুদা চৎথরবনী চায়বী মচীন'নাও ওইবী লৌশংবীগা কয়া কয়া থোংকাপ ছপ্প ছপ্প থাঙলছুনা। হকচীক লাঙথিবনী। হকচীক লাঙথিবা। মক্তনদী ওইথিবদো করি? অহৃক হয়াও ঙয়াম রারী রারী চৎথিববু।

লায়র-শেংব থৈচাক অমত্ত য়াওখিদবনু অচুপা কবি থৈবমো মোঙ-শংলকপী ঊনীং থৈবাই থেঙজপববীগুম হবাও-হবাও হক হক থেঙব-থেঙবা চৎ নোকবিয়খিবনু।

থাকুরা বামী হায়বসিনা মরোল কৌদ য়াওদা কবি তৌবা শ্রীঅনুপ প্রভুগী লাইশংদগী, থোংচৎ কয়াছুদা মথৌ ওইব-ওইনা য়েঙ-খিবনু ? থবখিবগুমতং তৌখি, থংবদী থংব, 'য়ুম অসিদা পুন্সী লেল্লবনী' হায়বা থল্লে হায়না। মচু নত্তবনু কবি থল্লমগনি মকমদা। অহুনু কবি মরু ওইখিদগুম কয়াদা তমংও তয়াওখিব মশানা। থাবিলনা ঊয়কই কায়নবগী য়াথন মরক, কবি মথী থৈনক্লদবা থাকুর বামীবুসু। মচীন য়াওবী চৈগন-তাংগজবী দোংবোবী হকংশয়বীবুসু। কবি থোকপা নোঙথোবনা হায়বা মুপান্থনা অচুক থৌরাম য়াওখিবমো হিংহোব হিহেন তুরেলগী ঈচেসহদ। কনা মত্তংলাও থেঙনরকখিবমো অশুক য়ম্বা। ওয়মক অসি পোকলকপা। মপুন্সী মত্তংলাওগীনী থল্লি থাবিলনা। ক ংবব। !! ওয়মক কায়নব ! অচুগী থৈচাক। কঙগদৌরিবা অসিমু, পুন্সী ওইবা মহাথংনী। পুন্সীনা মপাং শুনা থোংহৌরক্ত শাওলবা লম্বী অসি লাকনী লাক য়ানা-শৌন থোক্লবনী। পিদোঙরু মপুন্সীনা, মানি, পিদোঙরুবনা থেঙংহৈদব থেঙনখিবনী। থেঙনথরে পুন্সীনা মথো থোংচত্ত অবাবা কপা। ওসীদা, নত্তমালে মথোয় থুদোং। নত্তমালে। অত্তনবু উরিবনী শীহুরিবা পিরক-পিরক শীনবদা। মোঙলু-লক নাওলীরু ফুঈবদ নোঙলীকলক শীক্তকপী ঊচেক পাইখিগুম মজাঈবুংঙোগী শক্তমশিঙ শেংদ শেংদ হেক। উই থংদনা উরে। উরোই কমদৌ ওমগনি ? থাবিল মীৎ উইশল্লি।

শেম-শাই। কয়ারক শেমলে শারে।
থমোঈনা তয়াও তশোইরক্লে।
থাবিলচু তুমথরক্লে। থৈতে কনা নাক্ত।

কৈদগীদো করি লমদমসু ওইরগে ? থংদে। লৈপাবী হেক্তী-শিনবা শগুম শগুম, অমুক মশক মশাগী থংনবা পাথং কাংলুপ, থোকমীংথিবনা, ঈপং ঈপং পংনরকুনা কৌও ঈশৈ শকমিন্নরিবা। ঈশৈসু মরোল থংদে মুওশিনবা হকপদা, মরোল য়াওদবা ঈশৈদু অগুম থমোঈ হক্ক মুওশিবা।

মীংকপ থোরকই থাদিল। থংজদে মশাগী ভুমলুই। থব্রি মংশী লীথুল, থনথিবরা লৈশা পাথংগী রা ? থনথিবরা ? চেপ হীপই। মীংব তরু-তরুই পাংলিবা। মংলৈবাক হয়াওথিবগু কোকলমদগি লোকলি থমোঈদা। করিনো থানিলনা থম্মূনা লৈ, থম্মুদবা য়াথনম্ব মনংই মংলা। মংজইহেদে থনবনী হরাওবা কৌবা অমত। মীংকপ্ল খুবা থোরকপা কৈ। থব্রি, মীংকপ থোরকলমদগা করিনো হেদোঈ-হেগাবা মংহৈদবা মংলাম খুংপু ওইনা মংলম্বসু রাই। মংলম্নবদি থম্মুটৈ, হীপ্প হীপ্প তহা তহারকই থানিল। চমুক লোয়ে অহীং লৈবে তাওলো থেওনা। চীকথবে তাইবং। তিয়াস্থ মানেমসু। মীওইবনা কৈদ। উন য়ানা কৈদ। থংন থংন লৈন-পায়দবওয়ে। পুংরৈ পুংরৈ তাকলি পুংগী তাওকক কংলা পুংবনবনা। মহাক মতাম ভুমলমলোইদবা। থানিল মতম অসি লোরকাও তুব ঃকৌব লৈতে। চেপ চেপ মীং পাংলী। ভুমলী তমাইরি তব লৈতরি থোওমা কৌবগী চয়া।

লোশংবী অওকপা ওইথরে। করিনো চয়া তমদবদা তবাইথোক লেপলকলিবা অনৌব থানিলগী শকথংদবা মরাথন থনৌবনিদা। লোশং-বীবু থানিলনা কৌশল্লহুনা মহৌশা লমচৎ মগুবদা হায়থরে—

"হীপ্পরো ঈচৌন'নাও।"

মতম য়াংলি। মজাইখুংঙো লাকথিদরি তসীগী।

খুমদে। থব্রি। তাম।

"হীপ্পসি ঈচৌন'নাও।"

হৎকেপ থরি লৌশংবীনা য়াকয় কয়া। অদুবু খুমই তেম
"মতম চাবয়া ?"
"চারদ'দি" হায়ই য়াৎখৈগী মরোপ "থেংনে অহৌংসি।"
"থেংনে।" সিরনি শোনখিরম লৌশংবীম্ব।

তাবক্লে মতম-মতমবা বাথম চতলিকৈ শয়কসিদা অথেংব অহৌংগী
সুচশিং শাহম থাংথরিবা লাইশং চোংতাপোম-শাবগী শরীক মচাশিংবা
কবি কবিনো মরোল লোয়রহনা থীংনয়কই তম্মোক্লা মতু শোয় অচৌকপা
অহৌংগী মনাং থুগাই চৈথীরকখী কিগুম। মতু শোয়গনি শরীক
মচাশিংসিগুম, লৌশংবীনা খুদা হীপ হীপ তুমতমদনা থন্নুবা নৈ,
মতু শোনখবগনী। হমগেন্থ ভমদা, লাক্লগা চংলকদবস্ত নৈত। কাছুপ
থোংদী লোমথরে। হতনীংবনা থাংতমলক্তে থমোইদা। হতই লৌশংবীনা

"লেংলক্লরোইদরা মহ ইবুংঙোহুবু ?"
"লাক্লরোই" খুমই থাদিননা।
খুমখিবতনী। অমুক, য়াইহত তোঙ্গরকখনী। থংনৈ অনীমক। লাকনী
শোয়দনা। অহুপা লেপ্পগনী মহাইবুংঙোনা মতু শোয় ওম্বোক কুইনা।

"তসোদী কমদোবা লৌশংবী ?"
"হায়গী হায়তুমই" খুমনীংখিবদী চয়াবু তমদবদা নত্তে। সুমীৎ
খুদোং হাতদোকপা কাছুপ থোং থোংহাতলক্কব, কুইরেদা ইবেন, খাসনী।
অহুবু য়ায়াম তাংনীংদবগুম হতলু-হতলু সুমীৎ খুদোং পাতথুমই অরুমতা
লৌশংবীনা। লৌশংবীনা খুমই "কবি ইনবা চত্তবা লোকচুত তাবা
সুতকাওনী সুপী খসি ইবেন। চাদে। থক্কে।"

"চাদে থক্কে চাদে থক্কে" হকশেলবীনা হায় "অহুনা তইবা
য়াইবেরা ? চংনু মথোয়দী মতং-মযায়বী হায়বহ থোকই মথমোইদা
কবি নৈব থংদোকই চপ্প-তেতনা। মপুক বা অহুক হতদোকই।

চাক হায়বচুদু পুন্সী হায়বা অসিদা চাবা কৌবা ঙৈথবোই হায়বীরবা ?"

"হওদে" লৌশংবীনা ওয়মক হেক হেক থংই অহুবু করি থংব ওমদবী শাবে মতাওনা ফাওকম "হওদেনে ঙৈবেদ। থংব ওমদে করি লৈবদো অরোমবা মপুক য়া। চয়া তমসি হওদুই—"

"করি হায়বা ?"

'থুমই হেক অহানবদা চয়া তাদ্রে। চারে চাক" লৌশংবীনা থুমই "চাকপুক পুথাক মযাংদ থম চাদরি উৎলবস্নু ওমই মানা ঐবুদী।"

"করি হায়বা ?"

"চারোই, অসিনি" লৌশংবীনা "করি ওথগনি অসিদবু ?"

অনৌব, শাকবা, হায়ন-তাম্ন য়ারকঙৈগী পাও অমত্ত তাবা কওদে। কওলয়োই থংলবনী নক্ক লেনবী মনুও-মপান তুনা উবা ওস্নী লৌশং-বীদা। পেঙ্ক পোক্ক লেম্নবনী থমোঙ্গদা অকিবা শকওং। চৎথরগনী চিওনরবনী। চৎথরগনী চিওনরবনী য়ুম অসিবু থাদোক্নুনা। অচুপা কৈদা। মচুদি থংদে লৌশংবীস্নু। কৈদবু চৎকনি সুপী অসিমা। মতা চাথীথোরদা। নওরগা মতৈ মোইরাঙ কৌ।হুগী নাক্ত। থলি মওল মওল। ওম্নমক্ত থাকবা ওমদে লৌশংবী। অহুবু অসিম-তংদী লেপ্ন থাজহুনা লৈ, কুইররোই সুপী অসি য়ুম অসিদা।—

কয়ামক লৌরমগনি শক্তম নীংব কায়বা। লাঙ্গ-লাঙ্গগা 'লাক-লিয়ে' শাহম পীরম-পীরমগা মতু শোয়-শোয় অরোনবা কাতুপ থোং য়াওমদগী মদোর হন-হন্নুনা চংখিবা সুমীৎ মশী' য়ামলক্রে। লৌশংবী-না য়াওব তোঙ্গ হৌপওমখিদবনা, অমুক্তওদা হাওগে কাতুপ থোং অরোইরবু ওইরবসু শকথেওনহনবগে হন্নক্তদি থম অহৌং থোংহাওদবা [illegible] থম্নুনতা লেপ্লরনী। অহুবু ওমদে। থয়োই অতক কনবী [illegible] হায়বা 'নিপী থমোইগী পন কননবিনগায় মথবি ? ওয়না লৈ।

লাকলে। তারে অহৌং অসিদা শাহুম॥
লৌশংবীমা! মাওম লেপ তায় শাহুম।
মহাক লাক্লে॥
হকচাংগী মীংল চেক্‌লেংবৈ, উই থমোইগী মীংরেওনা তরু তরু।
শাহুম, চেকশন তানা তানা শাহুম ওকপি থাবিলনা।
থক্লে থংহৌদনা থমোইদা মদোম—

ওইরগনি পুন্সী অসিগী অরোইবা। অদুগা লাকপি লোইরবোইদবা শকুম পূর-পুরক্নুনা অহৌং কন্না অসি অহাংব পুন্সীগী মুপা অসিনা। মপুন্সী অহাংব অসিনা অয়েংপ পীথিদবনী ওসীকাওবদা ইপুন্সী অসিগী মফমদা। অদুবু থাপকে থনথরে পুন্সীনা। থনথরে, লেপ্র থনথরে । মতুরবদী কবি থম্ম লেনগনি। কবি নৈ নক্লী তাই? নৈতে।

থাম্নবদদী লেপই অদুম। অদুবু শকথংদবা ঈথৈ হায়বদুনা। অরোইবা ওইরগনী থম্বক্তৈ ঈথৈ শকপা পি শীম্বকই থাবিলগী মীংলু নাক্ক-ম্নেংত। শকম উদুনা নৈরবদা থমোইনা ‘উনীংই’ অমুক মথনবা করিনো? রাথনগী নত্তবা। মায়ওক্লবা শকুম। কম্নি মরী থানহৈদবা নৈ মশক শকমবু উনীংলকপা। মরী কৌবা নৈতে হায়থরবদাই কন্নাবক। হায়খিবদা নত্তে নৈতবনী। অদুগা অরোইবা মতমগী তাওকমনী থন অমুক মরী করি নৈতবা মশকপু উনাংলকপা। থাজরক্তে থাবিল মরম নৈতে হায়বা অমুক। নৈরে মরী মশক উদনা। থোংহাঙলগে থলকপা করিগী। ওইখিদবনী হাঙবদী। চৎথরসনু। হনথরসনু। ওই-থরসনু মশক শকুম ওইগদবদুদা

অদুগা, অন্নম্বক চৎপ কৌবা নৈতবা॥
চৎপ নৈতরি অহীংন থেংবদা মজাঙবুংঙোহ্‌।
করি শাওদমলিবা চৎপ কৌবা নৈতে তাকলিবা শাহুম’সিদা?

কবি হায়বী অসি মতম্না
'হায়বো ঙসী অহীংসিদা কবিগী শীঙ্‌ববো হীগ্ন হীগ্ন পি'হু ?'
অহুদগীদী কোংদোকলিবসিবা মথমোইগী বা ওয়্রকসি—

ঐগী পুন্সী পোৎথাকম কৌবা থংদ, থাংলক লেন্নকলবনী। থংদবা, মহাক্তমা পোৎথাকম থংদরবা ঐগী থমোই অসিগী নাইতোম হায়বদু তাবা লৈরিবা অমত্ত ঙায়রবা পোৎথাকম হায়বা। থংকম থোকই থান্নি, অহুদু উদ-থংদ মতৌ লেন্নি নহান্ন। থংই ওইরোই মপোক অসিদা অহবু, য়েত্তউ বারী ঐন লাইশ্নেলক্ত মপাং থিবি উচেক হায়বহ ওইথহুনা। হন্সৌক্তী ঐহাক মথাকপু ওইনা লেনতমলক্তরে শুথগী তেন-থরবা মীংকী মীংকুপ অমত্তম্ন। ঐহাকী মশক মচু থোক্তরবা লন, থুম, ময়ক অরেম্বনী থান্নি ঐন মহাক থাওদরবদা। ঈশাগী অতা-মুত্তাই থূদোংদগী, মীংব কায়বদগী, হন্নাওবদগী চয়মক্তগী থাম্নৈথরবনী ঙসী ঐগী লন থুম। মথোয়শিংনা শীবীরবা লৈত্তে কবি কায় তোঙনবা পাওতাক, মপোক অসিগী পাওতাক অমত্ত ঐগী ঊকমদা। মহাক থাওদববা—, মংলান্নি। মথোয় থূদোং মংলান্নি। মথোয় থূদোং মংলান্নী ঊকমদা।

অসি য়োয়বনী মতৌ অসি।
অহুপা থমোইনা কমদোৌবিবা। থংদে। তমীন্নীথমিতবী।
কবা থংখি উখিনী নূন্ন-থূন্ন লেপ্পী মতাইবুংতো।
হুমথরবা ওনীন্ন, তারি থোংগী থাওমদা।
শাহমদা থংই থান্নিলনা, থোংলেপ্পরি হন্সাক কাওবা।
শক্তম, উই মীংত। অহুপা শক্তম হায়রি—

মুত্তশিবগী পোৎন্নুম পুরি ঐন। পোৎলুম অসি পুরি ঐন লংকন্নই থংই, লংজরি হন্সীকন্ন, অহনবু পুরি পোৎলুম অসি। তাইবংগী চৈরাক চৈরাক্ত, নীংহন্নগনী থন্দয়ে। পোৎন্নুম অসি। ঐগী পোৎন্নুম অসি। থোত্তপংথিবদগী অমুক পোৎথাওমদনা লুন্নবা, শাগৎ-হৈদনা শাগৎন্নুবা মুত্তশিবা শক্তম অমগী হন্ন দুম পোৎন্নুমনী। মমম অসিনা ঐগী থবায়না,

থমোঙৈনা, তন্নংদসু মালংদসু লৈথকসু লৈথাদসু ওইসনু মকম থুনীং লৈন্নিবমথৈদো অমুক থাগদবা লৈতরে। চৈনা। অন্নমক পুন্না লৈ-রগনী ঐ। অদুগা মীহাৎপ থৎপুনা ঈওক-ওকরুগে তেমশীংবরহুনসু মৈচাক অসিদো লোঙৈনগনী হকচাং শীনবদা থমোঙৈদা রাথদ অদুগা শিম্নরমগনী ঈওক অসি অমুক অয়েৎ-অরারুরমদবা। চিওবা কৌবা রাওদনা।

পাওদম নত্তে রাহৈশিতসি তাইথংনবা মচীন্ন, থমোঈ।
থংই থানিল অহুবু, হেক পাওদমলগুম তুজুওই হকচাং।
চৎপ কৌবা লৈতবা শাহুম অসিনা। তাহ'ন্ন ওমমকসি।
কুইরবগী তুও।

চৎথন্নমন্নে। থোংথাওগী শাহুম তাই লৌশংবীনা।
লৌশংবৌদো তাবতনি উই থানিলদো চৎথিবহু পেহৌরকওৈ শকমদা।
করে চৎথিবসিনা, থলহৌই থানিল, চৎথিসনু। অদুগা শীরমসনু মৈচাক কোংগায়, কোংগায় কোংগায় ঈকমসিদা।
হজীঙৌ তাথিদরে শাহুম।
চীক্কে অহৌং মহৌশা।
শাহুম তাদরগা শোংথহৌই মন্নাহৈদো।
হায়রী অচৌকপা অহৌংসিদা।

য়েংলম্নোই থক। মৈচাক মৈপু-মৈপুমনা, হায়রমগনী থাংমাদা ঈওক শীহুনা সুওশিবা শকম অমা লৈত-লৈত শাগৎলুবগী শীকমবা ঈযাল শীরো। ককুবা ঈওক, চেস্থরকনী লোম্নোক্তবা মরাল লৈজদবা ঈশী মপৈ। ওম ওইসনু মথোম্ননা তৈথোক-চামথোকপা শাহৈদবা শাগৎলুবা হুওশিবগী শকম অমি।

## ভরাতরেৎ শুবা

করি ওইবা লৈমাবা লালকম মায়দা মীৎতাংলক্লগা? করি ওইবা পুংবানবী চেক্লা শাখপ তুকাওমিন্নরিবৈ শাইরোং মক চাবদা? করি তৌই শেল্লুনী পীকচত্তবী মচা, থরায় য়াওদরবদা উমঙগী অযোম ওইবী চানৌবা শজৌবা? থমোঙ্গদা অরাবগী মমিবা শন্নকটৈ, মীৎয়েঙগী মঙাল করি ওইবগে মাওইবগী মীৎত? লাওলমন্থু কোয়ৌন মপোক-টৈগী মনাংনি, করি তৌনি মশেক্ল-মঙায়, থমোঙ্গনা অবা ঈথুম্নবদা। মঙাঈবুংঙোগী হকচাং শোকলম্মী।

থেংথ্রবা অহীং অমদগী অঙনবা অয়ুক অমফাওবা ময়াথনগী মথোং থোংখাওনা খাওলক্লনা চৎলি মকম থংমবা, লৈতাদবা থোংচৎকী লমমমদা। লৈরিবা চারিবা, মনাই মশন ওঙ্গমক্ল, মনা কোম্নুও মন্থুওনবশিওনা অথুগা খুঙ্গা মপামবা খুদোংন, খুদোংমক্ল মকমদগী লাম-থরবোই নৌংলকই থমোঙ্গদা। লামথরগনা কদোম! খল্লি থমোঙ্গদা, লামথ্রনতা লাক্লবদা অমুক কৈদবু লামগদবা? য়াথম্ম, তাইবং অমত্ত মৎখিদবে। তাইবং কৌবা মাথু কয়া তবা হৌনবগে? থংদে। অথুবু তাইবং হায়বনু অমত্তদী নৎলত্তবে মঙাঈবুংঙোগী মকমদা। অওক তেনবা মত্তমদবু! তেনথ্রবা মতম অসিদনী অমত্ত ওইরবা তাইবংগ, মকমদা, তাইবংগ মশীং শীংয়াম্লরকইবা। মায়থোংগী পাল্লবা হুহু কাহৎলকালবা। মতম তেনথরবা অসিদনি থিওলম্ব লাইবকী উখায়রা মখুই-মখুইরক্লবা।

"শকয়েঙ মিওশেল পুখবো চৎলু" লঙখি মোঙমমা মনাইদা "করি থোকই য়েঙলুমিবা?"

অথুবু, মরম থংগ থংগ থংদেবঙমখি মনাই অচামবনা। তেনথরবা

মতম অসিদনী থিংনব উনশানা অশুক থোকপা থোক্ন মথুই মথুইমকপা ।
মখোৎ, মাক্ল-মেংখন, মতৌক্ন মনাইনা মপোকচৈনরক্লনমু. তেনখরব ।
মতম অসিদনী, অশিবা নোঙশাগী ঈশক্তনবা মীৎকুমলকলিবসি ।
মবেক মহাওনরম্ব চীবাম লৈহাও চিঙখৎতনবা লেপকঙলবা উপাবী
মকুশুম কুমাঙপান হৃরকলিবা। তেনখরবা মতম অসিদনী হকচাংখ,
মশক শক্তম অচুগা থমোঙ্গনমু বাখনন্ত ঙমমক্ল, মায়থীরবা, নীংহন-
লালওং কোঙন-থৈন লাঙ্গেনখরব লালমী খুৎপুবা থাদোকলম্নবা
লেমজহৌরবা লালবন কহা মাংবহূগী অহাংব মশক শক্তম পুরহনা
অশুক লম রৌন নীংব কাম্নকলিবা।

অহানবা অহীংদ কমদোবা ॥
থঙবখিবদনা কমদোখিবা ॥
অহীং কম্না অসিনা কমদোরকলিবা ।!

অহানবা অহীংবা থিঙলমখি হাঙদোকখিবা মহৌশাগী কাতুপ থোঙনা
চেজেৎ। মপা শোক্ল, পাম্মোম কৈফবম্বনা লাইকমফাওবা ফঙহনখরবা
মামী কমানা অচীকপা অহীং কম্নাথমোঙ্গ ফিজেৎমিম্নমা লেবমীমখরবা
মজাঙ্গবুংঙোবু অহানবা ওইনা চংজকম পীখিদবনী থোংখিঙননা।
অমোইবা মারেপকি অহৌবা থোংথাঙ ওইনা, ওইনা নত্তে, ওইখরবনী
অহানবা থোংথাঙ ওইনা মাথন অরেপ্পগী লীচৌং থাদা মকা-কাতুপকী
থোঙ লোনখরবনী থানিলনা। অহীংগী অচীকপদা, সুঙলীংন হৃথদা,
থৌমামশিঙনা ঙথংনখিবদা, অতিমাগী মথাদা কম্না কুইবা অমুক লেপ
থোংহাঙলক্তনী থাজনা থোংলেপ্পখরবনী মজাঙ্গবুংঙোনা।

মামক চেংথরবোই থনখিবা অহীং'অহু থোংহম্নরকখিবনী মজা-
ঙ্গবুংঙো চংজকম থংদ। অহীং॥ মীৎকুপ কোবা॥:তানখরবা মতমগী
তাঙপম অমত্তমু তুমঙমদা লেনখরবনী হৌখরবনী। লমশক থিংদবা
লৈবাক্ত, থোজেন ফবী অমগী শৈহেক্লা হীক্লবদা থমোঙ্গনা মমোপ্

থংগ পিরাং শিন্থবদা লৈবত্রবী অহৌংত্রু। তমথৈ হান্নবা লৈতবরা ঙৈপাক তুজুঙনকবদা। মদোম মৈচাক থাংনা হিহোন কোঙ্গৈরবত্রবী অহুগা লোঙতৈগে বোঙহোৎরক, মাম্নৈক থূদৌং তুরু মথনা কুপলক, হিমাম লৈকম থংখিদববা, থবোঙৈনা কিমনশরু তুগোগখিবা অহৌং অত্রবী।

চৌম মপাম থোকদবা থৌনা লৈত, কুম্ফতনা লেনথরবদী অহৌং কয়া অময়ু। তসৌগী অহৌংসু ওইরি লেনকম থংদবা অহৌংগী মশক অত্রু লেংদ-হাইদা

মতৌ অসিনা করি ?

করি ওইরি, থরি মনাই অচানবনা, থৌমাংগী পাগদী মথৈম থূমাং চাওশনবদরি। মায়না পাকপগী মমীনী। থংই করি ওইগনি। তমমক থংলে। লৌশংবোদা হঙই অচানবনা—

“করম থৌদোক থোকলে ঙৈবেম ?”

“এঙাঙ্গৈবুংতোব্ কমদোরিবগে তাদা অচানবা ?” হঙই লৌশংবীনা পাওথুমদী পীদা “অমুক্ত হানথো পাওদম অত্রু। ফুইরে অমুক হুতথিদ হুমিদাও, শক্ত অমুক্ত উদবা ?”

“হঙলিবনী রাবনা” মনাই অচানবনা হায়—“করি য়াবী মতাবা ঙৈবেম মথোয় ! নবুংদী তমকম থংদে, হাওকম থংদে অশুক তোঙৈনা য়ুরাওবা তৌখিদরি অমুক্ত।”

“য়ুরাও তোঙৈরমগনি” লোম্নোকখি লৌশংবীনা।

“করি লৈবা—” তাগোৎরত্রুনা অচানবনা “করি লৈবা মরম ?”

থুমদে লৌশংবী।

য়েঙই অচানবনা লৌশংবীদা ‘লোৎক্লু লোৎক্লু থংলবদা’ হায় থবোঙৈদা অচানবনা।

থংই হন্নক মমক থাবিদ কোবীনা মহোশা মনাৎ থুগায়, লমচৎ-শাজৎ তমমক হোতবা পুকচেল লাকখিবা নত্তনা ওইকম লৈ করি ?

চমককসি থংথরবনী। অহুম। হাম্বিবনী হেক হেক
"পোংথাবীসি মজাঙ্গীবুংঙো— ?"
"পোংথাক্লচো কৈদনো 'যাম্ব"
থম'ঙম 'করি মতৌনো।' ওকপ মতৌদ। হায়—
"চহোকনু মপোংথাবীনু।"

"থাথংমপ্পবা 'যাম্ব—" মজাঙ্গীবুংঙো 'লোৎঙমদবে' মতৌ পুনা
থাথম্ব হকচাং নম্লহুনা হায়—"অহুক থাথংদবা করিনো ? হায়রু—
চংজকম কৈনতববশিংগী মরমচংঙু কমদৌবা ?"

হঙই।

থুমদে।

"ওইরবনী ঐ " মথা তারকই "অহীং কয়া অসি শকউবা
কৈরক্তে। মীৎয়েংগী মীৎয়েংকম থোংকম থুদোং যেনথরে, অহুপা
অমমগী মরক্ত চংজকম কৈনত লেপ্লকলিবসি উকম থোকই নংঙু।"

মথা কৌবা তাথিদরে। থনথরে থমোঙ্গীদা য়াম্বী অসি লীমপা
করি ওইনি তোঙঙ্গবা। কৈংত। তাইবং। য়াংথপকী য়ারেপ চাক্লী।
তারম্লগনী থংই মৌওইবী থমোঙ্গীনা অচেৎপ য়ারেপ অনৌব অমা।
মজাঙ্গীবুংঙোনা কৈদনো উরকই কৈথিদরবা থানিলগী মপুংয়োইবা অচৌগী
শক্তম। উরকই। হিংঙলিকৈদনু, যাঙ্গাংথিনবা মংচৌগী মথক্ল মতৌন
লীথরমনী লীকৈদবা য়াম্বী কয়া। অহুক থুবা থোংকৈদদ, করি মতৌ
পুরক্তুনা চাম্বীগী মপুংয়োইবা মহক'ওবু থারক্লন লোইরমদাই মপুংগী
মরুপ ওইসি থুজীনথিবনো। থংথি মরম থুদোং মজাঙ্গীবুংঙোনা।
অহুবু অপাম সুংশিবগী ময়ারনা থুমথিবা হায়মহু ওইথিনাল্লে থমোঙ্গী
শোকপা থুজীক্লী থংথি-থংথি, মজাঙ্গীবুংঙোগী থমোঙ্গী অবাবদী পোক্ত
হমাওবনা থুমথিবহু। মতৌঙ নীংশী লক পংথয়েদা থম্লকই হকীক্ত।
অচৌবু উরকই, থবোঙ্গী চাওবা মীশক্লী, থংব থংব কাওকবা, কাওরবই

ওসোদা মতাম। অমোগী মরী শিনাইদবনী থংলকই থংথরবদা হায়না থংখিদবগুম হুকোক। মতুমতুনা শিন্নরগনী শিন্নকম চাম থম মহাকী মকমদা। অদুগা, অনুম লেনকম থংহনবা পুগী অসিবু লেনহনবা, লংজবগী মশক্কী থম্বকই মজাঙ্গৈবুংঙো। মচম্মী-মচানী থম হিণ্ডথিম্নবদী কমদৌবা? মত্তোমতা হণ্ডলকই। ওসোত্তুদা হণ্ডলকই। ওমগদবা থযোঙ্গ নংবু, হণ্ডই, মদোম, খুনই, মদোম, চেংথবা তেমশী'নী ওম্লোই কৈ:দৌহুণ্ড—। অদুগা বাই মজাঙ্গৈবুংঙোনা মশাগী বাহণ্ডদমু, অমুক মশাগী পাণ্ডখুমদমু—।

অদুনা কনা য়াওদনা মথুংমক্ক হৈন হৈন যুমাণ্ডই।

থযোঙ্গ, চংথবো বায়েন অচুম!

করি! থাকুরা বামীনা হায়খিবনু?

বায়ী করিনে', থোকথবা অমা শাগে থম মতম অশংব ওহাক লাকশিবা মনাই অচানবনা মথোং থাওন-থাওনা থংনীং নীংশংলকই বোণ্ডমা থাকুর বামীনা মশক শকক্কম ওম্নমক মাংথরবা মীশক হায়বত্তু ওইরত্তুনা হায়খিবত্তু—

"দাস শ্রীঅনুপ প্রভু অসিগী থল্লুবদা লৈতাদে।"

"করি থোকলে থাকুরা?" থংদবনা হণ্ডখি।

"মপু লৈতবা লাইগা করি থেম্নরক্কবা অসি ঐহাক য়েত্তবা ওমদে।"

তশেণ্ডবনী। লাই অসি মপু লিণ্ডদবা, খুত্তম য়াওদবা লাইগা চাণ্ড-থেম্নরক্করে। অদুগা থাকুর বামি, মচৌশাণ্ডম হয়াও হয়াও লৈব উদবে। হয়াও-মুণ্ডত্তাইবা পক্কনা মহাক্ক মকম অসিদা কয়াম্বদি কুইনা লৈগনি। বাশক অহু মপুং কাবা পাংথোযপা কাওবদং মহাক্ক মকম অসিদা লৈরব-দী, অমুবনা চংন চংন থল্লি, মত্তু ওইরবদী, মহাক্ক অশাম্বতা তৌহুনাঈমুত্ত অসিদা মপুঙ্গী লেন্নবা য়াগনী। চংথিগদবা মকম, মকম অত্তুদা উবা ওমদে মীংত অহবু থংবদিথংলে, থযোঙ্গদা থাজবা পোক্লে যুম অসিবু থাথোক্কুনা থাকুর বামি চংথিবা প্যায়ে কৈদদনা। অমুক অসিদা মতম চাদবা ওাক

ওইনা থোকই। লৌশংবীনা মনাই অচানবা উবদা থমোজিদা হত্তই করি মতৌনো তাদা অচানবা অসে ?' অচানবদু বাখন থম থম চংলম্বগী অমুক্তা লাইনুও চল্লবা হৈকং-লৈকং শরক তম্ম পুরক্তুবা হল্লকলিবী লৌশংবীবু উরকপদা যেতলদুনা তাম্ম থল্লি, করেদা লৌশংবী হায়বাসিদা বাবী থবক্তুম শাগে—। চংশিল্ল।

কাইবেল থাগী মুত্তশীং চেনবা অমুক্তী। কুমৌ পাওজেনব। শাহম চাওবা মুত্তশীংব মকা কোত্তন-কোত্তনা, লমদম খোম্ম-খোম্ম শীংকুমই। অপাবা কিজোলশিত্তবা হাইবৈ হুমৈ. হেম্বাংই, মীচং হায়বদু হেক ওই-রহুনা। অহাংব পাংখায়দা উচেকী থোজেন তাবহু মুত্তশিদনত্তাই করি লৈবা। অশত্তবা মোড্রশোংলক্ত. অপীকপা উচেকশিত্তনা লোংব লোংব অমাত্ত কৈরোই শামজবু কৈদ মেত্তবীংদনীত্তাই ওইবা। অমুবনা হায়—

"ঈবেম্ম লৌশংবী।"
"তাদা অচানবা"
লেপৈ অবীমক।"

তাইবং অসিদা থোকলি-লাত্তলিবা থৌদোক-খ্রাথোক্ক কয়াদা যামথম্বব। অক্তুগা পাওদমপদবা চীম্ম তম্বগী অম'মমত্ত হেক ওইবা মী-ওইবাগী। ত্তেনখম্বব। পুংফম থম্বদা, পুংকমবু শংলোইদৌরি থোংথাত্ত থরত্তত্তগী মত্তমনি অমুবনা লৌশংবীগা মকুপ পু মতাই পু বাবীনবগী কত্তগদৌরিবগী মত্তম অসি। কনাবো অশেত্তবা, তাত্তদাত্তবা মশক শক্তমদী থংদমবম্ম লাক্লে চৈত্তনা মপাত্তগল ওইরবী হমুবী অম ঈচৌক চৌক্লথা অমুক পাংখায় তাবা বাবীনা কোংগায় পাক্লনা -লৈমবা ঈমুত্ত থসিদা মায়না মাওব চুম্মহনা। কনাবো ॥ কনাবো হায়বত্তং হক্ত-দম্মগা থমোজিদা, অমুবনা লৌশংবীনা—

"থাম্বিল" অমুবনা চৌনখোক্লনা হায় "ঈবেম্ম থানিলবু থমোইদা কই যদি তাবা নপাও শেংটা ঈবুংঙো।"

কদিদো অচানবনা অঙাং নুরা-চেংব হওবগী?
থম্মি থমোইদা অহুপা য়াওয়াগে থরক খুদই
"ঈয়ুং অসি মতৌ অমা তৌথরে তাদা অচানবা।"
"মতৌ অমা তৌরে, অছুম থম্মি ঐদ।"
তানীংলীবগী থানিলগী বাখী।
ঈয়ুং অসিগী মতে।

হকশেল্লবীবু মখিত মিতয়ন হেক হওলকপদতা লৌশংখোনাম্ব থমোই-দা কাওই তাক্লবা য়াওদনা 'হল্লবী অসি মেরা হায়বদুবু মতুবরা?' অছুবু মথক খংবদা লৈখিদে অমুক্ত অদুবা থবা চৌনম্বাংবা মহৌশা ওইরবনা লৌশংবীনা—

"ঈবেম্মবু"

"ঈবেম্ম" হল্লবীনা শকাক্লদনা খুমই "ঐহাক মকাইবুংতোবু অমুক্ত উবগে পাকপবী—"

"ঈবেম মেরা—"

"কমম খংই। থাম্বি মবেম মেরানী" যুম য়েতই।

মীংয়েত অহুনা ওখোক্ল যুম য়েতখরে। য়েতলিবগী মরমস্ শক-থংদে অসিনি। যুম অসিদা যুমশেন-হকশেল্লবী ওইরবীনা কমম থংলি-বনো হায়রবসিনি মহ্ মতমগা, তসী লাকনী মেরা হায়বা অম! কনা-মবু হায়রবনো অসীনি। তম্মক খংই বাকম শেংদোকপা অমা লৈরমদনা লৌশংবীনা চংলকই থাম্বিলগী কাঙুপ তম পুশল্লনা। মহ থাকুম থামোংগা লাইশং মাক্ত লেপ লেপ য়াবী শাবীবা অমুবনা য়াবীদা থাবন ঈ চং চংশিন য়েতল্লনা লৈ তাম।

ওইরবগনি কনাগুম্বী অহল ওইরবী খুম্ব্রাসুবী অমা। অম্মুর থবখদা লেপথরে মীৎয়েংগুম্ব অহুগা রাথবস্থ, অমুবনা থাকুর বামোন্দা ওবশঙ্গুনা রান্নী যথা ভারকই—

"কবে থাকুরা য়েগুবা মঙ্গাবরে—"

"কবিরনো !! য়েগুবা ভাবনা ?"

হৌখিবা রাবী পরীংগ কৈনগুম থোকই লাইবানবা থাকুর বামোনগী মাকোগুদা। অহনা হায়—

"কবি অমুক য়েগুবা ভাই দাস ?"

য়েগুবা ভাই। হায়খরে। চীয় থোক্ক হায়খরে। মরী লৈনদবা থযোঙীগী বা মপানগী ওইবা রাম্নী পবিংদ। অমুবা রাথন থগুদা ভারকই য়েগুবা ভাবীবনা, মপুন্দী বাঙ্গৈভোমবা অসিনা কয়ম থোঁক্লবা হায়বহুনী মরমদী থাবিল হায়বী মপুরোইবা নোংথী মৌ বহা অসিনা লেপথরে থযোঙ্গৈনা থারগে হায়না গুম্মকী মরী অহনা কিজোনগী মপৈ খৈথাথরে। খৈথাথরে। অগোমচা হায়বা যুমগোইবা মথোং ছকচদবা মীনাই অসিনা। লেপথরে। লেপথরে শকথেঙ্গেররোই হায়না অহনা কাতুপ থোগুহাগু, থোগুহাগু থোগুহাগু বাইদনা হৌহল্লক্লে অহোং কয়া অসি। অহুগা খৈচাক থাংবু, থাংব থাংব লেংলি মপুন্দী অসিনা।

অমুবনা খুমই—

"ঐ রাথন কয়া অমা থনথরে থাকুরা ঈয়ুং অসিগী। ঐবু য়োকপীরকপা য়োকপীরকপী যুস্থুরেনবা যুস্থুরেনবী মথোয়না লাই ওই-খিৈবগী ঈভং ভংবরেদো সনা কোস্নুগা মরী।"

"ভংনরে।" থন্দুনা লৈরম্মবনী মতৌ পুই বামীনা "ভংথরে।"

"অহুগা ঈচীক চীক্লে শক্তম খুদোংমকসি"

"চীক্লে" থাকুর বামী লাইবানবনা 'হকৌক্তী ঐবু কোংদোক্লপে

তারো' মতৌ পুরদুনা থমোঈ য়াওরকই বাম্নীদা "অচানবা, ঐহাকন্থ কোম্মুঙদা থাকুরশিঙগা লেম্নুসিন্না থম্লে থমোঈদা—। অদুবু প্রভু অসিগী সেবা, মহুগীদমক লৈবনী অম্তম।"

মহুমদি হায়গনু থাকুরা, হায় তানা তানা থমোঈদা পাথৎচনা, থমোঈদা মিহৌজবনা অদুগা চৎথরবদী মীচং লৈতরে মতৌ পুরদুনা অমুবনা, মহুমদি হায়গনু হে লাইবানবা থাকুর। নমদম তাম্বদা ভাইরি অপোকপী ঐগী ঈমান। চাক্রবা মথমোঈ অমা হকচেম্নদুনা। হিঙগোল, য়ুম, লল, থুম, ওয়মকসি, করি ওইদবে থল্লিবা, নমাংদ ঈচু শোয় লেপলিবা, মাঙলে ঈস্থোকলিবা ঐগীনী। নংন নপি তানা তানা থোগল লাঙলিবা অচংব লাই অহুগী অশেঙবা খুভম য়াগদবা মীশক অদুনী ঐ। ঙাশক অসিনা মতোল লোমলক, লৈথো নশাগী নরলনী থম্ন ঐগী ঈনাক্ত।

অমুবনা হায়—

"অদুক য়োন হক্ল-তেম্নদি তামথরগে থনবীকদে থাকুরা। ঈপু-ঈনাই ঐথোয় মরাইবক তেলহৌরবা মুপা অসিবু য়েঙশন-খোমজন-মিন্ন হিঙগোল অসি কোইখিন্নখিসি। লাইকম অসি কনাগী খুত্তবু তাহৌগনি থাকুরা নংগী নখুত্ত নত্তনা।"

খুমদে তুপ্নগী পাওখুন অনত্ত।

তাহৌবদী মত্তাবনী ঈথুত্ত, থল্লি থমোঈদা।

য়ায় কুইন কমমিন্নখিবদুদা শামিন্নখিবা বাবী কোংগায় অদু করিস্তুবু মচাক য়াওরক্তনা থোক্লে থানিলদা। বাবী শাজনীংবগী অরোইবা লৈরক্তবোই থল্লকই থমোঈদা। লাকলিবগী মরমস্থ থংলে কম্মিরদুনা শারে শানীংখিবা কোংগায়গী বাবীস্থ, অদুবু মেম্না কোবী হনুবী অসিনা মজাঈবুংঙোগী কাতুত্ত চংথরগনী থম্নকৈ বাবী লোইদবগুম

পোকসকই 'ঙাইখো ঈবেন' হায়না খাম্নীংবা। খামলুরগা করি ॥ থংদরে অহুদী। অতুম কমথিমবা, অতুম কমথিমহুনা মরিবহু। অচনদি বাকমগী মরম কৈদগী ওইগনী অহুনা থাদিলনা ভুমাংব য়েঙ-হৌই মেরা হন্নুবীনা হক:পম্বীগা লে'ঈনবহুনা মজাঈবুংঙোগী কাহুপ্ত চংখিবহু। মহাক অমুক হন্নুনা চংখিগনি, অহুগা চংলমদাইহুদা অমুক চংলক ভাকলম্‌খিগনি।

অচানবা, অশেঙবা থমোঈদা থুক লাওবা কাওই মতৌ মতৌশিঙহু উবদা। মতম কুইনী মতুং, করি করম থ:মোঈগী অবৌবা পাওখাঙ-পুরহুনা লাকলিববো হন্নুথবনী অসিবা ঈমুঙ অসিদা ?

মেরা হায়বীসিনা মজাঈবু'ঙে'বু য়েঙস-য়েঙসগা পোক্ত-পোকপা মচাঙম-মগুগুম ঈরা চেম চেম, থ:মোঈনা মরূম পুন-পুনা পেহৌরিব-সিখদি অ:শঙবা ভাইবংগী থমোঈগী, অহুগা থমোঈগুগী মরমচং লেংদবা হায়বহুনী। হন্নুবী মেরা হায়বীসিনা, য়ুবাঙ-য়ুম্নাই চুরহুনা মৈচাক্রম্ভ চৈবা থেঙহল্লহনা লৈরিবা কনা লৈতরবা মজাঈবু'ঙো হায়-বসিবু ঈহুক-ভুকথা য়েঙসহুনা থমোঈনা শো'ক্লরিবা অসীদী অশেঙনা থ:মাঈগী মহৌশা হায়বহুনী। য়েঙই মতৌ মতৌশিঙ অহুগা ওয়মক নৌংশীংলহুনা অচানবা অমুবনা লেপলি নক্ল মেরাগী নাক্ত—।

লৈবাক পাও ওইনা শনখিবদী নত্তে। থুন ভুম মৈহৌ লাঙ-পোক শরুক থুঙন' চাকখি-ন্বাইখিবদী নত্তে। অহুবু মিনফু-মিনফুঙদী ভাখি য়ুমলোন অমা অনী পূকৈ-শীংগৈ ভুম মৈ চাকথরে হায়বা। হম্মক মেরানা য়ুমদাঙ-য়ুমদাঙ মপুন্সীনা লোইবা থম্ব কাওবদঙ লেল্ল:প থম লৈরিবা য়ুম্নু, শাপম চৈব অহগা য়ুমলোমবা চৌত্রিময়ুম বামোনগী য়ুম ওয়মক মৈচাক-মৈভুমথরে। চৌত্রিময়ুমগীদী সনা কে'ন্দুঙ ক'হুনা সনা নাক অরাবা থাংনথ:রে অহুগা শাপম ঠৈবগীদী অহৌং মুঙখিদ মারেককম কাওবা লৈতনা লেপ্লে। কৈ ভুম চাকথ:র ৈমহৌন "

কম্বুত, কাওথোল, তোক:খা মথোয়দী, কৌবা ককশাং মশীং থীওবদবা উং ওয়থরে মৈহৌদ। লৈবাক থানীংঙাই কিদংকাওবা নোংম থুওবা তাদরে ঈমুংদা। মেয়াদী মেয়ানী, থমৈ শাপম হৈবগী ঈমুং মম্বওনা, ঐথোয় থাইবু মতৌ করম লেনখিগনি অরা-নওবা তাওকম অসি। মাম মুম থম্নথরে। অরাবসিদা শরুক অচুম্বক য়াওই শাইদাঙলবী ওইছনস্থ হম্নবী মেয়াগী। অরাবনা লীপুন ওই পূনথরে মহৈ মহৈ তাবম থুদোং ঈমুং-মমুং অমত্ত ওইনা। চারে চামিয়রে, হীপ্রে হীমিয়রে। অরাবগী মাম্নওক্ত লেপমিরৈ মীওইবমা মীচং অমত্ত হায়বহু ওইরতুনা হেক হেক। ওইবখিবা তাক্লী চকশীং থুদোং। শাপম হৈবনা হেক হেক থনথরে হায়গে হায়না মেয়াবু মজাঈবুংতোগী নাক্ত লৈক্লরো, অস্থুম। অক্লবু মীচিং অমনা হৈবগী থমোঈদা পুনশক্লকই অমত্ত ওইনা অক্লুনা হায় বাহৈ মথক হোওনা—

"ঈচে নহাকস্থ য়াওয়রেদো অরাবসি।"

তেনথরে মরাহৈ'সি। মেয়ামা হেন্নি হায়রিবা থমোঈদা রা। মেয়ানা হেবগী রা তারগা থমোঈদা 'মহাক য়াওনা অরা-অন' নও-লবা ঈমুং অসিদা য়েংলবনী অছুপা সিনি' হায়বা মতেওনা 'কবিস্থ পাওবা ওমদনা লৈরি' অস্থুম থল্লে থন্দুনা সুওঙাইরক্তে মদোম। মহাক্ল মীং উইশন-উইশন রাথন থনখিবদা লৈতে মজাঈবুংতো মত্তনা তেং-বাক্লবগী নপী অমত্ত। হম্নবীস্থ ওহাক লৈ ফুওনাক মৈকায়ই, মরাথম কোকথোং অমা নম্লতুনা, মদোম হানবা হীদাক চিওই-চিওই মদোম অচুপা থমি চংলসিবা মজাঈবুংতো নাক্ত মীংকুপ কাদনা হেক পন্থ-দনা হায়না। মশাগী রাথন কাওথোকথরে মেরা। মেয়াগী মকমদা হস্নক মৈচাক নওলকহৈ শাপম ঈমুং-মমুংগী মওং মতৌ অসিনা য়েংওম-শাওমদবা শক্তম অমা ওইনা থোক্লরে। কবিওম মশামক চংতুনা মনমদা নখো-নময়ামনা চাওরকখিবা মজাঈবুংতোদা রাকম রাকম পুথোক্ত কোংদোকলুমবদবু চেংগী থুমশীদা নথে শাপম ঈমুং

মীপীং থুগৎলবা কিদগী লোনদগী হিবোং-কাঙপোং থম্ব পুম্বকপা ওমাঙদি হায়বসি অরাবা তারকঙৈ মেৱা হায়বা হমুবী অসিনা কয়াবক লেপ্পা থাম্বনা থবথরবশী অহুনা হৌখিবা অহীংদ বাবনা চুবা শৌরবা হৈব মেওলহনা, মৈকম মচাদগী, বাখল মৈকাম্বগনি কাওনবদগী কাথং লকলিবা, খাদস্থ-বাঙদস্থ, মেৎতম্ব-ওইদস্থ শম্মোকলিবা মীং থুপহনবা মৈখু মপৈদু মুত মুৎথবসমু হায়ওব মথুং মচা মথুবীহুনা হমদোক হমদোক হায়থরে—

'চৎলুসিবা থংদে মনাক্ত – ।"

"কৈদ ।।" হৈবনা "মকম কৈদ ঈচে ?"

"আঃ লৌপুগী মজাঈবুংঙোক্ত" মেরানা হায় 'মীওইবা তম্ব ওমদে থমোঈবু হোওলম্বগত্রা' থবওম মঙৌ চেম্ব "ঈনমজিদা পোন-মাম্ব হেক ম্বোকলকপনি মজাঈবুংঙো অহু । উখিদবনদি কুইরে । মাঙোম্ব চৎলু তমলুসিবা থলে ।"

"অরাবসি"

"অরাবসিগী ওাকস্থ নঙ্গে" মেরানা হায় "মীংশীংলকইবনি ।" ওম্বমক তানবিবা ওাঙ্গী । মতম্ব, মকম্ব, থংনৈ ওম্বমক্ক ।

মেরানা হায়—

'ঈবুংঙো হৈব ঈচেম, হবেওদি কাঙপোং লাংসি ঈচেম ওহাক মচৎলুগে মজাঈবুংঙো নাক্ত ।"

মেরা লেপথি কুইনা থঙ্গুনা লাকপহ ।

অহুনা কাঙপোং তোওলহুনা মেরানা ওসো অসি লাকই

"লৈহৌবি । উথাদা কমহৌবি ।"

কাঙপোং থোরহুনা কৈদ লৈহৌব হায়বগী পাউথুম ওইনা হক-শেম্ববীম্ব কবিম্ব ওমমক অমত লৈবক্তবা অগীকপা মকমহুদা বনাক

তুমীথ লেখ লেখ মমুবনা হঙলকপিবদুদা যেন্না থুমই। কাঙপোৎ থোব নহা পাথং হৈবগী মচানুপানুনা ঈকায়খুম-হঙ্‌গাঈগুম চংবীং-দহনা মঙক লৈবদু উই যেন্না অহুগা তশেঙবমকসু মপুকসু লামজদবা শংযোক পুংবাদু শনঙক থা শজীক পীক-পীক্ৰা কমহোৌরবনী।

"কন্নি তৌই" হন্নকসু অচানবনা হঙলকই "চংমিন্নবকপা রাদবনা ঈবেন?"

"লৈজবসন্নু পাথং নহা ওইবদুদা হঙগোম্নবন্না করিনো।"

চংথিগনি। হুজীকী রান্নী মরম থংলে অশেঙবা পীথিগনি শোয়দনা অৱাৎ-অপা ওম্নমক। ফিদগী লোন্নদগী, চান-থক্ৰবদগী পীথিনবা শেন্ন-শানবা ভাকই মজাঈবুংঙোনা। থীন্দ্ৰদে কৈদগী ফো, শীংপৈদগী গী ফি-লোল, লাংঙলে অজানবনা। অহুগা কাওই মচোই-মচোই তান্নবনা মুঙশিবা রাখনগী শক্তম্ন মমেক্ৰ লাংঙন অমুক তাঙকম অমদনা শক্তম্ন মমেক শেঙদগুম। মহাক্ৰ উনীংলমগনী ঈমুঙ অসীগী হন্নাও-মুঙওাই-ৱবা শক্তম অহুদি, যেন্না হনুবী মবেলবু রান্নী তাবতং থঙ মুম্ন যেঙদহনা মজাঈবুংঙেনা মুম ইনগু চুমজ্ৰি থেংবাং মন্নাথক থন্দুবা লৈ, উনীং-লমগনি। অদুবু ঙসী অসিগী থোদো অমীমী উজনীংবা শক্তমদু মচেৎ অমত্ত উদবদুনি ঈবেন অসিগী মমীংত।

হনুবী অসিগী মনমদা চাওরকপনি। ঙসীদা মীংশীংলক্'কুমই মজাঈবুংঙোগী থমোংঈদা। তাইবং হান্নবসি অম্নুম থক্ৰ থক্ত থানা থাদা শম্নবা কোবা লৈতনা লৈরম্নবোই থক্তকই চেন্নে, চেন্ন ঈচেন্নবা হনগৎব। রাক্ৰবকই মজাঈবুংঙোনা অশুক কুইবা মকমদা কনা মংথিদবী মবেল অসিবু কাওক্ৰদো ঈচেগনা হনগৎব চেন্নবনি হায়বা। মতম অমদা মীংকি পি কম্না তৈথরবনী হনুবী অসিগী মনমগী মঙঙন-উবশাথক্ত। মথুংদ চাংকইন কম্না নাওথেম-নাওথেম ইনথরবনী, অমুক কঙলবোইদবা মংপৈবাকী মুঙঙাংইবা রান্নী লীবাক্ৰবনী মকমদা। অশিবা শামুনা

পাইখৎপদা মথীৎ মীৎকুপগী থিঙ্ডাই চাওবা পিবা কণ্ডক্রিউ নোক-শ্রবনী পূম্নাগী মীৎকুপ কয়া অমত্তু হন্নুবী অসিদা কোয়ন্থুনা:—

অহুগা ওসী অসিদী, মজাঙ্গৈবুংঙোনা ওকথয়ত্থনা মপোম থন্নুপা লৈরে, ওসী অসিদী থাবৈবাক্তী বায়ী অহু নত্তে লীয়মীবা মানা। কয়ত্থ, থমোঙ্গনা তানা নোকপন্থ, অমত্ত নত্তে হন্নুবী অসিগী মকমদা লীরীবসি ঐন। অহাংব, মচাক য়াওদবা মশক নাইত্রবা তাইবং অতুনী মকমদা ঐন লীয়িবা ঙ্গকমদা মানা পুরকলিবা।

হজীক হায়বসিদী ওইয়বনী মজাঙ্গৈবুংঙোগী মকমদা পূম্নাবা অহোঙবা ম'ময়কৈ অমদা মায়না মায়ওন তম্নগে তম্নগে তেমশীংনা লৈরক্লবা মতম। অচম্ব পুকচেল অমনা হোঙহৈদবয়া থনথংবনী নোঙমা অমত্থ অতুগা লীচিঙনদি ওমদবনী থাবা থক। থংই থাবিল হায়বী, মায়কৈ অময়োম ময়ুম য়ুমদাঙলবীবু হায়নরিবী মৌ নহা অসিগী ফিশেঙজবী থমোঙ্গনুঙদা কনথরবনী মাগী মুঙশিবগী লম থরগী মথৈদী। মতুনা মশক থংদনা অমুকন্থ ওইহল্লি মপুরোইবা নীংজবী মৌ নহা অসিগী হকচাংদ থমোঙ্গদা অতুগা নোঙমা কোবা লেনমিয়রীবা মরাথন্দ হিঙমুবগী হিঙকম থংদবা চাক্লবগী চকম নাইদবা, অমুক, মপূম্নাবা লেনকম থংদবা হায়বহু। থংলতুনত্থ ওময়কসি, কোক্তে তাখিবা মুঙশিবগী নোয়বা, ওনব-ওনবা শক্তম খুদীংদ মুঙশি-নকমতা মওইবা অহানবা, লকা তমথরবা মুঙশিবগী মশক্তী। শয়'ও তত্থ ওনঙম-হোঙমদে। উরকউ মমীংত থাবিলগী লৈথিদরবা মোঙদম থীবা মপুরোইববু মরুপ্নী থল্লকই, থল্লকই লেংহৈদবা পূম্নাগী থ.জবমথৈ লীয়রম্নবা অশেঙবা মরুপ্নী থল্লকই। অহুগা মরুপ মত্তং-লাও পেহৌবতনা মশিন শিনথাঙজরিবী থাবিল হায়বী অসিনা শক্তম্ন মতৌ অসি পু লেল্লগা য়েঙতমলিবনা থকৈ অমুক মপোম মজা-ঙ্গৈবুংঙোনা। মনীং তমহল্লগে থনথরে। অয়োকপা উচেক পোম্নগী,

হাওদোক্লবা পোন্নথোংদনী অতিগ্লাদা পাইখিবনি। ওহোক্লগী মনীং ভযখবনি অচুগুম, কৈদবো চংকদব', চংখিগদবা মো নহা অসিনা। নৈতে, থংই মজাঈবুংঙোনা মপুরোইবনা শিগ্লবগী লমথুংকম থংল্লবা মপুগী অসিনা মশাই শাইগাও ভাঙন-ভাঙবা হিংজহোনগী থবখিবনা লাওদম থৌরাং ওইরমগনিগী থল্লি। অচুনা, মুগ্লাইনা চুমকৈদগী, রাথম নৈতাইদগী থবথববনী হন্দক মরক্তি, থাদোক্লসিগ্লা মক্লপ-মপাং পৌরী মুমকম তাইবংগী ওইবা মরী থুদোং। মচুনা তোওহঙ্খিবনা করি? তোওজনঙাই নৈ। মপুরোইববু চেৎন নীংজহোগনী মুমীৎ থুদোং মাগী অরেংপ শকম উঙ্গবদী। অহুগা, মুমগী মপু ওইরিবা মহাক্ল ওয়মকসি থাদোক পুক্লৌবা নাথৈ শকলোংবথবগা নৈতানা কবম পাক-হোগদবা মীতোপ ওইবী মো নহা অসিনা মহিও হিংগোল, মমুব মুমজাও অসিদা? অসি য়োনদী থল্লকবে মজাঈবুংঙোনা। নীংব কায়বা মুওশি রাথব মরমচৎ অপু-নবনা পুনা নৈ, মওংলাও য়াইফনবা, থাদোকপা তাই অপাম্ব হায়বতং থন্দুনা। করি নৈব লল থুম—, য়েনবা লোইরোই মৈত্ররাক হপ্লদা। অমুব থবথববনী, ওসৌনা হেল্লি, মজাঈবুংঙো থায়গে থনবা তাইবং লমচৎ। থাথগনি। লমচৎ থুদোং থাখিগনি মচুমগী চেক্লেৎ থাগোম থাগোম চংখিদবদি ওয়রোই মুওশিবনি।

উই মীও মতৌবু য়েও'গুম মুওঙ্গবিবা মবেল য়েয়াহ। তারে য়ারী অয়াবা। ঈমুও তুম মাংবগী। নৈকম থংনদবগী, ওয়মকী। মজাঈবুংঙোনা রাথন ওয়মক তাবু চম কিথমগুম নাথৈরুবগা হোথববা পুক্লৌগী শকম থুদোং লাযশক্লচুনা অমত ওইবা মথোব থোঁইকদবা হায়রকই—

"ঈবেল মহাক লাকপা য়ায় করে।" নৈতে তোমখিন্নবা অয়া-অনা বাতাররঙাইদি অহমু লাকপা করেদি হায় "তাকখিদে পাও মকমদা

অহন-লমন লৈখিদবন্তু। ঐন করি থংগনি রাতাম্নঙাই মখোয় অহন কনা অমত্তম্বু পাল্লক্করে ঙৈমুঙ অসিদা। মীনাই-মীশন মখোয় থরা, অহুগা ননমদা নিঙঙাই-থরোননিদা মথংলকপা ঐ, থরত্তং অসিনা পুঙমগনি করম্নবু লৈবাক নিঙথৌ নক্ক য়ুমলিঙবা ঙৈমুঙ অসি লিঙবা পুবা। মরম অসিদগী ঐহাক উননীংনা লৈরকপনী ঙৈবেল নংবু।"

"করিগীদমক" করি খুমদ-সুঙদা লুরাক্কবী মবেল য়েঙলুরগা খুমঙল্লরোই থন'শুমই মতোমু "হায়য়ু অশুক কুইবা করিগী নোঙমা ফাওবা লাক্কে ঙৈনাক্ক। ননমদা চাওবা ঐহাক ঙৈদোম তাহৌই করি হম্ন কৌদ য়েঙলদে নংন। হায়য়ু, অস্তুক কুইবা কাওক্করবরা নং ঐবু?"

"কাওদে।" মেরানা খুমই "পুন্সী অসিনা অমগী মথঙ অমা নোঙদম্ন থীমল্লক ওইক্করে নবেল ঐ ঙৈমীৎ তাংবী হায়বীমু।"

রারী কয়াহু তাথরে। মেরাগী পুন্সীদা করম্ন সুঙঙাইবা মঙাল লাঙলরগন্নি। মপুরোইবনা ঙমদণ্ডে, তাখি রারীদা কোম্নরা, ঙৈমুঙ অসি থাদোক য়ুমশেন্নবী ওইবা তোকখি। মপুরোইবা লৈত্রবদা অপীকপা মচা চায়াম নাওকোম্নরা লৈখি। অমুক, লৈবাক হোবা অচৌবা ঙৈচাওদা ময়ুম মকৈ তুম্ন তেকখি মাংখি। ঙৈচাও মতুঙ ইম্নরকপা অনা লাইওং ত্তমথিবা লৈবাক শীনবদা চহী ওন্দ-ওন্দ, মচা থুদীং লৈখিদবা। অতুগা মহাক্ক অঙাওবীগুম লেনখিবা। য়ুমথোং অমদগী য়ুমথোং লাম্ন লাম্ন কোঙৈচৎনবী পুন্সীদা লেরখিবা। উথিবমক লৈত্রবস্নু, রারীনা শক্কম লাকশনবতংদ থংই মজাঙৈবুংঙোনা, মতমহুদা মৈচাক খুৎপু অহুনা ওংপীরম্নগদবা মবেল মেরাগী ফোংদোক-শাদোকলুবগী করি-কৈদ তোঙজহৈত্রবা থমোঙৈগী অবাবহু।

ঙম্নমক থংলহুনা, অহুগা থমোঙৈদা ঙৈনৌ নৌবা রাখন পোক্কহুনা মজাঙৈবুংঙোনা মবেল মেরাবু থাম্নগে, ঙৈমুঙ অসিদা মপুন্সীনা লেম্নো

হিঙলো হায়রগে থন্দুনা লৈ। মশিন্থু অনৌবা থৌরাং হায়বত্রনি নীংঙমদবত্তনা য়োম্লবা মজাঙ্গৈবুংঙোগী মকমদদি। মবেল মেয়া হায়বী অসিনা ঈমুঙ অসিদা লৈরবদী লৈবাক মাং অদুগা খুঙ্গা খুদোং মাং থরভংদ ওইরবস্থু লৈতানঙমগদবা মাল্লি থানিললনা। অদুনা হায় মজাঙ্গৈবুংঙোনা—

“চৎথিগনু ঈবেল, লৈরো য়ুম অসিদা। পুন্সী অদু লেপ্লো ঐগী নাক্ত।”

তায় মেয়া হন্নুবী মগুগী রা। নোৗরকই থমোঙ্গৈনা। মাংলুরবোই থল্লুরবা মুঙশিবা মগু-মচা ওইবগী লাপুম থ্রক লাকলকই, মজা ঈবুংঙোগী, মরাহৈ অচানবরু, নগুরি, মখোঙ্গেনতং ভাবদা। অদুবু থ্রক লাকখিত্নস্থু পল্লে রাথম, তোরৈ কন্দুনস্থ পম্নকম থোক ঈয়ায় থৎপ তাওরকপা উশাদা কাওশীংব পনগুম। মেয়া লৈনীংই থমোঙ্গৈনা অদুবু মতম্ম অগুক শাঙবা লৈমিন-লেনমিয়রক্লবা শাপম ঈমুঙবু করি করম কৌবা মরম অমত্ত লৈত্ত কায়নগনি? য়াইফরিবৈঙস্থু মগু তাঙ্গৈবংগী পনথেঙনরে হায়রিবা ঈমুঙ মুৎপ থোদো নঙ অরা অনঙনরকপা মতমসিদা। য়াইফরে মনক্লবা, অমুক, অরা অনঙ কৌবা মতুনা য়ুরে মথাম্নবা হৌনহৈদবা লমচৎ কৌনৈ ভাইবংব। মেয়া লৈনীং মগুবু কোননীং কোননীং শীচিঙবা থ্রক্লহুনস্থু য়াখিদরে চৎশল্লু থমোঙ্গৈগী থোংথাঙ। কয়ারক থন্দুনা লৈরে পাওখুম কৌবা অমত্ত মথুমদা মগু ওইবা মজাঙ্গৈবুংঙোগী মাংদ। উই। ফোংদোকই শক্তমদা, ঙম্নমক থংলবগুম মজাঙ্গৈবুংঙোনা। চাক চয়া অমতংদী চাখো মহুস্থ লাইগী লুক থুনখো মগু মবেল চামিয়থিসি হায় অরোইবা ওইনা। মহুস্থ লাইবক ফবনী হন্নুবী য়ুমথুঙদবী অসিগীদী অদুবু তাইবং ‘অসি’ ওইরমাল্লে মফম মহুস্থ চেৎথিমাল্লে থুৎপুন। য়াবা লৈত্তে মেয়ানা।

“মজাঙ্গৈবুংঙো—” পি ভাই। মীৎল্লুদী থুইরে, মথুইরে উবশানা

অকুং অ'ভোং নাইন-নাইনা চেন্থরকই পিগী ঈচেম পাওদম্লহনা 'নীংগুমদরেদকো' হায়রকই "ঈবেলবু অরাবা মরক অসিদা করম্লো থুমদোবা। মীকোক য়ামই রাহৌরিবা। ঈবেগগীদী ভরাইদো, মীওইবা মশেন ভেংবাগুনীংই ঈবেলনা মথোয়বু।"

"পুথো।" মজাঈবুংভোনা হায়—"চেংদগী ঙাদগী কিদগী লোলদগী।"

মেরা হনুবী পোৎন কাঙপোৎ থল্লকই, থম পুরকই মঙায় পেন্দবে থমোঈদা। উই মীংত শঙশঙ থামনীং থামনীং মতম হৌথরে অভৌ পুরহুনা তুমীন, তুবো'ম্লনা মশু মজাঈবুংঙোনা লৈহৌবহু। অহুপা মথোয় মুপী অহুম কাঙপোৎ নাকফ'ও থিন্দোররক্লহুনা চপ চপ লেপ-থিবহু। হৌজিক্ক কাঙপোৎ থক্ক র'থব ভারকই, করিগীবো থানিল হায়বী মো নহাহুবা থর-থরা লাকপা ভোঈববু, 'নঙনি নচানি থবা নাওথেম্মীরো লাও, হায়না মশা মথৌ থোপাইমক শরু অহুক চেকশব রামেল্লকপা? থানিলবু উই মমীংত শঙশঙ, ঈংই শক্তমহ। রাজবী মভোনা হেনথরে মুঙশিবা। থাগী মেংজবী মঙাল্ম মুরিবা মায়হীং ওইথরে। মতং মতংলী রাঙাংদ, থোঞ্জেম নৌথরে অহুনা পকচবনি রাকৎ-রামেঙ্গবদা। কমদোসিগে থল্লি মেরা হনুবীনা। ওইগদবদি মান্দবা ওইথোকহম্লিংবনদি মাহৎলক কাঙপোৎ ভোঙন-ভোঙনা মজা-ঈবুংঙোগী য়ুম্বাল-কৈবাল লেনবা পুন্সী উরকই মেরানা।

য়ুম্বালবা।। ওঈনি, পাঙগল থোক্কবদা খুৎকী ওঈনি রাথব লক্ক মপুন্সীগী। খনখিবা লৈভে মপুন্সীদা য়ুম্বানগে হায়না। শকথংনবী থোঈদাখিবী লৈখিদে কনা মৈত্রবাক'সিদা। চীংব কোয়বসিদা, পাৎব শীনবসিদা, লৈবাক অসিদা লৈরক্তে মুঙশিবা কোবা ভীম চীক, অয়ো-মুঙঙন শাদোমিয়থিবী কনা অমা পোকলকভৌগী। অহুপা কৈদ-গীনো হুমলকতৈ থোংহৌ য়াংব, শাহুম চাওবা লৈব-লৈন শারেপ

মফাবা নোঙলৈ কৌবা খুঙশাঙবা মুঙশীংনা হুমদোকপগুম চরৈ কি, হুমখিবনি চৈঙাক য়াওদবা মপুন্সীবু উবক্তনি খন চেকশনহৌদবা পুন্সীগী মীংকুপ অমদা মেংজবী মশক শক্তম অমনা। হাইন-হুয় চৈনা চৈথাংজখিবনি খমোঙ্গনা। মুঙশি করিনোস্ত খংদ পাম্মুই কৈদনোস্ত খংদ য়েঙন-য়েঙনা খমোঙ্গদা নকচনীংব য়াথনগী লৈহন তমখিবতনী। শেয়-শানা চেকশনখিবতমী মংলান্নবা য়াথনগী শক্তম কোংগায়তমক। লৈখিদে য়ুম্বালবগী য়াথনদী। ঙসীসু খাপলি য়াথয় তায় তাম্ন মরৈরি। তাম্বতবু নংলক্তরে, থাবা তারে তাইবং লমচং। অতিয়াগী লোনচংস্তু অসিমগায়—।

অতিয়াগী লোনচংস্তু। থাদোক্লবতনী অমমা, লম্বী লমফাংননা অমগী। লমখিঙলম্বনা লমফাংলি অমনা অমগী। কোয়ৌন লৈথৈ 'কুইরে খিঙলকপা লম্বী' খনগুম মুমিদাঙবাই কৌবদা থাজন। ঈংন তিয়া খোংদায়ক্লগীদমক। অমুক, থাই লম্বী থাজনা অহীংন কৌবা হৌবদা কোয়ৌ শক্তম লাঙনা-লম্বী পীবা। লমচং, লোগে তমগে তেমশীংলে মজাঈবুংভোবু কোয়ৌন মুঙখিল কৌবা চেংন-চায় থাগোঞ্জববু থাবগুম, থাজনা অহীং কৌবা লুন-চায় থাজেংনজববু থাবগুম, অপাম্বস্তু, খমোঙ্গী মুঙশি হীরানবস্তু ঙম্নমক্ত থানিল মহাকথক ওইনা। নত্তরবদী করি লৈ পোমীং, কনা লৈতরবী মপুরোইবা শেংনরবী পিদোঞ্জবী অসিনা অয়া-মৈশা মহৌশাথক, অমুক হঙাগে'ই-ভুগোই য়াথন মৈশালক্তগী নাম্বোকহৌন হিঙভমহৌগদবা লম্বী।

মেয়াবু মখোয় মুপী অহুম্ন খিন্দোকখিবহু য়েঙহৌই তায় মজা-ঈবুংঙোনা। য়েঙহৌজৈহুদস্ত য়াথয় কোংগায় অমা কোকহাংদনা ফুম ফুম খল্লহনা য়েঙহৌবনি। মখোয়না মেয়াবু খিন্দোকলুবগা, করিনো খোকঅবা য়ায়ী শানরমগনি, খিন্দোকলুবগা খোংথাঙনা ঙপ্লহনা হকমরকপহন্ন, খোংকম লেংদ-হাইদা লেপ্লহনা অহুম্মক য়েঙহনা

লৈঞ্জবনি। চংনরকখিবহন্না অদুগা মাগী মাগী কাডুপ্ত চংনখিবহুন্নু। চংনখিদুনা শক্তম, শওং-শাদা খুদোংনা মমীৎ মীৎয়েঙদগী মুংনখ্রবদা করি শক্তম শক্তম লৌনরমগদগে হায়রবদুদি খমোঙীগী মমীৎ মীৎয়েঙদা বাখম শেম্ন-শেম্ন, শর-শার। য়েঙলদুনা লৈ মজাঙীবুংঙোনা।

নুমিদাঙ বাইরমনি অদুগা ফাইরেন থাগী মায়থীবা ফওলবা, লালফময়ায়দা শামান্নবা মিঙথৌ মাং খুৎলায় থাবা মায়লৈরবা মক-শল্লবা লৈমাবগুম, লৈথরবা কোরৌহনবগী মমলিরবা তোঙজবা কৌবা মচেৎ পীওমজ্রবা মঙালনী। মমলিরকউ মঙাল পুবা কোন্নৌ অসিনা তুশোনহনবগী মথক পীররে নুঙশি মক্কম হকপা চৈনা তথোৎচবা অমন্না মজাঙীবুংঙোগী খমোঙীদা। মহু য়ৈথৎলি তেমশীংবগা লোঙনবা 'করি থোকই, য়ুমথুঙলগে ফাওরকপা, মতম নত্তনা নুঙশিবা হায়ব নহাক্ল' খনগুম তেমশীংন। মজাঙীবুংঙোহু মশাগী কাডুপ্ত লৈঙমলক্তে, মদোম তানা লেনঙমলক্তে।

মনাই অচানবদা, হঙগোইবন্ত নম্বো, হায়দবন্নু ঙমদা মজাঙীবুংঙোনা বাচৎ'চগুম হায়রে, অন্নুম চৎসি অদুগা হিঙগোল মনুঙদা করিনো রারীনদুনা ফমল্লুসি হায়না। ফোংদোকপদী লৈক্তে থল্লিবা মথমোঙীগী রা অমত্ত। ফমথি অন্নুম শীংশীংবগুম হোৎখরবা রারীবু, তানবা ঙমদনা শোৎথহোৎরবা পুন্সী মতেক অমদা রাইথুঙ্গলদুনা নীংঙমদরবা কনানা। ছমলে নুঙশীৎন ঈংন ঈংন, হৌখিতে মত্তৌ নত্তরে নুঙশীংকী শাহুম ঙসৌদী মফমদা। শাহুম শাহুম খুদোংনা হঙলৈ বাহঙ করা। পাওখুম। পীঙমদনা লৈ মতম কোবা খুদোংদ। মনাই অচানবনা হায়—

"মজাঙীবুংঙো—"

খুমদে। লৈথৎলকই মীৎয়েঙতং। করিনো হঙগুম।

"লাইবানবা থাকুরা বামী হায়বসি মজাঙীবুংঙো।" মনাই

অচানবনা বামীগী নাঙ্গৈতোম তারকপা থমোঙ্গী বা তম্রই "থাকুরা বামী হায়রবসি মপুক্লীং মওদ মওল্লে"

"করি ওইনা 'ম্রাম্ব ?" হঙই। মরম থংদে থাকুরা বামীনা থমোঙ্গ মুঙনাঙপদবগী মরম "করি ওইনা মুঙনাঙবনো থাকুর অসিনা ? করি নৈ মনীং থুঙদবা ? মনীং থুঙনবা শীল্লু 'ম্রাম্ব নখোয়না। লমচং তোঙানবনী, চৌঙাক তৈনবনী অদুগা" মঙাঙ্গৈবুংঙোনা 'হৌজিক্কী ঈমুঙ অসিদা ঐগী থৃং অমুক থিঙজল্লরোই, মতৌ চেন্ন হায়—"অদুগা ম্রাম্ব' নৈবাক লাল্লকপা মদোম ত'বানা থংন শীল্লু নখোয়না মথমোঙ্গ পেম্নবা"

রাহৈ রাহৈ খুদীংদ মতৌ চেন্নে নৈখা তারকপগী। মশক শক্তম য়েঙই অচানবনা। মরাহৈ খোনকম চেকশীল্লী। করি। হৌজীক্কী, খল্লি, মচেং মচেং তাবা পেমজনবা ওম্নরোইদবা মপুঙ্গী অদু নফমদা থুঙলরগনী।

"মহাক সনা কে'মুঙ ও'ন নৈনীংবগুম কোংদোকই মরাহৈ হেক হেক।"

"সনা কোম্মুঙদা!"

"অহোঙ্গ"

অশুক লাঙ্গৈনা খুমথরে করি নৈপেদি খন্দনা। অদুগা মথমোঙ্গী রাফম করি নৈদুনা থাকুর বামী হায়রিবসিনা মনাক্তগী তোঙান সনা কোম্মুঙ তানা নৈখরগে থল্লকপিবনো হায়রগ্র থঙ্কদরে মঙাঙ্গৈবুংঙো অদু। মীংকুপ অমত্তনা ওইহনথি তাবগী মতম। অদুগা থঙনবা মমীংকী মীংকুপ ওনবদদি, তিমথিবগুম তাকপা নাইবা কোঙগোলনা মনাং মতুঙ ইম্ন, তিনগুম হেক ঙৈশীং চাঙজোনবদা, ঈতেম্নথিবগুম শক্তম ঈপাক তিম্ন মাংথিবগুম, মরাথম খোংনৈ থুমকই মুঙশিবগী অদুগা

থাদোকপগী। পাম্মুবগী, পাম্মুববু চেৎন থাগোন থম্বগী অহূপা থমোঙ্গ শীনবদা পাম্মুববু য়োম্বোকলম্বগী। কোংদোক্লীংবনা লাহৎনক থোনাবা মরৈত্তবা, চাওযান্নথরে মশেক্ক চাঙ্গথা, মতাম্ন লৈথ হৌথিরিবা কোরৌ-হনবা মরমচৎ অসিগা। তশেঙ্গলে মুমিদাঙ ওইরে হিঙগোল অচৌবা মন্নুঙদা।

মমীংকী মীংয়েঙদা উই মদোম কনা য়াওদনা মপুক্সীগী শক্তম কোংগায়। মৈচাক্ক ইমৈ থাবা লৈতনা অহূগা লমথুঙ হায়ব'ম নাইদরবা খোংচত্ত চংলী রাথনগী অরাবা মপাওবু তম্ন-তম্নহুনা হক-থেঙনরিবা মহৌশাগী শক্তম শক্তম খুদোংদ। মজাঙ্গবুংঙো, হিঙগোল মন্নুঙদগী হন্নকই থংই মশানা। থংই, মাংদ লমজাংবগুম চৎলুরে খোংথাঙনা মঙা তরা হেনগৎলহুনা রা কৌবা ঙাংহন্দরবা ময়াম্ব মনাই অচানবনা। করিনো রাতাম্নগদবা? থোকহনগে থনথররা খুদোং অসৌদী থমোঙ্গতগী বারেপ্পী মশা হকচাং পোলাঙকাওবা য়াওব য়াহৈব নত্তরে অহূগবু, মীতোপ তোঙানবা কনা য়াওহৈক্করগনী। থাগদোরিবনী তাইবং। লাপকদোরিবনী য়াই শকপা রাথম খুদো', অহূগা মতু মনান চুঙই করিগুম্বদা', মঙাক্লনা ফুদোকই করিগুম্বদা', অম্বুম্ন অরেপ্প শক্তম নাইরক্তরে মজ্জা ঈবুংঙো।'

হায়খিদবা খোঙ্গেম খোঙ্গেন থাক্ক হায়ররে অচীকপদা। রাথন্দ লাকই থাবিলগী শক্তম মওং মঙং লোরহনা। শক্তম শক্তম খুদোং। লেপ্পে লৎতে মনীং তম্নে মথানরৈ পাওদম্নরিবা মীকোক অনী গুদবা নাকোংদ। উথরে—চানবীথিবা নত্তরগা মুঙশিবনা মকা ফোঙহৈদনা কোঙথররা মশক শক্তম কয়া, অমুক উথরে, পিরোইনবী, মকশনখিবনা মায়-থোংন, কৌম্বরবা লানবনগুম্নবী, অশি-অনা কয়াগী অয়া পাওদম হৈরবী শক্তমগুম্নবী থামথোংগী শক্তম কয়া কয়া। অহূবু, মতম অহূদদি পতুক মরৌ চেনবা, থমোঙ্গ ফুকপা মরোল লোয়খিদে মথোয়না।

রাখম অরাঙবা চীংদোলদা লেপ্লে কুমথবগী মংলান য়াওদনা। থুং-শম্নচুনা 'সিদবী কুমথ-লম্বী' হায়না তাকপী-চিঙবীরগদবা লৈত্তরবা, অতিয় গী খোংদাকম লৈতবা মহাংব লমদম ভরংনবত্তমী শন্দোকলিবা মমীংকী মীংয়েঙদা।

অহানবা পুন্সীগী মশক শক্তম অচুনা নোংহোনবা করি লেংদ-হাইদা লাক্লে মমীং মীংয়েঙদা অচুগা হায়রে মাকোং য়েত্ত-ওইদা হুম্নরিবা মালংব লক্ত শেঙকাংতনা। শেঙলদে মরোল। অহবু তারী হোঞ্জবা শক্তম হায়রিবা। শক্তম অচুদা, হকশেম্নবীনা পুন্সীগী অহানবা ওইনা থুংশম্ননা পুন্সীলকখিবচুনী। শেঞ্জেঙগী শেনপাক্ত অশেম্ন লৈগী নাচোম থেন্দুনা থমখিবচুনী, ওম্মোক্ত ঈংথিবী শক্তম অচুনী, মেংজখিবী অচুনী অহুগা চৌববান কাংব কোদনা রাহৈ কোবা য়াওদনা অশাবগুমখিবী, চপ লেপখিবী নুঙশি থোইথিবা শক্তম অহনী। হোথিবহুদা হায়খিদে রাহৈ কোবা অমত্ত। অহুগা হায়রৈ মীংয়েঙদা লেপ্লরিবা শক্তম চহী কয়া হোথরব তুঙ, ঙসী অসিত্তংদ—।

'লৈকায় কয়া লায় তাইবং ওইবা পুন্সী পু চংজরকপীনী তেংবাঙ শম্নাতং লোজ্ঞ-নিজ্ঞগে থম্ন। কনা লৈজদরবীনী য়েঙখিবদা হম্ন ঈপু-রোইবা, মতুনা শোঞ্জবা নাঙ্গৈতোম্নহৌরবা, পুন্সীনা চৈরাক পীবীরবা অমা নত্তনা। ঙসী কোবা অসিনা অহানবনী, তাজ্ঞে শেঞ্জা পী লৈগী নাচোম কংপগী। অচুনা কংচরবনী মতৌ অসি পুনা'

অসি নত্তনা করি ওইগনী হোথরবা শক্তম লেংদ-হাইদা লাক্তুনা, লেপ্লরতুনা মীংয়েঙ মাঙদা 'হায়থরবনী থংহৌদবোই' হায়রিবসি। অহবু শকথেঙনা হানখিবদা, লৈতবা পোংশক তাইবংসিদা, উবগুম মংলান্দ, ওইথি লীচিঙ কনবা। মচুমক্তনা তাথীদবনী শক্তম কোংদোকখিবা রাহৈ অমত্ত। ঙসীদী কাতুপ্ত, তাচুনা লৈ য়ুম্নাইলক্ত মজাইবুংতোনা। নকলমদবনা কৈ। য়াম্ন শাফরম্বনী। উরমদবনা

ওইরমগদবনী নোঙমমঙোন অহেনবা। অহবু ওইখি নোঙদম চানবী হৈতবা। অহমক্তনা মৈগী ঈরৈ ওইররবনী হুজীক্ত।

হায়থরে, শজীবুগী নাপুংবী পামেলনা মকা কোঙদা, হমজ-হমজা শোনখিবগুন নুঙশীৎত 'অমুক হমদোক্লগনু মনা কোবা অমত্ত, হজীক্তী হৌথরে কেমহনবক্তা মথঙবা নাকেন থাজৎ' হায়থরে হিঙগোলমুঙদা, শমজীবু খুমখিবী ফিবু ফিহাইদোক লৈথেৎনখিবদা।

'কৱিনো পাংবীবা, লাইয়াম লৈ নোঙমদোলদা, হুমলিবা মালংবা থল্লায় পাল্লি রায়ীদা উথরগা ওয়মক্ল কৱি হায়না পাওথোক্লরগনী, মৌওইজবী ঈকমদা, অহুম, খুৎলাম্ন ভোঙ্গৈনা চৎনবী বাঙমা লান শমজী লৈথেননবীবা। মৈত্রবাক চৎববী য়েথায়বীবোই, শাইদাঙলবীনী কৱি ব্রাকৎচঙয়োই থনবীথিবনা'

অসি নত্তনা হায়খিবনো কৱিদি? লৈথেৎতৈ মায়থোংব মক-খিবহ্, তঙাঙথিবী চীনবায় অহক শারৈ-শাথুপ য়াঙন-থুনা ঈকঙননা মুখিবহ? হায়খিবনী 'ব্রাশক কায়জদবীনী পাংনহৈদে' হায়না লমচৎ অদু। অদুবু মীওইব! চরম্ন কঙ খুজোক য়াগুম ভিনজেম্নবা ঈচুম, অফবনা কৈদ চন্নমক শিমচুনা অমম্ন কোবা তমথীবগী মফমদা ওইখি হন্নাওজফমতা ব্রাথনগী পামজবা থোংচত্ত শজেং ফিরাল কঙজগুম। অদুমক্তনা ওইরিবনী নোঙলৈ লক, অমুক, থাশিনবা অহৌংগী ঈপাক-য়াম্নহুদা মায়কৈ থংদবা ঈফুং চৎব হিনাও।

কৱি মরমচৎ। ঈমুঙ অসিদগী

'মাংখিবনো তেংজবী ঐন' অন্নম হঙলরে অহুগা 'ভাহৌদবোই অমুক হম্ন হায়রগে ভাও' মতো চেম্ন হৌখিবা শজ্ঞম্ন লাক্তুনা লেপ্পর-হুনা হায়রবে।

'কিখিবনা, থুকচানজখিবনা কায়রকদরা থমোঙ্গী লমচৎ

চেঙখিবনি অদুগৈ ঈমুঙ অসিদগী তাম্না। কম্নাদা রাথরবা, পুন্সীগী চেংজেন ককথিনৈ, শাইদাঙজকম লৈখিদনৈ ঙাখোন-লোঙখোন, শীংজন-শীংথেক লেপথরবনী রাশক চেৎচনা চন্না নাম্ম ফাওবা শকথংজখিদনা’

মঙ্গাঙ্গৈবুংঙো, রাকম অসিদদি থাংন-থৌন লৈঙমলক্কে। অদুক রানা পুন্সীনা চাদ-থক্ক লেনঙমখিবানী মপুরোইববু নীংজবতনা মৌ নহা অসিনা। কম্নাদা রাথংখিদবা পুন্সীগী তাঙকম অদুদা। অপাম সুঙশি কৌবনা খুজুম্মখিবা থমোঙ্গৈ, ওইখিনৈ করিস্ত তাখি থংখিদবা। রাথংদবা মপোক হায়বহ্ ওইথরে থংলকই কাতুপ অসিদা নৌহৌন-রকপা শক্তম লোঙ্গৈদবা মরাহৈশিঙসি তারকনৈ। পোৎপাঙনঙাইনি, রামচৎ হেঞ্জবী মথমোঙ্গৈদা ঙকনোম্মঙাইনি। ঙস্নমক ফাওরে মঙ্গা-ঈবুংঙোগী থমোঙ্গৈদা, চংজকমস্তু, ঙাকপীয়ু হায়জফমস্তু হেক মরম খুদীংস্তু। অহুবু লৈরী মুৎনাইদনা হকথরবা সুংওনবা সুঙশিবগী লকা ওংব শক্তম মচেৎ কোদ লেংদ-হাইদা। অদুনা থারগে থাঙমদা, থাদহুসি মৈথাংঙমদা লৈ লৌপুগী মঙ্গাঙ্গৈবুংঙোনা মদোম তানা। হুজ্জাক্কী ঙাংখিদরে রাহৈ অমফাওবা চীন থোক্ক মনাই অচানবদা। রাতাম্মঙাই কৌবা লৈতরবগুম লৈ মতম চুপ্প মদোমতমক ঈচৌক ঈহুম্মরদুনা। রেঙই থৌগললোন কৌবদা কাম্নহৈদ মনাই অচানবনা, ওল্লি ওল্লিবা, রাশকৌ পনথুঙনঙাই ওইহৌরিবা, মঙ্গাঙ্গৈবুংঙোগী মতৌ। মপু মনাই পাও ফাওনরক্কররা ॥

মপু মনাইবু হায়রবা। অমুবনা নোকই থমোঙ্গৈদা তাইবং অসিদা, শক্তম অনী অসিদা মপু ওইরিবনা কনা অহুগা মনাই ওইরিবনা কনা। ওইহুনা লৈ মপুনা মনাই তাইবংগী ওম্নাইবা লৈওনসিদা। অমুক, লাঙলহুনা লৈ মনাই কৌবনা মপু হায়বগী শক্তম পুরহুনা লোঙদমখোন মথদাং থা। অদুগা ওমচাক্করবা মথমোঙ্গৈ, মকা কোংলকই কাহুপসিদা মনাই অচানবনা—

"থাকুম্না বামী হায়বসি চম্না ত্তবদরথাল্লে মজাঙ্গৈথুংঙো"

"কবিগী ?"

"হীপথরে। অরূম লাইদৌ চেনবম্না হঙবস্তু, খুমই হকচাং কবি তৌদে।"

"ঐ চৎকে 'য়াম্ব।"

হৌগৎলকই। থোয়কই। থাকুম্না বামীগী থাঙপোকশং অপীনক অহুগী য়াইনা শীংন-নাম্ন তৈরবা মাঙগোল মচাহুদা লেপই থাকুম্না বামীনা। শাইজ্ঞীন ঈচুম তাকমদা লেপই মপু মনাইনা। অনাবা হঙবা লাকলিবনী। থাকুম বামানা খুমই থোইদোকপা ওমদ-মুঙদবা লৈতে। অহুবু য়েঙবদা, শকমদা ফাওই অনা লাইওইবা মত্তৌ চেম চোকথরবা হৈনীংদবা মত্তৌ। কবি অনা-অয়েক লৈতে খুমলিবা লেপ-লিবা থাকুম বামীবু য়েঙলপা মনাক ওংলিবা শক্তম খুদীং, মম্নাঙ্গ চাঙ্গথরক্লবোই থল্লকই থমোঙ্গদা। ওইহোগনী হিঙগোল অসি অকক্লবা মপু প্‌ন্দবা। মপু হায়বম পান্দবা! তু চুঙই অহাংব শক্তমবু লাকশন্দুনা য়েঙলুমগা মজাঙ্গৈবুংঙোগী থমোঙ্গদা। থন্দুনা লৈ, লেপ্পা তুমীন য়া কৌবা ওংদনা। য়েঙই, মপা মথুংমক্ল হৌগৎচম্ব লাইশংদ। উই মচেৎ মচেৎ তাবা শক্তম। ওইহৌমগনী মতমহুদদি ওমমক্ল অঙাংন থোওইবীদম্নবা চোইনা তাবা ওম্নাংগী শাম্নপোৎ। সনা কোম্নুঙদি কদোদনা লৈগদবা মতমহুদা ? লাইনীং চেৎপদাই লৈবাক মনিঙথৌ! লৈবি থমোঙ্গদা। অহুবু মনাই অচানবনা থাকুম বামী সনা কোম্নুঙ মঙ্গুঙ চম্ন লৈনীংথরে হায়বহু নীংশীংলকঙৈ তুমীন মীৎয়েঙনা অমম মমক্ত কোঙ্গনা কোঙ্গনা য়েঙলিবা মমীৎকী মীৎয়েঙ অহু হম্ববহুনা, থোঞ্জেম য়ায়োব মত্তৌ পুয়ে, হঙলকই থাকুম বামীদা—

"থাকুম—"

"মজাঙ্গৈবুংঙো।"

"করি লৈ থমোঙ্গদা। হায়বীয়ু অশেঙবা ঐহাক নহাক্নি থৌগল-লোল কাওই তোঙ্গনা তোঙ্গনা প্রভুগী—। অরাং অপা তাকসি, ওয়মক রাঙ্ক-পাদববা শীনগনী ঐন।"

"লৈতে থোইদোকপা প্রভুগী অরাং-অপা" থাকুর বামীনা খুমই থমোঙ্গদা অনৌব মরাথন মপৈ অমা থংহোদনা পোকলক-পোকলক "ঈমুঙ অসিগী মীশক অমত্ত রাঙমা থৌগল লাকলি প্রভুগী অদুগা হৈগী লৈগী ওয়মকী অরাং-অপা ঈতেং পাংবীরি"

"অদু মঙায়দনা থাকুর"

"অসি মঙায় মজাঙ্গবুংঙো"

থাকুর বামিসু অহীং অদুমদী হায়দগী ওস্থোক্ৰ চাঙহেন তম্ন থম্বরক্রে রাখন। মহাক ঈমুঙ অসিদা, পূরীং লৈতারক্ৰয়ে হায়বসি মরমচং, মশাজং মওং মতৌদগী লাক্ল-ফানা থংব ওমথরমাল্লে মজাঙ্গবুংঙোনা হায়না খল্লক্লে। তশেঙবমক, অকায়বা, মকা ফোঙনা হৈনাং-শানীং-দবা মরম লমচং উংখিবদী লৈতে ওসী কাওবা। অদুবু পাকচাওরবা ঈমুঙ অসিদী মওংদ মতৌদ পুমংহোঙ হোঙলবনী। উদগী রাদগী শক্তম শক্তম খুদীংদগী। ওয়মক্তী তরাইথোক মপু ওইরিবা মজাঙ্গবুংঙো মাগী মশাজং মরমচংতসু ঈমুঙ অসিদগী অশুক তোথায় তারদুনা লৈরে। থাকুর বামি মশানা য়াই তশেঙনা মহাক ঈমুঙ অসিদা চোম্ভনা লাইগী থৌগল তৌন হীপ্ল-চানা লৈবা পামলক্ৰয়ে। অদুবু শ্রীঅমুপ প্রভু অসিবু থাদোক্কনা তগুপ-তরাই চৎপ ওমগনী হায়বসিদী থনবা লৈরক্তরি মতম অসি য়ৌন থেঙলরবসিকাও। অদুবু থমোঙ্গগী রা থংদবগুম ওসী মপু মনাই হোনদুনা লাক্লম্ব, অদুগা, করি পেন্দবা লৈবা হঙলম্ব, করি লৈবনো মপু মনাই করি বাতায়বনো থম্বরদুনা লৈ থাকুর বামিনা।

মনাই অচানবা মমাম্বা অমুবনা করিবু বাহোদোকপা ওমগনী

মতম চুপ্প মজাঙ্গৈবুংঙো হায়বসিনা অশুম্ব ঈচীক চীক্কুনতা লৈথরবসিদা মনাই অসিনা লেপই মনাক্ত। মনাই অসিনা কাংহৎমই ফিদংন। মনাই অসিনা ব্রাঙ্কাংথ'ক্তনা য়েঙই মমায়থোংদ। অদুগা মনাই অসিনা অথেংব অহীংদ মজাঙ্গৈবুংঙোগী অপাম্ব শীংন-তেঙনা থংথরবগুম মতাঙ তাঙকম চান-চানা খুদোং হান্দুনা কয়ারক লানশনথরে। খুদোং অনৌব লানশল্লদুনা মনাই অচানবনা হায়—

"পোৎথাবীরসি অহীং অসি থেংলে।"

"পোৎথারে ঐ 'য়াম্ব" খুদোং চিঙলদুনা মজাঙ্গৈবুংঙোনা হায় হীপ্পদী লৈতে "হুঙ্গীক তুমদরিবা অসি নং ঐদমা মৈত্রবাক অসিদা।" পাওখুম ঙাইরমদে "ভায়রম্নগনী। পোৎথাবা হায়বসি থমোঙ্গৈগী লৈতাবা ফঙবহনী উপাদা, রাপাদা, লমহাঙদা নঙরগম্ব অগুকপা অকি-থুকগানঙাই ওইবা মমথম্নবা উমঙদা, ওইনীংব মকম অদু ওইসম্ব" ঙাংন ঙাংন কামথোকথরে খুদোংগী মৈথু কয়ারক। মৈথুনক্ত হায় "ওইনীংব মফম অদু ওইসম্নু থমোঙ্গৈগী লৈতাববু ফঙলবা ওইদবরা মীওইবা কৌবশিঙগী পোৎথাবা। ঐহাক পোৎথারে। ঐহাক পোৎ-থাবা ফঙলে। মতম কয়া অমা মুঙনাঙলুই থমোঙ্গৈ অসি। ঙাইবং অসিগী লৈরিবা পোশক পোৎশক খুদীং অসিগী অশেঙবা মশক থংলুদবনা। কৱিগুম্বদা মঙাম্নী হায়না থল্লুই রাথন হায়বসিনা শুক্র মম্ব অহুবু, অদুগা থমোঙ্গৈ হায়বসিনা ঙাইবংগী মরমচৎ থংদবা শারহুনা ওস্থোক্ত হয়াও তয়াম্ন লেল্লুরে মতম কয়া অমা। কিরুই। কৱিগুম্বদা তম্নারাই ওইব শুক্র-শুনা মম্ব অমম্ব কৌবত্রনী থল্লুই রাথন অসিনা তরঙ তরঙবা মঙাল অহুবু। অদুগা হৌজীক্কী মশক মঙাল তুনা শকথংলক্রে মঙাল অদুগা তৈনরিব অমম্ব। অদুনা পোৎথারিবনী 'য়াম্ব ঐন।"

ঙম্নমক থংই মনাই অচানবনা। অহুবু কৱি থোকই থংউকম লৈ

মকথদা কোংদোঙবা য়াবু। অসি খন্দুনা থংদবা শাই মনাই অচানবনা পাওখুম হায়ব পীদা য়েঙবতং মথঙই তাবতং মওই।

ঈমুঙ অসিদগী চংখিবহুনী ওয়মক অ'সিনা। অমুবনা পামলিবদী খবায় ঈথয়হনবনী তম্বরাইগী মপোক্ত পোকথরবা য়াথংদবা মীশকী মচা ওইরবা মীশক অসিনা তাইবং অসিদগী, পোকলম্মী, হিঙলম্মী করিস্থু তোঙজবা লৈখিদনা অবাবা নংশ্বা নমথাঙতমদা পুরক্তুনা থমজুঙ শরাগী লম্বীদা চংখিবক্তুনী মমি শামিনা। য়েঙলহনা, অথেংব অহৌংদ মজাঙ্গৈবুংঙোবু য়েঙলক্তুনা অমগী মথঙ অমা, অমা অমুক অমগী মথঙ, অনৌবা থৌরাং লাংলক্তুনা নৈ মনাই অচানবনা। চংহন্নোংদবগী অক্তুক মথামল্লুগে খনখিবনী লাইবানবা থাকুর বাখৌবু লৈয়ু হায়না মুম অসিদা। চংখিবা থোক্লবন্থু অকায়-অতোয়নদে করি মাগী য়াশক ঙাকপদা। কনা লৈজদবীনী থব সুঙশিক্লবী থানিল হায়বীবু মচন্দ মচনগুম অহনা য়োক্ল-শানা থমগে খনখিবনী মশা শাইগাঙ থাদা। করি-ঙম মীশক অসিনা তাইবং থ.থরবদা লৈনীংদে মতৌ উৎলম চংথরবন্থু করি কায়দে মহাক্কী মমাগী য়াথঙ ঙাকপা, য়াশক তেমথেঙ ফঙবদদি। থমোঈদা ফাওরিবা হন্দক মরক্কী চৈথাখোন থংলে অচানবনা ওয়মক। মসিনা তোঙজরবনী পুরকরব য়াশক ঙাকে :তমশীংলীবা মপুন্সীগী মফমদা।

"ঈমুঙগী মীনাইগী মশীং য়ামলক্করে মজাঙ্গৈবুংঙো—" তুমীন লৈরম্বদগী অচানবনা হায়রকই "লাইগী থৌগল তেংবাংনবা থাকুরা অমত্তুগা লৌশেখীয়বদী থাকুরা লাইবানসি থরা থীং মশা য়াও-জগন্না থৈজ।"

"মতম পনবরা থাকুরনা।"

"পনবদী লৈতে। থঞ্জবগী য়ানী।"

"লৌবস্থু মতায় অমা" খুমই মজাঙ্গৈবুংঙোনা থৌরায় য়াওদনা। পাওখুমদা।

অমুবম্ থংই চীঙ্খোকলকলিবনা মতৌ অমনী, থমোঙ্গ্নুঙগীনা মতৌ অমনী, অদুবু তায় মজাঙ্গবুংঙোগী রা

"মপাং পাম্নে রাতাম্নো রাম্ব নংগা। শ্রীঅনুপ প্রভুগী খোঁগনগদী থংদে" মথা তারকই "অদুগা ঈমুঙ পুবগীদী করি রাত্তরে লৈরিবা থরসিনা লেম্ন পারো থম্নে।"

রাকম অসিদা মনাই অচানবম্ রাই। রাকম্ন মথা ঈশাঙ শাঙথনডাই ওইহন্দে ডাংন শাববদা মজাঙ্গবুংঙোনা। অকরুবা তেমশীং-নবা খোঁরাং খা মতৌ অসি পুবম্ নংতে। হৌখরবনী ভাইবংগী রাকম রাকম খুদোং মতম অসিদা মাগী মকমদা। অদুবু, মতম অমদদি থবথি। মতম হৌখিডে কয়াদদি থনথি ঈথক ভোঙবা মায়কৈ লেপ্তবা হিনাওগুম্ন তং ডাদবা রাথম্ন মকা তম্ন লাম্নবা খুদোলগী খুদোল ডাক। মথমোঙ্গ কোবীনা পেম্নবা খোঁরাংগী খোঁরাং ডাক। মরাথঙ ভাইন-ভাইনা লৈহন্নীংথি হকশেম্নবী মনাইগী খুৎপু, মনাক্ত। মরাথঙ ইম্নবতনা শরুক ওইবীশিঙহুনা লাংনরকপা খোঁগলদা পেম্নগনী থল্লুই থমোঙ্গনা। অদুবু, মদু ওইরমই তাইওম্নবা। মীৎয়েঙনা থমলুবনী লোঙচুপ ওংন উগনী থম্ন য়েন্দনরকডৈ তনৌজবা কোয়ৌ শক্তম। ভসীনা ওইরবনি মায়কৈ ওম্ন মীৎথম্নরকডৈ উবা কোবা লৈতবা পামজবা শক্তম। কৈদ উরি পামথিবা শক্তম। অনৌব য়েম্নীংলক হেদোঙ্গৎ জনীংব উচেক্ত লমদম্ন তায় পাইরক, থেঙলরগা মরুনা কোকলক মাকেন থাজৎলক্তী চীংদোলদা কৈদগী কঙঙমগনী পামজবা শক্তম শাথপ তোঙ্গজরকপী উচেক তুশোঙ্গবী অহুবা। ওইহৈদে। কঙনহৈদে। তাইওম্নবনী তুঙগা-মাংগা শরু নাকেন থাজৎক য়েম্নীংনবা থজ্জৎকদি। উ রুরগা শক্তম হবংওজকম ওইবা, হেক শীম্নবদী অহীকপা থমোঙ্গনুঙ ওংব পিরাং তাইওম্নবা লমচৎনি ভাইবংদদি। 'রারীনা শীংথাজঙমদা

লৈরে যুমহুনা হায়বা থংহল্লে মতৌন বাঙাংদনা । অছুবক্তনবু হাঙু-লম্বা কাতুপ থোং অশুক কুইবা থিঙন-থিঙনা লাকলি হাঙবা কোবা লৈতনা। অশুম থনথরে অহৌং কয়া অমা 'হাঙলকনী হয়েঙদী' অমুক, পীথরে হোৌনশাবা চৈরাক লোম্ন লোম, হাঙলম্বা থোঙনা। থোংগী থোংথিঙ থোংথিঙ খুদী না হেক হক অহৌরুনা পাওদমথিবনী, পাওদমথিবনী লেপ্ল লৈতনা থমোঙ্গী অচেৎপ রা।

'ঐহাক কনানো শক্তাকচথরবনী থোংহৌ কয়াবক। থংবীখিবা লৈতরবসু শকথংজথি, শকথংজথি ঈশানা ঈশাগী ওইবা পুন্সীগী শক্তম। ঐহাক বোঙদম্ব থীবী, লাইবক থীবী মপোক্লবক্লবী মচুসু সুপী পোক্ত, হম য়েঙথি কনা কোদা লৈজ্রদবীনী। ঙম্নমকসি ওইর-তুনসু মপোক্ল, মীওইবা পুম্বগী মমংদ, ময়াথঙনা চৌংগুম লেংফদবা য়াথঙ চাওবা লাইনিঙথৌ সনা মাংদ, অমুক, করি থৌনা লৈজ্রদবী তুংগোল খ্বংবান ঙাকাগ্নবী ঈভাবোইশিঙগী মাংদ, ঙম্নবকী, মাংদ থমোঙ্গী নীংহমবা কোবা পোকচদা অকিবা কোবা য়াওদা লাওন-লাওনা লাকচরবনী ঐহাক ঈপুরোইবা নীংজবীনী হায়না। চাওজবা নাপলনী তুশোঙ্গবী ঈপোকী, লেংদবা য়াশক্লী বোঙদম থীবী পুন্সীগী। অচুবু হাইজনীংদবা কেমগদোরবা লৈনা হাইবগুম কিবা থঙবা লৈতবী মতৌ কয় হুম্ব মুঙশীংকী শাহমদা, হাইবগুম শাহমদা অচুগা কেঞ্জবগুম শক্তম মাংব লৈকা লৈকা চোইনা, য়ানা লেঞ্জে কনা লৈতবী পুন্সীনা পুন্সীগী লৈঙম্ন তাঙকম অসি লাকপদা। চৌংমায় তাম্ন চিথবকপী চৌংজুমবী ঈচেলনা অশুম অশুম ঈরায়-ঈনিঙ শোম্বরককুম, বাইথুঙ-নীংব নাপলনজরুবা য়াথনগী পনথুঙ য়োদরিডৈ মীংকী মীংকুপ মীংকুপ শোম্বজরবোই থঞ্জরক্লে থমোঙ্গনা নাপলগী পাঙগল।

ঐদী থৌনা লৈতরবীনী হোজীক। মীংব তরঙ মীংফঙববী, ঙবীরিবহু মঙার কনা হায়বা লৈজদরবীনী চংজফম পুন্সী অসিদা।

থোকলমগনী কিনহুনা, শাংচবগুম লৈন, কেমজ্রবগুম লৈন তাইবং মীয়ক তিনতমজদা, লৈঙ্গে ঐন পুন্সীগী য়াশক খুদীং পাংজতমদবা থমোঙ্গৈ তোপহাইনজবী লৈত্তাদবী অমা হক্লোইনজরহুনা। খনবীরিবা থমোঙ্গৈ-মুঙগী অয়োনবা য়াথন অহুগী তাহজনীংদবা মমি তাহন তাহন্নীংদ শন্দোয়কই অশুন অশুম। নক্করবনা ওইরকদরা কিজ্রনা পনখিঙৈজ অচেৎপ য়াথম্ম অমূক, অহুবু তনীক্লে হুজীক্তী অমম-অঙানগী শিম্ম-য়মদাই ময়ক্ত মঙাল শেঙজরক্তবগুম তরঙ তয়ঙলম্বী থোরাম। কাওহনবগুম থোক্লে ঈপুরোইবগী উজনীংব শক্তম মীৎয়েঙদগী লাপ্ন, নক্করুঙৈ শক্তম্ন হেনবগুম শাফু কনবা, লৈরে নণক শক্তম্ন পাওদম তোঙ্গৈর-তোঙ্গৈরহুনা ঈমীংকী মীৎয়েঙদ', মীৎয়েঙগী লম্বী খুহুং ইনবদা।

অহুবু ঐহাক ঈপুরোইববু থমোঙ্গৈ শেঙনা নীংজ-থাগোন চেৎ-চবীনী। ঈপুরোইবা কৌবশিঙগী থরাগ মতুঙ তুঙইমজা থরায় থাখিবী চহুরাশিঙগী পুন্সীগী য়ারী তাজরগা, ওইজনীংন পুন্সীগীনা মথোয়গুম পাংজনীংনা মাথোঙ্গৈজরি ঙসীন্থু। ঈপুরোইবা মঙুংলাঙ থাজগনী ঐন্থু থরাযনা মমিঙ মিঙলেন কাওজদা। শেমজরহুনা লৈ থোরাং কোংগায় ঙসীন্থু। অহুবু য়াশক্ক মতু শোম্বরকই ঈশাদন্থু তাকলমদনা, ঈশাগী মায়ওক্ত। নক্কবগী লীচিঙ, ঙমলক্তরে লাকশনগন্থু কম্থোক-হাইদোকচবা। অকিবা য়াথম, থংবীম্নু পুমলক্লে মৈচাক মৈচাক থাংবদা মচাক-মথুম লোয়ক্লবী থরায় অসি থাংঙম পুঙমদনা।

অঙক কুইরকপা মতম, মতম অসি হিঙবগী ময়াই কারবা ঈপাক্ত ঐন হিঙহুনা অশুম্মক লৈরকলি। পামজরুবা লম্বী লম্মাং-ময়ক চৎখিপদোরবা ঈপুন্সীবু কজনবা থোনা পীনবীম্নু নথোয় খুদীংন। লমদম্ন তাম শকলোৎ-শাথৈ লেজরুনবা ঈশানা।'

অসি মঙনা অনৌব মশক শক্তম অসিনা হায়রিবনা কবিবো,

থল্লি মজাঙ্গৈবুংঙোনা, হকচাংগী নোংঙৈলেগী ইকাঙুম নীঙ্‌-নীঙ্‌ঙ্গুনা শাইর-হাইরছুনা সুঙশোনবা ছুমাঙনা থংহোদনা নপ্পুহবা হকচাং পুম্, অতৈ লৈতে হায়গদবা।

অহোং অঙুদী অহোং নংখিদরে মকমদা। রাথম ফিহোঙই মচু মচুগী ফিথগ। পকচদে অমঙ পামজরুদব ঙাক থোক। হোঙদোক-পদা রাথনগী ফিজোল হৌকথৈ শাগল তাই পাম্বোমগী ময়েঙ, রাখি-বতনা কুচু ভাইনা লেনখি মজাঙ্গৈবুংঙোহ রাথনগী ফিহোঙদা। হায়-বরে থমোঙ্গৈদা রাকম কয়া কয়া চুবা লৈতবা অমঙবা নোংঙুম মপান থোক্লদা থমোঙ্গৈ থ,মাঙ্গৈদতা। শেম শাবা অোইথরে থাবিল থমোঙ্গৈ ওংবদা থাদোকপগী অরেপ্প রাকম পুম রাঙ-পাদা পুশল্লছুনা। অরেপ্প মঙম। মছুদি হেক হেক মাংখি মথমোঙ্গৈদগী। অসিগুম সুমৈৎত শকফম অসি পুরহুনা চংখিগনী করিঙুম শকমগী মতৌ অমদা হায়রদৌ মশানা উবা লৈতে অমুক। অহোং কয়াদী লাপ্লরে শক্তম শক্তমদগী। নক্লে পুন্সিনা, থাপ্লরে হকচাংদী কুইরে। মসি নঙরা ওয়্হোক্ল ঙ্গখৌ লাঙখিবছু?

ঙ্গখৌ লাঙখি, অদুবু করিনো মীওইবা মপোক। ওংব-নৈব মরৈ থাদোকপা কৌবা লৈতনা হোথরবা শক্তম। হকচাংগী লাপ্লরে খল্লুবা নকশল্লম্মী থমোঙ্গৈনা। থমোঙ্গৈদা তেনবাল্লি মোং হাদরবা হোৌথিনৈ নঙবা মজাঙ্গৈবুংঙোগী নেম-তেনা উবা মরম লমচৎ অনৌব-সিদা। লাকলম্মী, শাহুব শাহুম ভারম্মী, কাতুপ থোং অরোনবা রাঙমদগী অহোংব কয়া। লাকখিদরে অমুক অহোং কয়া অসি লোই-থরবা রারী মতাঙগুম হোহনথরমাল্লে থমোঙ্গৈনা মিতাখিবা অহোং কয়াছু। অদুগা, পুম্নৌ নোব শক্তম লৌরছুনা লৈথরে মজাঙ্গৈবুংঙোছু য়াম্ম চৌক্ল। চৌক্ল। য়েঙল্লু-উক্লতৈ হোথিনৈ নংলক্তে থাবিলগী থমোঙ্গৈদা ফাওবকইবা ঙ্গক্লুৎ। হেম্ন হেম্ন লাকশল্লক'কুমহই তুঙগোয় খুৎপুম্ন লেংঙ্গম

লৈবিবসিদা। লৈতে মাগী য়ুমগী-কৈগী অপাব। অসি নত্তবনে মহৌশাগী মহৌশা মাগীদো?"

বাকম অসি তাত্তনা লৈ থাবিলনা। য়'নশনবা ওযদখঙমই চৌকখীন-বতা থঙই। করিদো হায়কুবগনী? লেবাক্স, মীনাইনা মীশম, ওয়মক্ত ঙাঙরে ঙৈরে ঙা'নবিবা মীশক অসিগী থমোঙ্গীগী বা খংলবীনী মাদী। থ'লিবদী ফমমিন্নরিবী মখোয় মীকোক অনী-মকপ্পনী। অদুগা করি থোকই বাকৈ শুরক্লরকইবা? থাবিগনা খংই হন্দকসু উন-উনা ঊদ-শা ঙাংলকলিবনী। চৈবনবকতৈ বাথন পোৎলুম কোকথোঙনবীতৈ হেম্ন লৈতাহল্লগুমসি থমহৃনা থোবাং শীন্নরক'কুম থোকলিবনী মফমদা কায়বসিমু থ নবিবনী হ য়বা থংই তুমীন তাবাবী থাবিলনা। লেপ্প লেপ্লো, থমোঙ্গীদা খল্লী, তোক্লোগবা। অদুগা হায় থ বিলনা—

"য়ুমগী কৈগীদো তোক্লো ঈচৌন'নাও। ওক্তবা মতৌসি হন্দক পাংলকলিব'সি"

"ফিক্লেৎন ফিইম নানথ'লকইবসি।" লৌশংবীনা।

"অবেবা ফিজংমথৈ" হকশেমবীন। "পু'থাক্লহনা।"

"অদুগা" লৌশংবীনা "শাদোঙ নেৎলহনা"

"চৎলিববু" থ'নিল। 'লমদম কৈদনো?"

অচানবা ফাওবনা থংদরবসিনা থংলগনি কৈদ। বাহওবা মতৌ অসি পুলবকই অদুগা ব'বী লেপ্পসবা থমগুমই অহুমক অমুক ঈচৌক চৌকথরৈ। চিবক্লবা মতমদা হেক ককথংলি লৈনবা মবী হায়বমথৈ হেক হেক মীওইবগী থমোঙ্গীনা ফোংদোকনা মগীন চৌ বান হায়বদগী। কাত্তুপ থোঙ থোঙহাঙ লেপ্প থোংদাফম শীথদাও থোকইবনী থল্লি থমোঙ্গীদা লৌশংবীনা। পাও তানথিবা করিদগী নঙ্গে নীংব কায়বম-গনি থমোঙ্গীনা অদুগা রাবেপ কয়া তাবম্লগনি থমোঙ্গীদা। মুওশিবনী থংই

লৌশংবীনা মজাঙ্গৈবুংঙোগী থমোইনা থানিল তমলিবা মরমচং। মীচং চংই অশেঙবা মুঙশিবগীদমক লৌশংবীনা। অমুক, মপুরোইবা মীংবী, চেংচবী থমোইশিংদমক ঈরাংলি থানিল কৌবীবু রাথন্দ অহুপা থমোইদা।

অহোঙবা মরমচং অসিগী মরমদা অশেঙবা শক্তম লাকশরবা ঙমদরবসু রাইথুঙনকম থংহন্দবৈ মপুলোগী অপান্ব খোংচৎপু, নীংবা কায়বনা মরু ওইথিবনী হায়বসিদী থংনরবনী ঙম্নমক। অহুপা হৌদোক-নবা কৌবা লৈত ময়েক শেঙদবা বা ঙাংনৈ থৈন থৈ মঙালনা মমি ওই শামি ওই পীররহনা। করিগী ওইগনি, পাওথোক্নে 'মনীং তম্ন মথা তম্ন মচাবা-মশেংপনী' অস্নুম হায়রনা। লৌশংবোদী থংই, অমুক ওইররোই মজাঙ্গৈবুংঙোনা লৈথরকপা মায়ওন। মুপা ওইবা মপোক অমগী শকক্ম খোকপা বাশক, বাশক কয়া শক্র তেমশীংলকখি নক্র-চান লেল্লমগে থম্ন মপুন্সৌনা। লন, থুম ঙম্নমক তাংগোম্ন শক্র থন্দোক, মপুলৌ, তরঙ তরঙ থুংশীন্নখি অহুপা, থুংলাম-তরাম্ব লৈথিদবনী থানিলনা। ওইথোকহৈদবা তাইবংগী মথু-থুঙ্গীন্নী হন্দক থৌরাংগী পুরকদবা শক্তম থানিলগদি। মচৌন্নদি হায় য়ুম অসি থাদোক্লোই। মপুরোইবা লৈথিদবনা পুন্সীগী মৈরানা মৈমুংলমদাই চিথরবা মীংকুপ-লক্ত শিন্নরমনি মুপা অসিগী থুত্ত মাবু। অহুবু রাফম্ন অসি য়োঁরগা থেঙনখিবা থমোইগী লালকম ল্যালকম অশুক রাম্বসিদী করম ওই-থোক্লোই থানিল হায়বাসিনা ঈমুঙ অসিদগী পুন্সীনা তোঙান তানা, তান্ন পুন্সী লেল্লোইদবগী মরম। বারীনবদা হেক হেক থংথরবনী থানিলনা পুন্সী অসিনা। মফম কৈদ লেন্ন-লৈনকম ওইগদগে থম্ন রাহঙ কয়া হঙথরবনী। লৌশংবীনা থংখি, থানিলনা মেরা হন্নবীগা পুন্সী লেল্লসিরা থনখি হায়রবা। অহুবু মতৌ অহু ওইথোকপগী রাঙমদা লৈখি। মেরা হায়রবী হন্নবী মশামকম্ব য়ুমলিঙ নাইদা য়ুমদাঙলিবনি মীয়ুমদা। মতা চাম্বীগা পুন্সী লেল্লুরসিরা য়োঁই অহুবু মকু-মনেম পান্ন লৈরীবী মতা শেগাদা করম লেল্লুসিগে

থন, য়েৎথংথি মরাথন অহুম্ম। অহুনা ওঙ্হোক্রম্মু কুপ্প, কুপথরন্তুনা হঙথিবনী য়ুমলৈ কৈয়ে, মরী মতা, অমত্ত রাত্তনা থাবিললা।

"ঈচৌন'নাও থাদোকপা থোক্লো ঈমুঙ অসি" থাবিললা হঙকম্ম থোক্কনা হঙথিবহু নীংশীংলকই লৌশংবীনা "থাদোকপা ভারকপা থোক্লো করম লেম্ন্নি ঈপামদা ?"

"ঈবুং লৈ।" লৌশংবীনা থুমথি "ফঙগনি ঈহিঙ হিঙগোল হীপ্পকম চনবা মথেদৌ। লৌশু লৌয়োক মুপী ওইবী ঈশিন শিনকম নাইত্তুনা মরেম্নুনি কদৌনি"

"ঙমগদরা ঈচৌ'নাও নহাকপু মথোয় ঙম্নমক্তগী করি য়েত্ত-নৈদা নাঈত্তোম তানা নপুন্সী লেম্ন্বা ?"

"কনা য়াওদে, ঈশা ঈয়োমদোমতনী করিগী ঙমহৈরোই।"

"কয়াম চাওই শাগৈদি, মরী মতাও য়ামলম-শাঙলমদৌ মাল্লি"

"য়ুমগী পরেঙ" লৌশংবীনা চাওথোকচগুম য়ুমশীং থেকই থুংশানা "ঙমাং অমত্তনি য়ুমলোন তরেং।"

য়ুম্মোল তরেংনি। ঙমাং অমত্তনি অহুগা থমোঙ্গ অমত্তনি। হৌজীক রাংলমগদবা হায়নবু মমা-মপা অনীতনী। অমুক, নীংশীং-লকৈঙ শক্তম নীংঙমদবশিঙ লাক্লে লৌশংবীগী থমোঙ্গী মীৎয়েঙ শীনবদা। মথোয়, নীংঙমদবা শক্তম চেনবা ঙাক্লী। মহুম্ম, মপুন্সী হৌথরবা নীংশীংবতং ঙাইহৌরবা ঙাক্লী। থনথনরোই কয়ারক থম্ম অকাও পরৈনরক্লবনি। করি তোঙজবা পুন্সী তাওকম অসিদা ঙম্নক চিংনশন থন্নবগী। তোঙজহৈদবহু থংতোকই ঙমদ-ঙমদা অহুগা থুদক্লী বারীদা য়াওই নৈশন্নক লৌশংবীনা—

"হুমীদাঙ রাইরম থুদীং চংলিবসিনা কৈদ ?"

"সনা নাক্ত ওইরমগনি—" হকশেমবীনা।

"সনা ৱাক্তদি করি লৈতুনা" থানিললনা।

"ৱাৱী ৱাতাই পোৎথামিন্নবা"

হকশেন্নবনী হায়রিবসি য়ানদে লৌশংবীসু অদুগা থানিলস্ত্র। সবা কোনুঙ চংপদদি মহৌশানি মজাঙ্গৈবুংঙোনা মনাই অচানবা খোংলোঙ্গৈনবদি। হন্দক মনাই অচানবা থক খোংলোঙ্গৈনদে। য়েঙবদা ওঙ্হে ক্র তাম্নবগুম কুহংরে লেম্নরকলবা। হকশেন্নবী অসিসু উরিবনি মজাঙ্গৈবুংঙোনা শাদোং নেংল নেংলদুনা পাক চাওরবা পাং অসি লাম্হোক-লাম্হোক মচংথিবা কৈদনো, অদুগা মমলি-মমলিবা খুদোং মনাই অচানবনা লাইবানবা থাকুর ৱামী হায়রবদিগা লাইশং মনাক্ত চপ লেপথিন্নরদুনা য়েঙন-য়েঙনা লৈহৌরিবসি। সনা নাক তম্নবদবু করি থোকই মজাঙ্গৈবুংঙোনা মনাই অচানবা খোংলোঙ্গৈদনডাই লৈ?

মহৌশাগুম মনাই অচানবা চংলক লাকলকপা তৌদরে। পাওবু তোঙ্গৈরদরে। মখৌ হায়বা খুদোং লেনথরে মতো অসি। অতাকুনা করম হঙলুগনী। উনৈ খেঙনৈ সুতি সুমীৎ খুদোং লইশংদ অদুবু করি ৱাহোদোরক্তবনা হঙলুদে লৌশংবীনা অগুক কুংবসি ৱাহঙ করি। মজাঙ্গৈবুংঙোগী মরমদা করিসু তাদ-সুঙনা লেনবহনী থানিলনা পামলি-বসি থংই। মপুরোইবগী শক্তম লাকচবদা লমপান্নকম থোকলিবা শক্তম অসিনা অয়েংপা পীরে লৌরদুনা মশবু ৱারক চেংচথরবীনী থানীল। অচুম্ব ৱারেপপু করম তেংবাডলোই. ঙম্নদবনী তাইবংনা অদুগা ৱাশক ৱারক ঙমদা তগুপ-তরাই পাংনঙমদবা লমচৎ অহেন্নব অতুগীদমক ৱানবনি তাইবংন। অদুবু নোঙম-নোঙমগী হৌথিবা সুমীৎ কয়াদুদা থানিলগী থমোঙ্গৈদা হঙলাক কোম্ব ফিশাগুম তনৌ তনৌ হৌকথহেনথিবনা সুঙশি ফিগোন তোঙ্গৈথিবা খুরক হাংদবা মীৎকুপ কোংপায় লৈথরবনি। থাপ্লে, মসিদা ফরে থনবরি [illegible] থরাথমদি ঙসীসু মতম চুপ্পদসু, অদুনা মচীন অসিনা চীক চীক শক্তম লৈন-থৈন

হোৎলোকলিবসিনি মজাঙ্গৈবুংঙোগী ৱাক্ময। থিগৎন্নু হায়ঙমদে থানিলনা। লৌশংবীদা নে'ঙমতংদৌ মহোশাগুম কন্নি-কন্নম লেল্লিবনো মজাঙ্গৈবুংঙোগী থমোঙ্গৈনা, হায়না মমাই অচানবদা ৱাইঙ-পাওহঙলুচো হায়ঙমদনা লৈ। ঈমুঙ অমত্তদা লৈমিন্নব', হিঙগোল অমত্তদা লৈমিন্নবগা চৌংলোল ৱাঙম-ৱাঙমা লৌশংমীন্নবঙম কারকপা, মৈথুতমক মউনা অন্নক পাওফ'ঙনদা লেনবা মতৌ অসিনা কন্নি-কৈদ হরাওনভাই ওইনগনি মজাঙ্গৈবুংঙো অমদৌ থানিল অবীগী মকমদা। ওইহৈদে পুন্সীদা হরাওনক্কম।

ঙশেঙবমক ঙ্গৈচেল অমত্তদা ভাওমিন্নবকঙৈ হিনাওনা শকথংনদবা হিবু অনীগী খুৎচন্নথিঙৈ মায়কৈ ওন্নবকথিবঙ্গনি। তোৎরৈ ঙৈচেল খুহং হৈন ভাওমিন্নবকপা মুঙশিবা শক্তম মাং, তোথায় ভানথিবঙ্গনী। ঙশেঙনা মজাঙ্গৈবুংঙোগী ওইবা মহাকথং য'ওথিদবরা মদোম নাঙ্গৈতোম ভাব-তাবা ঙৈচৌক্লবা মতম কন্নাদা শীন্থথিবা থানিলগী মমীৎ মীৎলুগী মীমাং শকউৎচনীংদবা পীরাংলক্কুদা? ঙশেঙনা, থমোঙ্গৈনা হীকথি-হীকথিবা কোংগ'য়লক্ক থুঙথিদবরা মুঙহীক্রবা শক্কক মজাঙ্গৈবুংঙোগী? মথৌমক ওই মতম খুদীং লৌশংবীনা হপ্প-নৈব থন্দুনা লেল্লি। মুপীপোক মশেল্লি কন্নি ভাঙফমদা কন্নি ফিজেৎনবা থমোঙ্গৈবা থংই ওন্নমক। হায়থি থানিলনা মশক শক্তম উৎলহুনা 'কপলিবনি মুঙহীক্লনা লৈমিন চামিন্নবম্বী খ্বাইবু নোংশীংলকনী নাঙ্গৈতোম ভাথন্নগা।' য়েঙবতনী থঙথিবা উংলক উংলকপা শক্তমদা পুংথোকহৈদবনা লোৎচন্নিবী মথমোঙ্গৈগী হঙগোইজবা ৱাকমদৌ। লোৎলম্মী ৱাথৈনা মৈথু লাঙলক্কবিঙৈ মকা কোঙদবা মৈওবগুম ওন্নহনা থমোঙ্গৈদা মতম কন্না অসি। অহুবু, য়াদবা মভাও থোক ভরঙ ভরঙ, লৈক্রক্লবক'কুম ঈকঙ থাগী ঈতুংগ্রবা ঈকোন ঈকোন খুদীংব, শল্লবে ওসীদৌ, মুপী ওইজক্কঙৈ কাঙমদবা ৱাথম মায়:থাংদ মকা কোঙনা শল্লবে। লৌশংবীনা ভাঙফব য়েঙনা হোৎদোকই ৱাক্ময—

"লোঙমঙংদা হঙহৈবনি রাহঙ-পাওহঙ"

"লেপ্লি" থানিলনা খুমই থমোঙ্গদ। 'হঙহৈবনী অমুক্তংদা' অদুবু খুমই করি সুঙনাঙদবী মঙো উৎ "লেপ্লি হৱাও-তয়াম্ন, করিবু হঙজুনি। রাহঙ পাওহঙনঙাই করিবু লৈরি অনা-অয়েক ত'ঙকমগ্নু নত্ত হুজীক।"

"নাদে য়েক্তে" লৌশংবীনা "অদুবু পাও কৌবা ফাওনদবদী কুইরে কাতুপকা-কাতুপকা। করি কমদোব, অদুক রাগীনফমদা থোকঅবনী মতম অসি। কনা লৈতরবনী ঐথোয় থয়া অসি নত্তনা।"

"রাহঙগে থনবনা কনা তাগদবনা কনা ?" হঙথরে। অসি নত্তে ফোংদে'কনীংবদী 'করম্নবু হঙজুর'সগে' হায়বনী হঙগে থনবনা থমোঙ্গদা অদুগা অশুম্ব মঙৌ চাওবী ওইরমদুনা হঙবগুম হায়থরে লৌশংবীদা। থানিজ রা যেম্ন হায় "হঙবা তারে নহাক মঙায় ঈচীন'নাও। তাবা তারে মনাই অচানবা মঙায়"

"সুত্তি-সুমীৎ খুদীংগী হঙসিনা থল্লি ঐস্নু। অদুবু মহৌশা মংখিদরে তাদা অচানবা অসি। মঙো অমা ঈহোঙ হোঙই। মরাথন অরাবা করিবু লৈবনো মমীৎ-মনা ঈতুক-তুকই রাগীনঙায় মতম ঈপক পক্তবগুমই মফমদা।" লৌশংবীনা রাথন থৈম্বে, হঙহমীংলে থংই মশানা। অদু ওইরবা করি ওইদে, হেক হঙঙমগনী মনাই অচানবদা রাফম খুদোং। থম্হক্লগা থানিলদা ওনশল্লহনা 'তানিংলবদী হঙলগে' মঙো পুনা মথা তারকই "হায়েঙদি লাইশং তমলকই রাহঙ-পাওহঙ, রাবমথৈ হঙহৌগে মনাই তাদা অচানবদা।"

অদু ওইরবদী থংব ঙমগদরা লৌখন থরা ?
ঙমগনি, থাজবা পোক্লহনা, থানিল,
য়েঙখিদরে লৌশংবীদা।

নক্ল মরৈবা ঈতৌ অ'সি পুরক্তুনা, অহীং অক্তুদা থাবিললনা খৱথৱে, অসুম মনাক্ত, শারমচৎনবী ঐহাক্তী। ম্রেক্লবনীসু থনঙমদা, মৈচাক্ল-ফমসু মাওইক পুন্সী তোলহাইনহন্দুনা মৈচাক মৈরায়ঃ নম লৈরমগদবগী শরুক থাদোক্লগে ঈমুঙ অসি।

থানিললনা হায় লৌশংবীদা
'ঈচীন'নাও—থাদে ক্লসি ঈমুঙ অসি"
ঈথঙ-থঙ'থ লৌশংবী, মীৎম্লেনা নাহঙ লীশীং তোঈনৱকই
"মকম কৈদ ?"

"নথোয়গী শাগৈগী, মরীগী মতাঙগী নাক চৎলসি। পুন্সী মথোয়গী শাইগাঙ তাঙলুরসী"

রাহৈদী থোক্লী থোঞ্জেন। শীঙ্গুরি মীৎঙুদদি পিগী ঈচেল। অক্তবু ফুকলকঙৈ, সুপীজা ওইবী থমোঈদী ফিথল শিথল থুদীং হাইদোক্লতুনা, ফাওরিবা শেৎন-থাইনা মচাক, ফোঙলে মোওইবী মায়থোংদ।

"মকম অহুদা পেনগক্রা পুন্সীনা ?"

"পেনবা হায়বনা করি ?" থানিললনা হায় "পেন্দবানা কমি কুইরে নাইরক্তবরা ঈকমদা। হৌথয়বা পুন্সীনা পাওদম কয়া তমদুনা লাকথয়ে ঈপুন্সীদা। অমুক পেন্দবা কৌবনা ম্রোমলক্লবীনী ঐহাক। হুঞ্জীক্ল, মথোয় থুদীংনা শীঞ্জীয়বা ওক, অরেম্ব, মচাক হায়ব'ম পক্তরবী ঈপুন্সী অসি নাঈতোম তাজ:হী হুন্দোকপীরম্লবনী।"

"অহুক শাঙবা পাওথুমদী তাবা ঙম্লোই ঙসীদী ঐ" লৌশংবীনা তাঙম-হৈঙমদবী মতোমথৈ উৎলক্লে "পীয়ু পাওথুম অসিমতং মুঙশিবা, থানহৈদবা মরী অমত্ত পোক্তবরা থমোঈদা ?"

'থানহৈদবা মরীনা, থক্লি থমোঈ অসি'

পাওখুম খুৎই থ'মে'ঈমুণ্ডদা অদুম্ম। লুকথখরে মাম্নথোংদৌ, লাক্লে পীরাং ঈচেলগী অনৌবা লালওং অমা ম'য়থে'ঙদা।

"মরমত্থ" লৌশংবীনা "হাকমল্লি"

পাওখুম পীথররোই থবথরমাল্লে থাবিল।

পী থমোঈনদী পাওখুম

'হাকমনবা লমচংনী ঈপুম্নোইবা শক্তম কাওজদা পুকচেল লাক্ল অম্নোইবা পূল্লীগী ঈমীৎ মীৎকুপ ফাওবহুদং হিঙজরম্নবগী'

লৌশংবী রাহত লেপথরে। থংই, থাবিলগী লেপথরবা পুকচেল হোঙলক্লরোই মাম্নকৈ ওম্নবা কৈদ।' লৌশংবীনা থন্দুনা লৈ —

মপুম্নোইবত্তবু থাগোল চেৎচবী ওংখিবনা লৈকোন ওংহল্লগে থন চেকশনথিবা লৈম্নাও অমা, অফা অপুন লৈতবা লমহাং তুমহাং ওংন শাংল্লবা তারে মপুল্লীবা। অদুগা লৈকোন অদুদী ? ওইহৌম্নগনী মেম্নীং থাজংকী মশক থংদব', থাবলনা অমুক ফাওবা থোংদাবদবা। থল্লুদৈ মেত্তই লৌশংবী তাম্ন মজাঈবুংঙোগী কাতুপ তম্ন।

উই, অমম্ব অহৌংদ, তাইবং কৌবা থাদো'ক্লগে তেমশীংলবা মজা ঈবুংঙোগী কাতুপ্ল, মহৌশাগী শকওং কাম্ননা অমম্বদা তিন্দুনা লৈরিবহু। শক্তম অমকপা অহনা তৌরি পাওদম্বগুম পুল্লীগী মংলান খুদীং নীংশীংল্লুরগা নীংব কাম্ননা—

'মরী খুদীং লৈতম্নবনী হজীক। তেমশীংলবনী পুল্লী অসি পুম্নহুনা লেল্লুম্নগে [illegible] অপেনবা কোবন খুহম, [illegible] অহুদা।'




লোইরবা

